সন্নিবার্য্য তু তান্ বাণান্ নকুলঃ পরবীরহা। সত্যসেনসুশর্ম্মাণৌ দ্বাভ্যাং দ্বাভ্যামবিধ্যত ॥৩৪॥
তাবেনং প্রত্যবিধ্যেতাং পৃথক্ পৃথগজিহ্মগৈঃ। সারথিঞ্চাস্য রাজেন্দ্র! শিতৈর্বিবিধতুঃ শরৈঃ ॥৩৫॥
সত্যসেনো রথেশাস্য নকুলস্য ধনুস্তথা। পৃথক্ শরাভ্যাং চিচ্ছেদ কৃতহস্তঃ প্রতাপবান্ ॥৩৬॥
স রথেঽতিরথস্তিষ্ঠন্ রথশক্তিং পরামৃশৎ স্বর্ণদণ্ডামকুণ্ঠাগ্রাং তৈলধৌতাং সুনির্ম্মলাম্ ॥৩৭॥
লেলিহানামিব বিভো! নাগকন্যাং মহাবিষাম্। সমুদ্যম্য চ চিক্ষেপ সত্যসেনস্য সংযুগে ॥৩৮॥
(যুগ্মকম্)

সা তস্য হৃদয়ং সংখ্যে বিভেদ শতধা নৃপ!। স পপাত রথাদ্ভূমিং গতসত্ত্বোঽল্পচেতনঃ ॥৩৯॥
ভ্রাতরং নিহতং দৃষ্ট্বা সুশর্ম্মা ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ। চকার সহসা সংখ্যে নকুলং বিরথং তদা
চকার সহসা সংখ্যে নকুলং বিরথং ততঃ। অভ্যবর্ষচ্ছরৈস্তূর্ণং পাদাতং পাণ্ডুনন্দনম্ ॥৪০॥
নকুলং বিরথং দৃষ্ট্বা দ্রৌপদেয়ো মহারথঃ। সুতসোমোঽভিদ্রাব পরিপ্সন্ পিতরং রণে ॥৪১॥
ততোঽধিরুহ্য নকুলঃ সুতসোমস্য তং রথম্। শুশুভে ভারতশ্রেষ্ঠো গিরিস্থ ইব কেশরী।
সাঽন্যৎ কার্ম্মুকমাদায় সুশর্ম্মাণমযোধয়ৎ ॥৪২॥

---

নকুলগী অকোয়বদা কাপশিল্লকতুনা তেলতনা নকুল মশাপুম্বা পূমযোম্ য়োমশিন্দহনখ্রে ॥৩৩॥ অদুদগী য়েক্লব অকনবা পুম্বা হাৎতম্বা নকুলনা তেলশিং অদুবু খিংহনা শন্নগা তেল অনী অনীনা সুশর্ম্মাগা সত্যসেনগা অনীদা তোঙাল তোঙান্ন থাখি ॥৩৪॥ নিংথৌ অপোক্‌পা i মখোয় অনীগস্ম তেল মপৈ মপৈ তোঙাল তোঙান্ন কাপশিল্লকতুনা নকুলদা কন্ন কন্ন থাখি অদুগা মখোয অনীসিনা নকুলগী সারথিদস্থ কন্ন কন্ন থাখি ॥৩৫॥ লীক্লং তেন্দ মথুৎ লোয়রবা কপ্পোরবা সত্যসেননা থোরবা তেল অনীনা নকুলগী রথগী চাকুলেন অদুবু কক্থৎলগা লীক্লং অদুবুস্ন অনীথোক্লা কক্থৎখি ॥৩৬। মহারাজ! মতম অদুদা অতিরথী ওইরবা নকুলনা রথ মথক্ অদুদা লৈন লৈনা, সনানা মখোক্ পানবা, মচীন কন্ন থোরবা থাঙমা শৃং শৃং নান্ন লৈরবা, ঈরং লাংলবা, মরৈ হা—হা তন্নবী মহূপূরবী লীল অমোম অমঙুন্নবা তা অম মথুৎয়েংনা পায়থৎতুনা মপা চুম্না সত্যসেন তম্না লংশিল্লকই ॥৩৭—৩৮॥ মহারাজ! রথমথক্তগী লংথরক্পা তা অদুনা সত্যসেনগী মথবাক অদুবু চামথোক্লা খিনগাইখি। মতম অদুদা সত্যসেন অসি লেঙবা ওৎপা করিমত্ত য়াদনা জ্ঞান ইত তাদনা রথদগী লৈমায়থক্ত তুথখি ॥৩৯॥ মনাউ সত্যসেননা তুথিবসি উবদা শাউবনা লৈকম থঙজ্রবা সুশর্ম্মা অসিনা মীকুপ অমগী মনুংদা নকুলগী রথ অদু থুদেকতুনা নকুলবু খোঙমী অম ওইহনখি। অদুদগী খোঙমীঙম লৈরবা নকুলগী মথক্তা তেন্তনা নোংচুবঙম হৈথরক্লে ॥৪০॥ নকুলনা রথ য়াওদবদু উবদা, দ্রৌপদীগী গর্ভদগী পোকপা মহারথী সুতসোমনা মপা নকুলবু কনগে হায়দুনা নকুললোমদা প্রগ্রেপ থৌজিল্লকই ॥৪১॥ অদুগী তুংদা ভরতশাগৈগী অথোইবা নকুল অসি য়ায়া থুৎলৈ

তাবুভৌ শরবর্ষাভ্যাং সমাসাদ্য পরস্পরম্। পরস্পরবধে যত্নং চক্রতুঃ সুমহারথৌ ॥৪৩॥
সুষেণস্তু ততঃ ক্রুদ্ধঃ পাণ্ডবং বিশিখৈস্ত্রিভিঃ সুতসোমঞ্চ বিংশত্যা বাহ্বোরুরসি চার্পয়ৎ ॥৪৪॥
ততঃ ক্রুদ্ধো মহারাজ! নকুলঃ পরবীরহা। শরৈস্তস্য দিশঃ সর্বাশ্ছাদয়ামাস বেগবান্ ॥৪৫॥
ততো গৃহীত্বা তীক্ষ্ণাগ্রমর্দ্ধচন্দ্রং সুতেজনম্। স বেগযুক্তং চিক্ষেপ কর্ণপুত্রস্য সংযুগে ॥৪৬॥
তস্য তেন শিরঃ কায়াজ্জহার নৃপসত্তম!। পশ্যতাং সর্ব্বসৈন্যানাং তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪৭॥
স হতঃ প্রাপতদ্রাজন্! নকুলেন মহাত্মনা। নদীবেগাদিবারুগ্ণস্তীরজঃ পাদপো মহান্ ॥৪৮॥
কর্ণপুত্রবধং দৃষ্ট্বা নকুলস্য চ বিক্রমম্। প্রদুদ্রাব ভয়াৎ সেনা তাবকী ভরতর্ষভ! ॥৪৯॥
তাস্তু সেনাং মহারাজ! প্রতাপবান্। অপালয়দ্রণে শূরঃ সেনাপতিররিন্দমঃ ॥৫০॥
বিভীস্তস্থৌ মহারাজ! ব্যবস্থাপ্য চ বাহিনীম্। সিংহনাদং ভৃশং কৃত্বা ধনুঃশব্দঞ্চ দারুণম্ ॥৫১॥

---

থুনা মচা সুতসোমগী রথদা কাখৎতুনা চাংদোল মথকতা লেঙদনা লেপ্তুনা লৈবা নোংশা অমগা মতৌগুম্ থোইনা নীথিজাখ। অদুদগী নকুলনা অতোপ্পা লাক্কং অম পাম্নথতুনা সুশর্ম্মাগা কন্ন খেনাথ ॥৪২॥ অদুগী তুংদা মহারথীমক ওইরবা নকুল সুশর্ম্মা অনী অসি অমনা অমবু তেন্তুনা পুম্নমক থোমাশন্নহন্দুনা অমনা অমবু হাৎননবগী থৌরাং তৌনরক্লে ॥৪৩॥ অদুগী তুংদা খোৎদোক্লে শাউরবা সুশর্ম্মানা তেল অহুম্না নকুলগী, তেল কুম্না সুতসোমগী পাম্বোম্ মকদা অহুগা থনীন্দা থাখ ॥৪৪॥ মহারাজ! শাউবনা মৈ হৌরবা নকুলনা অতেং অথম লৈতনা কাপাশন্নকুনা সুশর্ম্মাগী মশাপুম্বা তেন্না পুম্নমক থোমহনখ্রে ॥৪৫॥ অদুগী তুংদা কল্লবা নকুলনা মচান থীরবা খোইদোক্লা লৌশবা, শাকু কল্লবা থা মচেৎ শাবা তেল অম সুশর্ম্মগোমদ কাপশিল্লকই ॥৪৬॥ নিংথৌ অথোইবা! নকুলনা কাপশিল্লকপা তেল অহনা খ্বাই লমাংশিংগী মাতমকুদা সুশর্ম্মাগী তক্ অদু ককথোখহুনা কোক অদু হকচাংদগী তোঙাল তাহনখি। মাহুমক্ অউবা মরামদা অতকপা অম ওইনা থোকখি ॥৪৭॥ মহারাজ! সুশর্ম্মা অসি থোৎদোক্লা কল্লবা নকুলগী মথুত্ত মখাক থাহনা, তোর্ব্বান্দা হোবা, ফুরেলগী ঈশিংনা নমথাখহুনা তুথরকপা উচ্ছ'ও অমগী মতোংগুম্বা লৈমারবক্ত হাইখখি ॥৪৮॥ ভরতশাদৈগী অথোইবা মহারাজ! মতম অসিদা মহারাজগী কৌরবলান্মী অপুম্বা কর্ণগা মচা অনীবু হাৎখিবা অদুগা নকুলগী থপ ঙম মথোনা মহে অসি উবদা কিবনা মাম্নগে মরি কাংনা চেল্লরে ॥৪৯॥ মহারাজ! মতো অসুম্ন কৌরবলান্মী পুম্নবকা চেল্লবকপা মতমসিদা কন্থৌরবা মতীক মঙগ চাউরবা, য়েরুব লৈহৎপা ওয় সেনাপতি শল্যনা কৌরবলান্মীশিং অদুবু ডাকশেন্দনা থমখি ॥৫০॥ মহারাজ! মপাঙল মথৌনা লৈরব শল্যনা ঈচাই চাইরবা লাম্নী মরাম অদুবু পোমজিন্দুনা

তাবকাঃ সমরে রাজন্। রক্ষিতা দৃঢ়ধন্বনা। প্রত্যুদ্যযুররাতীংস্তে সমন্তাদ্বিগতব্যথাঃ ॥৫২॥
মদ্ররাজং মহেষ্বাসং পরিবার্য্য সমন্ততঃ। স্থিতা রাজন্। মহাত্মানো যোদ্ধে কামাঃ সমন্ততঃ ॥৫৩॥
সাত্যকির্ভীমসেনশ্চ মাদ্রিপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ। যুধিষ্ঠিরং পুরস্কৃত্য হ্রীনিষেবমরিন্দমম্ ॥৫৪॥
পরিবার্য্য রণে বীরাঃ সিংহনাদং প্রচক্রিরে। বাণশঙ্খরবাংশ্চোগ্রান্ ক্ষ্বেড়াশ্চ বিবিধা মুহুঃ ॥৫৫॥ (যুগ্মকম্)
তথৈব তাবকাঃ সর্বে মদ্রাধিপতিমগ্রসা। পরিবার্য্য সুসংরব্ধাঃ পুনর্যুদ্ধমরোচয়ন্ ॥৫৬॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধনম্। তাবকানাং পরেষাঞ্চ মৃত্যুং কৃত্বা নিবর্ত্তনম্ ॥৫৭॥
যথা দেবাসুরং যুদ্ধং পূর্বমাসীদ্বিশাংপতে!। অভীতানাং তথা রাজন্। যমরাষ্ট্রবিবর্দ্ধনম্ ॥৫৮॥
ততঃ কপিধ্বজো রাজন্। হত্বা সংশপ্তকান্ রণে। অভ্যধাবত তাং সেনাং কৌরবীং পাণ্ডুনন্দনঃ ॥৫৯॥
তথৈব পাণ্ডবাঃ সর্বে ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমাঃ। অভ্যধাবন্ত তাং সেনাং বিসৃজন্তঃ শিতান্ শরান্ ॥৬০॥

---

য়াম্না কয়া ভাক্ শেন্দুনা, লারী কয়া চিংহুনা; লীকং খোংজী কয়া কয়া খা হুনা কারিমত্ত খোশাদনা লালকম অহুদা লৈরম্মী ॥৫১॥ মহারাজ। কল্লবা শল্যনা কৌরবলাম্মীশিংবু ভাক্শেন্দুনা ধমৃগ্রবসিদা কৌরবলাম্মীশিং অহু অমুক অকিবপুখা থাদোক্তুনা পাণ্ডবলাম্মী তয়া ফুজিন্নরক্লে ॥৫২॥

মহারাজ। মপূক্কীং খোগংলবা কৌরব লাম্মীশিং অসিনা মখোনাগা লোয়ননা শল্যবু ঈকোয় কোয়না থমহুনা পাণ্ডব লাম্মীশিংগা লাম্হেংনগদবগী খোরাং লোইহুনা লৈখি ॥৫৩॥ অহুগা অসোমদস্থ কল্লবা সাত্যকি, ভীমসেন, নকুল অহুগা সহদেব মখোয় অসনা মশাগী ইজ্জৎ ভাকৃহৈবা, ঈকায় খাগনবা, অকনবা যুধিষ্ঠিরবু ঈকোয় কোয়াশয় ভাকশেন্দুনা অহুগা মাঙথাহন্দুনা হয় হয় সিংহনাদ লাউহুন, অকবকনা খুৎলায়গী মখোল থোকহন্দুনা অকনবগী খোল্লাউ কয় কয় লাউখি ॥৫৪॥ মহারাজ! মতৌ অমুম্না অসোমদস্থু কৌরব লাম্মীশিংনা য়াম্ম শউনা অহুগা অকোয়বদা লেপ্তুনা শল্যবু ভাক্শেন্নশেন্ন লাম্হেংননবগী শেমশাহুনা লৈরে ॥৫৫॥ মহারাজ! অহুগী তুংদা পক্ষ অনীমক্কী লাম্মীশিংনা লান্দা শিবতনা লান্দগী পোত্থাব ওইরনি হায়না থম্মহুনা লাম্হেংনরক্লে। কিশনবশিংগী মমীত্তা অকিবা মিপাইবা পোক্লকম্ ওইরবা লাঙ্গও অম খুদক্ক থোকখি ॥৫৭॥ নিংথৌ! মমাংভৈদা লাইহিংচাবশিংগী অকিবগী মশক ওইরবা লাঙ্গাও অম থোকখিবস্তুম্না অকিবগী মশক কংলবা লাল অম থোকখি। মাহুনা যমরাজগী খুদক্ খুদক্ক প্রজামশীং হেনগৎননবগী মশক্ ওইখি ॥৫৮॥ মহারাজ। মতম অসিদা অর্জ্জুন অসি সংশপ্তকলাম্মী হাৎলব তুংদা মায়গৈ অদোমদা কৌরব লাম্মীশিং তয়া ফুজিল্লকই ॥৫৯॥ মতৌ অমুম্ন ধৃষ্টদ্যুম্ননচিংবা অকনবশিং অহুগা পাণ্ডবশিংনা খোরখোরবা তেলমক্ক

পাণ্ডবৈরবকীর্ণানাং সম্মোহঃ সমজায়ত। ন চ জজ্ঞুরনীকানি দিশো বা বিদিশস্তথা ।৬১।
আপূর্য্যমাণা নিশিতৈঃ শরৈঃ পাণ্ডবচোদিতৈঃ। হতপ্রবীরা বিধ্বস্তা কীর্য্যমাণা সমন্ততঃ।
কৌরব্যবধ্যত চমূঃ পাণ্ডুপুত্রৈর্মহারথৈঃ ।৬২।
তথৈব পাণ্ডবী সেনা শরৈ রাজন্! সমন্ততঃ। রণেঽহন্যত পুত্রৈস্তে শতশোঽথ সহস্রশঃ ।৬৩।
তে সেনে ভৃশসন্তপ্তে বধ্যমানে পরস্পরম্। ব্যাকুলে সমপদ্যেতাং বর্ষাসু সরিতাবিব ।৬৪।
আবিবেশ ততস্তীব্রং তাবকানাং মহদ্ভয়ম্। পাণ্ডবানাঞ্চ রাজেন্দ্র! তথাভূতে মহাহবে ।৬৫।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে অষ্টমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

——ঃ-*ঃ——

কাপশিল কাপশিন্না কৌরবলাম্মী তম্না চেলশিল্লকই ॥৬০॥ মতম অসিদা পাণ্ডবশিংনা অতং অংম হৈরন কাপশিল্লকপগুদা থাঙবৈমত্রবা কৌরব লাম্মীশিং অসি তৌকম্ খঙতকত্রে। মীগী মীচঙনা কনানো মাগী মীচঙনা কনানো হায়রবদুক'ও খঙদনা, মায়ৈগশাল ই খঙদনা ভুকক ভুকাই চম্রে ॥৬১॥ পাণ্ডবশিংনা কাপশিল্লকপা তেল অমাদ খুৎলায় মথল মথল্লা কৌরব লাম্মী অমমমগী মশা থ পুমমোম য়োম্‌থ্রে মরু মরু ওইবা অকনব লাম্মী কয়া কৌরব পক্ষদা ভুংগ্র, অচম্বা থেংঙমী লাম্মীনা মশীং লাকতমদনা শদুম্ অম'দ শরুতাম্বগী মওংদ পুমচাই পুমচাই তাঙনা লৈরে। মতো অমুম্না মহারদা পাণ্ডবশিংনা কৌরবশিংবু অমদি কৌরব লাম্মীশিংবু নৈথাইরক্লি ॥৬২॥ মহারাজ! মহারাজগী নচাঈবুঙোংশিংশু মায়ৈ'পুম্বদা কোয়ৌ য়োন, পাণ্ডব লাম্মীশিংবু অমুকমুক চাম চাম লিশিং লিশিং থোকনা হাৎপ হৌরক্লি ॥৬৩॥ মতো অমুম তৌনা পক্ষ অনীমকী লাম্মীশিংনা অমগমগ পঙহাত্রহাৎনরকপসিদা বর্ষাঋতুগী ঈরৈ কল্লবা তুরেল অনানা চৌপ্লোক্লনা হায়'জিল্লবনম্ কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমকী লাম্মীশিং অদু অমগমগ হাংজিন ফুজিল্লতুনা মক্ষম মরাং মতম খঙনরকত্রে ॥৬৪॥ নিংথৌ অথোইবা! লাঙ্গাও অদুনা মতো অমুম' অকিব মশক মওং অম লোইক্লরক্লদা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমকী লাম্মী খুদিংমকী থম্মোয়দা অকিব মিপাইবা পোক্ল-রক্লে ॥৬৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা শল্য-পর্ব্বদা শল্যবধগী মমুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী নিপালগুবা অধ্যায় লোইরে ॥✕॥

——ঃ•ঃ——

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্যবধগী মতুংদা অকনবা লাঞ্জাও অমা)

## *নবমোঽধ্যায়ঃ ।*

### মাপলগুবা অধ্যায়

— : ০ :

সঞ্জয় উবাচ ।

তস্মিন্ বিলুলিতে সৈন্যে বধ্যমানে পরস্পরম্ । দ্রবমাণেষু যোধেষু নিনদৎসু চ দন্তিষু ।১।
কূজতাং স্তনতাঞ্চৈব পদাতীনাং মহাহবে । নিহতেষু মহারাজ ! হয়েষু বহুধা তদা ।২।
প্রক্ষয়ে দারুণে জাতে সংহারে সর্বদেহিনাম্ । নানাশস্ত্রসমাবাপে ব্যতিষক্তরথদ্বিপে ।৩।
হর্ষণে যুদ্ধশৌণ্ডানাং ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধনে । গাহমানেষু যোধেষু পরস্পরবধৈষিষু ।৪।
প্রাণাদানে মহাঘোরে বর্ত্তমানে দুরোদরে । সংগ্রামে ঘোররূপে তু যমরাষ্ট্রবিবর্দ্ধনে ।৫।
পাণ্ডবাস্তাবকং সৈন্যং ব্যধমন্ নিশিতৈঃ শরৈঃ । তথৈব তাবকা যোধা জঘ্নুঃ পাণ্ডবসৈনিকান্ ।৬।
(কুলবম)
তস্মিংস্তথা বর্ত্তমানে যুদ্ধে ভীরুভয়াবহে । পূর্ব্বাহ্নে চৈব সংপ্রাপ্তে ভাস্করোদয়নং প্রতি ।৭।

সঞ্জয়না হায়:—মহারাজ ! পক্ষ অনীমকী লান্মীশিংনা অমগমগ মুংশিনৈন্দুনা তম্থিনা হাৎনব হেৎরক্লবদা, পক্ষ অনীমকী লান্মীশিংনা পঙাচেন্দু চেম্নরক্লবদা, শামুশিংনা লাউথোংলদুনা কাভুকারল চেম্নরক্লবদা, খোমী লান্মীশিংনা লাউ খোংনরক্লবদা, শামুশিংনা খেক্লাউনা তকিং তকিং চেম্নরক্লবদা, মতুন তারুমম্বৃওইনা মীশিং অসি পহম্ভু হৎনরক্লবদা, রংগা রংগা শামুগা শামুগা, খোঙমীগা খোঙমীগা ক্রক ক্রক ঊম্বিন্ন ঊম্নরক্লবদা, কিন্দবা, মরিলনৈবশিংগী মকমদদি নুংঙাইনম্ ওইবা মহা মেলাগী মশক্ ওইরবা অতুগা কিগনবা পাণ্ডবশিংগী মকমদদি অকিব দুজুংবা পোরকম্ ওইরবা লাঞ্জাও অম ওইনা চথরক্লবদা, লান্মীশিং অতুনা মপা মপা থেং থেংদুনা লাউথোকদুনা হাইজিন ফুতিন্নরক্লবদা, থরাই থরাইনা পোম্বা ওইনা থানদুনা শান্নরকপা চৌবর অতুনা অদুম্ চথরক্লবদা, মীকুপ মীকুপ্ত যমরাজ লৈপাকী মীশাং হেন্নবগী মশক্ ওইরবা লাঞ্জাও অতুনা অদুমদুম্ কনবৎক্লবদা পাণ্ডব লান্মীশিংনা কৌরব লান্মীশিংবু তিনশিং তিশিংনা থুজীং ওইদুনা হাৎলকপদুগুম্না কৌরব লান্মীশিংনসু পাণ্ডব লান্মীশিংবু অমুকমুক হৌজীং লাবগুমদনা হাৎলকুলে ॥১-৬॥ মহারাজ ! ভুমৎ থেৎরকপদগীনা মুমিৎ মুংঙ্গিনৈগী মমাঙ কাওবদা লাল অসিনা অকিবগী মশক থোক্লকৎদা অর্জ্জুননা চকশেল্লিবা পাণ্ডব লান্মীশিং

নকুলস্যাঃ পরে রাজন্! রক্ষিতাশ্চ মহাত্মনা। অযোধয়ংস্তব বলং যুদ্ধং কৃত্বা নিবর্ত্তনম্ ।৮।
(যুগ্মকম্)

বলিভিঃ পাণ্ডবৈর্দৃপ্তৈর্লব্ধলক্ষ্যৈঃ প্রহারিভিঃ। কৌরব্যাসীৎ পৃতনা মৃগীবাগ্নিসমাকুলা ।৯।
তাং দৃষ্ট্বা সাদতীং সেনাং পঙ্কে গামিব দুর্বলাম্। উজ্জিহীর্ষুস্তদা শল্যঃ প্রায়াৎ পাণ্ডুচমূং প্রতি ।১০।
মদ্ররাজস্তু সংক্রুদ্ধো গৃহীত্বা ধনুরুত্তমম্। অভ্যদ্রবত সংগ্রামে পাণ্ডবানাততায়িনঃ ।১১।
পাণ্ডবাপি মহারাজ! সংগ্রামে জিতকাশিনঃ। মদ্ররাজং সমাসাদ্য বিব্যধুর্নিশিতৈঃ শরৈঃ ।১২।
ততঃ শরশতৈস্তীক্ষ্ণৈর্মদ্ররাজো মহাবলঃ অর্দ্দয়ামাস তাং সেনাং ধর্মরাজস্য পশ্যতঃ ।১৩।
প্রাদুরাসংস্ততো রাজন্নিমিত্তান্যনেকশঃ। চচাল শব্দং কুর্বাণা মহী চাপি সপর্বতা ।১৪।
উল্কা ভূমিং দিবঃ পেতুরাহত্য রবিমণ্ডলম্। মৃগাশ্চ মহিষাশ্চাপি পক্ষিণশ্চ বিশাংপতে! ।১৫।
অপসব্যং তদা চক্রুঃ সেনাং তে বহুশো নৃপ!। ততস্তদ্যুদ্ধমত্যুগ্রমভবৎ সংঘচারিণাম্ ।১৬।
(যুগ্মকম্)

ততঃ সর্বাণ্যনীকানি সন্নিপত্য জনাধিপ!। অভ্যাযুঃ কৌরবা রাজন্! পাণ্ডবানামনীকিনীম্ ।১৭।
শল্যস্তু শরবর্ষেণ বর্ষন্নিব সহস্রদৃক্। অভ্যবর্ষদদীনাত্মা কুন্তীপুত্রং যুধিষ্ঠিরম্ ।১৮।

অদুনা লান্দ শিবতনা পোত্থাবগী অমদি স্বর্গ কাননবগী উপায়নি হায়না খল্লখিত্রগা মহারাজগী কৌরব লান্মীশংগা কল্ল খেংনরকলে ॥৭ ৮॥ অতগী তুংদা কল্লবা, মদ্রায় কাপ্পবা পান্দমকম মপাচানা কংলবা, কুনগুনবা চৈরবা পাণ্ডবশিংগী চৈক্রুদা, লৈশ্রেনঃ ঈকোয় কোয়শিল্লকপা শজী অমোঝত্তুগা কৌরব লান্মী মপৈ অদুগী দগা ওইরকলে ॥৯॥ লৈখোমদা পুখরবা শঙ্গীগী মতোওসবী কৌরবসেনা অদুনা চোকথহীকথরকপগু উবদা মখোথবু কনাগ হায়বগীদমক সেনাপতি শল্যসি পাণ্ডব লাম্মী মপৈতগা চুংজিল্লখই ॥১০॥ শল্যনা খোইনা শাউখত্নুনা কল্লবা লিংলবা লৌরং অম পাযখত্তুনা খুৎলায় পায়ত্নুনা শেম শাজ্নুনা লৌরবা পাণ্ডবশিং লোমদা চুংজিল্লকই ॥১১॥ মহারাজ! অসেমদগী জয় ওইবতনা মায়খোং মকা লান্নবা পাণ্ডবশিংনা থোং থেংবা তেন্না শল্যদা শাফু কল্ল কল্ল থাব হৌরকই ॥১২॥ কল্লবা শল্যনসু খোরবা তেল চাম চামনা যুধিষ্ঠিরগী মাঙ মক্তদা পাণ্ডব লান্মী শবু নৈথ হৌরকই ॥১৩॥ মহারাজ! অতদগীদি ওহাক লৈরগা কল্লবা, অমঙ্গল ওইবা খুদম মক্ত উব কংখি। চীঙথানমা লোয়ননা পৃথ্বী পুম্বসি মখোল থোক থক্ থক্ নীকখি ॥১৪॥ মহারাজ! শঙাই শেলনা সুমিৎকী মকোয়দা চুংজিল্লগা লৈমাযথক্ত ভারকখি। শজী শঙাই ইরোই, অমদি উচেক জাং জাংনা কৌরব লান্মীশিংবু য়েৎলোইননা থমখি। অসঙ্থা মতমসিদা পক্ষ অনীমকী অকনবশিংগী যুদ্ধদা অকিবা কংলবা তমখিরবা লাঙ্গাও অম থোকখ্রে ॥১৫-১৬॥ মহারাজ! কৌরবশিংনা মাগী মাগী থোঙমী লান্মীশং অজ্ঞ খোমজিন-পৈশিনগুনা পাণ্ডব লান্মীশিং লোমদা চেঙ্ঘিনখ্রে ॥১৭॥ মতম অসিদা নোংগী মরীব

ভীমসেনং শরৈশ্চাপি রুক্মপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। দ্রৌপদেয়াংস্তথা সর্বান্ মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ ॥১৯॥
ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ শৈনেয়ং শিখণ্ডিনমথাপি চ। একৈকং দশভির্বাণৈর্বিব্যাধ চ মহাবলঃ ॥২০॥
(যুগ্মকম্)

ততোঽসৃজদ্বাণবর্ষং ঘর্ম্মান্তে মঘবানিব। ততঃ প্রভদ্রকা রাজন্ সোমকাশ্চ সহস্রশঃ।
পতিতাঃ পাত্যমানাশ্চ দৃশ্যন্তে শল্যসায়কৈঃ ॥২১॥

ভ্রমরাণামিব ব্রাতাঃ শলভানামিব ব্রজাঃ। হ্রাদিন্য ইব মেঘেভ্যঃ শল্যস্য ন্যপতন্ শরাঃ ॥২২॥
দ্বিরদাস্তুরগাশ্চার্ত্তাঃ পত্তয়ো রথিনস্তথা। শল্যস্য বাণৈর্ন্যপতন্ বাভ্রমন্ ব্যনদংস্তদা ॥২৩॥
আবিষ্ট ইব মদ্রেশো মন্যুনা পৌরুষেণ চ। প্রাচ্ছাদয়দরীন্ সংখ্যে কালসৃষ্ট ইবান্তকঃ।
বিনর্দ্দমানো মদ্রেশো মেঘহ্রাদো মহাবলঃ ॥২৪॥

সা বধ্যমানা শল্যেন পাণ্ডবানামনীকিনী। অজাতশত্রুং কৌন্তেয়মভ্যধাবদ্যুধিষ্ঠিরম্ ॥২৫॥
তাং সংমর্দ্দ্য ততঃ সংখ্যে লঘুহস্তঃ শিতৈঃ শরৈঃ। শরবর্ষেণ মহতা যুধিষ্ঠিরমপীডয়ৎ ॥২৬॥

---

অতৎ অথম লৈতনা হৈথবা ইন্দ্রগী মতৌগুম্না শৈল্যনা কুন্তীনন্দনা যুধিষ্ঠিরগী মথক্ত তেম্ন নোং থবগুম্ অতৎ অথম লৈতনা চৈখরকলে ॥১৮॥ মতৌ অম্নুম্ন' কল্লবা শল্যনা সনানা তৈম্না পানব, মৎৈশঙলবা তেল তরা তরানা ভীমসেন দ্রৌপদীগী মচাশিং নকুল মহাদেব ধৃষ্টদ্যুম্না সাত্যকি শিখণ্ডী মখোয়াসগী অমমমদা কম্না কম্না থাজিল্লকৃই ॥১৯-২০॥

মহারাজ। অহ্নগী তুংদা কালেন্থ লোয়বদ। ইন্দ্রনা নোং মম্নী মম্নী হৈখরকপগুম্না শল্যনা অতৎ অথম লৈতনা নোং মম্নীগুম্ব তেলমক্ত অতৎ অথম লৈতনা চৈখরক্লে। অহুদগীদি শল্যগী তেম্ন পানবদা প্রভদ্রক অমদি সোমকলাম্না লিশিংনা অমুক্তদা তুখব তুথরকৃখিবহু উবা করি ॥২১॥ শল্যগী কৌ চেং হারোগী মপৈগুম মপৈ মপৈ পাইরকপা তেলাশিংনা নোংদগী তারকপা বজ্র মপৈগী মতৌগুম্না পাণ্ডবলাম্নাশিংগী মথক্ত তাবা হোরকলে ॥২২॥ মতম অহুদা পাণ্ডব পক্ষগী শগোল শামু খোঙমী লাম্নী বর্থাশিংনা শল্যগী তেলগী চেনা থাঙবা ভমক্রহুনা থক থক্ নীরু লাউ খোং খোংহনা চেম্নরকলে ॥২৩॥ অহুদগী, মদ্রাশংখো শল্যনা অশাউবা অমদি নিপা-খোকপা মারম্না থম্মোয় হকচাং পুম্বা কুপাখহুনা য়েক্লবলানমী অমমম্নু .তম্না পুমম্নোম্ খোমহনখ্রে। মখোলনা লুম্নবা নোংগী মখোল মানবা, মপাজল শাথিনা কম্নবা মদ্ররাজ শল্য অসি মতম আসদা মতম কৌবা লাইনা থারকপা যমরাজগী মতৌগুম্না লালকম মম্নায় অহুদা খেক্ল খেক্ল মোকৃলকই, ঙংলকই ॥২৪॥ শল্যনা মতৌ অম্নুম্না পাণ্ডবলানমীশিংবু হাচ্ছিন্নক্লবদা পাণ্ডবলানম্নাশিংনা মীঙোন্দা থক থেক্লবা হোৎকাত্রবা, কল্লবা যুধিষ্ঠিরগী মনাক্ত মশা মশ হিংনববীদমক কনবিম্ন হায়বগী মতাগুম চেলশিন্নরকই ॥২৫॥ মথুৎ থুমবা, শল্যনা থৌম্ন থোরবা তেম্না পাণ্ডবলানমী

তমাপতন্তং পত্রাশৈঃ ক্রুদ্ধো রাজা যুধিষ্ঠিরঃ। অবারয়চ্ছরৈস্তীক্ষ্ণৈর্মত্তং দ্বিপমিবাঙ্কুশৈঃ ২৭।
তস্য শল্যঃ শরং ঘোরং মুমোচাশীবিষোপমম্। স নির্ভিদ্য মহাত্মানং বেগেন প্রাপতচ্চ গাম্ ।২৮।
ততো বৃকোদরঃ ক্রুদ্ধঃ শল্যং বিব্যাধ সপ্তভিঃ। পঞ্চভিঃ সহদেবস্তু নকুলো দশভিঃ শরৈঃ ।২৯।
দ্রৌপদেয়াশ্চ শত্রুঘ্নং শূরমার্ত্তায়নিং শরৈঃ। অভ্যবর্ষন্ মহাবেগং মেঘা ইব মহীধরম্ ।৩০।
ততো দৃষ্ট্বা তুদ্যমানং শল্যং পার্থৈঃ সমন্ততঃ। কৃতবর্ম্মা কৃপশ্চৈব সংক্রুদ্ধাবভ্যধাবতাম্ ৩১।
উলূকশ্চ মহাবীর্য্যঃ শকুনিশ্চাপি সৌবলঃ। স্ময়মানস্তু শনকৈরশ্বত্থামা মহারথঃ।
তব পুত্রাশ্চ কার্ৎস্ন্যেন জুগুপুঃ শল্যমাহবে ।৩২।
ভীমসেনং ত্রিভির্বিদ্ধা কৃতবর্ম্মা শিলীমুখৈঃ। বাণবর্ষেণ মহতা ক্রুদ্ধরূপমবারয়ৎ ।৩৩।
ধৃষ্টদ্যুম্নং কৃপঃ ক্রুদ্ধো বাণবর্ষৈরতাড়য়ৎ। দ্রৌপদেয়াংশ্চ শকুনির্যমৌ চ দ্রৌণিরভ্যয়াৎ ।৩৪।
দুর্য্যোধনো যুধাং শ্রেষ্ঠ আহবে কেশবার্জ্জুনৌ। সমভ্যয়াদুগ্রতেজাঃ শরৈশ্চাপ্যহনদ্বলী ।৩৫।
এবং দ্বন্দ্বশতান্যাসংস্তদীয়ানাং পরৈঃ সহ। ঘোররূপাণি চিত্রাণি তত্র তত্র বিশাংপতে। ।৩৬।

শিংবু নৈং নৈন যুধিষ্ঠিরদা চৈনা কল্লা কল্ল পাব হোরক্লে ॥২৬॥ শল্যন কল্ল ফু জল্লকপ মতম অাসদা, শমু দোবা মাউংনা শামু কাতিনা শামুবু লাকশিনগুগুম্ম শাউবনা লৈকম খড়েবা যুধিষ্ঠিরনা খোর পৌরব, তেন্না, খোঙমী লানমীনা অদুগা শগোল তোংবা লানমী মপৈ মপৈনা শল্যবু খিংবা ভাকুপোকপা হোরক্লে ॥২৭॥ মতম অাসদা শল্যনা লিলগী মতোঙ্গুম্ম মহু কল্লবা, অকিবগী মশক ফংলবা তেল অমনা যুধিষ্ঠির তম্মা কাপলক্নই। তেল অদুনা যুধিষ্ঠিরগী মশাদগী ফাওদোকখিদুনা লৈমায়শক অসোম রা মদা তাখি ॥২৮॥ মাদুদা ভীমসেননা শাউখিদুনা তেল তরেৎ, নকুলনা তেল তরা অদুগা সহদেবনা তেল মঙা কাপখোরক্লুনা শল্যদা শাফু কল্লা চৈনা পীখি ॥২৯॥ নোংনা চৌঙথক মরী চাউনা চাউনা শিঙ্গরকপগুম দ্রৌপদীগী মচাশিংনা কল্লবা, য়েক্লব গুম্বা শল্যগী মথক তেন্ন নোং চুবগুম হৈথরকলে ॥৩০॥ অদুগী তুংদা পাণ্ডবশিংনা মায়গৈ পুম্বদগী হোচিল্লক্লুনা শল্যবু য়াম্না লাকচনা তৌবসি উবদা খোইনা শাউববা কৃতবর্ম্মাগা কৃপাচার্য্যগা অনী অসি হেক্কা খোং খোংহুনা পাণ্ডবশিং তম্মা ফুজিল্লক্নই ॥৩১॥ মহারাজ ! মতম অসিদা কল্লবা উলূক, সুবলগী মচা শকুনি, মোমোন্ত নোক্লুনা লৈগনবা অশ্বত্থামা অদুগা মহারাজগী নচাঈবুঙোশিং অতৈ অতৈ – মখোয়সিনা পুল্লপা শল্যবু ভাকুশেন্দুনা লৈখি ॥৩২॥ অদুগী তুংদা খোইনা শাউরবা কৃতবর্ম্মানা খোম্নবা তেল অহুম্না ভীমদা কল্লা থাগা অদুদগী তেন্তনা নোং চুবগুম হৈথরক্লুনা ভীমবু খিংহুনা থমখি ॥৩৩॥ শাউরবা কৃপাচার্য্যনা ধৃষ্টদ্যুম্ন অদুগা শকুনিনা দ্রৌপদীগী মচাশিংদা তেন্না নোং চুবগুম্ হৈথরকই অশ্বত্থামানা নকুল সহদেব অনী তম্না হোচিল্লকই ॥৩৪॥ লাম্মী অখোইবা, তেজ কল্লবা,

কৃতপ্রতিকৃতং দৃষ্ট্বা শল্যো বিস্মিতমানসঃ। গদামাশ্রিত্য ধীরাত্মা প্রত্যমিত্রমবৈক্ষত ॥৫৫॥
ততঃ সুমনসঃ পার্থা ভীমসেনমপূজয়ন্। তদ্দৃষ্ট্বা কর্ম্ম সংগ্রামে ঘোরমপ্রতিকর্ম্মণঃ ॥৫৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে নবমোঽধ্যায়ঃ। *

———:-•-:———

তুরুবহুগী অরায় অথুম্ ওইনা চপ চানা ভামনা ফুথরকপহু উবদা য়াম্ন ঙক্না মাগী গদা অহূ পায়থৎতুনা শল্য অসি ভীমদা শংত্রক শংনা য়েংহুনা লৈ ॥৫৫॥ থৌদোক্ অসি উবদা পাণ্ডব লাম্নীশিংনা অরুব থবক্পু ঈমার লায়না তৌওম্বা ভীমগী অকিবগী মশক কংলবা থবক অহূ উবদা নুংঙাইমনগ্রহুনা ভীমবু হয়্না হয়্না থাগৎখি ॥৫৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মতাংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী মাপলম্বা অধ্যায় লোইরে ॥+॥

——:-•-:——

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্যগা যুধিষ্ঠিরগা থেংনবা লাল)

## দশমোঽধ্যায়ঃ।

তরাশুবা অধ্যায়

—:-•-:—

### সঞ্জয় উবাচ।

পতিতং প্রেক্ষ্য যন্তারং শল্যঃ সর্ব্বায়সীং গদাম্। আদায় তরসা রাজংস্তস্থৌ গিরিরিবাচলঃ ॥১॥
তং দীপ্তমিব কালাগ্নিং পাশহস্তমিবান্তকম্। সশৃঙ্গমিব কৈলাসং সবজ্রমিব বাসবম্ ॥২

সঞ্জয়না হায় :— মহারাজ। মহাক্কী সারথিনা তুখিবসি হেক্ উবদা শল্য অসি মৈ হৌনা শাউখিহুনা মখুম গদা অম পায়থৎহুনা খোঙকম লেপ্পদনা চপ হেক্ লেপ্লি ॥১॥ মতম অসিদা ভীমসেনসি যাগী চাউবদা, অকিবগী মশক্ ওইরবা গদা অহূ থুহম চেৎনা পায়রহুনা, বৈরিকংনা চাম্না প্রলয়গী মৈগী মতৌওম্না, শঙ্গ থোগী তৈহুপ পায়বা যমরাজগী মতৌওম্না, চীঙবোল

উভয়োঃ সেনয়োর্বীরাস্তদা হাহাকৃতোঽভবৎ। ক্ষণং মর্ম্মণ্যভিহতাবুভাবাস্তাং সুবিহ্বলৌ ॥২৪॥
ততঃ স্বরথমারোপ্য মদ্রাণামৃষভং বলী। অপোবাহ কৃপঃ শল্যং তূর্ণমায়োধনাদথ ॥২৫॥
ক্লীব বদ্বিহ্বলত্বাত্তু নিমেষাৎ পুনরুত্থিতঃ। ভীমসেনো গদাপাণিঃ সমাহ্বয়ত মদ্রপম্ ॥২৬॥
ততস্তু তাবকাঃ শূরা নানাশস্ত্রসমাবৃতাঃ। নানাবাদিত্রশব্দেন পাণ্ডুসেনামযোধয়ন্ ॥২৭॥
ভুজাবুচ্ছ্রিত্য শস্ত্রঞ্চ শব্দেন মহতা ততঃ। অভ্যদ্রবন্ মহারাজ। দুর্য্যোধনপুরোগমাঃ ॥২৮॥
তদনীকমভিপ্রেক্ষ্য ততস্তে পাণ্ডুনন্দনাঃ। প্রযযুঃ সিংহনাদেন দুর্য্যোধনপুরোগমান্ ॥২৯॥
তেষামাপততাং তূর্ণং পুত্রস্তে ভরতর্ষভ।। প্রাসেন চেকিতানং বৈ বিব্যাধ হৃদয়ে ভৃশম্ ॥৩০॥
স পপাত রথোপস্থে তব পুত্রেণ তাড়িতঃ। রুধিরৌঘপরিক্লিন্নঃ প্রবিশ্য বিপুলং তমঃ ॥৩১॥
চেকিতানং হতং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবানাং মহারথাঃ। অসক্তমভ্যবর্ষন্ত শরবর্ষাণি ভাগশঃ ॥৩২॥
তাবকানামনীকেষু পাণ্ডবা জিতকাশিনঃ। ব্যচরন্ত মহারাজ। প্রেক্ষণীয়াঃ সমন্ততঃ ॥৩৩॥

---

অমগমগ ফুনবদা খোইদোক্না শোক্লখিহনা চোক্থনখিহনা মখোয় অনীমক চপ ম'ম্না মতম অমতদা ইন্দ্রগী কিরাম্না তেকতুমা তারকপগুম্ লৈমায়থক্ত তুথনখি ॥২৩॥ মতম অদুদা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমক্কী লান্মীশিংনা হাহাকার লাউনখি। অকনবা ভীম শল্য অনীমক মাগী মাগী থজিন্দা কয়া কয়া থানখিবদুদা ওহাক্তং তে'কম থওদনা লৈনখি ॥২৪॥ অদুগী তুংদা কল্লবা কৃপাচার্য্যনা মদ্ররাজ শল্যবু মাগী রথদা হুপকংদুনা লৈদোক্খি ॥২৫॥ অসোমদা ভীম অসি মীকুপ অমগী মতুংদা অদুন তারক্লবা ফুক হৌগৎদুনা; মরাবক ররা শামুবা খোওবগুম্না খোঙ্জল হৌনা শল্যবু ওাইথো চেনগদু খেমথিাস হায়না শী'নদুনা লাউরকই ॥২৬॥ অদুগী তুংদা কৌরবলান্মী'শংন' খুৎলায় মথল মথল পাখৎদুনা, পুং শেললানচিংবগী মখোলগা লোয়ননা পাণ্ডব লান্মীশি'গা অমুক কয়া থেংনখি ॥২৭॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা দুর্য্যোধননাচিংবা কৌরবকী অকনবাশি'না মাগী মাগী খুৎলায় পায়খৎ থাংগৎনদুনা পাণ্ডবলান্মীশিং ভয়া কুজিন্নরকই ॥২৮॥ অদুদগী পাণ্ডবলান্মীশিংসু কৌরবলান্মীশি'না চত্তাশন্নকপদু উবদা সিংহনাদ লাউ লাউদুনা দুর্য্যোধনন-চিংবা অকনবা লান্মীশিং অদু ভয়া চেনশিন্নরকই ॥২৯॥ ভরতশাগৈগী অখোইবা! মখোয়না অসুম্না মপা মপা য়ে'দুনা ফুজিন্নরকপ মতমদা মহারাজগী অকনবা নচাইবুঙো দুর্য্যোধননা তা অমনা চেকিতানগী থজিন্দা কয়া থিনখি ॥৩০॥

মহারাজ! মহারাজগী নচাইবুঙোনা কয়া থারকপদা চেকিতান অসি মথাদু ঈহং নাইহং শাদুনা শূক ময়বা মকথদা, চত্তশনখিদুনা মাগী মথক্তা তক্লরে ॥৩১॥ চেকিতানন তুথিবদি উবদা লান্মীশিংনা মপৈ মপৈ লেপ্তুনা কৌরব লান্মীশিংগী মথক্তা তেন্না নোংচুপকুম ঠৈথ-রকলে ॥৩২॥ মহারাজ! লান উমথিন্নকপতনা মায়খোং মকা মায়বা য়েংবদা কল্লবা

কৃপশ্চ কৃতবর্ম্মা চ সৌবলশ্চ মহাবলঃ। অযোধয়ন্ ধর্ম্মরাজং মদ্ররাজপুরস্কৃতাঃ ॥৩৪॥

ভারদ্বাজস্য হন্তারং ভূরিবীর্য্যপরাক্রমম্। দুর্য্যোধনো মহারাজ! ধৃষ্টদ্যুম্নমযোধয়ৎ ॥৩৫॥

ত্রিসাহস্রা রথা রাজংস্তব পুত্রেণ চোদিতা। অযোধয়ন্ত বিজয়ং দ্রোণপুত্রপুরস্কৃতাঃ ॥৩৬॥

বিজয়ে ধৃতসঙ্কল্পাঃ সমভিত্যক্তজীবিতাঃ। প্রাবিশংস্তাবকা রাজন্। হংসা ইব মহৎ সরঃ ॥৩৭॥

ততো যুদ্ধমভূদ্ঘোরং পরস্পরবধৈষিণাম্। অন্যোন্যবধসংযুক্তমন্যোন্যপ্রীতিবর্দ্ধনম্ ॥৩৮॥

তস্মিন্ প্রবৃত্তে সংগ্রামে রাজন্। বীরবরক্ষয়ে। অনিলেনেরিতঃ ঘোরমুত্তস্থৌ পার্থিবং রজঃ ॥৩৯॥

শ্রবণান্নামধেয়ানাং পাণ্ডবানাঞ্চ কীর্ত্তনাৎ। পরস্পরং বিজানীমো যে চাযুধ্যন্নভীতবৎ ॥৪০॥

তদ্রজঃ পুরুষব্যাঘ্র। শোণিতেন প্রশামিতম্, দিশশ্চ বিমলা রাজংস্তস্মিংস্তমসি শামিতে ॥৪১॥

তথা প্রবৃত্তে সংগ্রামে ভীমরূপে ভয়ানকে। তাবকানাং পরেষাঞ্চ নাসীৎ কশ্চিৎ পরাঙ্মুখঃ ॥৪২॥

ব্রহ্মলোকপরা ভূত্বা প্রার্থয়ন্তো জয়ং যুধি। সুযুদ্ধেন পরাক্রান্তা নরাঃ স্বর্গমভীপ্সবঃ ॥৪৩॥

---

পাণ্ডবশিংনা মকম খুদং পুনয়োয়ৌনা কৌরব লাম্মী মবক্ত কোয়চৎ চৎলকই ॥৩৩॥ মতম অসিদা কৃপাচার্য্য, কৃতবর্ম্ম অদুগা খোইনা কল্লবা শকুনি মথোয় অসিনা শল্যনা মাঙ থারহুনা যুধিষ্ঠীরগা কন্না খেংনবা হৌরে ॥৩৪॥ মহারাজ ! অমরোমদা দুর্য্যোধনবা খোইদোক্ল মপাজল কল্লবা মতীক মঙণ চাউরবা ধৃষ্টদ্যুম্নগা কন্না খেংনরি ॥৩৫॥ মহারাজ ! মহারাজগী নজাঙ্গীবুঙো দুর্য্যোধনগী য়াথং মতুংইন্না রথীলাশং অহুম্না অশ্বত্থমানা মাঙ থারহুনা কন্না শোক্ল থৎলি ॥৩৬॥ নিংথৌ ! কৌরব তেংজালগী লাম্মী খুদংমক্লা জয় ওইথগনি হায়বগী আশাদা থবাই হকচাং অনীমকী পুংশবা পৃম্বা থাদোকুনা কাংজশিংনা পাক চাউরবা পাৎ অমরোমদা পাইথবিবগুম অর্জ্জুনগী লাম্মী মরক্ত হোচিনখ্রে ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা অমনা অমবু জয় তৌনিংবা হাৎনিংবনা কন্না খেংনরকপদুদা অকিবগী মশক্ ওইরবা লাঙ্গাও অম থোকখ্রে। মাদুদা পক্ষ অনীমকী লাম্মীশিং মশীং লাকওমদনা শিখি ॥৩৮॥ মহারাজ ! মক্ল মক্ল ওইবা লাম্মীশিংনা শিনয়রুব অদুগুম্বা লাঙ্গাও লালকম্ অদুদা পুংশিৎ নোংনৈবা পৃথৎ হুমগৎলকপা উফুল মপৈ মপৈনা নোংমদোম্ পক্লঃ হাইগৎলকই ॥৩৯॥ মহারাজ ! মতম অদুদা লাম্মী পুয়মক্ অসি অকি অথংবা কৰিমত লৈতনা, শিব হায়বত্রু করিমত থৌশাদনা শোক্লখি। লাম্মী খুদিংমক্ ঐ পাণ্ডব পক্ষগীনী, ঐ কৌরবকী মীনী অণ্ডুম্না হায়নহুনা, ম্যমংমথা হায়নহুনা থঙনখি। নত্রবদি মীচঙনি মীচঙনত্তে হায়রবা কারমত থঙনবিদ্রে ॥৪০॥ দিপা অথোইবা মহারাজ ! হাইগৎকললিবা উফুল মপৈ মপৈ অদু ঈগী ঈচেল অমুকমুক চেঙ্হরকপদা থমুৎ মুৎলি ॥৪১॥ ওহাক্তদা অমম্বা পৃম্বা কোকথ্রে, নোংমদোণ মথোয় অসি পুমথোং শেংথ্রে পুমতাল তানথ্রে ॥৪২॥ মরিল মথোনা লৈবরা মী অমাম্বা

ভর্ত্তৃপিণ্ডবিমোক্ষার্থং মিত্রকার্য্যবিনিশ্চিতাঃ । স্বর্গসংসক্তমনসো যোধা যুযুধিরে তদা ॥৪৩॥
নানারূপাণি শস্ত্রাণি বিসৃজন্তো মহারথাঃ । অন্যোন্যমভিগর্জন্তঃ প্রহরন্তঃ পরস্পরম্ ॥৪৪॥

(যুগ্মকম্)

হত বিধ্যত গৃহ্নীত প্রহরধ্বং নিকৃন্তত । ইতি স্ম বাচঃ শ্রূয়ন্তে তব তেষাঞ্চ বৈ বলে ॥৪৬॥
ততঃ শল্যো মহারাজ ! ধর্ম্মরাজং যুধিষ্ঠিরম্ । বিব্যাধ নিশিতৈর্বাণৈর্হন্তুকামো মহারথম্ ॥৪৭॥
তস্য পার্থো মহারাজ ! নারাচান্ বৈ চতুর্দ্দশ । মর্ম্মাণ্যুদ্দিশ্য মর্ম্মজ্ঞো নিচখান হসন্নিব ॥৪৮॥
আবার্য্য পাণ্ডবং বাণৈর্হন্তুকামো মহাযশাঃ । বিব্যাধ সমরে ক্রুদ্ধো বহুভিঃ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥৪৯॥
অথ ভূয়ো মহারাজ ! শরেণানতপর্ব্বণা । যুধিষ্ঠিরং সমাজঘ্নে সর্বসৈন্যস্য পশ্যতঃ ॥৫০॥
ধর্ম্মরাজোঽপি সংক্রুদ্ধো মদ্ররাজং মহাযশাঃ । বিব্যাধ নিশিতৈর্বাণৈঃ কঙ্কবর্হিণবাজিতৈঃ ॥৫১॥
চন্দ্রসেনঞ্চ সপ্তত্যা সূতঞ্চ নবভিঃ শরৈঃ । দ্রুমসেনং চতুঃষষ্ট্যা নিজঘান মহারথঃ ॥৫২॥
চক্ররক্ষে হতে শল্যঃ পাণ্ডবেন মহাত্মনা । নিজঘান ততো রাজন্ ! চেদীন্ বৈ পঞ্চবিংশতিম্ ॥৫৩॥
সাত্যকিং পঞ্চবিংশত্যা ভীমসেনঞ্চ সপ্তভিঃ । মাদ্রীপুত্রৌ শতেনাজৌ বিব্যাধ নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৫৪॥

---

স্বর্গদা, ব্রহ্মলোকত কানীং য়োনিংবনা শিবকিদনা কাম্বেংনবা চৌখি ॥৪৩॥ লাম্মীশিং অয়াম্বনা লিংথোগী অমদি মৰুঙোগী মকমদা তোন্দব কমন শিংনবগীদমক রথলদা মহারথী অয়াম্বন মক্লপকীদমক মথ্যাই পীথোকলমগে চায়বগী রাংন্দা অঙ্গা খরনা স্বর্গকংনিংবন অমগমগ খুংথেংনবা খুংলায় মথল মথম্ম ফুনগুনরকলে, থাংনাথম্মরকলে ॥৪৪-৪৫॥ কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনী মকী লাম্মীশিংগী মনুংদা "হাংলু থিল্লু ! কাও, হাংলু" হায়বা খোঞ্জেল অাসিমত মত্তাংগ্রে ॥৪৬॥ মহারাজ ! অতুগী খুংদা মহারথী ওইরবা সেনাপতি শল্যনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠীরবু মকাংলগে হায়না খন্দুনা থোরবা তেল মপৈ অমনা যুধিষ্ঠীরদা কপ্প থাজিনখি ॥৪৭॥ মহারাজ ! তেলনা থাকম্ মকমগী তত্ত্ব পুম্বাখঙলবা যুধিষ্ঠিরনা নোক্না নোক্না থোরবা য়েত্তুম মচীনশাব তেল তরা মরিথক শল্যগী থজীনতম্না মপা চুম্না কাপশিল্লকই ॥৪৮॥ মতম অতুদা মিংচৎ চাউরবা শল্যনা থোইদোক্না শাউথিন্থনা তেম্বনা যুধষ্টিরবু খিংম্ননা থম্নগা মাবু মহাৎলগে খন্দুনা অতৈ অথম তৈলত্তনা কাপশিল্লকই ॥৪৯॥ অতুগী তুংদা অমুক শল্যনা মচীন তুম্নবা থোরবা তেল অমনা লাম্মী পুম্নমকী মাঙদা যুধিষ্টিরদা শখিনা থাখি ॥৫০॥ অতুদগী মিংচৎ চাউবনা যুধিঠীরম্ম থোইদোক্ন শাউথিন্থনা লাংজা রাচোং মতুনা তেম্না তেপৈ পানবা থোরবা তেল মপৈ অমনা শল্যদা কপ্প থাখি ॥৫১॥ অতুদগী অমুক মহারথী যুধিঠীরনা তেল হুন্দতরানা চন্দ্রসেনদা, মাপল মাগী সারথিদা অঙ্গা হুন্দ মরিনা দ্রুমসেনদা থাখি ॥৫২॥ মহারাজ ! মহাত্মা ওইরবা যুধিঠীরনা শল্যগী রথচক্র শেন্নরিবশিংদু লোইনা হাৎপ্রবদা শল্যনসু চেদিদেশগী অকনবা মরিচেৎপা লাম্মী কুম্নগা হাৎখি ॥৫৩॥ অতুদগী শল্যনা থোরবা তেল কুন্মঙানা সত্যকিদ, তরেৎনা ভীমদা, থোরবা তেল চ ম অমনা

এবং বিচরতস্তস্য সংগ্রামে রাজসত্তম। । সংপ্রৈরয়চ্ছিতান্ পার্থঃ শরানাশীবিষোপমান্ ।৫৫।
ধ্বজাগ্রঞ্চাস্য সমরে কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ। প্রমুখে বর্ত্তমানস্য ভল্লেনাপাহরদ্রথাৎ ।৫৬।
পাণ্ডুপুত্রেণ বৈ তস্য কেতুং ছিন্নং মহাহবে। নিপতন্তমপশ্যাম গিরিশৃঙ্গমিবাহতম্ ।৫৭।
ধ্বজং নিপতিতং দৃষ্ট্বা পাণ্ডবঞ্চ ব্যবস্থিতম্। সংক্রুদ্ধো মদ্ররাজোঽভূচ্ছরবর্ষং মুমোচ হ ।৫৮।
শল্যঃ সায়কবর্ষেণ পর্জ্জন্য ইব বৃষ্টিমান্। অভ্যবর্ষদমেয়াত্মা ক্ষত্রিয়ান্ ক্ষত্রিয়র্ষভঃ ।৫৯।
সাত্যকিং ভীমসেনঞ্চ মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ। একৈকং পঞ্চভির্বিদ্ধা যুধিষ্ঠিরমপীড়য়ৎ ।৬০।
ততো বাণময়ং জালং বিততং পাণ্ডবোরসি। অপশ্যাম মহারাজ। মেঘজালমিবোদ্গতম্ ।৬১।
তস্য শল্যো রণে ক্রুদ্ধো বাণৈঃ সন্নতপর্ব্বভিঃ। দিশঃ প্রচ্ছাদয়ামাস প্রদিশশ্চ মহারথঃ ।৬২।
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা বাণজালেন পীড়িতঃ। বভূব হৃতবিক্রান্তো জম্ভো বৃত্রহণা যথা ।৬৩।

ইতি মহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে শল্যযুধিষ্ঠিরযুদ্ধে দশমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

———:*:———

নকুলসহদেবদা কন্না থাখি ॥৫৪॥ নিংথৌ অথোইবা। শল্যনা মন্ডৌ অসুম্না লালফম্দা কোয়চৎ চৎতুনা হাচ্চিক্রবদা যুধিষ্ঠিরনা লিলগুয়ঃ মহূসল্লবা, মথে শঙলবা তেল মপৈ অমনা শল্যদা থাখি ॥৫৫॥ অদুদগী অমুক কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠীরনা তামচীন শাব শংবা তেল অমনা শল্যগী কিরাল মতোল অদু ককথৎতুনা থাদখি ॥৫৬॥ লাণ্ড্রাও লালফম্ অদুদা যুধিষ্ঠীরগী তেম্না ককথবা কিরাল মতোল অদুনা, হজ্রনা ককথবা চীঙদোম্না কীস্থরকপগুম্, লৈমায়থক তেকথদুনা তারকপদু ঐখোয় থাইনা মঙেকলানা উৎখি ॥৫৭। মাগী কিরাল মতোম্না তারকপদু উবদা অদুগা যুধিষ্ঠীরনা মকম ঈরেং লেঙদনা লৈবদু উবদা শল্য অসি মৈহৌন্দা শাউখিদ্রনা অতৎ অথম লৈতনা তেম্না নোংচুবগুম্ যুধিষ্ঠীরদা হৈথরকলে ॥৫৮। হায়নীঙাই লৈতনা কল্লবা, ক্ষত্রিয় অথোইবা শল্যনা নোং মরী মরীদু অতৎ অথম লৈতনা চুথরকপা নোং মতুম্ অমগী মতোঙম্না পাণ্ডব পক্ষগী ক্ষত্রিয় লাম্নীশিংগী মথক্তা তেলগী নোং মরী মরী হৈথরকলে ॥৫৯॥ অদুগী তুংদা মহাক্লা সাত্যকি, ভীমসেন, নকুল সহদেব মখোয়সিগী অমমমদা তেল মঙা মঙামা থাযগা যুধিষ্ঠিরদসু থৌর থৌরবা তেম্না শাথিনা চৈনা পীরকই ॥৬০॥ মহারাজ! ঐখোয়না লালফম্ অদুদা করি উথিবগে হায়রবু শল্যনা যুধিষ্ঠিরগী থবাক্তা তেলগী লাং অম থাক্তনা থমখি ॥৬১॥ অদুদগী শাউরবা শল্যনা থৌর থৌরবা তেল মপৈ মপৈনা মায়পৈ সনাই খঙদমথে যুধিষ্ঠীরগী অকোয়বদা তেল মপৈ মপৈ কাপশিল্লকই ॥৬২॥ অদুগী তুংদা ইন্দ্রনা জম্ভাসুরগী মপাঙল মখোনা লোথোকখিবদুগুম্না শল্যনা যুধিষ্ঠীরগী মপাঙল মখোনাবু মাঙহনখ্রে ॥৬৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতকী শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধকী মতাংদা শল্যযুধিষ্ঠিরযুদ্ধকী তরাগুবা অধ্যায় লোইরে । X॥

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্য হাৎপগী মতাংদা কন্নবা লাঙাও)

## একাদশোঽধ্যায়ঃ।

তরামাথোইশুবা অধ্যায়

—:•:—

সঞ্জয় উবাচ।

পীড়িতে ধর্ম্মরাজে তু মদ্ররাজেন মারিষ। সাত্যকির্ভীমসেনশ্চ মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ।
পরিবার্য্য রথৈঃ শল্যং পীড়য়ামাসুরাহবে ॥১॥
তমেকং বহুভির্দৃষ্ট্বা পীড্যমানং মহারথৈঃ। সাধুবাদো মহান্ জজ্ঞে সিংহনাদাশ্চ প্রহর্ষিতাঃ।
আশ্চর্য্যমিত্যভাষন্ত মুনয়শ্চাপি সঙ্গতাঃ ॥২॥
ভীমসেনো রণে শল্যং শল্যভূতং পরাক্রমে। একেন বিদ্ধা বাণেন পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥৩॥
সাত্যকিশ্চ শতেনৈনং ধর্ম্মপুত্রপরীপ্সয়া। মদ্রেশ্বরমবাকীর্য্য সিংহনাদমথানদৎ ॥৪॥
নকুলঃ পঞ্চভিশ্চৈনং সহদেবশ্চ সপ্তভিঃ। বিদ্ধা তং তু ততস্তূর্ণং পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥৫॥
স তু শূরো রণে যত্তঃ পীড়িতস্তৈর্মহারথৈঃ। বিকৃষ্য কার্ম্মুকং ঘোরং বেগবদ্ভারসাধনম্ ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায় :— ঐকায় খুম্বগী মপক ওইরবা নিংথৌ। শল্যনা যুধিষ্ঠিরবু লাকচনা শাথিনা তৌরক্লবদা সাত্যকি, ভীমসেন, নকুল, সহদেবনসু মাগী মাগী রথবু শল্যগী অকোয়বদা থৌজিল্লক্লনা শল্যদা কন্না চৈনা পীরকলে ॥১॥ মরামবী ময়াম্না শল্য অমতগী মকমদা থাজিল্লকপা ফুজিল্লকপদু উবদা অদুগা শল্য মথক্তনা অহুক ময়াম্না মাপোক মায়ুনা পোক্লবদু উবদা লাম্না পুম্নমক্না শল্যবু হয়্না হয়্না থাগৎনখি। নোংমদোল্লা কুম্মৈ লৈংশিবা সিদ্ধ চারণ বিবিক্না ওন্থোক্ল পেরখি। লৈমায়বক্ত লৈবা সাধু মহাত্মা মুনিশিংনসু "ওহ্বাকপনি। অঙকপনি।" হায়না হয়্ হয়্না লাউনখি ॥২॥ অদুদগী ওহাক লৈরগা লাম্না অমদি মথোনা মপাঙ্গল্না শল্যগী মপক ওইরবা হায়বদি য়ুংছুনা লৈশ্রব, মোপা মৌচৈগী মপক ওইরবা শল্যদা ভীমসেনবা থোরবা তেল অমনা হায় কয় থারগা অতোপ্পা থোরবা তেল তরেৎ অমনা অমুক নোৎশিনখি ॥৩॥ সাত্যকিনসু যুধিষ্ঠিরবু কনগে হায়না থনখিয়ুনা তেল চামনা শল্যদা থারগা সিংহনাদ কন্না লাউরকই ॥৪॥ অদুগা নকুলনা তেল মঙানা; সহদেবনা তেল তরেৎনা শল্যদা থারগা মথোয় অনীনা অমুক তেল তরেৎ তরেৎনা শল্যদা কয় কয়া থাখি ॥৫॥ ঐকায় খুম্বগী মপক ওইরবা নিংথৌ। মহারথী মথাম অহুনা তকৃশিন্নক্লবদু অয় তৌবিশনি হায়বগী আশাদা শল্যনা

সাত্যকিং পঞ্চবিংশত্যা শল্যো বিব্যাধ মারিষ। । ভীমসেনং ত্রিসপ্তত্যা নকুলং সপ্তভিস্তথা ॥৭॥
(যুগ্মকম্)

ততঃ সবিশিখং চাপং সহদেবস্য ধন্বিনঃ। ছিত্বা ভল্লেন সমরে বিব্যাধৈনং ত্রিসপ্তভিঃ ॥৮॥

সহদেবস্তু সমরে মাতুলং ভূরিবর্চ্চসম্। সজ্যমন্যদ্ধনুঃ কৃত্বা পঞ্চভিঃ সমতাড়য়ৎ।
শরৈরাশীবিষাকারৈর্জ্বলজ্জ্বলনসন্নিভৈঃ ॥৯॥

সারথিঞ্চাস্য সমরে শরেণানতপর্ব্বণা। বিব্যাধ ভৃশসংক্রুদ্ধস্তঞ্চ ভূয়স্ত্রিভিঃ শরৈঃ ॥১০॥

ভীমসেনস্তু সপ্তত্যা সাত্যকির্নবভিঃ শরৈঃ। ধর্ম্মরাজস্তথা ষষ্ট্যা গাত্রে শল্যং সমার্পয়ৎ ॥১১॥

ততঃ শল্যো মহারাজ। নির্ব্বিদ্ধস্তৈর্মহারথৈঃ। সুস্রাব রুধিরং গাত্রৈর্গৈরিকং পর্ব্বতো যথা ॥১২॥

তাংশ্চ সর্ব্বান্ মহেষ্বাসান্ পঞ্চভিঃ পঞ্চভিঃ শরৈঃ। বিব্যাধ তরসা রাজন্। তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥১৩॥

ততোঽপরেণ ভল্লেন ধর্ম্মপুত্রস্য মারিষ। । ধনুশ্চিচ্ছেদ সমরে সজ্যং স হি মহারথঃ ॥১৪॥

অথান্যদ্ধনুরাদায় ধর্ম্মপুত্রো মহারথঃ। সাশ্বসূতধ্বজরথং শল্যং প্রাচ্ছাদয়চ্ছরৈঃ ॥১৫॥

স চ্ছাদ্যমানঃ সমরে ধর্ম্মপুত্রস্য সায়কৈঃ। যুধিষ্ঠিরমথাবিধ্যদ্দশভির্নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥১৬॥

---

মাম্না চেকশিন্ন, তোঙমদব থবক্ত পাঙথোক্লনবা অকিবগী মশক ওইরবা মাগী লীরুং অহু নাকোং মরু কংনা কম্ন চিংহুনা তেল কুম্ঙানা সাত্যকিদা, হুম্ফু্তর হুমদোইনা ভীমদা, তরেৎনা নকুলদা থাখি ॥৬—৭॥ অদুগী তুংদা শল্যনা তামচীন শাবা, তা—মানবা তেল অমনা সহদেবগী লীরুং অহু ককথৎলগা তেল কুম্নাথোইনা অমুক কম্না থাখি ॥৮॥ অদুদগী সহদেবনু অতোপ্প লীরুং অম পায়থৎতুনা লীরী তংহাপ হাপকতুনা, মহুপুরবা লিলগী মশক ওইরবা, মৈরি কংনা চাক্লবা মৈগী মতৌঙুম্বা তেল মঙা ছৎলগা তেজ কল্লবা মাগী মামা শল্যদা কম্না থাখি ॥৯॥ অদুদগী খোইদোক্ল শাউরবা সহদেবনা খোঞ্রবা তেম্না তেমৈ শৃৎ নানবা তেল অমনা শল্যগী সারথিদা অদুগা অহুম অমনা অমুক শল্যদা থাখি ॥১০॥ অদুগী তুংদা ভীমনা তেল হুম্ফু্তরা, সাত্যকিনা মাপল, যুধিষ্ঠিরনা হুম্ফু্ ছৎতুনা শল্যগী মশাদা কম্না কম্না থাজিনখি ॥১১॥ মহারাজ মহারথী ময়াম্না থাজিল্লকপহুদা শল্য অসি চীঙজাওনা ঙাওলবা চীংলৈবাক অমদি থাতুগী মহী শিন্থরকতুনা মশাপুম্বা পুমচোৎ চোৎপঙম ঈনা মশাহু পুমটৈ তৈংথ্রে ॥১২॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা শল্যন্থ তেল মঙা মঙানা মহারথীশিং অদুগী অমমমদা কম্না কম্না থাখি মাহুম অঙকপা খোদোক অম ওইনা উমখি ॥১৩॥ ঈকায়থুমবগী মশক ওইরবা নিংথৌ ! মহারথী সেনাপতি শল্যনা তা মচীন শাবা তেল অমনা যুধিষ্ঠিরগী লীরুং অহু ককথৎখি ॥১৪॥ মহারথী নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনমু কিরাল, শগোল, সারথি, রথগা লোয়ননা শল্যগী মশাপুম তেম্না পুমকুপ কুপহনখি ॥১৫॥ অদুঙবা অবস্থা য়ৌরহুকাওবদা থোরবা তেল তমানা শল্যনা যুধিষ্ঠিরদা

সাত্যকিস্তু ততঃ ক্রুদ্ধো ধর্মপুত্রে শরার্দ্দিতে মদ্রাণামধিপং শূরং শরৌঘৈঃ সমবারয়ৎ ।১৭।
স সাত্যকেঃ প্রচিচ্ছেদ ক্ষুরপ্রেণ মহদ্ধনুঃ । ভীমসেনমুখাংস্তাংশ্চ ত্রিভিস্ত্রিভিরতাড়য়ৎ ।১৮।
তস্য ক্রুদ্ধো মহারাজ । সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ । তোমরং প্রেষয়ামাস স্বর্ণদণ্ডং মহাধনম্ ।১৯।
ভীমসেনোঽথ নারাচং জলন্তমিব পন্নগম্ । নকুলঃ সমরে শক্তিং সহদেবো গদাং শুভাম্ ।
ধর্মরাজঃ শতঘ্নীন্তু জিঘাংসুঃ শল্যমাহবে ।২০।
তানাপতত এবাশু পঞ্চানাং বৈ ভুজচ্যুতান্ । বারয়ামাস সমরে শস্ত্রসংঘান্ স মদ্ররাট্ ।২১।
সাত্যকিপ্রহিতং শল্যো ভল্লৈশ্চিচ্ছেদ তোমরম্ । ভীমেন প্রহিতঞ্চাপি শরং কনকভূষণম্ ।
দ্বিধা চিচ্ছেদ সমরে কৃতহস্তঃ প্রতাপবান্ ।২২।
নকুলপ্রেষিতাং শক্তিং হেমদণ্ডাং ভয়াবহাম্ । গদাঞ্চ সহদেবেন শরৌঘৈঃ সমবারয়ৎ ।২৩।
শরাভ্যাঞ্চ শতঘ্নীং তাং রাজ্ঞশ্চিচ্ছেদ ভারত । । পশ্যতাং পাণ্ডুপুত্রাণাং সিংহনাদং ননাদ চ ।
ন মৃষ্যতে শৈনেয়ঃ শত্রোর্বিজয়মাহবে ।২৪।
অথান্যদ্ধনুরাদায় সাত্যকিঃ ক্রোধমূর্চ্ছিতঃ । দ্বাভ্যাং মদ্রেশ্বরং বিদ্ধা সারথিঞ্চ ত্রিভিঃ শরৈঃ ।২৫।

কম্ম থাখি ॥১৬॥ যুধিষ্ঠির অসি শল্যগী তেম্মা মামা শাথনা চৈনা কংবছু উবদা থোইদোক্ন শাউরবা সাত্যকিনা শল্যগী মাযেক য়াম্বনা মতোম্দা কম্মা চৈনা পীরকই ॥১৭॥ মতম অদুদা শল্যনা ক্ষুরমচীন শাবা তেল অমনা সাত্যকিগী লীক কক্থৎখি । অদুদগী তেল অহুম অহুম্মা ভীমনচিংবা পাণ্ডবপক্ষগী অকনবশিংদা তেল অহুম অহুম্মা শাথিনা থাখ ॥১৮॥ মহারাজ । মাক্সা য়াম্বদনা থাক্সেংশেংনা কল্লবা থৌরবা সাত্যকিনা থোইদোক্ন শাউরিহুনা সনানা মখোক পানবা, মমল য়াম্লবা য়েচ্চক মানবা তেল অমনা শল্য তয়া কাপশিল্লকই ॥১৯॥ অদুগী মতুংদা শল্যবু মহাংকলগে হায়না থন্দুনা ভীমসেননা লিলগা মাম্না মতুপুরনা, লংলবা যেক্তুম মচীনশাবা তেল অম, নকুলনা তা অম, সহদেবনা গদা অম অদুগা যুধিষ্ঠীরনা অমুক্তগী চাম থনব হংপা ভম্বা তা অম শল্যদা থাপশিল লংশিল্লকই ॥২০॥ সাত্যকিনচিংবা অকনবা মতাগী লীক্লংদগী থোবকপা থুলাইশিং অদুনা পাইশিল্লক্লবদা শল্যনা অদু থুদক্ত ভাক্থোকখি ॥২১॥ মখুৎ থুরবা, লোয়রবা শল্যনা তা মচীন শাবা তেল অমনা সাত্যকীনা লংশিল্লকপা খুৎলম্ম অদুবু কক্থৎলগা ভীমনা লংশিল্লকপা নারাচ অদুনস্তু মদুপ অনীথোক্ন কক্থদুনা থাদখি ॥২২॥ অদুদগী মহাক্না তেল মপৈ অমনা নকুলনা লংলকপা সনানা মখোক পানবা, অকিবগী মশক ওইরবা তা অদুবু অদুগা সহদেবগী গদা অদুবুসু ভাক্থোকখি ॥২৩॥ ভরতনন্দন । মহারাজ । শল্যনা তেল অমনা যুধিষ্ঠীরগী তা অদুবু কক্থৎখি । অদুগা পাণ্ডবশিং মযাঙমক্তদা সিংহনাদ শম্না লাউখি । সাত্যকিনা মাহুবু মোংহুনা খাণ্ডহুনা লৈব ভম্মকত্রে ॥২৪॥ শাউবনা থৈ হৌরবা

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্য পর্ব্বদা অশ্বত্থামাগা অর্জ্জুনগা থেংনবা মতাং)

## দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ।

### তরানিথোইশুবা অধ্যায়

সঞ্জয় উবাচ।

অর্জ্জুনো দ্রৌণিনা বিদ্ধো যুদ্ধে বহুভিরাশুগৈঃ। তস্য চানুচরৈঃ শূরৈস্ত্রিগর্ত্তানাং মহারথৈঃ।
দ্রৌণিং বিব্যাধ সমরে ত্রিভিরেব শিলামুখৈঃ ॥১॥

তথেতরান্ মহেষ্বাসান্ দ্বাভ্যাং দ্বাভ্যাং ধনঞ্জয়ঃ। ভূয়শ্চৈব মহাবাহুঃ শরবর্ষৈরবাকিরৎ ॥২॥

শরকণ্টাকিতাস্তে তু তাবকা ভরতর্ষভ।। ন জহুঃ সমরে পার্থং বধ্যমানাঃ শিতৈঃ শরৈঃ ॥৩॥

তেঽর্জ্জুনং শরবর্ষেণ দ্রোণপুত্রপুরোগমাঃ। অযোধয়ন্ত সমরে পরিবার্য্য মহারথম্ ॥৪॥

তৈস্তু ক্ষিপ্তাঃ শরা রাজন্! কার্ত্তস্বরবিভূষিতাঃ অর্জ্জুনস্য রথোপস্থং পুরয়ামাসুরঞ্জসা ॥৫॥

তথা কৃষ্ণৌ মহেষ্বাসাবৃষভৌ সর্বধন্বিনাম্। বিবাধুশ্চ শরৈর্ঘোরৈঃ প্রহৃষ্টা যুদ্ধদুর্ম্মদাঃ ॥৬॥

কূবরং রথচক্রাণি যুগঞ্চৈবানুকর্ষকম্।। বাহনানি ধ্বজশ্চৈব শতভূতমভূত্তদা ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ মহারাজ। আসোমদা অশ্বথামানা অদুগা মহাক্তী থোংবী লাস্মীপুম্নমক্তা ত্রিগর্ত্তদেশকী অকনবা লাস্মীশিংগা লোয়নননা অর্জ্জুনদা থাজনবা হেনক্রাদা অর্জ্জুনসু তৌরবা তেন অহুম্না আশ্বথামাদা থাখি ॥১॥ অদুদগী অর্জ্জুননা তেলআনি অনীনা অতোপ অতোপ্প মহারথীশিংদা মীপুম্নবৈনা থাখি। অদুদগী কল্লবা অর্জ্জুননা মহারথী শিংগী মশাদু তেন্জনা পুম্ন্রোমশিলহনখি ॥২॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ। অর্জ্জুনগী তেলমজুনা মশাপুম্বা তিংখংশুম্ যুংযুংহনা লৈপ্রবসু অদুগা শাথিনা চৈনা ফংদবসু মহারাজগী কৌরবলাস্মীশিংনা অর্জ্জুনবু থাদোক্‌পা মরৈথিজ্রে ॥৩॥ মখোয়না অশ্বত্থামানা মাঙথাহনা অর্জ্জুনগা লীডহমদনা লোক্রখি ॥৪॥ মহারাজ। মখোয়গী সনাহৎলবা তেলময়াম অদুনা মপেমপে পাইশিল্লকুনা অর্জ্জুনগী রথমথুংহ তেম্না পুম্থল থনখ্রে ॥৫॥ লান্দ হন্দ্রবা, মথাই ঊনুংত সুংঙাইরবা লাস্মীশিং অদুনা আকবগী থনক কংলবা তেলশিংনা মহাধনুর্দ্ধারী কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক্ত শাথিনা থাব হৌরকলে ॥৬॥ অদুদগীদি অর্জ্জুনগী রথগী অথাঙ্গী, চাকা, চাকলেন, জুরান সগোল কিয়াল পুম্নক অসি তেন্জনা শাবক্তম উবে ॥৭॥ মহারাজ। মহারাজগী কৌরবলাস্মীশিংনা হন্দক্ অর্জ্জুনগী ওইহনক্লিবা দথা

নৈতাদৃশং দৃষ্টপূর্বং রাজন। নৈবাপি চ শ্রুতম্। যাদৃশং তত্র পার্থস্য তাবকাঃ সংপ্রচক্রিরে ॥৮॥
স রথঃ সর্ব্বতো ভাতি চিত্রপুঙ্খৈঃ শিতৈঃ শরৈঃ। উল্কাশতৈঃ সম্প্রদিপ্তং বিমানমিব ভূতলে ॥৯॥
ততোঽর্জ্জুনো মহারাজ। শরৈঃ সন্নতপর্বভিঃ। অন্যাকিরত্তাং পৃতনাং মেঘো বৃষ্ট্যা যথাচলম্ ॥১০॥
ততোঽর্জ্জুনো মহারাজ। শরৈঃ সন্নতপর্বভিঃ। পার্থভুতমমন্তত প্রেক্ষমাণাস্তথাবিধম্ ॥১১॥
ততোঽর্জ্জুনশরজ্বালো ধনুঃশব্দানিলো মহান্। সেনেন্ধনং দদাহাশু তাবকং পার্থপাবকঃ ॥১২॥
চক্রাণাং পততাঞ্চাপি যুগানাঞ্চ ধরাতলে। তূণীরাণাং পতাকানাং ধ্বজানাঞ্চ রথৈঃ সহ ॥১৩॥
ঈষাণামনুকর্ষণাং ত্রিবেণূনাঞ্চ ভারত। অক্ষাণামথ যোক্ত্রাণাং প্রতোদানাঞ্চ সর্বশঃ ॥১৪॥
শিরসাং পততাঞ্চৈব কুণ্ডলোষ্ণীষধারিণাম্ ভুজানাঞ্চ মহারাজ। স্কন্ধানাঞ্চ সহস্রশঃ ॥১৫॥
ছত্রাণাং ব্যজনৈঃ সার্দ্ধং মুকুটানাঞ্চ রাশয়ঃ। সমদৃশ্যন্ত পার্থস্য রথমার্গেষু ভারত ॥১৬॥

(কলাপকম্)

ততঃ ক্রুদ্ধস্য পার্থস্য রথমার্গে বিশাংপতে!। অগম্যরূপা পৃথিবী মাংসশোণিতকর্দ্দমা ॥১৭॥

অসিদি ঐখোয় মমাঙৈদাখক্ উখিতাখিদ্রি ॥৮॥ মৈছমচামচাম লিশিং লিশিংগী মঙান্না পূমঙাল ঙাল্লবা, লৈমায়থক্ত তাযক্লবা বিমান অমগী মতৌগুমা অর্জ্জুনগী রথ অদু সনানা তঙ্গপত্তয়েং ঙাল্লবা তেলশিংগী মরক অদুদা থোইদোক্লবু মীওখিজখি ॥৯॥ মহারাজ! অদুগীতুংদা নোংম-মক্লীমক্লীনা চীঙজাও চীঙমায়দা কুজিনবা অদুগুম অর্জ্জুননা থৌরথৌরবা তেন্না থৌরবলাম্মীশিং অদুদা থাক্তিনখি ॥১০॥ অর্জ্জুনগী মমিংইব য়েকপা তেল মচনা মাইগৈপূম্ব পূমচাইচাইহনা পাই থোরক্লা, তেলশিং অদুনা থারক হাংলকপ মতমসিদা কৌরবলাম্মী পূমমক্লা লাকচম মপূম অদুমা অর্জ্জুন মতুঙইনা উখে। মী খুদিংমক, অমনা অমবু অর্জ্জুনমক্তি হায়নাউনখ্রে ॥১১॥ মহাকী তেলশিং অদুনা মৈমিকংনা চাক্লবা মৈ ওইখ্রে, মাগী মীরী থাঙবগী অমদি লীকংগীশত্তম শব্দ অদুমনা নুংশিং ওইদুনা মৈঅদুবু মৈমিথোকনা অমুকহেন্না চাকহনখ্রবা, অদুগুম্বা নুংশিংকাদোয়নবা মৈগী মশকওইবা অর্জ্জুমনা কৌরবলাম্মীমপৈগী নশকওইরবা মকংকানা কংলবা মাপী লীংবী অমাং ওকংবা লীঙগী মপেতহুবু ত্তুং ত্তুং ওহুনা চাকহেনপা হৌরকলে ॥১২॥ ভরতনন্দন মহারাজ! অমুক কুমি উনবিবগে হায়রবু অর্জ্জুনগী রথনা লাক্লিলাকলিব লম্বী অদুগী কাঙপ্তা রথগীচাকা, থোরা, মুঙা, চাককেল লীক্লং তেপ্নোং, ফিমাল, জুরান, রথগী মমায় লৈনবা হাপলিবা য়োং, চাকাগী মশা, চাকা অনী লাকশিন্নবা থোরাগী মরায়দা হাপলিবা মুরলী, পোপ্পু, শাজৈ, কুণ্ড-লনাইন, কোয়েৎ লুহুপনা কৈতোংলবা কোক পাখোম লিশিং লিশিং খুকউ কৈগল মতেকৃমতা, কাওহাই, চাময, পে ছত্র মথোয়শিং অসিনা লৈপূং লৈপূ মুক চাউনা খিনখিন্দুনা লৈহৌই ॥১৩-১৫॥ মহারাজ! অর্জ্জুনগী রথগী লম্বী খুদি মক ঙীনাই শাঙ্গমশঙ্গ মচানা লৈথোম পীংশীং

ততোঽর্জ্জুনং দ্বাদশভী রুক্মপুঙ্খৈঃ সুতেজনৈঃ। বাসুদেবঞ্চ দশভির্দ্রৌণির্বিব্যাধ ভারত ॥২৬॥
ততঃ প্রহস্য বীভৎসুর্ব্যাক্ষিপদ্‌গাণ্ডিবং ধনুঃ। মানয়িত্বা মুহূর্ত্তঞ্চ গুরুপুত্রং মহাহবে ॥২৭॥
ব্যশ্বসূতরথং চক্রে সব্যসাচী মহারথঃ। মৃদুপূর্ব্বং ততশ্চৈনং ত্রিভির্বিব্যাধ সায়কৈঃ ॥২৮॥
হতাশ্বে তু রথে তিষ্ঠন্ দ্রোণপুত্রস্তদা স্মরন্। মুষলং পাণ্ডুপুত্রায় চিক্ষেপ পরিঘোপমম্ ॥২৯॥
তমাপতন্তং সহসা হেমপট্টবিভূষিতম্। চিচ্ছেদ সপ্তধা বীরঃ পার্থঃ শত্রুনিবর্হণঃ ॥৩০॥
স চ্ছিন্নং মুষলং দৃষ্ট্বা দ্রৌণিঃ পরমকোপনঃ। আদদে পরিঘং ঘোরং নগেন্দ্রশিখরোপমম্।
চিক্ষেপ চৈব পার্থায় দ্রৌণির্যুদ্ধবিশারদঃ ॥৩১॥
তমন্তকমিব ক্রুদ্ধং পরিঘং প্রেক্ষ্য পাণ্ডবঃ। অর্জ্জুনস্ত্বরিতো জঘ্নে পঞ্চভিঃ সায়কোত্তমৈঃ ॥৩২॥
স চ্ছিন্নঃ পতিতো ভূমৌ পার্থবাণৈর্মহাহবে। দারয়ন্ পৃথিবীন্দ্রাণাং মনাংসীব চ ভারত। ॥৩৩॥
ততোঽপরৈস্ত্রিভির্বাণৈর্দ্রৌণিং বিব্যাধ পাণ্ডবঃ। সোঽতিবিদ্ধো বলবতা পার্থেন সুমহাবলঃ।
ন সম্ভ্রান্তস্তদা দ্রৌণিঃ পৌরুষে স্বে ব্যবস্থিতঃ ॥৩৪॥

গাইখিনগাইনরম্মি ॥২৫॥ ভরতনন্দনমহারাজ। অদুগী তুংদা অশ্বত্থামানা রাম্ন খৌরবা, শাকু কল্লবা, সমানা তেন্নাপানবা তেলতরানিথোইন্না অর্জ্জুনদা অহুপা তন্না অমনাসারথি কৃষ্ণদা তন্না থাদকই ॥২৬॥ অদুগীতুংদা অর্জ্জুননা লাঙ্গাও লালখম অদুদা গুরুগীমচা ওইবগী ব্যবহার মতেক অমতং ভাক্লপা মোমোন্নোক্‌না গাণ্ডীব লৌকংবু খুদুম চেৎনাপানদুনা লৌরীচ্ছ্‌ৎচ্ছ্‌ৎ নাম্নকই ॥২৭॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা অশ্বত্থামাগী সগোল সারথি অদুপা রথবু মীকুপ্ত লোইনা মাওহল্লি অদুদগী অর্জ্জুননা অশ্বথ মাদ অদুক রাম্নদি কন্দনা তেল অহুম্না থাখি ॥২৮॥ শগোল সারথি হাৎপ্রবস্তু অশ্বত্থামাম্না রথ অদুমক্তা মখক্ত কম্না কম্না খোযোন লোক্‌না খোস্তুক্লা থখক ওইরবা গদা অমা অর্জ্জুন তম্না লংলকই ॥২৯॥ সনাহৎপা পাববা ফিনা মেৎপ গদা অদুনা চেনা চৈনা পাইশিল্লকরদা কল্লবা, রেরুবহাৎগুবা অর্জ্জুননা তেলতরেৎনা গদা অদুবু ভাকথোকখি ॥৩০॥ মোৎকী গদা অদুনা অরেম্বদা ভাখিবদু উবদা খোইদোক্ত শাউরবা অশ্বত্থামানা চাউ-দোলগুবা অকিবগী মশককংলবা মোচ্ছুক অমমুক অর্জ্জুন তন্নাল.শিন্নকই ॥৩১॥ যমরাজগুম অকিবগীমশক কংলবা মোচ্ছুক অদুবু অর্জ্জুননা রাম্না খুৎলৈথ্‌না কাপকুনা তেলমঙানা ভাক থোকখি ॥৩২॥ ভরতনন্দন। লাঙ্গাও লালখম থক অদদা অর্জ্জুনগী তেম্না কহুরবা গদা অদুনা কৌরবপক্ষগী লাম্মীনংথৌশিংগী থম্মোয় কায়হল্লুনা ভূমির তাহুনাশৈখি ॥৩৩॥ অদুগী তুংদা অর্জ্জুননা তেলঅহুম্না অশ্বত্থামাদা কপ্প থাখি। কল্লবা অর্জ্জুননা অদুক রাম্ন কল্লদি থাই হায়মবু মপাঙ্গল কল্লবা অশ্বত্থামানা করিমত নাচুংবিদে, খোঙকম নাম কাওবা লেপ্তখিবে ॥৩৪॥ মহারাজ। অদুগী তুংদা মহাবলী অশ্বত্থামানা তেলমপৈম্নপৈনা পাণ্ডবপক্ষগী ক্ষত্রিয়

সুরথস্ত ততো রাজন্। ভারদ্বাজো মহারথঃ। অবাকিরচ্ছরব্রাতৈঃ সর্পকত্রস্তঃ পতঙ্গঃ ॥৩৫॥
ততস্তু সুরথো ভ্রাতা পাঞ্চালানাং মহারথঃ। রথেন মেঘঘোষেণ দ্রৌণিমেবাভ্যধাবত ॥৩৬॥
বিকর্ষন্ বৈ ধনুঃশ্রেষ্ঠং সর্বভারসহং দৃঢ়ম্। জ্বলনাশীবিষনিভৈঃ শরৈশ্চৈনমবাকিরৎ ॥৩৭॥
সুরথং বীক্ষ্য সংক্রুদ্ধমাপতন্তং মহারথম্। চুক্রোধ সমরে দ্রৌণির্দণ্ডাহত ইবোরগঃ ॥৩৮॥
ত্রিশিখাং ভ্রুকুটীং কৃত্বা সৃক্কণী পরিসংলিহন্। তং বীক্ষ্য সুরথং রোষাদ্ধনুর্জ্যামবমৃজ্য চ।
মুমোচ তীক্ষ্ণং নারাচং যমদণ্ডোপমং যুধি ॥৩৯॥
স তস্য হৃদয়ং ভিত্ত্বা প্রবিবেশাতিবেগিতঃ। শক্রাশনিরিবোৎসৃষ্টো বিদার্য্য ধরণীতলম্ ॥৪০॥
ততঃ স পতিতো ভূমৌ নারাচেন সমাহতঃ। বজ্রেণেব যথা শৃঙ্গং পর্ব্বতস্য বিদারিতম্ ॥৪১॥
তস্মিংস্তু নিহতে বীরে দ্রোণপুত্রঃ প্রতাপবান্। আরুরোহ রথং তূর্ণং তমেব রথিনাং বরঃ ॥৪২॥
ততঃ সজ্জো মহারাজ। দ্রৌণিরাহবদুর্ম্মদঃ। অর্জ্জুনং যোধয়ামাস সংশপ্তকবৃতো রণে ॥৪৩॥
তদ্যুদ্ধং সুমহচ্চাসীদেকস্য বহুভিঃ সহ। মধ্যন্দিনগতে সূর্য্যে যমরাষ্ট্রবিবর্দ্ধনম্ ॥৪৪॥

---

লাম্মী পুম্নমক্কী মাঙমক্তদা সারথীদা কম কম থাবহোরকই, ॥৩৫॥ মতম অদুদা পাঞ্চালাম্মী-শিংগী মনুংদা অথোইবা মহারথী সুরথনা মথোল লুমহোরবা রথদা তোংখত্তুনা অশ্বথামাবোমদা ফুজিল্লকই ॥৩৬॥ অদুদগী মহাক্লা মাগীলীক্লং অদু খুদুমচেৎনাপায়দুনা লীরীবু ভম্মথৈ আ-কাওবা চিংদুনা থোর থোরবা, অমময়া লিলগা মাম্নবা তেলমপৈনা অশ্বথামাদা থাজিনবা হোরক,ই ॥৩৭॥ মহারথী সুরথনা য়াম্ন শাউনা চঙশিল্লকপদু উবদা অশ্বথামাঅসি চৈদুপা ফুরম্বা লিলগী মতোওম্না ক্রঙ হেক শাউরে ॥৩৮॥ সুরথবু উবদা অশ্বথামা অসি শাউবনা লাইপক্কী মরি অচুমদুগা লোয়ননা পীশূম সুক্তোক্তূমা মখা ক্রকক্রক চাক্তূনা লীক্লংবু খুদুম চেৎনা পায়দুনা লারীবু শৃংশৃংনাপ্পুনা যমদণ্ডগা মান্ননা ভমখিনা শাফুকল্লবা য়েত্তুমমাচনশাবা তেলঅম সুরথ-দামপাচুম্ন কাপাশিল্লকই ॥৩৯॥ ইন্দ্রনা লংঙকপা বজ্রগুম্ব শাফুকল্লবা তেলঅদুনা সুরথগী থজীন্দা থাদুনা থম্মোয়থিনগাইরম্নগা আসোমরাংমদা কাওদংথদুনা মশকউদমথৈ লৈনুংদা চঙখি ॥৪০॥ মাদুদগী সুরথঅসি বজ্রনাথাদুনা থিনগাইরবা ৱাং চাউরবাচীংদোম কীথ্রকপদুগুম্না মথু রথদগী লৈমায়থক্তা তুখখি ॥৪১॥ অকমবাঅসিবু হাংলতুংদা রথীঅথোইবা কল্লবা অশ্বথামানা মাগীরথ অচুমক্তদা চোংথংখি ॥৪২॥ মহারাজ। অদুগীতুংদা অশ্বথামাঅসি লালগী খুংগুংলোয় কিজেৎ লৈজেং পুম্বগা লোয়ননা সংশপ্তকলাম্মী পুম্নমক্কা লোয়ননা অমুকময় হন্না অর্জ্জুনগা কম থেংনবা হৌখি ॥৪৩॥ নুমিৎনাহুংলক্লবা মতমঅদুদা, অর্জ্জুনঅমত্তগা অদুকমাখা সংশপ্তকলাম্মী-শিংগা অচৌবাকিবগীমশককংবা লাক্লাও অম থোকহনখি। লালঅদুনা যমরাজগী প্রজাশিংবু

তত্রাশ্চর্য্যমপশ্যাম দৃষ্ট্বা তেষাং পরাক্রমম্। যদেকো যুগপদ্বীরান্ সমযোধয়দর্জ্জুনঃ ॥৪৫॥
বিমর্দ্দিত্বা মহাবাসীদর্জ্জুনস্য পরৈঃ সহ। শতক্রতোর্যথা পূর্ব্বং মহত্যা দৈত্যসেনয়া ॥৪৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥১২॥

———:*:———

মীকুপ্ত হেনগৎহনখি ॥৪৪॥ মতুদা ঐখোয়না উবিবা অঙকপা হায়রবু পাণ্ডব পক্ষগা অর্জ্জুন মখত্তনা য়েক্নবপক্কী অকনবা মহারথীময়ামগা থেংনখিবঅদুদি ॥৪৫॥ মমাইদা পাকচাউরবা লান্মীমপেগা লোয়নরবা দৈত্যশিংগা ইন্দ্রগা থেংনখিবঅদুগুম্না অর্জ্জুনঅমত্তনা অদুগুম্বা অকনবশিং অমগা থেংনখি॥৪৬॥

মকখঅসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেখবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মতুংদা মহাযুদ্ধগী তরানিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

( শল্য পর্ব্বদা শঙ্কুলযুদ্ধগী মথা অম )

## ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ।

তরাহুমদোইশুবা অধ্যায়

—:-•-:—

সঞ্জয় উবাচ।

দুর্য্যোধনো মহারাজ। ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ পার্ষতঃ। চক্রতুঃ সুমহদ্যুদ্ধং শরশক্তিসমাকুলম্ ॥১॥
তয়োঃ রাজন্। সমাপেতুঃ শরধারাঃ সহস্রশঃ। অম্বুদানাং যথাকালে জলধারাঃ সমন্ততঃ ॥২॥
রাজা তু পার্ষতং বিদ্ধা শরৈঃ পঞ্চভিরাশুগৈঃ। দ্রোণহন্তারমুগ্রেষুং পুনর্বিব্যাধ সপ্তভিঃ ॥৩॥

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ। মতম অসিদা দুর্য্যোধনগা পৃষতনন্দন ধৃষ্টদ্যুম্নগা অনীনা থাঙ তা থেন্নচিংবা পুনায় মখন মখনা কয় থেংনব হৌখি ॥১॥ মহারাজ। বর্ষাগী মতমদা নোংমদোংদগী নশীংলাকপদবা নোং মরী মরীনা নৈমায়থক্ত তারকপদুগুম্না খেজালিশিং লিশিংনা নৈমায়থক্ত তারকই ॥২॥ মহারাজ। মমক অসিদা দ্রোণবু হাৎলবা, অকিবগী মখল্ তাইবা

সর্বপারশবৈর্বাণৈঃ কর্মারপরিমার্জিতৈঃ । স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাধৌতৈস্তুর্যন্ত্র প্রচোদিতৈঃ ॥১৪॥ (যুগ্মকম্)
শল্যস্তু পীড়িতস্তেন স্বস্রীয়েণ মহাত্মনা । নকুলং পীড়য়ামাস পত্রিভির্নতপর্বভিঃ ॥১৫॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা ভীমসেনোঽথ সাত্যকিঃ । সহদেবশ্চ মাদ্রেয়ো মদ্ররাজমুপাদ্রবন্ ॥১৬॥
তানাপতত এবাশু পূরয়ানান রথস্বনৈঃ । দিশশ্চ বিদিশশ্চৈব কম্পয়ানাংশ্চ মেদিনীম্ ।
প্রতিজগ্রাহ সমরে সেনাপতিরমিত্রজিৎ ॥১৭॥ যুধিষ্ঠিরং ত্রিভির্বিদ্ধা ভীমসেনঞ্চ পঞ্চভিঃ ।:
সাত্যকিঞ্চ শতেনাজৌ সহদেবং ত্রিভিঃ শরৈঃ ॥১৮॥
ততস্তু সশরং চাপং নকুলস্য মহাত্মনঃ । মদ্রেশ্বরঃ ক্ষুরপ্রেণ তদা চিচ্ছেদ মারিষ ! ।
তদশীর্য্যত বিচ্ছিন্নং ধনুঃ শল্যস্য সায়কৈঃ ॥১৯॥ (যুগ্মকম্)
অথান্যদ্ধনুরাদায় মাদ্রিপুত্রো মহারথঃ । মদ্ররাজরথং তূর্ণং পূরয়ামাস পত্রিভিঃ ॥২০॥
যুধিষ্ঠিরস্তু মদ্রেশং সহদেবশ্চ মারিষ ! । দশভির্দশভির্বাণৈরুরস্যেনমবিধ্যতাম্ ॥২১॥
ভীমসেনস্ততঃ ষষ্ট্যা সাত্যকির্নবভিঃ শরৈঃ । মদ্ররাজমভিদ্রুত্য জঘ্নতুঃ কঙ্কপত্রিভিঃ ॥২২॥
মদ্ররাজস্ততঃ ক্রুদ্ধঃ সাত্যকিং নবভিঃ শরৈঃ । বিব্যাধ ভূয়ঃ সপ্তত্যা শরাণাং নতপর্বণাম্ ॥২৩॥

---

পুমকূপকূপ্তুনা থম্নগা, ম্নোত্তনা শারবা, মথুৎমশাহৈবনা চঙখোম্না মখৌশঙহুনা সাম্নবা,ওন্থোক্লা খৌম্নবা তেল তরানা অমুক শল্যগী থজীন্দাথুম্না থাখি ॥১৩—১৪॥ মচম্নপোকপা নকুলনা কম্না নৈম্নকপত্নদা শাউম্নবা শল্যস্থ খৌম খৌম্নবা তেম্না নকুলবু নৈবাহৌম্নকলে ॥১৫॥ অদুদগী ওাহাক নৈম্নগা নিংথৌযুধিষ্ঠির, ভীমসেন সাত্যকি, মাদ্রীগীমচা সহদেব মখোম পুম্নপ্না শল্য তম্না চেন্সিন্নকই ॥১৬॥ মখোম্নমা মখোম্নগী ম্নথগী ঊনিম্না পৃথ্বী অসি থক্ থক্ শাকহন্দুনা চঙশিন্নক্লবদা কৌম্নবসেনাপতি শল্যনা খোইদোক্লা কিংগম্ননা মখোম্নগী মায়োক ম্নাখি ॥১৭॥ ঈকাম্নথুম্ননবগী মথক্ ওইম্নবা নিংথৌ । শল্যনা যুধিষ্ঠিরদা তেল অহুম ভীমদা মঙা, সাত্যকিদা চামা, সহদেবদা অহুম্না থাম্নগা, ক্ষুরমচীন সাবা খৌম্নবা তেল অমনা মহাত্ম ওইম্নবা নকুলগী লীক্ল অহ মম্নাম্নদা কক্থৎখি । শল্যগী তেম্না কক্লবা লীক্ল অহ মতুপ অনিখোক্লা নৈমাম্নথক্কভাখি ॥১৮—১৯॥ অদুদগী অতোপ্পা লীক্লং অম পাম্নথক্তুনা নকুলনা তেলমক্কনা শল্যগীম্নথক্ত পীকথলহনখি ॥২০॥ ঈকাম্নথুম্ননবগী মশক্ ওইম্নবা নিংথৌ । যুধিষ্ঠিরগা সহদেবগা অনীনা অমমম্না তেল তরা তরা ছুক্তুনা শল্যগী থজিন্দা কম্ন থাজিনখি ॥২১॥ ভীমসেননা তেল হুক্ফুনা অহুগা সাত্যকিনা মাপী মাঙ মক্কদা চঙশিন্দুনা য়েন্দুনা তেম্না তেৈপ্তৈ পানবা খৌম্নবা তেল মাম্না শল্যদা শাথিনা চৈনা কংহনখি ॥২২॥ অদুদগী খোইদোক্লা শাউম্নবা শল্যনা অহানবদা তেল মাপম্না অহুরী ভুংদাঅমুক খৌরবা তেলহুক্ফুতরানা সাত্যকিদা থাখি ॥২৩॥ ঈকাম্নথুম্ননবগী মশক ওইম্নবা মহারাজ । ওহাক নৈম্নগা শল্যনা সাত্যকিগী তেজা থোংহুনা নৈম্নিবা লীক্লং অহুম্ন থুম্নম

অথাস্য সশরং চাপং মুষ্টৌ চিচ্ছেদ মারিষ। । হয়াংশ্চ চতুরঃ সংখ্যে প্রেষয়ামাস মৃত্যবে ।২৪।
বিরথং সাত্যকিং কৃত্বা মদ্ররাজো মহারথঃ। বিশিখানাং শতেনৈনমবাকিরৎ সমন্ততঃ ।২৫।
মাদ্রীপুত্রৌ চ সংরব্ধৌ ভীমসেনঞ্চ পাণ্ডবম্। যুধিষ্ঠিরঞ্চ কৌরব্য ! বিব্যাধ দশভিঃ শরৈঃ ।২৬।
তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম মদ্ররাজস্য পৌরুষম্। যদেনং সহিতাঃ পার্থা নাভ্যবর্ত্তন্ত সংযুগে ।২৭।
অথান্যং রথমাস্থায় সাত্যকিঃ সত্যবিক্রমঃ। পীড়িতান্ পাণ্ডবান্ দৃষ্ট্বা মদ্ররাজবশং গতান্।
অভিদুদ্রাব বেগেন মদ্রাণামধিপং বলী ।২৮।।
আপতন্তং রথং তস্য শল্যঃ সমিতিশোভনঃ। প্রত্যুদ্যযৌ রথে নব মত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ।২৯।
স সন্নিপাতস্তুমুলো বভূবাদ্ভুতদর্শনঃ। সাত্যকেশ্চৈব শূরস্য মদ্রাণামধিপস্য চ।
যাদৃশো বৈ পুরা বৃত্তঃ শম্বরামররাজয়োঃ ।৩০।
সাত্যকিঃ প্রেক্ষ্য সমরে মদ্ররাজং ব্যবস্থিতম্। বিব্যাধ দশভির্বাণৈস্তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ।৩১।
মদ্ররাজস্তু সুভৃশং বিদ্ধস্তেন মহাত্মনা। সাত্যকিং প্রতিবিব্যাধ চিত্রপুঙ্খৈঃ শিতৈঃ শরৈঃ ।৩২।
ততঃ পার্থা মহেষ্বাসাঃ সাত্বতাভিসৃতং নৃপম্। অভ্যদ্রবন্ রথৈস্তূর্ণং মাতুলং বধকাঙ্ক্ষয়া ।৩৩।

---

মথক্ মক্তদা কক্কখৎখি। শগোল মরিবুস্মু খুদক্ক যমালম্নদ থাথ ॥২৪॥ ম-তৌঅস্নুমা মদ্রারাজ শল্যনা সত্যকিবু খোঙমীঙম মথম্নাওহনখিত্রগা অমুকস্নু তেল চামনা সাত্যকিগী মশাপুম্বদা পান্ন-হনখি ॥২৫॥ কৌরবনন্দন মহারাজ ! শল্যনা তেল তম্না তমানা নকুলসহদেব ভীমসেনযুধিষ্ঠির দা কম্না কম্না থাখি ॥২৬॥ মতম অদুদা ঐখোয়না উখিবা অঙকপা হায়ববু পাণ্ডবশীং পুল্লথা শল্যমথন্তগী মপাঙ্গল মথৌনাস্নু থাঙবা ঙমখিদে ॥২৭॥ অদুগী তুংদা থাংনৈশেংনা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা সাত্যকিনা, পাণ্ডবলাস্মীশিংগী অরাবথুদোংথীবা অদুগা শল্যগী মথাপোনখিগদৌবদু য়েং-দুনা থাঙদুনালৈবা ঙমত্রদুনা অতোপা রথ অমদা থ্বনা য়াঙনা তোংখত্ত্না শল্যয়োমদা কুপ্পি-ল্লকই ॥২৮॥ সাত্যকিনা চঙশিল্লকপসিউবদা মগ্নায়কারবা শামু অমনা মমাম্নবা শাম্ন অমমোম্দা হোজিল্লকপহুঙম্না লান্দা মমারপাক্লবা শল্যমু সাত্যকিয়োমদা হোচ্চিল্লকই ॥২৯॥ মমাঙৈদা ইন্দ্রগা শম্বরাসুরগা থেংনখিব তথ শিম্নখিবত্তঙম্না সাত্যকিগা শল্যগা অনিাস থেংনবা হোৎখে ॥৩০॥ শল্যনা লান্থেংনগদবগী চোংথোরক্ "হু উবদা সাত্যকিনা মঙোন্দা থোম্নবাতেলতমানা থারগ নং" ঙসিদি লৈয়, থাঙও !" হায়না হুম তম্না লাউরকই ॥৩১॥ মহারথী সাত্যকিনা থামক্লবল্লুদা শল্যস্মু থৌর থোরব তেম্না মশাংলাকঙমদনা সত্যকিদা থারকই ॥৩২॥ শল্যবু সাত্যাকনা আক্রমণ তৌশিনখিবদু উবদা কম্নবা পাণ্ডবশিংনা মথোয়গী মথাগা পোক্‌মিম্নবা মাম শল্যবু মহাৎলগে হায়না খনখিদুনা মাগী মাগী রথদা তোংথৎনদুনা শল্যতম্না চেলশিল্লকই ॥৩৩॥ অদুগী তুংদা মো'শাগী মতৌঙম্না ঘম্নবা তংলবা অকনবাশিং অদুগী আকিবগী মসক্ ফংলবা লাঙ্গাও অম

তত আসীৎ শরাবর্দ্ধস্তমুল: শোণিতোদক:। শুরাণাং যুধ্যমানানাং সিংহনামিব নর্দ্দতাম্ ॥৩৪॥
তেষামাসীন্মহারাজ। ব্যতিক্ষেপ: পরস্পরম্। সিংহনামামিবেন্দ্রনাং কুঞ্জতামিব সংযুগে ॥৩৫॥
তেষাং বাণসহস্রৌঘৈরাকীর্ণা বসুধাভবৎ। অন্তরীক্ষঞ্চ সহসা বাণভুতমভুত্তদা ॥৩৬॥
শরান্ধকারং বহুধা কৃতং তত্র সমন্ততঃ। অভ্রচ্ছায়েব সংজজ্ঞে শরৈর্মুক্তৈর্ম্মহাত্মভিঃ॥৩৭॥
তত্র রাজন্। শরৈর্মুক্তৈর্নির্ম্মুক্তৈরিব পন্নগৈঃ। স্বর্ণপুঙ্খৈঃ প্রকাশদ্ভির্ব্যরোচন্ত দিশস্তদা ॥৩৮॥
তত্রাদ্ভুতং পরং চক্রে শল্যঃ শত্রুনিবর্হণঃ। যদেকঃ সমরে শুরো যোধয়ামাস বৈ বহুন্ ॥৩৯॥
মদ্ররাজভুজোৎসৃষ্টৈঃ কঙ্কবর্হিণবাজিতৈঃ। সংস্তৃতিঃ শরৈর্ঘোরৈরববা কীর্য্যত মেদিনী ॥৪০॥
মদ্ররাজরথং রাজন্। বিচরন্তং মহাহবে। অপশ্যাম যথা পুর্বং শক্রস্যাসুরসংক্ষয়ে ॥৪১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বাণি
শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে ত্রয়োদশোঽধ্যায়: ॥০॥ *

——:-•-:——

খোক্‌খি। খুদক্ত ঈগী তুরেল অম শাফু বম্ন চেম্থি ॥৩৪॥ মহারাজ। অহুগীতুংদা অমগা অমগা শরা শযাং চীকথৎ ছেত্তৎনহনা চানগদবগী চেনশিন্নবকৃপা নোংশাগুম্না অকনবশিংঅহু মপা মপা হোচ্চিন্নহুনা ফুনগুনখি ॥৩৫॥ মতম অহুদা তেলজিশিং লিশিংনা লালকম্ লৈমায়থক্ অহু পূমক্‌প কৃপথ্রে। নোংমদোন মকোয় অহুমা তেন্তগী মশক ওইথ্রে ॥৩৬॥ অহুগী তুংদা অকন্দবা লাস্মীশিং অহুগী হেত্তনা লালকমঅহু, নোংনা অতিয়াবু তোবগুম্না, পূম্নম্ মমহনথ্রে। ॥৩৭॥ মহারাজ। মতম্ অসিদা অকনবা লাস্মীশিংগী লীকুংদগী পাইখোরকৃপা সনানা তেন্ন তেন্নৈ পানবা, তেল মপৈ মপৈ অহুনা অমময়া মকু হুরবা লিলগী মতোগুম্না অকিবগী মকম্ পূমমক্তা ঈরং ঈরং লংনা পাইখি ॥৩৮॥ মতম্ অহুদা কল্লবা মহারথী সেনাপতি শল্যনা তৌখিবা অগুকপা হায়রবু মথন্তনা অহুকৃয়াম্বা পাণ্ডবলাস্মীশিং অহুগা মায়োক্ য়াদ্রনা থেংনখি ॥৩৯॥ শল্যগী লীক্লদগী পাইখোরকৃপা তেন্দুনা অমদি রাহোং মতুনা তেন্না পারবা অকিবগী মশক্ ওইরবা তেলশিং অহুনা লালকম লৈমায় অহুবু থরক্ হাগুদনা কৃপথ্রে ॥৪০॥ মহারাজ। মমাগৈদা হিংচাবশিংবুস্তু হাৎননবগীদমক্তা খোরকৃপা [illegible] রথবু লাইয়ায়া উখিবহুগুম্না ঐখোয় অউবনা শল্যগী রথনা লালকমগী মকম পূম্বদা কোয়ৌ য়ৌবহু উবকংখি ॥৪১॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিংশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবাসাহিত্যদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মনুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী তরাহুমদোই শুবাঅধ্যায় লোইয়ে ॥

—:-•-:—

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্যগা যুধিষ্ঠিরগা থেংনবা)

## চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ।

### তরামরিশুবা অধ্যায়

সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ সৈন্যাস্তব বিভো! মদ্ররাজপুরস্কৃতাঃ। পুনরভ্যদ্রবন্ পার্থান্ বেগেন মহতা রণে॥১॥
পীড়িতাস্তাবকাঃ সর্বে প্রধাবন্তো রণোৎকটাঃ। ক্ষণেনৈব চ পার্থাংস্তে বহুত্বাৎ সমলোড়য়ন্॥২॥
তে বধ্যমানাঃ কুরুভিঃ পাণ্ডবা নাবতস্থিরে। নিবার্য্যমাণা ভীমেন পশ্যতোঃ কৃষ্ণপার্থয়োঃ॥৩॥
ততো ধনঞ্জয়ঃ ক্রুদ্ধঃ কৃপং সহ পদানুগৈঃ। অবাকিরচ্ছরৌঘেণ কৃতবর্ম্মাণমেব চ॥৪॥
শকুনিং সহদেবস্তু সসৈন্যং সমবারয়ৎ। নকুলঃ পার্শ্বতঃ স্থিত্বা মদ্ররাজমবৈক্ষত॥৫॥
দ্রৌপদেয়া নরেন্দ্রাংশ্চ ভূয়িষ্ঠান্ সমবারয়ন্। দ্রোণপুত্রঞ্চ পাঞ্চাল্যঃ শিখণ্ডী সমবারয়ৎ॥৬॥
ভীমসেনস্তু রাজানং গদাপাণিরবারয়ৎ। শল্যন্তু সহ সৈন্যেন কুন্তীপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ॥৭॥
ততঃ সমভবদ্যুদ্ধং সংসক্তং তত্র তত্র হ। তাবকানাং পরেষাঞ্চ সংগ্রামেষ্বনিবর্ত্তিনাম্॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায় :— মহারাজ। অদুদগীদি মহারাজগী কৌরব— লান্মী পুরমক্না শল্যনা মাঙথাদুনা পাণ্ডব লান্মীশিংনা কৈরিবদোমদা চেনশিন্নকল্লে॥১॥ লান্দ মরাইকারবা মপুরিং থোপৎলবা কৌরব লান্মীশিং অসি মশা মশা অরাবা চৈনাখোল রাম্না কংলবদু, মরাম পুরপ কৌদুনা পাণ্ডবশিংদোমদা চঙশিনজ্জনা পাণ্ডব পক্কী লান্মীশিংবু নৈবা হৌরক্লে॥২॥ কৌরবশিংনা ভুকশিনকপ্তিদা ভীমসেননা থেন্দুনা থাম্বকাওংদা পাণ্ডব লান্মীশিংদু লানকমদা অমুক পন্থবা ঙম্মরে। কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী কৈন্যা-কৈনা মথেংগী মাঙমদা পাণ্ডব লান্মী পুম্বা চেন্নরকল্লে॥৩॥ মতম অদিদা থোইদ্রক অশাওবগা লোয়ননা অর্জ্জুননা থোম থোরবা তেল মপৈ মপৈ কাপশিনজনা কৃপাচার্য্য অমগা কৃতবর্ম্মাগা মখোয়গী থোংলোয় লানমীশিংদসু কম কম্না থাজিন্নকই॥৪॥ সহদেবন লান্মীশিংগা লোয়ননা চংশিল্লকনা শকুনিবু থিংবা হৌখি। অদুগী মতমদা নকুলনা নাকল অমদা শল্যবু থায়মৈ য়েংদুনা মাগী অকোন্বা য়েংদুনা লৈরি॥৫॥ দ্রৌপদীগী মচাশিংনা কৌরব পক্কী নিংথৌ লান্মীশিংবু থিংবা হৌখি। পাঞ্চাল নিংথৌগী মচা শিখণ্ডীনা অশ্বত্থামাবু থিংদুনা থমখি॥৬॥ ভীমনা মাগী গদা অদু পাইখৎদুনা দুর্য্যোধনবু অদুগা কুন্তিগী মচা যুধিষ্ঠিরনা লান্মীশিংগা লোয়ননা শল্যবু থিংদুনা থমগদবগী হোৎনখি॥৭॥ অদুদগীদী পক্ক অনীমক্কী লান্দা

চক্ররক্ষাবিমৌ শূরৌ মম মাদ্রবতীসুতৌ। অজেয়ৌ বাসবেনাপি সমরে বীরসম্মতৌ ॥১৯॥
সাত্বিবৌ মাতুলং যুদ্ধে ক্ষত্রধর্ম্মপুরস্কৃতৌ। মদর্থং প্রতিযুধ্যেতাং মানার্হৌ সত্যসঙ্গ ॥২০॥
মাং বা শল্যো রণে হন্তা তং বাহং ভদ্রমস্তু বঃ। ইতি সত্যামিমাং বাণীং লোকবীরা নিবোধত ॥২১॥
যোৎস্যেঽহং মাতুলেনাত্ম ক্ষত্রধর্ম্মেণ পার্থিবাঃ। স্বয়ং সমভিসন্ধায় বিজয়ায়েতরায় বা ॥২২॥
তস্য মেঽভ্যধিকং শস্ত্রং সর্ব্বোপকরণানি চ। সংযুজ্যন্তু রথে ক্ষিপ্রং শাস্ত্রবদ্রথযোজকাঃ ॥২৩॥
শৈনেয়ো দক্ষিণং চক্রং ধৃষ্টদ্যুম্নস্তথোত্তরম্। পৃষ্ঠগোপো ভবত্বদ্য মম পার্থো ধনঞ্জয়ঃ ॥২৪॥
পুরঃসরো মমাদ্যাস্তু ভীমঃ শস্ত্রভৃতাং বরঃ। এবমভ্যধিকঃ শল্যাদ্ভবিষ্যামি মহামৃধে।
এবমুক্তাস্তথা চক্রুঃ সর্ব্বে রাজ্ঞঃ প্রিয়ৈষিণঃ ॥২৫॥
ততঃ প্রহর্ষঃ সৈন্যানাং পুনরাসীত্তদা মৃধে। পাঞ্চালানাং সোমকানাং মৎস্যানাঞ্চ বিশেষতঃ।
প্রতিজ্ঞাং তাং তদা রাজা কৃত্বা মদ্রেশমভ্যয়াৎ ॥২৬॥
ততঃ শঙ্খাংশ্চ ভেরীশ্চ শতশশ্চৈব পুষ্কলান্। অবাদয়ন্ত পঞ্চালাঃ সিংহনাদাংশ্চ নেদিরে ॥২৭॥

---

ইন্দ্রমরুত্ন পাক্ ওস্ফত্রবা মুংশিরবা ঐগী ঈনাও নকুলসহদেবঅনীনা ঐগীরথগী চাক শেন্নবা ওইনা লৈরি ॥১৯॥ ঈকায়থুম্নবগী মশক ওইরবা অকনবশিং অসিনা লালকমদদি ক্ষত্রিয় ধর্ম্মতনা অথোইবনি হায়না খল্লুনা ঐগীদমক্ত ঐগী মামগা কয়া থেংনবিগদৌরি।

॥২০॥ অকনবশা। ময়ামগী মঙল ওয়শস্থু। ঐনা রাশক্ত্না হায়রিবসে ময়াম অমুক তাবিয়ু। ওসিগী লান্দা শল্যনা ঐবু হাৎখিবা নত্রগা ঐনা শল্যবু হাৎপা অমদি শোয়দনা থোক্লগদবনি শল্যনা ওমলে ঐবু হাৎপ্রসমু, ঐনা ওমলে শল্যবু হাৎলগে ॥২১॥ অকনবা নিংথৌ লাম্মী পুম্নমক। ওসি ঐ রাশক্ত্না হায়খিবাসিনি — জয় ওয়ননবগীদমক্ত নত্রগা লালকমদা ওসিমক শিখিনবগীদমক্ত ঐ মাম শল্যগা লাল শোক্লগনি ॥২২॥ অহুনা বথশেমশাবশিংদা যুদ্ধশাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না ঐগী রথবু শেম শাহুনা, মাঙ্গদা খুৎত খুলায় মশিং তুনা হাপশিহল্লে ॥২৩॥ সাত্যকিনা ঐগী য়েথংবা চাকা অহুগা ধৃষ্টদ্যুম্নবা ওয়থংবা চাকা শেন্নবা ওয়বিয়ু। অহুগা পৃথানন্দনা অর্জ্জুনা ঐগী তুং শেন্নবা লাম্মী ওইসমু ॥২৪॥ " ওসিদি খুলায় পায়বগী মচুংদা থংইদগী কন্নবা ভীমনা ঐগী মাঙদা লৈসমু। অস্থুম তৌরবতদা শল্যদগী ঐনা হেক্তক ত্তৌনা লৈগদৌরিবনি।" যুধিষ্ঠিরনা অস্থুমা য়াথং পীরক্লবদা ময়ায়া য়াথংহুগী মতুংইন্না থবক লোইনা পাঙথোকাখি ॥২৫॥ অহুগী তুংদা পাঞ্চাল সোমকশিংনা থোইদোক হেন্দোক্লা হায়রবদা মৎস দেশকী লাম্মীশিংনা য়ায়া নুংঙাইখি। যুধিষ্ঠিরনা অস্থুমা রাশক্ত্না শল্য তয়া চঙশিনখি ॥২৬॥ অহুগী তুংদা পাঞ্চাল লাম্মীশিংনা পুংশেল মোইবুংনচিংবা যন্ত্র মথল চাম চাম য়ৈথৎ থোংগৎখি। লাম্মীশিংনা সিংহনাদ কয়া লাউথৎখি ॥২৬॥ কৌরবশাগেগী অথোইবা মহারাজ। অহুগী তুংদা

তেহভ্যধাবন্ত সংরব্ধা মদ্ররাজং তরস্বিনঃ। মহতা হর্ষজেনাথ কুরুপুঙ্গব ।২৮।
হ্রাদেন গজঘণ্টানাং শঙ্খানাং নিনদেন চ। তূর্য্যশব্দেন মহতা নাদয়ন্তশ্চ মেদিনীম্ ।২৯।

(যুগ্মকম্)

তান্ প্রত্যগৃহ্লাৎ পুত্রস্তে মদ্ররাজশ্চ বীর্য্যবান্। মহামেঘানিব বহূন্ শৈলাবস্তোদয়াবুভৌ ।৩০।
শল্যস্তু সমরশ্লাঘী ধর্ম্মরাজমরিন্দমম্। ববর্ষ শরবর্ষেণ বর্ষেন মঘবানিব ।৩১।
তথৈব কুরুরাজোঽপি প্রগৃহ্য রুচিরং ধনুঃ। দ্রোণোপদেশান্ বিবিধান্ দর্শয়ানো মহামনাঃ ।৩২।
ববর্ষ শরবর্ষাণি চিত্রং লঘু চ সুষ্ঠু চ। ন চাস্য বিবরং কশ্চিদ্দদর্শ চরতো রণে ।৩৩।

(যুগ্মকম্)

তাবুভৌ বিবিধৈর্বাণৈস্ততক্ষাতে পরস্পরম্। শার্দ্দূলাবামিষপ্রেপ্সূ পরাক্রান্তাবিবাহবে ।৩৪।
ভীমস্তু তব পুত্রেণ রণশৌণ্ডেন সঙ্গতঃ। পাঞ্চাল্যঃ সাত্যকিশ্চৈব মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌঃ।
শকুনিপ্রমুখান্ বীরান্ প্রত্যগৃহ্নন সমন্ততঃ ।৩৫।
তদাসীত্তুমুলং যুদ্ধং পুনরেব জয়ৈষিণাম্। তাবকানাং পরেষাঞ্চ রাজন্! দুর্মন্ত্রিতে তব ।৩৬।

---

কল্লবা পাঞ্চাল লাম্মীশিংনা মপুক্কীং লোইনা খৌগৎনখিত্তুনা শামুশিংগী মঙক্ক শিরিবা শরীকশিংগী মখোয়া, মোইবুং খোঙ্গেয়, পুং শেল যন্ত্রশিংগী মখোয়া লালকম অহু পুমনিন নিহন্দুনা রায় হয়াও তয়াম্না লাও খোংদুনা শল্যয়োমদা চেনশিল্লকই ॥২৮॥ মহারাজ! মতম অসিদা উদয়াচল অস্তাচল কৌবা চীঙজাও অনীনা পাকচাওরবা নোংগী মপাক মপাকপু মায়োক রাখহল্লুম্না দুর্য্যোধন শল্য অনীনা অতুক রাম্বা লাম্মীশিং অহু মায়োক রাখি ॥৩০॥

অতুগী ভুংদা ইন্দ্রনা চীঙজাওগী মথক্তা নোংগী মরী মরী হৈথরকপলুম লান্দা হুন্দ্রবা কল্লবা শল্যনা য়েক্লবহৎহ যুধিষ্ঠিরগী মথক্ত তেন্তনা নোংওইনা চুথহল্লকলে ॥৩১॥ মতৌসিঙুম্না কল্লবা দুর্য্যোধনশু মাগী কজরবা কল্লবা লীরুংঅহু পায়খত্তুনা, দ্রোণগুরুনা তাক্লম্বা তম্বিরম্বা মহৈ–হীয়মপুম্বা উত্তুনা অতুগা লামকম অদুদা অমদগী অমদা কোয়চৎ চৎত্তুনা, খুৎলৈ থুনা অঙকপা কমো, নীঙথিজনা অতুৎঅথমলৈতনা কাপশিল্লকই মতমদুদা কনা অমত্তনা দুর্য্যোধনগী অহোবা অকোমথবু উবা ফংখিদে ॥৩২—৩৩॥ ঙহাকলৈরগা শদুম মুম্নবা কৈজাও অনীগী মতৌঙুম্না, মতীকমৎণ চ উম্নবা, মপাঙল বয়মবা শল্য যুধিষ্ঠির অনী অসি তেন্তনা অমনা অমদা থাজিম্নবা হৌরকলে ॥৩৪॥ মহারাজ! অময়োমদা লান্দা ময়াম কানম্নবা ভীমসেনগা দুর্য্যোধনগা খেনজ্রে। ধৃষ্টদ্যুম্ন, সাত্যকি, নকুল অমদি সহদেব মখোয় অসিনা শকুনিনচিংবা কৌরবকী অকনবশিংগী মায়োক্ রাখি ॥৩৫॥ মহারাজ! মহারাজগী কজরবা মন্ত্রনাদুগী মহৈনা জয় ওইগনি খল্লিবা মহা–রাজগী পক্ষ অতুগা য়েক্লবা ওইরিবা পাণ্ডবশিংগী পক্ষ অনীগী অকিবগী মখক্ কংলবা লাক্লাও

পুষ্পিতাবিব রেজাতে বনে শাল্মলিকিংশুকৌ । দীপ্যমানৌ মহাত্মানৌ সেদতু' ছন্নর্মদৌ ॥৫৬॥
দৃষ্ট্বা সর্বাণি সৈন্যানি নাধ্যবস্যংস্তয়োর্জয়ম্ । হত্বা মদ্রাধিপং পার্থো ভোক্ষ্যতেঽদ্য বসুন্ধরাম্ ।
শল্যো বা পাণ্ডবং হত্বা দদ্যাদ্দুর্য্যোধনায় গাম্ ॥৫৭॥
ইতীব নিশ্চয়ো নাভূদ্‌যোধানাং তত্র ভারত । । প্রদক্ষিণমভূৎ সর্বং ধর্ম্মরাজস্য যুধ্যতঃ ॥৫৮॥
ততঃ শরশতং শল্যো মুমোচাশু যুধিষ্ঠিরে । ধনুশ্চাস্য শিতাগ্রেণ বাণেন নিরকৃন্তত ॥৫৯॥
সোঽন্যৎ কার্ম্মুকমাদায় শল্যং শরশতৈস্ত্রিভিঃ । অবিধ্যৎ কার্ম্মুকঞ্চাস্য ক্ষুরেণ নিরকৃন্তত ॥৬০॥
অথাস্য নিজঘানাশ্বাংশ্চতুরো নতপর্ব্বভিঃ । দ্বাভ্যামতিশিতাগ্রাভ্যামুভৌ চ পার্ষ্ণিসারথী ॥৬১॥
ততোঽস্য দীপ্যমানেন পীতেন নিশিতেন চ । প্রমুখে বর্ত্তমানস্য ভল্লেনাপাহরদ্‌ধ্বজম্ ।
ততঃ প্রভগ্নং তৎ সৈন্যং দৌর্য্যোধনমরিন্দম । ॥৬২॥
ততো মদ্রাধিপং দ্রৌণিরভ্যধাবত্তথা কৃতম্ । আরোপ্য স্বরথে চৈব ত্বরমাণঃ প্রদুদ্রুবে ॥৬৩॥

---

লৈরবদা শল্য যুধিষ্ঠির অনীসিগী মশাদগী অতৎ অথম লৈতনা ঈমী থামা শিন্দ্বরক্লে ॥ ৫৫ ॥ অকনবগী গুন মকুনা লৈত্তেং ওইনরবা অকমবা, লান্দা লাকওম কাওথক্রবা শল্য যুধিষ্ঠির অনী অসি মতম অদুদা বনদা হৌরবা রাং চাউরবা মনা মপাম্না থমবা তেরা পাম্বী কুমাও পাম্বি অনীগী মতৌওমনা থোইদোক্নবু নীংথিজনৈ ॥ ৫৬ ॥ মথোয় অনীগী লাল মশোক্নহু উবদা মথোয় অনীগী মনুংদা কনাগী জয় কনাগী পরাজয় ওইগদগে হায়বদু কনা অমত্তনা হায়বা থংবা ওমথিক্লে অউবাশিংনা থম্নথিবা হায়ববু "ওসিগী মুমিত্তা যুধিষ্ঠিরনা শল্যবু হাত্না রাজ ভোগ কংথিবা অমা নত্রগা শল্যনা যুধিষ্ঠিরবু হাত্না মেরু ভিংথং লৈতবা পাক চাওরবা লৈপাক অসিবু দুর্য্যোধনদা পীথোকপা অমা অমদি শোইদ্রে" অসিত্তনি ॥ ৫৭ ॥ ভরতনন্দন, ! মহারাজ মত্তৌ অসিগুম্না শোক্নরিবা অনিহুগী পুক্নিংদসু অমেম্না অমৎত্তা লৈরকত্রে । অহুবু লাল জয় ওটবি হায়থুনা অম্নম ম্নম যুধিষ্ঠির য়োমদা চংশিলকপওম মমায় ওনশিলকপগুম তৌদ্রে ॥ ৫৮ ॥ অহুগী তুংদা শল্যনা যুধিষ্ঠিরগী মথক্তা কয় করবা থৌয় থৌরবা তেলমক্তা লংশিন কাপশিলকই । অদুগা থোরবা তেল অমনা যুধিষ্ঠিরগী লীক্রং অহুবু ককথৎথি ॥ ৫৯ ॥ যুধিষ্ঠিরনা অত্তোপ্পা লীক্রং অমা থ্না য়াংনা পায়থত্না ক্ষুকুদা চহুম্না শল্যদা থাথি । ক্ষুর মচীন শাবা তেল অমনা মহাকী লীক্রংবুসু ককথৎথি ॥৬০॥

অহুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা তেল মরিনা শল্যগী শগোল মরিবু অদুগা অত্তোপ্পা থৌরবা তেল অনা অমনা তুং লোমদা লৈবলারাথ শৈশন অনীবু হাৎথি ॥৬১॥ মেরুবত্তবা নিংথৌ । অহুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা লাংলবা, নাপু মচু মাল্লবা তা মচীন শাবা খুৎলায় অমনা শল্যগী কিরাল অহুবু ককথৎথি । অহুগী তুংদা দুর্য্যোধনগী লাম্মীশিং অহু পুবচাই চাইখ্রে ॥৬২॥ অহুদগী

মুহূর্তমিব তৌ গত্বা নর্দ্দমানে যুধিষ্ঠিরে। পিবা ততো মদ্রপতিরতং স্পন্দনমাস্থিতঃ।৬৪।
বিধিবৎ কল্পিতং দিব্যং মহাম্বুদনিনাদিতম্। সজ্জযন্ত্রোপকরণং দ্বিষতাং লোমহর্ষণম্।৬৫। (যুগ্মকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে শল্যযুধিষ্ঠিরযুদ্ধে চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ ।০। ●

—:-•-:—

ভুংদা শল্যগী অবস্থা অহ উবদা অশ্বথামানা চঙশিনক্ত,না শল্যবু মহাকী রথদা হাপকত্ত,না নাকল অমদা থৈদোক্‌খি ॥৬৩॥ আসোম্‌দা যুধিষ্ঠিরনা ওংহ্নমা অকিবগী মশক্‌কংনা লৈম্রি । তাঞ্জা অসিদা মথোয় অনীযক ওহাক্তং কদায়দনো পোথানক্ররগা মীকুপ অমগী মতুংদা অমুক্ থেংনরবত্তয়া অতোয়া রথ অমদা তোংহ্নুনা অমুক্ চঙঙকপা শল্যগা যুধিষ্ঠিরগা মুখামুখি ওইনা থেংনখি । হন্নক্ শল্যনা তোংলক্লিবা রথ অসিদি নীঙখিনা শেমশাত্রবা রথনি । খুৎলায় পুম্নমক্ থম্না হাপত্রবা, নোংগী মখোলগুম্না মখোললুম্না হৌবা রথনি । মথল মথা অয়াম্বা খুৎলায় অমদি অচাম্বা থম্না হাপ্‌ত্রবনি । য়েংবদা য়েরুমশিংগী মমীত্তা অকিবা মিপাইবা পোকমীহ্নত্তায় ওইরবা রথনি ।

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যপর্ব্বগী মতুংদা শল্যবধগী তরামরি গুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:•:——

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্য হাংপগী মতাং)

## পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ।

তরামঙাশুবা অধ্যায়

— :০: —

### সঞ্জয় উবাচ।

তং ভীমসেনশ্চ শিনেশ্চ নপ্তা মাদ্র্যাশ্চ পুত্রৌ পুরুষপ্রবীরৌ।
সমাগতং ভীমবলেন রাজ্ঞা পর্য্যাপুরন্যোন্যমথাভিতশ্চ ॥১॥
ততস্তু শূরাঃ সমরে নরেন্দ্র। মদ্রেশ্বরং প্রাপ্য যুধাং বরিষ্ঠম্।
আবার্য্য চৈনং সমরে শরৈঃ নৃবীরাস্তত্নুঃ শরৈঃ পত্রিভিরুগ্রবেগৈঃ ॥২॥
সংরক্ষিতো ভীমসেনেন রাজা মাদ্রীসুতাভ্যামথ মাধবেন।
মদ্রাধিপং পত্রিভিরুগ্রবেগৈঃ স্তনান্তরে ধর্ম্মসুতো নিজঘ্নে ॥৩॥
ততো রণে তাবকানাং রথৌঘাঃ সমীক্ষ্য মদ্রাধিপতিং শরার্ত্তম্।
সর্ব্বাঃ সর্ব্বে পরিবব্রুঃ সুসজ্জা দুর্য্যোধনস্যানুমতে সমন্তাৎ ॥৪॥
ততো দ্রুতং মদ্রজনাধিপো রণে যুধিষ্ঠিরং সপ্তভিরভ্যবিধ্যৎ।
তঞ্চাপি পার্থো নবভিঃ পৃষৎকৈর্বিব্যাধ রাজংস্তুমুলে মহাত্মা ॥৫॥

---

**সঞ্জয়না হায়ঃ—** মহারাজ ! মথিক চাওরবা, মথিল লৈরবা শল্যগা অকিব কংনা কল্লবা যুধিষ্ঠিরগা অনীনা থরা থেংনথিরৈদে ভীমসেন, সাত্যকি অমগা মিপা অথোইবা নকুল সহদেব মথোয় অনিগী অমসুং শল্যদা থেংনথিনা উ হাইনা লীগবনই ॥১॥ মহারাজ ! অদুদগী অমন থক্তিং অসিনা নিপা অথোইবা, লাম্বী থ্বাইগী মকোক শল্যবু কোয়শিনথিল্লুনা উচেক লাং লাংবী মচুনা তেম্না তেংথৈ পাওবা, অকিব কাংনা শাখু বহুবা তেল মপে মপেনা তমথিনা চৈনা পীহনা কাপশিল্লকই ॥২॥ ভীম, নকুল, সহদেব অমদি কল্লবা সাত্যকি মথোয় অসিনা চেকশিল্লা যুধিষ্ঠিরবু ঙাকসেনলুনা থমথি। অদুমা ঙাকসেন্নিথৈ মতমদুদা যুধিষ্ঠিরনা তমথিরবা অমনা অকিবকংনা শাকু বহুবা তেল মপে অমনা দুর্য্যোধনগী থবাক্ত করা থাথি ॥৩॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা কৌরব পক্ষগী রথী অমদী খোংমী লাম্বী পুমমক্না শল্যনা মায়া শাথিনা শোকনা লৈবহু উংবা দুর্য্যোধনগী হুকুং মতুং ইন্না মাইপৈ মথিদগী হোৎপিল্লুনা শল্যগী অকোয়বদ লেপ্লুনা

ততো মুহূর্তাদিব পার্থিবেন্দ্রো লব্ধ্বা সংজ্ঞাং ক্রোধসংরক্তনেত্রঃ।
শতেন পার্থং ত্বরিতো জঘান সহস্রনেত্রপ্রতিমপ্রভাবঃ ॥১২॥
ত্বরংস্ততো ধর্মসুতো মহাত্মা শল্যস্য কোপান্নবভিঃ পৃষৎকৈঃ।
ভিত্ত্বা হ্যুরস্তাপনীয়ঞ্চ বর্ম জঘান ষড়্ভিস্ত্বরিতঃ পৃষৎকৈঃ ॥১৩॥
ততস্তু মদ্রাধিপতিঃ প্রহৃষ্টো ধনুর্বিকৃষ্য ব্যসৃজৎ পৃষৎকান্।
দ্বাভ্যাং ক্ষুরাভ্যাঞ্চ তথৈব রাজ্ঞশ্চিচ্ছেদ চাপং কুরুপুঙ্গবস্য ॥১৪॥
নবং ততোঽন্যৎ সমরে প্রগৃহ্য রাজা ধনুর্ঘোরতরং মহাত্মা।
শল্যং হি বিব্যাধ শরৈঃ সমন্তাদ্‌যথা মহেন্দ্রো নমুচিং শিতাগ্রৈঃ ॥১৫॥
ততস্তু শল্যো নবভিঃ পৃষৎকৈর্ভীমস্য রাজ্ঞশ্চ যুধিষ্ঠিরস্য।
নিকৃত্য রৌক্মে পটুবর্মণী তয়োর্বিদারয়ামাস ভুজৌ মহাত্মা ॥১৬॥
ততোঽপরেণ জ্বলনার্কতেজসা ক্ষুরেণ রাজ্ঞো ধনুরুন্মমাথ।
কৃপশ্চ তস্যৈব জঘান সূতং ষড়্ভিঃ শরৈঃ সোঽভিমুখঃ পপাত ॥১৭॥
মদ্রাধিপশ্চাপি যুধিষ্ঠিরস্য শরৈশ্চতুর্ভির্নিজঘান বাহান্।
বাহাংশ্চ হত্বা ব্যকরোন্মহাত্মা যোধক্ষয়ং ধর্মসুতস্য রাজ্ঞঃ ॥১৮॥

---

মহারাজ ! অদুগী তুংদা ইন্দ্রগুম্বা মতীক মগুণ চাউরবা, নিংথৌ অথোইবা শল্যনা মীকুপ অমগী মতুংদা অ্যান তারক্লা মমীৎ অনীহু ঈমুক ওাওহনা তেল চামনা যুধিষ্ঠীরদা থাখি ॥১২॥ মতম অদুদা শাওবনা মৈহৌরবা যুধিষ্ঠীরনা য়াম্না খুৎলৈ থ্না তেল মাপন্না শল্যগী খবাক্ত থারগা অদুদগী অমুক্ তেল তরুরা সনা হৎলবা শল্যগী লাল ফুরিৎ অদুদা থাখি ॥১৩॥ মাদ্রদা শল্য অসি কনিমত য়াবিদনা, ঈমুং মুংঙাইনা লীরীবু নাকোং মরু কংনা চিংহনা ক্ষুরমচীন শাবা তেল অমনা কুরুবংশগী অথোইবা যুধিষ্ঠীরগী লাকং অহ কককংখি ॥১৪॥ অদুগী তুংদা মহাত্মা ওইরবা যুধিষ্ঠীরনা অতোপ্পা অকিবগী মশক্ পুরবা লাকং অম লৌখত্লা। ইন্দ্রনা নমুচি কৌধা দানবতা থাজিনবহুগুম্না থৌর থৌরবা তেলমরুনা শল্যগী মশা কায়াৎপুখদা কোয়থ্ং থংনা থাখে ॥১৫॥ অদুগী তুংদা থোইদোক্লা কল্লবা শল্যনা তেল মাপন্না ভীম যুধিষ্ঠীর অনীগী সনাগুম্না হত্তুনা থামহনা শাবা, থোয়দোক্লা কল্লবা লালফুরিৎ অনীহু থিনগারহনা মথোয় অনীগী পাখোম মরু অমাদন্থ কয় কয়া থাখি ॥১৬॥ অদুদগী শল্যনা মৈগা মমীৎকা অনীগী মতোল্পা লংলবা ক্ষুরমচীন শাবা তেল অমনা যুধিষ্ঠীরগী লীকং অহ কক্থংখি । অদুগা কৃপাচার্য্যনা তেল তরুরা যুধিষ্ঠীরগী সারথি অদুবু হাৎখে । সারথি অদু লৈমায়থক উকৎলনা তুখি ॥১৭॥ অদুগী তুংদা কান্নবা শল্যনা যুধিষ্ঠীরগী শগোল মরি অহ হাৎখি । অদুদগী

তথা কৃতে রাজনি ভীমসেনো মদ্রাধিপস্যাশু ততো মহাত্মা।
ছিত্বা ধনুর্বেগবতা শরেণ যাত্যামবিধ্যৎ সুভৃশং নরেন্দ্রম্ ।১৯।
অথাপরেণাস্য জহার যন্তুঃ কায়াচ্ছিরঃ সংহননীয়মধ্যাৎ।
জঘান চাশ্বাং শ্চতুরঃ স শীঘ্রং তথো ভৃশং কুপিতো ভীমসেনঃ ।২০।
তমগ্রণীঃ সর্বধনুর্দ্ধরাণামেকং চরন্তং সমরেঽতিবেগম্।
ভীমঃ শতেন ব্যকিরচ্ছরাণাং মাদ্রীপুত্রঃ সহদেবস্তথৈব।
তৈঃ সায়কৈর্মোহিতং বীক্ষ্য শল্যং ভীমঃ শরৈরস্য চকর্ত্ত বর্ম ।২১।
স ভীমসেনেন নিকৃত্তবর্মা মদ্রাধিপশ্চর্ম সহস্রতারম্।
প্রগৃহ্য খড়্গঞ্চ রথান্মহাত্মা প্রস্কন্দ্য কুন্তীসুতমভ্যধাবৎ।
ছিত্বা রথেশাং নকুলস্য সোঽথ যুধিষ্ঠিরং ভীমবলোঽভ্যধাবৎ ।২২।
তঞ্চাপি রাজানমথোৎপতন্তং ক্রুদ্ধং যথৈবান্তকমাপতন্তম্।
ধৃষ্টদ্যুম্নো দ্রৌপদেয়াঃ শিখণ্ডী শিনেশ্চ নপ্তা সহসা পরীয়ুঃ ।২৩।
অথাস্য চর্মাপ্রতিমং ন্যকৃন্তদ্ভীমো মহাত্মা দশভিঃ পৃষৎকৈঃ।
খড়্গঞ্চ ভল্লৈন চকর্ত্ত মুষ্টৌ নদন্ প্রহৃষ্টস্তব সৈন্যমধ্যে ।২৪।

---

মহাক্সা যুধিষ্ঠিরগী জন্মী পুম্নমক নৈব হৌরকলে ॥১৮॥ শল্যগা কৃপাচার্য্যগা অনীনা শল্যদা অশ্নমা তৌরম্নপসি উবদা থোইনা শাউরবা ভীমনা তেল অম শাফু কম্না কাপশিল্লকত্তুনা শল্যগী মীরুং অম্নবু ককৎথেলগা তেল অনী অমনা শল্যদা য়াম্না শাথিনা থাখি ॥১৯॥ অদুদগী শাউরবা ভীমনা তেল অমনা শল্যগী সারথীগী লালফুম্বিৎনা পৃথক্ষৎ য়েৎলবা হকচাংদগী মকোক অদু বন্নগা শগোল মরিদুদুমু হাৎখি ॥২০॥

শল্যনা মথন্ত লালনম অদুদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈয়ক্লবদা থুৎনার পায়বগী মন্নুংদা থোইনা কপ্পোমবা ভীমসেন অদুগা মাদ্রীগী মচা সহদেব অনীনা তেল চামচামনা শল্যদা খাজিল্লকই। অদুমত্তৌনা শল্য অসি জ্ঞান তাদনা লৈরিঙৈদা ভীমসেননা তেল অমনা শল্যগী মশাদা লীত্তুনা লৈখিবা কন্নবা থারবা লালফুরিৎ অদু খিনগাইখ্রে ॥২১॥ ভীমসেননা লালফুরিৎ অদু কক-থৎপ্রবদা পূকচেল চাউরবা মখিল লৈরবা, কন্নবা শল্য অসি মমায়দা থরানমিচাক লিশিং অম য়েক্লব হৎলবা পাখচাউরবা চেজোংগা থাঙশাং অমগা লোয়ননা রথ মথক্তগী কল হেক চোংথত্তুনা নকুল তম্না প্রপ্রপ হেক ফুক্তিল্লকই। থৎমারাঙনা পাইশিল্লক্তুনা নকুল রথগী উখোংঅমা থৎ ককথৎকে অগা যুধিষ্ঠিরমোংদা চেনশিনখি ॥২২॥ শাউরবা যমরাজগী মতৌঙবা শল্যনা যুধিষ্ঠিরবু অংক্রমণ তৌশিন্নরবদা ধৃষ্টদ্যুম্ন, দ্রৌপদীগী মচাশিং, শিখণ্ডী, অদুগা সাত্যকি মথোয়শিনাবাক-

তং কর্ণং ভীমস্য সমীক্ষ্য হৃষ্টাস্তে পাণ্ডবানাং প্রবরা রথৌঘাঃ।
নাদং প্রচক্রুর্ভৃশমুৎস্ময়ন্তঃ শঙ্খাংশ্চ দধ্মুঃ শশিসন্নিকাশান্॥২৫॥
তেনাথ শব্দেন বিভীষণেন তবাভিগুপ্তং বলমপ্রহৃষ্টম্।
স্বেদাভিভূতং রুধিরোক্ষিতাঙ্গং বিসংজ্ঞকল্পঞ্চ তথা বিষণ্ণম্॥২৬॥
স মদ্ররাজঃ সহসাবকীর্ণো ভীমাগ্রগৈঃ পাণ্ডবযোধমুখ্যৈঃ।
যুধিষ্ঠিরস্যাভিমুখং জবেন সিংহো যথা মৃগহেতোঃ প্রয়াতঃ॥২৭॥
স ধর্ম্মরাজো নিহতাশ্বসূতঃ ক্রোধেন দীপ্তজ্বলনপ্রকাশঃ।
দৃষ্ট্বা তু মদ্রাধিপতিং স্ম তূর্ণং সমভ্যধাবত্তমরিং বলেন॥২৮॥
গোবিন্দবাক্যং ত্বরিতং বিচিন্ত্য দধ্রে মতিং শল্যবিনাশনায়।
স ধর্ম্মরাজোঽভিহতাশ্বসূতে রথে তিষ্ঠন্ শক্তিমেবাভিকাঙ্ক্ষন্॥২৯॥
তচ্চাপি শল্যস্য নিশাম্য কর্ম্ম মহাত্মনো ভাগমথাবশিষ্টম্।
স্মৃত্বা মনঃ শল্যবধে যতাত্মা যথোক্তমিন্দ্রাবরজস্য চক্রে॥৩০॥

---

সৈন্যদগী যুধিষ্ঠিরগী মায়োক্তা চেনাশিল্লকই ॥২৩॥ মহারাজ! অদুদগী কন্নবা ভীমসেননা য়াম্না হয়াউনা কৌরবলাশিংবু ওংহনা, লাউখোংহনা চেনশিনখিহনা তেলতয়ানা শল্যগী চুংদোয় অদুবু অদুগা তাকচনশাবা খুৎলায় অমনা শল্যগী থাওমাং অদুবু খুদুম মথক্কমদা কহৎখি ॥২৪॥ ভীমসেনগী থবক অসিদুগুম পাণ্ডবপক্কী অকনবা রথীশিংনা মুংডাইখিহনা মোমোন মোক্লনা সিংহনাদ লাউনখি। থাওয়া তৌরুমবা মোইবুংশিং অদু পায়থহনা খোংগৎনখি ॥২৫॥ মহারাজ! কন্নবা রথীশিংনা কৌরবলাশিংবু অদু ভাক্শেন্দুনা থম্মোয়নুংদা খুদিংমক অকিবগী মওংদা কাংলবা খোল্লাউ অদুদা, হুমাংনা মশা পূমচোৎ চোৎনহনা ঈ হাথনহনা মশাদু পুম্নমক হীকৎখ্রে, মথোয় খুদিংমক অশীবগী পাংথক ওইখ্রে ॥২৬॥ ভীমগী মাংথাহনা চৎলিবা পাণ্ডবপক্কী মীওইশিং অদুনা অদুগা অথম থৈডনা অদুম কাপশিনখ্রবা মতমসিদা সোংশানা শল্যনা যুধিষ্ঠিরগী মায়োক্তা কুহিনকপগুম্না শল্যনা যুধিষ্ঠির মায়োক্তা অশুমদুম চঙশিল্লকই ॥২৭॥ মতম অদুদা শগোলশু সারথিশু হাওখ্রবা, থোইদোক্লবা শাউরবা যুধিষ্ঠিরনা লাম্মীশিংগী লোয়ননা শল্যতম্না চঙশিল্লকই ॥২৮॥ মতম অদুদা যুধিষ্ঠিরনা কৃষ্ণনা হায়খিবদু নীংশিংলগনা শল্যবু হাৎননবগী বুদ্ধি মতৌ থম্লে। শগোলগা সারথিগা হাওখ্রবা রথ অদুদা লৈন-লৈনা তা অম পায়থৎকে হায়না থল্লকলে ॥২৯॥ তপথরবা থোইনা হাল্লবা যুধিষ্ঠিরনা শল্যনা তৌগদৌরিবা থবক থওনুনা অদুগা শল্য-দি মহাত্মা হাৎনরবগীদ থাক্লনা থম্লবা শরুক অমনি হায়বসি নীংশিংলগনা কৃষ্ণনা তাক্-খিবা পাউতাক মথুংইন্না শল্যবু হাৎলগে হায়বসি চপ চানা থম্লবা হৌখ্রে ॥৩০॥

স ধর্ম্মরাজো মণিহেমদণ্ডাং জগ্রাহ শক্তিং কনকপ্রকাশাম্ ।
নেত্রে চ দীপ্তে সহসা বিবৃত্য মদ্রাধিপং ক্রুদ্ধমনা নিরৈক্ষৎ ॥৩১॥
নিরীক্ষিতো বৈ নরদেব ! রাজ্ঞা পূতাত্মনা নির্হৃতকল্মষেণ ।
অভূন্ন যদ্ভস্মসান্মদ্ররাজ স্তদদ্ভুতং মে প্রতিভাতি রাজন্ ! ॥৩২॥
ততস্তু শক্তিং রুচিরোগ্রদণ্ডাং মণিপ্রবালোজ্জ্বলিতাং প্রদীপ্তাম্ ।
চিক্ষেপ বেগাৎ সুভৃশং মহাত্মা মদ্রাধিপায় প্রবরঃ কুরূণাম্ ॥৩৩॥
দীপ্তামথৈনাং প্রহিতাং বলেন সবিস্ফুলিঙ্গাং সহসা পতন্তীম্ ।
প্রৈক্ষন্ত সর্ব্বে কুরবঃ সমেতা দিবো যুগান্তে মহতীমিবোল্কাম্ ॥৩৪॥
তাং কালরাত্রীমিব পাশহস্তাং যমস্য ধাত্রীমিব চোগ্ররূপাম্ ।
স ব্রহ্মদণ্ডপ্রতিমামমোঘাং সসর্জ্জ যত্তো যুধি ধর্ম্মরাজঃ ॥৩৫॥
গন্ধস্রগগ্র্যাসন পানভোজনৈরভ্যর্চ্চিতাং পাণ্ডুসুতৈঃ প্রযত্নাৎ ।
সংবর্ত্তকাগ্নি প্রতিমাং জ্বলন্তীং কৃত্যামথর্ব্বাঙ্গিরসীমিবোগ্রাম্ ॥৩৬॥
ঈশানহেতোঃ প্রতিনির্ম্মিতাং তাং ত্বষ্ট্রা রিপূণামসুদেহভক্ষ্যাম্ ।
ভূম্যন্তরীক্ষস্থ জলাশয়ানি প্রসহ্য ভূতানি নিহন্তুমীশাম্ ॥৩৭॥

---

যুধিষ্ঠীরনা থোইদোক্না শাউনা মথোক্ত মণিমুক্তা মশীক মরীক্না তগুপ্‌ তথোনা থারবা পূন্ন লংগব থোরবা তা অম পাইখৎখি । মীৎ অনীহু লাউথোক্‌না মীৎকুপ্তনা তা অহৃদা য়েংওকই ॥৩১॥ মহারাজ ! পুক্‌চেল থোরক্রবা ধর্ম্ম কায়ক্রবা পাপকী শরক লেপ্প অমত্ত যাওদ্রবা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরমক্না থানা য়েংশিল্লকপদা শল্য অসি থুদক্ত তুমু তুমথিদে ; যাসিমকসু থম্ববদা অঙকপা অমনি হায়ব য়াই ॥৩২॥ অতগী তুংদা কৌরব শাটেগী অথোইবা, মহাত্মা ওইরবা যুধিষ্ঠিরনা কজরবা অমদি অকিবগী মশক্‌ ওইরবা, মনিমুক্তা পোহাপনা কদ্মনা হৎলবা তা অহু শাকুকন্না মপা চুম্না শল্য তম্না লংওকই ॥৩৩॥ কৌরব লাম্নীশিংনা মতম অহৃদা কত্তি উথিবগে হায়বথু—শাফু কন্না ওংছনা পাইশিল্লকলবা তা অহুনা প্রলয়গী মতমদা পাইশিল্লকপা অমদি নোংমদোম থক্তগী তারকপা শাঙাইশেলগী মত্তৌগুম্না মশাদগী মৈরীক্‌ ক্‌ক্‌ লাউনা কাবথোক্‌না শল্য তম্না পাইশিল্লকলি ॥৩৪॥ যুধিষ্ঠীরনা রাম্না চোক্‌শিন্না, মথুত্ত থোরী পারবী কালরাত্রীগুম্বী যমরাজগী ধাত্রীদেবীগী মত্তৌগুম্না অকিবগী মশকপূরবী, শোয়বালৈত্রবা ব্রহ্মদণ্ডগুম্বী তা অহু লংথিবনি ॥৩৫॥ মমাঙৈদা মহাদেবনা অন্ধকাপুরদা মাগী মাঙনবা লংশিনখিবহুগুম্না যুধিষ্ঠিরনা শল্য হাৎন-নবগীদমক্তা "পাপ চেন্নবা মং শিনবনিদো । " অমুম্না হায়হনা কন্না উইরবা পাথোব থহ থাংগৎহনা, শাউহনা জগোঈশাবগুম্না মন্ত্র শোনহনা শাফু কন্নবী তা অহু লংশিনখিবনি ।

ঘণ্টাপতাকাং মণিবজ্রভাজং বৈদূর্য্যচিত্রাং তপনীয়দণ্ডাম্ ।
ত্বষ্ট্রা প্রযত্নান্নিয়মেন কৢপ্তাং ব্রহ্মদ্বিষামন্তকরীমমোঘাম্ ॥৩৮॥
বলপ্রযত্নাদধিরূঢ়বেগাং মন্ত্রৈশ্চ ঘোরৈরভিমন্ত্র্য যত্নাৎ ।
সসর্জ্জ মার্গেণ স তাং পরেণ বধায় মদ্রাধিপতেস্তদানীম্ ॥৩৯॥
হতোঽহসি পাপেত্যভিগর্জ্জমানো রুদ্রোঽন্ধকায়ান্তকরং যথেষুম্ ।
প্রসার্য্য বাহুং সুদৃঢ়ং সুপাণিং ক্রোধেন নৃত্যন্নিব ধর্ম্মরাজঃ ॥৪০॥ (কুলকম্)
তাং সর্ব্বশক্ত্যা প্রহিতাং সুশক্তিং যুধিষ্ঠিরেণাপ্রতিবার্য্যবীর্য্যাম্ ।
প্রতিগ্রহায়াভিননর্দ্দ শল্যঃ সম্যগ্‌ঘুতামগ্নিরিবাজ্যধারাম্ ॥৪১॥
সা তস্য বর্ম্মাভিবিদার্য্য শুভ্রমুরো বিশালঞ্চ তথৈব ভিত্ত্বা ।
বিবেশ গাং তোয়মিবাপ্রসক্তা যশো বিশালং নৃপতের্দ্দহন্তী ॥৪২॥
নাসাক্ষিকর্ণাস্যবিনিঃসৃতেন প্রস্যন্দতা চ ব্রণসম্ভবেন ।
সংসিক্তগাত্রো রুধিরেণ সোঽভূৎ ক্রৌঞ্চো যথা স্কন্দহতো মহাদ্রিঃ ॥৪৩॥
প্রসার্য্য বাহূ চ রথাদ্গতো গাং সংছিন্নবর্ম্মা কুরুনন্দনেন ।
মহেন্দ্রবাহপ্রতিমো মহাত্মা বজ্রাহতং শৃঙ্গমিবাচলস্য ॥৪৪॥

---

পাওবশিংনা মতম কুইনা ধূপদীপ লৈশূনা য়াম্ন চেযকশিন্না পূজা তৌহনা লাৎলকলবা তা নি। অচওম্বা তা অহ্র মৈবীগী মতৌওম্না পূথলংলংনা পাইশিন্নকৃখি অথবা অমদি অজিয়া ঋষিনা পুথোক্‌খিবা অভিচারীদেবতাগুম্না অকিবগী মশক কংবনি । তা অহুদি মশামক্না শক্তিতনা পৃথিবী আকাশ তুখোং পূম্বা মতম অমতদা থিনগাইবা চাক্‌থেক্‌পা ওমগদৌরিবনি । বিশ্বকর্ম্মা মথুৎমক্না চেযকশিন্না শাথিবা তা নি । তা অদো য়েক্নবগী মকমদা লংথিবদা করিমত শোয়্-যোইদৌবা তানি ॥৩৬ ৪০॥ যুধিষ্ঠিরনা মহাক্কী লৈজব শক্তি পূম্ব ফুদোক্‌না শক্তি ( তা ) অহুবু লংশিন্নকৃলবদা মৈনা মণ্ডোন্দা হৈথরকপা ঘীগী থারাবু লাম লামহুনা লোগদবগী ওংওংহুনা মৈরিনা খুৎ ওইহুনা লাম্‌শিন্নকৃপহৌওম্না শল্যহ্ন শক্তি অহুবু ওকদবগী সিংহনাদ লাউহুনা খেক্না খেক্না ওংলকই ॥৪১॥ অহুম তৌরিভৈদা শক্তিশল্য ( তা ) অহুনা শল্যগী মশাদ লোৎলিবা, তৌযোক্ তৌরবা য়োৎকী লাল ফুরিৎ অহুবু থিনগাইহুনা মশাদগী কাওদৎখিহুনা, যুধিষ্ঠিরগী মিংচৎপু শন্দোক্নমগে হায়বগী মতাগুম্ মশক উৎলম্নগা ঈশিংনা লৈহুংদা চুপসিনখিবওম্ন লৈহুংদা থুম্না চঙশিনখি ॥৪২॥ লাইয়ামগী সেনাপতি স্বামী কার্ত্তিককী খুৎলায়না থিনগাইবদা ক্রৌঞ্চ কোবা চীঙজাউনা শিঙ্গ্রকৃপ তাওলবা চীঙলৈবাক্না মশাপূম্বা পূমতৈতৈবহৌওম্না শল্য অসি যুধিষ্ঠিরগী তানা থিনগাইখিহুনা মমীৎ মনাকোং মনাতোন মন্নাদগী ঈথেং হাখথি । ঈবা মশাপূম্বা পূমলুপ

বাহু প্রসার্য্যাভিমুখো ধর্ম্মরাজস্য মদ্ররাট্। ততো নিপতিতো ভূমাবিন্দ্রধ্বজ ইবোচ্ছ্রিতঃ ॥৪৫॥
স তথা ভিন্নসর্ব্বাঙ্গো রুধিরেণ সমুক্ষিতঃ। প্রত্যুদ্গত ইব প্রেম্ণা ভূম্যা স নরপুঙ্গবঃ।
প্রিয়য়া কান্তয়া কান্তঃ পতমান ইবোরসি ॥৪৬॥
চিরং ভুক্ত্বা বসুমতীং প্রিয়াং কান্তামিব প্রভুঃ। সর্ব্বৈরঙ্গৈঃ সমাশ্লিষ্য প্রসুপ্ত ইব সোঽভবৎ ॥৪৭॥
ধর্ম্ম্যে ধর্ম্মাত্মনা যুদ্ধে নিহতো ধর্ম্মসূনুনা। সম্যগ্‌ঘুত ইব স্বিষ্টঃ প্রশান্তোঽগ্নিরিবাধ্বরে ॥৪৮॥
শক্ত্যা বিভিন্নহৃদয়ং বিপ্রযুক্তায়ুধধ্বজম্। প্রশান্তমপি মদ্রেশং লক্ষ্মীর্নৈব ব্যমুঞ্চত ॥৪৯॥
ততো যুধিষ্ঠিরশ্চাপমাদায়েন্দ্রধনুষ্প্রভম্। ব্যধমদ্দ্বিষতঃ সংখ্যে খগরাড়িব পন্নগান্।
দেহাংশ্চ নিশিতৈর্ভল্লৈ রিপূণাং নাশয়ন্ ক্ষণাৎ ॥৫০॥
ততঃ পার্থস্য বাণৌঘৈরাবৃতাঃ সৈনিকাস্তব। নিমীলিতাক্ষাঃ ক্ষিণ্বন্তো ভৃশমন্যোন্যমার্দ্দিতাঃ
স্যন্দন্তো রুধিরং দেহৈর্বিপন্নায়ুধজীবিতাঃ ॥৫১॥
ততঃ শল্যে নিপতিতে মদ্ররাজানুজো যুবা। ভ্রাতুস্তুল্যো গুণৈঃ সর্ব্বৈ রথী পাণ্ডবমভ্যয়াৎ ॥৫২॥

---

লূপ্ত্রে ॥৪৫॥ যুধিষ্ঠিরগী খুৎলায়না পানবদা শল্য অ স মপাম্বোম অনী তিংথোক্ শন্দোক্লন, ইন্দ্রগী শগোলনা কৈমায়থক্ত তুথখিবগুম্ অদুগা ইন্দ্রগী-জ্রনা থাবদা চৌঙজাওগী চাংদোম্না নাং-থায়রক্পগুম্ লাক্কম কৈমায়থক্লদা লোংনা তুমিন্না তাখ্রে ॥৪৪॥ শল্য অসি মথদা য়ুংথক্তুনা লৈংম্বা ইন্দ্রগী ফিরাম্না তেকখিবগুম্ মপাম্বোম অনী হাইদোক্ তিংথোক্তুনা যুধিষ্ঠিররোম্দা ওনশিন্দুনা তুখি ॥৪৫॥ চান্নখোইরবী কনাগুম্বী মাগচাউরবী মুপী অমনা মাগা তিন্নথোৎনবগী মাগদা ময়ায়কাম্বনা লৈরবা মপুরোয়বগী নাক্ত চণ্ডশিনখিদুনা কোম্নবগুম্ পৃথিবীনা শল্যবু কম্না ময়ায় কানা চোংথক্তুনা কোনশিনখিবগুম্ তৌখি ॥৪৬॥ মদ্ররাজ নিংথৌ শল্যনা মতম কুইনা রাজলক্ষ্মীবু ভোগ তৌরগা রাহুনা মশা হীক্থদুনা ঈশিশিনা তুমথুল হনখিবগুম্ লালকমলেমায় পৃথিবীগী মথবাক্ত কোম্বনা মতম কুইনগীদমক্ তুমখুল হনখি ॥৪৭॥ ধর্ম্ম চেন্নবা, ধর্ম্মরাজ যুধি-ষ্ঠিরগী খুৎলায়না থাবদা যীগী আহুতি মক্ত চাদুনা ওংওং ওংনচাক্লম্বা অজ্ঞগী মৈনা পূর্ণাহুতিগী মতুংদা মুৎখিবগুম্ মতম কুইনা ময়ায়কানা রাজভোগ চাম্বা শল্য নিংথৌগী থরাই মৈরিম্ মুৎখি ॥৪৮॥ ঈহং নাউহং শানা থম্মোয় খিনগাইরে, রথকিরাম্নচিংবা মচেৎ মচেৎ পূমচাই চাইরে, শল্যগী থরাইয়াওম্রবা হকচাংতমগায়রে। অদুবু অকনবা অম ওইবগী পীগখিবা কজবা গুণ খুদম্শিং অদুনদি শল্যবু পূমথা থাদোকত্রি ॥৪৯॥ অদুদগীদি যুধিষ্ঠিরনা ইন্দ্রধনুগুম্বা লীক্লং অদুবু খুদ্রমচেৎনা পায়দুনা, গরুড়না লিলময়াম্বু তাম তাম হাৎপদুগুম্না য়েক্লবগী লাম্নীশিংবু তাম তাম হাৎলকলে ॥৫০॥

মহারাজ! অদুদগীদি মহারাজগী কৌরবলাম্নী পূম্নমক্ যুধিষ্ঠিরগী খুৎলায় মথল মথম্না

ততো মুহূর্তাত্তেহগচ্ছন্ রথো দ্রৌণিং সমুখিতম্। বিবিধৈঃ শোণিতস্রাবৈঃ প্রশান্তং। ভরতর্ষভ ॥৭২॥
ততো দুর্য্যোধনো দৃষ্ট্বা ভগ্নং স্ববলমন্তিকাৎ। জবেনাপততঃ পার্থানেকঃ সর্ব্বানবারয়ৎ ॥৭৩॥
পাণ্ডবান্ সরথান্ দৃষ্ট্বা ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ পার্ষতম্। আনর্ত্তঞ্চ দুরাধর্ষং শিতৈর্বাণৈরবাকিরৎ ॥৭৪॥
তং পরে নাভ্যবর্ত্তন্ত মর্ত্ত্যা মৃত্যুমিবাগতম্। অথান্যং রথমাস্থায় হার্দ্দিক্যোঽপি ন্যবর্ত্তত ॥৭৫॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা ত্বরমাণো মহারথঃ। চতুর্ভির্নিজঘানাশ্বান পত্রিভিঃ কৃতবর্ম্মণঃ।
বিব্যাধ গৌতমঞ্চাপি ষড়্ভির্ভল্লৈঃ সুতেজনৈঃ ॥৭৬॥
অশ্বত্থামা ততো রাজ্ঞা হতাশ্বং বিরথীকৃতম্। সমপোবাহ হার্দ্দিক্যং স্বরথেন যুধিষ্ঠিরাৎ ॥৭৭॥
ততঃ শারদ্বতোঽষ্টাভিঃ প্রত্যবিধ্যদ্‌যুধিষ্ঠিরম্। বিব্যাধ চাশ্বান্ নিশিতৈস্তথাষ্টাভিঃ শিলীমুখৈঃ ॥৭৮॥
এবমেতন্মহারাজ। যুদ্ধশেষমবর্ত্তত। তব দুর্ম্মন্ত্রিতে রাজন্! সহপুত্রস্য ভারত। ॥৭৯॥
তস্মিন্ মহেষ্বাসবরে বিশস্তে সংগ্রামমধ্যে কুরুপুঙ্গবেন।
পার্থাঃ সমেতাঃ পরমপ্রহৃষ্টাঃ শঙ্খান্ প্রদধ্মুর্হতমীক্ষ্য শল্যম্ ॥৮০॥

---

মমায় ওন্দুনা চেন্নরকলে ॥৭০॥ মথায়না শিপ্রবা তুংদা লেমহৌরিবা লাম্নীশিং অহুম্ মমায় মমায় ওন ওন্দুনা চেন্নমে হায়বসি ময়েক্লবগী মায়গৈনম্ খণ্ডবা ওম্থিল্লে; মরম্দি পঙ্ক অনীমক্তা লাম্না পুম্বা লৈচিন নোংকাই উফুল রাইক্লুনা পূগক্ত কৃপ্তুনা লৈরম্মি ॥৭১॥ ভরতশাগেগী অথোইবা। অহুদগীদি কাখৎলম্বা, ফ্রং ফ্রং হৌরম্বা উফুল রাইক্লম্বু লাম্নীশিংগী মমীৎ মমায়দগী মনাকোংদগী, মমাদগী হাদোরকপা, কাপথোরকপা ঈগী মর্মী মর্মীনা কাজিনখি। অহুদগীদি মীপুম্বা অমগমগ তশেং তশেংনা মশক উনখি ॥৭২॥ মাগী লাম্নী পুম্নমক্না চেন্নরম্বসি উবদা মত্তোমক্ত ভায়হৌরবা দুর্য্যোধন মথন্তনা পাণ্ডবলাম্নীশিং অহুগা মায়োক্ ম্নাখি ॥৭৩॥ রথী অমমম্ ওইদুনা লৈরিবা পাণ্ডবশিংবু, পৃষতনন্দন ধৃষ্টদ্যুম্নবু লাক্তম্ কাডমত্রবা সাত্যকিবু উবদা দুর্য্যোধননা অতৎ অথম্ লৈত্তনা মখোয়দা কাপশিল্লকই ॥৭৪॥ তাইবং জাবনা অশিবগী মাঙদা লেপ্না থাঙবা ওম্থিল্লে। অমুম তৌরিবৈদা কৃতবর্ম্মান অতোপপ রথ অমদা তোংদুনা হেক্ চত্তশিল্লকই ॥৭৫॥ মতম অসিদা যুধিষ্ঠিরনা ম্নাম্না খুৎলৈ থুনা থৌরবা তেল মরিথক্ কাপশিল্লত্তুনা কতবর্ম্মাগী শগোল মরি অহু হাৎখি। অহুদগী তা মচীন শাবা তা মানবা তেল তরুক্তা কৃতবর্ম্মাদ কম থাজিনখি ॥৭৬॥ যুধিষ্ঠিরনা শগোল মরি হাৎপ্রবদা অশ্বত্থামানা থ্নুনা মাডনা হৌজিল্লকতুনা কৃতবর্ম্মাবু মাগী রথদা হাপকতুনা যুধিষ্ঠিরনা লৈরিবা মকম অহুদগী লাম্ন লৈমোক্লখি ॥৭৭॥ মতম অসিদা কৃপাচার্য্যনা যুধিষ্ঠিরদা কম্না থাখি। নিংথাউ অমনা যুধিষ্ঠিরগী শগোল মরিদা কম্না কম্না থাজিনখি ॥৭৮॥ ভরতশাগেগী দুংথাইনবগী মশক্‌ অইরিবা মহারাজ। নচাইমুখোশিংগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংগী মাঙনা তাক্লবগীত তৌখিবা কম্নবা

যুধিষ্ঠিরঞ্চ প্রশশংসুরাজৌ পুরন্দরং বৃত্রবধে যথেন্দ্রম্।
চক্রুশ্চ নানাবিধবাদ্যশব্দান্ নিনাদয়ন্তো বসুধাং সমন্তাৎ ॥৮১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধপর্বণি শল্যবধে পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

—:-•-:—

মন্ত্রনা অদুগী মহৈনা মহারাজদা মাঙননবগী মশক্ ওইরবা লালগী অরোইবা শরুক্ অসি অদুমা থোকখিবনি ॥৭৯॥ কৌরবশাগেগী থ্বাইদগী অথোইবা যুধিষ্ঠিরনা মহাধনুর্দ্ধারী অকনবা শল্যবু হাৎপ্রবদা পাণ্ডবশিংনা অমাদ পাণ্ডবকী লানশিংনা থোইদোক্না নুংঙাইখিদুনা মাগী মাগী মোইবুং পাম্নৎহনদুনা খোংনখি ॥৮০॥ মমাঙৈদা বৃত্রাসুরবু হাৎলবা তুংদা স্বর্গগী লাইরাক্না ইন্দ্রবু তৌশি তৌথোনবা রাহৈনা থাগৎনখিবা স্তুতি তৌনখিবদুগুম্না পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডব পক্ষগী লাম্মীশিংনা যুধিষ্ঠিরবু তৌশি তৌথোক্লদুনা হয় হয়া থাগৎনখি। লালকমগী মকম খুদিং পুমনিন নিন্না পুং শেন্দ যন্ত্র তৈ্রথৎ খোংগৎনখি ॥৮১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লৌব সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মতাংদা শল্যবধ ( শল্য হাৎপা ) কৌবা তরামঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

( শল্য হাৎপ্রবদা দুর্য্যোধনগী লাম্মীশিংনা চন্দোক্লখিবা )

## ষোড়শোঽধ্যায়ঃ।

তরাতরুকগুবা অধ্যায়

সঞ্জয় উবাচ।

শল্যে তু নিহতে রাজন্! মদ্ররাজপদানুগাঃ। রথাঃ সপ্তশতা বীরা নির্যযুর্মহতো বলাৎ ॥১॥
দুর্য্যোধনস্তু দ্বিরদমারুহ্যাচলসন্নিভম্। ছত্রেণ ধ্রিয়মাণেন বীজ্যমানশ্চ চামরৈঃ।
ন গন্তব্যং ন গন্তব্যমিতি মদ্রানবারয়ৎ ॥২॥

সঞ্জয়না হায়ঃ! মহারাজ! শল্যবু হাৎপ্রব তুং অসিদা মাগী থোঙলোম্ন লাম্মী অকনবা রথী চয়েৎনা মাগী মাগী থোঙমী লাম্মী শিংগা লোয়ননা কৌরব তেঙোলনোমদগী চোংথোরকই

রথৈর্ভগ্নৈর্ধ্বজৈশ্ছিন্নৈশ্চ মহারথৈঃ। অশ্বৈর্নিপতিতৈশ্চৈব সংছন্নাভূদ্বসুন্ধরা ॥৩০॥
হাতা হয়াশ্চৈত্ররাগৈর্গাসস্তৈস্তুত্তমৈস্তথা। অদৃশ্যন্ত মহারাজ! যোধাস্তত্র রণাজিরে ॥৩১॥
ভগ্নচক্রান্ রথান্ কেচিদবহংস্তত্র রণে। রথার্দ্ধং কেচিদাদায় দিশো দশ বিদুদ্রুবুঃ ॥৩২॥
তত্র তত্র ব্যদৃশ্যন্ত যোদ্ধারঃ ক্লিষ্টাঃ স্ম বাজিন। রথিনঃ পতমানাশ্চ ব্যদৃশ্যন্ত নৃপোত্তম।।
গগনাৎ প্রচ্যুতাঃ সিদ্ধাঃ পুণ্যানামিব সংক্ষয়ে ॥৩৩॥
নিহতেষু চ শূরেষু মদ্ররাজানুগেষু বৈ। অস্মানাপততশ্চৈব দৃষ্ট্বা পার্থা মহারথাঃ।
অভ্যবর্ত্তন্ত বেগেন জয়গৃধ্নাঃ প্রহারিণঃ ॥৩৪॥
বাণশব্দরবান্ কৃত্বা বিমিশ্রান্ শঙ্খনিস্বনৈঃ। অস্মাংস্তু পুনরাসাদ্য লব্ধলক্ষ্যাঃ প্রহারিণঃ।
শরাসনানি ধুন্বানাঃ সিংহনাদান্ প্রচুক্রুশুঃ ॥৩৫॥

---

হায়রবু লানথম অহুগী মথম মায়গৈ পুন্দা কোক্ মাওদবা হকচাংমক্তনা থুরক হাওদনা তাখি। ঐখোয়গী কৌরব তেঙ্গোল মথক্তা শাংল শাংলবা লাংলবা শণ্ডাইশেল পাইখি ॥ ২৯ ॥ ভদুদগীদি হৎগী চাকা মতেক্ চাক্লেল রথ অতেকপা, চাকাগী মশা অহুগা মতক মথোও মপাম্বোয়াচিংবা মাওন্নবা লাম্মী — অসিমক্তনা লানথম অহুমা পুমক্প কৃপখ্রে ॥ ৩০ ॥

মহারাজ! শগোলশিংনা মখোয়গী কাযক্ত কৈরিবা খিল্লোকলিবা রথগী * শরুক্ উদা নপুনা, হায়বদি রথঅক্ত্রু থাদোক্তনা রথমথক্ত রথী লাম্মী অহুগা লোয়ননা মাগী মাগী রথ অহুবু লানথম্ অহুদা কাত্তু কায়ল কোয়চিং চিংহুনা পুখসি ঐখোয় খ্বাইবা উনখি ॥৩১॥ কমি কড়িগুম্বা শগোয়া চাকা নামা কীম্বরবা, তেক্লবা রথ অহুবু শ্রো—শ্রো চিংহুনা কোয়চেল চেল্লম্মি। মথম অমদা, কায়কড়িগুম্বা শগোয়া রথগী ভংখাই অমবু কৈথেং তুয়েং থমো মাম্মো ওন্দুনা চিংহুনা মায়গৈ পুন্দা চেল্লম্মি ॥৩২॥ নিংথৌ অখোইবা অতোপ্প মথম অকৈদনা কমি অমুক্ উবগে হায়ববুঃ— শগোলশিং থরদি মাগী মাগী মতক্ত কাজিন্নিবা, নাম্বোকুউ, য়াক্রবা থৌরী অহুনা মখৌরীদা অরাবা অনাবা কাহুনা কোয়চেল চেন্নি। পুণ্যগী শরুক ভোগতৌবা লোইবগা নোংমদোন থক্তগী নাম্বরকুপা ধর্ম্মচেল্লবশিং অহুগী মতৌওয়া রথীশিং অহুনা লানথম্ লৈমায়থক্ অহুদ ভূমিন ভূমম তারি ॥৩৩॥ শল্যগী কম্বোয়বা লাম্মী খোওলোয়শিং অহুবু লোইনা হাৎপ্রবদা শগেল তোংবা কৌরব লাম্মীশিং অহুনা চেলশিন্নকুপত্থ উবদা মহারথী ওইরবা, লান্দা ফুনগুনবা হৈরবা, জয় ওইবগী আশা কয়া তৌরবা পাণ্ডবশিং অহুনা মখোয়গী মায়োক্ য়াখি ॥৩৪॥ লাল হৈরবা পাণ্ডবশিং অহুনা কৌরব লাম্মীশিং অহুবু মুখামুখি ওইনা কংবহুদা খোলহৌনা

---

* টীকা :— মালি মীতৈগী চৎনবী শলগাড়ীগী "বম্ " হায়রগা খণ্ডনৈ। শলগী মতক হাপজিবা পোয়্ (জুয়ান) হায়বহুগা পামনা কাজিমবা গাড়ীগী মমাঙদা খিনখোক্লিবা চাক্-চাক্কেনগী শরুক অহুইনি। সংস্কৃততা যুগকাষ্ঠ হায়রগা খণ্ডনৈ।

ততো হতমভিপ্রেক্ষ্য মদ্ররাজবলং মহৎ।  মদ্ররাজঞ্চ সমরে দৃষ্ট্বা শূরং নিপাতিতম্।
দুর্য্যোধনবলং সর্ব্বং পুনরাসীৎ পরাঙ্মুখম্ ॥৩৬॥
বধ্যমানং মহারাজ! পাণ্ডবৈর্জিতকাশিভিঃ। দিশো ভেজেঽথ সম্ভ্রান্তং ত্রাসিতং দৃঢ়ধন্বিভিঃ ॥৩৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে দুর্য্যোধনসৈন্যাপযানে ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

হৌনা জয় ধ্বনি লাউদুনা, মাগী মাগী মোইবুং মোইবুং খোগৎনদুনা, নীমী হয় হয়া নীংদুনা নুমিত্নক্কী ॥৩৫ অদুগী তুংদা পাকচাউরবা মদ্রলাম্মী মপৈ অদু হাৎপ্রদ্দ। অদুগা কল্লবা শল্যনমু শিবিরদু উবদা দুর্য্যোধনগী লান্মী পুম্নমক কাইদুনা চেম্বে ॥৩৬॥ মহারাজ! লালওংনা মায়খোং মকা লায়বা নীংদ্রং খুপায়চেৎলবা পাণ্ডবশিংনা তক্‌শিন হুদিলকপন্দুনা থাওবা ওমন্তুবা কৌরব লান্মী পুম্নমক অসি ওয় কায়দুনা চেম্নখ্রে ॥৩৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চাম্না শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা "শল্যবধ" শীমমুংদা দুর্য্যোধন সৈন্যোপযান" কৌবা তরাতরুক্ তবা অধ্যায় লোইরে ॥

——-:*:——

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্য হাৎপগী মতাং)

## সপ্তদশোঽধ্যায়।

তরাতরেৎশুবা অধ্যায়

——: .•. :——

সঞ্জয় উবাচ।

পাতিতে যুধি দুর্দ্ধর্ষে মদ্ররাজে মহারথে।  তাবকাস্তব পুত্রাশ্চ প্রায়শো বিমুখাভবন্ ॥১॥
বণিজো নাবি ভিন্নায়াং যথাঽগাধেঽর্ণবেঽপ্লবে। অপারে পারমিচ্ছন্তো হতে শূরে মহাত্মনা ॥২॥ (যুগ্মকম্)

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! মহৎপ্ত ওইরবা, লানাকশনবা যুধিষ্ঠিরনা হাত্নবা, মহারথা ওইরবা লান্দা লাকওমকাওমদবা শল্যবু হাৎলবদা হি (জাহাজ)না চাংদৌ নাইরবা পুরবা ইথাক মরমদা কৈরবদা, ইরম রাংমদা লাংথোকনীংদবা কল্লোবা মীশিংনা তৌবগুম কো-রবলামদী পুম্নমক অদুম্বা মহারাজগী মচাইবুংশিংসু লোইনা চেম্বে ॥১–২॥ মহারাজ!

তান্ প্রভগ্নান্ দ্রুতান্ দৃষ্ট্বা হতোৎসাহান্ পরাজিতান্। অভ্যদ্রবন্ত পঞ্চালাঃ পাণ্ডবাশ্চ জয়৷ৈষিণঃ ॥১১॥
বাণশব্দরবশ্চাপি সিংহনাদশ্চ পুষ্কলঃ। শঙ্খশব্দশ্চ শূরাণাং দারুণঃ সমপদ্যত ॥১২॥
দৃষ্ট্বা তু কৌরবং সৈন্যং ভগ্নং প্রবিদ্রুতম্। অক্ষোভ্যং সমতাবন্ত পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবৈঃ সহ ॥১৩॥
অথ রাজা সত্যধৃতির্জিতামিত্রো যুধিষ্ঠিরঃ। অথ দুর্য্যোধনো হীনো দীপ্তয়া নৃপতিশ্রিয়া ॥১৪॥
অথ শ্রুত্বা হতং পুত্রং ধৃতরাষ্ট্রো জনেশ্বরঃ। বিহ্বলঃ পতিতো ভূমৌ কিঞ্চিৎ প্রতিবর্ত্ততাম্ ॥১৫॥
অথ জানাতু কৌন্তেয়ং সমর্থং সর্বধন্বিনাম্। অত্যাখ্যানন্ত দুর্মেধা গর্হয়িষ্যতি পাপকৃৎ ॥১৬॥
অথ কত্থনঃ সত্যং স্মরতাং ব্রুবতো হিতম্। অথ প্রভৃতি পার্থাংশ্চ প্রেষ্যভূত উপাচরন্।
বিজানাতু নৃপো দুঃখং যৎ প্রাপ্তং পাণ্ডুনন্দনৈঃ ॥১৭॥
অথ কৃষ্ণস্য মাহাত্ম্যং জানাতু স মহীপতিঃ। অথার্জ্জুনধনুর্ঘোষং ঘোরং জানাতু সংযুগে।
অস্ত্রাণাঞ্চ বলং সর্বং বাহ্বোশ্চ বলমাহবে ॥১৮॥

থিনখিল্লনা পঙচেন্ত চেন্নে ॥ ৯ ॥ অমত শাগৈগী অখোইবা, মহারাজ ! কৌরব লান্মী পুন্নমক্ ইহং নাইহং শাহনা নিংদোল চেনগুম চেনগাননা, নুংশামপী থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা কম্ন হেক্ত চেন্নরকলে ॥ ১০ ॥ কৌরব লান্মীশিংনা মথোনা মরিল হনখিহনা, নীঙব কাম্নহনা, কিহনা হন্ন' হন্না য়েংহনা চেন্নরক্লবাসিদা পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডব লান্মীশিংনা জয় ওইবগী অশা কম্না ভোহনা পাঞ্চালশীং নম্ন য়েক্লববু লাকচবগী নুংঙাইবগা লোয়ননা কৌরব লান্মীশিং অহুগী তুংদা কন্না হেক্লমক্ মতাম্নয়ে ॥ ১১ ॥

মতম অহুদা পাণ্ডবপক্কগী অকনবা লান্মীশিং অহুগী মমক্ত পুংশেল যন্ত্রনচিংবগী, সিংহনাদ লাউনবকপগী খোঞ্জেত্তনা পূম্নীন মিন্নরকলে ॥১২॥ কৌরবলান্মী পুম্বা চাম্নদা হেক্ত চেনখসি উবদা পাণ্ডবলান্মী অহুগা পাঞ্চাল লান্মীশিংনা অমগমগ নোকমিন্নহনা, রান্নী শা শাহনা ভান্ন-রকলে ॥১৩॥ কম্নি চান্নদা রান্নী শা নবকপগে হায়ববু—ওসিদি থাজ্জেশেংনা থোনা অমদি ত্তপথ-বগী ওপনা থল্লবা, ধর্ম্ম চেন্নবা নিংখো যুধিষ্ঠিরনা য়েক্লবশিংবু ওম্নেদো, অহুগা দুর্য্যোধন হায়বা অসিবু ওসিদগী রাজলক্ষীনা থাদোকপিরম্লেদো ॥১৪॥

ও'স কৌবা নুমিত্তা ধৃতরাষ্ট্র কৌবা নিংথৌসে, মচা হাৎখিব তাবদা লৈমায়থক্ত ওন্দূনা
হন্ন হন্না মথবাক য়ৈহনা, মানা তে'খিবহুগী নীঙঙথদবা নুংঙাইতবগী মৈনা চাক্লিনিদো ॥১৫॥
ওসি কৌব নুমিত্তগী, নাপল ত্তোবা পাপচেনবা দুর্য্যোধন কৌবা নিপাসে
অগত্ত খ্ৱাইদগী কনবদি অর্জ্জুনতনি খঙলমি মমায় হাইগৎপ ওমদলা মশাবু নিন্দা ত্তোরবি ॥১৬॥
ওসিদি দুর্য্যোধন হায়ব পাপীসে, কনবত্ত থল্লবা বিদুরগী পাউত্যাকশিংগু খ্রীঙশিংলুনি।
ওসিদগী পাণ্ডবশিংগী লেখা ত্তোহনা, পাণ্ডবশিংনা কয়া য়ারিবা, খঙজন্নুনি মন্নাইনা ॥১৭॥
ওসিদগী হৌহনা দুর্য্যোধন কৌবা অসিনা, কৃষ্ণগী মশক খঙজহৌরনি, অর্জ্জুনগী থোনাঙ্গ
খঙহৌরনি ॥১৮॥

অদ্য জ্ঞাস্যতি ভীমস্য বলং ঘোরং মহাত্মনঃ । হতে দুর্য্যোধনে যুদ্ধে শক্রেণেবাসুরে রণে ।১৯।
যৎ কৃতং ভীমসেনেন দুঃশাসনবধে তদা । নান্যঃ কর্ত্তাস্তি লোকেঽস্মিন্ ঋতে ভীমং মহাবলম্ ।২০।
জানীতামদ্য জ্যেষ্ঠস্য পাণ্ডবস্য পরাক্রমম্ । মদ্ররাজং হতং শ্রুত্বা দেবৈরপি দুরাসদম্ ।২১।
অদ্য জ্ঞাস্যতি সংগ্রামে মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ । নিহতে সৌবলে শূরে গান্ধারেষু চ সর্ব্বশঃ ।২২।
কথং তেষাং জয়ো ন স্যাদ্‌যেষাং যোদ্ধা ধনঞ্জয়ঃ । সাত্যকির্ভীমসেনশ্চ ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ পার্ষতঃ ।২৩।
দ্রৌপদীতনয়াঃ পঞ্চ মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ । শিখণ্ডী চ মহেষ্বাসো রাজা চৈব যুধিষ্ঠিরঃ ।২৪।

(যুগ্মকম্)

যেষাঞ্চ জগতো নাথো নাথঃ কৃষ্ণো জনার্দ্দনঃ । কথং তেষাং জয়ো ন স্যাদ্‌যেষাং ধর্ম্মো ব্যপাশ্রয়ঃ ।২৫।
ভীষ্মং দ্রোণঞ্চ কর্ণঞ্চ মদ্ররাজানমেব চ । অথান্যান্ নৃপতীন্ সর্ব্বান্ শতশোঽথ সহস্রশঃ ।২৬।
কোঽন্যঃ শক্তো রণে জেতুমৃতে পার্থাদ্‌যুধিষ্ঠিরাৎ । যস্য নাথ হৃষীকেশঃ সদা ধর্ম্মযশোনিধিঃ ।২৭।

(যুগ্মকম্)

ইত্যেবং বদমানাস্তে হর্ষেণ মহতা যুতাঃ । প্রভগ্নাংস্তাবকান্ যুদ্ধে সৃঞ্জয়াঃ পৃষ্ঠতোঽন্বয়ুঃ ।২৮।

---

ইন্দ্রনা দৈত্যবু হাৎপগুম্, ভীমনা দুর্য্যোধনবু হাৎপ্রবদা
ঙসিদগী ধৃতর ষ্ট্র নিংথৌনা, ভীমগী পাঙ্গলসু খঙজহৌরনি ॥১৯॥
দুঃশাসন হাৎপ মতমদা, ভীমসেননা তৌখিবা থবক্ শক্তিদো।
ভীম নত্তনা অগৎসিদা, কনামত্তনা তৌবা ঙম্মোইদৌবনি ॥২০॥

ঙসিদি লাইরাম্বক্তা লাক্ক কানবা ঙমখিদবা মদ্রেরাজ শল্যবু যুধিষ্ঠীরনা হাৎখিবসি তাবদা যুধিষ্ঠীর কৌবা নিংথৌসি কয়াগী মতীক কনবগে হায়বদো ধৃতরাষ্ট্রনা খঙজহৌরনি ॥২১॥ কল্লবা শকুনিবু অদুগা গান্ধার লাম্মী পুম্নমকপু হাৎলগবা তুংদা, ঙসিদগী দুর্য্যোধননা নকুল সহদেব অনীগী মথৌমা মপাঙ্গলবু যুম্না খঙজহৌরনি ॥২২॥ ভীম, অর্জ্জুন, সাত্যকি, পৃষতনন্দন ধৃষ্টদ্যুম্ন দ্রৌপদীগী মচা মঙা, নকুল সহদেব, অচৌবা লীক্লাং পায়রবা শিখণ্ডী মথোয়শিংনা ঙাকলো ওইরিবা নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী পক্ষনা জয় ওইরোইদৌবসি কৈদগীনো ! ॥২৩—২৪

জগৎপতি জনার্দ্দন, কৃষ্ণনা মথোয়বু ঙাক্লিবা
ধর্ম্ম কৌবা লাইতুমা, মথোয়গী চঙজকম ওইরিবা
অদুগুম্বা পক্ষনা জয় ওইরোইদৌবসি কৈদনো ? ॥২৫॥
ধর্ম্ম মিংচৎকী ইশ কৃষ্ণা কৃষ্ণনা মাগী ঙাকলো ওইবা
যুধিষ্ঠির মহাক নত্তনা লালকম্বদা ভীষ্ম দ্রোণ কর্ণবু
শল্য নিংথৌ লিশিং লিশিংবু কনানা হাৎপ ঙম্‌গদগে ? ॥২৬॥

নৃপতির লাম্নীশিংমা অংম্না শম্না শেম্নুনা য়াম্ন হলাউনা লম্মীশিংতুগী মতুংদা তাম্নখি ॥২৭॥ অশোমদা মল্লবা অর্জ্জুননা কৌরবলাম্মী রথীশিংকোমদা, অদুগা নকুল সহদেব মহারথী সাত্যকিনা

হত্বা তৎ পুরুষানীকং ভীমঃ সত্যপরাক্রমঃ । ধৃষ্টদ্যুম্নং পুরস্কৃত্য নচিরাৎ প্রত্যদৃশ্যত ॥৪৮॥
পাদাতা নিহতা ভূমৌ শিশ্যিরে রুধিরোক্ষিতাঃ । সংভগ্না ইব বাতেন কর্ণিকারাঃ সুপুষ্পিতাঃ ॥৪৯॥
নানাপুষ্পস্রজোপেতা নানাকুণ্ডলধারিণঃ । নানাজাত্যা হতাস্তত্র নানাদেশসমাগতাঃ ॥৫০॥
পতাকাধ্বজসংছন্নং পদাতীনাং মহদ্বলম্ । নিকৃত্তং বিবভৌ রৌদ্রং ঘোররূপং ভয়ানকম্ ॥৫১॥
যুধিষ্ঠিরপুরোগাস্তু সহসৈন্যা মহারথাঃ । অভ্যধাবন্ মহাত্মানং পুত্রং দুর্য্যোধনং তব ॥৫২॥
তে সর্ব্বে তাবকান্ দৃষ্ট্বা মহেষ্বাসাঃ পরাঙ্মুখান । নাভ্যবর্ত্তন্ত তে পুত্রং বেলেব মকরালয়ম্ ॥৫৩॥
তদদ্ভুতমপশ্যাম তব পুত্রস্য পৌরুষম্ । যদেকং সহিতাঃ পার্থা ন শেকুরতিবর্ত্তিতুম্ ॥৫৪॥
নাতিদূরাপযাতস্তু কৃতবুদ্ধিং পলায়নে । দুর্য্যোধনঃ স্বকং সৈন্যমব্রবীদ্ভৃশবিক্ষতম্ ॥৫৫॥
ন তং দেশং প্রপশ্যামি পৃথিব্যাং পর্বতেষু বা । যত্র যাতান্ ন বো হন্যুঃ পাণ্ডবাঃ কিং সৃতেন বঃ ॥৫৫॥
অল্পঞ্চ বলমেতেষাং কৃষ্ণৌ চ ভৃশবিক্ষতৌ । যদি সর্ব্বেঽত্র তিষ্ঠামো ধ্রুবং নো বিজয়ো ভবেৎ ॥৫৭॥

---

মরিল মথৌনা লৈরবা ভীম অসি লাম্মী মপৈ অদুবু হাৎলবা তুংদা ওসাই মথৈ ময়াম্না থম্-শিল্লম্বগী ময়েক্ লানা উরুব্রবা ভীম অসি ময়ামদুনা ভুথনপ্রবদা; ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাঙথাদুনা লৈরম্বদু থ্ নাম্নাঙনা তশেংনা উনখি ॥৪৮॥ অদুক য়াম্বা কল্পবা খোঙমীশিং অদু মুংশিৎনা কুদত্নু্না মকময়া য়াওনা লৈমায়থক্ত ভাদুনা লৈবা কর্নিকার কোবা উপাম্বীশিং অদুগী মতোঙয়া, মশা মশাদু ঈনা পূম্থৈতৈদুনা লৈনখি ॥৪৯॥ মতৌ অম্নয়া অতোপ অতোম্না দেশদগী লাকপা, মথল মথা অয়াম্বা লৈশয়েংনা ঝল ঝল লাউনা শিরবদ কুণ্ডলনাইয়া মনাকোংদা হাইদুয়া নীঙ-থিজরবা খোঙমীশিং অদু মতম অমত্তা শিমিয়খি ॥৫০॥ অচৌ অপিক মথল মথলগী কিরায়া কূপশিল্লবা খোঙমী লাম্মী মপৈ অদুনা শিদুনা লৈবদুমক অকিবগী মশক অমনি ॥৫১॥ মহারাজ ! অময়োম্দা যুধিষ্ঠিরগী মাঙ থাদুনা চৎলিবা মহারথী অদুমা মাগী মাগী খোঙলোয় ল্যাম্বীশিংগা লোয়ননা কল্লকা দুর্য্যোধন তয়া চেমশিন্নখি ॥৫২॥ লাম্মীশিং অদুনা, কৌরব লাম্মীশিংনা মমায় ওনথ্রবদু, তোর্ব্বান চাংজৌনা ঈপাকলোমদা চঙশিনবা হোঙ্চিনবা ওমদবদুঙয়া মহারাজগী মচানু-যুঙো দুর্য্যোধনলোমদা পাক্ চঙশিনবা ঙম্মখিদে ॥৫৩॥ মতম অসিদা দুর্য্যোধনগী মপাক্কল মথোনাবু ময়াম্না উনখি । মাদুদি পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডব লাম্মীশিংনা ময়াম্ হোম্বুনা দুর্য্যোধনবু লাকচবা ঙম্মখিদে ॥৫৪॥ চেনগদবগী থৌয়াং তৌনরবা, মশাদু ঈহংনাইহং শানরবা থোইদোক্ত লাগুনা লৈরিবা কৌরব লাম্মীশিং অদুদা দুর্য্যোধননা অম্নয়া হায়রকই:—॥৫৫॥" চেনগেথরিবা লাম্মী পুম্নমক্ ! ময়াম্না চেনগদৌরিবসি কদোমদনো ? অসিগুম্বা মকমদা চেন্নবদি পাণ্ডবশিংনা হাৎলোই হায়বা মকম অমত্তবু ঐদি উভ্রে । অদুনা লালকমদগী হন্দোক্ চেন্থোকপগী মহৈ কন্নিমত্ত লৈরোই " ॥৫৬॥ " হৌজিক্, পাণ্ডব পক্কগী লাম্মীশিং অসে, থজিক্ত মতায়শিল্লকলে । অসিগী মথক্ত কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীসিম্ন মশা অসি খেবাৎখিবনা ঈচোক্ চোক্থনথে । ত্তাঙ্গা অসিদা ঐখোয়না মতম থরদং চোহমা লালকম অসিদা খোঙকম লেপ্তনা লৈরবদি, লাল

নিপ্রযান্তা,স্তু বো হিন্ন ন প গুবা: কৃতবিখিবা: । অদ্যস্বত্যা হনিষ্যন্তি শ্রেয়ো ন: সমরে স্থিতম্ ॥৫৮॥
শৃণুধ্বং ক্ষত্রিয়া: সর্বে যাবন্তোঽত্র সমাগতা: । যদা শূরঞ্চ ভীরুঞ্চ মারয়ত্যন্তক: সদা ।
কো ন্ন মূঢ়ো ন যুধ্যেত পুরুষ: ক্ষত্রিয়ব্রুব: ॥৫৯॥
শ্রেয়ো নো ভীমসেনস্য ক্রুদ্ধস্য প্রমুখে স্থিতম্ । সুখ: সাংগ্রামিকো মৃত্যু: ক্ষত্রধর্ম্মেণ যুধ্যতাম্ ॥৬০॥
জিত্বেহ সুখমাপ্নোতি হত: প্রেত্য মহাফলম্ । ন যুদ্ধধর্ম্মাচ্ছ্রেয়ান্ বৈ পন্থা: স্বর্গস্য কৌরবা: ।
অচিরেণৈব তাংল্লোকান্ হতো যুদ্ধে সমশ্নুতে ॥৬১॥
শ্রুত্বা তু বচনং তস্য পূজয়িত্বা চ পার্থিবা: । পুনরেবাভ্যবর্ত্তন্ত পাণ্ডবানাততায়িন: ॥৬২॥
তানাপতত এবাশু ব্যূঢ়ানীকা: প্রহারিণ: । প্রত্যুদ্যযুস্তদা পার্থা জয়গৃধ্না: প্রমন্যব: ॥৬৩॥
ধনঞ্জয়ো রথেনাজাবভ্যবর্ত্তত বীর্য্যবান্ । বিশ্রুত: ত্রিষু লোকেষু গাণ্ডীবং ব্যাক্ষিপন্ ধনু: ॥৬৪॥

---

অসে ঐখোয়না শোয়দনা ওমখিনি " ॥৫৭॥ মখোয় ঐখোনয়বু হেক্ মচেল্লবদি মপুক্লীং থৌগৎ-নখিহুনা পাণ্ডবশিং আসিনা মখোয়বু তায় তায় মরাইনা হাৎগ্রগনি । অহুনা লালকম অসিদা লেঙদনা লৈহনা কৈ ॥৫৮॥ অহুনা, লৈরিবা ক্ষত্রিয় অকনবা পুম্নমক্ । হায়রিবসে অমুক্ত চনীঙঙানা তাবিখো । যমরাজনা অকনববুস্ন অশোনববুসু মতমগী মতুংইম্না হাৎখিগদবা মরৈ-ময়দা মাহু থঙলবা কয়স্বা অকনবা লান্মীনা ক্ষত্রিয় ধর্ম্ম থাদোক্তনা লাল শোয়দবা য়াওবগে ? ॥৫৯॥ শাউরবা কল্লবা ভীম আসিগী মমাঙদা লেপ্তনা লৈবনা ঐখোয়গী অকব ওইগনি । ময়মদি ক্ষত্রিয় ধর্ম্মগী মতুংইম্না লালকমদা ল্যাল শোক শোক্লনা থরাই থাব হায়বসিনা ক্ষত্রিয়শিংগীদি য়াম্ন মুংঙাইনকম্ অমনি ॥৬০॥ " কৌরব লান্মী অকনবশা ! ক্ষত্রিয়শিংনা ইহ লোকত য়েক্লববু জয় তৌরগা মুংঙাইয়াইক কংবনি; য়েক্লবনা হাৎপ্রবস্থ পরলোকত মুংঙাইব অহুম্ মকংঙবনি । ময়ম অহুনা ক্ষত্রিয়শিংগীদি লাল নত্তনা স্বর্গ কাননবা অতোয় লম্বী অমত্তস্থ লৈল্লবনি । অহুনা ত ক্ষনবাশা! লান্দ থনায়াঙনা থরাই থারম্থারম্হুনা স্বর্গ কংননবা তৌবিরগদবনি " ॥৬১॥ ক্ষত্রিয়লান্মীশিংহুনা দুর্য্যোধনগী পূক্লীংথৌগৎপা য়াহৈশিং অহু তাবদা দুর্য্যোধনবু হয় হয় থাগৎলম্নগা পাণ্ডবশিংনা লৈয়িবা অদোম্দা ফুজিম্নখি ॥৬২॥ মখোয়না চঙশিল্লকৃপসি উবদা লান্দ অমদি ফুনগুনবা মৎলমৎন্দা য়াম্ন হেম্ন হৈয়বা, শাউবনস্থ লুত্তোল কাপ্রবা পাণ্ডবশিং অহুনা লালগী খুৎত খুৎলায়নাচিংবা পুম্নমক্ শেম শাগৎতুনা কৌরব লান্মীশিংহুম্ন মখোয়য়োমদা চঙশিনখি ॥৬৩॥ কল্লবা, মরোল অহুমদা মমিং চৎলবা গাণ্ডীব লীক্লংবু পায়থত্তনা, লীম্নী কয় কম্নাচিংহুনা লালকম অহ্নদা অহুক য়াম্বা কৌরব লান্মীশিং অহুগী মায়য়োং মথন্তনা য়াখি ॥৬৪॥ মহারাজ ! নকুল সহদেব অনীনা শকুনিনা লৈয়িবা মায়গৈদোমদা অহুগা কৌরবলান্মী অতৈ অতৈনা

স তেন নাগপ্রবরেণ রাজন্নভ্যুদ্যযৌ পাণ্ডুসুতান্ সমন্তাৎ ।
বিষ্টিতঃ পৃষৎকৈবিদলার চাপি মহেন্দ্রবজ্রপ্রতিমৈঃ সুঘোরৈঃ ॥৪॥
ততঃ শরান্ বৈ সৃজতো মহারণে যোধাংশ্চ রাজন্! নয়তো যমায় ।
নান্তরং দদৃশুঃ স্বে পরে বা যথা পুরা বজ্রধরস্য দৈত্যাঃ ॥৫॥
তে পাণ্ডবাঃ সোমকসৃঞ্জয়াশ্চ তমেকনাগং দদৃশুঃ সমন্তাৎ ।
সহস্রশো বৈ বিচরন্তমেকং যথা মহেন্দ্রস্য গজং সমীপে ॥৬॥
সংদ্রাব্যমাণন্তু বলং পরেষাং পরীতকল্পং বিবভৌ সমন্তাৎ ।
নৈবাবতস্থে সমরে ভৃশং ভয়াদ্বিমৃদ্যমানন্তু পরস্পরং তদা ॥৭॥
ততঃ প্রভগ্না সহসা মহাচমূঃ সা পাণ্ডবী তেন নরাধিপেন ।
দৃষ্ট্বা চ তাং বেগবতীং প্রভগ্নাং সর্বে ত্বদীয়া যুধি যোধমুখ্যাঃ ।
সম্পূজয়ন্তশ্চ নরাধিপং তে শঙ্খান্ প্রদধ্মুঃ শশিসন্নিকাশান্ ॥৮॥

---

হেক থমথিবনি । লানফম খুদিংদা যাহল হেক হেক ওইনবা শামু অসিগী মথক্তা, অহিং লেনপ্রবদা সূর্য্যদেবনা উদয়াচলগী মতোন্দগী তাংথাংলনা হাইগৎলকপগুম্না শান্না তোংহুনা থোরকই ॥৩॥ মহারাজ ! শাথনা শামু অহগী মথক্ত তোংথৎহুনা লানফমদা চত্তশিন্নকই । অদুগা মহাক্না ইন্দ্রগী বজ্রগা মান্ননা শাক্ত কল্লবা থোঞ্জবা তেল মপে মপে শামুথক্তগী কাপ-থরকক্লনা পাণ্ডবলাম্মীশিংদা অকনব চৈনা পীবকই ॥৪॥ মহারাজ ! শাথনা শামুথক্তগী কাপথ-রকহুনা খুৎলায় মথল্ মথম্না পাণ্ডবলাম্মীশিংবু হাচ্চিন্নকলে । মমাঙদা দৈত্যশিংনা ইন্দ্রগী অহোবা অকোম্ব অমত উব ংদবহুগুম্না কাণ্ডবু অনীমকী লাম্মীশিংনা শাথগী অহোবা অপোরবা অমত উব ংথিদে ॥৫॥ ইন্দ্রগী ইরাবত শাহুনা মকম খুদিংদা পুথমো য়োনা চৎপহুগুম্না মপা নৈতনা কল্লবা শামু অহুনা লানফমগী মকম পুম্বা য়োম্বনা চৎবিবহুদা পাণ্ডব—সোমক সৃঞ্জয় লাম্মীশিংনা শামু মথন্তহুবু লিশিং লিশিং থোক্ত উব্রে ॥৬॥ শাহু মথক্তনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু নৈরকপহুদা পাণ্ডবলাম্মী মপে অসি শামুনা পুমকোম্ব কোয়শিন্দুনা থমথিবগুম্না উব্রে । অহুদগীদি পাণ্ডবলাম্মীশিং অসি অমগমগ থেংগাই তকথাম্নহুনা নথোম্ব মপেল শিনয়কপহুদা লানফমদা অমুক পম্বব ওম্নকত্রে ॥৭॥ অহুদগী ওহাক নৈরপা শাথনা পাক চাউরবা পাণ্ডব তেলোল অহুবু ছাম্বকার শানা থুগাইরে । মহারাজ ! শল্যনা পাণ্ডবলাম্মীশিংবু পুথচাই চাইনা থুগাই-রকপসি উবদা অদুগা পাণ্ডবলাম্মীশিংনা চেম্বরকপসি উবদা কৌরবলানমীশিংনা শাথবু থাগৎলবি । মাগী মাগী তোম্ব তৌমবা মোইবুং অহু পাম্বথৎনহুনা থোংগৎখি ॥৮॥

শ্রুত্বা নিনাদন্ত্বথ কৌরবাণাং হর্ষাদ্বিমুক্তং সহ শঙ্খশব্দৈঃ।
সেনাপতিঃ পাণ্ডবসৃঞ্জয়ানাং পাঞ্চালপুত্রো ন মমর্ষ কোপাৎ ॥৯॥
ততস্তু তং বৈ দ্বিরদং মহাত্মা প্রত্যুদ্যযৌ ত্বরমাণো জয়ায়।
জম্ভো যথা শক্রসমাগমে বৈ নাগেন্দ্রমৈরাবণমিন্দ্রবাহম্ ॥১০॥
তমাপতন্তং সহসা তু দৃষ্ট্বা পাঞ্চালপুত্রং যুধি রাজসিংহঃ।
তং বৈ দ্বিপং প্রেষয়ামাস তূর্ণং বধায় রাজন্! দ্রুপদাত্মজস্য ॥১১॥
স তং দ্বিপং সহসাভ্যাপতন্তমবিধ্যদগ্নিপ্রতিমৈঃ পৃষৎকৈঃ।
কর্ম্মারধৌতৈর্নিশিতৈর্জ্বলদ্ভির্নারাচমুখ্যৈস্ত্রিভিরুগ্রবেগৈঃ ॥১২॥
ততোঽপরান্ পঞ্চ শিতান্ মহাত্মা নারাচমুখ্যান্ বিসসর্জ কুম্ভে।
স তৈস্তু বিদ্ধঃ পরমদ্বিপো রণে তদা পরাবৃত্য ভৃশং প্রদুদ্রুবে ॥১৩॥
তং নাগরাজং সহসা প্রণুন্নং বিদ্রাব্যমাণঞ্চ নিগৃহ্য শাল্বঃ।
তোত্ত্রাঙ্কুশৈঃ প্রেষয়ামাস তূর্ণং পঞ্চালরাজস্য রথং প্রদিশ্য ॥১৪॥
দৃষ্ট্বাপতন্তং সহসা তু নাগং ধৃষ্টদ্যুম্নঃ স্বরথাচ্ছীঘ্রমেব।
গদাং প্রগৃহ্যাশু জগাম বীরো ভূমিং প্রপন্নো ভয়বিহ্বলাঙ্গঃ ॥১৫॥

---

মোইবুংগী খোঞ্জেলগা লোয়ননা কৌরবলাম্নীশিংনা সিংহনাদ লাউদুনা য়াম্ন জুংঙাইনরকপদু উবদা সৃঞ্জয়লাম্নী মপৈগী সেনাপতি ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি য়েংদুনা লৈব ঙম্মকত্রে ॥৯॥ জম্ভাসুরনা ইন্দ্রগা থেংনবা লান্দা ইন্দ্রগী বাহন, শাম্নু অথোইবা ঐরাবতকী মায়গৈদা ফুজিল্লকপগুম্না, থোইনা কল্লবা ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি শাম্নু অদুবু জয় তৌগে হায়বগীদমক শাম্নু অদু তম্না প্রপ্রপ চেলশিল্লকই ॥১০॥

মহারাজ — ধৃষ্টদ্যুম্ননা য়াম্না কম্না চত্তশিল্লকপদু উবদা কল্লবা, নিংথৌ অথোইবা শাল্ব অসি ধৃষ্টদ্যুম্নবু মহাৎলগে হায়না থনখিদুনা মাগী রাংচাউরবা শাম্নু অদু কাতি থাদুনা কম্না থৌজল্লকই ॥ ১১ ॥ শাম্নু অদুনা থোজাপ কম্না থাংজিললকপদা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মথুৎ মশা হৈবা মীনা চেকশিন্ন শাগ্রবা ওখোক্ত হৌগ্রবা, শাক্ব কল্লবা, মৈগুম তেজ লৈরবা নারাচ কৌবা তেল অহুম্না শাম্নু অদুগী মশাদা থাখি ॥ ১২ ॥ অদুদগী অমুক ধৃষ্টদ্যুম্ননা য়েত্তম মচিন শাবা থোরবা তেল মঙানা শাম্নু অদুগী অনী তোংথৎলিবা মথোয় অদুগী কারক কম্না থাজিনখি। অদুদগী থুংলায় ময়াম অদুনা শাখিনা পাল্লবা পাম্নু অসি চৈনাথোল শাণ্ডবা ওমদদুনা মনিং হন্দুনা কম্না হেক্ত: মরেক্সে ॥ ১৩ ॥ শাম্নু অচৌবা অদুনা মমায় ওন্দুনা চেল্লবদা অমুমুক থিনবদা য়াম্নো নারবা শাম্নু কাতি থাদুনা শাথনা মাগী শাম্নু অদু ধৃষ্টদ্যুম্না য়োথদা মমায় ওমশিনহল্লক্না অমুক শাম্না থৌজিল্লকই ॥ ১৪ ॥ শাম্নু অদুনা শাফু কম্না থোজাপ কম্না হোৎচিল্লকপদু উবদা মিপায়রবা

স তং রথং হেমবিভূষিতাঙ্গং সাশ্বং সসূতং সহসা বিগৃহ্য।
উৎক্ষিপ্য হস্তেন মহাদ্বিপোঽথ বিপোথয়ামাস বসুন্ধরাতলে ॥১৬॥
পাঞ্চালরাজস্য সুতং স দৃষ্ট্বা তদর্দিতং নাগবরেণ তেন।
তমভ্যধাবৎ সহসা জবেন ভীমঃ শিখণ্ডী চ শিনেশ্চ নপ্তা ॥১৭॥
শরৈশ্চ বেগং সহসা নিগৃহ্য তস্যাভিতো হ্যাপততো গজস্য।
স সংগৃহীতো রথিভির্গজো বৈ চচাল তৈর্বার্য্যমাণশ্চ সংখ্যে ॥১৮॥
ততঃ পৃষৎকান্ প্রববর্ষ রাজা সূর্য্যো যথা রশ্মিজালান্ সমন্তাৎ।
তেনাশুগৈর্বধ্যমানা রথৌঘাঃ প্রদুদ্রুবুস্তত্র ততস্ত সর্বে ॥১৯॥
তৎ কর্ম শাল্বস্য সমীক্ষ্য সর্বে পাঞ্চালমৎস্যা নৃপ! সৃঞ্জয়াশ্চ।
হাহাকারৈর্নাদয়ন্তঃ স্ম যুদ্ধে দ্বিপং সমন্তাদ্রুরুধুর্নরাগ্র্যাঃ ॥২০॥
পাঞ্চালরাজস্ত্বরিতস্তু শূরো গদাং প্রগৃহ্যাচলশৃঙ্গতুল্যাম্।
সসম্ভ্রমং ভারত! শত্রুঘাতী জবেন বীরোঽনুসসার নাগম্ ॥২১॥
ততস্তু নাগং ধরণীধরাভং মদং স্রবন্তং জলদপ্রকাশম্।
গদাং সমাবিধ্য ভৃশং জঘান পাঞ্চালরাজস্য সুতস্তরস্বী ॥২২॥

---

তৌকম থওরবা ধৃষ্টদ্যুম্না অসি মাগী গদা অদু পায়থত্তুনা রথদগী কল হেক চোংথদুনা লৈমায়থক্তা চপ হেক লেপই ॥ ১৫ ॥ অদুদগী চাউরবা শাম্ম অদুনা হোৎচিল্লক্লুনা শগোলগা সারথিগা লোয়ননা রথ অদু মখোঙপাক্লা নৈথাইখি। অদুদগী মনাক্তোম্না বাংনা থাংগৎলগা উফুল থোক্লা নৈথাইখি ॥ ১৬ ॥ ধৃষ্টদ্যুম্না অরাবা মওংদা ভাবসি উবদা ভীম শিখণ্ডি সাত্যকি অহুম অসি মতোল্লোমদ প্র প্রপ চেনশিনলকই ॥ ১৭ ॥ শাম্ম অদুনা মখোয় অহুমলোমদা চঙশিনলকপদু উবদা রথিশিং অসিনা তেল মনম মনম কাপশিন্দুনা শাম্মদবু থিংনবা হোৎনৈ। অদুবু শাম্ম অদুনা মাহ পূম্মক নমহৎতুনা অম্বুম অম্বুম অপনবা লৈতনা চঙশিলকই ॥ ১৮ ॥ অদুদগী শাল্বনা শাম্মথক্তগী সুমিৎনা মায়গৈ পূম্বাদা মশেক্ মঙাল চাইথোরকপগুম তেল মপৈ মপৈ মখোয়দা কাপশিল্লকই তেলগী লাংনা কুপশিল্লকপদু উবদা রথিশিং অদু মমায় ওন্দুনা চেংথোকনৈ ॥ ১৯ ॥ মহারাজ, শাল্বগী অদুগুম্বা অতকপা থবক অদু উবদা নিপা অথোয়বা পাঞ্চাল, মৎস্য সৃঞ্জয় লান্মীশিংনা মখোয়গী হাহাকার লাউবগী খোঞ্জেলনা লানকম পুথমিন নিনহন্দুনা শাম্ম অদুবু তেল মপৈ মপৈনা থিংতুনা থমখি ॥ ২০ ॥ ভরতনন্দন! মহারাজ! অদুগী তুংদা যেক্রবা হাৎথবা অকনবা ধৃষ্টদ্যুম্না চীংদোলগুম্বা চাউ শাংলবা গদা অদু পায়থৎতুনা খাম্ন থুনা রাজগা শাল্বগী শাম্ম অদোমদা চঙশিনখি ॥ ২১ ॥ অদুদগী মপাঙ্গল চাওরবা ধৃষ্টদ্যুম্ননা গদা অদু উকজক লৈন লৈন চেনশিনথিতুনা চিংমুক চাওরবা, মচুম ভাংবা লোংগুম মুরবা শাম্ম অদুগী মকোকতা

স ছিন্নকুম্ভঃ সহসা বিনদ্য মুখাৎ প্রভূতং ক্ষতজং বিমুঞ্চন্ ।
পপাত নাগো ধরণীধরাভঃ ক্ষিতিপ্রকম্পে চলিতো যথাদ্রিঃ ।২৩।
নিপাত্যমানে তু তদা গজেন্দ্রে হাহাকৃতে তব পুত্রস্য সৈন্যে ।
স শাল্বরাজস্য শিনিপ্রবীরো জহার ভল্লেন শিরঃ শিতেন ।২৪।
হতোত্তমাঙ্গো যুধি সাত্বতেন পপাত ভূমৌ সহ নাগরাজ্ঞা ।
যথাদ্রিশৃঙ্গং সহসা প্রণুন্নং বজ্রেণ দেবাধিপচোদিতেন ।২৫।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে শাল্ববধে অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ।০। *

———:*:———

চোংখৎলু মা তদা অহুনা যুথি ॥ ২২ ॥ মাহুদা শাম্ব অহুগী মকোক অদু থীনা কায়খি । অকনবা যুহ মাব লাকপদা চীংনা হকমহোংবা বিশ্বংওয়া চিংমুক চাওরবা শাম্ব অদু অরা অনাগী খোঙ্গাও কয়া লাওহুনা, ময়াদগী ঈ কাবহুনা থূদক অদুদ লৈমায়থক্ত ভুথক্লে ॥ ২৩ ॥ শাম্ব অদুনা ভুথিবহু উংদা কৌরোব লাশ্মী পুম্বা হাহাকর লাওনখি । তানজা অহুদা সাত্যকিনা খোমবা তা মচিন শাবা থুংলাই অমনা শ.ম্বগী মতক অদু ককথংখি ॥ ২৪ ॥ সাত্যকিনা শম্বগী মতক ককপ্রংদা, ইন্দ্রগী ২জ্রনা থাংদা চিংদোংম্না নিংথ ম্বহুন: তারকপওয়া শম্ব অদো মাগী শাম্বুগা লোয়ননা লানকম লৈমায়থক্ত ভুম্মিরখি ॥ ২৫ ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চাহনা শ্রীব্যাস্‌না লেংবা সংহিতাদা শল্য-পর্ব্বদা শল্যবধ গী মথুংদা শল্যবধগী তরানিপানভবা অধ্যায় লোয়রে ॥

——*——

# শ্রীমহাভারতম্

শল্যবধগী মতুংদা অকনবা লান্থাও।

## ঊনবিংশোঽধ্যায়ঃ।

তরামাপলগুবা অধ্যায়

—: ০ :—

সঞ্জয় উবাচ।

তস্মিংস্তু নিহতে শূরে শাল্বে সমিতিশোভনে। তবাভজ্যদ্বলং বেগাদ্বাতেনেব মহাদ্রুমঃ ॥১॥
তৎ প্রভগ্নং বলং দৃষ্ট্বা কৃতবর্ম্মা মহারথঃ। দধার সমরে শূরঃ শত্রুসৈন্যং মহাবলঃ ॥২॥
সন্নিবৃত্তাস্তু তে বীরা দৃষ্ট্বা সাত্বতমাহবে। শৈলোপমং স্থিতং রাজন্। কীর্য্যমাণং শরৈর্যুধি ॥৩॥
ততঃ প্রববৃতে যুদ্ধং কুরূণাং পাণ্ডবৈঃ সহ। নিবৃত্তানাং মহারাজ। মৃত্যুং কৃত্বা নিবর্ত্তনম্ ॥৪॥
তত্রাশ্চর্য্যং মহাযুদ্ধং সাত্বতস্য পরৈঃ সহ। যদেকো বারয়ামাস পাণ্ডুসেনাং দুরাসদাম্ ॥৫॥
তেষামন্যোন্যসুহৃদাং কৃতে কর্ম্মণি দুষ্করে। সিংহনাদঃ প্রহৃষ্টানাং দিবস্পৃক্ সুমহানভূৎ ॥৬॥
তেন শব্দেন বিত্রস্তাঃ পাঞ্চালা ভরতর্ষভ।। শিনের্নপ্তা মহাবাহুরুপযাতশ্চ সাত্যকিঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। লালতনা মাগী সৈতেং ওইরুনা লৈরম্বা, কন্নবা, মদ্ররাজ শল্যনা শিখ্রবদা লুংশিংকী কন্নবা ইপোম্না ফুরবা উঙ্গাও অমনা ভেকৃথরকপণম্ মহারাজগী কৌরব লাম্নী মপৈঅত্থ পুমচাই চাইনা কারখ্রে ॥১॥ কৌরব লাম্নীপুম্বা চেম্নবা কায়নবদু উবদা কন্নবা, মহারথী মপাঙ্গল চাউরবা কৃতবর্ম্মানা য়েক্লবশিংগী মায়োক্ মাখি ॥২॥ মহারাজ। য়েক্লবগী মায়ৈনা হম হম্না কাপশিল থাজিল্লকলব কাওবদা চাওগী মতোঙ্মা লেপ্তনা কৃতবর্ম্মা য়েক্লবশিংপু কন্না থেংনত্থনা লৈবদু উবদা চেম্নুরবা কৌরব লাম্নাশিং অসি অমুক্ মথায় লৈশিল্লকুলে ॥৩॥ মহারাজ। কৌরব লাম্নীশিংনা শিবকিদনা, অশিবু খুবাক হাপ্তনা মথায় ওনশিল্লরকনা পাণ্ডবপক্কী লাম্নীশিংগা অমুক কন্না থেংনখা হৌখি ॥৪॥ মতম অদুদা পাণ্ডবশিংগী মথক্তা কৃতবর্ম্মাগী অঙ-কৃপা অকিবকংব লান্থাও অমথোকখি। মরমদি মহাক্ মথন্তনা লান্থ, লাকচম কাওমদুনা পাণ্ডব-শিংবু কন্না থিংদুনা থমখি ॥৫॥ পক্কঅনীমকী লাম্নাশিংনা ভোওদবা থবক্ ওাক ভোনরকপদু উবদা পক্কঅনিমকী লাম্নীশিংনা মথ্‌াই হরাউনা মপুক্লোং থৌশংনদুনা, লোংমশোন মকোয় পুখনিন নিম্না সিংহনাদ লাউথংনমকই ॥৬॥ ভরতশাসৈগী অথোইবা মহারাজ। মতম্ অসিদা পাণ্ডবপক্কী

স সমাসাদ্য রাজানং ক্ষেমকীর্ত্তিং মহাবলম্। সপ্তভির্নিশিতৈর্বাণৈরনয়দ্যমসাদনম্ ॥৮॥
তমায়ান্তং মহাবাহুং প্রকিরন্তং শিতান্ শরান্। জবেনাভ্যপতদ্ধীমান্ হার্দ্দিক্যঃ শিনিপুঙ্গবম্ ॥৯॥
তৌ সিংহাবিব নর্দ্দন্তৌ ধন্বিনৌ রথিনাং বরৌ। অন্যোন্যমভিধাবেতাং শস্ত্রপ্রবরধারিণৌ ॥১০॥
পাণ্ডবাঃ সহ পাঞ্চালৈর্যোধাশ্চান্যে নৃপোত্তম। প্রেক্ষকাঃ সমপদ্যন্ত তয়োর্ঘোরে সমাগমে ॥১১॥
নারাচৈর্বৎসদন্তৈশ্চ বৃষ্ণ্যন্ধকমহারথৌ। অভিজঘ্নতুরন্যোন্যং প্রহৃষ্টাবিব কুঞ্জরৌ ॥১২॥
চরন্তৌ বিবিধান্ মার্গান্ হার্দ্দিক্যশিনিপুঙ্গবৌ। মুহুরন্তর্দধাতে তৌ বাণবৃষ্ট্যা পরস্পরম্ ॥১৩॥
চাপবেগবলোদ্ধূতান্ মার্গণান্ বৃষ্ণিসিংহয়োঃ। আকাশে সমপশ্যাম পতঙ্গানিব শীঘ্রগান্ ॥১৪॥
তমেকং সত্যকর্ম্মাণমাসাদ্য হৃদিকাত্মজঃ। অবিধ্যন্নিশিতৈর্বাণৈশ্চতুর্ভিশ্চতুরো হয়ান্ ॥১৫॥
স দীর্ঘবাহুঃ সংক্রুদ্ধস্তোত্রার্দ্দিত ইব দ্বিপঃ। অষ্টাভিঃ কৃতবর্ম্মাণমবিধ্যৎ পরমেষুভিঃ ॥১৬॥

---

পাঞ্চাল লাণ্মীশিং অসি মপুক্তীং হনখি। মতম আসদা শিনিগী মচাকল্লবা সাত্যকি অসি মকম অহুদা হেক্ থুংলে ॥৭॥ মহাক্ থংভবা মতম্ সিমক্তদা মপাঙ্গল কল্লবা নিংথৌ ক্ষেমকীর্ত্তি হায়বহুনা সাত্যকিদা আক্রমণ হেক্ তৌশিল্লুবদা সাত্যকিনা মহাকপু থোরবা তেল তরেৎনা যমালয় অহুম্ তম য়োহনখি ॥৮॥ অহুদগী শিনিবংশগী অথোইবা অকনবা সাত্যকিনা থোরবা তেল্লনা পুন্মময়া কাপশিল কাপশিন্না চঙশিল্লকপ মতমসিদা হৈশিংলবা কৃতবর্ম্মানা মন্তোন্নোমদা চোঙ্গল্লকই ॥৯॥ লৌরুংগী লান্দা হায়নরিবা, রথী অথোইবা ওইনরিবা, করকরবা খুৎলায়মক্ত লোয়নরব সাত্যকি কৃতবর্ম্মা অনীসিনা চরাম্নবা নোংশা অনীগী মন্তোঙ্ম্মা অমন অমদা ভংনহুনা হোৎচিন্নৈ ॥১০॥

মহারাজ। কৃতবর্ম্মাগা সাত্যকিগা নাইত্তোম ওইনা থেংনরক্পাসি উবদা পাণ্ডব অমদি পাঞ্চাল লাণ্মীশিংদি ভাবোক্ ওইনা লেপহুনা য়েংনখে ॥ ১১ ॥ বৃষ্ণি অমদি অন্ধক শাগৈ অনীগী অথোইবা ওইনরবা সাত্যকি কৃতবর্ম্মা অনীসিনা, ময়ায় কারবা মচুম ভারবা শাম্ব অনীগী মন্তোঙ্ম্মা, য়েত্তু মমচিনশাবা, তামচীনশাবা শান্নাউময়ামচিনশাবা, অসিঙ্গ্মা থোরথোরবা খুৎলায় জাং—জাং পুথোরহুনা অমগমগ কম্না কাপ্লখি ॥ ১২ ॥ সাত্যকি কৃতবর্ম্মা অনী আস লালগী হৌনবী থোঙচৎ মায়োল জাং—জাং উৎনহুনা অতৎ অথম লৈতনা কাপাশন থাজিমহুনা অমনা অমদা শাখি শাখিনা চৈনা পানবকলে ॥ ১৩ ॥ মতম অসিদা সাত্যকিকৃতবর্ম্মা অনীগ লৌরুং অনীদগী অতৎ অথম লৈতনা পাইথোক্সরকপা তেল মপৈমপৈনা নোংমদোন অনি শিন্থংবা কৌবোং,হায়ো মপৈমপৈনা তোবঙ্গম পাইরকপগু ঐথোয় থংহনা মরেক লানা উনখি ॥ ১৪ ॥ অহুগী তুংদা কৃতবর্ম্মানা সাত্যকিবু লাম্না ওইনা মর্থক্ত কংবহুদা পুংঙাইহুনা থোরবা তেল মখিনা সাত্যকিগী শগোল মরি অহুদা কম্না থাখি ॥ ১৫ ॥ মতম অহুদা সাত্যকি অ'স কাও

ততঃ পূর্ণায়তোৎসৃষ্টৈঃ কৃতবর্ম্মা শিলাশিতৈঃ। সাত্যকিং ত্রিভিরাহত্য ধনুরেকেন চিচ্ছিদে ॥১৭॥
নিকৃত্তং তদ্ধনুঃশ্রেষ্ঠমপাস্য শিনিপুঙ্গবঃ। অন্যদাদত্ত বেগেন শৈনেয়ঃ সশরং ধনুঃ ॥১৮॥
তদাদায় ধনুঃ শ্রেষ্ঠং বরিষ্ঠঃ সর্ব্বধন্বিনাম্। আরোপ্য চ মহাবুদ্ধির্মহাবীর্য্যো মহাবলঃ ॥১৯॥
অমৃষ্যমাণো ধনুষশ্ছেদনং কৃতবর্ম্মণা। কুপিতোঽতিরথঃ শীঘ্রং কৃতবর্ম্মাণমভ্যয়াৎ ॥২০॥ যুগ্মকম্)
ততস্তু নিশিতৈর্বাণৈর্দশভিঃ শিনিপুঙ্গবঃ। জঘান সূতঞ্চাশ্বাংশ্চ ধ্বজাংশ্চ কৃতবর্ম্মণঃ ॥২১॥
ততো রাজন্! মহেষ্বাসঃ কৃতবর্ম্মা মহারথঃ। হতাশ্বসূতং সংপ্রেক্ষ্য রথং হেমপরিষ্কৃতম্ ॥২২॥
রোষেণ মহতাবিষ্টঃ শূলমুদ্যম্য মারিষ!। চিক্ষেপ ভুজবেগেন জিঘাংসুঃ শিনিপুঙ্গবম্ ॥২৩॥ (যুগ্মকম্
তচ্ছূলং সাত্বতো হ্যাজৌ নির্ভিদ্য নিশিতৈঃ শরৈঃ। চূর্ণিতং পাতয়ামাস মোহয়ন্নিব মাধবম্।
ততোঽপরেণ ভল্লেন হৃদ্যেনং সমতাড়য়ৎ ॥২৪॥
স যুদ্ধে যুযুধানেন হতাশ্বো হতসারথিঃ। কৃতবর্ম্মা কৃতাস্ত্রেণ ধরণীমন্বপদ্যত ॥২৫॥
তস্মিন্ সাত্যকিনা বীরে দ্বৈরথে বিরথীকৃতে। সমপদ্যত সর্ব্বেষাং সৈন্যানাং সুমহদ্ভয়ম্ ॥২৬॥

---

থারবা শামুঙ্ময়া শাউখিহ্লনা মথৌ শঙলবা তেল নিপাম্না কৃতবর্ম্মাদা কননা থাখি ॥১৬॥

অদুগী তুংদা কৃতবর্ম্মানা লীন্নীবু নাকোং মরু কংনা চিংহ্লনা য়োখৌনা মথৌ শঙ্লবা থৌরবা তেল অহুম্না সাত্যকিদা কম্না থারগা অদুদগী অতোপ্প তেল অমনা মাগী লীরুং অদু কক্পংখি ॥১৭॥ অদুদগী শিনিবংশগী অখোইবা সাত্যকি অসিনা অতেকপ লীরুং লংখোকখিহ্লনা অতোপ্প অকনবা লীরুং অম থুনায়াঙনা পায়খৎখি ॥১৮॥ লীরুং পায়বগী অখোইবা, মবুদ্ধি চাউরবা, শাথিনা কল্লবা, অতিরথীপ্প ওইরবা সাত্যকিনা লীরুং অদুনা লীরী তঙ্হাপ হাপকত্লনা কৃতবর্ম্মানা লীরুং কক্পৎখিবদুগী অশাউবনা লুত্তোন কাখিহ্লনা রথ অদু কৃতবর্ম্মা তম্না প্রপ্রপ থোক্লিল্লকৈ ॥১৯-২০॥ অদুগী তুংদা শিনিশাগৈগী অখোইবা সাত্যকিনা থৌরবা তেল তরানা কৃতবর্ম্মাগী সারথি শগোল অমদি কৌরালবু মীকুপ অমদা তুম্ন মাঙহনখি ॥২১॥ ইকায়খুম্ননবগী মশক ওইরবা মহারাজ! লীরুং পায়বগী অখোইবা, মহারথী কৃতবর্ম্মানা মাগী সনাজনা থাম্রবা রথগী শগোল মরিবু অদুগা সারথিবু হাৎখিবসি উবদা থোইদোক্ন শাউখিহ্লনা সাত্যকিবু মহাৎলগে হায়না থনখিহ্লন চাউরশাংলবা থৌরবা তা অম পায়খত্লনা মাহুবু শাফু কম্না সাত্যকি তম্না লংশিল্লকই ॥২২-২৩॥ মতম অদুদা মশাগী থুৎ থবা অমদি বিদ্যাগী শক্তিনা সাত্যকিনা কৃতবর্ম্মাবু পুমথুত্তুবাংশিহ্লনা তেল মপৈ মপৈ কাপ্শিল্লক্লনা তা অদু মচেৎ মচেৎ থোক্না কক্থত্লনা লৈমায় থক্ত তাহনগ্রগা তা মচীনশাবা তেল অমনা কৃতবর্ম্মাগী থবীন্দা থুম্ন থাখি ॥২৪॥ লীক্লংদা মথুৎ লোয়রবা ওঝানাইনা নীঙখিনা তমহ্লনা দ্বৈরথ সাত্যকিনা রথগী শগোলগা সারথিগা হাৎগ্রবদা কৃতবর্ম্মা অসি মাগী রথদুদগী লৈমায়থক্ত কল হেক চোংখি ॥২৫॥ মুখা মুখি ওইনা লোম্নবা নায়তোংগী লংদা সাত্যকিনা কল্লবা কৃতবর্ম্মাবু রথ য়াওদ্রবা থোক্ন অমদি

তং পরে নাগপত্তর বর্ত্ম্যা মৃত্যুবিবাহবে। অথান্তং রথবাহায় হাণ্ডিকাঃ মবপত্তক ॥৩৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি

শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে উনবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥১৯॥

দুর্য্যোধন অসি লালকমগী মায়গৈ পুম্বদা মশা মথন্তী তেহনা ঈন্তাল তায়া চাক্‌না লৈখি ॥৩৫॥ ভাইবং মানা অসিবগী নাক চঙ শরীওবংবন্তর থেকপী লালগী কনানমু দুর্য্যোধন নাক্তা চঙশিনবা ওয়খিয়ে। তাঙ্গা অসিদা কৃতবর্ম্মা। অসি অংতোয়া মথ অবদা তোংহনা অমুক লালকথ অহুদা চঙশিল্লকই ॥৩৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা শল্যবধগী মণুংদা সঙ্কুলযুদ্ধকী তরামাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:-•-:——

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্যবধগী মনুংদা একনবা লালগী মতাং অমা)

## বিংশোঽধ্যায়ঃ।

### কুনগুবা অধ্যায়

সঞ্জয় উবাচ।

পুত্রস্তু তে মহারাজ। রথস্থো রথিনাং বরঃ। দুরুৎসাহোঽ বভৌ যুদ্ধে যথা রুদ্রঃ প্রতাপবান্ ॥১॥

তস্য বাণসহস্রৈস্তু প্রচ্ছন্না হ্যভবন্মহী। পরাংশ্চ সিষিচে বাণৈর্ধারাভিরিব পর্বতান ॥২॥

ন চ সোঽস্তি পুমান কশ্চিৎ পাণ্ডবানাং মহাহবে। হয়ো গজো রথো বাপি যোঽস্য বাণৈরবিক্ষতঃ ॥৩॥

সঞ্জয়না হায়:— মহারাজ! মাংচাউরবা রথমথক্ত তোংলবা মপীঅবোইবা অম অইবা, অমমা শিমবা য়ারমোইদোবগী মওংদা, নচাইবুতোঁদুর্য্যোধন অসি শক্তি পুম্বা পুখোকহুনা লৈরবা রুদ্রগী মতোঙমা লালকনমথায়দা মশেন্ মঙালপুম্বা পুহনা লৈখি॥ ১॥ দুর্য্যোধননা কাপথোরকপা তেল লীশিং লীশিংনা লালকথ লৈথায় থকপ্ত কুপশিনখ্রবদা নোং মপাক মপাকনা চীঙমায় অমদি চীঙথক্ত হৈথরকপহুগুমা যেকবা পাণ্ডব শকপী লায়োপীংগী মথক্তা তেল মথং মথং হৈথরবদা ॥২॥ মহুগী পুখিংকী লাঞ্জাউদা দুর্য্যোধনগী তেমা পাম্বা ইক্ত

যং যং হি সমরে যোধং প্রপশ্যামি বিশাংপতে।। স তু বাণৈশ্চিতোঽভূদ্বৈ পুত্রেণ তব ভারত। ॥৪॥
যথা সৈন্যেন রজসা সমুদ্ভূতেন বাহিনী। প্রত্যাদৃশ্যত সংছন্না বাণৈশ্চ ধন্বিনঃ ॥৫॥
বাণভূতামপশ্যাম পৃথিবীং পৃথিবীপতে।। দুর্য্যোধনেন প্রকৃতাং ক্ষিপ্রহস্তেন ধন্বিনা ॥৬॥
তেষু যোধসহস্রেষু তাবকেষু পরেষু চ। একো দুর্য্যোধনশ্চাসীৎ স পুমানিতি মে মতিঃ ।৭।
তত্রাদ্ভুতমপশ্যাম তব পুত্রস্য বিক্রমম্। যদেনং সহিতাঃ পার্থা নাভ্যবর্ত্তন্ত ভারত। ।৮।
যুধিষ্ঠিরং শতেনাজৌ বিব্যাধ ভরতর্ষভ।। ভীমসেনঞ্চ সপ্তত্যা সহদেবঞ্চ সপ্তভিঃ ।৯।
নকুলঞ্চ চতুঃষষ্ট্যা ধৃষ্টদ্যুম্নঞ্চ পঞ্চভিঃ। সপ্তভির্দ্রৌপদেয়াংশ্চ ত্রিভির্বিব্যাধ সাত্যকিম্।
ধনুশ্চিচ্ছেদ ভল্লেন সহদেবস্য মারিষ। ।১০।
তদপাস্য ধনুশ্ছিন্নং মাদ্রীপুত্রঃ প্রতাপবান্। অভ্যধাবত রাজানং প্রগৃহ্যান্যন্মহদ্ধনুঃ।
ততো দুর্য্যোধনং সংখ্যে বিব্যাধ দশভিঃ শরৈঃ ।১১।

---

নকুলস্তু ততো বীরো রাজানং নবভিঃ শরৈঃ। ঘোররূপৈর্মহেষ্বাসো বিব্যাধ চ ননাদ চ ।১২।

নাইহং শাদবা পাণ্ডবপক্ষগী করিগুম্বা শগোল শামু খোঙমীলাম্মী অমত্ত য়াওখিদ্রে ॥ ৩ ॥ মহারাজ সঞ্জয় ঐ ঈশামকনা কায় উখিবগে হায়বথু পাণ্ডব পক্ষদা হেক্ উরুউরুবা লাম্মী অদো ; দুর্য্যোধনগী তেন্তনা মপাপুম্বা পুম্নোম হেক্ত মরোমপ্রবনি ॥৪॥ লাম্মীশিংগী মখোঙদগী পাইখো-রকপা উফুম্বা লালকম লৈমায় থক অদুবু পুমকুপ কুপখিবদগুম্বা কল্লবা দুর্য্যোধনগী থশীং লাক্‌ওমল্লবা তেলশিংনম্ব লালকম লৈমায় থক অদুবু পুমকুপ কুপখি ॥ ৫ ॥ মহারাজ! মথুৎ থ্‌রবা য়াংলবা দুর্য্যোধননা পাকচাউরবা লালকম অদুবু তেন্তনা য়োমদুনা শাবা লমপাক অমগী মত্তোওম হনখিবদু ঐ ঈশামক্লা উখি ॥ ৬ ॥ কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীমকী লাম্মী লিশিং লিশিংগী মরুংদা থাজৈশেংনা মখোনা লৈবা-কনবা নিপাদি দুর্য্যোধনত ওইরে হায়বাস ঐনা মতম অদুদা চপয়ুংনা থনখ্রে ॥ ৭ ॥ মহারাজ! ঐনা উজখিবা অঙকপা অমনা করিনো হায়বদা পাণ্ডবশিং পুম্নমক হোম্বুনা থেংনবদা মখোয়না দুর্য্যোধনগী মাঙদা লেপপ ঙমখিদবদো অদুনি ॥ ৮ ॥ ভরতশাগৈগী অখোইবা! দুর্য্যোধননা তেল চামনা যুধিষ্ঠিরদা, হুম্ফ,তরানা ভীমদা, তরেৎনা সহদেবদা কয় কয়া থাখি ॥ ৯ ॥ ঈকায় খুম্নবগী মপক ওইরবা মহারাজ! অসিগী তুংদা অমুক দুর্য্যোধননা তেল হুম্ফ্‌মরিনা নকুলদা, মঙানা ধৃষ্টদ্যুম্নদা, তরেৎ-তরেৎনা দ্রৌপদীগী মচা-মঙাদা অদুগা অহুমনা সাত্যকিদা থাজিনখি। অদুগা ভামাচিনশাবা তেল অমনা সহদেবগী মথুঙ পায়রীবা লীরুং অদু ককথৎখি ॥ ১০ ॥
অদুগী মতিক মঙন চাউরবা মরিল লৈরবা সহদেবনা অতেকপা লিরুং হন্দোকখিদুনা কল্লবা উইদ্রবা লিরুং অমুক পায়থৎতুনা লিমী তঙহাপ হাপকৎতুনা দুর্যোধন তয়া যুদ্ধিক্রকই, অদুদগী থৌরব তেল তরানা দুর্য্যোধনদা থাই ॥ ১১ ॥ অদুগী তুংদা কয়া নকুলনা চেপ মাপবা

সাত্যকিশ্চাপি রাজানং শরেণানতপর্ব্বণা । দ্রৌপদেয়াস্ত্রিসপ্তত্যা ধর্ম্মরাজশ্চ পঞ্চভিঃ ।
অশীত্যা ভীমসেনশ্চ শরৈ রাজানমার্দ্দয়ৎ ।১৩।
সমন্তাৎ কীর্য্যমাণস্তু বাণসংঘৈর্ম্মহারথৈঃ । ন চচাল মহারাজ ! সর্ব্বসৈন্যস্য পশ্যতঃ ॥১৪॥
লাঘবং সৌষ্ঠবঞ্চাপি বীর্য্যঞ্চৈব মহাত্মনঃ । অতিসর্ব্বাণি ভূতানি দদৃশুঃ সর্ব্বমানবাঃ ॥১৫॥
ধার্ত্তরাষ্ট্রা হি রাজেন্দ্র ! যাতা তু স্বল্পমন্তরম্ । অপশ্যমানা রাজানং পর্য্যবর্ত্তন্ত দংশিতাঃ ॥১৬॥
তেষামাপততাং ঘোরস্তুমুলঃ সমজায়ত । ক্ষুব্ধস্য হি সমুদ্রস্য প্রাবৃট্‌কালে যথা স্বনঃ ॥১৭॥
সমাসাদ্য রণে তে তু রাজানমপরাজিতম্ । প্রত্যুদ্‌যযুর্ম্মহেষ্বাসাঃ পাণ্ডবানাততায়িনঃ ।১৮।
ভীমসেনং রণে ক্রুদ্ধং দ্রোণপুত্রো ন্যবারয়ৎ । ততো বাণৈর্ম্মহারাজ ! প্রমুক্তৈঃ সর্ব্বতো দিশম্ ।১৯।
নাজ্ঞায়ন্ত রণে বীরা ন দিশঃ প্রদিশস্তথা । তাবুভৌ ক্রূরকর্ম্মাণাবুভৌ ভারত ! দুঃসহৌ ॥২০॥
ঘোররূপমযুধ্যেতাং কৃতপ্রতিকৃতৈষিণৌ । ত্রাসয়ন্তৌ জগৎ সর্ব্বং জ্যাক্ষেপকঠিনত্বচৌ ॥২১॥
(বিশেষকম্)

---

দুর্য্যোধনদা কপ্পা থারগা সিংহনাদ লাউরকই ॥ ১২ ॥ অদুগী তুংদা সাত্যকিনা দুর্য্যোধনদা শৃৎ মাপ্পবা থোরলংলবা তেল অমনা দ্রৌপদীগী মচাশিংনা হুম্ফু তরাহুমদোইনা, যুধিষ্ঠিরনা মঙানা, ভীমনা মাংরফুনা কপ্পকপ্প থাজিল্লকই ॥১৩॥ পাণ্ডবশিং অমদি পাণ্ডব লান্মীশিংনা অম্মম্মা মায়গৈ অকোয়বদগী থাজিল্লকলবসু দুর্য্যোধন অসি খোঙকম নাম কাও লেপখিদ্রে ॥১৪॥ কপ্পবা দুর্য্যোধননা মশাগী মথুৎণ্বা, মথুৎচুম্বা অমদি মশাগী পাঙ্গল অহুবু অউবমী পুম্মমক্না অঙকপগা লোয়ননা য়েংনখি ॥১৫॥ অদুম তৌরিঙৈদা মাগী মনাওশিং খরদি খরলাপ্তক চখোল্লগা য়েংঙকপদা মরাম দুর্য্যোধনগী মশক উদবদা অমুক হন্দ্রিল্লরকই ॥১৬॥ মখোয়না হন্দ্রিল্লকনা ফুজিল্লরকপা মতমঅসিদা বর্ষাঋতুদা ঈথকইপোম হৌরবা সমুদ্রনা ভংবগুম লান্মী ময়াম অদুগী অমগমগ তকশিন ফুজিল্লবগী অকিবগী মশক কংলবা ইনিন অম থোকখি ॥১৭॥ মনাওশিং অমদি কৌরব লান্মীশিংনা মায়থীব অমুক্ত কংদ্রবা দুর্য্যোধনগী ওইরিবা অবস্থা অমদি মাগী মখোনাহুবু উবদা মথুত্ত থুৎলায় পায়পায়দুনা লৈরিবা পাণ্ডবশিংদুগী মায়গৈদা ফুজিল্লকই ॥১৮॥ ভীমসেননা শাউদুনা কোচিচ্চকপদা অশ্বত্থামানা থিংভি । ভরতশাগৈগী দুংঙাইনমবগী মশক ওইরবা মহারাজ ! মায়গৈ মরিদগী কাপশিন্নরকপা তেলময়াম অদুনা কুপখিবনা খারাং মায়গৈশলাই অমত্ত মকম থঙনখিদ্রে । মতোপ্পা কত্তব তৌখিবগী লমন খুমদনা তোকপা লৈতবা; অকিবকংনা শাখিবা থবক্ তৌরবা, লীক্লং তেল গদানচিংবা থুৎলায়ত মতম পূবদা পায়দুনা লৈখিবদগী উনশা খাশা লাউরবা কপ্পবা, অমনা মায়মোং মাদুনা চঙশিনব ওয়দ্রিবা ভীমগা অশ্বত্থামাগা অনীগী তুজুংবা পোকলবা অকিবগী মশক কংলবা লাল্লাও অম থোকখ্রে ॥১৯-২১॥ অথমোমদা দুর্যজগী মতা শকুনিনা যুধিষ্ঠিরদা

রথনেমিসমুদ্ধূতং নিশ্বাসৈশ্চাপি দন্তিনাম্। রজঃ সন্ধ্যাভ্রকপিলং দিবাকরপথং যযৌ ॥৪১॥
রজসা তেন সংপৃক্তে ভাস্করে নিষ্প্রভীকৃতে। সংছাদিতাভবদ্ভূমিস্তে চ শূরা মহারথাঃ ॥৪২॥
মুহূর্তাদিব সংবৃত্তং নীরজস্কং সমন্ততঃ। বীরশোণিতসিক্তায়াং ভূমৌ ভরতসত্তম ॥৪৩॥
উপাশাম্যত্ততস্তীব্রং তদ্রজো ঘোরদর্শনম্। ততোঽপশ্যং মহারাজ! দ্বন্দ্বযুদ্ধানি ভারত! ॥৪৪॥
যথাপ্রাণং যথাশ্রেষ্ঠং মধ্যাহ্নে বৈ সুদারুণম্। বর্ম্মণাং তত্র রাজেন্দ্র! ব্যদৃশ্যন্তোজ্জ্বলাঃ প্রভাঃ ॥৪৫॥
শব্দঃ সুতুমুলঃ সংখ্যে শরাণাং পততামভূৎ। মহাবেণুবনস্যেব দহ্যমানস্য সর্বতঃ ॥৪৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে বিংশোঽধ্যায়ঃ ।২০।

— — —:-•-:— — —

হাৎনরকৃলে ॥৩৯॥ মহারাজ! হুংশিংকা, শগোল তোংবা লাম্মীশিংগী তকৃশিন্নবগী উফুল মপৈ মপৈনা হাইগৎলকপচ্চগুয়া খুৎলায় ময়াম থেংগাই — তকৃথায় ককৃথৎনরকপগী মৈরীক মৈথু মপৈ-মপৈম্ম লালকম্গী মকম অয়াম্বদা হাইগৎলকই ॥৪০॥ রথশিংগী চাকাগা তঙ্কবগী, শামুশিংগী কামখোক্লকপা হুংশাশোয়গী হুংশিৎনা ফুবগী পাইথোরকপা উফুল মপৈ মপৈঙ্গনা ভাঙলৈনরবা, সন্ধ্যাগী নোংজাবী মপৈ মপৈগুম, সুমীৎলোমদা পাইশিল্লকই ॥৪১॥ মৈথু উফুল মপৈশংগুনা কুপখিঙ্গনা লালকম্ নোংমদোম্বক্ত লৈব পুমিং অহু মশেন মরাংগ্রে, লালকমঙ্গদা অকনবা লাম্মীশিংগী অশিব মশামক্তনা খুমক্ হাঙদনা কৃপশিল্লকলে ॥৪২॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ! অকনব লাম্মীশিংগী ঈমক্তনা লালকম্ অদো পূমলুপ লুপথ্রে। মীকৃপ অমগী মতুংদা অদুক য়াম্না হৌরম্বা উফুল মৈথু মপৈ মপৈ অদু ঈনা পূম্ফা কাজিনথ্রে। উফুল মরীক্ অমত্ত হাইগৎলকখ্রে ॥৪৩॥ ভরতনন্দন, মহারাজ! কৃংলবা, অকিবগী মশক্ ওইরবা মৈথুউফুল মপৈ-শিংনা মশক্ উথিল্লবা লালকম্ অদুগী মকম্ মকমদা লাম্মী অনী অনীগী হকৃথেংনবা লালশিং অদো মৱেক্ লানা উথি ॥৪৪॥ নিংথৌ অথোইবা! পুমিং চপ য়ুংবগী মতম্দা সুমিংকো তেঙ্গনা ককথৎলকপগী মতুং ইন্না অকনবা থোঙমী লানমীশিংগী মশা কৃপলিয়া লালফুরংশিং অহম্ সুংগা অঙ্গদা মীৎনা ঊথক্ থঙ্কা পূমতাল্ পূমতাল্ ভানথি ॥৪৫॥ বনদা মৈ কম চাকৃগক্লগা রাজ্যাও অর্বামৃগী লোকৃথায়মকপগী মখোলঙ্গগুয়া লালকমগী মকম মকমখুদিংদা পোপ — পাক্ ছেৎ ছাংকী মচ্ছোল মক্তনা পুমলিন্ন লিনথ্রে ॥৪৬॥ মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংল সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মতুংদা সংকুল যুদ্ধগী কুনতবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(শল্যবধগী মতুংদা অকনবা লালমথং)

## একবিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুনশুবা অধ্যায়।

সঞ্জয় উবাচ।

বর্ত্তমানে তথা যুদ্ধে ঘোররূপে ভয়ানকে। অভজ্যত বলং তত্র তব পুত্রস্য পাণ্ডবৈঃ ॥১॥
তাংস্তু যত্নেন মহতা সন্নিবার্য্য মহারথান্। পুত্রাস্তে যোধয়ামাসুঃ পাণ্ডবানামনীকিনীম্ ॥২॥
নিবৃত্তাঃ সহসা যোধাস্তব পুত্রপ্রিয়ৈষিণঃ। সন্নিবৃত্তেষু তেষেব যুদ্ধমাসীৎ সুদারুণম্ ॥৩॥
তাবকানাং পরেষাঞ্চ দেবাসুররণোপমম্। পরেষাং তবে সৈন্যে বা নাসীৎ কশ্চিৎ পরাঙ্মুখঃ ॥৪॥
অনুমানেন যুধ্যন্তে সংজ্ঞাভিশ্চ পরস্পরম্। তেষাং ক্ষয়ো মহানাসীৎ যুধ্যতামিতরেতরম্ ॥৫॥
ততো যুধিষ্ঠিরো রাজা ক্রোধেন মহতা যুতঃ। জিগীষমাণঃ সংগ্রামে ধার্ত্তরাষ্ট্রান সরাজকান ॥৬॥
ত্রিভিঃ শারদ্বতং বিদ্ধা রুক্মপুঙ্খৈঃ শিলাশিতৈঃ। চতুর্ভিনিজঘানাশ্বান্নারাচৈঃ কৃতবর্ম্মণঃ ॥৭॥ (যুগ্মকম্)
অশ্বত্থামা চহার্দ্দিক্যমপোবাহ যশস্বিনম্। অথ শারদ্বতোঽষ্টাভিঃ প্রত্যবিধ্যদ্যুধিষ্ঠিরম্ ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ ! মতৌ অসুমা অকিবগী মশক ওইরবা লাঞ্জাও অসিনা অসুম চথরক্লবদা পাণ্ডবশিংনা মহারাজগী কৌরবলাম্মী মপৈবু পুমতোই তোকনা থ,গায়রে ॥১॥ মতম অসিদা নচাঈবুতোশিংনা য়াম য়ানা চেনশিনবা রথীশিং অদুবু খামজিল্লগা পাণ্ডবশিংগা কন্না থেংনরকৃলে ॥২॥ মহারাজগী নচাঈবুতো দুর্য্যোধনগী অকবত তোরমগে খল্লিবা লাম্মীশিং অদু অমুক নেমথরে, অদুদগীদি কল্লবা লাঞ্জাও অম থোকখি ॥৩॥ মতম অদুদা লাইহিংচাবশিংগী লাঞ্জাওঙম্মা কৌরব পাণ্ডব পক্ষ অনীগী লান্ন কন্ন চথরক্লবদা, পক্ষ অনীমক্তা কনাগুম লাম্মী অমত নীওহনবা মমায়ওনবা তৌখিদ্রে ॥৪॥ অমগমগ হক্কথেংননা নমুশুনরকৃপা মতমসিদা ঐগী মীগী চায়বা করিমত খঙনখিদহুনা ভাবনা নত্রগা মমিংমথা হায়ন লাউনরকৃপা অদুতনা ঐগী মিচং মীগী মিচংনি হায়ব হাইকেৎ হাইকেৎ খঙনবদুতনা হাংনথিরককৃলি। মতৌ অসুম হাংনরকৃপসিনা পক্ষ অনীমক্তী মহা অমাঙবা অম ওইখ্রে ॥৫॥ অদুগী তুংদা নিংথৌ দুর্য্যোধন অসি থোইদোক্ত শাউখিহুনা দুর্য্যোধনবু মাগী মনাওশিংগা লোয়ননা জয় তৌবগে হায়না খনখিহুনা সনানা তেম্না পানবা মথৌ শঙলবা তেল অহয়া কৃপাচার্য্যদা থাবগা, মরি অমনা মাগী

গান্ধাররাজস্ত পুনর্বাক্যমাহ ততো বলী। নিবর্ত্তধ্বমধর্ম্মজ্ঞা যুধ্যধ্বং কিং সৃতেন বঃ ॥২৯॥
অনীকং দশসাহস্রমশ্বানাং ভরতর্ষভ। আসীদ্গান্ধাররাজস্য বিমলপ্রাসযোধিনাম্ ॥৩০॥
বলেন তেন বিক্রম্য বর্ত্তমানে জনক্ষয়ে। পৃষ্ঠতঃ পাণ্ডবানীকমভ্যঘ্নন্ নিশিতৈঃ শরৈঃ ॥৩১॥
তদভ্রমিব বাতেন ক্ষিপ্যমাণং সমন্ততঃ। অভজ্যত মহারাজ। পাণ্ডুনাং সুমহদ্বলম্ ॥৩২॥
ততো যুধিষ্ঠিরঃ প্রেক্ষ্য ভগ্নং স্ববলমন্তিকাৎ। অভ্যচোদয়দব্যগ্রঃ সহদেবং মহাবলম্ ॥৩৩॥
অসৌ সুবলপুত্রো নো জঘনং পীড্য দংশিতঃ। সেনাং নিসূদয়ত্যেষ পশ্য পাণ্ডব! দুর্মতিম্ ॥৩৪॥
গচ্ছ ত্বং দ্রৌপদেয়ৈশ্চ শকুনিং সৌবলং জহি। রথানীকমহং ধক্ষ্যে পাঞ্চালসহিতোঽনঘ! ॥৩৫॥
গচ্ছন্তু কুঞ্জরাঃ সর্ব্বে বাজিনশ্চ সহ ত্বয়া। পাদাতাশ্চ ত্রিসাহস্রাঃ শকুনিং তৈর্বৃতো জহি ॥৩৬॥
ততো গজাঃ সপ্তশতাশ্চাপপাণিভিরাবৃতাঃ। পঞ্চ চাশ্বসহস্রাণি সহদেবশ্চ বীর্য্যবান্ ॥৩৭॥
পাদাতাশ্চ ত্রিসাহস্রা দ্রৌপদেয়াশ্চ সর্ব্বশঃ। রণে হ্যভ্যদ্রবংস্তে তু শকুনিং যুদ্ধদুর্ম্মদম্ ॥৩৮॥

(যুগ্মকম্)

---

কৌরব লাল্মীপুম্বা অমুক মমায় লৈহ্নবা চেম্রে ॥২৮॥ মতম অদুদা কল্লবা শকুনিনা অসুম্না হায়রকই:—ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্ম খণ্ডবা লাল্মীশা! নখোয় নমায় লৈশিন্নকউ, লাল তৌ, চেন্নিবা করিগীনো? ॥২৯॥ ভরত শাগেগী অখোইবা মহারাজ! মতম অসিদা মথুম্বা ভা পায়বা শগোল তোংব লাল্মীলিশিং তরা শকুনিগী নাক্ত বাগী লাল্মি মপৈ ওইনা লৈরম্মি ॥৩০॥

শগোল তোংবা লাল্মীলিসিংনা মরিল মথৌনা উত্না পাণ্ডবপক্ষগী লাল্মী মরাম্মু হাচ্চি-ল্লক্রবদা শকুনিনা চিংবা অকনবশিংনস্থ থৌর খোম্নবা তেম্না তুংলোমদগী কাপশিল্লক্‌না পাণ্ডব লানমীশিংবু শাথি শাথিনা হাৎপা হৌরকলে ॥৩১॥ কল্লবা মুংশিংনা নোং মতুম মতুম্মু হাই-দোক্ হুমদোক্‌খিবগুম্না গান্ধার লাল্মীশিংনা পাণ্ডব লানমীশিংবু পুমচাই চাইনা থ্‌গাইরকপ মতমদদি পাণ্ডবলানমী পুম্বা কায়হ্নবা চেম্নরে ॥৩২॥ পাণ্ডবলানমীশিংনা কায়হ্নবা চেম্নবসি উবদা যুধিষ্ঠিরনা য়াম্ন তপ্ন, য়াথল তৌনা মনাও সহদেবদা অসুম্না হায়রকই ॥৩৩॥ " সহদেব! লালগী মপোৎ মচৈপুম্বা শেম্ শাহ্নবা শকুনি হায়ব অসিনা ঐখোয়গী শাণ্ডব লানমীশিংবু য়াম্ন থীনা নৈরক্ল। অদনা সহদেব! মানা তৌরিবসে নং মুম অমুক্ত য়েংও," ॥৩৪॥ পাপকী শরুকয়াওত্রবা সহদেব! দ্রৌপদীগী মচাশিং অসিগা লোয়ননা চণ্ডশিনখিহ্নবা নহাক্না পাপী শকুনি অসিবু হৌৎনবী তৌ। অসোম্দা ঐনা ধৃষ্টদ্যুম্নগা লোয়ননা কুরু পক্ষগী লাল্মীশিংবু ডুম হাৎননবা তৌগে ॥৩৫॥ শগোল তোংবা, শাম্ন তোংবা লাল্মী পুম্নমক অহুগা খোঙমী লিশিং অহুমনা নংগা লোয়ননা লৈগনি। পুম্নমক্‌সিনা ঈকোয় কোয়শিম লৈহ্নবা নহাক্না শকুনিবু হাৎ-ননবা তৌক্ল ॥৩৬॥ অহুগী তুংদা মথুত লীক্লং পায়বা লাল্মীশিংনা তোংবা শাম্ন চাত্রেৎ শগোল

অন্যোন্যং সমভিদ্রুষ্টাশ্চ সমাসাদ্য পরস্পরম্। আবিদ্ধাঃ স্ম দৃশ্যন্তে স্রবন্তো রুধিরং বুধৈঃ।
ততোঽভবত্তমো ঘোরং সৈন্যে তু রজসা বৃতে ॥৪৮॥

তাদৃশানামতোঽন্যাঙ্কং উন্মাদেনাদরিন্দমান। অপান। রাঘন মনুষ্যাংশ্চ তমসা সংবৃতে সতি ॥৪৯॥

ভূমৌ নিপতিতাশ্চান্যে স্রবন্তো রুধিরং বহু। কেশাকেশিসমালগ্না ন শেকুশ্চেষ্টিতুং নরাঃ ॥৫০॥

অন্যোন্যবধপৃষ্ঠেভ্যো বিকর্ষন্তো মহাবলাঃ। মল্লা ইব সমাসাদ্য নিজঘ্নুরিতরেতরম্।
অশ্বৈশ্চ ব্যপকৃষ্টাশ্চ বহবোঽত্র গতাসবঃ ॥৫১॥

ভূমৌ নিপতিতাশ্চান্যে বহবো বিজয়ৈষিণঃ তত্র তত্র ব্যদৃশ্যন্ত পুরুষাঃ শূরমানিনঃ ॥৫২॥

রক্তোক্ষিতৈশ্ছিন্নভুজৈরপকৃষ্টশিরোরুহৈঃ। ব্যদৃশ্যত মহী কীর্ণা শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৫৩॥

দূরং ন শক্যং তত্রাসীদ্গন্তুমশ্বেন কেনচিৎ। হত্যারোহৈর্হতৈরশ্বৈরাবৃতে বসুধাতলে ॥৫৪॥

রুধিরোক্ষিতসন্নাহৈরাত্তশস্ত্রৈরুদায়ুধৈঃ। নানাপ্রহরণৈর্ঘোরৈঃ পরস্পরবধৈষিভিঃ।
সুসন্নিকৃষ্টৈঃ সংগ্রামে হতভূয়িষ্ঠসৈনিকে ॥৫৫॥

---

চামা চামা লিশিং লিশিংনা মথক্ত তোংবা খুৎলায়না শোক্লবা লানমিশিংছুগা লোয়ননা লালকম লৈমায়থক্ অহূদা ভুমিন ভুমিন তাহনা লৈনখি ॥৪৭॥ মতুংদা অমুক কাঝি উনখিবগে হায়বদু শগোলশিং অহূ অমগমগ থেংগাইনহনা ময়াদগী ঈ হাথ হাথহনা ভুনায়। লানমিশীং অহূ ঈগা উফুলগনা মশা পুমবৈ তৈঙ্গ্রহদা অকিবগী মশক্ কংলবা অমম্বনা লালকম লৈমায়থক্ কুপথ্রে ॥৪৮॥ মহারাজ! লালকম অহূ অমম্বনা কুপশ্রবহূদা, শগোলশিং অমদি শগোলতোংবা লানমিশিং অহূ পুমচাই চাইনা চেম্বরকুলে ॥৪৯॥ অতোপ অতোপপা খোঙমি লানমিশিংনা ময়া ময়াদগী ঈ ওহনা অমগমগ মশম্ লাক্ লাক্‌না চিংনহনা লৈমায়থক্ত ভুথনখিবহনা মতুংদদি মখোয় অহূ কেঙ খোংপা কহিমত্ত ওয়ংখ্রে ॥৫০॥ কল্লবা শগোল তোংব লানমিশিং অহনা অমগমগ শগোল মথক্তগী মশম্ পাকহনা চিংথমহনা মল্লযুদ্ধগী মতোওয়া কুনগুনম্বি। মতম অহূদা শগোল তোংব লানমিশিং কয়া কয়া মাগী মাগী শগোলগা লোয়ননা মথ্‌াই থা থাহনা লৈমায়থক্ত তাহনা লৈরি ॥৫১॥ অদুগী মতুংদা জয় ওইগনি হায়না আশা তৌরম্বা কল্লবা, নিংথৌ লানমি কয়া কয়ানা লালকম্ লৈমায়থক্ অহূদা উপ্পা লোংনা তা তাহনা লৈখসি মি পুম্বক্ত উনখি ॥৫২॥ অহূদগী লালকম্‌গী মকমদা ঈহং নাইহং শাববা খোঙ খুৎ মত্তেক্‌মতা কয়া কয়ানা অহূগা চিংথৎ কোয়দংনবগী মশম্ মমা ইকা কায়বা লানমি লিশিং কয়া কয়ানা লালকম লৈমায়থক্ অহূবু খুমক তাঙদনা কুপলে ॥৫৩॥ শগোল শামু তোংবা লানমিশিং অহনা লালকমগী মকম পুখদা কুপ্তনা লৈখিবহূনা মতুংদা শগোল তোংবা লাম্মী কনানম্বু মাগী শগোল অহূ থৌজিন্নবগা ঙমদ্রে ॥৫৪॥ মহারাজ! লালগী মপোৎমচৈ খুৎক্ত-খুৎলায়দনা পুবকুপ কুপশ্রবা;

স মুহূর্ত্তং ততো যুদ্ধা সৌবলোঽথ বিশাংপতে। ষট্‌সাহস্রৈর্হয়ৈঃ শিষ্টৈরপায়াৎ শকুনিস্ততঃ ॥৫৬॥
(যুগ্মকম্)

তথৈব পাণ্ডবানীকং রুধিরেণ সমুক্ষিতম্‌। ষট্‌সহস্রৈর্হয়ৈঃ শিষ্টৈরপায়াৎ শ্রান্তবাহনম্‌ ॥৫৭॥

অশ্বারোহাস্ত পাণ্ডূনামব্রুবন্‌ রুধিরোক্ষিতাঃ। সুসন্নিবিষ্টাঃ সংগ্রামে ভূয়িষ্ঠং ত্যক্তজীবিতাঃ ॥৫৮॥

নেহ শক্যং রথৈর্যোদ্ধুং কুত এব মহাগজৈঃ। রথানেব রথা যান্তু কুঞ্জরাঃ কুঞ্জরানপি ॥৫৯॥

প্রতিযাতো হি শকুনিঃ স্বমনীকমবস্থিতঃ। ন পুনঃ সৌবলো রাজা যুদ্ধমভ্যাগমিষ্যতি ॥৬০॥

ততস্তু দ্রৌপদেয়াশ্চ তে চ মত্তা মহাদ্বিপাঃ। প্রযযুর্যত্র পাঞ্চাল্যো ধৃষ্টদ্যুম্নো মহারথঃ ॥৬১॥

সহদেবোঽপি কৌরব্য রজোমেঘে সমুত্থিতে। একাকী প্রযযৌ তত্র যত্র রাজা যুধিষ্ঠিরঃ ॥৬২॥

ততস্তেষু প্রয়াতেষু শকুনিঃ সৌবলঃ পুনঃ। পার্শ্বতোঽভ্যহনৎ ক্রুদ্ধো ধৃষ্টদ্যুম্নস্য বাহিনীম্‌ ॥৬৩॥

তৎ পুনস্তুমুলং যুদ্ধং ত্যক্তপ্রাণমবর্ত্তত। তাবকানাং পরেষাঞ্চ পরস্পরবধৈষিণাম্‌ ॥৬৪॥

তে হ্যন্যোন্যমবৈক্ষন্ত তস্মিন্‌ বীরসমাগমে। যোধাঃ পর্য্যপতন্‌ রাজন্‌। শতশোঽথ সহস্রশঃ ॥৬৫॥

অসিভিশ্ছিদ্যমানানাং শিরসাং লোকসংক্ষয়ে। প্রাদুরাসীন্মহাশব্দস্তালানাং পততামিব ॥৬৬॥

---

মখুত্তা খুৎলায় পায়বা, খুৎলায় হাইগৎ থাংগৎলম্বা লাম্বীশিং অহুমা অমগমগ মনাক ঙক্ক ঙক্কইহিনদুনা, অকিবগী মশক কংলবা খুৎলায় মক্তনা য়েক্কখশিং অয়াম্বু হাৎলবদা, সুবলগী মচা শকুনি অসি মতম খরদং কয়া লাম্বেংনরমলগা লেমহোবা শাগোলশেংবা লাম্বী লিশিং হুমফু অহু পুহুনা মকম অহুদগী মমায় লৈখি ॥ ৫৫-৫৬ ॥ পাণ্ডবশিংসু মখোয়গী ঈহং নাইহংশায়বা শগোল শামুনচিংবা শাদোং অয়াম্বা হাৎখ্রবদা লেপহোবা শগোল তোংবা শাম্বি লিশিং হুমফু অহুগা লোয়না লালকমদগী হন্দোকখি ॥ ৫৭ ॥ অহুগা পাণ্ডবপক্কী ঈনা পুখলুগা লুপলবা শগোল তোংবা লাম্বী অয়ামবানা মথক্তাই পায়দনা লাম্বা পুক্কিং পুত্তাইনা অহুমনা হায়রকই:— ॥ ৫৮ ॥ লালকমগী অসিগুমবা চিল্লবা লুরবা মফমসিদা রথী লাম্বীশিংনা লালশোক্কবা থক তমথোই অহুনা শমুশিংবু শমুশিংদা, রথীশিংবুনা রথীশিংলোমদা থাজিনবিয়ু ॥ ৫৯ ॥ শকুনি অসি লালকমদগী হন্দোকাখত্রুনা মাগী লাম্বী তেঙ্গোল মরক্ত লৈখ্রে। মহাক অমুক খোয়জ্জরোই ॥ ৬০ ॥ অদুগী তুংদা দৌপদিগী মচাশিংনা অমগা শামুশিং অহু পঞ্চালনিংথৌমচা ধৃষ্টদ্যুম্না লৈরিবা অদোমদা চংশিনখি ॥৬১॥ উদুলগী মশক্ ওইরবা নোংশিং অহুনা হায়গৎলক্লবদা যুধিষ্ঠিরনা লৈরিবা মকম অদুদা সহদেবসু মখম্ব চঙশিনখি ॥৬২॥ লানথৌশিং অসিনা মকম চানা চানা লৈনখ্রবদা সুবলগী মচা শকুনি অসি অমুক হন্না খোয়ক্কুনা ধৃষ্টদ্যুম্নগী লাম্বী মরাম অহুং তুথা হাৎপা হৌরকলে ॥৬৩॥ মহারাজ! মতম অসিদা অমগমগা হাৎলগে হায়না থনক্রুনা খোয়কক্লিব কৌরবপাণ্ডব পক্ষ অনীথকী অকিবগী মশক্ ওইরবা লাল্লাও অমুক খোক্কুখ্রে। লালকম অহুদা

বিমুক্তানাং শরীরাণাং ভিন্নানাং পততাং ভুবি। সাযুধানাঞ্চ বাহূনামূরূণাঞ্চ বিশাংপতে ! ।
আসীচ্চটচটাশব্দঃ সুমহান্ লোমহর্ষণঃ ।৬৭।
নিঘ্নতো নিশিতৈঃ শস্ত্রৈর্ভ্রাতৄন্ পুত্রান্ পিতৄনপি । যোধাঃ পরিপতন্তি স্ম যথামিষকৃতে খগাঃ ।৬৮।
অন্যোন্যং প্রতিসংরব্ধাঃ সমাসাদ্য পরস্পরম্ । অহং পূর্বমহং পূর্বমিতি ঘ্নন্ সহস্রশঃ ।৬৯।
সংঘাতেনাসনভ্রষ্টৈরশ্বারোহৈর্গতাসুভিঃ । হতাঃ পরিপতন্তি স্ম শতশোঽথ সহস্রশঃ ।৭০।
স্ফুরতাং প্রতিপিষ্টানামশ্বানাং শীঘ্রচারিণাম্ । স্তনতাঞ্চ মনুষ্যাণাং সন্নদ্ধানাং বিশাংপতে ! ।৭১।
শক্ত্যৃষ্টিপ্রাসশব্দশ্চ তুমুলঃ সমজায়ত । ভিন্দতাং পরমর্মাণি রাজন্ ! দুর্মন্ত্রিতে তব ।৭২।
(যুগ্মকম্)
শ্রমাভিভূতাঃ সংরব্ধাঃ শ্রান্তবাহাঃ পিপাসিতাঃ । বিক্ষতাশ্চ শিতৈঃ শস্ত্রৈরভ্যবর্তন্ত তাবকাঃ ।৭৩।
মত্তা রুধিরগন্ধেন বহবোঽত্র বিচেতনাঃ । জঘ্নুঃ পরান্ স্বকাংশ্চৈব প্রাপ্তানন্তরান্ ।৭৪।

---

চোংশিন চোংশিন্দুনা অকনবা কয়া কয়ানা মীকুপতা থরাই থানখি ॥৬৪॥ অকনবশিং অহু অমনা অমদা চাগদোবগুম্না মমীৎ কুপ্তনা য়েংনৈ। লাম্মী চামচামা লিশিংনা য়েক্নবা লাম্মী চামচামদা চেনশিন্নখি ॥৬৫॥ অমগমগা হাৎনখিন্নরকপা মতমসিদা কোনা মহৈ কেনবগী মখোল্গুম্না থাগুনা কক্কুনা কেল্লবা কোকশিং অহুনা লৈমায়থক্তা কোক—কোক্ তোপ—তোপ লাউনা তাখি ॥৬৬॥ মহারাজ ! লালফুরিৎ য়াওজ্রবা হকচাংশিং, খুৎলায়না কল্লবা খোঙখুৎ, পাম্বোম কৈগলশিং অহুনা লৈমায়থক্ত প্রোপ—প্রোপ কেল্লকই। মখোয়না লৈমায়থক্ত তাবগী ছেংছাং—ক্রেক্—ক্রাক্ লাউবা মখোল অহুনা পুক্নীং হক্চাংদা তুজুংবা পোক্হনখি ॥৬৭॥ লোবুক্ লমহাংদা উংচেকশিং শহুম অমদি শরু ভাক্ত চাগদবগী পাইশিন্নবকপহ্নগুম্না লালকম অহুদা লাম্মীশিংনা মপামচা, মরুপ মপাং শাগৈনাতৈ, মচামশূ থোক্পশিংবু হাৎমনবগী পাইশিন্নরি ॥৬৮॥ পক্ক অনীমকা লাম্মীশিংনা য়াম্না শাউনখিহুনা "ঐনা হান্না ঐনা—হান্না হাৎকনি" অশুম্না হায়নহুনা অমুক্মুক্ত য়েক্নবা লিশিংলিশিংবু হাৎনরক্নি ॥৬৯॥ খুৎলায়না থানবা—য়ান্নবদা শগোলতোংবা লাম্মালিশিংনা মাগী মাগী শগোল মথক্তগী ওহুনমক্কুনা মথাই য়াওদনা লৈমায়থক্তা তারকখি। লাম্মী লিশিং লিশিংনা লালকমগী মকম মকমদা প্রোপ প্রোপ লাউনা তুথনরক্নি ॥৭০॥ মহারাজ ! মহারাজগী কুমন্ত্রনাগী মহৈনা লালকম্ অহুদা য়াঙলবা, মপাজল কল্লবা শগোলশিং অহুনা লৈমায় থক্তা ওহোইহ্নুনা থাগুনখি। অমগমগা তকথায় থেংগাইনখি। লালগী খুৎগুখুৎলায় পুম্বনা লৈতেংলবা অকনবশিং অহুনা য়েক্নবশিংগী থম্মোয়বু ভমখিনা খিনগাইনখি; মখোয়গী থাগু তা; য়োচ্ছুকনচিংবগী মখো-লমক্তনা লালকমু অহু অকিবগী মশক্ পুখি ॥৭১—৭২॥ মহারাজ ! মহারাজগী কৌরব লাম্মী পুম্নমক্ চোক্থৎলে, অশাউবনা ঐ কামখি, অরাম্ খৌরাংবনা থাগবা ওথদহুনা অহুগা খুৎলায়না

বহবশ্চ গতপ্রাণাঃ ক্ষত্রিয়া জয়গৃদ্ধিনঃ। ভূমৌ চাভ্যপতন্ রাজন্! শরবৃষ্টিভিরাহতাঃ ।৭৫।
বৃকগৃধ্রশৃগালানাং তুমুলে মোদনেঽহনি। আসীদ্বলক্ষয়ো ঘোরস্তব পুত্রস্য পশ্যতঃ ।৭৬।
নরাশ্বকায়সংছন্না ভূমিরাসীদ্বিশাংপতে!। রুধিরোদকচিত্রা চ ভীরূণাং ভয়বর্দ্ধিনী ।৭৭।
অসিভিঃ পট্টিশৈঃ শূলৈস্তক্ষ্যমাণাঃ পুনঃ পুনঃ। তাবকাঃ পাণ্ডবেয়াশ্চ নাভ্যবর্ত্তন্ত ভারত! ।৭৮।
প্রহরন্তো যথাশক্তি যাবৎ প্রাণস্য ধারণম্। যোধাঃ পরিপতন্তি স্ম বমন্তো রুধিরং ব্রণৈঃ ।৭৯।
শিরো গৃহীত্বা কেশেষু কবন্ধশ্চ ব্যদৃশ্যত। উদ্যম্য চ শিতং খড়্গং রুধিরেণ পরিপ্লুতম্ ।৮০।
অথোত্থিতেষু বহুষু কবন্ধেষু জনাধিপ!। তথা রুধিরগন্ধেন যোধান্ কশ্মলমাবিশৎ ।৮১।
মন্দীভূতে ততঃ শব্দে পাণ্ডবানাং মহদ্বলম্। অল্পাবশিষ্টৈস্তুরগৈরভ্যবর্ত্তত সৌবলঃ ।৮২।
ততোঽভ্যধাবংস্ত্বরিতাঃ পাণ্ডবা জয়গৃদ্ধিনঃ। পদাতয়শ্চ নাগাশ্চ সাদিনশ্চোদ্যতায়ুধাঃ ।৮৩।
কোষ্ঠকীকৃত্য চাপ্যেনং পরিক্ষিপ্য চ সর্ব্বশঃ। শস্ত্রৈর্নানাবিধৈর্জ্জঘ্নুর্যুদ্ধপারং তিতীর্ষবঃ ।৮৪।

---

ঈহং নাইহং শানা পাম্নথিবনা লালকমগী মকম্ পূর্বাদা ভূকক্ ভূকাই চম্না লৈনখি ॥৭৩॥ লাম্নী পুম্বা ঈভাও ভাওনখিদুন, ঈগী মনমদা মম্নাম্ন কাবা হেনগৎখিদুনা মীগী মীচঙ খঙজে, মাগী মীচঙ খঙদে, মমাঙদা লাকৃপমথৈ পঙহাঙ হাৎনজে ॥৭৪॥ মহারাজ! অয় ওইগনি হায়বগী অশাদি থানজবা লাম্নীশিংঅহ্ন তেল মপৈ মপৈনা থাজিল্লকৃপদা মথ্ৰাই মাওদনা লালকম লৈমা-য়থক্ত প্রোপ প্রোপ তুনখি ॥৭৫॥ নিংথৌ! কৈলাওজা, লমহুইশিংগী ঈম্নাং হৌন্নবগী মশক্ ওইরবা মাহুগী ভুমিৎকী লান্দা মচা ঈবুঙো দুর্য্যোধনগী মাঙ মক্তদা মাগী লাম্নীশিংনা লিশিং লিশিং লথ্য লথ্য মথ্ৰাই থাখি ॥৭৬॥ লালকম অহ্ন তাইবংমী শগোল শামুগী অশিবা মশা মক্তনা পুংকৃপ কুপজে। ঈশিং ঈচেলগী মতৌওম্না ঈগী ঈচেম্না খকিবা কংনা চেম্বখি ॥৭৭॥

ভরতনন্দন! মহারাজ! কৌরব পক্ষ পাণ্ডব পক্ষ অনিমকী লানমিশিং থাঙ তা রোচ্ছুক গদানা থানবগী মশা চোকৃথনখিদুনা, মশা পুম্ব ঈহং নাইহং শামখিদুনা—মখা তানা অমুক শোক্লবা ওয়রকজে ॥৭৮॥ থরাই—মিহুল মম্নীক অমতং লৈরিমথৈ শোক্লমম্নবা ঈ হাথ হাথদুনা লৈমায়থক্তা তুথনখি ॥৭৯॥ অমুক কম্নি উবগে হায়ববু কোক ওক্ রাওজবা লানমিশিং অদুনা অমনা অমগী মশম্ পায়দুনা চিংবদুদি তোক্তনা ঈ হৈরবা থাওশাংশিং অদু হৌজিক কাওবা থাংগৎলরি ॥৮০॥ মহারাজ! মত্তৌ অশুম্না কোক রাওদবা হকচাংশিং অদুনা হৌশৎ কাঙথক্লবদা ঈগী মনম্না মায়গৈ পুম্বদা শন্দোকক্লবদা লানমিশিং অদুদা ওমহৎপা মম্নাম্ন কাবওম্না অম পোকজে ॥৮১॥ লানমিশিং অদুগী লাউথোংবদুনা নেম্থপ্রবদা শকুনিনা মাগী লেমহৌরিবা লান মীশিং মথাক অদুগা লোম্ননা পাণ্ডবশিংগী পাক চাউরবা লানমী মপৈ অদুগী মাঙদা লেপ্লে ॥৮২॥ মতম অহুদা জয় ওইগনি হায়না আশা তৌরবা পাণ্ডব পক্ষগী থোঙমী শগোল তোংবা শামু

ধার্ত্তরাষ্ট্রাংস্ত সংরব্ধা সর্ব্বতঃ সমভিদ্রুতান্ । সার্থপতিবিবরথাঃ পাণ্ডবানভিদুদ্রুবুঃ ॥৮৫॥
কেচিৎ পলায়নঃ পতিত্বা ছিন্নাশ্চ বহুশ্চরন্ । নিকৃত্তাঃ সমরে শূরাঃ ক্ষীণপ্রাণাস্ততোঽপতন্ ॥৮৬॥
রথেভ্যো রথিনঃ পেতুর্দ্বিপেভ্যঃ সাদিনস্তথা । বিমানেভ্য ইব ভ্রষ্টাঃ সিদ্ধাঃ পুণ্যক্ষয়ে যথা ॥৮৭॥
এবমত্যুগ্রমায়ন্তো যোধা তত্র মহাহবে । পিতৄন্ ভ্রাতৄন্ বয়স্যাংশ্চ পুত্রানপি তথাপরে ॥৮৮॥
এবমাসীদমর্য্যাদং যুদ্ধং ভরতসত্তম ! । প্রাসাসিবাণকলিলে বর্ত্তমানে সুদারুণে ॥৮৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে একবিংশোঽধ্যায়ঃ ।০।

——:-:——

মতম অদুদা জয় ওইগনি হায়না অশা তৌরবা পাণ্ডবপক্কী যোদ্ধমী শগোল তোংবা, শাম্ব তোংবা লান্মীশিং অদুনা মাগী মাগী খুৎলায় পায়থবনদুনা শকুনি তয়া কুতিল্লকই ॥৮৩॥ অদুদগী মথোয়না লাচবম্ ঊপাবৃপু লাম্বোকলিংদুনা শকুনিবু কোয়শিনখিদুনা মায়টপ মথিদগী শকুনিদা থাজিল [কাপশিল্লকই ॥৮৪॥ মহারাজ ! পাণ্ডবশিংনা শকুনিগী লান্মী মপেং অদোমদা বন্ন আক্রমণ তৌশিন্নরুবদা কৌরব পক্কী যোদ্ধমী লান্মী পুম্নমক্ত পাণ্ডবলান্মীশিংলোমদা চেন-শিল্লকই ॥৮৫॥ খুৎলায় মাওত্রবা লান্মীশিংদি খুয়মগা খুয়মগা থোঙপাকা থোঙপাকা কাওনদুনা হাৎনরকলি হিংলিবা, ওন্নবা মহাকপুম্ব তুংলোমদগী অমনা কাওশিল তুতিল্লক্তনা অহুম মথাই মাওদনা তুথখি ॥৮৬॥ মানা মানা তৌবা পুন্য কর্ম্মগী মতৈ চাবা লোয়বগা স্বর্গবাসীশিংনা মাগী মাগী বিমানদগী তারকপত্রতম্মা শগোল তোংবা লান্মীশিংনা শগোল মথক্তগী শাম্ব তোংবা লান্মীশিংনা শাম্ব মথক্তদগী ওহনরকলি ॥৮৭॥ মহৌ অস্তুম তৌদুনা লান্মীশিংনা মপা মচা, মচীন মনাও শাগৈ মাতৈ; মরূপ মপাংশিংবু হাৎনরকলি ॥৮৮॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ ! থাও তা, শরা, মোক্কুরচিংবগী লাক অদো নিয়ম নাইদনা, মথোঙ মঙম থদনা তমখিনা চংথরক্লি ॥৮৯॥

মকম ভনিদা শ্রীমহাভারতদা লোকলিশিংচামনা ব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মতুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী কুমমাথোইত্তবা অধ্যায় লোইরে ॥

——:-:——

সসুরাসুরঞ্চ বলং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য মাধব ॥ অস্মানাসাদ্য সঞ্জাতং গোষ্পদোপমমচ্যুত ॥১৮॥
হতে ভীষ্মে তু সন্ধ্যাভিহিতং স্যাদিহ মাধব ॥ ন চ তং কৃতবান্ মূঢ়ো ধার্ত্তরাষ্ট্রঃ সুবালিশঃ ॥১৯॥
উক্তং ভীষ্মেণ যদ্বাক্যং হিতং পথ্যঞ্চ মাধব ॥ তচ্চাপি নাসৌ কৃতবান্ বীতবুদ্ধিঃ সুযোধনঃ ॥২০॥
তস্মিংস্তু নিহতে ভীষ্মে প্রচ্যুতে পৃথিবীতলে। ন জানে কারণং কিন্নু যেন যুদ্ধমবর্ত্তত ॥২১॥
মূঢ়াংস্তু সর্ব্বথা মন্যে ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ সুবালিশান্। পতিতে শান্তনোঃ পুত্রে যেঽকার্ষুঃ সংযুগং পুনঃ ॥২২॥
অনন্তরঞ্চ নিহতে দ্রোণে ব্রহ্মবিদাং বরে। রাধেয়ে চ বিকর্ণে চ নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥২৩॥
অল্পাবশিষ্টে সৈন্যেঽস্মিন্ সূতপুত্রে চ পাতিতে। সপুত্রে বৈ নরব্যাঘ্রে নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥২৪॥
শ্রুতায়ুষি হতে শূরে জলসন্ধে চ পৌরবে। শ্রুতায়ুধে চ নৃপতৌ নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥২৫॥
ভূরিশ্রবসি শল্যে চ শাল্বে চৈব জনার্দ্দন ॥ আবন্ত্যেষু চ বীরেষু নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥২৬॥
জয়দ্রথে চ নিহতে রাক্ষসে চাপ্যলায়ুধে। বাহ্লীকে সোমদত্তে চ নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥২৭॥

---

কাম্মীশিংনা মশিং লাকহমদনা লৈতন্নবনু হৌজিক্তি নোংম নোংমগী মশিং হৃৎয়রক্তমা খজিক মঙাইশিন্নকাক্লে। লাইনা অসুম খোকই হায়না তমখিবা লিলা অসিবু মরেংও, ॥ ১৬—১৭ ॥ মাধব! অচ্যুত। দুর্য্যোধনগী সমুদ্র ঈপাক্ন পৈরম্বা লাম্মীশিং অদো হৌজিকতি ঐখোয়গা খেংনবদা শল খোঙ্গুম্বা তুংবা ঈশিংমুক্ক ময়ামগ্রে ॥ ১৮ ॥ মাধব! ঈবুধৌ ভিস্মনা তুখিবা সুমিৎ অদুদগী দুর্য্যোধননা ঐখোয়গা সন্ধি তৌনরক্রবদি পক্ক অনিমকৌ মঙ্গলত্ত ওইরমগদবনি। অদুবু পংলবা মবুকচেল খোয়মবা দুর্যো্যাধননা মাদু তৌখিদ্রে ॥ ১৯ ॥ কৃষ্ণ! তুংদা খোক্লগদবা উবদা ঈবুধৌ ভিস্মনা তাক্খিবা পাওতাক অমত্ত পঙলবা দুর্য্যোধননা মনাদা হাপখিদে ॥ ২০ ॥

ঈবুধৌ ভীস্মনা তুপ্রবতুংদগী চৎরক্লিবা লাল অসিগী মরম আস ঐ করিমত্ত খঙদে ॥ ২২ ॥ ঈবুধৌ ভীস্মনা তুপ্রবতুংসিদা মখা অমুক শোক্লখিগে খঙ্গমিবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং আসি য়াম্ম পঙথবা, কনাগুম্ব অমনা গুমহৎশ্রব ওাক্তনি হায়না ঐনা খল্লি ॥ ২২ ॥ অদুগা ঈবুধৌ ভিস্মনা তুংদা বেদহৈরবঙলবা' দ্রোণ, কর্ণ' বিকর্ণ মখোয় অদি কাওবনা শিপ্রবদা হৌজিক কাওবা খৰানাইদনা চৎরক্লি ॥ ২৩ ॥ লাম্মীশিংনা খজিক্ক ওায়শিন্নক্ল কাওবদা লিপা অখোইবা কর্ণ'না মাগী মচাশিংগা লোয়ননা শিপ্রবসিকাওবা লাম্মা হোজিকখাওবা তোকপা মরৈখিদ্রে ॥ ২৪ ॥ কম্নবা শ্রুতায়ু, পুরুবংশগী জলসন্ধ, অদুগা কম্নবা মিংখৌ শ্রুতায়ুধ মখোয়সি শিপ্রকাওবদা লাম্মা তোকপা মরৈখিদ্রে। ॥ ২৫ ॥ জনার্দ্দন! কম্নবা ভূরিশ্রবা' শাল্ব, শল্য, অবন্তিদেশগী কিন্দুঅনুবিন্দনচিংবা অকনবশিং আসিনা শিপ্রকাওবদা লাম্মা হৌজিক কাওবা তোকপামরৈ-খিদ্রে ॥ ২৬ ॥ জয়দ্রথ, হিংচাবা আলায়ুধ, বহ্লীক সোমদত্ত মখোয়সী শিপ্রবকাওবদা লাম্মা

ভগদত্তে হতে শূরে কাম্বোজে চ সুদক্ষিণে । দুঃশাসনে চ নিহতে নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥২৮॥
দৃষ্ট্বা চ নিহতান্ শূরান্ পৃথক্‌চমাণ্ডলিকান্ নৃপান্ । বলিনস্তু রণে কৃষ্ণ ! নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥২৯॥
অক্ষৌহিণীঃ হতাঃ দৃষ্ট্বা ভীমসেনেন সংযুগে । মোহাদ্বা যদি বা লোভান্নৈবাশাম্যত বৈশসম্ ॥৩০॥
কো নু রাজা কুলে জাতঃ কৌরবেয়ো বিশেষতঃ । নিরর্থকং মহাবৈরং কুর্য্যাদন্যঃ সুযোধনাৎ ॥৩১॥
গুণতোঽভ্যধিকং জ্ঞাত্বা বলতঃ শৌর্য্যতোঽপি বা । অমূঢ়ঃ কো নু যুধ্যেত জানন্ প্রাজ্ঞো হিতাহিতম্ ॥৩২॥
যন্ন তস্য মনো বাসীদুক্তস্য হিতস্য চ । প্রশমে পাণ্ডবৈঃ সার্দ্ধং সোঽহং তস্য শৃণু মাং কথম্ ॥৩৩॥
যেন শান্তনবো ভীষ্মো দ্রোণো বিদুর এব চ । প্রত্যাখ্যাতাঃ শমস্যার্থে কিন্নু তস্যাদ্য ভেষজম্ ॥৩৪॥
মৌঢ্যাদ্‌যেন পিতা বৃদ্ধঃ প্রত্যাখ্যাতো জনার্দ্দন ! । তথা মাতা হিতং বাক্যং ভাষমাণা হিতৈষিণী ।
প্রত্যাখ্যাতা হ্যসৎকৃত্য স কস্মাদ্রোচয়েদ্বচঃ ॥৩৫॥
কুলান্তকরণো ব্যক্তং জাত এব জনার্দ্দন ! । তথাস্য দৃশ্যতে চেষ্টা নীতিশ্চৈব বিশাংপতে ! ।
নৈব দাস্যতি নো রাজ্যমিতি মে মতিরচ্যুত ! ॥৩৬॥

---

হৌজিক্ কাওবা চথরি ॥ ২৭ ॥ কল্লবা ভগদত্ত, কম্বোজগী সুদক্ষিণ অমসুং দুঃশাসননচিংবা শিখ্রবা ফুংসিকাওবদসু লান্না লেপ্পা মরৈখিদ্রে ॥ ২৮ ॥ কৃষ্ণ ! লৈপাক লৈপাককী কল্লবা নিংথৌ লাম্মী কয়া কয়ানা মথৎ খাখিবসি উরকাওবদা লান্না হৌজিকপুকাওবা লেপপু য়াদ্রি ॥ ২৯ ভীমসেননা মাগী লাম্মী অক্ষোহিনি কয়াবু তুম্না হাৎখিবসি উরবমখদা পঙলবা অমহৎলবা দুর্য্যোধননা হৌজিককাওবদা লাল তোকহল্লি ॥ ৩০ ॥

কল্লবা দুর্য্যোধন অসি নত্তনা অচৌবা শাগৈদা পোকপা থোইদোক্লা হায়রবদা কুরুবংশদা পোকখিবা কনম্বা নিংথৌনা মরম য়াউদ্রে লৈত্তনা; মশাগী শাগৈ নাইত্তদা অশুক য়াম্না য়েংখিনখিবগে ? ॥৩১
অক কতগী য়াথল লৈবা শিংলবা অমহত্তবা কনম্বা মীনা বিদ্যাদা গুণদা খুৎকনবদা কনবদা মশামক্তদগী হেনবা হায়বা খঙনা খঙনা য়েক্নবগা লাম্বেংনবগে ? ॥৩২॥ কৃষ্ণ ! অচৌবা লাল তোউদ্রিবদা ঐখোয়গা মখোয়গা সন্ধি তৌনহনগদবগী কৃষ্ণ নশামক্না তাকপিখিবা য়া অমত্ত দুর্য্যোধননা মনাকোংদা হাপখিদে । অদুনদি লাল হৌখ্রবদুদা লাল্লক্‌লা কনাগুম্বনা সন্ধিগী য়া হোৎনোকপুবদা মহাক্না কদায়দগী তাবিনি ? ॥৩৩॥ শান্তনুনন্দন ঈবুধৌ ভীষ্ম অমসুং দ্রোণনা খুড়াইবুধৌ বিদুর অমসুংনা হায়বা য়াবু মনাকোংদা হাপখিদ্রবা অদুগুম্বা মীশক অসিদা হৌজিক খাগী অমহৎপা লাম্না অসি কোল্লনবা হীদাকপু কয়িনা তউগদৌরিবনো ? ॥৩৪॥ মশামথন্ত পঙথবখিদ্রনা অহল ওইরবা মপাম্বী য়া ভাদবা মাগী কনবত্ত খঙ্গরবী নীওখিবা শাওত্তাকত পীখিবী মবাবু নীওব কাহ্রহনবা পঙলবা অদুগুম্বা মীশক্‌না কনাগী মরাবু লৌ-গদগে ? ॥৩৫॥ হে জনার্দ্দন ! কৃষ্ণ ! লোকনাথ ! দুর্য্যোধন কৌবা নিপাসে শাগৈ মুৎননবা

উক্তোঽহং বহুশস্তাত। বিদুরেণ মহাত্মনা। ন জীবন্ দাস্যতে ভাগং ধার্তরাষ্ট্রঃ কথঞ্চন ॥৩৭॥
যাবৎ প্রাণান্ ধারয়তি ধৃতরাষ্ট্রোঽপি মানদ।। তাবৎ যুষ্মাস্ব পাপোঽসৌ প্রচরিষ্যতি পাতকম্ ॥৩৮॥
ন চ শক্যোঽন্যথা জেতুং যুদ্ধেন মাধব।। ইত্যব্রবীৎ সদা মাং হি বিদুরঃ সত্যদর্শনঃ ॥৩৯॥
তৎ সর্বমদ্য জানামি ব্যবসায়ং দুরাত্মনঃ। যদুক্তং বচনং তেন বিদুরেণ মহাত্মনা ॥৪০॥
যো হি শ্রুত্বা বচঃ পথ্যং জামদগ্ন্যাদ্‌যথাতথম্। অবামন্যত দুর্বুদ্ধির্ধ্রুবং নাশমুখে স্থিতঃ ॥৪১॥
উক্তং হি বহুভিঃ সিদ্ধৈর্জাতমাত্রে সুযোধনে। এনং প্রাপ্য দুরাত্মানং ক্ষয়ং ক্ষত্রং গমিষ্যতি ॥৪২॥
তদিদং বচনং তেষাং নিরুক্তং বৈ জনার্দন।। ক্ষয়ং যাতা হি রাজানো দুর্যোধনকৃতে ভৃশম্।
সোঽদ্য সর্বান্ রণে যোধান্ নিহনিষ্যামি মাধব। ॥৪৩॥
ক্ষত্রিয়েষু হতেষ্বাশু শূন্যে চ শিবিরে কৃতে। বধায় চাত্মনোঽস্মাভিঃ সংযুগং রোচয়িষ্যতি ॥৪৪॥
তদন্তং হি ভবেদেতদ্বৈরমনুমানেন মাধব।। এবং পশ্যামি বার্ষ্ণেয়। চিন্তয়ন্ প্রজ্ঞয়া স্বয়া।
বিদুরস্য চ বাক্যেন চেষ্টয়া চ দুরাত্মনঃ ॥৪৫॥

---

পোক্লমবনি । মানা তৌথোরকপা থবক খুদিংমক্ শাটে মাওতাক্লবগী ওাক ওইনা উই । মহাক্ল ঐখোয়গী কংকম থোকপা নৈপাকপু পীগনি হায়বসি থক থাজদে ॥৩৮॥ হে জগৎপিতা, কৃষ্ণ ! " দুর্য্যোধন হায়বাসনা হিংলিমদৈ মহাক্ল নখোয়দা নৈপাক পীরমোইদৌরবনি " —হায়বসি খুড়াইবুত্তো বিদুরনা অমুম হায়খি— " ধৃতরাষ্ট্র হায়বা পাপ চেল্লগা অহল অসিমু শিবকাওবা নখোয়গী কত্তনবা মাওনমবত্ত শীনগদৌরিবনি " ॥৩৯॥ " অহুপা লাল নত্তনা কবিগুম্বা উপায় অমনা মহাক্কী মমু থুদেকপা য়ারোই " — কৃষ্ণ । অমুম্বা মহাজ্ঞানী বিদুরনা ঐখোয়দা হায়খিথি ॥৩৯॥ মহাত্মা ওইরবা বিদুরনা তাক্পিখিবদুগী মতুংইন্না হৌজিক ঐনা পাপী দুর্য্যোধন তৌরিবপুম্বা লোইনা খঙলে ॥৪০॥ সন্ধি তৌননবগী থবা সত্যদা পরশুরামমক্লা হায়খিবা রাযু মনাকেন্ত্রদা হাপখিদবা কত্রবা দুর্বোধন হায়ব নিপা অসি মরুকংনা মাওনমবগী মচৌম্বা লেশ্‌তনা নৈরবনি ॥৪১॥ দুর্য্যোধন অসি পোকপা মতমদা মাসিগী হাক্তকতা ক্ষত্রিয় শাটে পুম্বা মুৎকনি— " অমুম চায়না সিদ্ধ পুরুষনা ভবিষ্যৎ বানী তৌখি ॥৪২॥ কৃষ্ণ ! সিদ্ধ পুরুষশিং অহুনা হায়রম্বা য়াশিংদু ঐনা লোইনা অমুক হায়রবসিনি । কত্রবা অসিগীদমক নিংথৌ কয়া কয়ানা মথ্‌াই থাগ্রে । কয়ে, মাসি পুম্বা নৈপ্রসমু মাধব ! ভসিগী চুমিন্না ঐ য়েক্লবশিংবু ভুম্না মাওহনগে ॥৪৩॥ ঐখোয়না ভসি ক্ষত্রিয়শিং অসিবু পোইনা হাৎলগা ঐখোয়গী লাক্সুংশিংসিবু ঐহাক হাওহল্লবহুতদা দুর্বোধন অসি মশাবুম্ব চুম্‌হন্নমগে হায়হনা চোংথোয়কনি ॥৪৪॥ বৃষ্ণিনন্দন ! কৃষ্ণ ! দুর্য্যোধনসিতপা হাৎলবদি য়েক্লব মথাক নৈরেক্রেদো ! মাধব ! ঐনা হায়রিবসি ঐগী অনুমাননা, ঐগী বুদ্ধিনা কংবা য়াথম্বা, বিদুরনা হায়খিবদুনা অদুপা দুর্য্যোধননা চৎলিবা শাক্তৎ ব্যবহার অসিনা মরম ওইদুনা মশানা ভাবগদবা অদু উৎহনা হায়বনি ॥৪৫॥

সংবাহি ভারতীং বীর। যাবদহমপি শিতৈঃ শরৈঃ দুর্য্যোধনং দুরাত্মানং বাহিনীকান্ত সংযুগে ॥৪৬॥
ক্ষেমমন্ত করিষ্যামি ধর্ম্মরাজস্য মাধব।। হত্বৈতদ্দুর্বলং সৈন্যং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য পশ্যতঃ ॥৪৭॥

সঞ্জয় উবাচ।

অভী বুহন্তো দাশার্হস্তথোক্তঃ সব্যসাচিনা। তদ্বলৌঘমমিত্রাণামভীতঃ প্রাবিশদ্রণে ॥৪৮॥
শরাসনবনং ঘোরং শক্তিকণ্টকসংবৃতম্। গদাপরিঘপাথং রথনাগমহাদ্রুমম্ ॥৪৯॥
হয়পত্তিলতাকীর্ণং গাহমানো মহাযশাঃ। ব্যরোচত স গোবিন্দো রথেনাতিপতাকিনা ॥৫০॥

(যুগ্মকম্)

তে হয়াঃ পাণ্ডুরা রাজন্। বহন্তোঽর্জ্জুনমাহবে। দিক্ষু সর্ব্বাস্বদৃশ্যন্ত দাশার্হেণ প্রচোদিতাঃ ॥৫১॥
ততঃ প্রায়াদ্রথেনাজৌ সব্যসাচী পরন্তপঃ। কিরন্ শরশতাংস্তীক্ষ্ণান্ বারিধারা ইবাম্বুদঃ।
প্রাদুরাসীন্মহাশব্দঃ শরাণাং নতপর্ব্বণাম্ ॥৫২॥
ইষুভিশ্ছিদ্যমানানাং সমরে সব্যসাচিনা। অসজ্জমানাস্তনুত্রেষু শরৌঘাঃ প্রাপতন্ ভুবি ॥৫৩॥

---

অর্জুনা অকনবা। কৃষ্ণ। রথ অসি পৈথিবা কৌরবলাম্নী মরক অসিদা পুশিল্লি। থৌর থৌরবা তেত্তনা পাপী দুর্য্যোধন অসিবু অহুগা মাগী লাম্নী মরান্থু লোইনা হাংলগে ॥৪৬॥ মাধব। ঙসিদি দুর্য্যোধন মাগী মাঙমক্তদা মাগী লাম্নীশিং অসিবু লোইনা হাংলগা রাজ্যুং ধর্ম্মরাজগী মঙ্গল অমাদি জয় ওইননবা তৌরগে ॥৪৭॥ সঞ্জয়না হায়:— মহারাজ! অর্জ্জুননা অমুমা হায়রক্লবদা সারথী কৃষ্ণনা শগোল চুপ্নীবু খুৎপায় চেৎনা পায়দুনা পুক্নিংদা কনিমত্ত কিবচিংবা তৌদনা অর্জ্জুনবু কৌরবলাম্নী মরক্ত পুশিনখি ॥৪৮॥ মতম অহুদা মতীক মগুণ ময়ুং চাউরবা শ্রীকৃষ্ণ অসি কিনায় অকোরবদা ঈথক হৌবগুম কেৎ কেৎ হাইদুরবা নীঙথিজরবা রথ অচগী মথক্তা লৈহুনা ধেরুবগী তেঙ্গোলগী মশক ওইরবা বনবু নৈথারবকপা মতমসিদা মশেক্ মঙায়া পুমথন থরা থোইদোক্না নীঙথিজখি। কৌরব তেঙ্গোলগী মশক্ ওইরবা বন-সিমক্তি করম তৌবগে হায়বদা—লাম্নীশিংনা পায়মরিবা লংলবা তাগী মতোলশিং অহুনা শাংলশাংলবা থৌরবা তিংথংগী মশক্তি। কোইরপ কোম্না লৈরিবা লীক্লংশিং অহুনা বন অহুগী মচুংদা অমুক হামজিল হামজিল লৈরিবা বন মচা মচানি। গদা মোচ্ছক্ খুংগুমচিংবনা, বন অহুগী মচুংদা তাতা লৈরিবা খুংপাক—খুংচুম্মক্তগী প্রমাননি। রথগা রাং চাউরবা শামুশিংহুনা বন অহুদা চৌবা রাং চাউরবা উজাউমক্ত ওইরি। শগোল থোঙমীশিং অহুনা উনী থারোগী মশক ওইদুনা পুমমেৎ মেচিহ্ন্নিবা বননি ॥৪৯—৫০॥

তৌরোক্ তৌরবা শগোল মরিনা চিংজিবা, কৃষ্ণনা থৌরিবা রথ অহু লালকম্গী মফম পুম্বদা কোয়ো যৌবা লৈবউখি ॥৫১॥ অহুগীতুংদা নোংমদোম্বক্ত পাইরিবা নোং মপেনা ঈশিং মরী মরী হৈথবকপদুগুমা কাপথোরকপা অর্জ্জুনগী তেনশিং অহুনা আকিবকংনা হুংহুং লাউনা কাড্ডু কারন পাইশিন্নবৃলি ॥৫২॥ অর্জ্জুনগী তেল অমমরা কৌরব লাম্নী মীপুম খুদিংগী মথামথাদা

সোঽতিবিদ্ধো মহেষ্বাসস্তোত্রার্দ্দিত ইব দ্বিপঃ। তস্যাশ্বাংশ্চতুরো বাণৈঃ প্রেষয়ামাস মৃত্যবে।
সারথেশ্চাস্য ভল্লেন শিরঃ কায়াদপাহরৎ ॥২০॥

ততো দুর্য্যোধনো রাজা পৃষ্ঠমারুহ্য বাজিনঃ। অপ্রাক্রামদ্ধতরথো নাতিদূরমরিন্দমঃ ॥২১॥
দৃষ্ট্বা তু হতবিক্রান্তং স্বমনীকং মহাবলঃ। তব পুত্রো মহারাজ! প্রযযৌ যত্র সৌবলঃ ॥২২॥
ততো রথেষু ভগ্নেষু ত্রিসাহস্রা মহাদ্বিপাঃ। পাণ্ডবান্ রথিনঃ পঞ্চ সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ন্ ॥২৩॥
তে বৃতাঃ সমরে পঞ্চ গজানীকেন ভারত!। অশোভন্ত নরব্যাঘ্র! গ্রহা ব্যাপ্তা ঘনৈরিব ॥২৪॥
ততোঽর্জ্জুনো মহারাজ! লব্ধলক্ষ্যো মহাভুজঃ। বিনির্যযৌ রথেনৈব শ্বেতাশ্বঃ কৃষ্ণসারথিঃ ॥২৫॥
তৈঃ সমন্তাৎ পরিবৃতঃ কুঞ্জরৈঃ পর্ব্বতোপমৈঃ। নারাচৈর্ব্বিমলৈস্তীক্ষ্ণৈর্গজানীকমপোথয়ৎ ॥২৬॥
তত্রৈকবাণনিহতানপশ্যাম মহাগজান্। পতিতান্ পাত্যমানাংশ্চ নির্ভিন্নান্ সব্যসাচিনা ॥২৭॥
ভীমসেনস্তু তান্ দৃষ্ট্বা নাগান্ মত্তগজোপমঃ। করেণ গৃহ্য মহতীং গদামভ্যপতদ্বলী।
অথাপ্লুত্য রথাত্তূর্ণং দণ্ডপাণিরিবান্তকঃ ॥২৮॥

---

থজীন্বা কয় কয়া থাব হৌরকুলে ॥১৯॥ মতম অদুদা লীরুং পায়বগী মপুংদা অথোইবা ওইরবা ধৃষ্টদ্যুম্ন অসি শাম্ন কাতী কয় থায়বা শাউরবা শাম্ন অমগী মতৌওম্না থৌরবা তেল মরি মতম্ অমতদা কাপশিন্নকুনা দুর্য্যোধনগী শগোল মরি অহ্ন মথ্নাই লৌথি। অমা মচিন শাবা তেল অম কাপশিন্নকুনা দুর্যোধনগী সারথি অদুগী মণক্ অদু মশাদগী লৈমায়থক্ত তোওরা তাহনথি ॥২০॥

শগোলগা সারথিগা শিপ্রবদুদা রথ অদু কম্নিমত কায়ত্রবদা মেরুব নৈহৎওবা দুর্য্যোধননা শগোল অমগী মথক্তা চোংথনুনা লালকমদগী চথোকখি—চেহোকখি ॥২১॥ মহারাজ। মাগী লান্মী অয়াম্বা মপাজল মথৌনা লৈশিন্নক্‌বত্ত উবদা শকুনিনা লৈরিবা মকম অদু তাম্না চৎখি ॥২২॥ অদুগী তুংদা কৌরবপক্কী রথী পুম্বা মায়থীবা কংলবদুদা য়াং চাউরবা শামুথক্ত তোংবা লান্মী লিশিং অহুমনা চণ্ডশিন্নবক্কুনা রথী ওইনা লৈরিবা পাণ্ডব মঙাদ কোয়শিন্নখে ॥২৩॥ নিপা অথোইবা। ভরতনন্দন, মেরুবা লান্মীশিংগী শামুশিং অদুনা পূমকোয় কোশিনপ্রবদুদা পাণ্ডব মঙা অসি. নোংনা কুপশিনখিবা গ্রহশিংগী মতৌওম্না থোইনা নীওথিজখি ॥২৪॥ মহারাজ অতোবা শগোয় মহাক্কী ওইবা, কৃষ্ণনা সারথি ওইবা, কয়বা অর্জ্জুননা পান্নক্কম্ মতীকচানা কংলবদুদা রথ মথক্তা রথী অম ওইনা শামুলান্মীশিং অদুগী মরক্তগী নাহোয়কুই ॥২৫॥ অথম্না চীওমুক — চীওমুক চাউরবা শামুশিং অদুনা অমুক অর্জ্জুনবু কোয়শিন্নবদা মহাক্কা শাম্ন ময়াম মমক অদুদা কোয়রৈলৈনা থোর থোরবা য়েন্ড্ৰমচীন্ শাবা তেন্না শামুশিং অহত্‌ নৈথি ॥২৬॥ অর্জ্জুননা তেল অমমম্না শামুখুদিংমক্তা কয়া কয়া থাখি। অর্জ্জুনগী তেন্না পান্‌বদা শামুশিং অদু অমমমত ওইনা লৈমায়থক্ত তুথখি, হেক্ হেক্ তুথখিবগা মথ্নাই থায় ॥২৭॥ অদুগী তুংদা

আত্মনা পঞ্চমোঽযুধ্যং পাঞ্চালস্য বলেন হ। তস্মিন্‌ দেশে ব্যবস্থায় যত্র শারদ্বতঃ স্থিতঃ ॥৪৭॥
(যুগ্মকম্‌)

সম্প্রযুদ্ধা বয়ং পঞ্চ কিরীটিশরপীড়িতাঃ। ধৃষ্টদ্যুম্নং মহানীকং তত্র নোঽভূদ্রণো মহান্‌।
জিতাস্তেন বয়ং সর্ব্বে ব্যপয়াম রণাত্ততঃ ।৪৮।

অথাপশ্যং সাত্যকিং তমুপায়ান্তং মহারথম্‌। রথৈশ্চতুঃশতৈর্বীরো মামভ্যদ্রবদাহবে ।৪৯।

ধৃষ্টদ্যুম্নাদহং মুক্তঃ কথঞ্চিচ্ছ্রান্তবাহনাৎ। পতিতো মাধবানীকং দুষ্কৃতী নরকং যথা।
তত্র যুদ্ধমভূদ্‌ঘোরং মুহূর্ত্তমতিদারুণম্‌ ।৫০।

সাত্যকিস্তু মহাবাহুর্মম হত্বা পরিচ্ছদম্‌। জীবগ্রাহমগৃহ্লান্মাং মূর্চ্ছিতং পতিতং ভুবি ।৫১।

ততো মুহূর্ত্তাদিব তদ্‌গজানীকমবধ্যত। গদয়া ভীমসেনেন নারাচৈরর্জ্জুনেন চ ।৫২।

প্রতিপিষ্টৈর্মহানাগৈঃ সমন্তাৎ পর্ব্বতোপমৈঃ। নাতিপ্রসিদ্ধেব গতিঃ পাণ্ডবানামজায়ত ।৫৩।

রথমার্গাংস্ততশ্চক্রে ভীমসেনো মহাবলঃ। পাণ্ডবানাং মহারাজ! ব্যপাকর্ষন্মহাগজান্‌ ।৫৪।

অশ্বত্থামা কৃপশ্চৈব কৃতবর্ম্মা চ সাত্বতঃ। অপশ্যন্তো রথানীকে দুর্য্যোধনমরিন্দমম্‌।
রাজানং মৃগয়ামাসুস্তব পুত্রং মহারথম্‌ ।৫৫।

---

য়েরুব লাম্নীশিংনা কোয়শিনখ্রে হায়বসি উবদা অমুক্ হিংহনা সৈথিবগী কাম্বা সৈজ্রে হায়না থন্দুনা অকনবা লাম্নী মরিগা লোয়ননা ঐস্‌ শগোল শামু তোংবা লাম্নী শং পুহন, কৃপাচার্য্যনা লৈরিবা মফম অদুদা মাপা তিম্নরগা ধৃষ্টদ্যুম্ননা পুরিবা পাম্নীশিংগা লান্থেংনৈ ॥৪৩–৪৭॥ অদুদগী ঐখোয় মঙামক ধৃষ্টদ্যুম্নগী লাম্নীশিংগা থেংনরিত্তদা অর্জ্জুনগী তেন্না শাথিনাবাবা হৌরকখদা থাওবা ভমদহুনা লালকমহুদগী নীঙহৈ। অহুম্‌ মাহুগী মুমিংকী লাল অহুদি ওহেক অকিবগী মপক্র ওয়মহৈ ঐখোয়মম্‌ কয়া থেংনখি ॥৪৮॥ অদুদগী ঐখোয়না অমুক কয়ি উবগে হায়বগু কয়বা মহারথী সত্যকি অসি রথী লাম্নী চামরিগা লোয়ননা ঐত্তোল্লোমদা প্রাপ্রাপ চত্তশিল্লকুলি ॥৪৯॥ মতম অসিদা ধৃষ্টদ্যুম্নগী শগোলশিং অহু লোইনা চোকথরে। অহনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মখোয় অহু পোথাহল্লিঙৈগী তাঞ্জাদুদা ঐস্‌ তাঞ্জা অম কংহনা মাগী মথক্রগী উটম্রাচিম্না নাম্বোকচরকই। অদুদগী পাপীনা নরকতা তাম্বগুম ঐস্‌ কৃতবর্ম্মাগী লাম্নী ময়ক্তা তাক্রে। মফম অদুদা ভয়াকং ওম্বোক্লা শাথিবা লাঞ্জাও অমমুক থোকখি ॥৫০॥

অদুগী তুংদা কয়বা সাত্যকিনা ঐগী লালফুরিংপু পাইখোকহনখ্রবদা ঐ অসি বাক্তনা লৈমায় থক্ত তুই। মতম আসীদা ঐবু মহাৎলগে হায়না থন্দুনা মহাক্না ঐবু কায়ে ॥ ৫১ ॥ অদুগী তুংদা ভীমসেননা গদানা অদুগা অর্জ্জুননা নারাচগী তেল মপৈ মপৈনা, মীকুপ অমগী মতুংদা শামুলাম্নী পুম্নমকপু হাৎখি ॥ ৫২ ॥ শামু ময়াম অহুনা চীঙহুম চীঙথম্মুক চাউনা থুরক হাত্তদনা তুহনা লৈরমখহুদা পাণ্ডবশিংনা চত্তশিল্লকপকাওবদা অক্লবা অম ওইনা থোকখ্রে ॥ ৫৩ ॥ মহারাজ! অদুদগী ভীমনা মপাম্বোমতনা শামুশিং অহুবু লাক লাকনা চিংথোক থৈদোক্লগা পাণ্ডবশিংগী লায়না চত্তবগী লম্বী কাংলে ॥৫৪ মহারাজ! অসোবদা অশ্বত্থামা, কৃপাচার্য্য সাত্বতবংশগী কৃতবর্ম্মা

পরিতাপং চ যাত্রায়াং প্রযাতা যত্র সৌবলঃ। রাজ্ঞোহদর্শনসংবিগ্না বর্তমানে জনক্ষয়ে ॥৫৬॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে সঙ্কুলযুদ্ধে ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

মথোয়সিনা মহারাজগী মচাঈবুঙো; য়েক্লবা নৈহৎচঙবা কপ্লবা দুর্য্যোধনদু লান্মী মনুঙদা উবদা মথোয়সিনা মাংগৈ মরিদা কোয়থি থিয়কলে ॥৫৫ ॥ লান্মীশিংনা অসুম দুৎথিল্লকপদা অহুম। দুর্য্যোধনবু উথিল্লকবগুদা মথোঁ পুন্নক মিপাইনথিদনা ধৃষ্টদ্যুম্নবু খাদোক্লমলগা শকুনিনা লৈরিবা মকম অদু তাম চৎখি ॥৫৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মনুংদা সঙ্কুলযুদ্ধগী কুমহৎপদোই তরা অধ্যায় লোইরে ॥

—:-•-:—

# শ্রীমহাভারতম্

(দুর্ম্মর্ষণনচিংবা হাৎপগী মতাং)

## চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুনমরিগুবা অধ্যায়

সঞ্জয় উবাচ।

গজানীকে হতে তস্মিন্ পাণ্ডুপুত্রেণ ভারত। বধ্যমানে বলে চৈব ভীমসেনেন সংযুগে ॥১॥
চরন্তঞ্চ তথা দৃষ্ট্বা ভীমসেনমরিন্দমম্। দণ্ডহস্তং যথা ক্রুদ্ধমন্তকং প্রাণহারিণম্ ॥২॥
সমেত্য সমরে রাজন্ হতশেষাঃ সুতাস্তব। অদৃশ্যমানে কৌরব্যে পুত্রে দুর্য্যোধনে তব ॥৩॥
সোদর্য্যাঃ সহিতা ভূত্বা ভীমসেনমুপাদ্রবন্ ॥৩॥ (বিশেষকম্)
দুর্ম্মর্ষণঃ শ্রুতান্তশ্চ জৈত্রো ভূরিবলো রবিঃ। জয়ৎসেনঃ সুজাতশ্চ তথা দুর্বিষহোঽরিহা ॥৪॥

সঞ্জয়না হায়ঃ— ভরতনন্দন মহারাজ! পাণ্ডুগী মচা কপ্লবা ভীমসেননা শামু তেংলোন্দু নৈহৎপ্রবদা অদুগা শামুত নতনা অতোপ অতোপ্প কৌরব লান্মীশিংবু চোংশিল চোংশিল হাৎলক্লবদা, অদুগা মহারাজগী মচা ঈবুঙো দুর্য্যোধনদুস্ উথিত্রবদা, মথুক্তা দণ্ডপাইবা, জীবপুন্নবকপু মাংহন্‌নবা যমরাজগী মতোংগুম্বা, য়েক্লব নৈহৎপ তম্বা ভীমসেননা খোইদোক্না শাউথিদুনা লাক্লকপা অদুদা হৎলং হন্দ্বা কোয়চৎ চৎলকপসি উবদা মহারাজগী লেংহৌরবা কপ্লবা মচা ঈবুঙোশিংনা পুন্নবা ভীমতম্না চেংলশিল্লকই ॥১—৩॥ মহারাজ! দুর্ম্মর্ষণ, শ্রুতান্ত, জৈত্র, ভূরিবল, রবি,

ততোঽপরেণ ভল্লেন নারাচেন পরন্তপঃ। দুর্বিমোচনমাহত্য প্রেষয়ামাস মৃত্যবে ॥১৫॥
স হতঃ প্রাপতদ্ভূমৌ স্বরথাদ্রথিনাং বরঃ। গিরেস্তু কূটজো ভগ্নো মারুতেনেব পাদপঃ ॥১৬॥
দুষ্প্রধর্ষং ততশ্চৈব সুজাতঞ্চ সুতৌ তব। একৈকং ন্যবধীৎ সংখ্যে দ্বাভ্যাং দ্বাভ্যাং চমূমুখে।
তৌ শিলীমুখবিদ্ধাঙ্গৌ পেততু রথসত্তমৌ ॥১৭॥
ততঃ পতন্তমপরমভিবীক্ষ্য সুতং তব। ভল্লেন প্রতিবিব্যাধ ভীমো দুর্বিষহং রণে।
স পপাত হতো বাহাৎ পশ্যতাং সর্বধন্বিনাম্ ॥১৮॥
দৃষ্ট্বা তু নিহতান্ ভ্রাতৄন্ বহূনেকেন সংযুগে। অমর্ষবশমাপন্নঃ শ্রুতর্ব্বা ভীমমভ্যয়াৎ ॥১৯॥
বিক্ষিপন্ সুমহচ্চাপং কার্ত্তস্বরবিভূষিতম্। বিসৃজন্ সায়কাংশ্চৈব বিষাগ্নিপ্রতিমান্ বহূন্ ॥২০॥
স তু রাজন্! ধনুশ্ছিত্বা পাণ্ডবস্য মহামৃধে। অথৈনং ছিন্নধন্বানং বিংশত্যা সমবাকিরৎ ॥২১॥
(যুগ্মকম্)
ততোঽন্যদ্ধনুরাদায় ভীমসেনো মহারথঃ। অবাকিরত্তব সুতং তিষ্ঠ তিষ্ঠেতি চাব্রবীৎ ॥২২॥
মহদাসীত্তয়োর্যুদ্ধং চিত্ররূপং ভয়ানকম্। যাদৃশং সমরে পূর্বং জম্ভবাসবয়োর্বিভো! ॥২৩॥
তয়োস্তত্র শরৈর্মুক্তৈর্যমদণ্ডনিভৈঃ শিতৈঃ। সমাচ্ছন্না ধরা সর্ব্বা খঞ্চ সর্ব্বা দিশস্তথা ॥২৪॥

---

তেকৎনা তুখরকপহুগী মতৌওয়া মাগী মাগী রথদগী লৈমায়থক্তা ওহ্খি ॥১৪॥ অদুদগী ওহাক লৈরগা, য়েক্লবগী থম্মোয়দা অয়াবা নিপাইবা পীওয়া ভীমসেননা থোরবা তেন অমনা দুর্বিমোচনবু মথালয়দা যীকুপ্পা খাখি ॥১৫॥ রথী অখোইবা দুর্বিমোচন অসে চীঙথক্তা হোৎ, মরু ময়া য়াওনা মুংশিংনা ফুক্তোক্লবা উপাম্বীনা তুখরকপওয়া রথ মথক্তা মকোক মমৈ য়ুনা তাখি ॥১৬॥ মহারাজ ! অসিগী তুংদা ভীমসেননা থোরবা তেন অনী অনীনা মহারাজগী নচাইবত্তো দুষ্প্রধর্ষ সুজাত অনীবু অমমম্ত ওইনা হাৎখি। রথী অখোইবা অনীসি মথাদা তেয়া য়ুং য়ুংহুনা লাম্মী ময়াম মমাওমক্তদা তুখখি ॥১৭॥ অদুগী তুংদা নচাইবুংতো অমবা দুর্বিষহ চওশিনকৃণছ উবদা ভীমনা তা মানবা পুংলায় অমনা খিনখি। মহাকপ্পু মথুাই থাদুনা লাম্মী ময়ামগী মমাওদা রথদগী লৈমায়থক তুখি ॥১৮॥ ভীমসেননা মচৌম্নাও কয়াবু মথম্ভনা হাৎখিবদু উবদুনা শাউরবা শ্রুতর্ব্বা অসি ভীম ভয়া প্রপ্রণ হোৎছিনকই ॥১৯॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা শ্রুতর্ব্বা অসি মাগী চাউশাংলবা লীকং অচদা লৈরাবু কয় চিংহনা হুপা দৈপা থায়না তেন্স অমগা তেন মনম্ মনম্ কাপশিন্নকূনা ভীমগী লীক্তবু কক্থংলগা তেন কুম়া লীকং থাওয়বা ভীমদা অমা থাজিনখি ॥২০—২১॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা মহারথী ভীমসেননা অতোপ্পা অমা লীকং অমযুক শাবথত্ননা “ লৈয়, লৈয় থাত্ত, । ” অসুব হায়না হায়রগা শ্রুতর্ব্বাগী মথক্তা অঙং অথম লৈতনা কাপলিলকই ॥২২॥ মহারাজ ! মথাতৈপা [illegible] ॥২৩॥ [illegible]

ততঃ শ্রুতর্বা সংক্রুদ্ধো ধনুরাদায় সায়কৈঃ। ভীমসেনং রণে রাজন্! বাহ্বোরুরসি চার্পয়ৎ ॥২৫॥
সোঽতিবিদ্ধো মহারাজ! তব পুত্রেণ ধন্বিনা। ভীমঃ সংচুক্ষুভে ক্রুদ্ধঃ পর্ব্বণীব মহোদধিঃ ॥২৬॥
ততো ভীমো রুষাবিষ্টঃ পুত্রস্য তব মারিষ!। সারথিং চতুরশ্চাশ্বান্ বাণৈর্নিন্যে যমক্ষয়ম্ ॥২৭॥
বিরথং তং সমালক্ষ্য বিশিখৈর্লোমবাহিভিঃ। অবাকিরদমেয়াত্মা দর্শয়ন্ পাণিলাঘবম্ ॥২৮॥
শ্রুতর্বা বিরথো রাজন্! আদদে খড়্গচর্ম্মণী। অথাস্যাদদতঃ খড়্গং শতচন্দ্রঞ্চ ভানুমৎ।
ক্ষুরপ্রেণ শিরঃ কায়াৎ পাতয়ামাস পাণ্ডবঃ ॥২৯॥
ছিন্নোত্তমাঙ্গস্য ততঃ ক্ষুরপ্রেণ মহাত্মনঃ। পপাত কায়ঃ স রথাদ্বসুধামনুনাদয়ন্ ॥৩০॥
তস্মিন্ নিপতিতে বীরে তাবকা ভয়মোহিতাঃ। অভ্যদ্রবন্ত সংগ্রামে ভীমসেনং যুযুৎসবঃ ॥৩১॥
তানাপতত এবাশু হতশেষাদ্বলার্ণবাৎ। দংশিতঃ প্রতিজগ্রাহ ভীমসেনঃ প্রতাপবান্।
তে তং বৈ সমাসাদ্য পরিবব্রুঃ সমন্ততঃ ॥৩২॥
ততস্তু সংবৃতো ভীমস্তাবকৈর্নিশিতৈঃ শরৈঃ। পীড়য়ামাস তান্ সর্ব্বান্ সহস্রাক্ষ ইবাসুরান্ ॥৩৩॥

---

অনীনা কাপথোকনরকপ, অমমম্না যমদগুগা মারবা তেল মপৈ মপৈনা লৈথক্ লৈথা খোইনা কূপখে ॥২৪॥ মহারাজ! খোইদোঙ্গা শাউরবা শ্রুতর্ব্বানা খোমবা তেল অহুম্না ভীমগী পাম্বোম্ মরু অনীদা অদুগা থবাক মরামমত্তদা কপ্পা থাখি ॥২৫॥ মহারাজ! নচাইবুঙ্গো কল্লবা শ্রুতর্ব্বানা রাম্ব থানা থারকপহৃদা ভীমসেন অ ন পুর্নিম সমদি অমাবাস্যাগী তিথিদা ঈথক্ হোৎকপা সমুদ্রগী মচেত্তম্না শাউবনা মশাপুথা থক্ থক্ নীকই ॥২৬॥ ঈকায় খুম্নবগী মথক ওইরবা নিংথৌ! অদুগী তুংদা শাউরবা ভীমসেননা শ্রুতর্ব্বাগী শগোল মরিক্তা সারথিপা মীতুঙ্গা যমালয়গা থাখি ॥২৭॥ হায়নীওঙাই লৈকনা কপ্পবা ভীমসেনন শ্রুতর্ব্বানা রথ য়াওদবদু উবদা, মশাগী মথুং থুবসু উৎনা উৎনা উচেক মতুনা তেম্না পানবা তেল মপৈ মপৈ কাপ-শিল্লকলে ॥২৮॥ মহারাজ! অসোয়দম্ব শ্রুতর্ব্ব অাস রথ য়াওদ্রবকুনা থাক-চুঙ্গোয় পামথৎবি মহাক্কা মাগী থাঙগা ময় পংলবা থরানমিচাক চাথ চাম থরেক খোঙ্গবা চুম্বোম্নগা অনী অহু হেক পায়খৎলকপা মতম্মতুমকদা ভীমনা ক্ষুরমচীনশাবা থেংনবা তেল অমনা শ্রুতর্ব্বাগী মকক অহু ককৎখি ॥২৯॥ মরিল মথোনা লৈমবা শ্রুতর্ব্বাগী কোক্ ভীমগী থুনাম্না কক্থিহনা ভংনা ভংনা হকচাংদগী চোংথোক্লনা লৈমায়থক্তা তাখি ॥৩০॥ মহারাজ! শ্রুতর্ব্বা তুপ্পবা তুং অসিদা মহারাজগী কৌরবলাম্মী পুরুমক্ কিদি কিরগা লাল শোক্লগে থম্নুনা ভীম তম্না হোৎচিল্লকই ॥৩১॥ হাৎখিবগী লেমহৌবা লাম্মী তেঙোল ঈশাক অহুদগী লাথোরক্‌না মথোয়সিনা চত্তশিল্লকবদা, লালগীদমক্ত মতম পুম্বদা শেম শারবা ভীব মথন্তনা মথোয়গী মায়োক য়াখি। মথোয়দুদু ভীমবু ঈকোয় কোয়শিল্লরে ॥৩২॥ মথোয়না ঈকোয় কোয়শিল্লবদা ইন্দ্রনা অসুরশিংবু লৈবদুগুম্না

ততঃ পঞ্চ শতান্ হত্বা সবরূথান্ মহারথান্। জঘান কুঞ্জরানীকং পুনঃ সপ্তশতং যুধি ॥৩৪॥
হত্বা দশ সহস্রাণি পত্তীনাং পরমেষুভিঃ। বাজিনাঞ্চ শতান্যষ্টৌ পাণ্ডবঃ স বিরাজতে ॥৩৫॥
ভীমসেনস্তু কৌন্তেয়ো হত্বা যুদ্ধে সুতাংস্তব। মেনে কৃতার্থমাত্মানং সফলং জন্ম চ প্রভো ॥৩৬॥
তং তথা যুধ্যমানং বৈ বিনিঘ্নন্তঞ্চ তাবকান্। ঈক্ষিতুং নোৎসহন্তে স্ম তব সৈন্যানি মারিষ ॥৩৭॥
বিদ্রাব্য তু কুরূন্ সর্বাংস্তাংশ্চ হত্বা পদানুগান্। দোর্ভ্যাং শব্দং ততশ্চক্রে ত্রাসয়ানো মহাদ্বিপান্ ॥৩৮॥
হতভূয়িষ্ঠযোধা তু তব সেনা বিশাংপতে। কিঞ্চিচ্ছেষা মহারাজ! কৃপণা সমপদ্যত ॥৩৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে দুর্ম্মর্ষণাদিবধে চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ ।*। *

———:·: :———

ভীমনা থৌর থৌরনা ভেন্না মথোয় পূম্বু নৈরকই ॥৩৩॥ অদুগী তুংদা ভীমসেননা মাগী মাগী রথপা লোয়মনা মহারথী চামঙাবু হাৎলগা অদুদগী অমুক শামুলাগী চাক্লেৎপু হাৎখি ॥৩৪॥ অদুদগী, ভীমসেননা থৌর থৌরবা তেন্না খোঙমী লিশিং তরা, শগোল তোংবঃ লাগী চানিপাল হাৎলগা লাকম মরার অদুদা খোইদোক্লা মায়খোং মকায়াম্না লৈখি ॥৩৫॥ মহারাজ! কুন্তি নন্দন ভীমসেননা মতৌ অসুম্না নচাইবুঙোশিংবু হাৎলগা মহৈ য়াম্লে হায়না থমখি, তৌগদবা মথৌ লোইরে হায়নস্থ থনখি ॥৩৬॥ ঈকায়খুম্মগী মশক্ ওইরবা নিংথৌ! ভীমনা মতৌ অসুম্না কৌরবলাগীশিংবু হাক্তিন্নকপ মতমসিদা কৌরবলাগী কনানসু ভীমসেনদা হঙ্গৎনা য়েংবমক্তা ওমখিদে ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা ভীমসেননা কৌরবলাগী পূম্বু মাগী মাগী খোঙলোয়শিংগা লোয়ননা হাৎলগা শামু খুদিংমক্কী থম্মোয়দা অকিব মিপাইবা পোক্হন্দুনা মপাম্বোম মকৈগল পোপ পোপ লাউনা কূরকই ॥৩৮॥ মহারাজ! মহারাজগী কৌরবলাগী অয়াম্বা শিগ্রবদা লৈহৌরিবা থর অগুক য়াম্না চোক্থহনখ্রে; মপাম্বোম হাইগৎপা য়ানখিদ্রে ॥৩৯॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামমা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধদা দুর্ম্মর্ষণচিংবগী চাৎপগী বুনমহিগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

———:·:———

# শ্রীমহাভারতম্

শল্যবধগী মনুংদা অকনবা হকথেংনবা লাল।

## পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুরুক্ষেত্রবা অধ্যায়।

———:•:———

### সঞ্জয় উবাচ।

দুর্য্যোধনো মহারাজ! সুদর্শশ্চাপি তে সুতঃ। হতশেষৌ তদা সংখ্যে বাজিমধ্যে ব্যবস্থিতৌ ॥১॥
ততো দুর্য্যোধনং দৃষ্ট্বা বাজিমধ্যে ব্যবস্থিতম্। উবাচ দেবকীপুত্রঃ কুন্তীপুত্রং ধনঞ্জয়ম ॥২॥
শত্রবো হতভূয়িষ্ঠা জ্ঞাতয়ঃ পরিপালিতাঃ। গৃহীত্বা সঞ্জয়ঞ্চাসৌ নিবৃত্তঃ শিনিপুঙ্গবঃ ॥৩॥
পরিশ্রান্তশ্চ নকুলঃ সহদেবশ্চ ভারত। । যোধয়িত্বা রণে পাপান্ ধার্ত্তরাষ্ট্রান্ সহানুগান্ ॥৪॥
দুর্য্যোধনমভিত্যজ্য ত্রয় এতে ব্যবস্থিতাঃ। কৃপশ্চ কৃতবর্ম্মা চ দ্রৌণিশ্চৈব মহারথঃ ॥৫॥
অসৌ তিষ্ঠতি পাঞ্চাল্যঃ শ্রিয়া পরময়া যুতঃ। দুর্য্যোধন বলং হত্বা সহ সর্ব্বৈঃ প্রভদ্রকৈঃ ॥৬॥
অসৌ দুর্য্যোধনঃ পার্থ! বাজিমধ্যে ব্যবস্থিতঃ। ছত্রেণ ধ্রিয়মাণেন প্রেক্ষমাণো মুহুর্মুহুঃ ॥৭॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ। পাণ্ডবশিংনা হাংখিবদগী লেমহৌবা নচাইবুত্তো দুর্য্যোধন অমগা সুদর্শন অনী অসি কৌরবপক্ষগী শগোলতোংবা লাম্মী মরক্তা চপ লেপতুনা লৈখি ॥১॥ দুর্য্যোধনগী শগোল তোংবা লানমি মরক্তা লৈপিন্দুনা লৈখিবসি উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুম্না হায়খি—॥২॥ অর্জ্জুন। আসোমদা য়েক্লবগী মশীং য়াম হৎখ্রে, অয়াবা হাংখ্রে। অসোমদনা নংগী শাগৈ নাত্তে মরূপ মপাং অয়াম্বা নীঙথিনা ভাকশেন্দুনা লৈখ্রে সাত্যকিনসু সঞ্জয়বু কাহনা পুত্কৃলি ॥৩॥ ভরতনন্দন। নকুল সহদেব অনীসু খোঙমীলাম্মীশিংগা লোয়ননা পাপী ধৃতরাষ্ট্র মচাশিংগা থেংনবদা থক চোক্‌খ্রে ॥৪॥ মহারথী কৃপাচার্য্য, কৃতবর্ম্মা অশ্বত্থামা অহুম অসিসু দুর্য্যোধনবু থাদোক্লগা মকম অতৈ অতৈদা চৎনখ্রে ॥৫॥ অকনবগী ওপনা তিক্লবা পাঞ্চালগী মায়খোং মকালাবা ধৃষ্টদ্যুম্নসু প্রভদ্রক লাম্মীশিংগা লোয়ননা থেংনদুনা দুর্য্যোধনগী লাংমী অমাং হাংলগা পোথাদুনা লৈখ্রে ॥৬॥ অর্জ্জুন! য়েংউ, আদা! দুর্য্যোধন আদো শগোল তোংবা লানমী মরক্তা লৈদুনা ঐখোয়গোমদা হম হম্না থানা য়েংদুনা লৈরি। মপাইশিং থক অসিনা মাগী কোকংক্তা খজবা পে অম থাম্মি ॥৭॥ দুর্য্যোধন

প্রতিব্যূহ্য বলং সর্ব্বং রণমধ্যে ব্যবস্থিতঃ। এবং হত্বা শিতৈর্ব্বাণৈঃ কৃতকৃত্যো ভবিষ্যসি ॥৮॥
গজানীকং হতং দৃষ্ট্বা ত্বাঞ্চ প্রাপ্তমরিন্দমম্। যাবন্ন বিদ্রবত্যেতে ত্বাবচ্ছহি সুযোধনম্ ॥৯॥
যাতু কশ্চিত্তু পাঞ্চালং ক্ষিপ্রমাগম্যতামিতি। পরিশ্রান্তবলস্তাত i নৈষ মুচ্যেত কিল্বিষী ॥১০॥
তব হত্বা বলং সর্ব্বং সংগ্রামে ধৃতরাষ্ট্রজঃ। জিতান্ পাণ্ডুসুতান্ মত্বা রূপং ধারয়তে মহৎ ॥১১॥
নিহতং স্ববলং দৃষ্ট্বা পীড়িতঞ্চাপি পাণ্ডবৈঃ। ধ্রুবমেষ্যতি সংগ্রামে বধায়ৈবাত্মনো নৃপঃ।

এবমুক্তঃ ফাল্গুনস্তু কৃষ্ণং বচনমব্রবীৎ ॥১২॥

ধৃতরাষ্ট্রসুতাঃ সর্ব্বে হতা ভীমেন মানদ i । যাবেতাবাস্থিতৌ কৃষ্ণ! তাবদ্য ন ভবিষ্যতঃ ॥১৩॥
হতো ভীষ্মো হতো দ্রোণঃ কর্ণো বৈকর্ত্তনো হতঃ। মদ্ররাজো হতঃ শল্যো হতঃ কৃষ্ণ। জয়দ্রথঃ ॥১৪॥
হয়াঃ পঞ্চশতাঃ শিষ্টাঃ শকুনেঃ সৌবলস্য চ। রথানাঞ্চ শতে শিষ্টে দ্বে এব তু জনার্দ্দন!।

দন্তিনাঞ্চ শতং শিষ্টং ত্রিসাহস্রাঃ পদাতয়ঃ ॥১৫॥

অশ্বত্থামা কৃপশ্চৈব ত্রিগর্ত্তাধিপতিস্তথা। উলূকঃ শকুনিশ্চৈব কৃতবর্ম্মা চ সাত্বতঃ ॥১৬॥

---

অসিনা ঐখোয়গী ঈথক্তা বেহ শাহ্নবা ঐখোয়গা কম খেংনগদবগী খেম শাহ্নবা নৈরি। অহুনা নংনা থুনা য়াওনা মহাকী মথ্‌াই লৌবদি মপুংফানা নখো পাণ্ডবোকপা হায়রম্ব ওইরনি ॥৮॥ হৌজিক্তি শায়ু লানমী পুম্বা হাৎলবনিনা য়েরবা নৈহৎতম্বা অর্জ্জুন নংনম্ন থুগুবনি উবদা দুর্য্যোধন অসিনা মিপাইনা চেক্লিক্তৈসিদা নহান্না মাবু হাৎলনবা তৌ ॥৯॥ অহুনা অর্জ্জুন! হৌজিকমক্ থুনা য়াওনা অকনবা ধৃষ্টদ্যুম্নগী মকমদা পাউপুবা নিপা অম থাখো। অকনবা অসি মকম অসিদা থুনা য়াওনা য়েরকহনবা তৌ। হৌজিক দুর্য্যোধনগী লানথী লোইবা চোকথরবনি। অহুনা পাপী আসে নপুত্তগী নাম্বোকপা য়ায়রোই ॥১০॥ "য়েংউ! দুর্য্যোধন আসে, পাণ্ডবশিং নখোয়বু জয় তৌরে, নখোয়গী লানমী পুম্নমক লোইনা হাৎলে হায়না খল্লুনা মায়থোং মকালায় ইতাও তাউনা নৈরি ॥১১॥ অদুগা পাণ্ডবশিংনা ঐগী লানমী পুম্নবু হাৎলে হায়না শাউথিবনা দুর্য্যোধন আসে মথামক্‌পুম্ন তুমহল্লয়গে হায়দুনা মথামক্ নংগা খেংনগকবগী চঙশিল্লকদৌরি"। কৃষ্ণনা অসুম্না হায়রবদা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা অস্নুম্না হায়রকই ॥১২॥ ইকায় খুম্নবিবা হৈবা কৃষ্ণ! য়াম্বুং ভীমসেননা ধৃতরাষ্ট্রগী মচা পুম্নমক হাৎলে। পাপী দুর্য্যোধন অসিগা সুদর্শন হায়বা অসিগা অনিস্ত মঙায়গে নৈহৌরিবসি। অসিদি মখোয় অহিনিস্ম নৈরবোই ॥১৩॥ কৃষ্ণ! ভীষ্ম, দ্রোণ, বৈকর্ত্তন কর্ণ মদ্ররাজ শল্য, জয়দ্রথ অমত্তুং লোইনা চৎলে ॥১৪॥ জনার্দ্দন, কৃষ্ণ! সুবলনন্দন শকুনিগী শগোলে য়েসবা অমনি লৈরবা, মগী চনি শায়ু তোংবা লানমি চামা, খোঙমি লিশিং অম অসিত মঙায়লে মখোয়দুদা লেপ্লকৌরিবনি ॥১৫॥ অদুগা অকনবগী অমা, অশ্বত্থামা, কৃপাচার্য্য, কৃতবর্ম্মা, উলূক, শকুনি, সাত্বতবংশগী কৃতবর্ম্মা

এতদ্বলমভূদেবং ধার্তরাষ্ট্রস্য মাধব ।। যোদ্ধা ন নূনং কালাদ্ধি বিদ্যতে ভুবি কশ্চিৎ ॥১৭॥

তথা বিনিহতে সৈন্যে পশ্য দুর্য্যোধনং স্থিতম্ । অদ্যাহনি মহারাজো হতামিত্রো ভবিষ্যতি ।

ন হি মে মোক্ষ্যতে কশ্চিৎ পরেষামিতি চিন্তয়ে ॥১৮॥

যে ত্বত্র সমরং কৃষ্ণ । ন হাস্যন্তি রণোৎকটাঃ । তান্ বৈ সর্ব্বান্ হনিষ্যামি যদ্যপি স্যুরমানুষাঃ ॥১৯॥

অদ্য যুদ্ধে সুসংক্রুদ্ধো দীর্ঘং রাজ্ঞঃ প্রজাগরম্ । অপনেষ্যামি গান্ধারং পাতয়িত্বা শিতৈঃ শরৈঃ ॥২০॥

নিকৃত্যা বৈ দুরাচারো যানি রত্নানি সৌবলঃ । সভায়ামহরদ্দ্যূতে পুনস্তান্যাহরাম্যহম্ ॥২১॥

অদ্য তা অপি বেৎস্যন্তি সর্বা নাগপুরস্ত্রিয়ঃ । শ্রুত্বা পতীংশ্চ পুত্রাংশ্চ পাণ্ডবৈর্নিহতান্ যুধি ॥২২॥

সমাপ্তমদ্য বৈ কর্ম্ম সর্বং কৃষ্ণ । ভবিষ্যতি । অদ্য দুর্য্যোধনো দীপ্তাং শ্রিয়ং প্রাণাংশ্চ ত্যক্ষ্যতি ॥২৩॥

নাপযাতি ভয়াৎ কৃষ্ণ । সংগ্রামাদদ্য চেন্মম । নিহতং বিদ্ধি বার্ষ্ণেয় । ধার্তরাষ্ট্রং সুবালিশম্ ॥২৪॥

মম হ্যেতদশক্তং বৈ বাজিবৃন্দমরিন্দম । । সোঢ়ুং জ্যাতলনির্ঘোষং যাহি যাবন্নিহন্ম্যহম্ ॥২৫॥

এবমুক্তস্তু দাশার্হঃ পাণ্ডবেন মনস্বিনা । অচোদয়দ্ধয়ান্ রাজন্ । দুর্য্যোধনবলং প্রতি ॥২৬॥

তদনীকমভিপ্রেক্ষ্য ত্রয়ঃ সজ্জা মহারথাঃ । ভীমসেনোঽর্জ্জুনশ্চৈব সহদেবশ্চ মারিষ । ।

প্রযযুঃ সিংহনাদেন দুর্য্যোধনজিঘাংসয়া ॥২৭॥

---

মখোয় আসত মঙায়রে ॥১৬॥ মাধব । হায়রিবশিংসিত মঙায়বে মখোয়গী লৈজরিবা হায়ববু । ময়মদি কৃষ্ণ । জগৎ অসিদা কাল কৌবা মাগী মথুত্তগী কনাসু লৈতে নাম্বোকদৌবা ॥১৭॥ অসুম্না লানমি পুম্নমক্ অনি মথং মথং তুমপ্রবদা দুর্য্যোধন অসি মথস্ত মঙায়হৌরনি । ঙসিদি কৃষ্ণ মঙুং নিংথৌ যুধিষ্ঠিরগী য়েক্কবপুস্ন লৈত্রগুবনি । ঐনা খল্লি, ঙসিদি ঐগী থুক্কী য়েক্কবা কনামত্থু নম্বোকহৌবা ঙম্মরোই ॥১৮॥ কৃষ্ণ । লান্দা ময়ায় কাখিহনা লাল থাদোকক্নবু মচেনখিত্রবদি লাই খঙদে, গন্ধর্ব্ব খঙদে, অর্জ্জুন ঐনা ঙসি লোইনা হাৎকনি ॥১৯॥ ঙসি ঐনা অশাউবগা লেমননা খোয় খোয়বা তেম্না শকুনিবু হাৎলগা য়াসুং যুধিষ্ঠিরনা মিৎ উইশিনবা মাদনা অমুক কুইনা লৈরকলিবসে তোকহল্লনি ॥২০॥

কত্রবা শকুনিনা নমথাক্ চোবরনা লৌখিবা লন্থ্ম পুম্নমক ঐনা ঙসি অমুক লৌথোকনি ॥২১॥ ঐখোয়গী ঊচাইশু ঊপুয়োয়বা ইচীন ইপ্‌াশিংবু লোইনা পাণ্ডবশিংনা হাৎপিরে হায়বসি হস্তিনাপুরগী সুপীনহাশিংনা মনাকোংনা তাবনি মমীৎনা উজবনি ॥২২॥ কৃষ্ণ । ঙসি লাম্লাও অমি লোইরগা দুর্য্যোধননা লংলবী রাজ লক্ষ্মীবু অমগা থুংশিজরবা মথ্‌াইবুসু থাদে কৃচরনি । ॥২৩॥ বৃষ্ণিনন্দন । কৃষ্ণ । ঙসিগী ন্‌মিত্তা করিগুম্বা দুর্য্যোধননা লালকম থাদোকক্‌না চেনখিত্রবা অম ওইরবদি মা শিরবনি অহ্মক মথঙলো ॥২৪॥ য়েক্কবা খিবিকপু নমহৎপা ঙবা কৃষ্ণ । মখোয়গী শগোল ত্তোংবা লাক্কী থর শিংসিনা ঐগী ভেলগী শাদূ অমদি চৈনাপু খাঙবা ঙম্মোই । মথ থৌজিন্ন, য়েক্কবাশিংবু ঙসি লোইথোক্লগে ॥২৫॥ মহারাজ । অর্জ্জুননা মতৌ অসুম্না হায়রক্লবদা কৃষ্ণ নাম্বগী শগোলশিং অহ দুর্য্যোধনগী লাম্মীশিং অহ তম্না থৌজিল্লকই ॥২৬॥ ঊকায় খুম্নবগী মখক

তান্ প্রেক্ষ্য সহিতান্ সর্ব্বান্ জবেনোদ্যতকার্ম্মুকান্।
সৌবলোঽভ্যদ্রবদ্ যুদ্ধে পাণ্ডবানাততায়িনঃ ॥২৮॥

সুদর্শনস্তব সুতো ভীমসেনং সমভ্যয়াৎ। সুশর্ম্মা শকুনিশ্চৈব যুযুধাতে কিরীটিনা।
সহদেবং তব সুতো হয়পৃষ্ঠগতোঽভ্যয়াৎ ॥২৯॥

ততো হি যত্নতঃ ক্ষিপ্রং তব পুত্রো জনাধিপ। । প্রাসেন সহদেবস্য শিরসি প্রাহরদ্ভৃশম্ ॥৩০॥
সোপাবিশদ্রথোপস্থে তব পুত্রেণ তাড়িতঃ। রুধিরাপ্লুতসর্ব্বাঙ্গ আশীবিষ ইব শ্বসন্ ॥৩১॥
প্রতিলভ্য ততঃ সংজ্ঞাং সহদেবো বিশাংপতে।। দুর্য্যোধনং শরৈস্তীক্ষ্ণৈঃ সংক্রুদ্ধঃ সমবাকিরৎ ॥৩২॥
পার্থোঽপি যুধি বিক্রম্য কুন্তীপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ। শূরাণামশ্বপৃষ্ঠেভ্যঃ শিরাংসি নিচকর্ত্ত হ ॥৩৩॥
তদনীকং তদা পার্থো ব্যধমদ্বহুভিঃ শরৈঃ। পাতয়িত্বা হয়ান্ সর্বাংস্ত্রিগর্ত্তানাং রথান্ যযৌ ॥৩৪॥
ততস্তে সহিতা ভূত্বা ত্রিগর্ত্তানাং মহারথাঃ। অর্জ্জুনং বাসুদেবঞ্চ শরবর্ষৈরবাকিরন্ ॥৩৫॥
সত্যকর্ম্মাণমাক্ষিপ্য ক্ষুরপ্রেণ মহাযশাঃ। ততোঽস্য স্যন্দনস্যেশাং চিচ্ছেদ পাণ্ডুনন্দনঃ ॥৩৬॥

---

ওইরবা মহারাজ ! দুর্য্যোধনগী কৈ'রবা লান্মীশিং অহু উবদা ভীম অর্জ্জুন সহদেব মখোয় অহুম অসি সিংহনাদ লাউলাউরদুনা লালগী মপোৎ মচৈ পুম্বা শেমশাদুনা দুর্য্যোধনবু হাৎলগে হায়না থন্দুনা ক্'জিল্লকই ॥২৭॥ মথুঙ্গ থুংলায় পায়রবা পাণ্ডবশিংনা মাগী মাগী লীকং হায়গৎ পায়থৎনদুনা চত্তশিল্লকপসি উবদা শকুনিনা মখোয়তম্না প্রপ্রপ চেনশিনখি ॥২৮॥ মহারাজ ! মহারাজগী নচাঈবুডো সুদর্শন হায়বসি ভীমসেন তম্না চেনশিনখি সুশর্ম্মাগা শকুনিগা অনীনা অর্জ্জুনগা থেংনখি। দুর্য্যোধননা শগোল ভোংবা লাম্মী অম ওইনা সহদেবগা কম্না থেংনবা হৌখি ॥২৯॥ মহারাজ ! মতম অসিদা দুর্য্যোধননা তাঘানবা থৌরবা তেল অমনা সহদেবগী কোকমক্তদা কয় থাখি ॥৩০॥ দুর্য্যোধননা অহুম্না কম্না থারকপসিদা মশাপুম্বা ঈনা পুমদুপ লুপ্ত্না সহদেব অসি শাউরবা লিল অমগী মতৌগুম্না সুংশা মপী ক্'ইনা হোন্দুনা রথ মথক্ত তুমিন্ন কমদুনা লৈখি ॥৩১॥ মহারাজ ! ওহাক লৈরগা সহদেব অসি জ্ঞান তারক্'না য়াম্না অশাউবগা লেংঙনা দুর্য্যোধনদা থৌরথৌরবা তেল মপৈনা মনম মনম থাজিল্লকই ॥৩২॥ কুন্তীগী মচা অর্জ্জুননা লান্দ মশাগী মখিলমথৌনা মপাঙ্গল মহৈ পুম্নমক উত্ত্না শগোল তোংবা লান্মীশিংদুগী মকোকশিং অহুবু ককক্ত্'না শগোল মথকমক্তদগী লৈথারক্তা মনম মনম তাহনখি ॥৩৩॥ মতৌ অহুম্না অর্জ্জুনা সগোন তোংবা কৌরব লানমীশিংবু লোইনা হাৎলগা ত্রিগর্ত্তগী লানমিশিংলোমদা থ্'না য়াঙনা ক্'জিনখি ॥৩৪॥ ত্রিগর্ত্তগী কৌরব লানমিশীং অদুনা পুল্লপ হৌদুনা হৌদুনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনিদা কয় কম্না থাজিনখি ॥৩৫॥ অদুগী তুংদা মিংচৎ চাউবা কদবা অর্জ্জুননা ক্ষুর-মচিন শাবা থৌরবা থুংলায় অমনা সত্যকর্ম্মগী রথগী চাকলেন অদুবু কককখি ॥৩৬॥ মহারাজ !

শিলাশিতেন চ বিভো ! ক্ষুরপ্রেণ মহাযশাঃ । শিরশ্চিচ্ছেদ প্রহসংস্তপ্তকাঞ্চনভূষণম্ ॥৩৭॥
সত্যেষুরথ চানন্ত যোধানাং মিষতাং ততঃ যথা সিংহো বনে রাজন্ ! মৃগং পরিবুভুক্ষিতঃ ॥৩৮॥
তং নিহত্য ততঃ পার্থঃ সুশর্ম্মাণং ত্রিভিঃ শরৈঃ । বিদ্ধা তানহনৎ সর্ব্বান্ রথান্ রুক্মবিভূষিতান্ ॥৩৯॥
ততঃ প্রায়াত্ত্বরন্ পার্থো দীর্ঘকালং সুসংভৃতম্ । মুঞ্চন্ ক্রোধবিষং তীক্ষ্ণং প্রস্থলাধিপতিং প্রতি ॥৪০॥
তমর্জ্জুনঃ পৃষৎকানাং শতেন ভরতর্ষভ ! । পূরয়িত্বা ততো বাহানহনত্তস্য ধন্বিনঃ ॥৪১॥
ততঃ শরং সমাধায় যমদণ্ডোপমং পরম্ । সুশর্ম্মাণং সমুদ্দিশ্য চিক্ষেপাশু হসন্নিব ॥৪২॥
স শরঃ প্রেষিতস্তেন ক্রোধদীপ্তেন ধন্বিনা । সুশর্ম্মাণং সমাসাদ্য বিভেদ হৃদয়ং রণে ॥৪৩॥
স গতাসুর্মহারাজ ! পপাত ধরণীতলে । নন্দয়ন পাণ্ডবান্ সর্ব্বান্ ব্যথয়ংশ্চাপি তাবকান্ ॥৪৪॥
সুশর্ম্মাণং রণে হত্বা পুত্রানস্য মহারথান্ । সপ্ত চাষ্টৌ চ ত্রিংশচ্চ সায়কৈরনয়ৎ ক্ষয়ম্ ॥৪৫॥
ততোঽস্য নিশিতৈর্ব্বাণৈঃ সর্ব্বান্ হত্বা পদানুগান্ । অভ্যয়াদ্ভারতীং সেনাং হতশেষাং মহারথঃ ॥৪৬॥
ভীমস্তু সমরে ক্রুদ্ধঃ পুত্রং তব জনাধিপ ! । সুদর্শনমদৃশ্যান্তং শরৈশ্চক্রে হসন্নিব ॥৪৭॥

---

অদুদগী তুরাক চৈরগা অর্জুননা নোঙ্ক নোক্লা মখৌ শঙলবা থেল অমনা সত্যকর্ম্মাগী সনা লুপা মনিমুক্তাগী তৈত্তং কয়ানা থল্লবা মকোক অদু, অদুবু হকচাংদগী তোঙ্ডাম্না তাহনখি ॥৩৭॥ মহারাজ ! অদুদগী বনগী মসুংদা কায়রবা সোংশাম্না শক্তিবু কাবহুক্না অর্জুননা লানকম অদুদা কৌরব অহনবশিংগী মাঙদা সত্যেষুবু চঙকা কায়ে ॥৩৮॥ অর্জুননা সত্যেষুবু হাৎলবা থোরবা থেল অহুম সুশর্ম্মাদা থাবগা মীগী সনাহেৎলবা রথ অদু তৌবা রাদমা থ্‌দেকখি ॥৩৯॥ অদুদগী অর্জুননা মতম কুইনদগী মাগী থমোয়দা কুমহুনা থম্লবা অশাউবগী হু অদু কায়-থোক কাংথোক্তুনা প্রস্থলনগরগী নিংথৌ সুশর্ম্মা তম্না চুপিল্লকই ॥৪০॥

ভরতশাগৈগী অথোইবা ! অর্জুননা থেল চামনা সুশর্ম্মাগী মশা পুম্বদা থাবগা মাগী রথগী সগোল মরিমক হাত্তোকখি ॥৪১॥ অর্জুননা নোক্লা নোক্লা শাফুদা যমদণ্ডগা মান্নবা থেল অমা মপাংচুম্না হেক্লা থোকপা সুশর্ম্মা তম্না কাপশিল্লকই — ॥৪২॥ শাউবনা চৈকম্ থল্লবা মহা ধনুর্দ্ধারী অর্জুননা কাপ্লকপা থেল অদুনা পাইশিল্লক্তুনা সুশর্ম্মাগী থবীন্দা থম্না পানখি ॥৪৩॥ মহারাজ ! মতম অসিদা সুশর্ম্মা অসি মথ্‌াই য়াওদনা, পাণ্ডব পক্ষগী লান্মীশিংবু নুংঙাই-হন্দুনা কৌরবপক্ষগী লান্মীশিংবু থমোয় শোক্লা নুংঙাইহন্দবনা, লৈমায়ংদা তুথখি ॥৪৪॥ অর্জুননা সুশর্ম্মাবু হাৎলগা মাগী মচা মহারথী তিকুমণ্ডবুম্ হাৎখি ॥৪৫॥ অদুদগী অর্জুননা সুশর্ম্মাগী থোংজোর থোক্মী লান্মী শিখিবপু হাৎলগা কেমহৌরিবা কৌরব লান্মীশিং তম্না চেনশিল্লকই ॥৪৬॥ মহারাজ ! অমযোমদা থোইদোক্লা শাউরবা ভীমসেননা নোক্ নোক্লা থেল মপৈ মপৈ কাপশিল্লক্তুনা মহারাজগী নচাইবুত্তো সুদর্শনবু তেল্লনা মশক্ উহনখিদে ॥৪৭॥

ততোঽস্য প্রহসন্ ক্রুদ্ধঃ শিরঃ কায়াদপাহরৎ। ক্ষুরপ্রেণ সুতীক্ষ্ণেন স হতঃ প্রাপতদ্ভুবি ॥৪৮॥

তস্মিংস্তু নিহতে বীরে ততস্তস্য পদানুগাঃ। পরিবব্রু রণে ভীমং কিরন্তো বিশিখান্ শিতান্ ॥৪৯॥

ততস্তু নিশিতৈর্ব্বাণৈস্তদনীকং বৃকোদরঃ। ইন্দ্রাশনিসমস্পর্শৈঃ সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ৎ।
ততঃ ক্ষণাত্তু, তান্ ভীমো ন্যহনদ্ভরতর্ষভ ॥৫০॥

তেষু তূদ্যিত্যমানেষু সেনাধ্যক্ষা মহাবলাঃ। ভীমসেনং সমাসাদ্য ততোঽযুধ্যন্ত ভারত। ॥৫১॥

তাংস্তু সর্ব্বান্ শরৈ রাজন্। অবাকিরত পাণ্ডবঃ। তথৈব তাবকা রাজন্। পাণ্ডবেয়ান্ মহারথান্।
শরবর্ষেণ মহতা সমন্তাৎ পর্য্যবারয়ন্ ॥৫২॥

ব্যাকুলং তদভূৎ সর্বং পাণ্ডবানাং পরৈঃ সহ। তাবকানাঞ্চ সমরে পাণ্ডবেয়ৈর্যুযুৎসতাম্ ॥৫৩॥

তত্র যোধাস্তদা পেতুঃ পরস্পরসমাহতাঃ। উভয়োঃ সেনয়ো রাজন্। সংশোচন্তঃ স্ম বান্ধবান্ ॥৫৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
শল্যবধে সংকুলযুদ্ধে পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

অদুগী তুংদা শাউরবা ভীমসেননা ক্ষুরমচীনশাবা থোরবা তেল অমনা সুদর্শনগী মঙক ককৃখি। কোক্ মাওয়বা সুদর্শন অসি হৈলমায় থক্তা তুথখি ॥৪৮॥ সুদর্শন শিগ্রবদা মাগী থোক্তলোয় লান্মীশিংনা থা মচেৎ শাবা তেল মপৈ মপৈবু কাপশিল কাপশিন্না চেলশিন্নরক্লনা ভীমবু কোয়শিন্নয়ে ॥৪৯॥ ভরতশাগেগী অহোইবা। অসিগী তুংদা ভীমনা অথমন্না ইন্দ্রগী বজ্রগা মান্নবা তেল মপৈ মপৈনা চেলশিন্নকৃশিবা মথোয় মরামক্তবু থিংঙ্গনা থথখি, অদুদগী ওহাক্ হৈরগা মথোয়ত্তবু মীকৃপ্তা তুম্না মাঙহনখি ॥৫০॥ ভরতনন্দন। লান্মী মপৈ নহুনা তুনপ্রদা লান্মীশিংদুগী লান্মী লুচিংবা অকনবশিং অদুনা পুল্লম্না ভীমগা থেংনখি ॥৫১॥ মহারাজ। ভীমসেননা মথন্তনা মথোয়দুগা তেস্তনা নোংমরীশম হৈথদুনা থেংনখি। অদুদগী কৌরব লান্মীশিংনা মপৈ মপৈ মাগৈ পুম্বদগী চেলশিন্নরক্লনা পাণ্ডব শক্তগী মহারথীশিং অহুবু থিংঙ্গনা থমখি ॥৫২॥ অদুদগীদি পাণ্ডবশিংগা থেংনগে নীঙলিবা কৌরব লানমীশিং অহুপা কৌরবশিংগা থেংনগে শোক্নগে নীংলিবা পাণ্ডব লানমিশিংসু য়াম্না মানরকৃশে ॥৫৩॥ মহারাজ! শক্ত অনিমক্তি লানমিশিংনা অমগমগা মপামপা লেপদুনা থেংনরম্নগা হৈহোবিবা মপা মচা মচিনমনাওশিংদুবু য়াহল্লগা — হৈলমায়থক্ত মথং মথং তুথনখি ॥৫৪॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোকশিংশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা শল্যবধগী মথুংদা সক্কুল যুদ্ধগী কুনমঙাগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

——❋——

# শ্রীমহাভারতম্

(শকুনি উলুক হাংপা মতাং)

## ষড্বিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুনতরুককশুবা অধ্যায়।

—:•:—

সঞ্জয় উবাচ।

তস্মিন্ প্রবৃত্তে সংগ্রামে নরবাজিগজক্ষয়ে। শকুনিঃ সৌবলো রাজন্। সহদেবং সমভ্যয়াৎ ॥১॥

ততোঽস্যাপততস্তূর্ণং সহদেবঃ প্রতাপবান্। শরৌঘান্ প্রেষয়ামাস পতঙ্গানিব শীঘ্রগান্।

উলূকশ্চ রণে রাজন্। বিব্যাধ দশভিঃ শরৈঃ ॥২॥

শকুনিস্তু মহারাজ। ভীমং বিদ্ধা ত্রিভিঃ শরৈঃ। সায়কানাং নবত্যা বৈ সহদেবমবাকিরৎ ॥৩॥

তে শূরাঃ সমরেঃ রাজন্। সমাসাদ্য পরস্পরম্। বিব্যধুর্নিশিতৈর্বাণৈঃ কঙ্কবর্হিণবাজিতৈঃ।

স্বর্ণপুঙ্খৈঃ শিলাধৌতৈরাকর্ণাৎ প্রহিতৈঃ শরৈঃ ॥৪॥

তেষাঞ্চাপভুজোৎসৃষ্টা শরবৃষ্টির্বিশাংপতে। আচ্ছাদয়দ্দিশঃ সর্বা ধারা ইব পয়োমুচঃ ॥৫॥

ততঃ ক্রুদ্ধো রণে ভীমঃ সহদেবশ্চ বীর্য্যবান্। চেরতুঃ কদনং সংখ্যে কুর্ব্বন্তৌ সুমহাবলৌ ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ। লাঙ্গাও অদুনা অমুক হৌরক্লবদা শগোল শামু রথ দোলাই তোংবা লাম্মীশিং অমদি শগোল শামু কয়া কয়ানা লালকম্ লৈমায়থক্ক হাইথময়ক্লবা মতমদা সুবলগী মচা নিপা শকুনি অসি সহদেব তয়া কয়া ফুজিল্লকই ॥ ১ ॥ মহারাজ। শকুনিনা চঙশিল্লক্লবদা মতিক মগুন চাওয়রা মহারথী সহদেব আসবু কৌজেং হায়ৌ মপৈ মপৈনা পাইশিল্লকপগুয়া তেল মপৈ মপৈ মাগী লিক্লংদগী পাইথোকহল্লক্লুনা শকুনিদা কয়া কয়া কাপশিল্লক্লগা উলুকতা থৌরবা তেল তরানা কয়া থাজিল্লকই ॥ ২ ॥ মহারাজ। শকুনিনা থৌরবা তেল অহুমা ভীমদা থারগা তেল মরিফুতরানা সহদেবদা থাখি ॥ ৩ ॥ মহারাজ। মতম অসিদা মরিল্ লৈরবা কল্লবা লাম্মীশিং অসিনা য়েন্দু, উরোক মতু রাহোং মতুনা লতয়া পানবা, হেন্দোক্লা মখৌ শঙলবা তেলমক্ক লীক্লংবু নাকোং মরু কংনা চিং চিংদুনা অমনা অমদা কাপশিল থাজিল্লকই ॥ ৪ ॥ মহারাজ। লানস্নীশিং অদুগী লীক্লংদগী পাইথোরকপা অদুগা মখুৎমক্কা লংশিল্লরকপা খুলায়শিং অদুনা অমমমনা নোং মরিক অমমমগুম তারক্লুনা লালদা লৈমায়থক অক্ল খুরক হাংদনা কুপখে ॥ ৫ ॥ অদুগী তুংদা থৌনা লৈরবা থোইদোক হেন্দোক্লা কল্লবা

তাভ্যাং শরশতৈশ্ছন্নং তদ্বলং তব ভারত।। অন্ধকারমিবাকাশমভবত্তত্র হ ।৭।
অশ্বৈর্বিপরিধাবদ্ভিঃ শরৈশ্ছন্নৈর্বিশাংপতে।। ততস্তত্র কৃতো মার্গো বিকর্ষদ্ভির্হতান্ বহূন্ ।৮।
নিহতানাং হয়ানাঞ্চ সহৈব হয়যোধিভিঃ। চর্মভির্বিনিকৃত্তৈশ্চ প্রাসৈশ্ছিন্নৈশ্চ মারিষ। ।৯।
অসিভিঃ শক্তিভিশ্চৈব তোমরৈশ্চ সমন্ততঃ। সংছন্না পৃথিবী জজ্ঞে কুসুমৈঃ শবলা ইব ।১০।

(যুগ্মকম্)

যোধাস্তত্র মহারাজ! সমাসাদ্য পরস্পরম্। ব্যচরন্ত রণে ক্রুদ্ধা বিনিঘ্নন্তঃ পরস্পরম্ ।১১।
উদ্‌বৃত্তনয়নৈ রোষাৎ সন্দষ্টৌষ্ঠপুটৈর্মুখৈঃ। সকুণ্ডলৈর্মহী ছন্না পদ্মকিঞ্জল্কসন্নিভৈঃ ।১২।
ভুজৈশ্ছিন্নৈর্মহারাজ। নাগারাজকরোপমৈঃ। সাঙ্গদৈঃ সতনুত্রৈশ্চ সাসিপ্রাসপরশ্বধৈঃ ।১৩।
কবন্ধৈরুত্থিতৈশ্ছিন্নৈর্নৃত্যদ্ভিশ্চাপরৈর্যুধি। ক্রব্যাদগণসঙ্কীর্ণা ঘোরাভূৎ পৃথিবী বিভো। ।১৪।

(যুগ্মকম্)

---

ভীমনা অদুগা সহদেবগা অনীনা য়েরুব কাওবুগী লান্মীশিংবু ছায়ক্কাবশানাবৈ নৈছুনা লালকম অদুদা হচুৎ হন্দা কোয়চৎ চৎলকই ॥ ৬ ॥ ভরতনন্দন। ভীম অমসুং সহদেব অনিনা তেল চাম চামন্য থুজিং ওইনা কাপশিল্লক্ত,না 'কৌরব লান্মী পুম্বা তেন্থনা পুমকুপ কুপশিনবহদা পাক চাওরবা লালকম অদু অমম্বনা কুপশ্রবা নোংমদোন মকোয়গুম ওইনখ্রে ॥ ৭ ॥ মহারাজ তেলনা অদুগা মথল মথা অরাম্বা থুলায়না প'নবদা ঈহং নাইহং শায়ব শগোলশিং অদুনা মায়পৈ পুম্বদা কোইচেল চেম্নহুনা অশিবা হকচাংশিং অদুবু মযানা চিংথোক চিংথোক্ত,না মাগী মাগী চেম্নবা লম্বী কাৎ কাৎত,না চেম্লখ্রি ॥ ৮ ॥ ঈকাই খুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ মথক মথক্ত তোংবা লান্মীশিংগা লোইননা শিরবা শগোলশিং অদুগী উনশা, থাঙ —তা— য়োচ্ছুক গদা অসিনচিংবা কাপশিলখিদুনা পাক চাওরবা লালকম অদো ঙাঙলবা লৈমক্তনা কুপশিনবগুম তৌখ্রে ॥ ৯—১০ ॥ মহারাজ। মতম অসিদা লানমী থুদিংমক্না মাগী মাগী লাম্বাম্ব থেংনব অশাওবনা মৈহৌনখিদুনা অমগমগা থাজিন কুজিন্নগা লালকম অদুদা কাক্কু কাবল কোয়চেল চেম্নরি ॥ ১১ ॥ মমায় থম্বাল লৈমিক্কুম ঙাঙলৈনম্বা কোক ময়াম্না লালকমহু পুমকুপ কুপখ্রে। কন্নি কন্নিগুমবা কোক্তনা অসাওবনা চৌনবান ক্রক ক্রক চিকপা মমীৎ ঙৌং ঙোং ওনথৎপা তোক্তবা মমায় য়াওরি ॥ ১২ ॥ মতিক মগুন লৈরবা মিংথৌ সনারিক পয়েং, লালফুরিৎ থাংশাং, শিংজং, শামুমনাতোলগুরবা পাম্বোম কোক য়াওন্ত্রবা মুয়েং মযেং চৎলিবা চোংথৎ চোংথৎতুনা লৈরিবা হকচাং অদুগা শরু ঙাক্রুশিংঙু চিংথৎ শেক্তৎলিবা শাহিং চাবা লমহইনচিংবা শা উচেক পুম্নমক অসিনা খুবক হাংদনা কুপখিবদুদা লালকম অদু অকিনবী

অল্পাবশিষ্টে তু সৈন্যে তু কৌরবেয়ান্ মহাহবে। প্রহৃষ্টাঃ পাণ্ডবা ভূত্বা নিন্যিরে যমসাদনম্॥১৫॥
এতস্মিন্নন্তরে শূরঃ সৌবলেয়ঃ প্রতাপবান্। প্রাসেন সহদেবস্য শিরসি প্রাহরদ্ভৃশম্।
স বিহ্বলো মহারাজ! রথোপস্থ উপাবিশৎ॥১৬॥
সহদেবং তথা দৃষ্ট্বা ভীমসেনঃ প্রতাপবান্। সর্বসৈন্যানি সংক্রুদ্ধো বারয়ামাস ভারত! ॥১৭॥
নির্বিভেদ চ নারাচৈঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ। বিনির্ভিদ্যাকরোচ্চৈব সিংহনাদমরিন্দমঃ॥১৮॥
তেন শব্দেন বিত্রস্তাঃ সর্বে সহয়বারণাঃ। প্রাদ্রবন্ সহসা ভীতাঃ শকুনেশ্চ পদানুগাঃ॥১৯॥
প্রভগ্নানথ তান্ দৃষ্ট্বা রাজা দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ। নিবর্ত্তধ্বমধর্মজ্ঞা যুধ্যধ্বং কিং সৃতেন বঃ॥২০॥
ইহ কীর্ত্তিং সমাধায় প্রেত্য লোকান্ সমশ্নুতে। প্রাণান্ জহাতি যো ধীরো যুধি পৃষ্ঠমদর্শয়ন্॥২১॥
এবমুক্তাস্তু তে রাজ্ঞা সৌবলস্য পদানুগাঃ। পাণ্ডবানভ্যবর্ত্তন্ত মৃত্যুং কৃত্বা নিবর্ত্তনম্॥২২॥
দ্রবদ্ভিস্তত্র রাজেন্দ্র! কৃতঃ শব্দোঽতিদারুণঃ। ক্ষুব্ধসাগরসঙ্কাশঃ ক্ষুভিতঃ সর্বতোঽভবৎ॥২৩॥
তাংস্তথাপততো দৃষ্ট্বা সৌবলস্য পদানুগান্। প্রত্যুদ্যযুর্মহারাজ! পাণ্ডবা বিজয়ে স্থিতাঃ॥২৪॥

---

মশক কংলবা মুর্ত্তি অমা পুথে ॥ ১৩—১৪ ॥ অদুগী তুংদা কৌরব লান্মীশিংনা থজিক্ত ডাইয়রুবদা পাণ্ডবশিংনা মুংডাইশিন্নবা মথংগী হয়াওনা ঈচং থোনা চেন্নবা লন্মীশিংবু তান্না তান্না হাৎপা হৌরকলে ॥ ১৫ ॥ মহারাজ! মতম অসিদা মতিক মঙন চাওরবা সুবলনন্দ শকুনিনা তাগুম্বা থৌরবা তেল অমনা সহদেবগী কোকমত্তদা কন্না থাখি। মতম্ অসিদা সহদেব অসি থীনা শোকমনখিদুনা জ্ঞান তাদনা রথ মথক্তা ভুমিন্না ভাহাক কমন্দুনা লৈখি ॥ ১৬ ॥ ভরতনন্দন মহারাজ! সহদেবনা অদুম্না জ্ঞান তাদনা লৈবগু উবদা কল্লবা ভীমসেন্না মথন্তনা কৌরবলানমী অদুবু থিংদুনা থমখি ॥ ১৭ ॥ য়েক্কব নৈহৎপা ঙম্বা ভীমসেনদু য়েতুম মচিন শাবা তেল্তনা য়েক্কবা লানমী চাম চাম লিশিং লিশিংবু থিনগায়দুনা অকিবগী মশক কংনা সিংহনাদ লাউথখি ॥ ১৮ ॥ ভীমগী খোল্লাও অদু তাবদা শগোল শামুগা লোয়নবা শকুনিগী খোঙলোয় লানমিশিং অদু কিবনা থক থক নিক্তুনা মায়থৈ মরি কাংনা চেন্নরকলে ॥ ১৯ ॥ অদুগী তুংদা কৌরবলান্মী পুম্নমক্না কায়দুনা চেন্নবদু উবদা নিংথৌ দুর্য্যোধননা অদুম্না হায়রকই ধর্ম্ম খংদবা লানম্মীশা! নখোয় চেন্নবা কমিগীনো মমাই ওনশিল্লকউ চেন্নগা করি ধর্ম্ম কংগনি? মতুগী মহৈনা করিনো? ॥ ২০ ॥ লানকম্বু তুং ওইননা লালকমদগী খোংকম নাবতা লেঙদনা লান্দা থমদুনা থরাই থাজবা অকনবা ক্ষত্রিয় মহাক্তি ইহলোক্তা লেঙদ্রবা মিংচৎ থমদুনা পরলোকতা স্বর্গ কংতি ॥ ২১ ॥ দুর্য্যোধননা অদুম্ন হায়রক্লবদা শকুনিগী খোঙমি লান্মী খোংলোয় পুম্নমক লালল্লোবদা অমুক মমায় ওনশিল্লকদুনা পাণ্ডবশিংগী মায়থৈদা চেনশিনখি ॥ ২২ ॥ নিংথৌ অথোইবা! লান্মাশিং অসিনা পাণ্ডবলানম্মীশিংগী মায়থৈদা চেনশিল্লবদা পাকচাওরবা লানকম অদু হৌনা মখোল থোক্লবা ঈথক হৌরবা ঈপাক্কী মতৌঙনথে ॥ ২৩ ॥ মহারাজ। শকুনিগী

তামপাস্ত শরামুক্তনা শরসঙ্ঘৈঃ প্রতাপবান্। সহদেবো মহারাজ ! ধনুশ্চিচ্ছেদ সংযুগে ॥৩৩॥
ছিন্নে ধনুষি রাজেন্দ্র ! শকুনিঃ সৌবলস্তদা। প্রগৃহ্য বিপুলং খড়্গং সহদেবায় প্রাহিণোৎ ॥৩৪॥
তমাপতন্তং সহসা, ঘোররূপং বিশাংপতে ! । দ্বিধা চিচ্ছেদ সমরে সৌবলস্য হসন্নিব ॥৩৫॥
অসিং দৃষ্ট্বা দ্বিধা ছিন্নং প্রগৃহ্য মহতীং গদাম্। প্রাহিণোৎ সহদেবায় সা মোঘা ন্যপতদ্ভুবি ॥৩৬॥
ততঃ শক্তিং মহাঘোরাং কালরাত্রিমিবোদ্যতাম্। প্রেষয়ামাস সংক্রুদ্ধঃ পাণ্ডবং প্রতি সৌবলঃ ॥৩৮॥
তামাপতন্তীং সহসা শরৈঃ কাঞ্চনভূষণৈঃ। ত্রিধা চিচ্ছেদ সমরে সহদেবো হসন্নিব ॥৩৯॥
সা পপাত ত্রিধা ছিন্না ভূমৌ কনকভূষণা। শীর্য্যমাণা যথা দীপ্তা গগনাদ্বৈ শতহ্রদা ॥৪০॥
শক্তিং বিনিহতাং দৃষ্ট্বা সৌবলঞ্চ ভয়ার্দ্দিতম্। দুদ্রুবুস্তাবকাঃ সর্ব্বে ভয়ে জাতে সসৌবলাঃ ॥৪১॥
অথোৎক্রুষ্টং মহচ্চাসীৎ পাণ্ডবৈর্জিতকাশিভিঃ। ধার্ত্তরাষ্ট্রাস্ততঃ সর্ব্বে প্রায়শো বিমুখাভবন্ ॥৪২॥
তান্ বৈ বিমনসো দৃষ্ট্বা মাদ্রীপুত্রঃ প্রতাপবান্। শরৈরনেকসাহস্রৈর্বারয়ামাস সংযুগে ॥৪৩॥
ততো গান্ধারকৈর্গুপ্তং পুষ্টৈরশ্বৈর্জয়ে ধৃতম্। আসসাদ রণে যান্তং সহদেবোঽথ সৌবলম্ ॥৪৪॥

থারকই ॥৩২—৩৩॥ মহারাজ ! মতীক মঙ্গল চাউরবা সহদেবনা শকুনিগী তেন মরাম অহুবু থিক্লনা থল্লগা মাগী লৌরুং অদু ককথৎখি ॥৩৪॥ নিংথৌ অপোকবা ! লৌরুং ককপ্রবদা শকুনি অসি শাংলবা লংলবা থাওশাং অম পায়খৎতুনা মপাচুম্না সহদেবদা লংশিন্নকই ॥৩৫॥ মহারাজ ! শকুনিনা লংশিন্নকলিবা থাওশাং অদুবু সহদেবনা নোক্ল নোক্লা লম্বখাওদা মতুপ অনীথোক্লা ককথতুনা থাদখি ॥৩৬॥ থাওশাং অদু ককপ্রবদা শকুনি চাউরবা গদা অম পায় খত্তুনা মপাচুম্না সহদেব তম্না লংতকই। অদুবু সহদেবগী থুলায়না থেংবদা গদা অদু লৈমায়থক্ত থরো থরো ওন্থুনা তাখি ॥৩৭॥ অদুদগী শাউবনা মমীৎতা ঐ কারবা শকুনি অসি কালরাত্রিগী মতৌগুম অকিবগী মশক কংলবা তা অম পায়খত্তুনা সহদেব তম্না লংশিন্নকই ॥৩৮॥ তা অদুমা শাযু কম্না পাইশিন্নরবদা সহদেবনা নোক্ল নোক্লা সনা হৎলবা তা অদুবু মতেক অহুম্ থোক্লা ককথত্তুনা লৈমায়থক্ত থাদখি ॥৩৯॥ সহদেবনা ককথৎলবা, মমক মরক্তা সনা হৎলবা তা অদুনা, নোংমদোঙ্গগী নোংথাং মমী পগং অমনা তায়কপদুগুম্না লৈমায়থক্ত তায়কই ॥৪০॥ মহারাজ ! শকুনিগী তা অদুবু ককথবদা শকুনিনসু কিরকপদু উবদা শকুনিনা পূরিবা কৌরব লাম্মী পুম্নমক শকুনিমক্তা লোয়ননা চেম্নকলে ॥৪১॥ অদুগী তুংদা লান্দা জয় ওইবনা মথায় পাক্লবা পাণ্ডবশিংনা খোঙ্গেল হৌনা লাউথোংলকপদুদা কৌরবলাম্মীপুম্বা মমায় ওন্থুনা চেম্নরে ॥৪২॥ মথোয়না নাম্থোং লাংশিনবতু উবদা মতীক মঙ্গল চাউরবা শকুনিনা তেন লিশিং লিশিংনা মথোয়ি পুম্নমক্তু লোইনা থিংথুনা থমখে ॥৪৩॥ অমরোমদা শকুনি অসি গান্ধারগী লাম্মী পুম্নমক্তা তাকশেন্থুনা অদুগা মাওলবা শগোলগী পাইবনা থুনা মাওনা চেথোরকুনা অদুগ।

স্বয়ংশরবিভিন্নস্তং সংস্মৃত্য শকুনিং নৃপ।। রথেন কাঞ্চনাঙ্গেন সহদেবঃ সমভ্যয়াৎ ।৪৪।
অধিজ্যং বলবৎ কৃত্বা ব্যাক্ষিপন্ সুমহদ্ধনুঃ। স শৌবলমভিক্রুত্য গার্দ্ধপত্রৈঃ শিলাশিতৈঃ।
ভৃশমভ্যহনৎ ক্রুদ্ধস্তোত্রৈরিব মহাদ্বিপম্ ।৪৬।
উবাচ চৈনং মেধাবী নিগৃহ্য স্মারয়ন্নিব। ক্ষত্রধর্মে স্থিরো ভূত্বা যুধ্যস্ব পুরুষো ভব ।৪৭।
যত্তদা হৃষ্যসে মূঢ়। গ্লহন্নক্ষৈঃ সভাতলে। ফলমদ্য প্রপদ্যস্ব কর্ম্মণস্তস্য দুর্মতে। ।৪৮।
নিহতাস্তে দুরাত্মানো যেহস্মানবহসন্ পুরা দুর্য্যোধনঃ কুলাঙ্গার শিষ্টস্ত্বং চাস্য মাতুলঃ ।৪৯।
অদ্য তে নিহনিষ্যামি ক্ষুরেণোন্মথিতং শিরঃ। বৃক্ষাৎ ফলমিবাবিদ্ধং লগুড়েন প্রমাথিনা ।৫০।
এবমুক্ত্বা মহারাজ! সহদেবো মহাবলঃ। সংক্রুদ্ধো নরশার্দ্দূলো বেগেনাভিজগাম হ ।৫১।
অভিগম্য তু দুর্দ্ধর্ষঃ সহদেবো যুধাং পতিঃ। বিকৃষ্য বলবচ্চাপং ক্রোধেন প্রদহন্নিব ।৫২।
শকুনিং দশভির্বিদ্ধ্বা চতুর্ভিশ্চাস্য বাজিনঃ। ছত্রং ধ্বজং ধনুশ্চাস্য ছিত্ত্বা সিংহ ইবানদৎ। ।৫৩।
(যুগ্মকম্)

---

অদু কাওবদা অয় ওইখিগনি হায়বগী আশা থাদোক্তবা লাকপা মতমদা মনাকমক্তদা সহদেবসি থংহৈ ॥৪৪॥ মহারাজ ! খু সহদেবনা হাৎকদবা মাগী শরুক পাজী ওইনা মথন্ত হিংহুনা লৈরিবসি শকুনিত মত্তায়রে হায়না খল্লক্লনা নীওখিজবা সনা হৎলবা রথ অমদা তোংখৎতুনা শকুনি তম্না কাকখিবনি ॥৪৫॥ অদুদগী থোইদোক্ল শাউরবা সহদেবনা মহাকী চাউশাংলবা লীক্লং অদুদা লীরী হাপ্তুনা লীরীবু নাকোং মরু কংনা চিংহুনা, শকুনিগী মাওমক্তদা চওশিন্দুনা শামুদা কাত্তী থাবগুম্ সহদেবনা তেল মনম মনম কাপশিল্লকই ॥৪৬॥ নীওশিংবগী শক্তি লৈরবা সহদেবনা মমাঙৈগী রা পুম্বা লোইনা নীওশিংওক্লনা— "মামা ! শকূনি ! নহাক ওসিদি ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদা লেপ্তনা লৈহুনা লাল থৌ, নিপা থোকপা ! " অসুম হায়না শকুনিদা হায়রকই " ॥৪৭॥ কল্লবা ! পঙলবা ! নমথাক্ চৌবরদা কাক কাক মোক্তুনা সুংঙাইখিবদুগী মহৈদু ওসি চাজরো ॥৪৮॥ কল্লবা ! পাপী ! মমাঙৈদা ঐখোয়দা করেম্না নোক্লখিব কাওবুদো পাপিশিংদো লোইনা শিরে । হৌজিক্ লেমহৌরিবা হাৎবদু—শাগৈগী মৈতাল অশিবা দুর্য্যোধনগা মাগী মামা পাপ চেল্লবা শকুনিগা অনীত মত্তায়রে ॥৪৯॥ উহৈ হেকনিংবনা উথক চৈনা, উতুপ্না, লৈতুম্না থাজিন্দুনা উহৈশিংদুবু উথক্তগী লৈমায়থক্তা তাহৎহুম্না ঐনা ওসি নংগী নতকপূ লৈমায়থক্ত তাহনগনি । অদুগা ঐনা নথ্রাই লৌগনি ॥৫০॥

মহারাজ । নিপা অথোইবা, পাজল কল্লবা সহদেবনা থোইদোক্লা শাউখিদুনা অসুম হায়রুরগা শকুনি তম্না প্রপ্রাপ চওশিনখি ॥৫১॥ লাম্মী অথোইবা, লান্দা লাকওম কাওমজবা সহদেবনা মাগী চিক্লাবু থুহম চেৎনা পাইদুনা লীরীবু নাকোং মরু কংনাচিংদুনা, অশাউবগী মৈনা মশাপুম্বা পূমচাক্ চাক্‌খিদুনা তেল তরানা শকুনিদা, মখিনা মাগী শগোল মখিদা থাবগা

# শ্রীমহাভারতম্

(যুযুৎসুনা হাস্তিনানগর চণ্ডবগী মতাং)

## সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুন্তরেৎশুবা অধ্যায়

——:-:——

সঞ্জয় উবাচ।

ততঃ ক্রুদ্ধা মহারাজ! সৌবলস্য পদানুগাঃ। ত্যক্ত্বা জীবিতমাক্রন্দে পাণ্ডবান্ পর্য্যবারয়ন্ ॥১॥
তানর্জ্জুনঃ প্রত্যগৃহ্লাৎ সহদেবজয়ে ধৃতঃ। ভীমসেনশ্চ তেজস্বী ক্রুদ্ধাশীবিষদর্শনঃ ॥২॥
শক্ত্যৃষ্টিপ্রাসহস্তানাং সহদেবং জিঘাংসতাম্। সঙ্কল্পমকরোন্মোঘং গাণ্ডীবেন ধনঞ্জয় ॥৩॥
সংগৃহীতায়ুধান্ বাহূন যোধানামভিধাবতাম্। ভল্লৈশ্চিচ্ছেদ বীভৎসুঃ শিরাংস্যপি হয়ানপি ॥৪॥
তে হয়াঃ প্রত্যপদ্যন্ত বসুধাং বিগতাসবঃ। ত্বরতাং লোকবীরাণাং প্রহতাঃ সব্যসাচিনা ॥৫॥
ততো দুর্য্যোধনো রাজা দৃষ্ট্বা স্ববলসংক্ষয়ম্। হতশেষান্ সমানীয় ক্রুদ্ধান্ রথশতান্ বিভো। ॥৬॥
কুঞ্জরাংশ্চ হয়াংশ্চৈব পাদাতাংশ্চ পরন্তপ।। উবাচ সহিতান্ সর্ব্বান্ ধার্ত্তরাষ্ট্র ইদং বচঃ ॥৭॥ (যুগ্মকম্)
সমাসাদ্য রণে সর্বান্ পাণ্ডবান্ সসুহৃদ্গণান্। পাঞ্চাল্যঞ্চাপি সবলং হত্বা শীঘ্রং নিবর্ত্তত ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ। অসিগী তুংদা শকুনিগী শাউরবা খোঙমী লাম্নীশিং অহনা মথবাই পাম্মুদনা পুনশিন্ন কমিস্ন লৈতবা ওইনা খল্লোখিহনা লালকন অহুদা পাণ্ডবশিংবু কোয়শিল্লমে ॥১॥ মতম অহুদা সহদেগী ওইরবা জয় অহুবু শুমিৎ অহুগী লেঙহল্লনবগীদমক্তা ভীম অর্জ্জুন অনিনা য়েক্লবা লাম্নীশিং অহুগী মায়োক য়াখি ॥২॥ য়েক্লবা লানমীশিংনা খাঙ তা হুয়তা-মচিংবা পায়খত্লা সহদেববু হাৎকদবগী মপুক্কিংদা চপ যুংনা থমখি। অহুবু গাণ্ডীবধারী অর্জ্জুন মখোয়গী আশা অহুবু অয়েখা ওইহনখি ॥৩॥ লাম্নীশিং অহুনা খুৎলায় মথল মথল পায়-রুনা সহদেব তম্না কুজিময়ক্লবদা অর্জ্জুননা চেনশিল্লকলিবা লানমীশিং অহুগী মকোক মপামেয় শগোলশিং অহু তা মচিন শাবা তেন্তনা লোইনা ককথৎখি ॥৪॥ অর্জ্জুননা থাজিল হাৎকি-লকুপা মতমসিদা অকনবশিংদুগী শগোলশামুশিং অহু খুদক খুদক্তা মথবাই য়াওদনা ঊলবায়খক তুখখি ॥৫॥ য়েক্লবা তম্না মহারাজ! মতুং অসিদা মহারাজগী মচা ইবুংঙো দুর্য্যোধন অলি মহাক্তা লানমীশিংনা মুৎশিল্লকপসি উবদা খোইদোক্লা শাউখিহনা হার্থিখবগী লেমহৌখিবা শাগ তোংবা শগোল তোংবা অহুপা খোঙমী লাম্নীশিং অহু খোমজিনদা মরামদা অমুনা হায়খাই ॥৬ ৭॥ লানমীশা নখোয়না মাঙখানা চঙশিনখিহনা পাণ্ডবশিংবু মখোয়গী লোনশী লান্নীশিংদা

তস্য তে শিরসা গৃহ্য বচনং যুদ্ধদুর্মদাঃ প্রত্যুদযযু রণে পার্থাংস্তব পুত্রস্য শাসনাৎ ॥৯॥
তানভ্যাপততঃ শীঘ্রং হতশেষান্ মহারণে। শরৈরাশীবিষাকারৈঃ পাণ্ডবাঃ সমবাকিরন্ ॥১০॥
তৎ সৈন্যং ভরতশ্রেষ্ঠ। মুহূর্ত্তেন মহাত্মভিঃ। অবধ্যত রণং প্রাপ্য ত্রাতারং নাভ্যবিন্দত।
প্রতিষ্ঠমানন্তু ভয়ান্নাবতিষ্ঠতি দংশিতম্ ॥১১॥
অশ্বৈর্বিপরিধাবদ্ভিঃ সৈন্যেন রজসাবৃতৈঃ। ন প্রাজ্ঞায়ন্ত সমরে দিশশ্চ প্রদিশস্তথা ॥১২॥
ততস্তু পাণ্ডবানীকান্নিঃসৃত্য বহবো জনাঃ। অভ্যঘ্নন্ তাবকান্ যুদ্ধে মুহূর্ত্তাদিব ভারত॥
ততো নিঃশেষমভবৎ তৎ সৈন্যং তব ভারত। ॥১৩॥
অক্ষৌহিণ্যঃ সমেতাস্তু তব পুত্রস্য ভারত॥ একাদশ হতা যুদ্ধে তাঃ প্রভো! পাণ্ডুসৃঞ্জয়ৈঃ ॥১৪॥
তেষু রাজসহস্রেষু তাবকেষু মহাত্মসু। একো দুর্য্যোধনো রাজন্নদৃশ্যত ভৃশং ক্ষতঃ ॥১৫॥
ততো বীক্ষ্য দিশঃ সর্ব্বা দৃষ্ট্বা শূন্যাঞ্চ মেদিনীম্। বিহীনঃ সর্ব্বযোধৈশ্চ পাণ্ডবান্ বীক্ষ্য সংযুগে ॥১৬॥
মুদিতান্ সর্ব্বসিদ্ধার্থান্নর্দ্দমানান্ সমন্ততঃ। বাণশব্দরবাংশ্চৈব শ্রুত্বা তেষাং মহাত্মনাম্ ॥১৭॥
দুর্য্যোধনো মহারাজ। কশ্মলেনাভিসংবৃতঃ। অপযানে মনশ্চক্রে বিহীনবলবাহনঃ ॥১৮॥ (বিশেষকম্)

---

লোয়ননা অহুব ধৃষ্টদ্যুম্নবু থ্না য়াংনা হাৎয়ননবা তৌরু ॥ ৮ ॥ মহারাজ। লান্দা চক্রুবা, লাকতম্ কাওমদ্রবা কৌরব লান্মীশিং অহুনা নচা ইবুংঙো নিংথৌ দুর্যোধনগী য়াথং মকোক্ত হাপতুনা পাণ্ডবশিং তম্না চেন্শিন্থি ॥ ৯ ভরত শাগৈগী অথোইবা,। হাৎখিবগী লেমহৌবা লান্মীশিংছুনা চেলশিন্নকৃপহু উবদা পাণ্ডবশিংনা মখোয়দা অমময়া মহু কল্লবা লিলগুম্বা তেনমক্ত কাপশিন্দুনা মখোয়দা অকন্বা চৈনা পিখি ॥ ১০ ॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা মহারাজ। মপাঙ্গল কল্লবা পাণ্ডবশিংনা মীকুপ অমগী মনুংদা কৌরবলান্মীশিং অহুবু তুম্না হাৎখি। মরমদি মতম্ অহুদা মখোয়গী মতেং পাংবিনবা কনা অমত্ত লৈতে। লালগী কীজোল খুৎলায় তুনা য়াওরবা লান্মীশিং অহুনা কিবনা চেম্থোয়রকই, অহুবু মখোয়গী লোৎকম চাকম করিমতা লৈরম্দে। ॥ ১১ ॥ লা-ন্মীশীংগী চেম্থোক চেঙ্গিন ক্তৌবগী মখোণ্ডদগী হৌরকপা উফুল অহুনা অহুগা শগোল ময়াম অহুনা কাতু কায়ল চেম্নরকৃপগী কাখৎলকপা উফুল মপৈ অদুনা মায়গৈ শলাই করিমতা খঙখিদ্রে ॥ ১২ ॥ ভরতনন্দন, মহারাজ পাণ্ডব তেঙ্গোলদগী চেম্থোরকপা পাণ্ডব লান্মীশিং অহুনা কৌরব লান্মীশিং খরগুবু তাম্না তাম্না হাৎপা হৌরকলে মতম্ অসিদা কৌরব লান্মীশিং অসি লোইশিন্নকলে হায়বা য়াবে ॥ ১৩ ॥ ভরতনন্দন মহারাজ। দুর্যোধনগী লান্মী অক্ষৌহিণি ভমামাথোই অহু পাণ্ডবশিংনা লোইনা তুম্না হাৎপ্রে হায়বা য়াবে ॥ ১৪ ॥ মহারাজ। কৌরব পক্ষগী লৈরমবা অহুক্ চাউরবা তেঙ্গোল অহুগী মনুংদা মশা ঈহো হোপায়রবা দুর্যোধনত্ত মউরে ॥ ১৫ ॥ মহারাজ। মপাঙ্গল মথৌনা, শাদোংনচিংবা য়াওরবা দুর্য্যোধননা, অহুক পাকচাউরবা লালকম্ অহুগী করিগুম্বা মকমদা মাগী সহায় উপায় অমত্তা উত্রবগুদা অহুগা অমরোমদা পাণ্ডবশিংনা জয় ওইবগী হরাউ তরাম্বা

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

নিহতে মামকে সৈন্যে নিঃশেষে শিবিরে কৃতে। পাণ্ডবানাং বলে সূত! কিন্নু শেষমভূত্তদা।
এতন্মে পৃচ্ছতো ব্রূহি কুশলো হ্যসি সঞ্জয়। ।১৯।
যচ্চ দুর্য্যোধনো মন্দঃ কৃতবাংস্তনয়ো মম। বলক্ষয়ং তদা দৃষ্ট্বা স একঃ পৃথিবীপতিঃ ।২০।

## সঞ্জয় উবাচ।

রথানাং দ্বে সহস্রে তু সপ্ত নাগশতানি চ। পঞ্চ চাশ্বসহস্রাণি পত্তীনাঞ্চ শতং শতাঃ ।২১।
এতচ্ছেষমভূদ্রাজন্! পাণ্ডবানাং মহদ্বলম্। পরিগৃহ্য হি যদ্যুদ্ধে ধৃষ্টদ্যুম্নো ব্যবস্থিতঃ ।২২। (যুগ্মকম্)
একাকী ভরতশ্রেষ্ঠ! ততো দুর্য্যোধনো নৃপঃ। নাপশ্যৎ সমরে কঞ্চিৎ সহায়ং রথিনাং বর ।২৩।
নর্দ্দমানান্ পরাংশ্চৈবন্ স্ববলস্য চ সংক্ষয়ম্। তথা দৃষ্ট্বা মহারাজ! একঃ স পৃথিবীপতিঃ।
হতং স্বহয়মুৎসৃজ্য প্রাঙ্মুখঃ প্রাদ্রবদ্ভয়াৎ ।২৪।
একাদশচমূর্ভর্ত্তা পুত্রো দুর্য্যোধনস্তব। গদামাদায় তেজস্বী পদাতিঃ প্রস্থিতো হ্রদম্ ।২৫।
নাতিদূরং ততো গত্বা পদ্ভ্যামেব নরাধিপঃ। সস্মার বচনং ক্ষত্তুর্ধর্ম্মশীলস্য ধীমতঃ ।২৬।

---

উবদা, মখোয়গী নিঙবা থ,ংগ্রে হায়না খন্নুনা, মায়গৈ পুম্বদা পাণ্ডবশিংগী খোম্লাউ অমদি খুৎলায়গী মখোলমক্তা তারবহৃদা, তৌকম্ খণ্ডদুনা চেন্নগে হায়না মপুক্কিং চপ লেপত্রে ॥১৬॥—॥১৮॥ ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ— সঞ্জয়! পাণ্ডবশিংনা ঐগী কৌরব লান্মীশিংগী লাপ্তং পুম্নমক পুমহাও হাণ্ডহল্লবা, মতমঅসিদা মখোয় পাণ্ডবশিংগী পঙ্করোমদদি কনা কনা লৈরি? মাঙ্গ তানিঙিঙ। নংদি বাখী লৌবদা ওস্নোক্লা হৈত্রে ॥১৯॥ ঐগী মচা পঙলবা ঈচা দুর্য্যোধন্না মাগী লান্মী পুম্বা তুম্থিবসি উবদা মথা করি অমমুক তৌখিবগে, মাদু হায়য়ু ॥ ২০ ॥

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! ধৃষ্টদ্যুম্ননা সেনাপতি ওইদুনা লোয়রিবৈ মতম অহুদা পাণ্ডবশিংগী পুক্কদা রথীশিংশিং অনী, শামুতোংবা লান্মী চাত্রেৎ শগোল তোংবা লান্মীজিশিং মঙা অহূপা খোঙমী জিশিং তায়া লৈয়শি ॥২১॥—২২॥ ভরতশাগৈগী অখোইবা! অসিগী তুংদা রথী অখোইবা কল্লবা দুর্য্যোধন অসি মথন্ত লালকম অহুদা মাগী সহায়উপায় ওইগদৌবা মীশক্ অমত উবা কংতক্রে ॥২৩॥ মহারাজ! পৃথী পূম্বগী নিংথৌ ওইরিবা নচাঈবুঙো দুর্য্যোধন অসি মশাগী লান্মী পুম্নমক তুমখিবা অমদি পাণ্ডবশিংনা লাউশিন্নকপসি উবতাবদা মশানা তোংলিবা, খুৎলায়না শাথিনা শোক্লবা শগোল অহুবু হন্দোক্লদুনা মশামথন্ত থুনারাওনা মমাং নোংপোক অন্নুমা খোংজাপ লাওনা। ক্যান্ কান্নুনা চৎখি ॥২৪॥ মহারাজ! অক্ষৌহিণী তরামাথোইগী মপু ওইরবা, তেজ লৈরবা নচাঈবুঙো দুর্য্যোধন অসি গদা অমতং মখুত্তা পায়দুনা মখোঙনা দ্বৈপায়নহ্রদ তায় থ্রুপ চৎখি ॥২৫॥ দুর্য্যোধননা মখোঙনা লাকমদগী চখোয়কপ মতমসিদা লখীদ

ইদং নূনং মহাপ্রাজ্ঞো বিদুরো দৃষ্টবান্ পুরা। মহদ্বৈশসমস্মাকং ক্ষত্রিয়াণাঞ্চ সংযুগে ॥২৭॥
এবং বিচিন্তয়ানস্তু প্রবিবিক্ষুর্হ্রদং ততঃ। দুঃখসন্তপ্তহৃদয়ো দৃষ্ট্বা রাজা বলক্ষয়ম্ ॥২৮॥
পাণ্ডবাপি মহারাজ! ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমাঃ। অভ্যধাবন্ত সংক্রুদ্ধাস্তব রাজন্! বলং প্রতি ॥২৯॥
শক্ত্যৃষ্টিপ্রাসহস্তানাং বলানামভিগর্জতাম্। সঙ্কল্পমকরোন্মোঘং গাণ্ডীবেন ধনঞ্জয়ঃ ॥৩০॥
তান্ হত্বা নিশিতৈর্বাণৈঃ সামাত্যান্ সহ বন্ধুভিঃ। রথে শ্বেতহয়ে তিষ্ঠন্নর্জুনো বহ্বশোভত ॥৩১॥
সুবলস্য হতে পুত্রে সবাজিরথকুঞ্জরে। মহাবনমিব ছিন্নমভবত্তাবকং বলম্ ॥৩২॥
অনেকশতসাহস্রে বলে দুর্য্যোধনস্য হ। নান্যো মহারথো রাজন্! জীবমানো ব্যদৃশ্যত ॥৩৩॥
দ্রোণপুত্রাদৃতে বীরাত্তথৈব কৃতবর্ম্মণঃ। কৃপাচ্চ গৌতমাদ্রাজন্! পার্থিবাচ্চ তবাত্মজাৎ ॥৩৪॥

(সঞ্জয়)

ধৃষ্টদ্যুম্নস্তু মাং দৃষ্ট্বা হসন্ সাত্যকিমব্রবীৎ। কিমনেন গৃহীতেন নানেনার্থোঽস্তি জীবতা ॥৩৫॥
ধৃষ্টদ্যুম্নবচঃ শ্রুত্বা শিনের্নপ্তা মহারথঃ। উদ্যম্য নিশিতং খড়্গং হন্তুং মামুদ্যতস্তদা ॥৩৬॥

---

ধর্ম্মচেম্রবা, জ্ঞানী ওইরবা বিদুরগী বাবু মথং মথং নীঙশিংলকই ॥২৬॥ জ্ঞান লৈরবা, শিংলবা বিদুরনা মাঙজোননা ঐখোয়গী অদুগা পৃথীগী ক্ষত্রিয়শিংগী মথক্তা তারকদবা ঘটনা মরম্ অসি অদুগা ক্ষত্রিয়শিংনা মাঙগদবসি হায়না উখোক্ত্রবনি ॥২৭॥ নিংথৌ দুর্য্যোধননা মহাক্কী লান্মীঅমত্ত লৈরকত্রবদা পুক্নীং তম্নাং তংশাইননা অরাবনা থম্মোয় থু্বহৎথিদুনা দ্বৈপায়নহ্রদ কোবা পাৎ অদুদা লুপ্পনা লৈদুংদা লৈখোক্ত্রগে হায়না বিচার তৌরকলে ॥২৮॥ মহারাজ! পাণ্ডবশিংনসু য়াম্না শাউথিদুনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাঙ থাদুনা কৌরবশিংগী থমদুগী মায়োকথোমদা চঙশিল্লকই — ॥২৯॥ কৌরবপক্ষকী লান্মীশিংনা থাঙ—তা—থাঙনপ, য়োচ্ছুক্ত পুংজকনা পাণ্ডবশিংবু ওথেগে হায়না আশা তৌরবনি। অদুবু মহাক্কী অশাদো কৃষ্ণ অর্জুন অনীনা অয়েখদা তাহনখি ॥৩০॥

অর্জুননা থৌরথৌরবা তেম্না থেক্তশিংবু মথোয়গী শাগৈনাতৈ মরূপ মপাং থোজলোয়শিংগা লোয়ননা ভুম্না হাৎলগা শগোল অখৌবনাচিংবা রথ অদুগী মথক্তা থোইদোক্না মায়থোং মকা থাম্না নীঙথিজখি ॥৩১॥ মহারাজ! শগোল শামু লান্মীশিংগা লোয়ননা শকুনিসি হাংখ্রবদা, মৈহৎখ্রবা পাক্চাউরবা বন অমগী মতোঙম্না পাকচাউরবা লানকম অদু অর্জুননা পুম্নমক্ত লৈখত্রে ॥৩২॥ মহারাজ! কৌরব তেজোলগী মদুংদা অকনবা অশ্বত্থামা, কৃতবর্ম্মা গৌতমগী বংশদা পোকপা কৃপাচার্য্য অদুগা নিংথৌ দুর্য্যোধন মথোয়সি নত্তনা অকনবা কনা অমত্ত মথক্তিবিত্রে ॥৩৩-৩৪॥ মহারাজ! ওহাকলৈবগা সেনাপতি ধৃষ্টদ্যুম্ননা সঞ্জয় ঐবু উদুনা নোক্কনোক্না সাত্যকিদা অসুম্না হায়রকই:—মহাকপু কাদুনত্ত থম্বা করিকাম্বনি? মহাক্না হিংদুনা লৈবসু ঐখোয়গা থোইদোগা কারবা লৈতে ॥৩৫॥ ধৃষ্টদ্যুম্নগী বা তাবদা মহারথী সাত্যকিনা থৌরবা তেম অম তেম্না থোংদুনা ঐবু হাৎকদবগী শেম শাবকলে ॥৩৬॥ মতমসিমক্তদা মহাজ্ঞানী কৃষ্ণ

তমাগম্য মহাপ্রাজ্ঞঃ কৃষ্ণো দ্বৈপায়নোঽব্রবীৎ। মুচ্যতাং সঞ্জয়ো জীবন্ন হন্তব্যঃ কথঞ্চন ॥৩৭॥
দ্বৈপায়নবচঃ শ্রুত্বা শিনের্নপ্তা কৃতাঞ্জলিঃ। ততো মামব্রবীন্মুক্ত্বা স্বস্তি সঞ্জয়! সাধয় ॥৩৮॥
অনুজ্ঞাতস্ত্বহং তেন ন্যস্তবর্ম্মা নিরায়ুধঃ। প্রাতিষ্ঠং যেন নগরং সায়াহ্নে রুধিরোক্ষিতঃ ॥৩৯॥
ক্রোশমাত্রমপাক্রান্তং গদাপাণিমবস্থিতম্। একং দুর্য্যোধনং রাজন্! অপশ্যং ভৃশবিক্ষতম্ ॥৪০॥
স তু মামশ্রুপূর্ণাক্ষো নাশক্নোদভিবীক্ষিতুম্। উপপ্রৈক্ষত মাং দৃষ্ট্বা তদা দীনমবস্থিতম্ ॥৪১॥
তঞ্চাহমপি শোচন্তং দৃষ্ট্বৈকাকিনমাহবে। মুহূর্ত্তং নাশকং বক্তুং কিঞ্চিদ্দুঃখপরিপ্লুতঃ ॥৪২॥
ততোঽস্মৈ তদহং সর্ব্বমুক্তবান্ গ্রহণং তদা। দ্বৈপায়নপ্রসাদাচ্চ জীবতো মোক্ষমাহবে ॥৪৩॥
মুহূর্ত্তমিব চ ধ্যাত্বা প্রতিলভ্য চ চেতনাম্। ভ্রাতৄংশ্চ সর্ব্বসৈন্যানি পর্য্যপৃচ্ছত মাং ততঃ ॥৪৪॥
তস্মৈ তদহমাচক্ষং সর্ব্বং প্রত্যক্ষদর্শিবান্। ভ্রাতৄংশ্চ নিহতান্ সর্ব্বান্ সৈন্যঞ্চ বিনিপাতিতম্ ॥৪৫॥
ত্রয়ঃ কিল রথাঃ শিষ্টাস্তাবকানাং নরাধিপ। ইতি প্রস্থানকালে মাং কৃষ্ণদ্বৈপায়নোঽব্রবীৎ ॥৪৬॥

---

দ্বৈপায়ন বেদব্যাস আস লাক্কৃনা সাত্যকিদা অহুম্না হায়রকই:—"সঞ্জয়বু হিংনা হিংনা থাদোকথো। করিগুম্বা মরম অমদগীসু মহাকপু হাৎপসি ঈচুমচুমদে" ॥৩৭॥ মতম অহুদা সাত্যকিনা ব্যাসগী য়াথংদগী মথুং লোয়্নহুনা ঐবু থাদোক্লগা "চচচরো নং চৎখিব য়ারনি" অহুম হায়রগা ঐবু থাদোকপিরকই ॥৩৮॥ সাত্যকিনা য়াথং পীবিহুনা ঐবু থাদোকপিরবদা ঐ অসি কনাগী লালফুরিৎ থুৎল্যায়নচিংবা করিমত য়াওদনা ঈশা অসি ঈহং নাইহং শাহুনা থুমিদাং য়াইরমদা হস্তিনাপুর নগর য়োমদা লাকই ॥৩৯॥ মহারাজ! ঐনা থুমিদাং য়াইরমহুদা ইবস্ত অহুম লাকপদা নচাঈবুত্তো দুর্য্যোধন আস মথুক্তা গদাঅম পায়হুনা লালকমদগী যুথক অমরোম চথোয়ক্কুনা মথন্ত লাকই, অদুদগী মশা পুম্ব ঈনা পুমটেতেতহুনা তু মমা মথন্ত কনবে ॥৪০॥ মতম অসিদা মহারাজ! নচাঈবুত্তো দুর্য্যোধন অসি মমাওগী মাপ শিন্থহুনা ঐত্তোয়ে্রামদা কৃইনমক য়েংবক্তাওবত্তমক্লে। ঐসু য়ায়রানা পুংওাইতনা পুনিংপুংওোমনা চপ লেপ্তুনা ভুমিরু লৈ। ওহাক লৈরগা মহাকনা ঐত্তোঙ্গা শংগ্রকশংনা য়েংহুনা লেপ্তুনা লৈ ॥৪১॥ মহাক মথন্ত মকম অহুদা কমথহুনা লালগী মরমদা য়াম চিন্তা তৌহুনা মকোক পায়হুনা লৈ। থোইদোক্লা রায়বা অবস্থাদা লৈবহুদা ঐসু করিগুম্বা রা অমত হোৎনোক্নুনা ভাওবাওমদে ॥৪২॥ অহুদগী ঐনা ওহাক লৈরগা লালগী মওং পুম্বা লারগা, "সাত্যকিনা ঐবু ফাক্লে বেদব্যাসগী কৃপাদগী উচিন্নাচিন্না লাম্থোক্লকপনি" হায়না ঐনা দুর্য্যোধনদ তশ্নি ॥৪৩॥ অদুগী তুংদা দুর্য্যোধন অসি ওহাক্কং থম্লগা এগী ঈকমদা, মনাওশিংগী অহুগা লাম্নীশিংগী অবস্থাগী মরমদা মুম্না হংখি ॥৪৪॥ ঐদি থৌদোক পুম্বা ঈমীথীৎনা উথিবনা দুর্য্যোধনগী মকমদা "মনাও ঈবুত্তোশিং লোইনা হাৎখ্রে, লাম্নী পুম্বা পুমত্তোই তোইখ্রে" হায়না তশেংনা তশি ॥৪৫॥ "নিংথৌ! মহাকী

স দীর্ঘমিব নিশ্বস্য বিলপেক্ষ্য চ পুনঃ পুনঃ অসৌ মাং পাণিনা স্পৃষ্ট্বা পুত্রত্বে পর্য্যভাষত ॥৪৭॥
ত্বদন্যো নেহ সংগ্রামে কশ্চিজ্জীবতি সঞ্জয় ! দ্বিতীয়ং ন হি পশ্যামি সসহায়াশ্চ পাণ্ডবাঃ ॥৪৮॥
ক্রয়াঃ সঞ্জয় ! রাজানং প্রজ্ঞাচক্ষুষমীশ্বরম্ । দুর্য্যোধনস্তব সুতঃ প্রবিষ্টো হ্রদবিভ্রান্ত ॥৪৯॥
সুহৃদ্ভিস্তাদৃশৈর্হীনঃ পুত্রৈর্ভ্রাতৃভিরেব চ । পাণ্ডবৈশ্চ হৃতে রাজ্যে কো নু জীবেত মাদৃশঃ ॥৫০॥
আচক্ষীথাঃ সর্ব্বমিদং মাঞ্চ মুক্তং মহাহবাৎ । অস্মিংস্তোয়হ্রদে সুপ্তং জীবন্তং ভৃশবিক্ষতম্ ॥৫১॥
এবমুক্ত্বা মহারাজ ! প্রাবিশত্তং হ্রদং নৃপঃ অস্তম্ভয়ত তোয়ঞ্চ মায়য়া মনুজাধিপঃ ॥৫২॥
তস্মিন্ হ্রদং প্রবিষ্টে তু ত্রীন্ রথান্ শ্রান্তবাহনান অপশ্যং সহিতানেকস্তং দেশং সমুপেয়ুষঃ ॥৫৩॥

---

তাঙ্গীশিংগী মতুংদা কৃপাচার্য্য, অশ্বত্থামা, কৃতবর্ম্মা, অহুম অসিত লেমহৌরি । মা অসি ঐনা লাকমদগী চেষ্টোরক্পা মতমদা বেদব্যাসনা ঐঙোন্দ তাকপিরম্বনি ” ॥৪৬॥ মহারাজ ! ঐগী বাসি তাবদা নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা মুংশাশোয়মপী চোন্দুনা ঐঙোন্দা মুম্না ওহাক য়েংলগা ঐগী খুদাং পায়হুনা অস্তুম্না হায়খি ॥৪৭॥ সঞ্জয় ! মতম্ অসিদা ঐগী মায়গৈদা নহাক অম মতুনা কনা অমত হিংহুনা লৈত্রে হায়বয়াই । ঐ হৌজিক ঐগীনি হায়বা মীশক অমত উশি-ক্লকত্রে । অদুগা আসোয়মদনা পাণ্ডবশিংগীদি সহায় উপায়না পীক থনগ্রে ॥৪৮॥ অদুনা সঞ্জয় ! নং হৌজিক হস্তিনাপুরনগর তাম্না চৎপ্রগা মীৎ উত্রবা পাবুং মহারাজদা “ নচা দুর্য্যোধনদি দ্বৈপায়নহ্রদদা চোংথক্লম্না ঈপুংদা লুপগ্রে চণ্ডগ্রে ” হায়না পাউদম্মু ” ॥৪৯॥ সঞ্জয় ! মরুপ মপাং শাগৈ নাইত্তে ঈচা ঈশু ঈচীন [ঈনাও পুয়মক্ ঐবু থাদোক্কনা লোইনা চৎগ্রে । পাণ্ডবশিংনা কৈপ কসিংহাসন জন্থুম পুখা মুংগ্রে । অবস্থা অসিদা ঐগুম্বা কনানা সংসারদা হিংহনা লৈগনি ॥৫০॥

সঞ্জয় ! নহাক্না পাবুং মহারাজদা লালগী হীয়ম পুম্ব মথং মনাও মাইনা তম্মুগদবনি । অদুগা “ নচা দুর্য্যোধনদি মশা পুম্বা হোগায় খিনগাইনা, ঈহং নাইহং শানা, হিংনা হিংনা ঈশিং মদুংদা তুমিম্না লৈহৌরে ” সিমশু তম্মু ॥৫১॥ মহারাজ ! নচাঈবুঙো দুর্য্যোধনদো ঐঙোন্দা হায়রম্লগা দ্বৈপায়নহ্রদগী ঈশিং মদুংদা চণ্ডশিনখি । মায়ামন্ত্রগী শক্তিনা জলস্তম্ভনগী মন্ত্রনা ঈশিং মদুংদা ঈদুং সুংঙাইনা লৈথোক্খি * ॥৫২॥ দুর্য্যোধননা ঈশিং মদুংদা লৈথোকপ্রবদা

---

+টিকাঃ— মন্ত্রগী শক্তিনা উক্রোও অহোবদা লৈবতম্না অকোয়বদা ঈশিং চণ্ডহন্দনা লৈননবা মন্ত্র অহুবু জলস্তম্ভন মন্ত্র কৌই । মসি মায়াগী মন্ত্রনি চহী বা মতম কুইনাদি লৈবা য়াব নত্তে । নোংম নীনি মতম লেম্নবগীদমক্তনি । অসিগুম্বা মন্ত্রনা উপায় ওইহুনা দুর্য্যোধননা ঈশিং মদুংদা লৈখিবান ।

কৃপং শারদ্বতং বীরং দ্রৌণিঞ্চ রথিনাং বরম্। ভোজঞ্চ কৃতবর্ম্মাণং সহিতান্ শরবিক্ষতান্॥৫৪॥ (যুগ্মকম্)

তে সর্ব্বে মামভিপ্রেক্ষ্য তূর্ণমশ্বানচোদয়ন্, উপযায় চ মামূচুর্দিষ্ট্যা জীবসি সঞ্জয়। ॥৫৫॥

অপৃচ্ছংশ্চৈব তে সর্ব্বে পুত্রং তব জনাধিপম্। কচ্চিদ্দুর্য্যোধনো রাজা স নো জীবতি সঞ্জয়॥৫৬॥

আখ্যাতবানহং তেভ্যস্তদা কুশলিনং নৃপম্। তচ্চৈব সর্ব্বমাচক্ষং যন্মাং দুর্য্যোধনোঽব্রবীৎ।
হ্রদঞ্চৈবাহমাচক্ষং যং প্রবিষ্টো নরাধিপঃ॥৫৭॥

অশ্বত্থামা তু তদ্রাজন্! নিশম্য বচনং মম। তং হ্রদং বিপুলং প্রেক্ষ্য করুণং পর্য্যদেবয়ৎ॥৫৮॥

অহো ধি[illegible]জানাতি জীবতোঽস্মান্নরাধিপঃ। পর্য্যাপ্তা হি বয়ং তেন সহ যোধয়িতুং পরান্॥৫৯॥

তে তু তত্র চিরং কালং বিলপ্য চ মহারথাঃ। প্রাদ্রবন্ রথিনাং শ্রেষ্ঠা দৃষ্ট্বা পাণ্ডুসুতান্ রণে॥৬০॥

তে তু মাং রথমারোপ্য কৃপস্য সুপরিষ্কৃতম্। সেনানিবেশমাজগ্মুর্হতশেষাস্ত্রয়ো রথাঃ॥৬১॥

তত্র গুল্মাঃ পরিত্রস্তাঃ সূর্য্যে চাস্তমিতে সতি। সর্ব্বে বিচুক্রুশুঃ শ্রুত্বা পুত্রাণাং তব সংক্ষয়ম্॥৬২॥

ততো বৃদ্ধা মহারাজ! যোষিতাং রক্ষিণো নরাঃ। রাজদারানুপাদায় প্রযযুর্নগরং প্রতি॥৬৩॥

---

ঐস মতম অদুদা ভুমিন্ন চ্‌প লেপ্‌নুনা ঈশিং মপান্দা লৈ। অদুমা লৈরিবৈদা শরদ্বানগী মচা কৃপাচার্য্য, দ্রোণগী মচা অশ্বত্থামা, ভোজবংশগী কৃতবর্ম্মা হায়রিবা রথী অথোইবা অহুম অসি মশা মশাদু হোগায় থিনগাইনা, চোক্‌থরবা শগোলচিংবা রথ অমমদা তোংদুনা মকম অদুদা হেক থ্‌রকৈ ॥৫৩—৫৪॥ মখোয়না ঐবু উবদা কল্লপ থোক্লক্‌না ঐগোন্দা অদুমা হায়রৈ— সঞ্জয়! নংদু নরায়বক্ কবনা হৌজিক্‌কাও হিংলিদনা। ॥৫৫॥ মহারাজ! অকনবা অহুম অসিনা ঐগোন্দা কমি হায়না হংবগে হায়রবু সঞ্জয়! ঐখোয়গী নিংথৌ দুর্য্যোধন অদুবু হৌজিক্ হিংদুনা লৈরিদনকো। ॥৫৬॥ মাদু তাবদা ঐন্দু মখোয়দা নিংথৌ দুর্য্যোধন হিংদুনা লৈরি হায়না থুম্মি। অদুগা দুর্য্যোধননা হায়রম্বা রা পুম্বা মখোয়দা অমুক লৌ। দুর্য্যোধনদি হ্রদ (পাৎ) অসিগী ঈশিং মনুংদা লুপ্‌নুনা লৈরি—হায়নদু ঐনা মখোয় অহুমদা তম্মী ॥৫৭॥ মহারাজ! অশ্বত্থামানা ঐগী রাসি তাবদা পাক্‌চাউরবা পাৎ অদুবু উবদা কপ্ন কপা অদুমা হায়রক্‌ই:— ॥৫৮॥ আঃ! ওন্থোক্‌পনিদা! ঐখোয় লৈরি হায়বসি নিংথৌ মহাক্না খঙথি-রবোইকো! নিংথৌ মাগা লোয়নননা ঐখোয় লৈরিবসিনা লাম্থেংনবা ঙম্মবনিকো ॥৫৯॥ অকনবা অহুম্ অসিনা অদুমা ওহাক্ তেংথারম্নগা পাণ্ডবশিংনা লাকপদু উবদা মকম্ অদুদগী থ্‌না রাগনা চথোকখি ॥৬০॥ লেমহৌরিবা রথী অহুম অসিনা সঞ্জয় ঐবু কৃপাচার্য্যগী নাওথিজরবা রথ অদুদা তোংথহন্দুনা ঐবু লাম্থুং তাম পুখিরক্‌ই ॥৬১॥

মহারাজ! নুমিৎ তাম্বদা, লাম্থংদা লৈরিবা লান্মী পুরমক্না মহারাজগী নচাঙ্গীবুতো পুম্বক্না লৈখিবগী পাউলি তাবদা পুনীংদা নুংঙাইতবা মিপাইব পোক্‌খি ॥৬২॥ মহারাজ! নুপী

তাঃ স্ত্রিয়ো ভরতশ্রেষ্ঠ। সৌবিদল্লসমন্বিতাঃ। প্রযযুর্নগরং তূর্ণং হতস্বজনবান্ধবাঃ ॥৭২॥
আ গোপালাবিপালেভ্যো দ্রবন্তো নগরং প্রতি। যযুর্মনুষ্যাঃ সংভ্রান্তা ভীমসেনভয়ার্দ্দিতাঃ ॥৭৩॥
অপি চৈষাং ভয়ং তীব্রং পার্থেভ্যোঽভূৎ সুদারুণম্। প্রেক্ষমাণাস্তদাঽন্যোন্যমাধাবন্নগরং প্রতি ॥৭৪॥
তস্মিংস্তথা বর্ত্তমানে বিদ্রবে ভৃশদারুণে। যুযুৎসুঃ শোকসংমূঢ়ঃ প্রাপ্তকালমচিন্তয়ৎ ॥৭৫॥
জিতো দুর্য্যোধনঃ সংখ্যে পাণ্ডবৈর্ভীমবিক্রমৈঃ। একাদশচমূভর্ত্তা ভ্রাতরশ্চাস্য সূদিতাঃ ॥৭৬॥
হতাশ্চ কুরবঃ সর্ব্বে ভীষ্মদ্রোণপুরঃসরাঃ। অহমেকো বিমুক্তস্তু ভাগ্যযোগাদ্যদৃচ্ছয়া ॥৭৭॥
বিদ্রুতানি চ সর্ব্বাণি শিবিরাণি সমন্ততঃ ইতস্ততঃ পলায়ন্তে হতনাথা হতৌজসঃ ॥৭৮॥
অদৃষ্টপূর্ব্বা দুঃখার্ত্তা ভয়ব্যাকুললোচনাঃ। হরিণা ইব বিত্রস্তাঃ প্রেক্ষমাণা দিশো দশ ॥৭৯॥

(যুগ্মকম্)

দুর্য্যোধনস্য সচিবা যে কেচিদবশেষিতাঃ। রাজদারানুপাদায় ব্যধাবন্নগরং প্রতি ॥৮০॥
প্রাপ্তকালমহং মন্যে প্রবেশং তৈঃ সহ প্রভোঃ। যুধিষ্ঠিরমনুজ্ঞাপ্য বাসুদেবং তথৈব চ।
এতদর্থং মহাবাহুরুভয়োঃ সংন্যবেদয়ৎ ॥৮১॥

---

ভরতশাগেগী অথোইবা মহারাজ। মচামচা শাগেনাইভ লোইনা হাৎপ্রবী লুপ্রাবী নুপীশিং অহুনা কোমুংলোমদা তুরোই তামলোইননা থুনা য়াওনা লাকলি ॥৭২॥ হাস্তিনাপুরগী শনশেনবা, য়াওশেনবা মী কাওবা ভীমবু কিবদগী মযুম পাংনা কাতু কারল কোয়চেল চেনশিনরকলি ॥৭৩॥ মরমদি পাণ্ডবশিংবু মথোয়না কয়াগী মতীক কিপ্রবগে হায়ববু—মথোয় অমগমগ তুংহন্ননা য়েং য়েংহুনা খোঙ্গাপ কয়া চেন্নরকলি ॥৭৪॥ মতো অমুয়া য়ায়া শাথিনা চেন্নরক্লব মতমসিদা যুযুৎসু অসি য়ায়া রানা মতম অহুদা তৌগদবা থবক্ অমা বিচার তৌনা তৌবা অমুয়া থল্লি ॥৭৫॥ শাথিনা অকিবগী মশক্ কংনা মথোনা লৈরবা পাণ্ডবশিংনা অক্ষৌহিনি তরামাথোইগী মপু দুর্য্যোধনবু জয় তৌহুনা মহাক্কী মনাওশিংবুসু লোইনা হাৎখ্রে ॥৭৬॥ ভীষ্ম দ্রোণনচিংবা অকন-বা কয়াবুসু মথোয়না হাৎখ্রে অহুবু যুযুৎসু ঐতদি লাইবক কবনা ঈশ্বরগী কৃপাদগী শিহোৎখ্রে ॥৭৭॥ হৌজিক্কি লাপুং পুম্বা থুম্ভাক লানশিরে। লাপুং শেন্নবা মী অমকাওবা লৈত্রে। হৌজিক মশক্ মচু থংদবা কর্ম্মচারীশিংসা কিবনা খোইনা মিপাইনথিহুনা মায়গে তরা মমায় ওনওন্নুনা শঙ্গী শঙাইগী মতৌওয়া মমীৎ মনা ঈবক্ থক্না তুং চম য়েং য়েংহুনা চেয়রে ॥৭৮—৭৯॥ পাণ্ডবশিংনা চানবিহুনা মথ্ঙাক্ লৌবিক্রবা দুর্য্যোধনগী মন্ত্রীশিংনা নিংথৌগী লুপীনহাশিংবু পুহুনা কোমুং তায় চৎলি ॥৮০॥

"যুধিষ্ঠির অমদি শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৌরগা নিংথৌগী লোয়নবীশিংসি পুহুনা হাস্তীনাপুরগী কোমুংদা চঙ্খনা চুম্মি" হায়না যুযুৎসু মপুক্কিং ওহাক্ বিচার তৌরগা কয়বা যুযুৎসুনা রাজধ

তস্য প্রীতোহভবদ্রাজা নিত্যং করুণবেদিতা। পরিষজ্য মহাবাহুর্বৈশ্যাপুত্রং ব্যসর্জয়ৎ ॥৮২॥
ততঃ স্বরথমাস্থায় দ্রুতমশ্বানচোদয়ৎ। সংবাহয়িতবাংশ্চাপি রাজদারান্ পুরং প্রতি ॥৮৩॥
তৈশ্চৈব সহিতঃ ক্ষিপ্রমস্তং গচ্ছতি ভাস্করে। প্রবিষ্টো হাস্তিনপুরং বাষ্পকণ্ঠোঽশ্রুলোচনঃ ॥৮৪॥
অপশ্যত মহাপ্রাজ্ঞং বিদুরং সাশ্রুলোচনম্। রাজ্ঞঃ সমীপনিষ্ক্রান্তং শোকোপহতমব্ ॥৮৫॥
তমব্রবীৎ সত্যধৃতিঃ প্রণতমগ্রতঃ স্থিতম্। অস্মিন্ কুরুক্ষয়ে যুদ্ধে দিষ্ট্যা ত্বং পুত্র ! জীবসি ॥৮৬॥
বিনা রাজ্ঞঃ প্রবেশাদ্বৈ কিমসি ত্বমিহাগতঃ এতন্মে কারণং সর্বং বিস্তরেণ নিবেদয় ॥৮৭॥

যুযুৎসুরুবাচ

নিহতে শকুনৌ তাত। সজ্ঞাতিসুতবান্ধবে। হতশেষপরীবারো রাজা দুর্যোধনস্ততঃ।
স্বকং হয়ং সমুৎসৃজ্য প্রাঙমুখঃ প্রাদ্রবদ্ভয়াৎ ॥৮৮॥
অপক্রান্তে তু নৃপতৌ স্কন্ধাবারনিবেশনাৎ ভয়ব্যাকুলিতং সর্বং প্রাদ্রবন্নগরং প্রতি ॥৮৯॥
ততো রাজ্ঞঃ কলত্রাণি ভ্রাতৃ শাঞ্চাস্য সর্বশঃ। বাহনেষু সমারোপ্য স্ত্র্যধ্যক্ষাঃ প্রাদ্রবন্ ভয়াৎ ॥৯০॥

---

অসি যুধিষ্ঠির অমদি বৃষ্ণিগী মকম্‌দা খঙহন্‌খি ॥৮১॥ যুধিষ্ঠিরনা যুযুৎসুগী মকম্‌দা য়াম্না নুংশিবগা লোয়নমা পেনখিখি। য়াম্ন কুইনা কোয়হনা কপমিন্নবগা মুধিষ্ঠীরনা যুযুৎসুবু বিদায় তৌখি ॥৮২॥ অদুগী তুংদা যুযুৎসুনা মহাক্কী রথ অদুদা তোংখৎতুনা নিংথৌগী মন্ত্রীশিং অদুগা লোয়নবী নুপীশিং অদু পুদুনা হস্তিনাপুরনগর য়োমদা থ্‌না য়াঙনা চৎখি ॥৮৩॥ যুযুৎসুনা মন্ত্রী অকন্নমনশিং অদুগা নুপীশিং অদুগা লোয়ননা নুমিৎ তায়রূপগী হুরায়দা; মমীত্তগী মপি ক্রো ক্রো তানা তানা হীক্ হীক্ লাউনা কোন্নুং মনুং চঙখি ॥৮৪॥ মতমসিদা শিংলবা মহাজ্ঞানী বিদুর অসি য়াম্ন নুংঙাইতনা মপি ত্রং ত্রং চেন্না ধৃষ্টরাষ্ট্রগী মনাক্তগী মায়:থোং লাংশিন্না থোরকপদু যুযুৎসুনা হেক্ উই ॥৮৫॥ মতম অদুদা যুযুৎসুনা বিদুরদা নোম্নুন্না খুরম্নগা বিদুরগী মাঙদা চপ লেপ্নি। মতম্ অদুদা হুহা তহাবা কৈনবা, দপথহৈবা বিদুরনা যুযুৎসুদা অস্নুমা হায়রক্ই :—"ঈবুঙো। কুরুবংশনা অদুগা কৌরবনাশ্নী অকন্‌বশিং লোইনা তুমথ্রবদা নমায়বক কবনা নহাক্তদি হিংহৌরে" ॥৮৬॥ অদুগা যুযুৎসু। নহাক্ হায়রম্ন, দুর্যোধন য়াওদনা নংনা নথক্তসিদা লাকুলিবসিদি করিগীনো? ঐঙোন্দা শন্দোক্না মুন্না অমুক্ত হায় ॥৮৭॥ যুযুৎসুনা হায় :—খুড়া ঈবুংঙো। ঐশন্না মথং মথং অমুক্ত হায়জগে শকুনিবু হাৎপ্রবা, মহাক্কী শাগৈনাতৈ পরিবার অমদি মরূপ খোঙলোয়নুস্ত হাৎখ্রিবা অদু উবদা নিংথৌ য়ম্বুং দুর্যোধন অসি মশানা তোংলিবা শগোল দুমকপুম হন্দোর্নমহুনা কিবনা থক্ থক্ নীঙ্গা লাক্‌কম্‌দগী চেনখ্রে ॥৮৮॥ নিংথৌ দুর্যোধননা চেনখ্রবদা অতৈ অতৈ লৈহৌরিব খরদুস্ত মাগী মাগী লাঙ্গুং থাদোক থাদোক্‌নুনা হস্তিনাপুর য়োম্‌দা চৎনখ্রে ॥৮৯॥ অদুদগী, নিংথৌগী লে য়নবী নুপীনহাশিংবু ঙাকশেন্নিবা নিংথৌগী কর্মচারী,

ততোঽহং সমনুজ্ঞাপ্য রাজানং সহকেশবম্। প্রবিষ্টো হাস্তিনপুরং রক্ষন্ লোকাদ্ প্রবাধিতাম্ ।১১।

এতৎ শ্রুত্বা তু বচনং বৈশ্যাপুত্রেণ ভাষিতম্। প্রাপ্তকালমিতি জ্ঞাত্বা বিদুরঃ সর্বধর্মবিৎ।

অপূজয়দমেয়াত্মা যুযুৎসুং বাক্যকোবিদম্ ।১২।

প্রাপ্তকালমিদং সর্ব্বং ভবতো ভরতক্ষয়ে। অদ্য ত্বমিহ বিশ্রান্তঃ শ্বোঽভিগন্তা যুধিষ্ঠিরম্ ।১৩।

এতাবদুক্ত্বা বচনং বিদুরঃ সর্বধর্মবিৎ। যুযুৎসুং সমনুজ্ঞাপ্য প্রবিবেশ নৃপ। ক্ষয়ম্

যুযুৎসুরপি তাং রাত্রিং স্বগৃহে ন্যবসত্তদা ।১৪।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি

হ্রদপ্রবেশে যুযুৎসোর্নগর প্রবেশে সপ্তবিংশোঽধ্যায়ঃ ।০।*

—:-০-:—

মন্ত্রীশিংস্ন্ ভুপীশিং অদুবু মাগী মাগী মতীক চায়বা হৌদা অমদি দোক্লাইদা তোংহন্দুনা মখোয়বু পুন্না লালকয়্দগী চেম্বরকৃই ॥১০॥

অদুগী তুংদা ঐনা যুধিষ্ঠির অহুগা কৃষ্ণ য়াথং তৌয়গা চেল্লিবা মীয়াম অদুবু খোমজিন্দুনা পুয়গা হস্তিনানগরদা থ,রক্লবনি ॥১১॥ ধর্ম্ম পুম্বগী ভত্ত্ব খঙলবা, মাগী বিদ্যাবু'দ্ধনা কদায়কাওবা লৈবগে হায়বদু খঙঙমদবা বিদুরনা যুযুৎসুগী য়াস তাবদা দেশকালগী মতুংইন্না তৌগদবদি মাহুমক্তি হায়না খন্দুনা য়াঙাং হৈরবা যুযুৎসুবু হন্না হন্না থাগৎপি ॥১২॥ কৌরববংশমা তুম্না মাঙলবা মতমসিদা মতীকচানা তৌগদবা থবক্তি, মাহুমক্তি হায়না যুযুৎসুদা হায়বিরদা যুযুৎসুনা বিদুরদা অদুম অদুক হায়রকই যুযুৎসু ! ঙসিদি নং অসিদামক্ পোথাংগা হয়েং অমুক যুধিষ্ঠিরগী নাক্ত চৎকদবনি ॥১৩॥ মহারাজ ! মতৌ অদুম্না বিদুরনা যুযুৎসুদা হয়ম্ চৎলগা পোথাক্লবা পাইত্তাক পীংদুগা মহাক্স মহাকী লৈকমদা চৎখি । যুযুৎসু মাগী মাগী য়ুমদা অহিং অদুম্না পোথাখি ॥১৪॥

মকস্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামরা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা হ্রদ প্রবেশগী মতুংদা যুযুৎসু নগরপ্রবেশগী কুন্থরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:॰:—

# শ্রীমহাভারতম্

দুর্য্যোধনবু থিনরকপা মতাং

## অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুননিপালগুবা অধ্যায়।

—:•:—

### ধৃতরাষ্ট্র উবাচ

হতেষু সর্বসৈন্যেষু পাণ্ডুপুত্রৈ রণাজিরে। মম সৈন্যাবশিষ্টাস্তে কিমকুর্বত সঞ্জয়। ।১।
কৃতবর্ম্মা কৃপশ্চৈব দ্রোণপুত্রশ্চ বীর্য্যবান। দুর্য্যোধনশ্চ মন্দাত্মা রাজা কিমকরোত্তদা ।২।

### সঞ্জয় উবাচ।

সংপ্রদ্রবৎসু দারেষু ক্ষত্রিয়াণাং মহাত্মনাম্। বিদ্রুতে শিবিরে শূন্যে ভৃশোদ্বিগ্নাস্ত্রয়ো রথাঃ ।৩।
নিশম্য পাণ্ডুপুত্রাণাং তদা বিজয়িনাং স্বনম্। বিদ্রুতং শিবিরং দৃষ্ট্বা সায়াহ্নে রাজগৃদ্ধিনঃ।
স্থানং নারোচয়ংস্তত্র ততস্তে হ্রদমভ্যযুঃ ।৪। (যুগ্মকম্)
যুধিষ্ঠিরোঽপি ধর্ম্মাত্মা ভ্রাতৃভিঃ সহিতো রণে। হৃষ্টঃ পর্য্যচরদ্রাজন্। দুর্য্যোধনবধেপ্সয়া ।৫।
মার্গমাণাস্তু সংক্রুদ্ধাস্তব পুত্রং জয়ৈষিণঃ। যত্নতোঽন্বেষমাণাস্তু নৈবাপশ্যন্ জনাধিপম্ ।৬।
স হি তীব্রেণ বেগেন গদাপাণিরপাক্রমৎ। তং হ্রদং প্রাবিশচ্চাপি বিষ্টভ্যাপঃ স্বমায়য়া ।৭।

---

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ— সঞ্জয়! পাণ্ডবশিংনা ঐগী লাম্মী অমাম্বা হাৎখ্রবদা লেমহৌবিব কৌরব লাম্মীশিং অদুনা কদি কদি তৌখি? ॥১॥ কৃতবর্ম্ম, কৃপাচার্য্য, অমসুং অশ্বত্থামানা অমুনী ঐগী ঈচা মরুপ্তিখেল্লবা দুর্য্যোধননা কদি কদি তৌখি? ॥২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহাক্নগী মতমদা অমসুং ক্ষত্রিয়শিংগী মুপীনহাশিংচুনা লাম্ফমদগী হাস্তিনাপুর তম চখোল্লক্লবদা, অহাণবা লাম্ফশিংচুনা ঈহাও হাণনা, শীতাউ তাউনা লৈহৌরবদা, নিংথৌবী অকবত থল্লমা মরী অহুমসিনা পাণ্ডব-শিংনা মুংণাইন লাউনমকপগী খোজেল তাবদা খোইদোকনা চংলাইখিবচুনা অদুগা লাম্ফশিংচুনমু ঈহাং হাণনা লৈবচুদা যাদোমদা চত্তনীংদচুনা মথোয় অহুমক ঐপাক্তুদগী যাদলৈরোমদা খোং-শাখোমকই ॥৩—৪॥ মহারাজ! ধর্ম্মচেম্রবা যুধিষ্ঠিরসু মনাওশিংগা লোয়নবা, দুর্য্যোধনবুহ লোইখোকনীংচুনা, মায়া থমাই মুংণাইনা অনাদফগী মকমপুরুদা কোমচং চঙনা থিরকই ॥৫॥ মপুংকানা জয় ওইনিংলবা পাণ্ডবশিংনা মায় শাউনা অহুগা চেকপিঙা থিরকইদি হায়বু কদিজবা মকমদা দুর্য্যোধনবু থিবা থওখিদ্রেজে মমদি নিংথৌ দুর্য্যোধন অদি মপূক্তা খাঙী গদা অম

যদা তু পাণ্ডবাঃ সর্বে সুপরিশ্রান্তবাহনাঃ। ততঃ স্বশিবিরং প্রাপ্য ব্যতিষ্ঠন্ত সসৈনিকাঃ ॥৮॥
ততঃ কৃপশ্চ দ্রৌণিশ্চ কৃতবর্মা চ সাত্বতঃ। সন্নিবিষ্টেষু পার্থেষু প্রয়াতাস্তং হ্রদং শনৈঃ ॥৯॥
তে তং হ্রদং সমাসাদ্য যত্র শেতে জনাধিপঃ। অভ্যভাষন্ত দুর্দ্ধর্ষং রাজানং সুপ্তমম্ভসি ॥১০॥
রাজন্! উত্তিষ্ঠ যুধ্যস্ব সহাস্মাভির্যুধিষ্ঠিরম্। জিত্বা বা পৃথিবীং ভুঙ্ক্ষ্ব হতো বা স্বর্গমাপ্নুহি ॥১১॥
তেষামপি বলং সর্ব্বং হতং দুর্য্যোধন! ত্বয়া। প্রতিবিদ্ধাশ্চ ভূয়িষ্ঠং যে শিষ্টাস্তত্র সৈনিকাঃ ॥১২॥
ন তে বেগং বিষহিতুং শক্তাস্তব বিশাংপতে!। অস্মাভিরভিগুপ্তস্য তস্মাদুত্তিষ্ঠ ভারত ॥১৩॥

দুর্য্যোধন উবাচ।

দিষ্ট্যা পশ্যামি বো মুক্তানীদৃশাৎ পুরুষক্ষয়াৎ। পাণ্ডুকৌরবসম্মর্দ্দাজ্জীবমানান্ নরর্ষভান্ ॥১৪॥
বিজেষ্যামো বয়ং সর্বে বিশ্রান্তা বিগতক্লমাঃ। ভবন্তশ্চ পরিশ্রান্তা বয়ঞ্চ ভৃশবিক্ষতাঃ।
উদীর্ণঞ্চ বলং তেষাং তেন যুদ্ধং ন রোচয়ে ॥১৫॥

---

পাণ্ডবশিংনা যাম থ,না য়াওনা লালকমদগী চথোখিহুনা য় য় হৈংশিংনা দ্বৈপায়নহ্রদ কৌবা পাৎ অদুগী ঈশিংহ লৌখৎহন্দুনা, মশাদা ঈশিং চঙহন্দনা পাৎ মথুং অহুদা লৈরমবনি ॥৭॥ দুর্য্যোধনবু অসুম কোয়খিখিরকপহুদা পাণ্ডবশিংগী শগোলশিং অহুম মশা যাম চোক্থরকলে। অহুদগীদি করি তৌনিংঙাই লৈত্রহুনা লাম্নীশিংগা লোয়ননা মাগী মাগী লাহুংদা চঙশিন্নরকই ॥৮॥ পাণ্ডব-শিংনা অসোমদা মাগী মাগী লাঙুংদা লৈনরমবদা অসোমদা কৃপাচার্য্য, অশ্বত্থামা অহুগা সাত্বত বংশগী কৃতবর্ম্মা অহুম অসি দ্বৈপায়নহ্রদগী মপান মপান্দা তপ্প তপ্প লাকই ॥৯॥ দুর্য্যোধননা পাংকী ঈনুং অহুদা তুমিন্ন, করিমত লেঙ-খোংপা তৌদনা অশিবগা পাংথক্ ওইহুনা লৈবহ উবদা কৃপাচার্য্যানচিংবা অহুম অসিনা চঙশিনখিহুনা লাকতমকাওমজ্রবা দুর্য্যোধনগী মকমদা অমুম্না হায়রকই :— ॥ ১০ ॥

নিংথৌ! দুর্য্যোধন। ঈশিং মথুংদগী কাখৎপিয়কুউ। লৈমিবা ঐখোয় সিংগা লোয়ননা য়েক্কবশিংগা লাত্থেংনখিরো। অয় ওইরগা রাজসিংহাসন — রাজভোগ কংখিরো, নত্রগা লান্দা থরাই থারম্বগা স্বর্গ কাখিনবা তৌখিয় "॥১১॥ নিংথৌ! নহাক্না য়েক্কব পাণ্ডবশিংগী লান্মী য়াম হাৎপিরমবনি। অহুগা মখোয়গী হৌজিক্থম লৈহৌরিবসিংসু মশা হোগায় খিনগাইরবা—চোক্থরবা ওাক্তনি ॥১২॥ অহুগা ভরতনন্দন! নিংথৌ! ঐখোয় লৈমিবসিনা নিংথৌ নহাক্পু ঙাক্শেন্দুনা মরৈয়বদি কনানম্ নিংথৌ নহাক্কী মাঙদা থাঙবা ঙমগদবা অমত লৈতে। অহুনা লেঙথৎলুকউ ঈশিং মথুংদগী ॥১৩॥ দুর্য্যোধননা হায় :— অকনবশা! অকনব ক্ষত্রিয়পুরুষ মাঙল ভাক্ন্নবগী মশক ওইবা লাম্লাও অসিদগী হিংত্রবা লৈবিহৌরি। ঈশ্বরক কবুনা অকনব নপোক্লম ঐনা হৌজিক উবা ফংজগিবনি ॥১৪॥ হকচাংগী চোকথবা, লোত্থবা পুম্মক অসি

ন চৈতদদ্ভুতং বীর ! যত্তে মতমিদং মম। অস্মাসু চ পরা ভক্তির্ন তু কালঃ পরাক্রমে ॥১৬॥
ছিদ্রাণ্যেকাঃ নিশামন্ত ভবদ্ভিঃ সহিতো রণে। প্রতিযোৎস্যাম্যহং শত্রূন্ যো ন মেঽত্রাত্র সংশয়ঃ ॥১৭॥

সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তোঽব্রবীদ্দ্রৌণী রাজানং যুদ্ধদুর্ম্মদম্। উত্তিষ্ঠ রাজন্ ! ভদ্রং তে বিজেষ্যামো রণে পরান্ ॥১৮॥
ইষ্টাপূর্ত্তেন দানেন সত্যেন চ জপেন চ। শপে রাজন্ ! যথা হ্যদ্য নিহনিষ্যামি সোমকান্ ॥১৯॥
মাস্ম যজ্ঞকৃতাং প্রীতিং প্রাপ্নুয়াং সজ্জনোচিতাম্। যদীমাং রজনীং ব্যুষ্টাং ন নিহন্মি পরান্ রণে ॥২০॥
নাহত্বা সর্ব্বপঞ্চালান্ বিমক্ষ্যে কবচং বিভো ! । ইতি সত্যং ব্রবীম্যেতত্তন্মে শৃণু জনাধিপ ! ॥২১॥
তেষু সম্ভাষমাণেষু ব্যাধস্তং দেশমাযযুঃ। মাংসভারপরিশ্রান্তাঃ পানীয়ার্থং যদৃচ্ছয়া ॥২২॥

---

কোক্লগা, মতীক চানা পোথারগা ঐখোয় য়েক্লবশিংবু জয় তৌসি। হৌজিক্ত ময়ামম্ভু য়াম্ন চোকথবিয়ে; অদুগা ঐস্ন য়াম্ন হোগায় খিনগাইয়ে। পাণ্ডবশিংনা অমম্মোমদা মপুক্কীং থোগৎ-খিহনা ময়ায় কানা মুংঙাইনা লৈরি। অদুনা — ঙসিদি ঐ লালশোক্লগে হায়না খল্লে ॥১৫॥ অকনবশা ! ঐনা খঙ্গুরিবসিগুম্না ময়াম্না হায়বিরিবা খনবিরিবসিম্ন য়াম্না পূক্চেল চাউবগী খুদম্ অমদি য়াকমনি। মাসদা করিমত্ত ঙকৃকম্ লৈতে। অদুবু হৌজিক তৌজিক্মক পাঙ্গল থোনা পুথোক্লনবগী মতম নত্তে ॥১৬॥ অদুনা ঙসি অহিংসমা নীঙথিজনা পোথারগা হয়েং হেক্ নোংঙাল্লকপদা, অকনবশিংগা লোয়ননা ঐ লাম্হে'নজগে। মাসিদা করিমতা চিংনীঙায় লৈতে ॥১৭॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ ! দুর্য্যোধননা অসুম্না হায়রক্লবদা অশ্বত্থামানা লাকঙম্ কাওমত্রবা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রকই। — " নিংথৌ ঈশিংদগী কাথৎলকউ, নহাক্কী মঙ্গল ওইসনু, ঐখোয় শোয়দনা য়েক্লবশিংবু জয় তৌগনি ॥১৮॥ নিংথৌ ! অগ্নিহোত্রনচিংবা যজ্ঞ কয়া তৌরকপগী, পুশ্রী ওহানচিংবা কয়া তৌরকপগী, দানধর্ম্ম কয়া তৌজরকপগী কংগদবা মহৈ অমদি পুন্যকর্ম্ম পূয়মক্না সাক্ষী ওইহনা য়াশক্লি — ঐ ঙসি সোমকলাম্নীশিংবু দুম্ন হাৎকে করিঙম্বা হাৎপঙম-ত্রবদি হায়রিবা পুন্যকর্ম্মশিং অদো লোইনা মাঙপ্রসনু ॥১৯॥ ঐনা করিঙম্বা অহি অসিনা হেক্ ঙাল্লকপদা হায়রিবা য়েক্লবশিংসিবু খিত্ত হাৎপা মঙমত্রবা অদু ওইরবদি ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌব-শিংনা কংবা মতৈঅদো অমত্তা কংবা ঙমদবা ওইপ্রসনু ॥২০॥

'নিংথৌ ! পাঞ্চাললাম্নী পুম্নমকপু লোইনা হাৎত্রিমখৈ ঐ লালকুম্বিৎ লৌথোক্লোই। সত্যনা সাক্ষী ওইসনু, ঐনা হায়রবসি শোয়দনা তৌগদবনি। মসিমসু নহাক্না মত্তাশিন্নু " ॥২১॥ অদুগা মথোয়না ডাঙনরিঙৈ মজমদিদা শাদান্বশিং খরনা মথোয়গী থক্লম শনাংশিংহ পুখরা কাবহনা, লাইগী মোংথমদগী মকম অদুদা ঈশিং থক্লদবগী হেক্ লাকই ॥২২॥ মহারাজ। হায়রিবা

তে হি নিত্যং মহারাজ ! ভীমসেনস্য লুব্ধকাঃ। মাংসভারানুপাজহ্রুর্ভক্ত্যা পরময়া বিভো ! ।২৩।
তে তত্রাধিষ্ঠিতাস্তেষাং সর্বং তদ্বচনং রহঃ। দুর্য্যোধনবচশ্চৈব শুশ্রুবুঃ সঙ্গতা মিথঃ ।২৪।
তেঽপি সর্বে মহেষ্বাসা অযুদ্ধার্থিনি কৌরবে। নির্বন্ধং পরমং চক্রুস্তদা বৈ যুদ্ধকাঙ্ক্ষিণঃ ।২৫।
তাংস্তথা সমুদীক্ষ্যাথ কৌরবাণাং মহারথান্। অযুদ্ধমনসঞ্চৈব রাজানং স্থিতমম্ভসি ।২৬।
তেষাং শ্রুত্বা চ সংবাদং রাজ্ঞশ্চ সলিলে সতঃ। ব্যাধা অজানন্ রাজেন্দ্র ! সলিলস্থং সুযোধনম্ ।২৭।
(যুগ্মকম্)
তে পূর্ব্বং পাণ্ডুপুত্রেণ পৃষ্টা হ্যাসন্ সুতং তব। যদৃচ্ছোপগতাস্তত্র রাজানং পরিমার্গতা ।।২৮।।
ততস্তে পাণ্ডুপুত্রস্য স্মৃত্বা তদ্ভাষিতং তদা। অন্যোন্যমব্রুবন্ রাজন্ ! মৃগব্যাধাঃ শনৈরিদম্ ।২৯।
দুর্য্যোধনং খ্যাপয়ামো ধনং দাস্যতি পাণ্ডবঃ। সুব্যক্তমিহ নঃ খ্যাতো হ্রদে দুর্য্যোধনো নৃপঃ ।৩০।
তস্মাদ্গচ্ছামহে সর্বে যত্র রাজা যুধিষ্ঠিরঃ। আখ্যাতুং সলিলে সুপ্তং দুর্য্যোধনমমর্ষণম্ ।৩১।

---

হায়রিবা শাদানবশিং অসিদী সুমিৎ খুদিংগী মখোয়গী শাঙা অদু ভীমসেনদা হেক্-হেক্ পুরক্‌না ভক্তিগা লোয়ননা কৎলবা ভাক ওইরে ॥ ২৩ ॥ শদানবশিং অসিনা, অচিকপত্থদা পাংকী ময়াদা কৃপাচার্য্যগা চিংবনা দুর্য্যোধনগা চীন্না শানরিবা রাগিরাঙ ই অদু হেক্ তাকয়ে ॥ ২৪ ॥ শান-রমলিবা অদুমক্তি দুর্য্যোধননা সুমিৎ অদুয়দি লাল্ শোক্ননীগুদবা অদুগা কৃপাচার্য্যনচিংবনা সুমিৎ চুমগদা লাল্ শোক্নবা পামদুনা মদুগীদমক্তদা দুর্য্যোধনদা তাক্নবা অসিগী রাকমনি ॥ ২৫ ॥ নিংথৌ অথোইবা। চীক্নবা মকম অদুদা, কৌরবপক্ষগী অকনবশিং অদুনা লৈরম্বদু উবদা অদুগা দুর্য্যোধননা ঈশিং মনুংদা লৈদুনা লাল শোক্নয়োইদৌবগী হায়রমবা কৃপাচার্য্যনাচিংবগা লাল শোক্নহনগদবগী তক্নরবা অদু তাবদা শাদানবশিং অদুনা উম্ দুর্য্যোধন অসি লাল্ শোক্ন-য়োইদৌবগী ঈশিং মনুংদা লৈরিবা রা ওইরে হায়রবসি হেক খঙদোকউরে। ॥ ২৬—২৭ ॥ শাদানবশিং অদু অহানবদস্থ লাইগী নোংদমদগী যুধিষ্ঠীরগী নক্ত হেক্ চঙ্‌লিবসি। দুর্য্যোধনগী লৈকম্‌তা থিদুনা লৈরিবা যুধিষ্ঠিরনা শাদানবশিং অদুগী মকমদা দুর্য্যোধনগী মকমদা হেক্ হেক্ ॥ ২৮ ॥ নিংথৌ ! শা ঙা হাৎপা শাদানবশিং অদুনা যুধিষ্ঠীরগী রাশিং নিংশিঙকক্ত্‌না মখোয় মথেল রামা লোন্না লোন্না অস্তমা পৎ ময়া অদুদা ভাগুনয়দ্বই ॥ ২৯ ॥ ঐখোয় মহারাজ যুধিষ্ঠিরগী নাক্ত চৎলগা, দুর্য্যোধনগা কৃপাচার্য্যন চিংবগা ভাগুনরিবসে তুমিন্না তম্‌সী। অদু ওইরবদি নিংথৌনা ঐখোয়দা মনা মথেল রামা পীরকলনি। মমাঙবৈদস্থ ঐখোয়দা দুর্য্যোধনগী লৈকম রামা হংবিথিবনী। হৌজিক অগত্তা চাওরবা দুর্য্যোধন অসে ঈশিং মনুংদা লোত্‌না লৈরে ॥ ৩০ ॥

মহম্ অদুনা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা লৈরিব মকম অদু তাম চৎলগা লোনম তোব শাউবতনা

ততো বৃকোদরো রাজন্! দত্ত্বা তেষাং ধনং বহু। ধর্ম্মরাজায় তৎ সর্ব্বমাচচক্ষে পরন্তপঃ ॥৪২॥
অসৌ দুর্য্যোধনো রাজন্! বিজ্ঞাতো মম লুব্ধকৈঃ। সংস্তভ্য সলিলং শেতে যস্যার্থে পরিতপ্যসে ॥৪৩॥
তদ্বচো ভীমসেনস্য প্রিয়ং শ্রুত্বা বিশাংপতে॥ অজাতশত্রুঃ কৌন্তেয়ো হৃষ্টোঽভূৎ সহ সোদরৈঃ ॥৪৪॥
তঞ্চ শ্রুত্বা মহেষ্বাসং প্রবিষ্টং সলিলং হ্রদম্। ক্ষিপ্রমেব ততোঽগচ্ছৎ পুরস্কৃত্য জনার্দ্দনম্ ॥৪৫॥
ততঃ কিলকিলাশব্দঃ প্রাদুরাসীদ্বিশাংপতে॥ পাণ্ডবানাং প্রহৃষ্টানাং পাঞ্চালানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥৪৬॥
সিংহনাদাংস্ততশ্চক্রুঃ ক্ষ্বেড়াংশ্চ ভরতর্ষভ॥ ত্বরিতাঃ ক্ষত্রিয়া রাজন্! দ্বৈপায়ন হ্রদম্! ॥৪৭॥
জ্ঞাতঃ পাপো ধার্ত্তরাষ্ট্রো দৃষ্টশ্চেত্যসকৃদ্রণে। প্রাক্রোশন্ সোমকাস্তত্র হৃষ্টরূপাঃ সমন্ততঃ ॥৪৮॥
তেষামাশু প্রয়াতানাং রথানাং তত্র বেগিনাম্। বভূব তুমুলঃ শব্দো দিবস্পৃক্ পৃথিবীপতে। ॥৪৯॥
দুর্য্যোধনং পরীপ্সন্তস্তত্র যুধিষ্ঠিরম্। অন্বযুস্ত্বরিতাস্তে বৈ রাজানং শ্রান্তবাহনাঃ ॥৫০॥
অর্জ্জুনো ভীমসেনশ্চ মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ। ধৃষ্টদ্যুম্নশ্চ পাঞ্চাল্যঃ শিখণ্ডী চাপরাজিতঃ ॥৫১॥
উত্তমৌজা যুধামন্যুঃ সাত্যকিশ্চ মহারথঃ। পাঞ্চালানাঞ্চ যে শিষ্টা দ্রৌপদেয়াশ্চ ভারত!।
হয়াশ্চ সর্ব্বে নাগাশ্চ শতশশ্চ পদাতয়ঃ ॥৫২॥ (বিশেষকম্)

---

পূম্বা লোইনা তম্মুরে ॥৪১॥ য়েক্লব নমহৎপণ্ডম্বা ভীমসেননা মথোয়না তম্নবা পাউশিংদু তাবদা থোইদোক্না পেনপ্রদুনা শাদানবশিং অদুদা মনামথেল য়াম্না পীরনা থাগ্রগা পাউ অসি ভীম মশানা যুধিষ্ঠিরগী মকমদা তমখি ॥৪২॥ ভীমনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই: " রাজুং মহারাজ! মাগী দময় অনুতাপ তোবিরিবা পাপী দুর্য্যোধন অদুগী পাউ পূম্বা ঐগী শাদানবশিং সিনা লোইনা তারক্লে খঙলক্লে। দুর্য্যোধন অসি হৌ জিক্ ঈশিংবু থোংহল্লগা ঈশিং মখুংদা ঈত্তোওদুনা লৈরি ॥৪৩॥ মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠিরনা ভীমগী মচৌব্দগী দুর্য্যোধনগী পাউ তাবদা মনাওশিংগা লোয়ননা থোইদোক্না নুংঙাইখি ॥৪৪॥ মরৈময়া চাউবা কন্নবা দুর্য্যোধনবা পাৎয়ারবা কুমদুনা ঈপুংদা লৈরে হায়রবসি তাবদা পাণ্ডবশিং অসি কৃষ্ণবা মাঙ থাদুনা দ্বৈপায়নহ্রদতায় লাকই ॥৪৫॥ মহারাজ! মথ্‌াই নুংঙাইরবা হরাউরবা পাণ্ডবশিং অমদি পাঞ্চালশিংগী খোল্লাউ মক্তনা পূমনিন নিনখ্রে ॥৪৬॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না ক্ষত্রিয় অকনবশিং অদুনা সিংহনাদ হয় হয়া লাউদুনা দ্বৈপায়নহ্রদগী মনাক্ থোরকলে ॥৪৭॥ "শদানবশিংনা মহাপাপ দুর্য্যোধনগী লৈকম মকম খঙলকলে। মাগী মশামকপুম্ভ উরক্লে" অসুম্না হায়বা লাউর লাউরদুনা সোমক লাম্নৌশিংনা মাগী মাগী শাপৈনাইতে মরূপ মপাংশিংবু কৌশিল্লকই ॥৪৮॥ মহারাজ! মথোয় মরায়া থ্‌নায়াওবা লাকপদুদা য়াওলবা রথশিংগী চাকাগী খোঙ্গেয়া অকিবকংবা থোংখদোন মোয়ে ॥৪৯॥ ভরতনন্দন নিংথৌ অথোইবা। ভীম অর্জ্জুন নকুল সহদেব পাঞ্চাল নিংথৌবচা ধৃষ্টদ্যুম্ন, মায়থীব কংদ্রিবা শিখণ্ডী উত্তমৌজা যুধামন্যু, মহারথী সাত্যকি, হাৎবিরবী অৈরেবা পাঞ্চাল

ততঃ প্রাপ্তো মহারাজ! ধর্ম্মরাজঃ প্রতাপবান্ দ্বৈপায়নহ্রদং খ্যাতং যত্র দুর্য্যোধনোঽভবৎ
শীতামলজলং হৃদ্যং দ্বিতীয়মিব সাগরম্ ।৫৩।

মায়য়া সলিলং স্তভ্য যত্রাভূত্তে স্থিতঃ সুতঃ। অত্যদ্ভুতেন বিধিনা দৈবযোগেন ভারত! ।৫৪।

সলিলান্তর্গতঃ শেতে দুর্দ্দর্শঃ কস্যচিৎ প্রভো!। মানুষস্য মনুষ্যেন্দ্র! গদাহস্তো জনাধিপঃ ।৫৫।

ততো দুর্য্যোধনো রাজা সলিলান্তর্গতো বসন্। শুশ্রুবে তুমুলং শব্দং জলদোপমনিস্বনম্ ।৫৬।

যুধিষ্ঠিরস্তু রাজেন্দ্র! তং হ্রদং সহ সোদরৈঃ। আজগাম মহারাজ! তব পুত্রবধায় বৈ ।৫৭।

মহতা শঙ্খনাদেন রথনেমিস্বনেন চ। ঊর্দ্ধং ধুন্বন্ মহারেণুং কম্পয়ংশ্চাপি মেদিনীম্ ।৫৮।

(যুগ্মকম্)

যৌধিষ্ঠিরস্য সৈন্যস্য শ্রুত্বা শব্দং মহারথাঃ। কৃতবর্ম্মা কৃপো দ্রৌণী রাজানমিদমব্রুবন্ ।৫৯।

ইমে হ্যায়ান্তি সংহৃষ্টাঃ পাণ্ডবা জিতকাশিনঃ। অপযাস্যামহে তাবদনুজানাতু নো ভবান্ ।৬০।

---

লান্মীশিং দ্রোপদীগী মচাশিং, শামুতোংবা শগোল তোংবা লান্মীশিং, খোঙমী চাম চামা শাদোং চোকৎলবা নিংথৌ মচাশিং অদুগা লান্মীশিংনা দুর্য্যোধনবু কাননবগী দমক্তা যুধিষ্ঠিরনা চৎপা চৎপ মকমদা কোয়িনইরম্মি ॥৫০-৫২॥

মহারাজ! অদুগী তুংদা শেংলবা, ঈংলবা লুরবা খোইদোক্না নুংঙাইনবগী মশক ওইরবা অনিশুব সমুদ্রগুম পাক্লবা দুর্য্যোধননা মাগী ঈনুংদা তুমিল্লা লৈরিবা দ্বৈপায়নহ্রদ হায়বা পাকচাউরবা পাৎ অদুগী মপান্দা মশিক মঙন চাউরবা যুধিষ্ঠির অসি থুংরে ॥ ৫৩ ॥ ভরতনন্দন মহারাজ মচা ঈবুংঙো দুর্য্যোধনশু লাইনা অঙকম তৌ হায়না তমখিবদগী মরাগী শক্তিনা অদুগা মায়া থৈশিংনা ঈশিং ঈচেনবু থিংদুনা মৌংতুনা থম্লগা পাৎয়ায় অদুদা ঈশিংদা তিংদুনা লৈ-রম্মি ॥ ৫৪ ॥ নিপা অথোইবা মহারাজ! কনাগুমবা নিপা অমত্তনা লাকগুম কঙমদ্রবা, নিংথৌ দুর্য্যোধন অসি ঈশিং মনুংদা লুপ্তুনা লৈরি ॥ ৫৫ ॥ অশুম্না ঈনুংদা লৈরিবা নিংথৌ দুর্য্যোধননা নুপালজোমদগী মীয়ামগী ইনিন অনদি নোং খোংবগুম হোৎরবা খোলাও অদুবু তাখি ॥ ৫৬ ॥ নিংথৌ অথোইবা মহারাজ। যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা লোয়ননা মোরবুংগী মখোল্লা অমগা রথগী চাকাগী মখোল্লা পৃথ্বী অসি থক থক নীকহল্লা নোংমদোন মকোরবু ঊথুল্লা পুমকুপ কৃপশি-হন্দুনা নচা ঈবুংঙো দুর্য্যোধন হাৎকদবগী মকম অদুদা লাকখি ॥ ৫৭—৫৮ ॥ মতম অদুদা মহারথি কৃতবর্ম্মা কৃপাচার্য্য অদুগা অশ্বত্থামা অহুমলিনা যুধিষ্ঠিরগী লান্মীশিংগী খোল্লাউ অদুগা নিনখোংবদু তাবদা দুর্য্যোধনদা অশুম্না হায়বকই ॥ ৫৯ ॥ নিংথৌ। দুর্য্যোধন! অদু পাণ্ডবশিং অসে রায়া হরাওনা লাওখোংতুনা অসোমদা লাক্লে। অদুনা ঐখোয় অসিদগী চথোকখরে।

দুর্য্যোধনস্তু তৎ শ্রুত্বা তেষাং তত্র তরস্বিনাম্। তথেত্যুক্ত্বা হ্রদং তং বৈ মায়য়াস্তম্ভয়ৎ প্রভো। ॥৬১॥
তে ত্বনুজ্ঞাপ্য রাজানং ভৃশং শোকপরায়ণাঃ। জগ্মুর্দূরং মহারাজ! কৃপপ্রভৃতয়ো রথাঃ ॥৬২॥
তে গত্বা দূরমধ্বানং ন্যগ্রোধং প্রেক্ষ্য মারিষ! ন্যবিশন্ত ভৃশং শ্রান্তাশ্চিন্তয়ন্তো নৃপং প্রতি ॥৬৩॥
বিষ্টভ্য সলিলং সুপ্তো ধার্ত্তরাষ্ট্রো মহাবলঃ। পাণ্ডবাশ্চাপি সংপ্রাপ্তাস্তং দেশং যুদ্ধমীপ্সবঃ ॥৬৪॥
কথং নু যুদ্ধং ভবিতা কথং রাজা ভবিষ্যতি। কথং নু পাণ্ডবা রাজন্! প্রতিপৎস্যন্তি কৌরবম্ ॥৬৫॥
ইত্যেবং চিন্তয়ানাস্তু রথেভ্যোঽশ্বান্ বিমুচ্য তে। তত্রাসাঞ্চক্রিরে রাজন্! কৃপপ্রভৃতয়ো রথাঃ ॥৬৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
হ্রদপ্রবেশে দুর্য্যোধনান্বেষণে অষ্টাবিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩০॥

---

শ্রীখোঙদা য়াবং পীরো ॥ ৬০ ॥ মহারাজ! দুর্যোধননা মখোয়গী হায়সি ভাংদা করে দুমত্তা-ইয়ে,, হায়দুনা অহুম অদুবু বিদায় তৌঙগা দুর্যোধন অসি মায়াগী শক্তিনা ঈশিংবু লোংহন্দুনা থমমলগা ঈথুংদা অমুক লৈখি ॥ ৬১ ॥

মহারাজ! কৃপাচার্য্যনচিংব রথীশিং অসি দুর্য্যোধনদগী বিদায় কংলদুনা য়ায়া মুংঙাইত্তনা হম হম্বা য়েংদুনা য়ায়া লাপ্প চৎখ্রে ॥৬২॥ ঈকায়খুম্নবগী মশক ওইরবা নিংথৌ! মখোয় অসি য়ায় লাপ্প চৎলগ অদুগা চোকথরক্লনা বট পাম্বী অমগী উরদুনা উথাদা পোথাগে হায়দুনা চৎখি। মকম অদুদা মখোয়না দুর্য্যোধনগীদমক্ত চিন্তা তৌদুনা লৈখি ॥৬৩॥ মপাঙ্গল কল্লবা দুর্য্যোধননা মায়াগী বিদ্যানা ঈশিংগী লেঙওৎপা ঈচেম্মচিংবক্ত খিংদুনা ঈথুং অদুদা তুম্বগী মত্তৌ-ওয়া মখোঙ মথুং লেঙদনা লৈরম্মি। মতম অসিদা পাণ্ডবশিং অদুসু মহাক্কা লান্থোক্ননবগী মকম অদুদা লাকই ॥৬৪॥ মহারাজ! অসোয়দা বট পাম্বীগী মক্মদা ফমদুন কৃপাচার্য্যনচিংবা অকনবশিং অদুনা— "করম হায়না শোক্লগদৌরিবনো? লাল্ অসিদা দুর্যোধনগী করি অবস্থা ওইগদৌরিবা অদুগা পাণ্ডবশিংনা দুর্য্যোধনবু করম হায়না কাদুনা কংকন্দা পুখৎলকদৌরিবা?" অদুম্মা খন্দুনা ফমদুনা য়েংদুনা লৈখি ॥৬৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা হ্রদপ্রবেশগী মথুংদা দুর্য্যোধনান্বেষণগী কুন্নিপালগুবা অধ্যায় লোইয়ে ॥

—:·:—

# শ্রীমহাভারতম্

(দুর্য্যোধনবু চৈবগী মতাং)

## ঊনত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুনমাপলগুবা অধ্যায়।

—:•:—

### সঞ্জয় উবাচ।

ততস্তেষ্বপযাতেষু রথেষু ত্রিষু পাণ্ডবাঃ। তং হ্রদং প্রত্যপদ্যন্ত যত্র দুর্য্যোধনোঽভবৎ ॥১॥
আসাদ্য চ কুরুশ্রেষ্ঠ। তদা দ্বৈপায়নং হ্রদম্। স্তম্ভিতং ধার্ত্তরাষ্ট্রেণ দৃষ্ট্বা তং সলিলাশয়ম্।
বাসুদেবমিদং বাক্যমব্রবীৎ কুরুনন্দনঃ ॥২॥
পশ্যেমাং ধার্ত্তরাষ্ট্রেণ মায়ামপ্সু প্রযোজিতাম্। বিষ্টভ্য সলিলং শেতে নাস্য মানুষতো ভয়ম্ ॥৩॥
দৈবীং মায়ামিমাং কৃত্বা সলিলান্তর্গতো হ্যয়ম্। নিকৃত্যা নিকৃতিপ্রজ্ঞো ন মে জীবন্ বিমোক্ষ্যতে ॥৪॥
যদ্যস্য সমরে সাহ্যং কুরুতে বজ্রভৃৎ স্বয়ম্। তথাপ্যেনং হতং যুদ্ধে লোকা দ্রক্ষ্যন্তি মাধব। ॥৫॥

### বাসুদেব উবাচ।

মায়াবিন ইমাং মায়াং মায়য়া জহি ভারত!। মায়াবী মায়য়া বধ্যঃ সত্যমেতদ্যুধিষ্ঠির। ॥৬॥
ক্রিয়াভ্যুপায়ৈর্বহুভির্মায়ামপ্সু প্রযোজ্য চ। জহি ত্বং ভরতশ্রেষ্ঠ। মায়াত্মানং সুযোধনম্ ॥৭॥

---

কৌরবশাগেগী অথোইবা। যুধিষ্ঠিরনা দ্বৈপায়নহ্রদগী মপান্দা থুংগবতনা দুর্য্যোধননা ঈশিংগী গতি পুম্বা থিংদুনা লৈবহ উবদা কৃষ্ণগী মকমদা অসুম্না হায়খি ॥২॥ কৃষ্ণ। য়েংউ, দুর্য্যোধন হায়বসিনা ঈশিংসিদা কয়াদা মায়া তৌদুনা লৈরিবা! দুর্য্যোধন অসে ঈশিং মখুংদা ঈশিংনা মতোন্দা হাইজিলহন্দনা করা খুংঙাইনা লৈথোক্লিবা অদুনা মহাক্না মী কনা অমত্তবু কিদনা খুংঙাইনা লৈথোক্লে ॥৩॥ দুর্য্যোধননা লাইগী মায়া মন্ত্র অম শীজিন্নদুনা ঈখুংদা লৈরে। অদুবু মরৈ মমা চাউবা, নমথাক্ হৈবা। নিপাসে, হিংনা হিংনদি ঐথোয়দগী থক নাথোকপা য়ারোই ॥৪॥ কৃষ্ণ। ইন্দ্রমক্না মাগী মতেং পাংদুনসু মানা শিবদো ওসি মী পুম্নমক্না উহৌ-রগনি ॥৫॥ কৃষ্ণনা হায়ঃ— ভরতনন্দন! মহারাজ! মায়াগী পাইবনা মাগী মায়া অসি মাঙননবা তৌবিয়ু। মায়া হৈববু মায়াতনা হাৎকদবনি। মাসি চুমগদবা বানি ॥৬॥ ভরত শাগেগী অথোইবা। মহারাজসু মায়াগী বিদ্যানা ঈশিং অসিদা মায়া শক্তি থাজিন্দুনা দুর্য্যোধনবু

ক্রিয়াভ্যুপায়ৈরিন্দ্রেণ নিহতা দৈত্যদানবাঃ।　ক্রিয়াভ্যুপায়ৈর্বহুভির্বলির্বদ্ধো মহাত্মনা ॥৮॥
ক্রিয়াভ্যুপায়ৈর্বহুভির্হিরণ্যাক্ষো মহাসুরঃ।　হিরণ্যকশিপুশ্চৈব ক্রিয়য়ৈব নিষূদিতৌ।
বৃত্রশ্চ নিহতো রাজন্! ক্রিয়য়ৈব ন সংশয়ঃ ॥৯॥
তথা পুলস্ত্যতনয়ো রাবণো নাম রাক্ষসঃ।　রামেণ নিহতো রাজন্। সানুবন্ধঃ সহানুগঃ।
ক্রিয়য়া যোগমাস্থায় তথা ত্বমপি বিক্রম ॥১০॥
ক্রিয়াভ্যুপায়ৈর্নিহতো পুরা রাজন্। পুরাতনৌ। তারকশ্চ মহাদৈত্যো বিপ্রচিত্তিশ্চ বীর্য্যবান্ ॥১১॥
বাতাপিরিল্বলশ্চৈব ত্রিশিরাশ্চ তথা বিভো।।　সুন্দোপসুন্দাবসুরৌ ক্রিয়য়ৈব নিষূদিতৌ ॥১২॥
ক্রিয়াভ্যুপায়ৈরিন্দ্রেণ ত্রিদিবং ভুজ্যতে বিভো।।　ক্রিয়া বলবতী রাজন্! নান্যৎ কিঞ্চিদ্যুধিষ্ঠির। ॥১৩॥
দৈত্যাশ্চ দানবাশ্চৈব রাক্ষসাঃ পার্থিবাস্তথা।　ক্রিয়াভ্যুপানিহতাঃ ক্রিয়াং তস্মাৎ সমাচর ॥১৪॥

## সঞ্জয় উবাচ।

ইত্যুক্তো বাসুদেবেন পাণ্ডবঃ সংশিতব্রতঃ।　জলস্থং তং মহারাজ। তব পুত্রং মহাবলম্।
অভ্যভাষত কৌন্তেয়ঃ প্রহসন্নিব ভারত। ॥১৫॥

---

হাৎপিয়ু ॥৭॥ মায়ানিস্তিনা অহুগা মায়াগী বিদ্যাগী পাৎম্বেনা ইন্দ্রন্থ দৈত্যদানব কয়া হাৎখি। মহাত্মা ওইরবা বামণ নারায়ননা বলিবু পুনখি ॥৮॥ মহারাজ! কুটসাস্তিনা, মায়া শক্তিনা নারায়ননা মহাসুর হিরন্যাক্ষবু অহুগা হিরন্য কশিপুবু হাৎখি। ইন্দ্রন্থ মায় শক্তিনা বৃত্রাসুরবু হাৎখিবনি, মাসিদা করিমত্ত চিংনবিগনু ॥৯॥ মাস্সুং মহারাজ। যুধিষ্ঠির। শ্রীরামচন্দ্রন্থ অগুম্বা শাক্ত অমনা শাগে নাইতেগা লোয়ননা পুলস্ত্যবংশগী হিংচাবা রাবনবু হাৎখিবনি। অহুগম্বা মহারাজস্নু অগুম্বা খোনা ফুখোক্কনা দুর্য্যোধনবু হাৎননবা তৌবিয়ু ॥১০॥ মহারাজ! মমাতৈগা লাইগী সেনাপতি কর্ত্তিকনা কুটনাস্তিনা মায়া শক্তি শীজিন্নহুনা তারকাসুরবু হাৎখি। ইন্দ্রনস্থ মায়া তৌদুনা বিপ্রচিত্তি কৌবা মহাদানব অহুবু হাৎখি ॥১১॥ বাতাপি, ইম্বল, ত্রিশিরা, সুন্দ উপসুন্দ মখোয়শিংসি মায়া শক্তনা হাৎখিবা ওঃক্তনি ॥১২॥ মহারাজ! ইন্দ্রনা স্বর্গগী রাজ-ভোগ চারিবসে মায়া শক্তিগী পাৎম্বেননি অহুনা হৈাশংনা খবক্ তৌবগুনা তাইবং মীগী মখো পুম্ব পাওখোজ্ঞনগী পাৎম্বেনি। অসি নত্তবা অতোপ্পা পাৎম্বে অম লৈতে ॥১৩॥ দৈত্যদানব হিংচাবা অমদি নিংথৌ কয়া কয়া মায়াগী পাংদা থুহনা শিখি। অহুনা মহারাজস্থ মমৈ মরাক্ত বিদ্যাগী শক্তি অম পুখোক্‌পিরো ॥১৪॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! কৃষ্ণনা অসুম্বা হায়রকপা ধর্ম্ম কায়দনা চৎপা, ধর্ম্মদা পুক্কিং চঙশবা, কুন্তীনন্দন যুধিষ্ঠিরনা নোক্কা নোক্কা মহারাজগী মচাইবুতো, ঈশিংদা লৈরিবা দুর্য্যোধনদা অসুম্বা হায়রকই ॥১৫॥ নিংথৌ! দুর্য্যোধনা

সুযোধন ! বিমর্দোঽয়মারব্ধোঽংশ, কৃতং ত্বয়া । সর্বং ক্ষত্রং ঘাতয়িত্বা স্বকুলঞ্চ বিশাংপতে । ॥১৬॥
জলাশয়ং প্রবিষ্টোঽদ্য বাঞ্ছন্ জীবিতমাত্মনঃ । উত্তিষ্ঠ রাজন্ ! যুধ্যস্ব সহাস্মাভিঃ সুযোধন ! ॥১৭॥
স তে দর্পো নরশ্রেষ্ঠ ! স চ মানঃ ক্ব তে গতঃ । যস্ত্বং সংস্তভ্য সলিলং ভীতো রাজন্ ! ব্যবস্থিতঃ ॥১৮॥
সর্বে ত্বাং শূর ইত্যেবং জনাঃ জল্পন্তি সংসদি । ব্যর্থং তদ্ভবতো মন্যে শৌর্যং সলিলশায়িনঃ ॥১৯॥
উত্তিষ্ঠ রাজন্ ! যুধ্যস্ব ক্ষত্রিয়োঽসি কুলোদ্ভবঃ । কৌরবেয়ো বিশেষেণ কুলে জন্ম চ সংস্মর ॥২০॥
স কথং কৌরবে বংশে প্রশংসন্ জন্ম চাত্মনঃ । যুদ্ধাদ্ভীতস্ততস্তোয়ং প্রবিশ্য প্রতিতিষ্ঠসি ॥২১
অযুদ্ধমব্যবস্থানং নৈষ ধর্মঃ সনাতনঃ । অনার্যজুষ্টমস্বর্গ্যং রণে রাজন ! পলায়নম্ ॥২২॥
কথং পারমগত্বা হি যুদ্ধে ত্বং বৈ জিজীবিষুঃ ! ইমান্ নিপাতিতান্ দৃষ্ট্বা পুত্রান্ ভ্রাতৄন্ পিতৄংস্তথা ॥২৩॥
সম্বন্ধিনো বয়স্যাংশ্চ মাতুলান্ বান্ধবাংস্তথা । ঘাতয়িত্বা কথং তাত ! হ্রদে তিষ্ঠসি সাম্প্রতম্ ॥২৪॥
শূরমানী ন শূরস্ত্বং মৃষা বদসি ভারত ! । শূরোঽহমিতি দুর্বুদ্ধে ! সর্বলোকস্য শৃণ্বতঃ ॥২৫॥
নহি শূরাঃ পালন্তে শত্রূন্ দৃষ্ট্বা কথঞ্চন । ব্রূহি বা ত্বং যয়া ধৃত্যা শূর ! ত্যজসি সঙ্গরম্ ॥২৬॥

---

মংনা নশামক্তা নংগী শাগে নাতৈ নচানশু, ননাওশিংবু লোইনা হাত্তোক্‌হল্লগা হৌজিক্তা ঈশিং মন্নুংদা লোৎলিবা ! ॥১৬॥ নিংথৌ ! দুর্য্যোধন ! নত্তনা নথ্‌্রায় কম্নিংদুনা ঈশিং মনুংদা লোৎপ শাম্নি । কান্নদে, ঈশিং মন্নুংদগী থোরকউ । ঐখোয়গা লাম্বে নয়ো লাউ ॥১৭॥ নিপা অখোই-বা, অকনবা; দুর্য্যোধন ! শিনিংদগুনা লোৎলিবা ! কদায় চৎখ্রে হৌজিক্ নংগী নাপল ? হৌজিক্তি কিতনা মাম্না তৌদুনা ঈশিং মন্নুংদা ন'না লোৎলি ॥১৮॥ হৌজিকী মতমদা মী পুম্নমক্তা নহাকপু অকনবনি হায়না পাগৎলি । অদুবু ঈশিং মন্নুংদা লোত্তুনা খাঙলবনিনা, নংগী নাপল, অকনবনি হায়না মী পুম্বনা খাগৎলিবা পুম্নমক উত্তা যী হৈরেদো । নংগী নপুনসিদা তৌখিবা অকব থবক পুম্বা কারজে হায়না ঐনা খ'ল্ল ॥১৯॥ নিংথৌ ! লাউ, কাখৎলকউ । লাল তৌ। নং অকবা শাগৈদা, ক্ষত্রিয় বংশদা পোকপনি । কুরুবংশ হায়বা অগত্ত কাওরবা শাগৈত্তুদা নহাক পোকপনি । অদুনা নংগী কৌরককম চাউথ্রবা বংশদু নীঙশিংজু ॥২০॥ কুরুবংশদা পোকপনি হায়দুনা নাপল তৌবা নংমা কয়িগী লান্দগী কিদুনা চৌল্ল ? কিয়গা ঈশিংদা লোৎতুনা খাঙলিবা কয়িগীনো ? ॥২১॥ নিংথৌ ! লল্ শেরুদবা, অদুগা লালকয়গী রাংমদা লৈবা হায়বসে ক্ষত্রিয়গী সনাতন ধর্ম্ম নত্তে। সজ্জন ওইবা অকনবদি লালকয় থা-দোক্তুনা থক চেন্নদে । ক্ষত্রিয়না লল্লগী চেনবদি মরক তাননবগী মরুনি ॥২২॥
দুর্য্যোধন ! নচানশু শাগে নাতৈ ননাও নয়াবদি লান্দা লোইনা হাত্তোক্‌হনগ্রগা অদুগা মখোয় পুম্বা শিখ্রে হ.য়বসি উনা উনা লাল লোইয়মদনা নশা নথত্তদি হিংহৌমীঙলিবা কয়িগীনো ? ॥২৩॥ ঈবুঙে, নিংথৌ ! নচানশু মরুপ মপাং লোইনা হাত্তোক্‌হল্লগা মংনা পাৎ মন্নুংদা ঈথিংদুনা লৈলিবা কয়িগীনো ? ॥২৪॥ অপঙবা মচ্রবা ! ভারতশাগৈদা পোকপনি হায়রিবা ! নং নশানদি নথত্তবু অকনবনি হায়না খঙ্গরি । অদুবু নংদি ওহোক্লা পাঙদবনি । মীয়ামদা " ঐদি অকনবনি " হায়না লাউব শাখিবদো মীনম্বা ওইরেদো ॥২৫॥ ময়মদি অকনবশিংনা রেরুবযু উবগা চেন্নদে । নহাক নশামক হ.য়ুও—লাল থাদোক্তুনা চেনগদি হায়না খল্লিবা বুদ্ধিদো করম্বা বুদ্ধিনো ? ॥২৬॥

স ত্বমুত্তিষ্ঠ যুধ্যস্ব বিনীয় ভয়মাত্মনঃ। ঘাতয়িত্বা সর্ব্বসৈন্যং ভ্রাতৄংশ্চৈব সুযোধন।।২৭।।
নেদানীং জীবিতে বুদ্ধিঃ কার্য্যা ধর্ম্মচিকীর্ষয়া। ক্ষত্রধর্ম্মমপাশ্রিত্য ত্বদ্বিধেন সুযোধন।।২৮।।
যত্তু কর্ণমুপাশ্রিত্য শকুনিঞ্চাপি সৌবলম্। অমর্ত্ত্য ইব সম্মোহাত্ত্বমাত্মানং ন বুদ্ধবান্।।২৯।।
তৎ পাপং সুমহৎ কৃত্বা প্রতিযুধ্যস্ব ভারত।। কথং হি ত্বদ্বিধো মোহাৎ রোচয়েত পলায়নম্।।৩০।।

(যুগ্মকম্)

ক্ব তে তৎ পৌরুষং যাতং ক্ব চ মানঃ সুযোধন।। ক্ব চ বিক্রান্ততা যাতা ক্ব চ বিস্ফূর্জ্জিতং মহৎ।।৩১।।
ক্ব তে কৃতাস্ত্রতা যাতা কিঞ্চ শেষে জলাশয়ে। স ত্বমুত্তিষ্ঠ যুধ্যস্ব ক্ষত্রধর্ম্মেণ ভারত।।৩২।।
অস্মাংস্ত্বং বা পরাজিত্য প্রশাধি পৃথিবীমিমাম্। অথবা নিহতোঽস্মাভির্ভূমৌ স্বপ্স্যসি ভারত।।৩৩।।
এষ তে পরমো ধর্ম্মঃ সৃষ্টো ধাত্রা মহাত্মনা। তং কুরুষ্ব যথাতথ্যং রাজা ভব মহারথ।।৩৪।।

## সঞ্জয় উবাচ।

এবমুক্তো মহারাজ! ধর্ম্মপুত্রেণ ধীমতা। সলিলস্থস্তব সুত ইদং বচনমব্রবীৎ।।৩৫।।

## দুর্য্যোধন উবাচ।

নৈতচ্চিত্রং মহারাজ যদ্ভীঃ প্রাণিনমাবিশেৎ। ন চ প্রাণভয়াদ্ভীতো ব্যপযাতোঽস্মি ভারত।।৩৬।।

---

দুর্য্যোধন ঈশিং মনুংদগী কাথৎলকউ। অকিব থাদোক্তনা লাম্মেংনৌ। শাগৈ নাইত্তে লোইনা হান্তোকহন্নপা নশা হিংহৌনবা হোৎমবা চুমদে ॥২৭॥ দুর্য্যোধন! ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদা চঙ্গুনা, তুংদা ধর্ম্ম অমমুক তৌগে মীওলিবা নহাকা নপুনশিনু পাম্মুবা হৌনদে ॥২৮॥ ভরতনন্দন! নহাক্তি কর্ণ শকুনিগুম্বা তোল্লবা মীওাক্তপা সঙ্গ তৌরুবদগী নং অসি কয়ম্বা শাগৈজাত্তা পোক্‌পনো হায়বত্থকাও থওশিন্নে। নং নশা নথক্তগী নশক খঙদ্রে। অদুম ওনা পাপকী কর্ম্ম মরাম অসি তৌরবনি। কাম্নদে হৌজিক লাল তৌ। নংগুম্বা কয়ম্বা মওনলৈবা অকনবনা লালকম থাদোক্তনা চেনগনি? ॥২৯-৩০॥ দুর্য্যোধন! নংগী অদুগৈগী মিপাথোকপা নথৌরা নরিল, নাপল, অদু হৌজিক্ কদোম্দা চৎখ্রে? ॥৩১॥ ভরতনন্দন! দুর্য্যোধন! নংগী থৎজায়গী বিদ্যাশক্তি অদুনা কদোমদা? করিগী ঈশিং মনুংদা হীপ্তনা লেথোকলি। হৌগৎলুনে; ক্ষত্রিয়ধর্ম্ম মতুং ইন্না লাল তৌ ॥৩২॥ ভরতনন্দন! ঐখোয়বু ওমগুনা পৃথিবী পুম্নগী শাসনকর্ত্তা ওইহৌ নত্রগা ঐখোয়গী খুত্তা নথ্‌াই থাদুনা পৃথ্বী লৈমায়থক্ অসিদা তুম্নিংদানা পাক্লিবমখৈ হীপহৌরো ॥৩৩॥ মহারথী অকনবা! বিধাতানা ক্ষত্রিয় নংগী অহোঙবা ধর্ম্ম ওইনা শেম্বরো অদুক মাদুগী মতুং ইন্না শবক তৌ। ঐখোয়বু ওমগুনা পথ্বী পুম্নগী নিংথৌ ওইহৌ ॥৩৪॥

সঞ্জয়না হায়ি:—মহারাজ! বুদ্ধি লৈবা যুধিষ্ঠিরনা অদুম্না হায়রকপদা নচা দুর্য্যো

ন বিদানীমহং মন্যে কার্য্যং যুদ্ধেন কর্হিচিৎ। দ্রোণে কর্ণে চ সংশান্তে নিহতে চ পিতামহে ।৪৫।
অস্ত্বিদানীমিয়ং রাজন্! কেবলা পৃথিবী তব। অসহায়ো হি কো রাজা রাজ্যমিচ্ছেৎ প্রশাসিতুম্ ।৪৬।
সুহৃদস্তাদৃশান্ হত্ব পুত্রান ভ্রাতৃ নপি। ভবতিশ্চ হৃতে রাজ্যে কো নু জীবেত মাদৃশঃ ।৪৭।
অহং বনং গমিষ্যামি হ্যজিনৈঃ প্রতিবাসিতঃ। রতিহি নাস্তি মে রাজ্যে হতপক্ষস্য ভারত! ।৪৮।
হতবান্ধবভূয়িষ্ঠা হতাশ্বা হতকুঞ্জরা। এষা তে পৃথিবী রাজন্! ভুঙ্ক্ষ্বৈনাং বিগতজ্বরঃ ।৪৯।
বনমেব গমিষ্যামি বসানো মৃগচর্ম্মণী। ন হি মে নির্জনস্যাস্তি জীবিতেহদ্য স্পৃহা বিভো! ।৫০।
গচ্ছ ত্বং ত্বং ভুঙ্ক্ষ্ব রাজেন্দ্র! পৃথিবীং নিহতেশ্বরাম্। হতযোধাং নষ্টরত্নাং ক্ষীণবপ্রাং যথাসুখম্ ।৫১।

## সঞ্জয় উবাচ।

দুর্য্যোধনং তব সুতং সলিলস্থং মহাযশাঃ। শ্রুত্বা তু করুণং বাক্যমভাষত যুধিষ্ঠিরঃ ।৫২।

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

আর্ত্তপ্রলাপান্মা তাত! সলিলস্থঃ প্রভাষিথাঃ। নৈতন্মনসি মে রাজন্! বাশিতং শকুনেরিব ।৫৩।

---

লান্দা নিংথৌ নহাকপু জয় তৌগে হায়না আশা তৌ'র ॥৪৪॥ অহবু, দ্রোন কর্ন অনিনা শিগ্রবসিদা অহগা ইবুধৌ ভীষ্মনা শৈর্য্যাবস্ত চেপতুনা লৈগ্রবসিদা লাল শেংরবগী কঙ্খবা অম লৈত্র হায়বসি ঐ লম্বা খংদে ॥৪৫॥ নিংথৌ! নহাক পৃথিবী অসিগী মপু ওইবিয়ু। সহায় উপায় মচা মগু লৈত্রবা কনানা লৈপাক পামগান ! ॥৪৬॥ নখোয়না শাগে নাইত্তে, মরুপ মপাং ঈচৌন ঈনাও, ঈপা ঈতাল লোইনা হাৎপগ্রবা ঐগুম্বা কনানা জগৎ অসিদা হিংদুনা লৈনিংগদগে ? ॥৪৭॥ ভরতনন্দন ঐগী পক্ষগী মী পুম্বা লোইনা হাৎখ্রে। অদুনা ঐ হৌজিক লৈপাক পামদ্রে। অহনা শজি মউন শেত্তনা বনবাসী ওইগ্রগে ॥৪৮॥ নিংথৌ! মরুপ অকনবা কৃয়া কয়া হাৎখ্রে, শগোল শামু কয়া কয়া মুৎখ্রে। অদুনা নহাকী ওইরবা লৈপাক অসে ঈাহত হাওবগুম তৌরু। অহন য়াম্না মকালম্না লৈপাক অসিগী মপু ওইবিয়ু। ॥৪৯॥ নিংথৌ! ঐদি কৈ শজী মউন শেত্তনা বন চৎখ্রগে। মরমদি ঐগীদমক কপ্রি রাবিহৌনবা কনা অমত লৈরোদ্রে, য়াম্না রাই শংলে হিংবকাও হিংনিংদ্রে ॥৫০॥

নিংথৌ অখোইবা! পৃথিবী অসিগী অকনবা নিংথৌ মথৈ শিখ্রে। লাম্নী কয়া কয়া হাৎখ্রে। সনা লুপা মাণ মুক্তা লোইনা তুমখ্রে। মহৈমরোংনা চুম্নবা লৌবুক্‌ কয়া কয়া মরুভূমি ওইখ্রে। অদুনা লেংত্তো, অসিগুম্বা পৃথিবী অসিগী মপু য়াম্ন খুম্না তুশিংনা ওইবিরুরো ॥৫১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! মিংচৎ চাউরবা যুধিষ্ঠিরনা ঈশিংদ লৈরিবা, নচা ঈবুঙো দুর্য্যোধনগী দুংশি দুংত্তোনবা বাশি তাবদা অসুম্না হায়রকই:—॥৫২॥ ঈবুঙো! দুর্য্যোধন! ঈশিং মনুংদা লৈরুনা ত্তোম্বা নাওইগনু। মরমদি শকুন পাম্বা উচেক্না দুংশিনা খোক্লাউবগুম্বা বাহৈনা

যদি চাপি সমর্থঃ স্যাস্ত্বং দানায় সুযোধন ! । নাহমিচ্ছেয়মবনিং ত্বয়া দত্তাং প্রশাসিতুম্ ।৫৪।
অধর্ম্মেণ ন গৃহ্লীয়াং ত্বয়া দত্তাং মহীমিমাম্ । নহি ধর্ম্মঃ স্মৃতো রাজন্ ! ক্ষত্রিয়স্য প্রতিগ্রহঃ ।৫৫।
ত্বয়া দত্তাং ন চেচ্ছেয়ং পৃথিবীমখিলামহম্ । ত্বান্তু যু'' ''নির্জিত্য ভোক্তাস্মি বসুধামিমাম্ ।৫৬।
অনীশ্বরশ্চ পৃথিবীং কথং ত্বং দাতুমিচ্ছসি । ত্বয়েয়ং পৃথিবী !'' ; ! কিন্ন দত্তা তদৈব হি ।
ধর্ম্মতো যাচমানানাং শমার্থঞ্চ কুলস্য নঃ ।৫৭।
বার্ষ্ণেয়ং প্রথমং রাজন্ ! প্রত্যাখ্যায় মহাবলম্ । কিমিদানীং দদাসি ত্বং কো হি তে চিত্তবিভ্রমঃ ।৫৮।
অভিযুক্তস্তু কো রাজা দাতুমিচ্ছেদ্ধি মেদিনীম্ । ন ত্বমদ্য মহীং দাতুমীশঃ কৌরবনন্দন ! ।৫৯।
আচ্ছেত্তুং বা বলাদ্রাজন্ । স কথং দাতুমিচ্ছসি । মাং তু নির্জিত্য সংগ্রামে পালয়েমাং বসুন্ধরাম্ ।৬০।
সূচ্যগ্রেণাপি যদ্ভূমিরপি ধ্রীয়েত ভারত ! । তন্মাত্রমপি চেন্মহ্যং ন দদাতি পুরা ভবান্ ।৬১।
স কথং পৃথিবীমেতাং প্রদদাসি বিশাংপতে ! । সূচ্যগ্রং নাত্যজঃ পূর্ব্বং স কথং ত্যজসি ক্ষিতিম্ ।৬২।
(যুগ্মকম্)

---

নহাক্না পীথোকপা লৈপাকসে ঐ পামদে ॥৫৩॥ দুর্য্যোধন ! করিগুম্বা নহাক্না লৈপাক্সি পীথোকপা ঙম্লবস্য ঐ মীনা পীবা লৈপাক্ হৌজিক্ পামদ্রে ॥৫৪॥ নিংথৌ ! ধর্ম্ম কায়না নংনা পীব লৈপাক্ ঐ লৌবে ই । মরমদি ক্ষত্রিয় হৃরবসিগী মকমদগী মীনা দান লৌবা হায়বসে স্মৃতি শাস্ত্রনা হায়দে ॥৫৫॥ নংনা পীবা লৈপাক্ ঐ ভোগ তৌরোই । নংবু ঙম্লগা চাংলগা লৈপাক্ অসি পাজম্না নভোন্দগী লৌগনি ॥৫৬॥ দুর্য্যোধন ! নংদি পাকচাউরবা লৈপাক্ অসিগী মপুনি । হৌজিক নংনা মাসিবু মীওন্দা করিগীদমক্ পীথোকনীওলিবনো ? করে, মাসি লৈখিসনু : ঐ রা অমত হংগে মমাঙদা পৃথিবীগী নিংথৌ প্রজাপুম্নমক্কী মঙলগীদমক্ ঐনভোন্দা লৈপাক্ নিবা মতমদা নংনা করিগীদমক্ পীথিদবগে ? ॥৫৭॥

নিংথৌ ! নংনা অহানবদা সন্ধি তৌনবা লাকপা কৃষ্ণগী রাবু য়াদত্বনা লৈপাক পীরোই হায়খিবা নংনা হৌজিক করিগী অমুক লৈপাকসি পীথোকনীওলকলি ? অমেম্না লৈতবা নংগী চনীও ভাদবা মতৌসে উবদা পুমঙক ওকথে ॥৫৮॥ কৌরব নন্দন ! কনাগুম্বা অমনা আক্রমণ তৌরক্লবদা লৈপাক পীথোকদৌবসি করম্বা নিংথৌননো ? অদুগা লৈপাক অসিদি নংনা অমদা পীগে হায়বস্থ ঙম্বা পোৎ নত্তে ॥৫৯॥ নিংথৌ ! নংনা মমাঙউদা ঐথোয়দগী লৈপাক অসি বলাৎকার তৌদুনা লৌগে হল্লম্মি । অদুগুম্বা লৈপাকপু নংনা হৌজিক অমদা পীথোকনীওলিবসি করিগীনো ? কায়দে, লাও, মং ঐবু ঙমদুনা নিংথৌ ওইনু চোংথোয়কউ ॥৬০॥ কুরুনন্দন ! লাঙ নত্তুনা য়েত্তুম্ মচীন্না পকপা লৈমীক অম কাওবা পীরোই হায়খিবা নংনা করিগী অদুক হৌজিক পালরাওদনা লৈপাক পুম্বা লোইনা পীথোকদৌরিবনো ? নিংথৌ ! য়েত্তুমগী মচীন্নদা পকপা

এবমৈশ্বর্য্যমাসাদ্য প্রশাস্য পৃথিবীমিমাম্। কো হি মূঢো ব্যবস্যেত শত্রোর্দাতুং বসুন্ধরাম্ ।৬৩।
ত্বং কেবলমৌর্খ্যেণ বিমূঢো নাববুধ্যসে পৃথিবীং দাতুকামোঽপি জীবিতেন বিয়োক্ষ্যসে ।৬৪।
অস্মান্ বা ত্বং পরাজিত্য প্রশাধি পৃথিবীমিমাম্। অথবা নিহতোঽস্মাভির্ব্রজ লোকাননুত্তমান্ ।৬৫।
আবয়োর্জীবতো রাজন্! ময়ি চ ত্বয়ি চ ধ্রুবম্। সংশয়ঃ সর্ব্বভূতানাং বিজয়ে নো ভবিষ্যতি ।৬৬।
জীবিতং তব দুষ্প্রজ্ঞ! ময়ি সংপ্রতি বর্ত্ততে। জীবয়েয়ং ত্বহং কামং ন তু ত্বং জীবিতুং ক্ষমঃ ।৬৭।
দহনে হি কৃতো যত্নস্ত্বয়াস্মাসু বিশেষতঃ। আশীবিষৈর্বিষৈশ্চাপি জলে চাপি প্রবেশনৈঃ ॥৬৮॥
ত্বয়া বিনিকৃতা রাজন্! রাজ্যস্য হরণেন চ। অপ্রিয়াণাঞ্চ বচনৈর্দ্রৌপদ্যাঃ কর্ষণেন চ ॥৬৯॥
এতস্মাৎ কারণাৎ পাপ! জীবিতং তে ন বিদ্যতে। উত্তিষ্ঠোত্তিষ্ঠ যুধ্যস্ব তত্তে শ্রেয়ো ভবিষ্যতি ॥৭০॥
এবন্তু বিবিধা বাচো জয়যুক্তাঃ পুনঃ পুনঃ। কীর্ত্তয়ন্তি স্ম তে বীরাস্তত্র তত্র জনাধিপ! ॥৭১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
হ্রদপ্রবেশে দুর্য্যোধনভর্ৎসনে ঊনত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

—:-•-:—

লৈপাক মরীক অম কাওবা পীথোকনীঙাথদবা নংনা হৌজিক লৈপাক মপুম আসম্না মীতোঙ্দা পীথোকদোরিবনো? ॥৬১—৬২॥ অসিগুম্বা সম্পত্তিবু ফংলগা মীতোঙ্দা তরাই তরাইনা পীথোকপসিবু কনম্বা অপঙবনা তৌগদগে? ॥৬৩॥

অদুগা নং গুমহৎপগুম্বা অমম্ম তৌরে মাদুদিঃ— ঐতোঙ্দা লৈপাক পীথোক্লগা ঈথুঙগী হিংবা হিংনা নাত্থোকখিগনি হায়নম্ম খনবা শাদ্রি ॥৬৪॥ ওমগা ঐবু অম তৌদুনা নিংথৌ ওইদুনা, নত্রগা ঈথুত্তা নথাই পীথোক্লমলগা স্বর্গ কংজখো ॥৬৫॥ নিংথৌ! নং ঐ অনীমক্ হিংলনা লৈহৌরবদি কনানবু শুম্শ্রবনো হায়না অগৎনা ভুং কাওবা চিংনহৌরনি ॥৬৬॥ কত্রবা দুর্য্যোধন হৌজিক নংগী পুনশিসে ঐগী ঈথুবাক্তা লৈরবনি। ঐনা নংবু কনগে হায়রবদি কনবা ওমগনি অদুবু নংগুম্বাসি অগৎত্তা হিংদুনা লৈবগী কম্মিমত্তা কাম্রবা লৈতে হিংলনা লৈবম্ম মতীক চাদে ॥৬৭॥ মরমদি পাপী নংনা; চাগী মম মৈ থাখিবা, লিলনা চীকহনখিবা হু পীজখিবা; ঈশংদা থাদখিবা— অসুক্ রাম্বা পাপ কর্ম্ম নহাক্না মথং মথং তৌখি ॥৬৮॥ নিংথৌ! মংনা লৈপাকপুম্ম লৌনরা মুনবা, সভাদা মচোম্পাক্ নাইদনা ডাওবা, দ্রৌপদীবু সভা মরামদা ঈকাম্রবা পীখিবা— অসুক রাম্বা থবকশিং অসি নংনা তৌখ্রবনি ॥৬৯॥ হে! পাপী! নং হৌজিক হিংলনা লৈবগী কাম্রবা লৈত্রে। কাথৎলকউ! থোরকউ! লাল তৌ! শিবতনা নংগী মঙ্গল ওইরগনি ॥৭০॥ মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! পাণ্ডবশিংনা মতৌ অসুম্না অমাকপা রাইহৈশিং অসি নচাইমুতো দুর্য্যোধনদা হায়খি ॥৭১॥

মহম অসিনা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা হ্রদপ্রবেশী মমুক্তা দুর্য্যোধনভর্ৎসনা গী কুনমাপলগবা অধ্যায় লোইরে ॥

## সঞ্জয় উবাচ।

তর্জ্যমানস্তথা রাজন্! উদকস্থস্তবাত্মজঃ। যুধিষ্ঠিরেণ রাজেন্দ্র। ভ্রাতৃভিঃ সহিতেন হ ।৭।
শ্রুত্বা স কটুকা বাচো বিষমস্থো জনাধিপঃ। দীর্ঘমুষ্ণঞ্চ নিশ্বস্য সলিলস্থঃ পুনঃ পুনঃ ।৮।
সলিলান্তর্গতো রাজা ধুন্বন্ হস্তৌ পুনঃ পুনঃ। মনশ্চকার যুদ্ধায় রাজানঞ্চাভ্যভাষত ।৯।

(বিশেষকম্)

## দুর্য্যোধন উবাচ।

যূয়ং সসুহৃদঃ পার্থাঃ সর্বে সরথবাহনাঃ। অহমেকঃ পরিদ্যূনো বিরথো হতবাহনঃ ।১০।
আত্তশস্ত্রৈ রথগতৈর্বহুভিঃ পরিবারিতঃ। কথমেকঃ পদাতিঃ সন্নশস্ত্রো যোদ্ধুমুৎসহে ।১১।
একৈকশশ্চ মাং যূয়ং যোধয়ধ্বং যুধিষ্ঠির!। ন হ্যেকো বহুভির্বীরৈর্ন্যায্যো যোধয়িতুং যুধি ।১২।
বিশেষতো বিকবচঃ শ্রান্তশ্চাপৎসমাশ্রিতঃ। ভৃশং বিক্ষতগাত্রশ্চ শ্রান্তবাহনসৈনিকাঃ ।১৩।
ন মে ত্বত্তো ভয়ং রাজন্। ন চ পার্থাদ্বৃকোদরাৎ। ফাল্গুনাদ্বাসুদেবাদ্বা পাঞ্চালেভ্যোঽথবা পুনঃ ।১৪।
যমাভ্যাং যুযুধানাদ্বা যে চান্যে তব সৈনিকাঃ। একঃ সর্বানহং ক্রুদ্ধো বারয়িষ্যে যুধি স্থিতঃ ।১৫।

(যুগ্মকম্)

---

অথোইবা! মনাওশিংগা লোয়ননা যুধিষ্ঠীরনা নচা ঈবুংঙো দুর্য্যোধনদা খীনা খীনা হায়রক্লবদা অয় বদা তায়বা তোকপ খঙক্লবা দুর্যোধননা ঈশিং মনুংদা লৈনা লৈনা শায়বা নুংশা থোয় মাপ শাংনা শাংনা হোন্দুনা লাম্ন্থোংনগে হায়না খল্লে। ঈশিং মনুংদা লেপনা লেপনা মখুৎ অনি তিংথোকতুনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম হায়রকই :— ॥ ৭ — ৯ ॥ দুর্যোধননা হায় :— নিংথৌ! নখোয়গীদি সহায় উপায় লাম্মী শগোল শামু খুৎসু খুনায়না পীক খম্না লৈরি। অদুগা ঐগীদী ইথত্তনি শাদোং লৈতে, রথ লৈতে, খুৎসু খুৎলায় লৈতে, শগোলসু লোইনা হাৎখ্রে ॥ ১০ ॥ খুৎলায় পায়বা, রথ তোংবা রথী শিংনা ঈকোয় কোয়শিনখ্রবদা ইথত্তনা খোঙমি অথ ওইনা খুৎলায় ঈয়াও য়াওদনা করম হায়না লান্থেংনবা ওমগদৌরিবনো? ॥ ১১ ॥ মহারাজ! নখোয় মতা অসিগী মপুংদা অমমম চোংথোক্ত্না ঐগা থেংনসি। মরমদি লান্দা অমত্তগা মরামগা নাকপাক তাহনা লান্থেংনবা হৌনদে ॥ ১২ ॥ অসিগী মথক্তা ঐগীদি লালফুরিৎ য়াওদে, রথ লৈত্তে, যায়সু চোকথরবনি হকচাং অসি ঈ হিং নাহিং শানা ঈহো হোগায়রে ঐগী লান্মি অমঅনী লৈহৌরিবসিসু হোপৎপা ওমদবরৈ চোকথরবনি ॥ ১৩ ॥ নিংথৌ! নণাযক তাঁব, অর্জ্জুন্ নকুল, সহদেব, সত্যকি অমদি লৈরিবা লান্মি পুম্নমক শিংসিগী মপুংদা ঐ কনা অমত্ত কিবা লৈত্তে। শাউরবা ঐ ঈখোম্না হায়রিব্রিঙলিবু ক্লাবথোকপা ওইগনি ॥ ১৪—১৫ ॥ অহৌ, নিংথৌ! অগৎ

ধর্ম্মমূলা সতাং কীর্ত্তির্মনুষ্যাণাং জনাধিপ।। ধর্ম্মঞ্চৈবেহ কীর্ত্তিঞ্চ পালয়ন্ প্রব্রবীম্যহম্ ।১৬।
অহমুত্থায় বঃ সর্ব্বান্ প্রতিযোৎস্যামি সংযুগে। অনুগত্যাগতান্ সর্ব্বানৃতূন্ সংবৎসরো যথা ।১৭।
অত্র বঃ সরথান্ সাশ্বানশস্ত্রো বিরথোঽপি সন্। নক্ষত্রাণীব সর্ব্বাণি সবিতা রাত্রিসংক্ষয়ে।
তেজসা নাশয়িষ্যামি স্থিরীভবত পাণ্ডবাঃ ।১৮।
অদ্যানৃণ্যং গমিষ্যামি ক্ষত্রিয়াণাং যশস্বিনাম্। বাহ্লীকদ্রোণভীষ্মাণাং কর্ণস্য চ মহাত্মনঃ ।১৯।
জয়দ্রথস্য শূরস্য ভগদত্তস্য চোভয়োঃ। মদ্ররাজস্য শল্যস্য ভূরিশ্রবস এব চ ।২০।
পুত্রাণাং ভরতশ্রেষ্ঠ! শকুনেঃ সৌবলস্য চ। মিত্রাণাং সুহৃদাঞ্চৈব বান্ধবানাং তথৈব চ ।২১।
আনৃণ্যংস্তু গচ্ছামি হত্বা ত্বাং স্বভ্রাতৃভিঃ সহ। এতাবদুক্ত্বা বচনং বিররাম জনাধিপঃ ।২২।
(বিশেষকম্)

## যুধিষ্ঠির উবাচ

দিষ্ট্যা ত্বমপি জানীষে ক্ষত্রধর্ম্মং সুযোধন!। দিষ্ট্যা তে বর্ত্ততে বুদ্ধির্যুদ্ধায়ৈব মহাভুজ! ।২৩।
দিষ্ট্যা শূরোঽসি কৌরব্য! দিষ্ট্যা জানাসি সঙ্গরম্। যস্ত্বমেকো হি নঃ সর্ব্বান্ সংযুগে যোদ্ধুমিচ্ছসি ।২৪।
এক একেন সঙ্গম্য যত্তে সম্মতমায়ুধম্। তত্ত্বমাদায় যুধ্যস্ব প্রেক্ষকাস্তে বয়ং স্থিতাঃ ।২৫।

---

অসিদা তাবং মীওইবগী মিংচৎকী মরুদি ধর্ম্মনি। অদুনা ঐনা থম হায়রম্বিবসে অদুওবা ধর্ম্ম অমদী মিংচৎকীদমক্তনি ॥ ১৬ ॥ পাণ্ডুনন্দন! য়াম্বুং নিংথৌ! চহি কোবা মহাক্না মতোম্ম চত্তকপা ঋতুশিংবু মথং মথং লাম লামহুনা লৌশিনবদুওমনা ঐমু ঈশিং মপুংদগী কাথৎলক্লগা লৈরিবা মকমসিগী মপুংদা অমমমত হকথেংনবা থেংনবা ওমগনি। অদুনা অদুম্না ঐ লাম্থেংনগে ॥ ১৭ ॥ পাণ্ডবশা! অহিংনা ডাক্লবদা সুমিৎকী মতাম্না থবামিচাক পুম্নমকী মতানবু মাঙহনরূহুওম্না ঐনা থুংলায় রথনাচংব য়াওত্রবা কাওবদা ঈশা ঈথত্তগী শক্তিনা মথী ওইরবা নিংথৌ নচিন্নাওশিংবু মাংহনগে। মরাম শেম শাবিরো ॥ ১৮ ॥ ঙসি ঐনা মিংচৎ চাওরবা ক্ষত্রিয়শিংবু অদুগা বাহ্লীক দ্রোন, ভীষ্ম অদুগা মহাত্মা কর্ণবু হাৎখিবদুগী লমন শিংলমগে ॥ ১৯ ॥ ভরত শাগৈগী অথোয়বা য়াম্বুং নিংথৌ। ঐনা ঙসি মনাওশিংগা লোয়ননা নিংথৌ নংবু হাৎলগা কল্লবা জয়দ্রথ ভগদত্ত মদ্ররাজ শল্য ভূরিশ্রবা ঈচাশিং, সুবলনন্দন শকুনি, মরূপ মপাংশিং শাগৈ নাত্তৈশিংবু হাৎখিবদুগী লমন থুমগে অদুগা মথোয়গী লমন শিংগে। য়াকৈশিং অসি হায়রগা দুর্য্যোধন ভূমিদা লৈখি ॥ ২০—২২ ॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়রঃ - অকনবা দুর্য্যোধন। লাইবক ফবনা মহাক্না ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মবু হৌজিক মশক য়ুম্না খঙলে খুংঙাইয়ে। ক্ষত্রিয় নহাক্কী বুদ্ধি লানথোক্কদা মায় ওনশিল্লকলে য়াম্না ফুংঙাইয়ে ॥ ২৩ ॥ কৌরবনন্দন। লাইবক ফবনা থাকৈ শেংবা ফনবা হায়বদু ওইয়ে। নশা নথত্তনা ঐখোয় ময়ামগা থেংনগে হায়না খল্লে মসিদু এখোয়ে ঈচিন ঈনাওগী লাইবক ফবনি ॥ ২৪ ॥ নংনা পাম্বা খুৎলাইনা মহাক ঐখোয়গী মপুংদা অমম্মগা থেংনৌ। লৈহৌবা ঐখোয়না লানগী ভাবক ওইগনি ॥ ২৫ ॥ অকনবা ঐ নত্তোম্দা বা অমা

অয়মিষ্টঞ্চ তে কামং বীর! ভূয়ো দদাম্যহম্। হত্বৈকং ভব নো রাজা হতো বা স্বর্গমাপ্নুহি ॥২৬॥

## দুর্য্যোধন উবাচ

একশ্চেদ্‌যোদ্ধুমাক্রন্দে শূরোঽদ্য মম দীয়তাম্। আয়ুধানামিয়ঞ্চাপি বৃতা ত্বৎসম্মতে গদা ॥২৭॥

হন্তৈকং ভবতামেকঃ শক্যং মাং যোঽভিমন্যতে। পদাতির্গদয়া সংখ্যে স যুধ্যতু ময়া সহ ॥২৮॥

বৃত্তানি রথযুদ্ধানি বিচিত্রাণি পদে পদে। ইদমেকং গদাযুদ্ধং ভবত্বদ্যাদ্ভুতং মহৎ ॥২৯॥

অস্ত্রাণামপি পর্য্যায়ং কর্ত্তুমিচ্ছন্তি মানবাঃ। যুদ্ধানামপি পর্য্যায়ো ভবত্বনুমতে তব ॥৩০॥

গদয়া ত্বাং মহাবাহো! বিজেষ্যামি সহানুজম্। পাঞ্চালান্ সৃঞ্জয়াংশ্চৈব যে চান্যে তব সৈনিকাঃ।
নহি মে সম্ভ্রমো জাতু শক্রাদপি যুধিষ্ঠির! ॥৩১॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ

উত্তিষ্ঠোত্তিষ্ঠ গান্ধারে! মাং যোধয় সুযোধন!। এক একেন সঙ্গম্য সংযুগে গদয়া বলী ॥৩২॥

পুরুষো ভব গান্ধারে! যুধ্যস্ব সুসমাহিতঃ। অদ্য তে জীবিতং নাস্তি যদ্যপীন্দ্রোঽপি তবাশ্রয়ঃ ॥৩৩॥

## সঞ্জয় উবাচ।

এতৎ স নরশার্দ্দূলো নামৃষ্যত তবাত্মজঃ। সলিলান্তর্গতঃ শ্বভ্রে মহানাগ ইব শ্বসন্ ॥৩৪॥

---

হায়রিগে, নং ঐখোয় মধাগী মনুংদা অমত্তংবু হেক হাৎপদা নিংথৌ ওইয়ু। নত্রগা থরাই থা-মম্লগা স্বর্গ কাখো ॥২৬॥ দুর্য্যোধননা হায় মহারাজ। করে অমমমগা থেংনবা তারবদি মধাগী মনুংদা অকনবা অমত্তং থল্লগা মাগা থেংনগে।

ঐনা গদাবু ঐগী খুলায়নি হায়না খল্লে। গদাযুদ্ধ তৌব তাবে ॥২৭॥ নিংথৌ নচীরনাও-শিংগী মনুংদা গদাযুদ্ধদা ঐগা লাম্বা চায় হায়বচু খন্দোক্পিরকউ; মাগা থেংনগে ॥২৮॥ অহানবা অতক অতকপা রথগী লালমক্ত থোকখ্রে। অদুনা অকোনবসিদা অতকপা গদাযুদ্ধ অম থোক্লসনু ॥২৯॥ মী ময়াম্বনা চাগদোবগী কয়থ্রবদা নিপা অমতনা চাক্ য়েঙ্লাং য়েনবহুগুম্না অমমম্তপা ঐগা থেংনবা ওইরসনু ॥৩০॥ অকনবা, কুন্তীনন্দন। ঐনা গদাতনা ননাওশিংগা লোয়ননা নিংথৌ নহাকপু, পাঞ্চাল অমদি সৃঞ্জয়শিংবু অদুগা নখোয়গী লৈনিবা লাম্মীশিংবু জয় তৌগে। ঐ হৌজিক ইন্দ্রমকপু কিদে ॥৩১॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— গান্ধারীনন্দন, দুর্য্যোধন করে ঊশিংকগী কাখৎলকউ, নংগী গদাযুদ্ধদো অহানবদা ঐমকা তৌ ॥৩২॥ গান্ধারীনন্দন। নিপামিচো, চেকশিন্না থেংনৌ। ইন্দ্রমকা নহাকী সহায় তৌরবসু ওসিদি নহাকী পুনশিগী অরোইবা দুখিথনি ॥৩৩॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ। নচাঈবুত্তো, ঈশিংদা লৈরিবা দুর্য্যোধননা মপুম্বা লৈবা শাউরবা লিমা ভুংশামগী ফুইনা ফুইমা হোনবগুম্, যুধিষ্ঠিরনা হায়রিবা বাসি তাম্বনা থাজনা লৈবা তম্বকখ্রে ॥৩৪॥ নিংথৌ। মরিল লৈবা শগোল শাজৈ চাহনা থাজম্না

তথাসৌ বাক্প্রতোদেন তুদ্যমানঃ পুনঃ পুনঃ। সহতো ন মমৃষে রাজন্! উত্তমাশ্বঃ কশামিব ॥৩৫॥
সংক্ষোভ্য সলিলং বেগাদ্গদামাদায় বীর্য্যবান্। অদ্রিসারময়ীং গুর্বীং কাঞ্চনাঙ্গদভূষণাম্।
অন্তর্জলাৎ সমুত্তস্থৌ নাগেন্দ্র ইব নিশ্বসন্ ॥৩৬॥
স ভিত্বা স্তম্ভিতং তোয়ং স্কন্ধে কৃত্বায়সীং গদাম্। উদতিষ্ঠত পুত্রস্তে প্রতপন্ রশ্মিবানিব ॥৩৭॥
ততঃ শৈক্যায়সীং গুর্বীং জাতরূপপরিষ্কৃতাম্। গদাং পরামৃশদ্ধীমান্ ধার্ত্তরাষ্ট্রো মহাবলঃ ॥৩৮॥
গদাহস্তন্তু তং দৃষ্ট্বা সশৃঙ্গমিব পর্ব্বতম্। প্রজানামিব সংক্রুদ্ধং শূলপাণিমিব স্থিতম্ ॥৩৯॥
স গদী ভারতো ভাতি প্রতপন্ ভাস্করো যথা। তমুত্তীর্ণং মহাবাহুং গদাহস্তমরিন্দমম্।
মেনিরে সর্ব্বভূতানি দণ্ডপাণিমিবান্তকম্ ॥৪০॥
বজ্রহস্তং যথা শক্রং শূলহস্তং যথা হরম্। দদৃশুঃ সর্ব্বপাঞ্চালাঃ পুত্রং তব জনাধিপ ॥৪১॥
তমুত্তীর্ণন্তু সংপ্রেক্ষ্য সমহৃষ্যন্ত সর্ব্বশঃ পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবেয়াশ্চ তেঽন্যোন্যস্য তলান্ দদুঃ ॥৪২॥
অবহাসন্তু তং মত্বা পুত্রো দুর্য্যোধনস্তব। উদ্বৃত্য নয়নে ক্রুদ্ধো দিধক্ষুরিব পাণ্ডবান্ ॥৪৩॥
ত্রিশিখাং ভ্রুকুটীং কৃত্বা সন্দষ্টদশনচ্ছদঃ। প্রত্যুবাচ ততস্তান্ বৈ পাণ্ডবান্ সহকেশবান্ ॥৪৪॥
(যুগ্মকম্)

---

লৈবা তম্‌দবগুম্না দুর্যোধন আস যুধিষ্ঠিরগী শাক্তে থাগুম্বা বাহৈশিংসি ভাবদা তুমিন্ন থাওহনা লৈবা ঙম্মকুন্নে ॥৩৫॥ অদুগী তুংদা কল্লবা দুর্যোধন অসি পাৎ অদুগী ঈশিং অদু কন্না ওংলগা য়োংকী চাউরবা গদা অদুবু খুদুম চেংনা পায়দুনা শাউরবা লিন্না মন্না হা হা কাথহনা থোরকপদুগুম্না ঈশিং মনুংদগী চোংথোরকখী ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা কল্লবা, শিংলবা দুর্যোধনবা মথুৎনা মাগী চাউরবা লুম্নবা গদা অদু মখুৎনা শৃং—শৃং নানবা হৌরকই ॥৩৮॥ পাণ্ডবশিংনা চীংদোল য়ান্না লোওবা চীঙগী মতোওম্না অশংকী মথক্তা শাউরবা ত্রিশূল পায়বা রুদ্রগুম্না দুর্যোধননা কাখৎলকপদু উবদা অওকপা কংখি ॥৩৯॥ গদা পায়বা দুর্যোধন অসি মতম অদুবু চান্নবা শায়বা মশেক্ মতান্না থল্লবা দুমিংকুম মশেক্ মতাম পুববল থনখি। মশাথোথ চাউরবা কল্লবা দুর্যোধননা মখুত্তা গদাগা লোয়ননা হৌগৎলকপদু উবদা জন্তুবশিংদুনা মহাকপু মখুত্তা চৈতুপ পায়বা শাউরবা যমরাজগুম্ উখি ॥৪০॥ মহারাজ! পাঞ্চালশিংনা দুর্যোধনবু বজ্র পায়বা ইন্দ্রগুম্, ত্রিশুল পায়বা মহাদেবগুম উখি ॥৪১॥ পাণ্ডবশিং অমদি পাঞ্চালশিংনা দুর্যোধননা ফুক হৌগৎলকপদু উবদা য়াম্না নুংঙাইখি, খুবাক্ প্রোপ্ প্রোপ্ খুই ॥৪২॥ মহারাজ নয়াম্না থাগৎতুনা খুবাক্ খুবহবু দুর্যোধননা নোকহনবোই থজুনা, শাউবনা মমীত্তা ঈ কাম্লনা ঈমুক ভাওলবা মমীৎ অনীদু ভ্রোং ভ্রোং ওনথৎতুনা পাণ্ডবশিংবু চাক্‌থেক্লগে হায়বগী মতাংগ পীওম্ অনী মতেক অহনহন থেক্না শুকোতুনা, মন্না ক্রক ক্রক চৌক্না কৃষ্ণগা পাণ্ডবশিংগা অমুম্না হায়রকই:— ॥৪৩—৪৪॥ দুর্যোধননা হায়ঃ— পাণ্ডবশা! ওহাক্ কায়বে নশোয়

## দুর্য্যোধন উবাচ।

অস্যাবহাসস্য ফলং প্রতিভোক্ষ্যথ পাণ্ডবাঃ। গমিষ্যথ হতাঃ সদ্য সপাঞ্চালা যমক্ষয়ম্ ॥৪৫॥

## সঞ্জয় উবাচ।

উত্থিতশ্চ জলাত্তস্মাৎ পুত্রো দুর্য্যোধনস্তব। অতিষ্ঠত গদাপাণী রুধিরেণ সমুক্ষিতঃ ॥৪৬॥
তস্য শোণিতদিগ্ধস্য সলিলেন সমুক্ষিতম্। শরীরং স্ম তদা ভাতি স্রবন্নিব মহীধরঃ ॥৪৭॥
তমুদ্যতগদং বীরং মেনিরে তত্র পাণ্ডবাঃ বৈবস্বতমিব ক্রুদ্ধং শূলপাণিমিব স্থিতম্ ॥৪৮॥
স মেঘনিনদো হর্ষান্নর্দন্নিব চ গোবৃষঃ। আজুহাব ততঃ পার্থান্ গদয়া যুধি বীর্য্যবান্ ॥৪৯॥

## দুর্য্যোধন উবাচ

একৈকেন চ মাং যূয়মাসীদত যুধিষ্ঠির।। ন হ্যেকো বহুভির্ন্যায্যো বীরো যোধয়িতুং যুধি ॥৫০॥
ন্যস্তবর্ম্মা বিশেষেণ শ্রান্তশ্চাপ্সু পরিপ্লুতঃ। ভৃশং বিক্ষতগাত্রশ্চ হতবাহনসৈনিকঃ ॥৫১॥
সর্ব্বোপকরণৈর্হীনং বর্ম্মশস্ত্রবিবর্জ্জিতম্। একাকিনং যুধ্যমানং পশ্যন্তু দিবি দেবতাঃ ॥৫২॥
অবশ্যং মহযোদ্ধব্যং সর্ব্বৈরেব ময়া সহ। যুক্তং ন যুক্তমিত্যেতদ্বেৎসি ত্বঞ্চৈব সর্ব্বদা ॥৫৩॥

---

ঐবু নোক্লবা করেম্নবত্তুগী মহৈ শংগদবা। নখোয় ওসিদি পাঞ্চালশিংগা লোয়ননা যমালয় তায় চৎলগদবনি ॥৪৫॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ। নচাঔবুত্তো দুর্য্যোধন অসি ঐশাদু ইহং নাইহং শানা গদা অমু খুদুম চেৎনা পাম্লদুনা চপ হেক্ লেপ্লি ॥৪৬॥ মতম্ অসিদা ঈনা পুখলুপ লুপ্লবা দুর্য্যোধনগী মপা অদু ঈ ক্—ক্ কামথোয়রক্লবা বর্ষাগী তাওলৈনয়বা চীঙলৈবাক্লা থল্লবা চীঙজাও অমগী মতোঙয়া থোইনা নীঙখিজখি ॥৪৭॥

দুর্য্যোধননা গদা পাম্লদুনা চপ হেক লেপ্লদুদা পাণ্ডবশিংনা মহাকৃপু দণ্ড পায়বা অমরাজ, বজ্র পায়বা মহাদেবমক্ ওইরবয়ে হায়না থল্লুরে ॥৪৮ অসিগী ভুংদা কল্লবা দুর্য্যোধননা শঙ্খাও অমগী মতোঙয়া ওংদুনা গদা অদু উত্তুনা য়ায় মথাই হয়াউনা ফুইনা হোবা নোংগী থোয়-উগী মতোঙয়া য়ায়া হোনা পাণ্ডবশিংদা কনানো থোয়কুউ লাউ হায়না শীংনরকলে ॥৪৯॥ দুর্য্যোধননা হায়।— যুধিষ্ঠীর। নখোয় মতাগী মরক্তগী মখং মখং অমমম্ ঐত্তোন্দা থাজিল্লকুউ লাও। মরমদি অমগা মরাগা থেংনবা চুমদে ॥৫০॥ অসিগী মথক্তা ঐগীদি লালফুরিৎলু য়াওদে। চোক্থরবনি, ঈশিংনদু ঈশাসি পুমচোৎ চোৎলবনি। চকচাং থোঙখুৎ অসি কোপায় থিনগাইরবনি। অসিগী মথক্তা অমুক্ থোঙমী লাম্মী অমত লৈত্রবনি ॥৫১॥ লালগী মপোৎ মচৈ অমত লৈত্রবা ঐনি পুৎলায় য়াওদনা ঈবক্তগা থেংনগদৌরিবনি। লাল অসে মোংমদোংব্কী লাইরেম্বা লাইরেম্বীশিংনা মরাৎ য়েংনা উরহোরসনু ॥৫২॥ যুধিষ্ঠীর। ঐ নখোয়গী নরক্তা অমত থাক্তনা থেংনদে। অমুক্ মরাক্তা অমতগা থেংনবা হায়বসি চুমদে হায়বদু নংনা খঙজিনরমতায়। ॥৫৩॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ

যা ত্বমিয়ং তব প্রজ্ঞা কথমেকং সুযোধন। যদাভিমন্যুং বহবো জঘ্নুর্যুধি মহারথাঃ ॥৫৪॥

ক্ষত্রধর্ম্মং ভৃশং ক্রূরং নিরপেক্ষং সুনির্ঘৃণম্। অন্যথা তু কথং হন্যুরভিমন্যুং তথাগতম্ ॥৫৫॥

সর্ব্বে ভবন্তো ধর্ম্মজ্ঞাঃ সর্ব্বে শূরাস্তনুত্যজঃ। ন্যায়েন যুধ্যতাং প্রোক্তা শক্রলোকগতিঃ পরাঃ ॥৫৬॥

যদ্যেকস্তু ন হন্তব্যো বহুভির্ধর্ম্ম এব বঃ। তদাভিমন্যুং বহবো নিজঘ্নুস্ত্বন্মতে কথম্ ॥৫৭॥

সর্ব্বো বিমৃশতে জন্তুঃ কৃচ্ছ্রস্থো ধর্ম্মদর্শনম্। পদস্থঃ পিহিতং দ্বারং পরলোকস্য পশ্যতি ॥৫৮॥

আমুঞ্চ কবচং বীর! মূর্দ্ধজান্ যময়স্ব চ। যচ্চান্যদপি তে নাস্তি তদপ্যাদৎস্ব ভারত! ॥৫৯॥

ইমমেকঞ্চ তে কামং বীর! ভূয়ো দদাম্যহম্। পঞ্চানাং পাণ্ডবেয়ানাং যে যুদ্ধেমিহেচ্ছসি ॥৬০॥

তং হত্বা ভব রাজা বৈ হতো বা স্বর্গমাপ্নুহি। ঋতে চ জীবিতাদ্বীর! যুদ্ধে কিং কর্ম্ম তে প্রিয়ম্ ॥৬১॥

## সঞ্জয় উবাচ।

ততস্তব সুতো রাজন্! বর্ম্ম জগ্রাহ কাঞ্চনম্। বিচিত্রঞ্চ শিরস্ত্রাণং জাম্বূনদপরিষ্কৃতম্ ॥৬২॥

---

যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— মহারথী ময়াম্ চণ্ডনা অস্তাং ওইরিবা, মথন্ত ভায়রবা অভিমন্যুবু হাৎখি। মতম অদুদা নহাক্কী অসিগুম্বা ধর্ম্মগী বুদ্ধি অসি কদায়দা লোৎলুই? মতম অদুদা বুদ্ধি অসি কৈদৌনা তৌরমদে? ॥৫৪॥ ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদি য়াম্ন লুবনি কূপ্পনি দুর্য্যোধন। ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদি য়াম্না শাথিবনি। করিগুম্বা অমত্তগা সম্পর্ক থমদবা লালগী তত্ত্বনি। নত্রবদবু অসুনী ওইরবা মহারথীশিং অদুনা মথন্ত ভায়রবা অভিমন্যুবু করিগী হাৎকনি? ॥৫৫॥ মতম্ অদুদা ধর্ম্ম খঙলবা, করুবা মখোয় পুম্নমক্না লান্দা থরাই থাগেহান্না থৌরাং তৌখিবনি। অদুগা ন্যায় চুম্না ধর্ম্মগী মতুং ইন্না লাম্থেংনবা অকনবশিংগী ইন্দ্রলোক অথোইবা গতি ফংবগী রাম্ন ধর্ম্মশাস্ত্রদা মযেক্ লানা ইদুনা লৈ॥৫৬॥ অদুবু; মী অমত্তবু ময়াম্ চণ্ডনা হাৎপসিন্নদি ঐচুম চুমদে। মসিমক্না নখোয়গী অয়েঙ্গা ধর্ম্ম ওইরবদি নখোয় ময়াম চণ্ডনা মথন্ত ভায়রবা অভিমন্যুবু হাৎপিখিবদি করিগীনো? ॥৫৭॥ মী খুদিংমক্ মশা মশানা অরাবা খুদোংথীবদা তায়রবদি ধর্ম্মগী মা হেক্ হেক্ ভাগুকই, ধর্ম্মগী অ শ্রয়দা হেক্ হেক্ চণ্ডকই। নুঙাইরিবৈ মতমদদি পরলোক-কী রাকসি মনাদা হাপ্তে, পরলোককী থোঙবু থিংজিন্দুনা থম্লোকই ॥৫৮॥ ভরতনন্দন! দুর্য্যোধন! লালফুরিৎ খাৎলু নশম্ নলা শেমজিল্লু॥ নংগী লালগী মচাক্ লৈরে হায়বদো— ঐনা রাত্তনা পীগনি ॥৫৯॥ অকনবা! পঞ্চপাণ্ডব ঐখোয় মধ্যগী মরুংদা নংনা লাম্বা ওইনিংবা মীশকুতো ঐ ওইরবস্থ ঐখোয় মধ্যগী মমক্তা অমবু ওইরবসু হায়ু ঐ পীগে ॥৬০॥ অকমবা! ঐখোয় মধ্যাসিগী মরুংদা অমবু নংনা হেক্ হাৎপদা নিংথৌ ওইযু। নত্রগা মাগী মখুত্তা শিরগা স্বর্গ কাখো। শন্না হায়রবদা নংবু ফনবিবা হায়রভুদি নত্তবা নংগী অপাম্বস্থ পীগে হায়ু ॥৬১॥

সোঽয়ং বদ্ধশিরস্ত্রাণঃ শুদ্ধকাঞ্চনবর্ম্মভৃৎ । ব্যরাজ রাজন্ ! পুত্রস্তে কাঞ্চনঃ শৈলরাড়িব ।৬৩।
সন্নদ্ধঃ স গদী ! সজ্জঃ সংগ্রামমূর্দ্ধনি । অব্রবীৎ পাণ্ডবান্ সর্বান্ পুত্রো দুর্য্যোধনস্তব ।৬৪।
ভ্রাতৄণাং ভবতামেকো যুধ্যতাং গদয়া ময়া । সহদেবেন বা যোৎস্যে ভীমেন নকুলেন বা ।৬৫।
অথবা ফাল্গুনেনাদ্য ত্বয়া বা ভরতর্ষভ ।। যোৎস্যেঽহং সমরং প্রাপ্য বিজেষ্যে চ রণাজিরে ।৬৬।
অহমদ্য গমিষ্যামি বৈরস্যান্তং সুদুর্গমম্ । গদয়া পুরুষব্যাঘ্র ! হেমপট্টনিবদ্ধয়া ।৬৭।
গদাযুদ্ধে ন মে কশ্চিৎ সদৃশোঽস্তীতি চিন্তয়ে । গদয়া বো হনিষ্যামি সর্বানেব সমাগতান্ ।৬৮।
ন মে সমর্থাঃ সর্বে বৈ যোদ্ধুং ন্যায়েন কেচন । ন যুক্তমাত্মনা বক্তুমেবং গর্ব্বোদ্ধতং বচঃ ।
অথবা সফলং হ্যেতৎ করিষ্যে ভবতাং পুরঃ ।৬৯।
অস্মিন্ মুহূর্ত্তে সত্যং বা মিথ্যা বৈতদ্ভবিষ্যতি । গৃহ্লাতু চ গদাং যো বৈ যোৎস্যতেঽদ্য ময়া সহ ।৭০।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে যুধিষ্ঠিরদুর্য্যোধনসংবাদে ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।৩০।। *

---

সঞ্জয়না হায় :— মহারাজ ! অদুদগীদি নচাঈবুঙো দুর্য্যোধন অসি মকোক্ত লুহুপ উপথৎলে সনানা হৎলবা লালফুরিৎ লীৎশিল্লে ॥৬২॥ মতম অসিদা সনালুপা ধাতু কয়ানা থল্লবা সুমেরু চীংজাওগী মতৌওয়া দুর্য্যোধন অসি থোইদোক্ত নীঙথিজৈ ॥৬৩॥ মহারাজ ! নচাঈবুঙো দুর্য্যোধন অসি লুহুপ নীঙথিনা উপ্তুনা লালফুরিৎ নীঙথিনা লীতুনা মখুত্তা গদা থুহুম চেৎনা পায়দুনা চপ লেপ্লগা পাণ্ডবশিংদা অসুম্না হায়রকই :—॥৬৪॥ মহারাজ ! যুধিষ্ঠির ! মঙাগী মনুংদগী কনানো চোংথোয়কউ ঐগা থেংনয়সি । সহদেবগয়া, ভীমগয়া নত্রগা নকুলগয়া — থেংনগদবা, থুনা হায় ॥৬৫॥

ভরত শাগৈগী অথোইবা ! অর্জ্জুনগয়া নত্রগা নিংথৌ নশামকয়া হায় ঙসিদি ঐনা শোয়দনা জয় তৌয়গদবনি ॥৬৬॥ নিংথৌ অথোইবা ! নিপা অকনবা ! সনাহৎপা কিয়েৎলবা গদা অসিনা ঐগী থুৎলায় ওইরদুনা নংথোয়গ ঐগা য়েংথিনরিবসে ঙসিদগী কোক্লসনু ॥৬৭॥ ঐনা থল্লি । হৌজিক অসিদা অগত্তা গদাযুদ্ধদা ঐগী ইপা অমকৈত্তে । অদুনা গদা অসিনা নথোয় মঙায়কপু মীকুপ অমদা লোইথোকে ॥৬৮॥ নিংথৌ ! অমত্তগী বাদি লাপ্লবু থবথো, নথোয় মঙায়ক্তা পুল্লগা নত্রগা অমত্তনা ঐবু গদ যুদ্ধদা জয় তৌবা থক য়ামোই । ঐ ঈশানা অসুম্বা য়ানা নাপক তৌবা অদুগা থাগচ্চবসি চুমদে ॥ অদুবু ঐনা নথোয়বু জয় তৌগদৌ-রিবসে নথোয়গী মীৎকী মাঙ মক্তদনি ॥৬৯॥ মীকুপ অমগী মনুংদা ঐগী বাসে অচুম্বনি অয়ানবনি হায়বা খঙলগনি । অদুগা নথোয় মঙাগী মনুংদা ঐগা অহানবদা থেংনগে থনবদো গদা পায়থৎলো ॥৭০॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা লোকলিশিং চামদা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মনুংদা যুধিষ্ঠির দুর্য্যোধন সংবাদগী কুন্থরাঙবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(ভীমগা দুর্য্যোধনগা গাওনবা মতাং)

## একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

কুরুধররামাথোইশুবা অধ্যায়ঃ।

—*—

### সঞ্জয় উবাচ

এবং দুর্য্যোধনে রাজন্! গর্জমানে মুহুর্মুহুঃ। যুধিষ্ঠিরস্য সংক্রুদ্ধো বাসুদেবোঽব্রবীদিদম্ ॥১॥
যদি নাম হ্যয়ং যুদ্ধে বরয়েত্ত্বাং যুধিষ্ঠির!। অর্জ্জুনং নকুলঞ্চৈব সহদেবমথাপি বা ॥২॥
কিমিদং সাহসং রাজন্! ত্বয়া ব্যাহৃতমীদৃশম্। একমেব নিহত্যাজৌ ভব রাজা কুরুষ্বিতি ॥৩॥
এতেন হি কৃতা যোগ্যা বর্ষাণীহ ত্রয়োদশ। আয়সে পুরুষে রাজন্! ভীমসেনজিঘাংসয়া ॥৪॥
কথং নাম ভবেৎ কার্য্যমস্মাভির্ভরতর্ষভ!। সাহসং কৃতবাংস্ত্বং হ্যনুক্রোশান্নৃপোত্তম! ॥৫॥
নান্যমস্যানুপশ্যামি প্রতিযোদ্ধারমাহবে। ঋতে বৃকোদরাৎ পার্থাৎ স চ নাতিকৃতশ্রমঃ ॥৬॥
তদিদং দ্যূতমারব্ধং পুনরেব যথা পুরা। বিষমং শকুনেশ্চৈব তব চৈব বিশাংপতে! ॥৭॥
বলী ভীমঃ সমর্থশ্চ কৃতী রাজা সুযোধনঃ। বলবান্ বা কৃতী বেতি কৃতী রাজন্! বিশিষ্যতে ॥৮॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ! দুর্য্যোধননা অসুম্না হন্না হন্না শীংনরক্লবদা কৃষ্ণনা বাররা শাউনা যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হায়রকই:—॥১॥ ধর্ম্মরাজ! দুর্য্যোধননা করিগুম্বা ধর্ম্ম রাজ মকপু নত্তগা অর্জ্জুনবু নত্তগা নকুল সহদেববু খল্লক্লবদি কমদৌনি? ॥২॥ "ঐখোয়গী মরুংদা কনাগুম্বা অমবু হাৎলবদি নিংথৌ ওইগে" হায়বসি করিগীদমক হায়বিক্লরিবনো? ॥৩॥ মহারাজ! দুর্য্যোধননা ভীমবু অমুক্তং হাৎকে হায়বগীদমক চহীতরা হুমদোই চুপ্পা মাগী য়োংকী গদা অসিনা গদাযুদ্ধ অভ্যাস তৌগ্রবনি ॥৪॥ তরতপাগৈগী অথোইবা মহারাজ! হৌজিক ঐখোয়না মতৌ করম্না থবক অসি পাঙথোক্কনি মহারাজনা। দুর্য্যোধনবু দুঃশি-বিক্লহনা থোনা কনা ওহোকপা রাবু হায়দোকপিক্লয়ে ॥৫॥ ওশিগী লাল অসিদা পৃথানন্দন রাজুং রায়মা ভীমসেন নত্তনা দুর্য্যোধনগী লাথা অমত উবে। ভীমসেন মকম্ গদাযুদ্ধদা দুর্য্যোধনগুম্না অদুক রাম্না অভ্যাস তৌজিবনি ॥৬॥ নিংথৌ! মমাংদা ধর্ম্মরাজনা শকুনিগা চৌথর শীংনক্লবহগুম্না ওসিল্ল মহারাজনা অদোম পুন্দোং থীবা তাননবদো শীনখিরে ॥৭॥ নিংথৌ! চুপ্পি, ভীমসেননা দুর্য্যোধনদগী হেন্না কল্লি। অদুবু খাওহৈবদগী চুইনা থেংনবদু তমখিদবনি ॥ অমত্তু মহারাজ! গদাগী লান্দদি দুর্য্যোধননা ভীমদগী মাক্ল হেন্না হৈবনি। বিক্রমগী থোওদা, অমদি লান্দা কনবযুদি হৈবনা হেনবনি ॥৮॥ অদুনা মহারাজ! থৌনা পুন্দোং তাবা

সোঽয়ং রাজন্! ত্বয়া শত্রুঃ সমে পথি নিবেশিতঃ। ত্বত্তশ্চাপ্যা সুবিষমে কৃচ্ছ্রমাপাদিতা বয়ম্ ॥৯॥
কো নু সর্ব্বান্ বিনির্জ্জিত্য শত্রূনেকেন বৈরিণা। কৃচ্ছ্রপ্রাপ্তে চ তথা হারয়েদ্রাজ্যমাগতম্ ॥১০॥
নহি পশ্যামি তং লোকে যোঽদ্য দুর্য্যোধনং রণে। গদাহস্তং বিজেতুং বৈ শক্তঃ স্যাদমরোঽপি হি ॥১১॥
ন ত্বং ভীমো ন নকুলঃ সহদেবোঽথ ফাল্গুনঃ। জেতুং ন্যায়েন শক্তো বৈ কৃতী রাজা সুযোধনঃ ॥১২॥
স কথং বদসে শত্রুং যুধ্যস্ব গদয়েতি হি। একঞ্চ নো নিহত্যাজৌ ভব রাজেতি ভারত। ॥১৩॥
বৃকোদরং সমাসাদ্য সংশয়ো বিজয়ে হি নঃ। ন্যায়তো যুধ্যমানানাং কৃতী হ্যেষ মহাবলঃ ॥১৪॥
নূনং ন রাজ্যভাগেষা পাণ্ডোঃ কুন্ত্যাশ্চ সন্ততিঃ। অত্যন্তবনবাসায় সৃষ্টা ভৈক্ষায় বা পুনঃ ॥১৫॥

ভীমসেন উবাচ।

মধুসূদন! মা কার্ষীর্বিষাদং যদুনন্দন!। অদ্য পারং গমিষ্যামি বৈরস্য ভৃশদুর্গমম্ ॥১৬॥
অহং সুযোধনং সংখ্যে হনিষ্যামি ন সংশয়ঃ। বিজয়ো বৈ ধ্রুবং কৃষ্ণ! ধর্ম্মরাজস্য দৃশ্যতে ॥১৭॥
অধ্যর্দ্ধেন গুণেনেয়ং গদা গুরুতরা মম। ন তথা ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য মা কার্ষীর্মাধব! ব্যথাম্ ॥১৮॥

---

পীবিরে। মহারাজনা নশাবু খুদেংখৌবদা অমুক থাদবিরে। ॥৯॥ কনবা আশিংবনা য়েক্কব মীয়াম্বু হাৎলগা মীশক অমত্তগী মথুত্তা পরাজয় কংহনা মরৈবাক মাঙহনবা য়াঙ্গ্রবগে? ॥১০॥ ঙসিগী গদাযুদ্ধসিদা গদা খারী দুর্য্যোধনগী লাম্বা ওইগনবসি ঐদি অমৎ অসিগী মথুংদা মী লাইগী মরক্তশু অমত্তবু উত্রে ॥১১॥ ধর্ম্মরাজ নশামক্তা, ভীমসেন, অর্জ্জুন, নকুল সহদেবনা ন্যায়বিধি করাদনা নিয়ম চুম্না তৌনবা গদাযুদ্ধদা দুর্য্যোধনবু অময় তৌবা থক য়ারোই ॥১২॥ অদুনা ভরত নন্দন! "ঐখোয় মত্তাগী মরক অমবু গদাযুদ্ধদা ঙমবদি নিংথৌ ওইয়ু" হায়বসি করিগীদমক হায়বিক্লরিবনো? ॥১৩॥ ভীমসেন থাজোন্দুনা খেংনহল্লকাওবদা ঐখোয়না অময় ওইগনি। ওইরোইদ্রা। হায়বসিশু চিংনরিবনি মরমদি দুর্য্যোধন হায়বসি গাদাগী লাম্বা য়াম্না হৈয়বা শিংলবা মীশক অমনি ॥১৪॥

আঃ অশ্বোকপনি! কুন্তী অমদি পাণ্ডু নিংথৌনা পোকলম্বা মচাশিং লাইবক্তা বিধাতানা লৈপাক কণ্ড, নিংথৌ ওইয়ু হায়বসি তম্মমদ্রখোয়রেকো বিধাতানা পাণ্ডু কুন্তীগী মচাশিংবু পুনসিচুপ্প বন চৎনবা ভীক্ষা নিঙ্গুনা চাননবগীদমক শেম্মমখোয়ে ॥১৫॥ ভীমসেননা হায় যদুনন্দন! কৃষ্ণ থাগনু ঙসিদি ঐ লাকঙমদ্রবা য়েক্কবা ঈপাক কোবা সঙ্গ্রাম অহৌগী চাংকো য়াং-মদা লানথগে ॥১৬॥ কৃষ্ণ! ঙসি গদা যুদ্ধদা ঐ দুর্য্যোধনবু হাৎকে মসিদা কনিমক্তা চিং-নমম্ লৈত্রবনি য়াম্মুং ধর্ম্মরাজনা রাজভোগ কংখিনবগী লক্তি অসে ইহো হোনা উবে ॥১৭॥ ঐগী গদাসে দুর্য্যোধনগী গদাদগী শক্তক অমমম্মুং হেন্না লুখনি। অদুনা কৃষ্ণ! অক্তৈ অতোপ্পা চিনবা অবাবক্তী য়াখল তৌবিগনু ॥১৮॥ জনার্দ্দন ঐগদাগী লাম্বা লানকমদা কুমগে

অনয়া গদয়া চাহং সংযুগে যোদ্ধুমুৎসহে। ভবন্তঃ প্রেক্ষকাঃ সর্বে মম সন্তু জনার্দ্দন! ।১৯।
সামরানপি লোকাংস্ত্রীন্ নানাশস্ত্রধরান্ যুধি। যোধয়েয়ং রণে কৃষ্ণ! কিমুতাস্ত সুযোধনম্ ।২০।

সঞ্জয় উবাচ।

তথা সম্ভাষমাণন্তু বাসুদেবো বৃকোদরম্। হৃষ্টঃ সংপূজয়ামাস বচনঞ্চেদমব্রবীৎ ।২১।
ত্বামাশ্রিত্য মহাবাহো! ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ। নিহতারিঃ স্বকাং দীপ্তাং শ্রিয়ং প্রাপ্তো ন সংশয়ঃ ।২২
ত্বয়া বিনিহতাঃ সর্ব্বে ধার্ত্তরাষ্ট্রসুতা রণে। রাজানো রাজপুত্রাশ্চ নাগাশ্চ বিনিপাতিতাঃ ।২৩।
কলিঙ্গা মাগধাঃ প্রাচ্যা গান্ধারাঃ কুরবস্তথা। ত্বামাসাদ্য মহাযুদ্ধে নিহতাঃ পাণ্ডুনন্দন! ।২৪।
হত্বা দুর্য্যোধনঞ্চাপি প্রযচ্ছোর্ব্বীং সসাগরাম্। ধর্ম্মরাজায় কৌন্তেয় যথা বিষ্ণুঃ শচীপতেঃ ।২৫।
ত্বাঞ্চ প্রাপ্য রণে পাপো ধার্ত্তরাষ্ট্রো বিনঙ্ক্ষ্যতি। ত্বমস্য সক্থিনী ভঙ্‌ক্ত্বা প্রতিজ্ঞাং পালয়িষ্যসি ।২৬।
যত্নেন তু সদা পার্থ! যোদ্ধব্যো ধৃতরাষ্ট্রজঃ। কৃতী চ বলবাংশ্চৈব যুদ্ধশৌণ্ডশ্চ নিত্যদা ।।২৭।।
ততস্তু সাত্যকী রাজন্! পূজয়ামাস পাণ্ডবম্। পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবেয়াশ্চ ধর্ম্মরাজপুরোগমাঃ।
তদ্বচো ভীমসেনস্য সর্ব এবাভ্যপূজয়ন্ ।।২৮।।

---

হায়না থল্লি। মরাম অতৈনা অত্তম ভাবোক ওইদুনা মুন্না কুইশ্ম য়েংবিয়ু ॥ ১৯ ॥ কৃষ্ণ। ঐস্থ লাইরামশিংগা লোয়ননবা খুৎলায় মখল মখল পায়রবা মরোল অহুমগী অকনবশিংগা থেংনবা ঙমগনি। দুর্য্যোধন অত্তগী রাদি করি অমুক হায়গনি ॥ ২০ ॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ ভীমসেনগী য়াসি ফাবদা কৃষ্ণনা য়াম্না নুংঙাইখিদুনা ভীমবু হন্না হন্না থাগৎলগা অসুম্না হায়রকই ॥ ২১ ॥ অকনবা। য়াম্বুং য়াইমা। অকনবা নহাক্কী নপান্দগী ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা য়েক্লবস্থ ঙমদুনা তঙ্গপ তয়েংনা লংলবী রাজলক্ষ্মীবু কংখিদৌরিবনিদো মাসিদা করিমত্তা চিংনকম লৈত্রবনি ॥ ২২ ॥ অকনবা নহাক্না ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু নিংথৌ মচা কয়া কয়াবু হাৎলবনি। শাম্মু কয়া কয়া নথুৎত্তা ফুমশ্রবনি ॥ ২৩ ॥ পাণ্ডুনন্দন! কলিঙ্গ মগধ, প্রাচ্য গান্ধ অমদি কুরুদেশদা লৈবা অকনবা লাম্নী লিশিং লিশিং নথুনাক্তা ফুমশ্রবনি ॥ ২৪ ॥ কুন্তিনন্দন। মমাংদৌদা বিষ্ণুনা দৈত্যদানব কয়া কয়া হাৎলগা ইন্দ্রদা স্বর্গরাজ্যবু পীখিখিবদুম্না অকনবা নহাকস্থ ঙসি দুর্য্যোধনবু হাৎলগা সমুদ্রনা থজবাৎ ওইনা কোয়রিবা পাক চাওরবা লৈপাক অসি য়েক্ক তিংথং লৈহন্দনা নরাম্বুং ধর্ম্মরাজদা কৎলু ॥ ২৫ ॥ পাপি দুর্য্যোধন অসে অকনবা নংগী নথুবাক্তা মথরাম মথারগদবনি। মাগী মথুকউ অনিসি থুদেক্কে হায়না রাশকখিবদো ঙসি থুগু। রাশক অদু ঙাক্লবা তৌ ॥ ২৬ ॥ পৃথানন্দন! অকনবা নহাক্না চাম্না চেকশিন্না দুর্য্যোধনগা থেংনৌ। মরমদী চার্য্যোধন হায়বা নিপাসে গদাগী লাক্কদি য়ম্না থওবনি চৈহিংবনি অহুগা গদাযুদ্ধদা মরাম কাবনি ॥ ২৭ ॥ অসিগী তুংদা সাত্যকিনস্থ ভীমবু থাগৎখি। পাণ্ডবশিং পাঞ্চালশিং অতৈ অতৈনস্থ ভীমগী মওন মথৌনাবু হন্না হন্না থাগৎলকই ॥ ২৮ ॥ মতম অসি

ততো ভীমবলো ভীমো যুধিষ্ঠিরমথাব্রবীৎ । স্বজ্ঞৈঃ সহ তিষ্ঠন্তং তপন্তমিব ভাস্করম্ ॥২৯॥
অহমেতেন সঙ্গম্য সংযুগে যোদ্ধুমুৎসহে । নহি শক্তো রণে জেতুং মামেষ পুরুষাধমঃ ॥৩০॥
অদ্য ক্রোধং বিমোক্ষ্যামি নিহিতং হৃদয়ে ভৃশম্ । সুযোধনে ধার্ত্তরাষ্ট্রে খাণ্ডবেঽগ্নিমিবার্জ্জুনঃ ॥৩১॥
শল্যমদ্যোদ্ধরিষ্যামি তব পাণ্ডব ! হৃচ্ছয়ম্ । নিহত্য গদয়া পাপমদ্য রাজন্ । সুখী ভব ॥৩২॥
অদ্য কীর্ত্তিময়ীং মালাং প্রতিমোক্ষ্যে তবানঘ ! । প্রাণান্ শ্রিয়ঞ্চ রাজ্যঞ্চ মোক্ষ্যতেঽদ্য সুযোধনঃ ॥৩৩॥
রাজা চ ধৃতরাষ্ট্রোঽদ্য শ্রুত্বা পুত্রং ময়া হতম্ । স্মরিষ্যত্যশুভং কর্ম্ম যত্তচ্ছকুনিবুদ্ধিজম্ ॥৩৪॥
ইত্যুক্ত্বা ভরতশ্রেষ্ঠো গদামুদ্যম্য বীর্য্যবান্ উদতিষ্ঠত যুদ্ধায় শক্রো বৃত্রমিবাহ্বয়ন্ ॥৩৫॥
তদাহ্বানমমৃষ্যন্ বৈ তব পুত্রোঽতিবীর্য্যবান্ । প্রত্যুপস্থিত এবাশু মর্ত্তো মত্তমিব দ্বিপম্ ॥৩৬॥
গদাহস্তং তব সুতং যুদ্ধায় সমুপস্থিতম্ দদৃশুঃ পাণ্ডবাঃ সর্ব্বে কৈলাসমিব শৃঙ্গিণম্ ॥৩৭॥
তমেকাকিনমাসাদ্য ধার্ত্তরাষ্ট্রং মহাবলম্ । বিযূথমিব মাতঙ্গং সমহৃষ্যন্ত পাণ্ডবাঃ ॥৩৮॥

---

যুধিষ্ঠির অসি সঞ্জয় লাম্নীশিংগী মরক্তা মশেক মতাম্না থল্লবা ভুমিৎকুম ঊরং লংনা চ'নৃত তানা কমথৈ। যুধিষ্ঠীরয়োমদা ওনশিন্দুং। কল্লপা ভীমসেননা অসুম্না হায়রকই:— ॥ ২৯ ॥ য়াম্বুং মহারাজ। ননাই ঐ দুর্য্যোধনসিগা- অমুক্তং কোম্নগে থোনগে খল্লি। য়াম্বুংব। পাপি অসিনা ঐবু জয় তৌবা, মায়থিবা লিব; থক ওম্মোই ॥ ৩০ ॥ মমাংঙৈদা অর্জ্জুনা ইন্দ্রগী থণ্ডববনবু মৈদা দান তৌখিবগুম্না ওসি ঐস্ত ধৃতর ষ্ট্রগী মচা প পি দুর্য্যোধন অসিগী মথব ক্তা মতম কুইনদগী য়োক্লকপা অশাওবগী মৈ অসি হৈজিনগে ॥ ৩১ ॥ পাবুং মহারাজ পাণ্ডুগী মুংঙাইনকম ওইরবা য়াম্বুং নিংথৌ! ওসি ননাও ভীমনা গদাসিনা পাপীসিবু হাৎলগা য়াম্বুংগী থম্মোয়লাকাদুংদা মতম কুইনদগী ফুমথনা লৈবকপা অরা মুংঙাইতবগী তাশোল ফুক্তোকচগে। মুঙাইনা কুম্মৈ য়েংবিয়ু। প.খৎপিগনু ॥ ৩২ ॥ পাপকি শরুক য়াওব্রবা ঈনিংথৌ! ওসি ননাইনা মিংচৎকি সনরিক পথেংব য়াম্বুংগী গুকশমদা হূকচগে। পাপি অসে ওসি মথ,াই, মরল মথুম, র ক্য সমপত্তি পুম্বা থাদোক্লম্নগা সংসারদগী চৎথ্রগদবনি ॥ ৩৩ ॥ ভীম ঐনা মচা দুর্য্যোধনবু হাৎখ্রে হায়বসি কেক তাবদা মমীৎ উব্রবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র অসি শকুনিগী বুদ্ধিনা ঈথিল্লক,না মশানা তৌখিবা পাপ কর্ম্ম পুম্বা নীঙশিংলকতুনা অনুতাপ তৌরগনি ॥ ৩৪ ॥ রাহৈ অমনিসি হায়রগা ভীমসেন্না ইন্দ্রনা বৃত্রাসুরবু ল্যালকমদা শীংনথুনা কৌথোকপথুগুম্না দুর্য্যোধনবু কৌথোকই। কৌথোকলে হায়রগা মাগী গদা শুথম চেৎনা পায়রগা ফুক হৌগৎলি ॥ ৩৫ ॥ মহারাজ! নচা ঈবুঙো দুর্য্যোধন অসি ভীমনা শীঙনরকপথুদা তাথুনা খাঙম্না লৈবা ওম্মকত্রথুনা ময়ার কারবা শামু লমশা অমনা মমারবা মরাই কারবা শামুদা কুপ্লিল্লকপগুম্না ভীম তম্না প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই ॥ ৩৬ ॥ মতম অসিদা পাণ্ডবশিংনা গদা খাজৎথুনা চঙশিল্লকপা দুর্য্যোধনবু য়াংলবা চিংদোলগা লোয়রকবা কৈলাস চীংজাওগী মতোওম্না উথি ॥ ৩৭ ॥ মতম অমুদা পাণ্ডবশিংনা শামু শরুগী

ন সম্ভ্রমো ন চ ভয়ং ন চ গ্লানির্ন চ ব্যথা। আসীদ্দুর্যোধনস্যাপি স্থিতঃ সিংহ ইবাহবে ॥৩৯॥
সমুদ্যতগদং দৃষ্ট্বা কৈলাসমিব শৃঙ্গিণম্। ভীমসেনস্তদা রাজন্। দুর্যোধনমথাব্রবীৎ ॥৪০॥
রাজ্ঞাপি ধৃতরাষ্ট্রেণ ত্বয়া চাস্মাসু যৎ কৃতম্। স্মর তদ্দুষ্কৃতং কর্ম যদ্বৃত্তং বারণাবতে ॥৪১॥
দ্রৌপদী চ পরিক্লিষ্টা সভামধ্যে রজস্বলা। দ্যূতে যদ্বিজিতো রাজা শকুনের্বুদ্ধিনিশ্চয়াৎ ॥৪২॥
যানি চান্যানি দুষ্টাত্মন্। পাপানি কৃতবানসি। অনাগঃসু চ পার্থেষু তস্য পশ্য মহৎ ফলম্ ॥৪৩॥

( যুগ্মকম্ )

ত্বৎকৃতে নিহতঃ শেতে শরতল্পে মহাযশাঃ। গাঙ্গেয়ো ভরতশ্রেষ্ঠঃ সর্বেষাং নঃ পিতামহঃ ॥৪৪॥
হতো দ্রোণশ্চ কর্ণশ্চ হতঃ শল্যঃ প্রতাপবান্। বৈরস্য চাদিকর্তাসৌ শকুনির্নিহতো যুধি ॥৪৫॥
ভ্রাতরস্তে হতাঃ শূরাঃ পুত্রাশ্চ সহসৈনিকাঃ। রাজানশ্চ হতাঃ শূরাঃ সমরেষ্বনিবর্তিনঃ ॥৪৬॥
এতে চান্যে চ নিহতা বহবঃ ক্ষত্রিয়র্ষভাঃ। প্রাতিকামী তথা পাপো দ্রৌপদ্যাঃ ক্লেশকৃদ্ধতঃ ॥৪৭॥
অবশিষ্টস্ত্বমেবৈকঃ কুলঘ্নোঽধমপুরুষঃ। ত্বামপ্যদ্য হনিষ্যামি গদয়া নাত্র সংশয়ঃ ॥৪৮॥

---

কায়নরব মকোমক নায়তোম ভারবা শামুঙম্বা দুর্য্যোধনবু হকখেংননা ফংবগুদা খোইদোক্লা মু'ঙাহৈবি ॥ ৩৮ ॥ মকম অসিদা ভীমগী তনত্তে, দুর্য্যোধনগী থম্মোয়দসু পাথংপা কেবা, চোকথবা ভয়াং তশোইনবা থক পোক্তে ॥ ৩৯ ॥ মহারাজ! রাংলবা চিংদোলগুম রাং চাউরবা গদাবু থাংজংদুনা চঙশিল্লকপা দুর্যোধনবু উবদা ভীমনা হায়রকই ॥ ৪০ ॥

হে: পাপী! কল্লবা! নংবু পোকপা ধৃতরাষ্ট্র হায়বহুগা নংগনা ঐখোয়বু বরনাবতদা লৈহন্দুনা অরাবা পাখিবদো নীঙশিঙ্ঙু, ॥৪১॥ পুকচেল ফত্রবা! নংনা অহুঙৈ দ্রৌপদীবু মশম্ পায়হনা সভাময়ায়দা চিংশিনহনখিবা, শকুনিগী ফত্রবা বুদ্ধিনা, নমথাক্ লৌনমদা তো হনা মানম্বা চৌবগী পাম্বৈনা ধর্ম্মরাজ য়াম্বুংবু জয় তৌখিবা, ইয়াল লৈত্রবা পাণ্ডব ঐখোয়বু অরাব খুদোংথীবদা হম্না হম্না তাহন্খিবা — মাহুপূম্মক্কী পোলোইদা ওসি থেংজো ॥৪২—৪৩॥ মিংচং চাউরবা, ভরতশাগৈগী নিপা অথোইবা, ঐখোয় ব্যাইগী ঈবুধৌ ওইরবা গঙ্গা নন্দন ভীষ্মনা হৌজিককাওবা তেলগী সৈয্যাথক্তা অরাবা থাডুনা লেল্লিবসি নহাক্ থকগী নত্রা ॥৪৪॥ পাপী নং অমগী দমক্তা দোন, কর্ণ, কল্লবা শল্য অদুগা মেংবিনহল্লিবসিগী মরু ওইবা শকুনিনা থৱাই থাখিবনি ॥৪৫ নংগী কল্লবা মনাওশিংনা, মচাখুশিংনা, লান্দা মমায় ওত্রবা অকনবা নিংথৌ করাকয়ানা শিত্রিবসি নহাক্থকগীনি ॥৪৬॥ অসিনত্তবা ক্ষত্রিয় অকনবা লিশিং লিশিংনা অমগা দ্রৌপদীগী মশম্ মথুংনা পায়হনা চিংশিলহল্লকপা প্রাতিকামীনা শিত্রিবসি নহাকথকগীনি ॥৪৭॥ শাগৈগী মৈতাল অসিবা। পাপী! শাগৈবু নির্ব'ংশ ওইনা মুংহনবা নংত মতায়রোবে লেমহৌরিবা। লেমহৌরিব নং ফ সিমুহ গদানিনা লোইখোকপিয়গে। থজিদা থকচিংনমু ॥৪৮॥

অদ্য তেঽহং রণে দর্পং সর্বং নাশয়িতা নৃপ।। রাজ্যাশাং বিপুলাং চাপি পাণ্ডবেষু চ দুষ্কৃতম্ ।৪৯।

## দুর্যোধন উবাচ।

কিং কত্থিতেন বহুনা যুধ্যস্বাদ্য ময়া সহ। অদ্য তেঽহং বিনেষ্যামি যুদ্ধশ্রদ্ধাং বৃকোদর। ।৫০।

কিং ন পশ্যসি মাং পাপ। গদাযুদ্ধে ব্যবস্থিতম্। হিমবচ্ছিখরাকারাং প্রগৃহ্য মহতীং গদাম্ ।৫১।

গদিনং কোঽদ্য মাং পাপ। জেতুমুৎসহতে রিপুঃ। ন্যায়তো যুধ্যমানশ্চ দেবেষ্বপি পুরন্দরঃ ।৫২

মা বৃথা গর্জ্জ কৌন্তেয়! শারদাভ্রমিবাজলম্। দর্শয়স্ব বলং যুদ্ধে যাবত্তত্তেঽস্তি বিদ্যতে ।৫৩।

তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা পাণ্ডবাঃ সহসৃঞ্জয়াঃ। সর্বে সংপূজয়ামাসুস্তদ্বচো বিজিগীষবঃ ।৫৪।

তং মত্তমিব মাতঙ্গং তলশব্দেন মানবাঃ। ভূয়ঃ সংহর্ষয়ামাসু রাজন্। দুর্যোধনং নৃপম্ ।৫৫।

বৃংহন্তি কুঞ্জরাস্তত্র হয়া হেষন্তি চাসকৃৎ। শস্ত্রাণি সংপ্রদীপ্যন্তে পাণ্ডবানাং জয়ৈষিণাম্ ।৫৬।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে ভীমদুর্যোধনবাক্যে একত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।৩১।

——:-•-:- –

নিংথৌ। ওসিদি নহাক্কী নাপল অমদি রাংলবা আশাদো মুৎহনগে। পাণ্ডবশিং ঐথোয়গী ঈথক্তা পংনা তৌখিব অত্যাচার মচামদো — অদুগী লমন ওসি খুমগনি ॥৪৯॥

দুর্য্যোধননা হায়ঃ—ভীম! নশা নথন্তবু থাগচরগা করি কাগৈ? লাও কায়দে ওাতনহুনা, চোংখোয়কউ থেংনরসি। ওাস নংগী আশা পুময়কতো থংদেকে ॥৫০॥ হায়! পাপচেনবা! উদয়া য়েংও,! হিমালয়গী চীংদোলগুম্বা ঐনা পাম্বরিবা গদাসে? ॥৫১॥ পাপী! গদা যুদ্ধবু নিয়ম কায়দনা তৌরবা করম্ব অকনবনা ঐবু ভমগদগে? লাইয়ামগী মপুংদা ইন্দ্রকাওবনা ঐগা গদাযুদ্ধদা থেংনবা ওমাইদোম্রিবনি ॥৫২॥ কুন্তীনন্দন! শরৎকী নোংগুম্বা নংনা ঈমাওদা অয়েম্বদা ওংলি। নংগী হেক লৈঙবা নপাঙ্গলদো ওসি ঐত্তোন্দ গদাযুদ্ধদা উৎচো ॥৫৩॥ অয় ওইনিংবা, অয়গী আশা কয়াতৌরবা পাণ্ডব অমদি সৃঞ্জয় শিংনা রাজ ভাবদা দুর্য্যোধনবু থাগৎখি ॥৫৪॥ মহারাজ! অতোপ অতোপ্পা ভাবোকশিংনা থূবাক খুহনা ময়ায় কায়বা শামুগুম্বা দুর্য্যোধনবু মুওাইহল্লকই মপুক্কীং থোগৎপিরকই ॥৫৫॥ মতম অদিদা অয় ওইনিংলবা পাণ্ডব পক্কগী শামুশিং অহ্ হোনা খোংলকই। শগোল মপৈহনা ময়াম থাংগত্তুনা থেক থেক্কা খোংলকই। থাংগৎনরক্লবা খুৎলায়শিং অহ্ ভগুপ তয়েংনা ঈয়ং লংনা লালকম অহুদা লৈখি ॥৫৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মপুংদা ভীম দুর্য্যোধন বাক্য কৌবা কুহামাথোই গুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(গদাযুদ্ধগী মতাং বলদেব লাকপা।)

## দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুন্থ্রানীথোইশুবা অধ্যায়।

——:•:——

সঞ্জয় উবাচ।

তস্মিন্ যুদ্ধে মহারাজ। সুসংবৃত্তে সুদারুণে। উপবিষ্টেষু সর্বেষু পাণ্ডবেষু মহাত্মসু ॥১॥
ততস্তালধ্বজো রামস্তয়োর্যুদ্ধ উপস্থিতে। শ্রুত্বা তচ্ছিষ্যয়ো রাজন। আজগাম হলায়ুধঃ ॥২॥

(যুগ্মকম্)

তং দৃষ্ট্বা পরমপ্রীতাঃ পাণ্ডবাঃ সহকেশবাঃ উপগম্যোপসংগৃহ্য বিধিবৎ প্রত্যপূজয়ন্ ॥৩॥
পূজয়িত্বা ততঃ পশ্চাদিদং বচনমব্রুবন্। শিষ্যয়োঃ কৌশলং যুদ্ধে পশ্য রামেতি পার্থিব। ॥৪॥
অব্রবীচ্চ তদা রামো দৃষ্ট্বা কৃষ্ণং সপাণ্ডবম্। দুর্যোধনঞ্চ কৌরব্যং গদাপাণিমবস্থিতম্ ॥৫॥
চত্বারিংশদহান্যদ্য দ্বে চ মে নিঃসৃতস্য বৈ। পুষ্যেণ সংপ্রয়াতোঽস্মি শ্রবণে পুনরাগতঃ।
শিষ্যয়োর্বৈ গদাযুদ্ধং দ্রষ্টুকামোঽস্মি মাধব। ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ। আকবগী মশক কংবা লাল অদু শোয়দনা তোবা মতামদা পাণ্ডবশিংনা কোয়কম কম্রপ্রবদা কোনা পাম্বী য়েকপা কীরাম্না মহাক্কী ওইবা মথুরা লাঙ্গল পম্মাবা হলায়ুধ বলদেব অসি, মাগী শিষ্যমক্তা ওইবা ভীম দুর্যোধন অনীগী গদাযুদ্ধ তৌগদৌরে হায়বসি তাবদা মকম অদুদা থগুহৌদনা থ ্ুওরে ॥১-২॥ মহাক্কা লাকপদু উবদা কৃষ্ণসু পাণ্ডব-শিংসু য়াম্ব হয়াউাখহুনা ময়াম্ চগুহুনা চরন শোক্লা য়োল্লক্লা থুকপি ॥৩॥ ময়াম্ অদুনা য়াম্না নৈশি নৈখোম্না বলরামদা অশুম্না হায়রক্কই:—রাম। নহাকসু শিষ্য অনীনা গদাযুদ্ধ তৌগ দৌরবসে য়ুম্না মীৎয়েং তাবিয়ো ॥৪॥ মকম অদুদা কৃষ্ণগা লোয়ননা পাণ্ডবশিংনা ভুমিন ভুমিন্না কমদুনা লৈবা অদুগ কুরুবংশগী দুর্যোধনমা শেমশাদুনা লৈবদুউবদা বলরামনা অদুম্না হায়রক্কই ॥৫॥

কৃষ্ণ। দ্বারকাদগী ঐনা থোরকপসি শুসিগা থানা ভুমিৎ নীফুনিখোইনি ওয়ে। ঐ পুষ্যানক্ষত্রদা দ্বারকাদগী যাত্রা তৌরকপাম। মরক্তা শ্রবণা নক্ষত্র অম তাপ্রে। অনীশুবা শ্রবনা নক্ষত্রনা পানবা শুমিৎ আসিদা ঐ মকম অসিদা থ ্ুংগুরিবসিনি। ঐ ঐগী শিষ্যমক্তা ওইরবা ভীম দুর্যোধন অনীগী গদাযুদ্ধ অসি য়েংনীঙ্ঙি ॥৬॥ অদুগী তুংদা ভীম দুর্যোধন অনীসি মাগী

ততস্তৌ গদাহস্তৌ দুর্য্যোধনবৃকোদরৌ। যুদ্ধভূমিগতৌ বীরাবুভাবেব বিরেজতুঃ ॥৭॥
কৃষ্ণৌ চাপি মহেষ্বাসাবভিবাদ্য হলায়ুধম্। সম্প্রাপ্তে পরিপ্রীতঃ প্রীয়মাণৌ যশস্বিনৌ ॥৮॥
মাদ্রীপুত্রৌ তথা শূরৌ দ্রৌপদ্যাঃ পঞ্চ চাত্মজাঃ। অভিবাদ্য স্থিতা রাজন্! রৌহিণেয়ং মহাবলম্ ॥৯॥
ভীমসেনোঽথ বলবান্ পুত্রস্তব জনাধিপ।। তথৈব চোদ্যতগদৌ পূজয়ামাসতুর্বলম্ ॥১০॥
স্বাগতেন চ তং তত্র প্রতিপূজ্য পুনঃ পুনঃ। পশ্য যুদ্ধং মহাবাহো। ইতি তে রামমব্রুবন্।
এবমূচুর্মহাত্মানং রৌহিণেয়ং নরাধিপাঃ ॥১১॥
পরিষজ্য তদা রামঃ পাণ্ডবান্ সৃঞ্জয়ানপি। অপৃচ্ছৎ কুশলং সর্ব্বান্ পার্থিবাংশ্চামিতৌজসঃ।
তথৈব তে সমাসাদ্য পপ্রচ্ছুস্তমনাময়ম্ ॥১২॥
প্রত্যভ্যর্চ্চ্য হলী সর্ব্বান্ ক্ষত্রিয়াংশ্চ মহাত্মনঃ। কৃত্বা কুশলসংযুক্তাং সংবিদঞ্চ যথাবয়ঃ ॥১৩॥
জনার্দ্দনং সাত্যকিঞ্চ প্রেম্ণা স পরিষস্বজে। মূর্দ্ধ্নি চৈতাবুপাঘ্রায় কুশলং পর্য্যপৃচ্ছত ॥১৪॥
(যুগ্মকম্)
তৌ চৈনং বিধিবদ্রাজন্। পূজয়ামাসতুর্গুরুম্। ব্রহ্মাণমিব দেবেশমিন্দ্রোপেন্দ্রৌ মুদা যুতৌ ॥১৫॥

---

মাগী গদা অহু খুৎম চেৎনা পায়নদুনা লালকমদা চোংথোক্লদুনা অনীমক্, থোইদোক্লা নীঙ-থিজখি ॥৭॥ মিংচৎ চাউরবা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীনা রাম্না সুংঙাইনা বলদেবদা চঙশিন্দুনা খুরুম্নগা আলিঙ্গন তৌই ॥৮॥ মহারাজ। নকুল, সহদেব, দ্রৌপদী মচা মঙানা বলরামদা নোম্লুক্লা খুমখি ॥৯॥ নিংথৌ। অদুবা ভীম দুর্য্যোধন অনীসু মাগী মাগী গদাবু নাকল্লা কোল্লগা খুরুখুদক্ বুন্দুনা বলদেবগী চরণ শোক্লা খুমখি ॥১০॥ তিল্লিবা মিংথৌ লাম্মীশিংনা অমমম্ভা ওইনা স্বাগত তৌদুনা অদুবা বলরামদা অম্ভুম্না হায়রকই:— অকনবা। গদাযুদ্ধ অসে নীঙথিনা মীৎয়েং তাবিয়ু ॥১১॥ মতম অদুদা বলদেবনা পাণ্ডবশিং অমদি—সৃঞ্জয়শিংবু কোনবি নানহিদুনা কৈরম্নিবা মরাম অদুগী মঙল ওইবা অনাঅয়েক্ লৈতবনচিংবদু হংবিখি। মরাম্না বলদেবগী অনাঅয়েক্ লৈতবা মঙল ওইবদু হংজখি ॥১২॥ অদুগী তুংদা বলরামনা মহাত্মা ওইরবা ক্ষত্রিয়শিংদুগী মীপুম খীৎনা ঈকায় খুম্না উৎপিদুনা চহি মতাংগী মথং মনাও কায়দনা মঙলগী বা পাউ হংবিদুনা কৃষ্ণ অমদি সাত্যকি অনীবু কোনখি। অনীগী কোকতা নানদুনা মনম্ নমদুনা মঙল সমাচার হংবিখি ॥১৩—১৪॥ মহারাজ। ইন্দ্রগা উপেন্দ্রগা অনীনা দেবাধিপতি ব্রহ্মাগী পূজা তৌবদুগুম্না হরাউজরবা কৃষ্ণ সাত্যকি অনীনা নোম্লুক্লা বলদেবগী সেবা পূজা তৌখি ॥১৫॥ ভরতনন্দন। অদুগী তুংদা যুধিষ্ঠির অসি য়েক্নবসু নৈহৎঙবা বলরামদা অম্ভুম্না হায়:— রাম। মচীন্নাও অনীগী লালসে মীৎয়েং তাউসে। অদুগী তুংদা বলরামনা মথোর

ততোঽম্বরীকর্ম্মযুতো রৌহিণেয়মরিন্দম্ । ইদং ব্যায়োর্মহাযুদ্ধং পশ্য যাবেতি ভারত । ॥১৬॥
তেষাং মধ্যে মহাবাহুঃ শ্রীমান কেশবপূর্ব্বজঃ । অবিশৎ পরমশ্রীকঃ পূজ্যমানো মহারথৈঃ ॥১৭॥
স বভৌ রাজমধ্যস্থো নীলবাসাঃ সিতপ্রভঃ । দিবীব নক্ষত্রগণৈঃ পরিকীর্ণো নিশাকরঃ ॥১৮॥
ততস্তয়োঃ সন্নিপাতস্তুমুলো লোমহর্ষণঃ । আসীদন্তকরো রাজন্ ! বৈরস্য তব পুত্রয়োঃ ॥১৯॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবাগমনে দ্বাত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩॥

---

খ্বাইগী মরক্তা ভাবোক্ ওইনা ফমথখি । মহারথীশিংনা য়াম্না সন্মান তৌখি ॥১৭॥ মহারাজ মতম অদুদা থাওচেৎ অপংবা থোক্লবা, কুচু তৌবোক তৌরবা বলদেবনা। মরাগী মরক্তা কঙ্ ফুমক্তি অপংবা নোংমদোন মকোয়দা থরানমিচাক্ মরক্তা মপুং ফাবা থাজনা ভাহোইবগুম্না ॥১৮॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা ভীম দুর্য্যোধন হায়বা নচাঅনিবুডো অনীগী য়েক্লব মতোল্লোমনী-ভায় ওইরবা তুমুংবা পোক্লবা গদা যুদ্ধদো হৌরে ॥১৯॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী বলদেবাগমন কৌবা তুহরানীথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

—:•:—

# শ্রীমহাভারতম্

## (বলদেব তীর্থয়াত্রাগী মতাং)

## ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

### কুহ্ন্ছুমদোইশুবা অধ্যায়

——:--:——

জন্মেজয় উবাচ।

পুর্ব্বমেব যদা রামস্তস্মিন্ যুদ্ধ উপস্থিতে। আমন্ত্র্য কেশবং যাতো বৃষ্ণিভিঃ সহিতঃ প্রভুঃ ॥১॥
সাহায্যং ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য ন চ কর্ত্তাস্মি কেশব।। ন চৈব পাণ্ডুপুত্রাণাং গমিষ্যামি যথাগতম্ ॥২॥
এবমুক্ত্বা তদা রামো যাতঃ শত্রুনির্হণঃ। তস্য চাগমনং ভূয়ো ব্রহ্মন্! শংসিতুমর্হসি ॥৩॥

(বিশেষকম্)

আখ্যাহি মে বিস্তরশঃ কথং রাম উপস্থিতঃ। কথঞ্চ দৃষ্টবান্ যুদ্ধং কুশলো হ্যসি মে মতঃ ॥৪॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

উপপ্লব্যনিবিষ্টেষু পাণ্ডবেষু মহাত্মসু। প্রেষিতো ধৃতরাষ্ট্রস্য সমীপং মধুসূদনঃ।
শমং প্রতি মহাবাহো। হিতার্থং সর্ব্বদেহিনাম্ ॥৫॥
স গত্বা হাস্তিনপুরং ধৃতরাষ্ট্রং সমেত্য চ। উক্তবান্ বচনং তথ্যং হিতঞ্চৈব বিশেষতঃ।
ন চ তৎ কৃতবান্ রাজা যথখ্যাতং হি তৎ পুরা ॥৬॥

---

রাজা তারিবা জনমেজয় নিংথোনা হায়ঃ— মহার্ষি! বৈশম্পায়ন! "কৃষ্ণ! ঐদি দুর্য্যো ধনগী পক্ষদসু মাওরোই, যুধিষ্ঠিরগী মতেংসু পাংলোই। ঐদি মথোরগী লাশশোক্ত ইরৈদা দেশ দেশদা তীর্থ তীর্থদা কোয়হুনা লৈরগে।" অসুম্ হায়না কৃষ্ণদা হায়রমলগা তীর্থ চৎত্রবা মতীকমতন চাউরবা বলদেবনা কৃষ্ণবংশগী থোক্তলোয় থব পুহনা দ্বারকাদগী তীর্থযাত্র তৌরবা মহাক্না রুক্মিণীদমক্ অমুক্ লাললোইস্ত্রিভৈদা কুরুক্ষেত্রদা লাকলিবনো? মসি, মুনি! ঐতোঙ্গা তগাইনা লীবিয়ু। ॥১—৩॥ অহুগা মহার্ষি! মহার্ষিদি রাযী লীবদা য়ামহ হৈশিংবিয়ি। অদুনা চিংনবসি কোক্লনবা লীবিয়ু। বালদেবনা কুরুক্ষেত্রদা লাকলিবসিনা করিগীনো? অহুগ মতৌ করম্না লাল অহু য়েংখিবগে? ॥৪॥ বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়ঃ— মহারাজ জনমেজয়! মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডবশিংনা বনবাস তৌরুরবা তুংদা নগরগী মপান্ থুন্নাদা লৈহনা জগৎক জীবপুম্বগী কন্নবগীদমক্তা সন্ধি তৌনবা কৃষ্ণবুরাজদূত ওইনা ধৃতরাষ্ট্রগী মকমদা থাথি ॥৫॥ কৃষ্ণনা পক্ক অনীমকী কননবা রাদা সভা মরামদা হায়থিবনি। অদুবু কৃষ্ণমক্না হায়খিবা পাউ

আনবাপ্য শমং তত্র কৃষ্ণঃ পুরুষসত্তমঃ আগচ্ছত মহাবাহুরুপপ্লব্যং জনাধিপ ! ।৭।
ততঃ প্রত্যাগতঃ কৃষ্ণো ধার্ত্তরাষ্ট্রবিসর্জ্জিতঃ । অক্রিয়াবান্ নরব্যাঘ্র ! পাণ্ডবানিদমব্রবীৎ ।৮।
ন কুর্বন্তি বচো মহ্যং কুরবঃ কালচোদিতাঃ । নির্গচ্ছধ্বং পাণ্ডবেয়াঃ ! পুষ্যেণ সহিতা ময়া ।৯।
ততো বিভজ্যমানেষু বলেষু বলিনাং বর । প্রোবাচ ভ্রাতরং কৃষ্ণং রৌহিণেয়ো মহামনাঃ ।১০।
তেষামপি মহাবাহো ! সাহায্যং মধুসূদন ! । ক্রিয়তামিতি তৎ কৃষ্ণো নাস্য চক্রে বচস্তদা ।১১।
ততো মন্যুপরীতাত্মা জগাম যদুনন্দনঃ । তীর্থযাত্রাং হলধরঃ সরস্বত্যাং মহাযশাঃ ।১২।
মৈত্রনক্ষত্রযোগেন সহিতঃ সর্বযাদবৈঃ । আশ্রয়ামাস ভোজস্তু দুর্য্যোধনমরিন্দমম্ ।
যুযুধানেন সহিতো বাসুদেবস্তু পাণ্ডবান্ ।১৩।
রৌহিণেয়ে গতে শূরে পুষ্যেণ মধুসূদনঃ । পাণ্ডবেয়ান্ পুরস্কৃত্য যযাবভিমুখঃ কুরূন্ ।১৪।
গচ্ছন্নেব পথিস্থস্তু রামঃ প্রেষ্যানুবাচ হ । সম্ভারাংস্তীর্থযাত্রায়াঃ সর্ব্বোপকরণানি চ ।
আনয়ধ্বং দ্বারকায়ামগ্নীন বৈ যাজকাংস্তথা ।১৫।

---

পাণ্ডবাক্‌শিং অদুবু নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা মনাকোংদা হাপ্‌খিদে ॥ ৬ ॥ নিংথৌ ! কল্লবা শিংলবা কৃষ্ণনা সন্ধিগী রা হোদোকপনা কন্নিমক্ত কাম্নরবদুদা নগরদগী মপান্দা লৈবা খুন্‌য়াদা লৈখি ॥৭॥ নিংথৌ অদুদ গীদি দুর্য্যোধননা ব্যবহার ঈতো তৌদনা বিদায় তৌরক্লবদা কৃষ্ণনা নীঙবা কায়দুনা, অদুগা থবক্ মহৈ মাল্লভবদুদা চুংভাইতদুনা চল্লক্‌নুনা পঞ্চপাণ্ডবাশংদা অস্মুম্না হায়রৈ ॥৮॥ পাণ্ডব মচামক্ ! কৌরবশিং অসে মতম্ কৌবা লাইনা ঈঙ্খিল্লক্‌নুনা ঐঙুহনা প্রস্তাব তৌবা সন্ধিব মনাকোংদা হাপখিদ্রে । অদুনা অকনবশা । ঐগা লোয়নন পুষ্যনক্ষত্রনা হেক পানবা হোবা লালক্‌ম-লোমদা যাত্রা তৌসি ॥৯॥ অদুগী তুংদা কৃষ্ণনা লাম্মীশিংবু শরুক কয়া থোক্লা থায়দোক্লগা লাক্লংনবা শীলক্‌পা মতমদা বল্লবা বলদেবনা মনাও কৃষ্ণদ অস্মুম্না হায়রকই:— ॥১০॥ অকনবা কৃষ্ণ ! পাণ্ডবশিংগী মতেং পাংভু । " কৃষ্ণনা বলদেবগী ৱাহ য়াখিদে ॥১১॥ মানা হায়ববু মনাও কৃষ্ণনা য়াদবদুদা চুংভাইখিদদুনা মিংচেৎ চাউরবা কল্লবা যদুনন্দন বলরাম অসি পুষ্যনক্ষত্র যোগদা তীর্থযাত্রা তৌগে হায়না খন্দুনা সরস্বতী তুরেল মপান্দা লেঙখি ॥১২॥ অদুগী তুংদা অনুরাধা নক্ষত্রনা পানবদা দ্বারকারোমদগী কৃতবর্মানা যাদবলাশ্মীশিংগা লোয়ননা দুর্য্যোধনগী পক্ষদা য়াওক্লগে হায়দুনা হস্তিনাপুররোমদা যাত্রা তৌখি । অদুগা কৃষ্ণস্ত সাত্যকিগা লোয়ননা পাণ্ডবকী পক্ষরোমদা চঙখি ॥১৩॥ অকনবা বলদেবনা পুষ্যানক্ষত্রযোগদা তীর্থ যাত্রা তৌরবদা কৃষ্ণগা সাত্যকিগা অনাম্ব হস্তিনাপুররোমদা চৎকে হায়দুনা অনুরাধা নক্ষত্র যোগদা দ্বারকাদগী খোঙশান্দোরক্তই ॥১৪॥ বলদেবনা দ্বারকাদগী থোরক্লগা লম্বীদা মনাইশিংদা হায়খি তীর্থ যাত্রাগী চঙগদবা পোচ্চং মচৈ অদুগা অগ্নি ( মৈ ) পুরোহিতনচিংব দ্বারকাদা পুরকউ ॥১৫॥

সুবর্ণং রজতঞ্চৈব ধেনূর্বাসাংসি বাজিনঃ। কুঞ্জরাংশ্চ রথাংশ্চৈব খরোষ্ট্রবাহনানি চ ॥১৬॥
ক্ষিপ্রমানীয়তাং সর্ব্বং তীর্থহেতোঃ পরিচ্ছদম্। প্রতিস্রোতঃ সরস্বত্যা গচ্ছতঃ শীঘ্রগামিনঃ ॥১৭॥
(যুগ্মকম্)

ঋত্বিজশ্চানয়ধ্বং বৈ শতশশ্চ দ্বিজর্ষভান্। এবং সন্দিশ্য তু প্রেষ্যান্ বলদেবো মহাবলঃ ॥১৮॥
তীর্থযাত্রাং যযৌ রাজন্। কুরূণাং বৈশসে তদা। সরস্বতীং প্রতিস্রোতঃ সমুদ্রাদভিজগ্মিবান ॥১৯॥
(যুগ্মকম)

ঋত্বিগ্ভিশ্চ সুহৃদ্ভিশ্চ তথান্যৈর্দ্বিজসত্তমৈঃ। রথৈর্গজৈস্তথাশ্বৈশ্চ প্রেষ্যৈশ্চ ভরতর্ষভ।।
গোখরোষ্ট্রপ্রযুক্তৈশ্চ যানৈশ্চ বহুভির্বৃতঃ ॥২০॥

শ্রান্তানাং ক্লান্তবপুষাং শিশূনাং বিপুলায়ুষাম্। দেশে দেশে তু দেয়ানি দানানি বিবধানি চ।
অর্চ্চায়ৈ চার্থিনাং রাজন্। ক্লৃপ্তানি বহুশস্তথা ॥২১॥

যো যো যত্র দ্বিজো ভোজ্যং ভোক্তুং কাময়তে তদা। তস্য তস্য তু তত্রৈবমুপাজহ্রুস্তদা নৃপ। ॥২২॥
তত্র স্থিতা নরা রাজন্। রৌহিণেয়স্য শাসনাৎ। ভক্ষ্যপেয়স্য কুর্ব্বন্তি রাশীংস্তত্র সমন্ততঃ ॥২৩॥
বাসাংসি চ মহার্হাণি পর্য্যঙ্কাস্তরণানি চ। পূজার্থং তত্র ক্লৃপ্তানি বিপ্রাণাং সুখমিচ্ছতাম্ ॥২৪॥
যত্র যঃ স্বপতে বিপ্রো যো বা জাগর্ত্তি ভারত। তত্র তত্রৈব সর্ব্বস্য ক্লৃপ্তং সমদৃশ্যত ॥২৫॥

---

সনা রুপা, শঙ্গী, কিরোল, শগোল শামু, রথ, লোলা উটনচিংবা অহুগা তীর্থদা শেৎপা রাথা কিরোল পুম্বা পুরকউ। মখোণ্ড য়াওবশিংনা সরস্বতী তুরেলগী ইচেলদা হংগৎনা চৎলু ॥১৬-১৭॥

পুরোহিত অমদি অথোইবা ব্রাহ্মণ চাম চাম পুরকউ” হায়না মনাইশিংদা য়াথংপীরগা কল্লবা বলরাম অসি কুরুক্ষেত্রগী লাম্লাও হৌজিল্লৈদগী তীর্থ কোয়নি হায়রূনা থোঙ্‌শানখি। মহারাজ, সরস্বতী তুরেলগী ইচেলদা ওয়তেনবা সমুদ্ররোমদগী হৌদ্না অস্থুম্ চৎখখি। ॥১৮-১৯॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা। মতম্ অদুদা বলদেব অসি পুরোহিত মরুপ মপাং, অথোইবা ব্রাহ্মণ, রথ অহুগা শগোল শামু, মীনায় মীশল শল, লোলা উট অসিনচিংবনা পুখা চিংব বাহন জাৎ কয়া কয়ানা পূমথোয় কোয়শিল্লি ॥২০॥ নিংথৌ! বলরামনা চৎলু চৎলুবা দেশতা লৈরম্বা চোক্থরবা, য়ামবা, লায়রবা, মথোণ্ড মথুৎ শোয়রবা, অহল ওইরবশিং অহুগী পেমনবা মথল মথা অয়াম্বা পোৎচৈমক্ত দান তৌখি ॥২১॥ নিংথৌ! অদুগুম্বা দেশতা লৈরম্বা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণশিং অহুনা চানাও চানীডবা পোৎচৈমবৈ বলদেবগী মীনায়শিং অহুনা খুজোক্ খুজোক্ মরাঙদা য়েংথোক্ চাইথোক্লম্মি। ॥২২॥ মহারাজ! চৎলু চৎলুব দেশত লৈরম্বা মীশিং অহুনা রুহিণীগী দমক অঁচাথক্ মথল মথল মপৈ মপৈ পুথোরক্ই ॥২৩॥ ফুংজাইবা পাম্বা ব্রাহ্মণশিংগী দমক্ মমল য়াম্বা কিয়োলতনা কম্বুং কামুং অহ কূপশিহাল্লি ॥২৪॥ ভরতনন্দন, তুমদুনা, হীগু,বা

যথাসুখং জনঃ সর্বো যাতি তিষ্ঠতি বৈ তদা। বাহুকানস্ত যানানি পানানি তৃষিতস্য চ ॥২৬॥
বুভুক্ষিতস্য চান্নানি স্বাদূনি ভরতর্ষভ ! । উপায়হর্নরাস্তত্র বস্ত্রাণ্যাভরণানি চ ॥২৭॥
স পন্থাঃ প্রবভৌ রাজন্ ! সর্বস্যৈব সুখাবহঃ। স্বর্গোপমস্তদা বীর ! নরাণাং তত্র গচ্ছতাম্ ॥২৮॥
নিত্যপ্রমুদিতোপেতঃ স্বাদুভক্ষ্যঃ শুভান্বিতঃ। বিপণ্যাপণ্যানাং নানাজনশতৈর্বৃতঃ।
নানাদ্রুমলতোপেতো নানারত্নবিভূষিতঃ ॥ ২৯॥ (যুগ্মকম্)
ততো মহাত্মা নিয়মে স্থিতাত্মা পুণ্যেষু তীর্থেষু বসূনি রাজন্ ! ।
দদৌ দ্বিজেভ্যঃ ক্রতুদক্ষিণাশ্চ যদুপ্রবীরো হলভৃৎ প্রতীতঃ ॥৩০॥
দোগ্ধ্রীশ্চ ধেনুশ্চ সহস্রশো বৈ সুবাসসঃ কাঞ্চনবদ্ধশৃঙ্গীঃ।
হয়াংশ্চ নানাবিধদেশজাতান্ যানানি দাসাংশ্চ শুভান্ দ্বিজেভ্যঃ ॥৩১॥ (যুগ্মকম্)
রত্নানি মুক্তামণিবিদ্রুমঞ্চাপ্যগ্র্যং সুবর্ণং রজতং সুশুদ্ধম্।
অয়স্ময়ং তাম্রময়ঞ্চ ভাণ্ডং দদৌ দ্বিজাতিপ্রবরেষু রামঃ ॥৩২॥

---

লৈরিবা, তুমদনা কমুংমেথক্তা কমদুনা লৈরিবা মথোয়শিং অদুগীম্ন মানা মানা পামজবা পোৎশিং অদু মাগী মাগী কাদা থেন্দুনা থম্মি ॥২৫॥ মতম অদুদা মীপুমনক্ য়াম্না নুংঙাইনা হয়াউ তয়াম্না বলদেবগী মতুং ইন্নম্মি। চৎলিবশিং অদুগী শগোল শামুনচিংবা শাদোংশিং অদুনা লান্নবা মতমদা মথোয়দা মতীক চানা চানা পীজ পীথকই ॥২৬॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা ! মতম অদুদা বলদেবগী মনায়শিং অদুনা চানীঙলবা, লান্নবা মীশিং অদুদা অচাথক্ মথল মথল ফিরোল মথল মথল য়েনবিথি ॥২৭॥ মহারাজ ! বলরামগী হন্দকী তীর্থ যাত্রা অসি মী পুম্নমকী মকমদা য়াম্না নুংঙাইনবগী মশক্নি। ময়মফি চৎলিবা ইন্নরিবশিং অদুনা মথোয়না চৎলিবা লম্বী অদুবু স্বর্গ য়েননবা লম্বীনি হায়না থল্লি। অদুনা ইপুংত নুংঙাইনা চৎল্লি। অহাউ অথুম্ উহৈ রাহৈ মথল মথল কংল্লি। মক্তবা লুমবা ঈশিং, য়েনথম্নাবা পোচৈচ মথল মথল, লৈবা য়েনবা য়াবা পোচৈচ পুম্বা রাজনা লোয়নৈ। উজ্জিবা উনা উনীবারী মথল মথল উবা কংল্লি। কয়ি কয়িগুম্বা মকমদনা হীরাই মথল মথল কাওবা উবা কংল্লি।

॥২৮-২৯॥ মহারাজ ! অসিগী তুংদা মহাত্মা ওইরবা ব্রতনিয়ম, চেৎলবা যদু শাগৈগী খ্বাইদগী অথোয়বা খ্বাইদগী কনবা বলরাম অসি য়াম্না নুংঙাইনা পুক্নীং মকায়াম্না শেংল শেংলবা মগুণ চাউর চাউরবা তীর্থদা লৈরম্বা ব্রাহ্মণশিংদা, সনা লুপা যজ্ঞগী দাক্ষিনা, মথোম তমলিবী শম্বী কজ কজরবা কীজোম্না লৈতেংলবা কুপলবা মচি সনায়োম্বা শম্বী লিশিং লিশিং অতোপ অতোপ্না দেশদা পোকপা শগোল শাদোং মথল মথল অমবা গুননা তিন্নবা মীনায় মীপল কয়া কয়া দান তৌরম্মি ॥৩০—৩১॥ অদুগী তুংদা বলরামনা ব্রাহ্মণ অথোইবশিংদা সনা লুপা মণিমুক্তা হীরাই পোহাল শেংলবা সনা অমদি লুপা মথোয়লিনা থরা হাপলবা য়োৎকী অমদি

এবং স বিত্তং প্রদদৌ মহাত্মা সরস্বতীতীর্থবরেষু ভূরি ।
যযৌ ক্রমেণাপ্রভাবস্ততঃ কুরুক্ষেত্রমুদারবৃত্তিঃ ।৩৩।

জনমেজয় উবাচ।

সারস্বতানাং তীর্থানাং গুণোৎপত্তিং বদস্ব মে। ফলঞ্চ দ্বিপদাং শ্রেষ্ঠ! কর্ম্মনির্বৃত্তিমেব চ ।৩৪।
যথাক্রমেণ ভগবন্! তীর্থানামনুপূর্ব্বশঃ ।
ব্রূহি ব্রহ্মবিদাং শ্রেষ্ঠ পরং কৌতূহলং হি মে ।৩৫।

বৈশম্পায়ন উবাচ।

তীর্থানাং বিস্তরং রাজন্! গুণোৎপত্তিঞ্চ সর্ব্বশঃ ।
ময়োচ্যমানং বৈ পুণ্যং শৃণু রাজেন্দ্র! কৃৎস্নশঃ ।৩৬।
পূর্ব্বং মহারাজ! যদুপ্রবীর ঋত্বিক্সুহৃদ্বিপ্রগণৈশ্চ সার্দ্ধম্।
পুণ্যং প্রভাসং সমুপাজগাম যত্রোড়ুরাড্‌যক্ষ্মণা ক্লিশ্যমানঃ ।৩৭।
বিমুক্তশাপঃ পুনরাপ্য তেজঃ সর্ব্বং জগদ্ভাসয়তে নরেন্দ্র! ।
এবন্তু তীর্থপ্রবরং পৃথিব্যাং প্রভাসনাত্তস্য ততঃ প্রভাসঃ ।৩৮।

---

কোরীগী পাত্র চফুশিং অহু দান তৌখোকখি ॥৩২॥ চাংদমনিংঙাই লৈতনা মতীক মঙন চাউরবা কন্নবা, পুকচেল চাউরবা বলদেবনা মতো অসুম্না সরস্বতী -তীর্থগী মপান মপান্দা। তাবগ্বা তীর্থ খিবিক্তা দান তৌরম তৌরম্মগা চৎখি। অসুম লাকপাসিনা মথৈথংদা বলরাম আসি কুরুক্ষেত্রদা থুংঙ্লে ॥৩৩॥ রারী তাবিবা নিংথৌ জনমেজয়না হায়ঃ— মহাকৌ সরস্বতী তীর্থগী মপান্দা লৈরগ্বা মগুণ চেন্নবা তীর্থ মথৈগী হৌরককম, অদুগা মকমুমকমদা কমি কমিদান তৌরগা কমি কমি মহৈ ফংবা, অসি পুম্নমক্ মচাথারনা ননাই ঐঙোন্দা তাহন্‌বিয়ু ॥৩৪॥ বেদশাস্ত্র খঙবগী মপুংদা অথোইবা। তীর্থগী মমিংশিং অহু মথং মথং হায়থবিরকুউ। তাজনীঙবনা পুক্নীং অসি মথমু্ মরাংহৌরে ॥৩৫॥ বৈশাম্পায়ননা হায়ঃ— নিংথৌ জনমেজয়! ঐ সরস্বতীগী তীর্থশিং অদুগী হৌরকুকমদু মথং মথং হায়রকুকে। মথোয়গী গুণ অদুগা মহৈসু হায়গে। নিংথৌ অথোইবা মুম্না তাবিয়ু ॥৩৬॥ মহারাজ! মমাঙৈদা, যুগ অমদা অহুগ্বা তীর্থদা, চন্দ্রদেবসি যক্ষ্মারোগ হায়বা লায়না অদু মশাদপক্তুনা কন্নবা লোকী লায়নাদুগী অরাবম্ন থাঙম্না য়ায় রান। মতম্ লেন্‌খিবা প্রভাস কৌবা তীর্থদা বলদেবনা থোঙব্ মরাপ্ মপাং অমদি ব্রাহ্মনশিংগা লোয়ননা থুংখি ॥৩৭॥ নিপা অথোইবা! চন্দ্রদেব—পাঁ অসি দক্ষপ্রজা পতিগী শাপতগী কোক্তুনা অমুক্ হন্না মাগী হাবগী মথেক্ মঙাল অহু ফংখিদুনা হৌজিক্

তথা তাসাং বচনং দক্ষঃ সোমমথাব্রবীৎ। সমং বর্তস্ব ভার্যাসু মা ত্বাধর্মো মহান্ স্পৃশেৎ ॥৪৮॥
তাশ্চ সর্বা অব্রবীদ্দক্ষো গচ্ছধ্বং শশিনোঽন্তিকম্। সমং বৎস্যতি সর্বাসু চন্দ্রমা মম শাসনাৎ ॥৪৯॥
বিসৃষ্টাস্তাস্তদা জগ্মুঃ শীতাংশুভবনং তদা। তথাপি সোমো ভগবান্ পুনরেব মহীপতে!।
রোহিণ্যা সার্দ্ধমবসৎ প্রীয়মাণো মুহুর্মুহুঃ ॥৫০॥
ততস্তাঃ সহিতাঃ সর্বা ভূয়ঃ পিতরমব্রুবন্। তব শুশ্রূষণে যুক্তা বৎস্যামো হি তবাশ্রমে।
সোমো বসতি নাস্মাসু নাকরোদ্বচনং তব ॥৫১॥
তাসাং তদ্বচনং শ্রুত্বা দক্ষঃ সোমমথাব্রবীৎ। সমং বর্তস্ব ভার্যাসু মা ত্বাং শপ্স্যে বিরোচন! ॥৫২॥
অনাদৃত্য তু তদ্বাক্যং দক্ষস্য ভগবান্ শশী। রোহিণ্যা সার্দ্ধমবসত্ততস্তাঃ কুপিতাঃ পুনঃ ॥৫৩॥
গত্বা চ পিতরং প্রাহুঃ প্রণম্য শিরসা তদা। সোমো বসতি নাস্মাস্বস্মাকং শরণং ভব ॥৫৪॥
রোহিণ্যামেব ভগবন্! সদা বসতি চন্দ্রমাঃ। ন ত্বদ্বচো গণয়তি নাস্মাসু স্নেহমিচ্ছতি।
তস্মান্নস্ত্রাহি সর্বা বৈ যথা নঃ সোম আবিশেৎ ॥৫৫॥

---

চয়নগী সেবা তৌজদুনা ঐখোয় লৈজরগে ॥৪৭॥ মচানুপিশিংগী বাহ তাবদা দক্ষনা চন্দ্রদা হায়:— ঈবুঙো! নাগী লোয়নবীশিংদা অচান্ মীথায় থায়গনু; মীচঙ মীথাই নাইগনু। অদুনক্ষবদি শাথিরবা রোগ অম নশাদা লাকপা তাবে ॥৪৮॥ দক্ষনা মচানুপশিং অদুদগী অমুক্ষা হায়রকই:— চৎলো নখোয় পুম্বা অমুক চন্দ্রগী ঙকমদা। চন্দ্রদা ঐনা যাথং পীরবনি। হৌজিক্তি মতাক নখোয়দা মীচঙ মীথায় নাইরোই ॥৪৯॥ দক্ষনা অমুক্ষা বিদায় পীরক্লবদা কন্যাশিং অসি অমুক চন্দ্রদেবগী য়ুমদা চৎখি। নিংথৌ! চন্দ্রদেবসি দক্ষন হায়রকপদুদ করিমত থৌশাদনা কন্যাশিং অদুদা করিমত য়েংবিদনা হায়ঙমা রোহিনীত্তগা তিনখোৎনদুনা লৈরে। ॥৫০॥

অদুদগী দক্ষকন্যাশিং অদুনা অমুক পুম্বা চৎখিদুনা মপাদা হায়রকরেঃ—চন্দ্রসে অপোকপা নহাকী যাথং ঙাক্লে। মাদ হায়ঙম্ ঐখোয়গা লৈমিন্নসি হায়বা থক্ যাদে। অদুনা ঐখোয় মাগী লোয়নবী ওইবা তোঙ্‌না মাগী সেবা তৌবা তোঙ্‌না, পিতৃদেব নহাকী সেবাদুম তৌদুনা লৈজরগে ॥৫১॥ মচানুপীশিংগী বাসি তাবদা দক্ষনা অমুক চন্দ্রা চন্দ্রদেবদা হায়খি চন্দ্র! নং নংগী লোয়নবীশিংসিগা চাং চপ মান্নন লৈমিন্নো। ঐনা শাপ তৌজিন্নৈদা ঐনা হায়রিবসি যাও ॥৫২॥ চন্দ্রস্ন দক্ষগী বাসিদা করিমত থৌশাকদনা রোহিনীগা অদুমক লৈমিন্নে। মাড়দা অমুক দক্ষপ্রজাপতিগী মচা নুপীশিং অসিনা অমুক শাউরে ॥৫৩॥ কন্যাশিং অসিনা পুম্বা অমুক চৎখিদুনা মপাগী মখোঙ শোক্না খুরমজদুনা হায়খিঃ—চন্দ্রসে ঐখোয়গগ লৈমিন্নসি কায়বা যাদ্রে। অদুনা পিতৃদেব মক্না ঐখোয়গী ঙাকপিবা য়োক্পী থাকপিবা হায়বদু ওইবিয়ু ॥৫৪॥ ভগবন পিতৃদেব! চন্দ্রসি নুমিৎ চুপ্পা রোহিনীতদা পুক্নীং চঙদুনা লৈ। মহাক্ অপোকপা নহাকী যাথংবু করিমত্তা খিনা খঙে। ঐখোয়বু মহাক্না করিমত নুংশিবিদে। অদুনা ঐখোয়গী অঙাক্পা অপু চঙজকদ্ হায়বদু পিতৃদেবনা ওইবিয়ু। করিমগুম উপায় অমনা চন্দ্রদেবনা ঐখোয়গীয়োমদস্ন পুক্নীং চঙনমবগে পিতৃদেবনা পীনবিয়ু ॥৫৫॥ মহারাজ! ভগবান প্রজাপতি

অসৌ হি চন্দ্রমাঃ ক্ষীণঃ কিঞ্চিচ্ছেষো হি লক্ষ্যতে। ক্ষয়াচ্চৈবাস্য দেবেশ। প্রজাশ্চাপি গতাঃ ক্ষয়ম্।
বীরুদোষধয়শ্চাপি বীজানি বিবিধানি চ ।৬৪।

তেষাং ক্ষয়ে ক্ষয়োঽস্মাকং বিনাস্মাভির্জগচ্চ কিম্। ইতি জ্ঞাত্বা লোকগুরো। প্রসাদং কর্ত্তুমর্হসি ।৬৫।

এবমুক্তস্ততো দেবান্ প্রাহ বাক্যং প্রজাপতিঃ। নৈতচ্ছক্যং মম বচো ব্যাবর্ত্তয়িতুমন্যথা ।।৬৬।।

হেতুনা তু মহাভাগা। নিবর্ত্তিষ্যতি কেনচিৎ। সমং বর্ত্ততু সর্ব্বাসু শশী ভার্য্যাসু নিত্যশঃ ।৬৭।

সরস্বত্যা বরে তীর্থে উন্মজ্জন্ শশলক্ষণঃ। পুনর্বর্দ্ধিষ্যতে দেবাঃ। তদ্বৈ সত্যং বচো মম ।৬৮।

মাসার্দ্ধঞ্চ ক্ষয়ং সোমো নিত্যমেব গমিষ্যতি। মাসার্দ্ধন্তু সদা বৃদ্ধিং সত্যমেতদ্বচো মম ।৬৯।

সমুদ্রং পশ্চিমং গত্বা সরস্বত্যব্ধিসঙ্গমম্। আরাধয়তু দেবেশং ততঃ কান্তিমবাপ্স্যতি ।।৭০।।

সরস্বতীং ততঃ সোমঃ স জগামর্ষিশাসনাৎ। প্রভাসং প্রথমং তীর্থং সরস্বত্যা জগাম হ ।৭১।

অমাবস্যাং মহাতেজাস্তত্রোন্মজ্জন মহাদ্যুতিঃ। লোকান্ প্রকাশয়ামাস শীতাংশুত্বমবাপ চ ।৭২।

---

মানা কংশিল্লকপগা লোয়নবা জীব পানবা অতৈ অতৈবু অগগা উয়ী য়ায়ী হীদাক লাংথক মহৈ মরোং পুম্বা লোইন কংশিল্লকলে ॥৬৪॥ লোক পুম্নমক্কা গুরু। মখোয়সিনা কংশিল্লকপাসিদা ঐখোয়মু কংশিল্লকপগুম তৌরে। ঐখোয় লৈত্রবদি বিশ্বজগৎ অসি করম লৈগনি? মাসি পুম্ব মুম্না থস্থবিয়গা চন্দ্রগী শাপ অসি কোক্লনবা তৌবয়ু ॥৬৫॥

লাইয়ম্না অসুম্না হায়রক্লবদা দক্ষপ্রজাপতিনা লাইয়ামদা হায়রকই:– ঐনা হায়খিবা য়াদি হোংবা লেঙবা যায়রোয় ॥ ৬৬ ॥ অগনা লাংবক করবা লাইয়ামশা! ঐনা তৌখিবা শাপতি থক কোকপা য়ায়রে। অদুবু মরম অমতংদি কে কপা য়াগনে। অগানবদা চন্দ্র অসিবু মাগী লোইনবী নক্ষত্রশিং অসিদা চাং চপ মান্না পেলগল্লু ॥ ৬৭ ॥ লাইয়ামশা। অদু ওইরবদি চন্দ্র অসে প্রভাস তীর্থ অসিদা স্নান তৌরগা মাগী মশা পিকশিল্লকলিবসে অমুক মথং মথং চাওখল্লকনি। মসি ঐ থাজৈশেংনা চয়রিবাসিন ॥ ৬৮ ॥ চন্দ্র অসি থাথাই অম অপুম কংশিল পীকশিল্লকনি অগগা লেমহৌবা থাথায় অমগী মপু দা অসুমসুম চাওথং হেন্গল্লকনা মপুং ফায়কনি য়াসি ঐনা লাইয়াম নখোয়দা মিনমদনা থাজৈ শেংবা হায়রবসিনি ॥ ৬৯ ॥ চন্দ্রবু নোংচুপ সমুদ্রদা তাপ্রগা সরস্বতিগা সমুদ্রগা অনিগী তিয়কম্দা থরাই হকচাং অমত। ওইনা নরায়ণগী ধ্যান তৌগল্ল। অদু ওইরবদি মাগী হায়গী মঙাল অদু অমুক লাকনী ॥ ৭০ ॥ অদুগী তুদা চন্দ্রদেব অসি দক্ষপ্রজাপতিগী য়াথংগী মতুংইন্না সরস্বতী তীর্থ তায়া চৎখি। সরস্বতিদগী ঈহান হান্না তীর্থ প্রভাসদা থংঙই ॥ ৭১ ॥ তেজ কল্লবা মশেক মঙাল চ উরবা চন্দ্রনা অহানবদা প্রভাস তির্থদা চৎখিদুনা অমাবৈস্যাগী তির্থদা স্নান তৌদুনা জগৎ পুম্ববু ঙালহনখি। অদুদগী অহাংবা মঙাল অসি ফংখি ॥ ৭২ ॥ নিংথৌ অথোইবা! অদুগী তুংদা লাইয়াম্না মহৈ চ উনা পিগম্বা

দেবাস্ত সর্বে রাজেন্দ্র ! প্রভাসং প্রাপ্য পুষ্কলম্। সোমেন সহিতা ভূত্বা দক্ষস্য প্রমুখেঽভবন্ ।৭৩।
ততঃ প্রজাপতিঃ সর্বা বিসসর্জাথ দেবতাঃ। সোমে চ ভগবান্ প্রীতো ভূয়ো বচনমব্রবীৎ ।৭৪।
মাবমংস্থাঃ স্ত্রিয়ঃ পুত্র ! মা চ বিপ্রান্ কদাচন। গচ্ছ যুক্তঃ সদা ভূত্বা কুরু বৈ শাসনং মম ।৭৫।
স বিসৃষ্টো মহারাজ ! জগমাথ স্বমালয়ম্। প্রজাশ্চ মুদিতা ভূত্বা পুনস্তস্থুর্যথা পুরা ।৭৬।
এবং তে সর্বমাখ্যাতং যথা শপ্তো নিশাকরঃ। প্রভাসঞ্চ যথা তীর্থং তীর্থানাং প্রবরং হ্যভূৎ ।৭৭।
অমাবাস্যাং মহারাজ ! নিত্যশঃ শশলক্ষণঃ। স্নাত্বা হ্যাপ্যায়তে শ্রীমান্ প্রভাসে তীর্থ উত্তমে ।৭৮।
অতশ্চৈনং প্রজানন্তি প্রভাসমিতি ভূমিপ ! ! প্রভাং হি পরমাং লেভে তস্মিন্মজ্জ্য চন্দ্রমা. ।৭৯।
ততস্তু চমসোদ্ভেদমচ্যুতস্ত্বগমদ্বলী। চমসোদ্ভেদ ইত্যেবং যং জনাঃ কথয়ন্ত্যত ।৮০।
তত্র দত্ত্বা চ দানানি বিশিষ্টানি হলায়ুধঃ। উষিত্বা রজনীমেকাং স্নাত্বা চ বিধিবত্তদা ।৮১।
উদপানমথাগচ্ছৎ ত্বরাবান্ কেশবাগ্রজঃ। আদ্যং স্বস্ত্যয়নঞ্চৈব যত্রাবাপ্য মহৎ ফলম্ ।৮২।
(যুগ্মকম্)

---

প্রভাস তির্থদা চৎখিহনা চন্দ্রগা লোয়ননা দক্ষপ্রজাপতিগীদা থ,রঙ,রে ।৭৩। অদুগী তু'দা ভগবান প্রজাপতি দক্ষ্যন্স দেবতাশিংদা ভরামনা বিদয় পিবিখি। চন্দ্রগী মকমদা অমুক হন্না পেনবিখ্রে। অস্নমা হায়ৎকই:— ॥ ৭৪ ॥ চৎলো চৎলো ঈবুংঙো চন্দ্র ! মতুংসিদগীদি নংগী লোয়নবিশিংবু থেঙইবিদবা ভৌক্রন্না অদুগা ব্রাহ্মনশিংদসু হয়থদি ব্রহ্মা প্রজাপতিগী মচাশিংদসু থোওই ঊশিন্তবসি ভৌ লাকস্নকো চৎলো, চৎলো অসিদগীদি ঐগী প উত্তাক মতুং ইন্না মথোদা পুক্লিং ফজ্জার ॥ ৭৫ ॥ মহারাজ ! অসিগী তুদা দক্ষপ্রজাপতিনা বিদায় পিবক্লবদা চন্দ্র অসি মাগী মযুমদা চৎখি। অদুদগীদি জিবপানবা পুম্বম্ভ হায়শুম্না নোয়পেনবহু কংলহুনা হায়গী মভৌশুম্না হুয়া সুংলোইনা লৈরখি ॥ ৭৬ ॥ মহারাজ ! দক্ষ্যপ্রজাপতিনা মতৌ করম্না চন্দ্রদেবদা শাপ ভৌখিবা অদুগা প্রভাস তিথনা থ,াইদগী অপোইবা তিথ অম ওইরিবা অদুগা কৈদৌনা প্রভাস কৌখ্রিবা অসি পুম্নমক লিরবনিদো ॥ ৭৭ ॥ মহারাজ ! অদুদগী হৌনা চন্দ্রদেবনা অমাবস্যা অমাবস্যাদা প্রভাস কৌবা তীর্থদা স্নান ভৌক্রগা অমাবস্যাগী মতুংদগী নোংম নোংমগী মাগী মঙাল অসি অসুমমুম হেন্নংহল্লি. ॥ ৭৯ ॥ অদুগী তুদা তীর্থভ্রমনগী নিয়ম কায়দনা কম্নবা বলদেবনা চমসোদ্ভেদ কৌবা তীর্থদা চৎখি, মিপুম্নমক্না তীর্থ অসিবু চমসোদ্ভেদ কৌই হায়নৈ ॥ ৮০ ॥ কৃষ্ণগী ময়াম্বা বলরামনা চমসোদ্ভেদ কৌবা তীর্থদা মথল মথা অয়াম্বা দান ধর্ম ভৌরগা অহিং অমতং লৈরনা স্নান ভৌরগা থুনা য়াঙনা মঙ্গলগীনহৈবা উদপান তীর্থ তাদা চৎখি। তীর্থ অসিদা স্নান ভৌরবদি তাইবং মীনা পুন্য য়াম্না কংজি ॥৮১—৮২॥ নিংথৌ অথোয়বা জনমেজয় ! সিদ্ধ ওইরবা স ধুমহাত্মাশিংনা উৎিবশিংনা ঈচোৎ চেংবা শৃৎ নারা

নিগ্রহাদোষবীনস্য ভুবেন্ত জনমেজয়।। জানন্তি নিত্যা রাজেন্দ্র! যষ্টমপি সরস্বতীম্ ।৮৩।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং ত্রয়স্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।৩৩। *

— — —:-•-:— — —

মৈবা মৈপাক অহুনা মৈনিন কাহুনা মৈবক্ত উরগ' মৈমুংদা ঈচেল নাইনা চেম্বনা মৌরিবী সরস্বতি ফিবং ঈ, মুকুংমু কাবা ঙম্মি ।।৮৩।।

# শ্রীমহাভারতম্

(তীর্থ মথং মথং হায়থরকপা মতাং)

## চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।

কুন্থ্রামরিশুবা অধ্যায়।

— —:(○):— —

বৈশম্পায় উবাচ।

তস্মান্নদীগতশ্চাপি হ্যদপানং যশস্বিনঃ । ত্রিতস্য চ মহারাজ! জাগমাথ হলায়ুধঃ ।।১।।
তত্র দত্ত্বা বহু দ্রব্যং পূজয়িত্বা তথা দ্বিজান্। উপস্পৃশ্য চ তত্রৈব প্রহৃষ্টো মুষলায়ুধঃ ।।২।।
তত্র ধর্ম্মপরো হ্যাসীত্ত্রিতঃ স সুমহাতপাঃ। কূপে চ বসতা তেন সোমঃ পীতো মহাত্মনা ।।৩।।
তত্র চৈনং সমুৎসৃজ্য ভ্রাতরৌ জগ্মতুর্গৃহান্। ততস্তৌ বৈ শশাপাথ ত্রিতো ব্রাহ্মণসত্তমঃ ।।৪।।

বৈশমপায়ননা হায়ঃ— মহারাজ জনমেজয় ! বলদেবনা মৈমায়থক্ত মৈবা উদপান তীর্থ অহুদগী মফিং চৎলুবা ত্রিতমুনিগী ভুরেল মপান্দ মৈবা উদপান কৌবা অতোপ্প তীর্থদা চৎখি ।১। বলরামনা উদপান তীর্থদ। স্নান তোরগা দান দক্ষিনা য়াম্না তোহ্বনা মকম অহুগী ব্রাহ্মণশিংবু য়াম্না পেলহনখি ।২। মমাংতৌদা উদপান তীর্থদা ধর্ম্ম চেন্নবা, তপস্যা কল্লবা ত্রিতমুনিনা মতম চুম্না মৈরাম্ম । মহাত্মা অসিনা মকম অসিদা মৈবা লুরবা তুহাগী মমুং চত্তুনা সোমরসপান তৌখি ।৩। অহুগুম্বা ত্রিতমুনিগী মনাওশিংনা মহাকপু থাদোকলমতুনা ময়ুম চৎনখি হায়দুনা ত্রিতমুনিনা মথোয়দা শাপ তৌখি ।৪। য়ামী তাম্নিবা জনমেজয়না হায়ঃ— মহর্ষি' ! তীর্থ' অসিগী মমিং উদপান কৌখ্রবসি করিগীনো ? তপস্যা কল্লবা ত্রিতমুনিনা তুহা মমুং তাগ্রিবহুনা

### জনমেজয় উবাচ।

উদপানং কথং ব্রহ্মন্! কথঞ্চ সুমহাতপাঃ। পতিতঃ কিঞ্চ স ত্যক্তো ভ্রাতৃভ্যাং দ্বিজসত্তমঃ ॥৫॥
কূপে কথঞ্চ হিত্বৈনং ভ্রাতরৌ জগ্মতুর্গৃহান্। কথঞ্চ যাজয়ামাস পপৌ সোমঞ্চ বৈ কথম্।
এতদাচক্ষ্ব মে ব্রহ্মন্! শ্রোতব্যং যদি মন্যসে ॥৬॥

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

আসন্ পূর্ব্বযুগে রাজন! মুনয়ো ভ্রাতরস্ত্রয়ঃ। একতশ্চ দ্বিতশ্চৈব ত্রিতশ্চাদিত্যসন্নিভাঃ ॥৭॥
সর্ব্বে প্রজাপতিসমাঃ প্রজাবন্তস্তথৈব চ। ব্রহ্ম লোকজিতাঃ সর্ব্বে তপসা ব্রহ্মবাদিনঃ ॥৮॥
তেষাম্ভ তপসা প্রীতো নিয়মেন দমেন চ। অভবদ্গৌতমো নিত্যং পিতা ধর্ম্মরতঃ সদা ॥৯॥
স তু দীর্ঘেণ কালেন তেষাং প্রীতিমাপ্য চ। জগাম ভগবান্ স্থানমনুরূপমিবাত্মনঃ ॥১০॥
রাজানস্তস্য যে হ্যাসন্ যাজ্যা রাজন্। মহাত্মনঃ। তে সর্ব্বে স্বর্গতে তস্মিংস্তস্য পুত্রানপূজয়ন্ ॥১১॥
তেষান্তু কর্ম্মণা রাজন্! তথা চাধ্যয়নেন চ। ত্রিতঃ স শ্রেষ্ঠতাং প্রাপ যথৈবাস্য পিতা তথা ॥১২॥

---

করিগীনো ? ॥৫॥ মহর্ষি'! ত্রিতমুনিগী মনাও'শিংনা মহাকপু কূহাদা থাদনরগা চৎপ্রিবহুনা করিগীনো ? অহুগা গুহা মপুংহুদা ত্রিতমুনিনা মতৌ করম্না যজ্ঞ তৌহুনা সোমরস থকৃখিবগে থোদোক পুম্নমকসে তাবদা মতৌক চারবদি হায়বাদ খোইদোক্ন কাম্নবা লৈত্রবদি জীবিয়ু ॥৬॥ বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়ঃ— মহারাজ ! জনমেজয় ! সত্যযুগতা মুমিৎকী মতৌঙম্না তেজ লৈরবা মুনিসু ওইবা একত,দ্বিত ত্রিত কৌবা মুনি মচানাও লৈরম্মি ॥৭॥ মথোয় অহুমক্ বেদ হৈবা, ব্রহ্মাগী মতৌঙম্না মচা য়াম্ন লৈবা অদুগা তপস্যাগী শক্তিনা ব্রহ্ম লোক কাওবা জয় তৌব ঙম্বা ওাক্তনি ॥৮॥ মতম লৈব খিবিক্তা মথোয়গী ধর্ম্ম চেন্নবা গৌতম ঋষিনা মচা অহুম আসগী ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবা, ব্রত কনবা, ইন্দ্রিয় থুহুম চনবসি উরগা য়াম্ন পেনখিখি ॥৯॥ মতৌক মগুণ লৈরবা গৌতম ঋষি অ'সনা মচাশিংগী তৌখিবা কর্ম্ম অমাদি আচার ব্যবহার অম্নদা পেনশ্রহুনা মুংঙ'ইনা পুনশি লেম্নগা মহাক্না তৌশ্রিবা কর্ম্মগী মতৌক চারবা মফম স্বর্গলোকত চৎখি ॥১০॥

মহারাজ। মতম্ অহুদা পানবা নিংথৌ মথৈ গৌতমগী যজমান মকনি। গৌতমনা নোং-পাপ্রব তুংদা নিংথৌশিংনা গৌতমগী মচাশিংদা যাজক পুরোহিত ওইবনা বোমিখি ॥১১॥ মহারাজ ! ত্রিত হায়বা মুনি অসি যজ্ঞকর্ম্মদা অহুগা বেদ পাঠন চিংবদা মপা গৌতমগা চপ মাম্নে। অদুগা মহাক অসি মচীনমনাও অহুমগী মপুংদা অথোইবনি ॥১২॥ ধর্ম'চেনবা মহাত্মা ওইবা

তথা সর্বে মহাভাগা মুনয়ঃ পুণ্যলক্ষণাঃ। অপূজয়ন্মহাভাগং যথৈব পিতরং পুরা ॥১৩॥
কদাচিদ্ধি ততো রাজন্! ভ্রাতরাবেকতদ্বিতৌ। যজ্ঞার্থং চক্রতুশ্চিন্তাং তথা বিত্তার্থমেব চ ॥১৪॥
তয়োর্বুদ্ধিঃ সমভবৎ ত্রিতং গৃহ্য পরন্তপ!। যাজ্যান্ সর্বানুপাদায় প্রতিগৃহ্য পশূংস্ততঃ ॥১৫॥
সোমং পাস্যামহে হৃষ্টাঃ প্রাপ্য যজ্ঞং মহাফলম্। চক্রুশ্চৈব তথা রাজন্! ভ্রাতরস্ত্রয় এব চ ॥১৬॥
(যুগ্মকম্)

তথা তু তে পরিক্রম্য যাজ্যান্ সর্বান্ পশূন্ প্রতি। যাজয়িত্বা ততো যাজ্যান্ লব্ধ্বা তু সুবহূন্ পশূন্ ॥১৭॥
যাজ্যেন কর্মণা তেন প্রতিগৃহ্য বিধানতঃ। প্রাচীং দিশং মহারাজ আজগ্মুস্তে মহর্ষয়ঃ ॥১৮॥
(যুগ্মকম্)

ত্রিতস্তেষাং মহারাজ! পুরস্তাদ্যাতি হৃষ্টবৎ। একতশ্চ দ্বিতশ্চৈব পৃষ্ঠতঃ কালয়ন্ পশূন্ ॥১৯॥
তয়োশ্চিন্তা সমভবদেকতস্য দ্বিতস্য চ। কথং নু স্যুরিমা গাব আবাভ্যাং হি বিনা ত্রিতম্ ॥২০॥
তাবন্যোন্যং সমাভাষ্য একতশ্চ দ্বিতশ্চ হ। যদূচতুর্মিথঃ পাপৌ তন্নিবোধ জনেশ্বর! ॥২১॥

মুনিশিংনস্থ গৌতমগা চপমান্না ত্রিতব্ ব্যবহার অমদি সম্মান তৌই ॥১৩॥ মহারাজ! নোংমদি একত দ্বিত হায়বা মচানমনাও অনীসি যজ্ঞ তৌননবা মতীক চাবা শেল ফংননবগী চিন্তা তৌরম্মি ॥১৪॥ য়েক্কবাওম্বা নিংথৌ! ত্রেকতগা দ্বিতকা অনীঅসিনা থনবমথৈ থম্নগা করিহায়বনা লেপ্পখিবগে হায়বব্ —"ঐখোয় অনীনা ত্রিতব্ কোয়শু পুরে হায়রগা যজমানশিংগী মকমদা চৎ চৎতুনা মখোয়দগী শেন্দ্‌ম পুতক্লগা অদুগা যজ্ঞগী বলিদানগী শাঐরগা' মহৈ য়াম্ন চাউনা পীনবা মহাযজ্ঞ কয়া কয়া তৌদুনা য়াম্ন নুংঙাইনা সোমরস থক্লস।" হায়রবা বাকম্ অসি মখোয় অহুম য়ানরে ॥১৫-১৬॥ অদুগী তুংদ মহর্ষিশিংসনা শা লৌকগে হায়বগী দমক্, যজমানশিংগী ময়ুমদগী শেল য়াম্ন পুথক্লনা অদুগা যজ্ঞগী শাস্ত্র য়াম্ন ফংলদুনা, মাদুনা যজ্ঞ তৌ তৌদুনা যজমানশিংগীদগী শেল য়াম্না পুথক্লনা নোংপোক্ পাংনা চৎখি ॥১৭-১৮॥ মহারাজ! মতম অদুদা মখোয় অহুমগী মনুংদা ত্রিত হায়বা মহর্ষি অসি য়াম্ন থবকগী মাঙ শারদুনা য়াম্ন নুংঙাইনা চৎলি। একতগা দ্বিতগা অনী অসিনা শাশিং অদু হোই-হোইদুনা থবকগী তুংদা চৎলি ॥১৯॥ অদুগী তুংদা একত দ্বিত কোবা মুনি অসিনা করি হায়না চিন্তা তৌবগে হায়বদু করম তৌরে হায়রগা শাশিং অসে ত্রিতগী শরক থুংদনা ঐখোয় অনীতনা লৌবা য়াগদগে ॥২০॥

নিংথৌ! অদুগী তুংদা পাপকী রাথলদা পুক্নীং চঙলবা একতগা দ্বিতগা অনসিনা রাজানয়কপা মতাং অসি তাবিয় ॥২১॥ ত্রিতদি যজ্ঞ তৌবা হৈবনিনা অদুগা বেদ পাঠদা লুহুনা লৈদা মীশক অমনীনা। মাদি যজ্ঞ তৌতৌদুনা শেন্দ্‌ম্ য়াম্না অদুগা শা য়াম্ন কংখিবা য়াই। অদুনা ঐখোয় অনী শশিং অসি হোইদুনা পুশসি মাস্থ মানাথোকপা তৌহৌবস্ত

ত্রিতো যজ্ঞেষু কুশলস্ত্রিতো বেদেষু নিষ্ঠিতঃ। অন্যাস্তু বহুলা গাস্তু ত্রিতঃ সমুপলব্ধবান্ ।২২।
তদাবাং সহিতৌ ভূত্বা গাঃ প্রকাল্য ব্রজাবহে। ত্রিতোঽপি গচ্ছতাং কামমাবাভ্যাং বৈ বিনাকৃতঃ ।২৩।
তেষামাগচ্ছতাং রাত্রৌ পথি স্থানে বৃকোঽভবৎ। তত্র কূপোঽবিদূরেঽভূৎ সরস্বত্যাস্তটে মহান্ ।২৪।
অথ ত্রিতো বৃকং দৃষ্ট্বা পথি তিষ্ঠন্তমগ্রতঃ। তদ্ভয়াদপসর্পন্ বৈ তস্মিন্ কূপে পপাত হ।
অগাধে সুমহাঘোরে সর্বভূতভয়ঙ্করে ।২৫।
ত্রিতস্ততো মহারাজ! কূপস্থো মুনিসত্তমঃ। আর্তনাদং ততশ্চক্রে তৌ তু শুশ্রুবতুর্মুনী ।২৬।
তং জ্ঞাত্বা পতিতং কূপে ভ্রাতরাবেকতদ্বিতৌ। বৃকত্রাসাচ্চ লোভাচ্চ সমুৎসৃজ্য প্রজগ্মতুঃ ।২৭।
ভ্রাতৃভ্যাং পশুলুব্ধাভ্যামুৎসৃষ্টঃ স মহাতপাঃ। উদপানে তদা রাজন্! নির্জনে পাংশুসংবৃতে ।২৮।
ত্রিত আত্মানমালক্ষ্য কূপে বীরুত্তৃণাবৃতে। নিমগ্নং ভরতশ্রেষ্ঠ! নরকে দুষ্কৃতী যথা ।২৯।
স বুদ্ধ্যাগণয়ৎ প্রাজ্ঞো মৃত্যোর্ভীতো হ্যসোমপঃ। সোমঃ কথং নু পাতব্য ইহস্থেন ময়া ভবেৎ ।৩০।

(যুগ্মকম্)

স এবমভিনিশ্চিত্য তস্মিন্ কূপে মহাতপাঃ। দদর্শ বীরুধং তত্র লম্বমানাং যদৃচ্ছয়া ।৩১।

---

॥২৩॥ অসুম হায়না খল্লদুনা মখোয়য়ুম্ লোমদা হল্লকই। অসুম লাকপদা লম্বাদ। কৈ থেংনরে। কৈ অদু ঈগাউ চাউনা লম্বাদা কৈগাক্ষ কৈনা কুম্মুনা লৈরে। অদুদগী থোকনা লাপ্তবা সরস্বতী তুরেলগী মপান্দা পাকচাউরবা লুরবা কুহা অমলৈ ॥২৪॥ অদুগী তুংদা ত্রিত অসি কৈ লৈ দু উবদা কিমনপ্রদুনা কৈ অদু য়েংনা ভুংলোমদা চম্ন হম্না চৎপদা, জীবপুম্নমক্কী মকমদা অকিবগী মশক ওইরবা লুরবা কুহা মনুংদা অদুদা তাপ্রে ॥২৫॥ মহারাজ! মুনি অথোইবা ত্রিত হায়বসি কুহা মনুং অদুদা লৈদুনা তেংথা নাওইনা অরা অনাগী থোপ্রেমা লাউরকই। একত দ্বিত অনীনা মাদু অসুম তাদুনা লৈ ॥২৬॥ একতগা দ্বিতগা ত্রিতনা কুহাদা তাখিবদু খঙলদুনা অদুগা কৈ অদুবু কিংদগী ত্রিতগী মরা মপাউ কারমত হংবরমলনা অদুম চৎপ্রে ॥২৭॥ মহারাজ! মতম অদুদা ত্রিত হায়বা মুনি অসি, মীচৌক্ মীরাউথোল তাপ্রবা লম অদুদ মচীম্মনাও শিংনা হন্দোক্পিরমবগী অবস্থাদা লৈরে ॥২৮॥ ভরত শাগৈগী অথোইবা! পাপীশিংনা নরকত তারগা নরককী অরাবব মশামক্ক উজবগুজবদুগী মতৌগুম্না ত্রিত হায়রিবা মুনি অসি কুহামনুংদা উরী রাগীনা য়েচ্ছল্লবা মকম অদুদা সোমরস থক্পা কংদনা, শিরানি হায়বসি খল্লদুনা "করম তৌনা ঐনা মকম অসিদা সোমরস কংগদগে হায়না বিচর তৌরকই ॥২৯-৩০॥ তপস্যা কাল্লবা ত্রিত হায়বা মুনি অসি অসুম হায়না চিন্তা তৌনা তৌনা কুহাদুগী মনুংদা লাইগী নোংদমদগী উরী অম থরাক থরাক য়াম্বদুনা লৈবদুউরে ॥৩১॥ অদুগী তুংদা ত্রিত মুনি অসি কুহ্দুগী মনুংদা মকম অমদা তুংদুনা লৈব ঈশিংদুবু যজ্ঞগী মৈনি হায়না খনবা হৌরে। অদুগা মশামথক্তবু যজ্ঞগী হোতা, পোতা, তন্ত্রধার

পাংশুগ্রস্তে ততঃ কূপে বিচিন্ত্য সলিলং মুনিঃ। অগ্নীন্ সঙ্কল্পয়ামাস হোতৄনাত্মানমেব চ ॥৩২॥
ততস্তাং বীরুধং সোমং সঙ্কল্প্য সুমহাতপাঃ। ঋচো যজূংষি সামানি মনসাচিন্তয়ন্মুনিঃ ॥৩৩॥
গ্রাবাণঃ শর্করাঃ কৃত্বা প্রচক্রেঽভিষবং নৃপ।। আজ্যঞ্চ সলিলং চক্রে ভাগাংশ্চ ত্রিদিবৌকসাম্ ॥৩৪॥
(বৃধা ধন্)
সোমস্যাভিষবং কৃত্বা চকার তুমুলং ধ্বনিম্। স চাবিশদ্দিবং রাজন্! স্বরশ্চৈব ত্রিতস্য বৈ।
সমবাপ চ তং যজ্ঞং যথোক্তং ব্রহ্মবাদিভিঃ ॥৩৫॥
বর্ত্তমানে তথা যজ্ঞে ত্রিতস্য সুমহাত্মনঃ। আবিগ্নং ত্রিদিবং সর্ব্বং কারণঞ্চ ন বুধ্যতে।
ততঃ সুতুমুলং শব্দং শুশ্রাবাথ বৃহস্পতিঃ ॥৩৬॥
শ্রুত্বা চৈবাব্রবীৎ সর্ব্বান্ দেবান্ দেবপুরোহিতঃ। ত্রিতস্য বর্ত্ততে যজ্ঞস্তত্র গচ্ছামহে সুরাঃ। ॥৩৭॥
স হি ক্রুদ্ধঃ সৃজেদন্যান্ দেবানপি মহাতপাঃ। তচ্ছ্রুত্বা বচনং তস্য সহিতাঃ সর্ব্বদেবতাঃ।
প্রযযুস্তত্র যত্রাসৌ ত্রিতযজ্ঞঃ প্রবর্ত্ততে ॥৩৮॥
তে তত্র গত্বা বিবুধাস্তং কূপং যত্র স ত্রিতঃ। দদৃশুস্তং মহাত্মানং দীক্ষিতং যজ্ঞকর্ম্মসু ॥৩৯॥

---

ব্রহ্মা অমদি অতৈ অতোপপ যজ্ঞগী সদস্য অমনি হায়না খনবা হোৎরকই ॥৩২॥ অদুগী তুংদা তপস্যা কল্লবা ত্রিত মুনি অসি যাম্বনা লৈরিবা উগী অচব সোমলতামক্তি হায়না কল্লনা তৌরকই। ঋগ, যজু সামবেদবু মপুক্কীদা অম্বম শাগত্তুনা, কুহা মমু দা তাদুনা লৈরিবা মু কূপশিং অচবুনা চেঙখোইদিং চিনা অকেংবনি হায়না খল্লোক্তুনা মাহুনা দেবতাশিংগী শরুক খাইদোক্লগা হোম তৌরকলে ॥৩৩-৩৪॥ মহারাজ! ত্রিত মুনিনা ভাবনাশাবা সোমরস অদুনা হোমতৌদুনা বেদগান তৌব হৌরকলে। ত্রিত মুনিগী বেদধ্বনি অদু লাইরৈবাক য়োথি। বেদ হৈবাশিংনা নিয়মকায়দনা যজ্ঞবু লোইশিনবদু ওয়া কুহা মমুং অচদা ত্রিতনা যজ্ঞ অদু পূর্ণাহুতি তৌখ ॥৩৫॥ মহাত্মা ত্রিতগী যজ্ঞ অদু অম্বম তৌরকপা মতমদা স্বর্গ লাইয়ামম্ব অশুকপা ক,থি। মরমদি কদোম্দগী যজ্ঞ তৌবগী ধ্বনিনো হায়বদু মখোয় কনা অমতনা খঙবিদে। অগ্দগী ওহাক লৈরগা কুহা মমুংদগী থোরকপা বেদগানগী খোঞ্জেল অদু নোংমদোম্বক্কা বৃহস্পতিনা তাপ্রে ॥৩৬॥ বৃহস্পতিনা খোঞ্জেল তাবদা লাইয়ামদা হায়রকই। লাইয়ামশা! হৌজিক ত্রিত মুণিগী যজ্ঞ'স কায়দনা চথরি। অদুনা চৎলু চৎসি ॥৩৭॥

মরমদি ত্রিত মুনি অসিনা শাউখিবদগী অতৈ অতোপপা দেবতাশিং অসে সৃষ্টি তৌখিবা য়াই।' তপস্যাগী শক্তিনা মুনিনা তৌবা ওমদবা থবক লৈতে। বৃহস্পতিগী য়াদু তাবদা লাইয়ায়া অমত ওইনা পুল্লগ ত্রিত মুনিনা যজ্ঞ তৌরিবা মকম অদু তাম লাকলে ॥৩৮॥ ত্রিত মুণিনা কুহা মমুংদা তৌরিবা যজ্ঞদু উবদা লাইয়াম অদুম্ব কুহা মনাক্তা চঙশিল্লুনা য়েংবদা ত্রিত মুনিনা কায়ব লৈতনা তৌরিবা যজ্ঞদু উরে ॥৩৯॥ দেবতাশিং অদুনা ব্রহ্মা তেজনা পুমতাল তাল্লবা মহাত্মা ওইরবা ত্রিতবু উবদা অসুম্না হায়রকই—মুনি! নহাক্না তৌরিবা যজ্ঞ

দৃষ্ট্বা চৈনং মহাত্মানং শ্রিয়া পরময়া যুতম্। উচুশ্চাথ মহাভাগং প্রাপ্তা ভাগার্থিনো বয়ম্ ॥৪০॥
অথাব্রবীদৃষির্দেবান পশ্যধ্বং মাং দিবৌকসঃ।। অস্মিন্ প্রতিভয়ে কূপে নিমগ্নং নষ্টচেতসম্ ॥৪১॥
ততস্ত্রিতো মহারাজ। ভাগাংস্তেষাং যথাবিধি। মন্ত্রযুক্তান্ সমদদাত্তে চ প্রীতাস্তদাভবন্ ॥৪২॥
ততো যথাবিধি প্রাপ্তান্ ভাগান্ প্রাপ্য দিবৌকসঃ। প্রীতাত্মানো দদুস্তস্মৈ বরান্ যান্ মনসেচ্ছতি ॥৪৩॥
স তু বব্রে বরং দেবাংস্ত্রাতুমর্হথ মামিতঃ। যশ্চাত্রোপস্পৃশেৎ কূপে স সোমপগতিং লভেৎ ॥৪৪॥
তত্রশ্চোর্মিমতী রাজন্! উৎপপাত সরস্বতী। তয়া ক্ষিপ্তঃ স উত্তস্থৌ পূজয়ংস্ত্রিদিবৌকসঃ ॥৪৫॥
তথেতি চোক্তা বিবুধা জগ্মু রাজন্! যথাগতাঃ। ত্রিতশ্চাপ্যাগমৎ প্রীতঃ স্বমেব নিলয়ং তদা ॥৪৬॥
ক্রুদ্ধঃ স তু সমাসাদ্য তাবৃষী ভ্রাতরৌ তদা উবাচ পরুষং বাক্যং শশাপ চা মহাতপাঃ ॥৪৭॥
পশুলুব্ধৌ যুবাং যস্মান্মামুৎসৃজ্য প্রধাবিতৌ। তস্মাদ্বৃকাকৃতী রৌদ্রৌ দংষ্ট্রিণাবভিতশ্চরৌ।
ভবিতারৌ ময়া শপ্তৌ পাপেনানেন কর্ম্মণা ॥৪৮॥

---

আসদা শরুক য়াগদবগীদমক ঐখোয় ঈশামক্ ওয়া লাকচরে ॥৪০॥ অদুগী তুংদা ত্রিত মুনিনা লাহৈরামদা অশুম্না হায়রকই:— দেবতা পুমমক্ । ময়াম্না অমুক য়েংবিয়ু । ঐ অকিবগী মশক্ ওইরবা কুহা অসিগী মনুংদা তাদুন লৈরে । ঐ হৌজিক জ্ঞান কবিমত্ত তাদে ॥৪১॥ মহারাজ! মা অসি হায়রগা ত্রিত মুণিনা বেদ মন্ত্র পাঠ তৌহন দেবতাশিং অদুদা মাগী মাগী শরুক তমলে । মখোয়সু লোইনা পেল্লে ॥৪২॥ বেদ বিধি কায়দনা যজ্ঞগী শরুক ফংখ্রকপদুদা লাইরাম্ম য়াম্ম পেনশ্রদুনা ত্রিত মুনিনা হেক্ নিরিবা পোৎ অদু পীরগে, বর পীরগে হায়না চপ মুংনা নীত্তনাথ ॥৪৩॥ মতম অদুদা ত্রিত মুনিনা দেবতাশিং অদুদা বর নিরকই:— ময়াম্না ঐবু লুংশি পেনবিরবদি ঐবু কুহা অসিদগী উদ্ধার তৌবিয়ু । অদুদা চয়েং কবিগুম্বা কান্দা কনাগুম্বনা কুহা অসিদা স্নান তৌরবদ হেক তৌবগা যা জ্ঞক ব্রাহ্মণশিংনা কংবা ধাম অদো মহাকঙু কংবা ওইসনু ॥৪৪॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা ওহাক লৈরগা ঈথক্ ইপোমগা লোয়ননা সরস্বতী তুরেম্না কাখৎলক্লবদা ঈথক্লা ঈস্থোক্পিরকপা ত্রিতমুনি অসি দেবতাশিংগী পূজা তৌনা তৌনা কুহাগী মপান্দ্ থ, ওরে ॥৪৫॥ মহারাজ! "মাদুমক্ ওইরসনু" অশুম্না হায়রগা লাইরাম্বদু মকম অদুদগী মাগী মাগী লোকত চংনাথি । ত্রিতসু লুংতাইনা মযুমদা চংথি ॥৪৬॥ মহাতপস্যা কলবা ত্রিত মুণিনা মযুমদা লৈরগা একত—দ্বিত হায়বা মরাহ্মা অনীদুদা য়াম্ম শাউদুনা শাপ তৌখি ॥৪৭॥ নখোয় অনীনা শা পাম্দুনা ঐবু কুহা মনুংদা হন্দোক্লমদুনা চেল্লকপা অসিগীদমক ঐনা মখোয় অনীদা শাপ তৌরি:— নখোয় অনীসে ময়া চৌরবা, অকিবগী মশক্ কংলবা, মকম খুদিংদা হুৎ হন্দা চৎপা কৈজাও অনী ওইনা লৈস্ত্রো ॥৪৮॥ নখোয় অনিগী খারাসন্তান নচা নও পূষা বনগী মনুংদা য়োংমু, শওম, অচবা য়োং তাক ওইগসনু ।" মহারাজ! অদুম্না হেক শাপ তৌবগা লোয়ন লোয়ননা একত দ্বিত হায়বা মুনি অনিদু সত্য-বাদি

প্রসবাস্কেব যুবয়োর্গোঽভাব, নক্ষ্যানয়াঃ। ইত্যুক্তে তু তদা তেন কণাদেব বিশাংপতে।।
তথাভূতাবদৃশ্যেতাং বচনাৎ সত্যবাদিনঃ ॥৪৯॥
তত্রাপ্যামিতবিক্রান্তঃ স্পৃষ্ট্বা তোয়ং হলায়ুধঃ। দত্ত্বা চ বিবিধান্ দায়ান্ পূজয়িত্বা চ বৈ দ্বিজান্ ॥৫০॥
উদপানঞ্চ তং বীক্ষ্য প্রশস্য চ পুনঃ পুনঃ। নদীগতমদীনাত্মা প্রাপ্তো বিনশনং তদা ॥৫১॥ ( যুগ্মকম্ )

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং তীর্থকথনে চতুস্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩৪॥ *

— — * — —

সত্যবাদী ওইরবা ত্রিত মুনিগী শাপতগী খুদক্তা কৈদাও অনী ওনখ্রে ॥৪৯॥ মতীক্ মঙ্গল চাউরবা কল্লবা, অরাবা থঙদবা বলরামনা তীর্থ কুহা অদুদা স্নান তৌরগা, কুহা অদুগী দর্শন তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌদুনা ত্রিত মুনিগী স্তুতি গান তৌখি। অদুদগী সরস্বতী তুরেলগী মপান্দা লৈবা বিনশন কৌবা তীর্থদা চংখি ॥৫০—৫১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকালাশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মনুংদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতাংদা তীর্থ কথন কৌবা কুন্থরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে

# শ্রীমহাভারতম্

(সারস্বততীর্থগী বারী)

## পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

কুন্থরামঙাশুবা অধ্যায়ঃ।

— —:-০-:— —

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততো বিনশনং রাজন্! জগামাথ হলায়ুধঃ। শূদ্রাভীরান্ প্রতি দ্বেষাদ্যত্র নষ্টা সরস্বতী ॥১॥
যস্মাৎ সা ভরতশ্রেষ্ঠ! দ্বেষান্নষ্টা সরস্বতী। তস্মাত্তদৃষয়ো নিত্যং প্রাহুর্বিনশনেতি হ ॥২॥
তত্রাপ্যুপস্পৃশ্য বলঃ সরস্বত্যাং মহাবলঃ। সুভূমিকং ততোঽগচ্ছৎ সরস্বত্যাস্তটে বরে ॥৩॥

বৈশম্পায়ননা হায়:— নিংথৌ জনমেজয়! আসগী তুংদা, শূদ্রশিংগী অমদি থাদাশংগী মথক্তা শাউথিদুনা সরস্বতী তুরেলনা মাঙখিবা—মথক্ উহনখিদবা মকম্ অদো বিনশন তীর্থ হায়না মমিংচত্লনা লৈখি। তীর্থ অদুদা বলদেবনা থোঁখি ॥১॥ ভরতশাগেগী অথোইবা নিংথৌ! সরস্বতী তুরেল্লা মথক্ উহনখিদে হায়দুনা মকম অদু হৌজিক্ফাওবা বিনশন তীর্থ হায়না মমিং চত্লনা লৈরি ॥২॥ কল্লবা বলদেবনা মকম্ অদুদা চেল্লিবা সরস্বতী তীর্থদা স্নান তৌরগা সরস্বতী অদুমকী পুক্ষীং হননবগী মথক্ ওইরবা সুভূমিক তীর্থদা চংখি ॥৩॥ মকম্ অসিদা কুহ

তত্র চাপ্সরসঃ শুভ্রা নিত্যকালমতন্দ্রিতাঃ। ক্রীড়াভির্বিমলাভিশ্চ ক্রীড়ন্তি বিমলাননাঃ ॥৪॥
তত্র দেবাঃ সগন্ধর্বা মাসি মাসি জনেশ্বর। অভিগচ্ছন্তি তত্তীর্থং পুণ্যং ব্রাহ্মণসেবিতম্ ॥৫॥
তত্রাদৃশ্যন্ত গন্ধর্বাস্তথৈবাপ্সরসাং গণাঃ। সমেত্য সহিতা রাজন্! যথাপ্রাপ্তং যথাসুখম্ ॥৬॥
তত্র মোদন্তি দেবাশ্চ পিতরশ্চ সবীরুধঃ। পুণ্যৈঃ পুষ্পৈঃ সদা দিব্যৈঃ কীর্য্যমাণাঃ পুনঃ পুনঃ ॥৭॥
আক্রীড়ভূমিঃ সা রাজন্! তাসামপ্সরসাং শুভা। সুভূমিকেতি বিখ্যাতা সরস্বত্যাস্তটে বরে ॥৮॥
তত্র স্নাত্বা চ দত্ত্বা চ বসু বিপ্রেষু মাধবঃ। শ্রুত্বা গীতঞ্চ তদ্দিব্যং বাদিত্রাণাঞ্চ নিস্বনম্ ॥৯॥
ছায়াশ্চ বিপুলা দৃষ্ট্বা দেবগন্ধর্বরক্ষসাম্। গন্ধর্বাণাং ততস্তীর্থমগচ্ছদ্রোহিণীসুতঃ ॥১০॥ ( যুগ্মকম্ )
বিশ্বাবসুমুখাস্তত্র গন্ধর্বাস্তপসান্বিতাঃ। নৃত্যবাদিত্রগীতঞ্চ কুর্বন্তি সুমনোরমম্ ॥১১॥
তত্র দত্ত্বা হলধরো বিপ্রেভ্যো বিবিধং বসু। অজাবিকং গোখরোষ্ট্রং সুবর্ণং রজতং তথা ॥১২॥
ভোজয়িত্বা দ্বিজান্ কামৈঃ সন্তর্প্য চ মহাধনৈঃ। প্রযযৌ সহিতো বিপ্রৈঃ স্তূয়মানশ্চ মাধবঃ ॥১৩॥ ( যুগ্মকম্ )
তস্মাদ্গন্ধর্বতীর্থাচ্চ মহাবাহুররিন্দমঃ। গর্গস্রোতো মহাতীর্থমাজগামৈককুণ্ডলী ॥১৪॥

---

চৌরোক্ ৎোবী; মাবখোং ৎক্ক ৎক্কনী অপ্সরাশিন অকনবা লৈতনা শান্নরৈ ॥৪॥ মহারাজ! দেবতাশিংসু গন্ধর্বশিংগা লোয়ননা থকম্ অসিদা লাক্কনা থা খুদিংগী পুণ্যহেল্লবা, ব্রাহ্মণনা থম্না লৈরবা তীর্থ অসিদা হেক হেক লাক্কই ॥৫॥ মহারাজ! গন্ধর্বশিং অমদি স্বর্গগী লাইশিংনা মকম্ অসিদা হেক হেক লাক্কই। অদুগা চরাওতগাম্না শান্নরৈ ॥৬॥ মকম্ অসিদা গন্ধর্বশিংনা অদুগা পিতৃলোক শিংনা লৈশূউরীনচীংবা পুরক্কনা স্ণুভাইনা শান্নরৈ। অদুগা শাম্নরিঙদা নোং মদোম্বুক্কগী মখোঙ্গী মথক্ত চন্ন হন্ন লৈ খুজোক্ খুজোক্ চাইথরকই ॥৭॥ মহারাজ! অসিগুম্বা সরস্বতী মপানগী, অপ্সরাশিংগী শান্নফম্ ওইবা নীঙাথরবা তীর্থ অসি সুভূমিক হায়না কাওগ্রে ॥৮॥ অদুগী তুংদা রোহিনীনন্দন বলদেবনা হায়রিবা তীর্থ অসিদা স্নানধ্যান তৌরগা ব্রাহ্মনশিংদা লেন্থুম দান তৌরগা স্বর্গগী ঈশৈ তারগা, লাইয়াম গন্ধর্ব অমদি হিংচাবশিংগী পাকচাউরবা মমি মশেল মতাঙলঅশু দর্শন তৌরগা গন্ধর্ব তীর্থদা লেঙখি ॥৯—১০॥
তপস্যা বল্লবা বিশ্ববসুনচিংবা গন্ধর্বশিংনা তীর্থ অসিদা লাক্কনা পুক্নিং হূনবগী মশক ওইরব পুঙঈশৈ জগোইনচিংবা থৈখি শাখি ॥১১॥ মধুবংশগী বলরামনা তীর্থ অসিদা লন্থুম মথল মথল, য়াও হামেং শল লোলা উট সনা লুপ নচিংবা দান তৌদুনা, তীর্থ অদুদা লৈবা ব্রাহ্মনশিংদা মানা মানা পাম্বা পোশক্ত, দান তৌরনা চানিং চানিংবা পিজদুনা মখোয়বু পেলহল্লগা মথং অমদা অমুক চৎখি। ব্রাহ্মণশিংনা বলদেববু হন্না হন্না থাগত্তনা লৈহৌই ॥১২—১৩॥ নিংথিজরবা কুণ্ডলনাইন্না লৈতেংবা, মপাম্বোম চাউরবা, য়েক্কবনৈৎত্তম্বা বলদেবনা গন্ধর্বতীর্থদগী গর্গস্রোত হায়বা মহাতীর্থ অদুদা লেঙখি ॥১৪॥ জনমেজয় মহারাজ! তপস্যাগী শক্তিনা থমোয় সুরবা, মহত্মা ওইরবা অহল ওইরবা গর্গ মুনিনা তীর্থ অসিদা বাস তৌদুনা য়াম্না থিজিন্দুনা

আপ্তৈশ্চ নিয়তৈস্তৈস্তৈর্বিচরদ্ভিঃ পৃথক্ পৃথক্ । অদৃশ্যমানা বহুভির্ব্যচরন্ পুরুষর্ষভ ! ।
এবং খ্যাতো নরপতে ! লোকেঽস্মিন্ স বনস্পতিঃ ।২৩।
তত্তীর্থং সরস্বত্যাঃ পাবনং লোকবিশ্রুতম্ । তস্মিংশ্চ যদুশার্দ্দূলো দত্ত্বা তীর্থে যশস্বিনীঃ ।
তাম্রায়সানি ভাণ্ডানি বস্ত্রাণি বিবিধানি চ ।২৪।
পূজয়িত্বা দ্বিজাংশ্চৈব পূজিতশ্চ তপোধনৈঃ । পুণ্যং দ্বৈতবনং রাজন্ ! আজগাম হলায়ুধঃ ।২৫।
(যুগ্মকম্)
তত্র গত্বা মুনীন্ দৃষ্ট্বা নানাবেশধরান্ বলঃ । আপ্লুত্য সলিলে চাপি পূজয়ামাস বৈ দ্বিজান্ ।২৬।
তথৈব দত্ত্বা বিপ্রেভ্যঃ পরিভোগান্ সুপুষ্কলান্ । ততঃ প্রায়াদ্বলো রাজন্ ! দক্ষিণেন সরস্বতীম্ ।২৭।
গত্বা চৈব মহাবাহুর্নাতিদূরং মহাযশাঃ । ধর্ম্মাত্মা নাগধন্বানং তীর্থমাগমদচ্যুতঃ ।২৮।
যত্র পন্নগরাজস্য বাসুকেঃ সন্নিবেশনম্ । মহাদ্যুতের্মহারাজ ! বহুভিঃ পন্নগৈর্বৃতম্ ।
ঋষীণাং হি সহস্রাণি তত্র নিত্যং চতুর্দ্দশ ।২৯।
যত্র দেবাঃ সমাগম্য বাসুকিং পন্নগোত্তমম্ । সর্বপন্নগরাজানমভ্যষিঞ্চন্ যথাবিধি ।
পন্নগেভ্যো ভয়ং তত্র বিদ্যতে ন স্ম কৌরব ! ।৩০।

---

উহনদনা লৈ । অদুনা উপাও অহ বনস্পতি হায়না মমিং চৎলি ॥২৩॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা বলদেবনা জগৎ কাওরবা, সরস্বতী মপান্দ লৈবা, পাবন কৌব তীর্থদা লেংখি । তীর্থ অদুদা বলরামনা ব্রাহ্মনশিংদা শঙোম শুম্নবী শম্বী, য়োংকী অমদি কোমাগী চফু অদুগা মথল মথা অয়াম্বা ফিরোলমক্কা দান তৌরম্মগা মখোয়দগী সম্মান প্রশংসা আশীর্ব্বাদ ফংদুনা দ্বৈতবন তাম্ন চৎখি । মফম অদুদা তপস্বীশিংনা বলদেববু য়াম্না তরাম তরাম্না তৌরম্মি ॥২৪–২৫
বলরামনা মফম অদুদা চৎথিদুনা কিজোল মথল মথল শেংলবা মুনিশিংগী দর্শন তৌদুনা, তীর্থ অদুগী জলদা স্নান তৌদুনা, মতম খরদং ব্রাহ্মনশিংগী সেবা পূজা তৌখি ॥২৬॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা ব্রাহ্মনশিংদা চাবা শেংপা য়াবা পোৎচেৎক দান তৌদুনা ব্রাহ্মনশিংবু পেপহল্লমগা মফম অদুদগী সরস্বতীগী মখায়োমদা লৈবা লমদা অসুম চৎখৎখি ॥২৭॥ কন্নবা, মিংচৎ চাউরবা ধর্ম্ম চেল্লবা তীর্থ ভ্রমণগী নিয়ম কায়দবা বলদেবনা অদুদগী খোইনা লাপ্তনা লৈবা নাগধন্বা হায়ব তীর্থ অদুদ লেংখি ॥২৮॥ মহারাজ ! তীর্থ অসিদা তেজ কল্লবা লিন নিংথৌ বাসুকিগী মন্দির লৈ । লিলশিংনা মন্দির অসিগী অকোয়বদা কৈদৌ কোল্ল কোল্লদুনা লৈ । তীর্থ অসিদা ঋষি লিশিং তরামমরি লৈ ॥২৯॥ কুরুনন্দন ! মফম অসিদা দেবতাশিংনা লাকদুনা সর্পরাজ বাসুকিগী অভিষেক তৌখি । মতম অদুদা মফম অদুদা লিলগী অকিব হৌজাইবা করিমত লৈয়মদে ॥৩০॥

তত্রাপি বিবিধান্ দত্ত্বা বিপ্রেভ্যো রত্নসঞ্চয়ান্ । প্রায়াৎ প্রাচীং দিশং তত্র তথা তীর্থান্যনেকশঃ।
সহস্রশতসংখ্যানি প্রথিতানি পদে পদে ।৩১।
আপ্লুত্য তেষু তীর্থেষু যথোক্তং তত্র চর্ষিভিঃ। কৃত্বোপবাসনিয়মং দত্ত্বা দানানি ভূরিশঃ ।৩২।
অভিবাদ্য মুনীংস্তাংস্তত্র তীর্থনিবাসিনঃ। অবিপ্লুতমার্গান্ প্রয়যৌ যত্র ভূয়ঃ সরস্বতী ।৩৩।
প্রাঙ্মুখী বৈ নিবর্ত্তেত বৃষ্টির্বাতহতা যথা। ঋষীণাং নৈমিষেয়াণামবেক্ষার্থং মহাত্মনাম্ ।৩৪।
(বিশেষকম্)

নিবৃত্তাং তাং সরিৎশ্রেষ্ঠাং তত্র দৃষ্ট্বা তু লাঙ্গলী। বভূব বিস্মিতো রাজন্! বলঃ শ্বেতানুলেপনঃ ।৩৫।

## জনমেজয় উবাচ।

কস্মাৎ সরস্বতী ব্রহ্মন্! নিবৃত্তা প্রাঙ্মুখী ততঃ। ব্যাখ্যাতমেতদিচ্ছামি সর্ব্বমধ্বর্য্যুসত্তম! ।৩৬।
কস্মিংশ্চিৎ কারণে তত্র বিস্মিতো যদুনন্দনঃ। নিবৃত্তা হেতুনা কেন কথমেব সরিদ্বরা ।৩৭।

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

পূর্ব্বং কৃতযুগে রাজন্! নৈমিষেয়াস্তপস্বিনঃ। বর্ত্তমানে সুবিপুলে সত্রে দ্বাদশবার্ষিকে ।৩৮।
ঋষয়ো বহবো রাজন্! তৎ সত্রমভিপেদিরে। উষিত্বা চ মহাভাগাস্তস্মিন্ সত্রে যথাবিধি ।৩৯।

---

বলরামনা মকম অদুদগীসু ব্রাহ্মণশিংদা দানাবাধগী নিয়ম কায়দনা মনি মুক্তা কয়া দান তৌরম্লগা তীর্থ মথং মথং অসুম চৎখি ॥ ৩১ ॥ বলরামনা তীর্থশিং অদুদা লৈরম্বা সাধু মহাত্মা ওইবা ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌরমলগা তীর্থবাসিশিং অদুদগী বিদায় লৌরম লৌরমদুনা লম্বী খিথিদুনা অসুম চৎখৎখি। সরস্বতী তুরেল্লা নুংশিংনা হুবা নোংমরি মাবগী মায়ে মওয়া ঈচেল হন্দৎনা নোংপোক পাংনা নৈমিষ্যবনদা লৈবা মহাত্মা ওইরবা মুনিশিংনা থকপদা স্নান তৌবদা খুদোং চাননবগীদমক চেনখৎলে ॥ ৩২—৩৪ ॥ মহারাজ! লাঙ্গলনা মাগী খুৎলায় ওইবা হৌরবা চন্দননা চন্দনবা লৈতেংবা বলরামনা তুরেল অথোয়বী সরস্বতীনা হন্দৎনা নোংপোক পাংনা চেনখৎপদু উবদা থোইদোক্না অংকাখি ॥ ৩৫ ॥ জনমেজয়না হায়ঃ— যজুর্বেদবু থোইনা খঙবা মুনি অথোয়বা বৈশম্পায়ন —! তুরেল অথোয়বী সরস্বতীনা মকম অহনবাইদগী নোংপোক পাংনা চেনখৎলক্লিসমক্তি কারিগীনে? মসিগী মরমদি মনাই ঐ তাজনিঙ্ঙ ॥ ৩৬ ॥ বলরামপা মকম অদুদা অঙকপা কংখিবনা করিগীনো? করিগীদমক্তা তুরেল অথোয়বী সরস্বতিনা নোংপোক পাংনা চেনখিবা? ॥ ৩৭ ॥ বৈশম্পায়ননা হায় :— মহারাজ জনমেজয়! মমাংদা সত্যযুগতা নৈমিষ্যারন্যদা চহি তরানিথোয় চুপনা শাংলবা যজ্ঞ অমা তৌখি। যজ্ঞ অদুদা মুনি ঋষি তপসি য়াম্না লাকখি। মুনি ঋষিশিং অদুদা যজ্ঞ লোয়রবা তুংদা চৎনথরবদা যজ্ঞগী মতুংগী থবক থম তৌরগে হায়বগীদমক মকম অদুদা অমুক লাকই ॥ ৩৮—৪০ ॥ নিংথৌ! মতম অদুদা মকম্

নিবৃত্তে নৈমিষীয়ে বৈ সত্রে দ্বাদশবার্ষিকে আজগ্মুর্ঋষয়স্তত্র বহবস্তীর্থকারণাৎ ॥৪০॥ (বিশেষকম্)
ঋষীণাং বহুলত্বাত্তু সরস্বত্যা বিশাংপতে। তীর্থানি নগরায়ন্তে কূলে বৈ দক্ষিণে তদা ॥৪১॥
সমন্তপঞ্চকং যাবত্তাবত্তে দ্বিজসত্তমাঃ। তীর্থলোভান্নরব্যাঘ্র! নদ্যাস্তীরং সমাশ্রিতাঃ ॥৪২॥
জুহ্বতাং তত্র তেষান্তু মুনীনাং ভাবিতাত্মনাম্। স্বাধ্যায়েনাতিমহতা বভুবুঃ পুরিতা দিশঃ ॥৪৩॥
অগ্নিহোত্রৈস্ততস্তেষাং হূয়মানৈর্মহাত্মনাম্ অশোভত সরিৎশ্রেষ্ঠা দীপ্যমানৈঃ সমন্ততঃ ॥৪৪॥
বালখিল্যা মহারাজ! অশ্মকুট্টাশ্চ তাপসাঃ। দন্তোলূখলিনশ্চান্যে সংপ্রেখ্যানাস্তথাপরে ॥৪৫॥
বায়ুভক্ষ্যা জলাহারাঃ পর্ণভক্ষ্যাশ্চ তাপসাঃ। নানানিয়মযুক্তাশ্চ তথা স্থণ্ডিলশায়িনঃ ॥৪৬॥
আসন্ বৈ মুনয়স্তত্র সরস্বত্যাঃ সমীপতঃ। শোভয়ন্তঃ সরিচ্ছ্রেষ্ঠাং গঙ্গামিব দিবৌকসঃ ॥৪৭॥ (বিশেষকম্)
শতশশ্চ সমাপেতুর্ঋষয়স্তত্র যাজিনঃ। তেঽবকাশং ন দদৃশুঃ সরস্বত্যা মহাব্রতাঃ ॥৪৮॥

---

অদুদা ঋষিশিং য়াম্না লাকখিবনা সরস্বতি তুরেলগী মখাথংবা তোবর্'ান অহু মিনা চিরুচায়নবা ওমখিরে ॥ ৪১ ॥ নিপা অখোয়বা ! ব্রাহ্মণশিং অহুনা সরস্বতি তুরেন্দগী হোনা সমন্তপঞ্চক কাওবা অহুম মপম মশ্যমনা খুল্লাবা ঢৌরে ॥ ৪২ ॥ থমোয় হকচাং শেংলবা মুনিশিং অহুনা যজ্ঞ তৌনর-কপা মখোয়গী বেদধ্বনি তৌনরকপগী মখোল্ অহুনা মায়পৈ পুম্বসি পুমনীন নীনরে ॥ ৪৩ ॥ মহাত্মাশিং অসিনা অগ্নি হোত্র তৌনংকপদা কায়কপা মৈথুনা, বেদপাঠগী খোল্লোম্না যজ্ঞগী মৈয়িশিং অহুনা কং কং চৌনক্কপদা মাঙ্গমল্লনা সরস্বতি হায়বসিগী খোইদোকপা লৈতেং অমহুম ওইরে ॥৪৪॥ মহারাজ ! নোংমদোম্বক্তা লাইয়াম্না স্বর্গগঙ্গা ( নিংথৌ তুরেল ) গী মপান্দা লৈদুনা স্বর্গ গঙ্গা মশামক্কি খোইদোকপা লৈতেং অম ওইবা অদুগুম্না বালখিল্য, অশ্মকুট দন্তোলুখল, প্রসংখ্যান, বায়ুভোজী, জলপায়ি পর্ণাহারি ( উনা ত চাবা ), স্থাণ্ডিলশয়ী ( লৈনিংথোকাইপপা ) নিয়মব্রত মথল মথল তৌরিবা, তপস্যাতদা পুক্নীং চঙলবা মুনি ঋষিশিং অহুনা সরস্বতীগী খোইদোক্না নংওখিবা কিতোল লৈতেং অমহুম ওইরে ॥৪৫-৪৭॥ অহুগী তুংদা যজ্ঞ তৌবা ব্রতকল্লবা তপস্বি চাম চামা, লাক্লবা হোরে। অহুবু লৈনবা, থাংননবা থাওপোকপগী শাননবা মকম অমত্তা উবা ফংখিদে ॥৪৮॥ অহুকগী মখোয়না যজ্ঞ তৌকম লৈতহুনা মানামানা মথাদা শিরিংবা যজ্ঞোপবিত ( লোওণ লুগুণ ) অদুবু সরস্বতি তুরেল্লি হায়না নীঙ্গুনা বেদবিধি কাহনা হোম জপ তৌবা হৌরকলে। অসিনত্তবা বেদগী তোঙান তোঙান কর্ম্ম কয়া কয়া হৌরক্লে ॥৪৯॥ নিংথৌ জন্মেজয়বা ! মুনি ঋষি মহাত্মাশিংহুনা য়াম্না নিঙবা কায়না

ততো ব্রাহ্মণবর্য্যৈস্তৈঃ দৈবতং ধ্যাতা সরস্বতীম্। জুহবুস্তাগ্নিহোত্রাংশ্চ চক্রুশ্চ বিবিধাঃ ক্রিয়াঃ ॥৪৯॥
ততস্তদ্বুদ্ধিজন্যাৎ; নিরাশং চিন্তয়ান্বিতম্। দর্শয়ামাস রাজেন্দ্র! তেষামর্থে সরস্বতী ॥৫০॥
ততঃ কুঞ্জান্ বহূন্ কৃত্বা সন্নিবৃত্তা সরিদ্বরা। ঋষীণাং পুণ্যতপসাং কারুণ্যাজ্জনমেজয়! ॥৫১॥
ততো নিবৃত্য রাজেন্দ্র! তেষামর্থে সরস্বতী ভূয়ঃ প্রতীচ্যভিমুখী প্রসুস্রাব সরিদ্বরা ॥৫২॥
অমোঘাগমনং কৃত্বা তেষাং ভূয়ো ব্রজাম্যহম্। ইত্যদ্ভুতং মহচ্চক্রে তদা রাজন্! মহানদী ॥৫৩॥
এবং স কুঞ্জো রাজন্! বৈ নৈমিষীয় ইতি শ্রুতঃ। কুরুক্ষেত্রে কুরুশ্রেষ্ঠ! কুরুষ মহতীং ক্রিয়াম্ ॥৫৪॥
তত্র কুঞ্জান্ বহূন্ দৃষ্ট্বা নিবৃত্তাঞ্চ সরিদ্বরাম্। বভূব বিস্ময়স্তত্র রামস্যাথ মহাত্মনঃ ॥৫৫॥
উপস্পৃশ্য তু তত্রাপি বিধিবদ্যদুনন্দনঃ। দত্ত্বা দায়ান্ দ্বিজাতিভ্যো ভাণ্ডানি বিবিধানি চ ॥৫৬॥

ভক্ষ্যং ভোজ্যঞ্চ বিবিধং ব্রাহ্মণেভ্যঃ প্রদায় চ।
ততঃ প্রায়াদ্বলো রাজন্। পূজ্যমানো দ্বিজাতিভিঃ (যুগ্মকম্)

---

চিন্তা তৌদুনা লৈবদু উংদা সরস্বতীনা তাইবংমীশক্ লৌদুনা মখোয়গী মতুদা চোংখোয়দুই। মখোয়গী আশাদু থুংহনগে হায়রবগীদমক্ মখোয়দা দশ'ন পীখ্রে ॥৫০॥

জনমেজয় মহারাজ ! অদুগী তুংদা তুরেল অখোইবী সরস্বতীনা তপস্বীশিং অদুদা থৌজানবিহুনা কুংশিবিরক্নুনা উরি রাবি নাপি শিংতবি মোংশোংনচিংবা হোগায় খিনগাইরক্নুনা মখোয়না লৈখিবা মায়কৈদ নোংপোকলোমদা অকনবা ঊচেকপা লোয়ননা চেনশিল্লকই ॥৫১॥ নিংথৌ অখোইবা তুরেল অখোইবি সরস্বতিনা ঋষিশিং অদুগীদমক অমুক হল্লিক্লক্নুনা নোংচুপ পাংমা চেন্থি ॥৫২॥ নিংথৌ ! মতম অদুদা তুরেল অখোইবি সরস্বতিনা "ঋষিশিংনা লাকচরিবসি ভরেম্বদা তাহন্দনা ঐ নোংচুপলোমদা অমুক চৎখিনি"— অসুম হায়না থম্দুনা অঙকপা থবক অসি তৌখি ॥৫৩॥ নিংথৌ ঈশিং তুংবা কুঞ্জশিং অমদি উরি রাবিনা কুপশিল্লিবা কোংকুৎশিং অদু নৈমিষিয় হায়রগা খঙৈ । কুরুশাইগী অখোইবা ! নিংথৌ নহাকসু কুরুক্ষেত্রগী নৈমিষিয় তির্থ অদুদা অকব ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌখিরু ॥৫৪॥ মফম অদুদা কুঞ্জ ময়ামদি লৈরি। অদুগ তুরেল অখোইবি সরস্বতিদি মমায় ওন্দুনা চৎখ্রে । থৌদোক অসিদা বলদেবগী পুক্নিংদা থোইদোক্ক অঙকপা অম পোকখি ॥৫৫॥ মহারাজ ! বলদেবনা মফম অদুদা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা শেন্দ্রম, চক্ক মখল মখল, চানবা থক্কবা—পোৎচৈ কয়া কয়া দান তৌরম্লগা মফম অদুদগী অমদা অমুক খোঙশানখি । ব্রাহ্মণশিংনা বলদেবগী মগুণ শকহৌই । অদুগা রাম থাগৎহৌই ॥৫৬—৫৭॥

সরস্বতীতীর্থবরং নানাদ্বিজগণাযুতম্। বদরেঙ্গুদকাশ্মর্য্যাম্রকাশ্বত্থবিভীতকৈঃ ॥৫৮॥
কঙ্কোলৈশ্চ পলাশৈশ্চ করীরৈঃ পীলুভিস্তথা। সরস্বতীতীররুহৈস্তরুভির্বিবিধৈস্তথা ॥৫৯॥
করূষকবনৈশ্চৈব বিল্বৈরাম্রাতকৈস্তথা। অতিমুক্তকষণ্ডৈশ্চ পারিজাতৈশ্চ শোভিতম্ ॥৬০॥
কদলীবনভূয়িষ্ঠং দৃষ্টিকান্তং মনোহরম্। বায়্বম্বুফলপর্ণাদৈর্দন্তোলূখলিকৈরপি ॥৬১॥
তথাশ্মকুট্টৈর্বানেয়ৈর্মুনিভির্বহুভির্বৃতম্। স্বাধ্যায়ঘোষসংঘুষ্টং মৃগযূথশতাকুলম্ ॥৬২॥
অহিংস্রৈর্ধর্ম্মপরমৈর্নৃভিরত্যর্থসেবিতম্। সপ্তসারস্বতং তীর্থমাজগাম হলায়ুধঃ।
যত্র মঙ্কণকঃ সিদ্ধস্তপস্তেপে মহামুনিঃ ॥৬৩॥ (কুলকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বততীর্থোপাখ্যানে
পঞ্চত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

মহারাজ। অসিগী তুংদা বলদেবনা সরস্বতী মপান্‌গী অথোইবা তীর্থ সপ্তসারস্বত হায়বহুদা লাকখি। মফম অদুদা ব্রাহ্মণ য়াম্না লৈরম্মি। পোরোই পাম্বী হিং পাম্বী খোংনাং বট পাম্বি সনা খোংনাং পাম্বি, কুরাউ পাম্বি কাঙগোল পাম্বি উথক্লগী মরা তাবা বট পাম্বিশিং অদুগা সরস্বতি তুরেলগী মপান্দা হোৗবা মখল মখা অয়াম্বা। হে লৈ পাম্বি মচা মচা, হরিথাবোক্ পাম্বি হৈনৌ পাম্বি, মাধবি লতাগী মপৈ মপৈ, পারিজাত পাম্বি অহুগা লফূবন য়াম্না সৌবনা মফম অদো ওম্বোক্লা নিঙথিজবা অমদি পুক্নিং হুন্ননগী মশক্ ওই। জুংশিন্ত চাবা, ঈশিংত থক্‌পা উটেহ রাহৈন্ত চাবা, উনাত চাবা, মরানা শায়রগা মহৈ মযোং চাবা অহুগা পুংপাক্ত শুগায়রগা চাবা, বনদা লৈবা মুনি ঋষিশিং অসিনা তিথ অচৌ ঈকোয়ত কোয়শিন্দুনা লৈ। মফম অদুদা পুমিৎ চুপ্প বেদ পাঠগী মখোলতনা পুমনিন নিন্দুনা লৈ। শজি শঙাইশিংনা অকিব লৈতনা হঙ্গৎ হন্দা কোয়চৎ চত্নুনা লৈ। হিংসা তোদবা, ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবা মীশিংতনা মফম অদুদা লৈ। মফম অদুদা সিদ্ধ ওইরবা মহামুনি মঙ্কণক হায়বহু তপস্যা তৌদুনা লৈরম্মি। ॥৫৮—৬৩॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মতুংদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতাংদা সারস্বততীর্থো পাখ্যানগী কুহুমাঙাওবা অধ্যায় লোইরে ॥

———:(০):———

# শ্রীমহাভারতম্

সারস্বত তীর্থগী হায়রী মতাং

## ষট্ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুরুরাত্তরুকওবা অধ্যায়

——:-:——

### জন্মেজয় উবাচ।

সপ্তসারস্বতং কস্মাৎ কশ্চ মঙ্কণকো মুনিঃ। কথং স সিদ্ধো ভগবান্ কশ্চাস্য নিয়মোঽভবৎ ॥১॥

কস্য বংশে সমুৎপন্নঃ কিঞ্চাধীতং দ্বিজোত্তম। এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং যথাতত্ত্বং মহামুনে। ॥২॥

### সঞ্জয় উবাচ

রাজন্। সপ্ত সরস্বত্যো যাভির্ব্যাপ্তমিদং জগৎ। আহূতা বলবদ্ভির্হি তত্র তত্র সরস্বতী ॥৩॥

সুপ্রভা কাঞ্চনাক্ষী চ বিশালা চ মনোরমা। সরস্বতী চৌঘবতী সুরেণুর্বিমলোদকা ॥৪॥

পিতামহস্য মহতো বর্ত্তমানে মহামখে। বিততে যজ্ঞবাটে বৈ সংসিদ্ধেষু দ্বিজাতিষু ॥৫॥

পুণ্যাহঘোষৈর্বিমলৈর্বেদানাং নিনদৈস্তথা। দেবেষু চৈব ব্যগ্রেষু তস্মিন্ যজ্ঞবিধৌ তদা ॥৬॥

তত্র চৈব মহারাজ। দীক্ষিতে প্রপিতামহে। যজতস্তস্য সত্রেণ সর্বকামসমৃদ্ধিনা ॥৭॥

মনসা চিন্তিতা হ্যর্থা ধর্মার্থকুশলৈস্তদা। উপতিষ্ঠন্তি রাজেন্দ্র! দ্বিজাতীংস্তত্র তত্র হ ॥৮॥

(কলাপকম্)

---

জনমেজয়না হায়ঃ— মুনদেব। তীর্থ অহুগী মমিং সারস্বত কো'প্রবাস করিগীনো? মঙ্কণক হায়বা মুনি অসি কনানো? করম হায়না মহাক্না সিদ্ধি ক'খিবগে? মহাকী ব্রতনিয়মনা কয়ামুক ওনবা, কমদোখিবা? ॥১॥ ব্রাহ্মণ অথোইবা মহর্ষি। মঙ্কণক হাযবসি করম্বা বংশদা পোকখি মহাক্ বেদশাস্ত্র আস কদায় কাওবা তমখি হৈখিবগে? মাসি পুম্নমকসি ঐ তাজ খঙজনীভিও ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হাকঃ— নিংথৌ। সরস্বতী হায়বী তুরেলসে তরেৎনি। তরেৎমক্‌না জগৎ অসি শীন্থ্ংনা লৈরিবনি। মতীক্ মঙণ লৈবা জ্ঞানীশিংনা অহুম অহুমগী মকমদা সরস্বতীবু আবাহন পূজা তৌনৈ ॥৩॥ নিংথৌ। সরস্বতী তুরেল তরেৎ অসিগী মমিংদি— সুপ্রভা, কাঞ্চনাক্ষা বিশলা, মনোরমা, ওঘবতী, সুরেণু বিমলোদকা— অসিনি ॥৪॥ নিংথৌ অথোইবা। মমাঙ্গেদা, জগৎনা পূজা তৌননবগী মশক্ ওইরবা ব্রাহ্মণগী চাউরবা যজ্ঞ অহুনা হৌপ্রবদা, যজ্ঞগী মকম অদুদা ব্রাহ্মণময়াম্না লাক্রবদা বেদ পাঠগী খোঞ্জেল্না মায়কৈ পুম্বা পূম্নান নিনশ্রবদা, দেবতাশিংনা মহাযজ্ঞ অহুগী থবক্তা পুক্নিং চঙপ্রবদা, ব্রহ্মানস্থ যজ্ঞ অহুদা পুক্নিং চঙশ্রবদা, যজ্ঞ অদু সামগ্রী মথল মথল্লা—অম্‌ম্না নীঙথিনা অকায় অতোই লৈতনা চথরক্রবদা, লোংম নীনিগী মতুংদা যজ্ঞ কল্লিবা ব্রাহ্মণশিং অহুনা মবুক্লিংদা হেক হেক থল্লকপা পোশক মচাকশিং অহু মথোয়গী মনাক্তা পোৎশিং অহু খঙহোদনা হেক হেক থংগৈ ॥৫-৮॥

অতশ্চ তত্র গন্ধর্বা ননৃতুশ্চাপ্সরোগণাঃ। বাদিত্রাণি চ দিব্যানি বাদয়ামাসুরঞ্জসা ॥৯॥
তস্য যজ্ঞস্য সম্পত্ত্যা তুতুষুর্দেবতা অপি। বিস্ময়ং পরমাং জগ্মুঃ কিমু মানুষযোনয়ঃ ॥১০॥
বর্ত্তমানে তথা যজ্ঞে পুষ্করস্থে পিতামহে। অব্রুবন্ ঋষয়ো রাজন্! নায়ং যজ্ঞো মহাগুণঃ ॥১১॥
ন দৃশ্যতে সরিৎশ্রেষ্ঠা যস্মাদিহ সরস্বতী। তচ্ছ্রুত্বা ভগবান্ প্রীতঃ সস্মারাথ সরস্বতীম্ ॥১২॥
পিতামহেন যজতা আহূতা পুষ্করেষু বৈ। সুপ্রভা নাম রাজেন্দ্র! নাম্না তত্র সরস্বতী।
তাং দৃষ্ট্বা মুনয়স্তুষ্টাস্ত্বরয়াযুক্তাং সরস্বতীম্। পিতামহং মানয়ন্তীং ক্রতুং তেহ মেনিরে ॥১৪॥
এবমেষা সরিৎশ্রেষ্ঠা পুষ্করেষু সরস্বতী। পিতামহার্থং সম্ভূতা তুষ্ট্যর্থঞ্চ মনীষিণাম্ ॥১৫॥
নৈমিষে মুনয়ো রাজন্! সমাগম্য সমাসতে। তত্র চিত্রাঃ কথা হ্যাসন্ বেদং প্রতি জনেশ্বর! ॥১৬॥
যত্র তে মুনয়ো হ্যাসন্ নানাস্বাধ্যায়বেদিনঃ। তে সমাগম্য মুনয়ঃ সস্মরুর্বৈ সরস্বতীম্ ॥১৭॥
সা তু ধ্যাতা মহারাজ! ঋষিভিঃ সত্রযাজিভিঃ। সমাগতানাং রাজেন্দ্র! সহায়ার্থং মহাত্মনাম্ ॥১৮॥

---

যজ্ঞ অদুদা গন্ধর্ব্বশিংনা ঈশৈ শকই। জগোই শাবী অপ্সরাশিংনা জগোই শাই। অতোপ অতোপ্পনা ঈশৈদুগা জগোইদুগা অনীগী মতুংইনবা খোঙ্গা'দা পু শেল যত্র মযাম খোংগৎ লেনখৎনৈ ॥৯॥ যজ্ঞ অদু নীংথিনা পাঙথোক্লবদা লাইয়ামশিং অদু ওস্থোক্লা পেঞ্জখি। অদুনদি চুমগী তাইবং মী ওউবশিংনদি করিগী ওকলোই? হায়দুনা কাযদে ॥১০॥

নিংথৌ! ব্রহ্মানা পুষ্কর তীর্থদা লৈদুনা মহাযজ্ঞ অসি তৌখিবা মতমদা মকম অদুগী ঋষিশিংনা "যজ্ঞ অসি খ্বাইদগী হেনবা হায়বদুদি নত্তে" অসুম্না হায়খিঃ-॥১১॥ মরমদি মকম অসিদা তুরেল তীর্থ অথোইবী সরস্বতী য়াওবা উদে। মাদু তাবদা পুংঙাইপ্রবা ব্রহ্মানা সরস্বতী নদীবু নীংশিংখি ॥১২॥ নিংথৌ অথোইবা! ব্রহ্মানা যজ্ঞগী থবক্তা পূর্নীং চঙব চঙনা সরস্বতী তুরেলবু মন্ত্রনা আবাহন তৌই। মকম অদুদা সরস্বতী নদী অসি থঙহৌদনা থুংলে। মাগী মিংদি সুপ্রভা কৌই ॥১৩॥ সরস্বতি তুরেল্না ব্রহ্মাগী মতিকমঙণ হেনগৎহল্লুনা মকম অদুদা তশেংনা কাওরকপত উবদা মুনিশিংনা পেনখিদুনা যজ্ঞ অদুগী প্রশংসা তৌখি ॥১৪॥ মতৌ অসুম্না তুরেল অথোইবী সরস্বতী তুরেল্না ব্রহ্মাগী আবাহনদগী মুনিশিংগী পেল্লনবগীদমক পুষ্কর তীর্থদা কাওখি ॥১৫॥ মহারাজ! মমাঙৈদা মুনিশিংনা নৈমিষারণ্যদা লাক্লুনা বেদ শাস্ত্রগী রারী হেক হেক্ শদর্শননাচিংবা শাস্ত্রগী মরমদা তর্কবিতর্ক হেক্ হেক্ তৌরে ॥১৬॥ বেদখঙলবা মুনিশিংনা মকম অদুদা লৈদুনা সরস্বতী তুলেবু স্মরণ তৌখি ধ্যান তৌখি ॥১৭॥ নিংথৌ অথোইবা! মহারাজ! যজ্ঞগী মতেং পাংগে হায়দুনা লাকলিবা মুনিশিং অদুনা নাঙশিংনক্রবদা লাইরককরবী সরস্বতী তুরেল্না লাকখিবনি। যজ্ঞ তৌরিবা ব্রাহ্মণশিং অদুগী নৈমিষারণ্যদা চেল্লিবী সরস্বতী তুরেল চৌজিককাওনা কাঞ্চনাক্ষী হায়না কাওখি ॥১৮-১৯॥

আজগাম মহাভাগা তত্র পুণ্যা সরস্বতী। নৈমিষে কাঞ্চনাক্ষী তু মুনীনাং সত্রযাজিনাম্ ॥১৯॥

(যুগ্মকম্)

আগতা সরিতাং শ্রেষ্ঠা তত্র ভারত পূজিতা। গয়স্য যজমানস্য গয়েষেব মহাক্রতুম্ ॥২০॥

আহূতা সরিতাং শ্রেষ্ঠা গয়যজ্ঞে সরস্বতী। বিশালাং তাং গয়েষাহুর্ঋষয়ঃ সংশিতব্রতাঃ ॥২১॥

সরিৎ সা হিমবৎপার্শ্বাৎ প্রস্রুতা শীঘ্রগামিনী। ঔদ্দালকে তথা যজ্ঞে যজতস্তস্য ভারত! ॥২২॥

সমেতে সর্বতঃ স্ফীতে মুনীনাং মণ্ডলে তদা। উত্তরে কোশলাভাগে পুণ্যে রাজন্! মহাত্মনঃ ॥২৩॥

উদ্দালকেন যজতা পূর্ব্বং ধ্যাতা সরস্বতী। আজগাম সরিচ্ছ্রেষ্ঠা তং দেশমৃষিকারণাৎ ॥২৪॥

(যুগ্মকম্)

পূজ্যমানা মুনিগণৈর্বল্কলাজিনসংবৃতৈঃ। মনোরমেতি বিখ্যাতা সা হি তৈর্মনসা কৃতা ॥২৫॥

সুবেণুঋষভে দ্বীপে পুণ্যে রাজর্ষিসেবিতে। সমাহূতা কুরুক্ষেত্রে দিব্যতোয়া সরস্বতী ॥২৬॥

কুরোশ্চ যজমানস্য কুরুক্ষেত্রে মহাত্মনঃ। আজগাম মহাভাগা সরিচ্ছ্রেষ্ঠা সরস্বতী ॥২৭॥

---

ভরতনন্দন! মহারাজ! গয় নিংথৌনা গয়দেশদা মহাযজ্ঞ অমা লৌংখৎখি। মহাক্লা মন্ত্রগা লোয়ননা আবাহন তৌবদা সরস্বতী নদীনা মকম অদুদা লাকখি ॥২০॥ গয়দেশদা গয়নিংথৌনা কৌরবদা লাকখিবী তুরেল অথোইবি সরস্বতি অদুবু ব্রত চেৎলবা মুনিশিংনা বিশালা হায়না মমিং চৎখি ॥২১॥ ভরতনন্দন! উদ্দালক হায়বা ঋষি অদুনা যজ্ঞদা কৌখিবদা ইচেলকপা চেল্লকপি সরস্বতিনা হিমালয়দগী কাওরক্লুনা যজ্ঞ অদুদা য়াওখি ॥২২॥ মহারাজ! শেংলবা অরাং কুশলদেশদা পাক চাউরবা মুনিশিংগী সভা অমা কমখি। যজ্ঞ তৌরিবা উদ্দালক হায়বা মুনিনা ধ্যানতৌবদা তুরেল অথোইবা সরস্বতি কৌবী তুরেল অসি মুনিগী যজ্ঞগী থবক্ পূম্বা মতোল লোমহনগে হায়বগীদমক মকম অদুদা লাকখি ॥২৩-২৪॥ উকুশেৎপা, শজীমউল শেৎপা মুনিশিংনা য়াম্না লুনাকনা ঈকায়খুম্নানা ব্যবহার তৌই হায়বগীদমক্ মকম সরস্বতি তুরেলবু মনোরমা হায়না কৌনখি ॥২৫॥ নিংথৌ অথোইবা! মহাত্মা ওইরবা বশিষ্ঠনা কুরুক্ষেত্রদা লৈহুনা লাইরৈবাক্তি ঈশিংনে থল্লবি সরস্বতিবু লৌহুনা পুরকখি। মহাকপু লম অদুদা ওঘবতি হায়না কৌনৈ ॥২৬॥ রাজর্ষিপুম্বনা সেবা তৌরিবা শেংলবা ঋষভ কৌব দ্বিপতা অদুগা কুরুক্ষেত্রদা মহাত্মা ওইরবা কুরু কৌবা নিংথৌগী যজ্ঞ তৌবা মতমদা তুরেল অথোইবী সরস্বতীসি মকম অদুদা লাকখি। মহাকপু লমদম্ অদুদা সুরেনু হায়রগা খঙনৈ ॥২৭॥ ব্রহ্মান শেংলবা হিমালয়দা যজ্ঞতৌবা মতমদা মকম্ অদুদা সরস্বতী তুরেলবু কৌখৎখি। সরস্বতী নদীসু ব্রহ্মাগী আবাহনদগী মকম অদু তায় চৎখি। মকম অদুগী মক্তরধা ঈশিংনা থল্লবী

বিমলোদা ভগবতী ব্রহ্মণা যজতা পুনঃ। সমাহূতা যযৌ তত্র পুণ্যে হৈমবতে গিরৌ ॥২৮॥
একীভূতাস্ততস্তাস্তু তস্মিংস্তীর্থে সমাগতাঃ। সপ্তসারস্বতং তীর্থং ততস্তৎ প্রথিতং ভুবি ॥২৯॥
ইতি সপ্ত সরস্বত্যো নামতঃ পরিকীর্তিতাঃ। সপ্তসারস্বতঞ্চৈব তীর্থং পুণ্যং তথা স্মৃতম্ ॥৩০॥
শৃণু মঙ্কণকস্যাপি কৌমারব্রহ্মচারিণঃ। আপগামবগাঢ়স্য রাজন্! প্রক্রীড়িতং মহৎ ॥৩১॥
দৃষ্ট্বা যদৃচ্ছয়া তত্র স্ত্রিয়মম্ভসি ভারত!। স্নায়ন্তীং রুচিরাপাঙ্গীং দিগ্বাসসমনিন্দিতাম্।
সরস্বত্যাং মহারাজ! চস্কন্দে বীর্যমম্ভসি ॥৩২॥
তদ্রেতঃ স তু জগ্রাহ কলসে বৈ মহাতপাঃ। সপ্তধা প্রবিভাগন্তু কলসস্থং জগাম হ ॥৩৩॥
তত্রর্ষয়ঃ সপ্ত জাতা জজ্ঞিরে মরুতাং গণাঃ। বায়ুবেগো বায়ুবলো বায়ুহা বায়ুমণ্ডলঃ ॥৩৪॥
বায়ুজ্বালো বায়ুরেতা বায়ুচক্রশ্চ বীর্যবান্। এবমেতে সমুৎপন্না মরুতাং জনয়িষ্ণবঃ ॥৩৫॥
(যুগ্মকম্)
ইদমত্যদ্ভুতং রাজন্! শৃণ্বাশ্চর্যতরং ভুবি। মহর্ষেশ্চরিতং যাদৃক্ ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুতম্ ॥৩৬॥

---

সরস্বতীবু " বিমলোদা " হায়না কৌনৈ । ॥২৮॥ অদুগী তুংদা, হায়রিবা সরস্বতি তুরেল তরেৎ অসিনা পুন্নপ্পা অমত ওইনা লাকখিবা তির্থ অদু অগৎ অসিদা হৌজিক্ কাওবা সপ্ত-সারস্বত তীর্থ কৌদুনা মমিং চৎলি ॥২৯॥ নিংথৌ । সরস্বতি তীর্থগী মরীশু লৌরবনি । সপ্তসারস্বত মরিস্থ লিয়বনি ॥৩০॥

নিংথৌ। হৌজিক্তি বালব্রহ্মচারী, মুমিৎ থুদিং সরস্বতী তির্থদা স্নান তৌবা, মঙ্কনক কৌবা মুনিগী মরীশু তাবিয়ো ॥৩১॥ ভরতনন্দন মহারাজ! করিগুম্বা মতম অমদা, নোংমা, লাঈনা অশুম্ থোক্উ হায়না তম্খিবদগী অমাংপা লৈতনা কজবী' তাংদায়াওদা মীত্তা কজবী, নুপী অমনা মকি ময়োল লৌথোক্লনা সরস্বতি তুরেন্দা ঈরুবৈ । মহাক্ উবদা মঙ্কনক হায়বা মুনি অসিগী মশাদগী বীর্য্য শিন্থখি ॥৩২॥ তারকৃলিবা বীর্য্য অদুবু মঙ্কনক মুনিনা চফু অমদা ওক্লনা থাখি। মদু তরেৎ থোক্না খাইদোক্ত্রে ॥৩৩॥ চফু অদুগী মনুংদা মুনি তরেৎ পোকখি। হায়রিবা ঋষি তরেৎ অসিদগী মুংশিৎ নিকুমাপল পোকই। ঋষি তরেৎ অসিগী মমিংদি বায়ুবেগ, বয়ুবল, বয়ুহা, বায়ুমণ্ডল, বায়ুজ্বাল, বায়ুরেতা, অমুগা কন্নবা বায়ুচক্র, অসিনি। বায়ু ( মুংশিৎ ) নিকুমাপলগী অপোকপা ঋষি তরেৎ অসি মঙ্কনকগী মচা ওইনা পোকখিবনি ॥৩৪-৩৫॥ নিংথৌ। ময়োল অমুবসিদা কাওরবা মঙ্কনক হায়বা মুনি অসিগী মরমদা অঙকপা মরী অমগ তাবিয়ু ॥৩৬॥ মহারাজ! ঐথোয়না কন্নি তাবগে হায়রবুঃ— মমাউদা নোংমদি মঙ্কনক হায়বা মুনি অসিগী মথুং থুদোনবী অদু কুশমতোম্বা খিনগাইথে। মহুদগী তারকপা ঈনা মনা মপিংথিংসিনী মহি মহাও ওইখি। অদুনা মুনিসিগী মশাদগী ঈ হেক তাবহুদগী মহৈ মথোং পুম্বদগী মস (বহী)

পুরা মঙ্কণকঃ সিদ্ধঃ কুশাগ্রেণেতি বিশ্রুতম্ । ক্ষতঃ কিল করে রাজন্! তস্য শাকরসোঽস্রবৎ ।৩৭।
স বৈ শাকরসং দৃষ্ট্বা হর্ষাবিষ্টঃ প্রনৃত্তবান্। ততস্তস্মিন্ প্রনৃত্তে বৈ স্থাবরং জঙ্গমঞ্চ যৎ।
প্রনৃত্তমুভয়ং বীর। তেজসা তস্য মোহিতম্ ।৩৮।
ব্রহ্মাদিভিঃ সুরৈ রাজন্! ঋষিভিশ্চ তপোধনৈঃ। বিজ্ঞপ্তো বৈ মহাদেব ঋষেরর্থে নরাধিপ! ।
নায়ং নৃত্যেদ্যথা দেব। তথা ত্বং কর্তুমর্হসি ।৩৯।
ততো দেবো মুনিং দৃষ্ট্বা হর্ষাবিষ্টমতীব হ। সুরাণাং হিতকামার্থং মহাদেবোঽভ্যভাষত ।৪০।
হংহো! ব্রাহ্মণ! ধর্ম্মজ্ঞ! কিমর্থং নৃত্যতে ভবান্। হর্ষস্থানং কিমর্থঞ্চ তবেদমধিকং মুনে! ।
তপস্বিনো ধর্ম্মপথে স্থিতস্য দ্বিজসত্তম। ।৪১।

ঋষিরুবাচ।

কিং ন পশ্যসি মে ব্রহ্মন্! করাচ্ছাকরসং স্রুতম্। যং দৃষ্ট্বাহং প্রনৃত্তো বৈ হর্ষেণ মহতা বিভো! ।৪২।
তং প্রহস্যাব্রবীদ্দেবো মুনিং রাগেণ মোহিতম্। অহং ন বিস্ময়ং বিপ্র! গচ্ছামীতি প্রপশ্য মাম্ ।৪৩।
এবমুক্ত্বা মুনিশ্রেষ্ঠং মহাদেবেন ধীমতা। অঙ্গুল্যগ্রেণ রাজেন্দ্র। স্বাঙ্গুষ্ঠস্তাড়িতোঽভবৎ ।৪৪।

---

শিন্থখি ॥৩৭॥ অকনব! মঙ্কনক হায়বা মুনি অসিনা শিঙ্গ্রকপা মহৌ (রস) অহু উরগা। লু ঙাইবনা জগোই শাখি। মাগী জগোইহু উবদা অচঙ্কত জীব পুম্নমক্ত জগোই শান্নখ ॥৩৮॥ মহারাজ! জগোই শাবগী লোইবা নাইত্রবা মতম অসিদা ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম্না' তপশ্যাতন মরল পাঙ্গল ওইবা ঋষিশিংনা মঙ্কণক কৌবা মুনি অদুগী জগোই অহু লেপহন্নবগীদমক মহাদেবগী মকমদা হায়জরুইঃ— হে দেব! মহাদেব! মঙ্কণক কৌবা মুনি অসিনা শান্নিবা জগোই অসি তোকহনবিয়ো, খিংবিয় । ॥৩৯॥ অদুদগী মহাদেবনা মকম অহু চৎখিহুনা মঙ্কণক যাম নুংঙাইনা জগোই শাহুনা লৈবহু উবদা লাইয়ামগী কান্নবগীদমক্তা মঙ্কণকদা অসুম্না মুনি অখোইবা! ব্রাহ্মণ অখোইবা। ব্রহ্মণ! ধর্ম্মখঙ্গব! করিগীনো অহুক নুইনা নুঙাইনা জগোই শান্নিবা? নহাক্ত তপস্বীনি, ধর্ম্মগী লম্বীদা লেঙদনা লৈরিবনি। নহাক্না অসুক নুংঙাইরিবসি করিগীনো? ॥৪১॥ মঙ্কণক মুননা হায় হে প্রভু! ঐগী খুত্তগী মহৈ মরোং পুম্বগী মহৌ (রস) থোকখ্রিবসি উবিত্ত্রিবরা? মসি উবদা ঐ নুংঙাইবনা জগোই শান্নিবনি ॥৪২॥ মঙ্কণক মুনিনা নুংঙাইবহু উবদা মোমোম্নোক্তনা মহাদেবনা হায়ঃ— ব্রাহ্মণ! নঙোন্দগী থোকখ্রিবা থোদোক অসিদা ঐঙোন্দা করিমত্ত ঙকদম লৈতে। নং ঐঙোন্দা অমুক্তা যুম্না য়েংঙকুউ ॥৪৩॥ নিংথৌ অখোইবা! শিংলবা মহাক্সানী মহাদেবনা মাসি হায়বগা খুদোনবী অমগী মতোন্না মশাগী খুবি অহুনা থিল্লি ॥৪৪॥ নিংথৌ! মতম্ অদুদা মহাদেবগী হোৎনাবা খুবি অদুদগী উনগী মতোঙ্গনঃ ঙোৌবা উৎ থর থোকখি। মঙ্কণক মুনিনা

ততো ভস্ম ক্ষতাদ্রাজন্ ! নির্গতং হিমসন্নিভম্ । তদ্দৃষ্ট্বা ব্রীড়িতো রাজন্ ! স মুনিঃ পাদয়োর্গতঃ ॥৪৫॥
মেনে দেবং মহাদেবমিদঞ্চোবাচ বিস্মিতঃ । নান্যং দেবাদহং মন্যে রুদ্রাৎ পরতরং মহৎ ॥৪৬॥
সুরাসুরস্য জগতো গতিস্ত্বমসি শূলধৃক্ ! । ত্বয়া সৃষ্টমিদং বিশ্বং বদন্তীহ মনীষিণঃ ॥৪৭॥
ত্বামেব সর্বং বিশতি পুনরেব যুগক্ষয়ে । দেবৈরপি ন শক্যস্ত্বং পরিজ্ঞাতুং কুতো ময়া ॥৪৮॥
ত্বয়ি সর্বে স্ম দৃশ্যন্তে ভাবা যে জগতি স্থিতাঃ । ত্বামুপাসন্ত বরদং দেবা ব্রহ্মাদয়োঽনঘ ! ॥৪৯॥
সর্বস্ত্বমসি দেবানাং কর্ত্তা কারয়িতা চ হ । ত্বৎপ্রসাদাৎ সুরাঃ সর্বে মোদন্তীহাকুতোভয়াঃ ।
এবং স্তুত্বা মহাদেবং স ঋষিঃ প্রণতোঽব্রবীৎ ॥৫০॥
যদিদং চাপলং দেব ! কৃতমেতৎ স্ময়াদিকম্ । অতঃ প্রসাদয়ামি ত্বাং তপো মে ন ক্ষরেদিতি ॥৫১॥
ততো দেবঃ প্রীতমনাস্তমৃষীং পুনরব্রবীৎ । তপস্তে বর্দ্ধতাং বিপ্র ! মৎপ্রসাদাৎ সহস্রধা ।
আশ্রমে চেহ বৎস্যামি ত্বয়া সার্দ্ধমহং সদা ॥৫২॥

---

মাহু উবদা ইকায়খগ্‌লনা মহাদেবগী চরণ অনীদা তুখি ॥৪৫॥ অদুদগী মঙ্কণক মুনিনা অঙকপগা লোয়ননা হায়খিঃ— কনাগুম দেবতা অমতনা রুদ্র মহাদেবদগী হেনবা ওয়দে । ত্রিশূল পায়বা লাইহিংচাবা পুম্নমক লোয়নয়বা জগৎ অপুম্বা অসিগী চত্তনকম্‌দি নহাক্নি । নহাক্তনা জগৎ আসবু শেম্বিবনি অসুম্ হায়না জ্ঞানী ঋষিশিংনা হায়রি ॥৪৭॥ অদুগা প্রলয়গী মতমদা জগৎ অসিনা মহাক্তদা থাগথি । অদুনা লাইমক্না নংগী নতীক্ নগুণ শক্তিবু যুম্না খঙবা ওয়দে । অদুনদি ঐগুম্বনা করম খঙগনি ॥৪৮॥ পাপকী শরুক য়াওদ্রবা হে দেব ! জগতা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্ নংগী হকচাংনুংদা উবা ফংই । অদুনা ব্রহ্মানচিংবা দেবতাশিংনা বর পীনহৈবা নহাক্কী সেবা পুজা তৌনরি ॥৪৯॥ হে দেব দেব ! মহাদেব ! নহাক্তনা দেবতাশিংগী সু অশেম্বা মপুনি । জীব পানবশিংনা মাগী মাগী মথৌ তৌহন্নবসু নহাক্নি । নংগী থৌজান্দগী দেবতাশিংনা নীঙায়বা লৈতনা শান্তিনা মতম লেপ্লি । মঙ্কণক মুনিনা অসুম হায়না স্তুতি তৌদুনা মহাদেবগী চরণদা তুপ্রে ॥৫০॥ অদুগী তুংদা মঙ্কণক মুনিনা অমুক হায়ঃ— হে দেব অঙকপগা সুংঙাইবগা অনৌ অসিগী ইপোমদগী ঐনা য়াম্না জ্ঞান তাদনা অগোই শারুরে । অদুনা ঈবুঙো নহাকপু কৈশি কৈখোল্লদুনা পেলহল্লি । ঐগী তপস্যা অসে মাঙহনবিগনু ॥৫১॥ অদুগী তুংদা মহাদেবনা মঙ্কণক মুনিদা হায়খি :— ব্রাহ্মণ ! নহাকী তপস্যা অসে হাজারদগী শরুক লিশিং অম হেল্লসনু । নংনা তৌরিবা তপস্যা অসিগী মহৈনা ঐ নংগী আশ্রম অসিদা লৈগনি ॥৫২॥ অদুগুম্বা মী মহাক্ অদুনা সপ্তসারস্বত কৌবা তীর্থ অসিদা ঐগী পুজাবু থরাই য়াওনা তৌরবা, অদু ওইরবদি মহাক অদুগী মকমদা পরলোক ইহলোক অনীমক্তা কঙমদবা পোৎ অমত লৈরোই । মহাক্ অদু ব্রহ্মলোকতা কাব ওইসনু । মসিদা করিয়ত চিংনকম

সপ্তসারস্বতে চাস্মিন্ যো মামচ্ছিদ্যতে নরঃ। ন তস্য দুর্লভং কিঞ্চিদিহৈব পরত্র বা।
সারস্বতঞ্চ তে লোকং গমিষ্যন্তি ন সংশয়ঃ ॥৫৩॥
এবমঙ্কণকস্যাপি চরিতং ভূরিতেজসঃ। স হি পুত্রঃ সুকন্যায়ামুৎপন্নো মাতরিশ্বনা ॥৫৪॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতত্তীর্থোপাখ্যানে
ষট্‌ত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৩॥



লৈরবান ॥৫৩॥ মসিগুম্বা মঙ্কণক মুনিগী চরিত্র অসে লিয়রবনি। মহাক্‌ অসি বায়ুগী মীদগী সুকন্যাগী গর্ভদা পোকখিবনি ॥৫৪॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেখবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মতুংদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতাংদা সারস্বততীর্থোপাখ্যানগী সুহুমা তরুকুতবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(সারস্বততীর্থগী বারী)

## সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ

কুরুরাজরেংশুবা অধ্যায়ঃ।



বৈশম্পায়ন উবাচ।

উষিত্বা তত্র রামস্তু সংপূজ্যাশ্রমবাসিনঃ। তথা মঙ্কণকে প্রীতিং শুভাঞ্চক্রে হলায়ুধঃ ॥১॥
দত্ত্বা দানং দ্বিজাতিভ্যো রজনীং তামুপোষ্য চ পূজিতো মুনিসঙ্ঘৈশ্চ প্রাতরুত্থায় লাঙ্গলী ॥২॥
অনুজ্ঞাপ্য মুনীন্ সর্বান্ স্পৃষ্ট্বা তোয়ঞ্চ ভারত। প্রযযৌ ত্বরিতো রামস্তীর্থহেতোর্মহাবলঃ ॥৩॥

(যুগ্মকম্)

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— বলদেবনা সপ্তসারস্বত হায়বা তীর্থ অদুদা লৈদুনা আশ্রমদা লৈরবা সাধু মহাত্মা খাখক্‌পু ব্যবহার তৌদুনা মঙ্কনক মুনিগী মফম্‌দা ভক্তি শ্রদ্ধাবু উমথৈ লৈখনু উংখি ॥১॥ ভারতনন্দন! খোইদোক্ত কপ্পব লাঙ্গলনা খুৎলায় ওইবা (বলদেবনা সপ্তসারস্বততীর্থদা অহিং অম রায়রেক্লগা মোংভাক্লকপাসরস্বতী তীর্থদা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা লম্বুম শঙী শামাউনচিংবা দান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংগী আশীর্ব্বাদ সম্মাননাচিংবা কংদুনা মথোয়দগী বিদায় লৌরগা অতোপ অতোপ্পা তীর্থ কোইক্লগে হায়দুনা মকম অদুদগী অমুক খোঙশাখি ॥২—৩॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা বলরামনা কপাল মোচন কৌবা শুক্রাচার্য্যগী আশ্রমদা লাকই।

তত ঔশনসং তীর্থমাজগাম হলায়ুধঃ। কপালমোচনং নাম যত্র মুক্তো মহামুনিঃ ॥৪॥
মহতা শিরসা রাজন্! গ্রস্তজঙ্ঘো মহোদরঃ। রাক্ষসস্য মহারাজ! রামক্ষিপ্তস্য বৈ পুরা।
তত্র পূর্বং তপস্তপ্তং কাব্যেন সুমহাত্মনা ॥৫॥ (যুগ্মকম্)
যত্রাস্য নীতিরখিলা প্রাদুর্ভূতা মহাত্মনঃ। যত্রস্থশ্চিন্তয়ামাস দৈত্যদানববিগ্রহম্ ॥৬॥
তৎ প্রাপ্য চ বলো রাজন্! তীর্থপ্রবরমুত্তমম্। বিধিবদ্বৈ দদৌ বিত্তং ব্রাহ্মণানাং মহাত্মনাম্ ॥৭॥ (যুগ্মকম্)

## জনমেজয় উবাচ।

কপালমোচনং ব্রহ্মন্! কথং যত্র মহামুনিঃ। মুক্তঃ কথঞ্চাস্য শিরো লগ্নং কেন চ হেতুনা ॥৮॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

পুরা বৈ দণ্ডকারণ্যে রাঘবেণ মহাত্মনা। বসতা রাজশার্দ্দূল! রাক্ষসান্ শময়িষ্যতা ॥৯
জনস্থানে শিরশ্ছিন্নং রাক্ষসস্য দুরাত্মনঃ। ক্ষুরেণ শিতধারেণ তৎ পপাত মহাবনে ॥১০॥ (যুগ্মকম্
মহোদরস্য তল্লগ্নং জঙ্ঘায়াং বৈ যদৃচ্ছয়া। বনে বিচরতো রাজন্! অস্থি ভিত্ত্বা স্ফুরত্তদা ॥১১॥

---

তির্থ অসিদা মমাঙৈদা দশরথগী মচা শ্রীরামচন্দ্রনা হিংচাবা অমগী মতক ককউবদা কোক অহ মহোদর কৌব মুনিগী কৈগদা থেংঙ্গে। অদুদগী মহোদর মুনি অসি তির্থ অসিদা কোক অদুগা থেংনরুবদগী মুক্তি ফংখি। হায়রিবা তীর্থ অসিদা মতম অমদা শুক্রাচার্য্যনা তপস্যা তৌখি ॥৪-৫॥ মহারাজ! মহাত্মা ওইরবা শুক্রাচার্য্যনা মফম অদুদা লৈদুনা নীতিশাস্ত্র পুম্বা লেংখি। দৈত্যদানবশিংগী মতম অদুদা ভত্তনা থোকপা লালগী মরমদা শুক্রাচার্য্যনা য়াম্না চিন্তাতৌখি অদুগী কোক্কনবা উপায় খনখি। বলদেবনা অথোইবা তীর্থ অসিদা চত্তুনা ব্রতনিয়মগা লোয়নননা স্নানধ্যাননচিংবা তৌরগা ব্রাহ্মনশিংদা লন্থ্মদান তৌখি ॥৬—৭ জনমেজয়না হায়:— মহর্ষি! মহমুনিনা মুক্তি ফংলবদা তীর্থ অদুগী মমিং কপাল মোচন কৌরিবাস করিগীনো? হিংচাবগী কোক্ অদুনা মহাক্কী কৈগদা থেংজিল্লিবা তারুরিবদুনা করিগীনো? ॥৮॥ বৈশম্পায়নননা হায়:— নিংথৌ অথোইবা! মমাঙৈদা ত্রেতাদা দশরথগী মচা শ্রীরামচন্দ্রনা হিংচাবমখৈ হাংকনি হায়বগীদমক দাণ্ডকারণ্যদা লৈদুনা ক্ষুরচীগ শাবা থোরবা তেল অমনা হিংচাবা অমগী মতক ককথংখি। কোক অদু শুম্বা বন অমগী মনুংদা তাখি ॥৯—১০॥ মহারাজ! মতম্ অদুদা মহোদর কৌবা মুনি অসি বন্দা চত্তুনা লৈরম্মি। অদুম্ চংলিঙৈদা মহাক্কী কৈগদ মকদা কোক অদুনা থেংজিল্লে। মহাক্কী কৈগদগী শরু অদু থুদেক্তুনা কোক অদুম্ নগক্তুনা লৈরম্মী ॥১১॥ কৈগদ অদুদা কোক অদুনা থাবদুদা মহোদর হায়বামুনি অসি তীর্থদা অমদি মরুপদা হক্তিনবা চংগকাওবা

সংজ্ঞেন লগ্নেন তদা দ্বিজাতির্নপশাক হ। অভিগচ্ছৎ মহাপ্রাজ্ঞ তীর্থান্যায়তনানি চ ॥১২॥
স পুত্তিনা বিস্রবতা বেদমার্গো মহামুনিঃ। জগাম সর্ব্ব তীর্থানি পৃথিব্যামিতি নঃ শ্রুতম্ ॥১৩॥
স গত্বা সরিতঃ সর্বাঃ সমুদ্রাংশ্চ মহাতপাঃ। কথয়ামাস তৎ সর্বমৃষীণাং ভাবিতাত্মনাম্ ॥১৪॥
আপ্লুতঃ সর্ব্বতীর্থেষু ন চ মোক্ষমবাপ্তবান্। স তু শুশ্রাব বিপ্রেন্দ্রো মুনীনাং বচনং মহৎ ॥১৫॥
সরস্বত্যাস্তীর্থবরং খ্যাতমৌশনসং তদা। সর্ব্বপাপপ্রশমনং সিদ্ধক্ষেত্রমনুত্তমম্ ॥১৬॥
স তু গত্বা ততস্তত্র তীর্থমৌশনসং দ্বিজঃ। তত ঔশনসে তীর্থে তস্যোপস্পৃশতস্তদা।
তচ্ছিরশ্চরণং মুক্ত্বা পাপতাস্তর্জলে তদা ॥১৭॥
বিমুক্তস্তেন শিরসা পরং সুখমবাপ হ। স চাপ্যন্তর্জলে মূর্দ্ধা জগামাদর্শনং বিভো। ॥১৮॥
ততঃ স বিশিরা রাজন্! পূতাত্মা বীতকল্মষঃ। আজগামাশ্রমং প্রীতঃ কৃতকৃত্যো মহোদরঃ ॥১৯॥
সোঽথ গত্বাশ্রমং পুণ্যং বিপ্রমুক্তো মহাতপাঃ। কথয়ামাস তৎ সর্বমৃষীণাং ভাবিতাত্মনাম্ ॥২০॥
তে শ্রুত্বা বচনং তস্য ততস্তীর্থস্য মানদ!। কপালমোচনমিতি নাম চক্রুঃ সমাগতাঃ ॥২১॥

তমল্লে ॥১২॥ ঐখোয়না অসুম্না তায়ঃ— মপাদগী ঈনাইনচিংবা অতৎ অখম্ লৈতনা লৈহয়রবহু, চৈনাখাওবা তমদহুনা নাহে নাহেনা মহোদয় হায়বা মুনি অসি তীর্থ পুম্বদা অহুম্ মচৎলি ॥১৩॥ মতুংদা তপস্যা কল্লবা মুনিঅসি তুরেল সমুদ্র পুম্বদা লৈরম লৈরম্বা মিশিংদা অহুগা মরুকচেল শেংলবা মুনিশিংদা মহাকি থৌদোক হেক হেক লিরম্মি ॥১৪॥ ব্রাহ্মণ অখোইবা মহোদয় হায়বসি তির্থ অতৈ অতৈদা কোয়রুরবসু কোক অহু মাগী কৈগন্দগী তাখে। হায়বসিবতাতে ময়াক্লে। কোক অহুদগী লাম্হোকপসিতাদ ময়াক্লে মহাক্না মুনিশিংগী মকমদগী অচুম্বা ৱারি স অম তাখি ॥১৫॥ করি ৱানো হায়বদা সরস্বতি তুরেলগী তোর্ব্বানগী তির্থ অম লৈ। মাহু শুক্রাচার্য্যনা শেম্বা তির্থ নি হায়হুনা য়ায় মমিং চৎলি। পাপপুম্বা কোক্লনবগী মশক্তি, সিদ্ধক্ষেত্রনি, তীর্থপুম্বদগী অখোইবনি ॥১৬॥ মাহু তাবদা মহোদয় হায়বা মুনী অসি শুক্রাচার্য্যগী তির্থ অহু তাৱ চৎখি। অহুদগী ঔসনেস তির্থ অহুদা হায়বদি শুক্রাচার্য্যগী তীর্থ অহুদা স্নান্ হেক্ তৌবদা কোক্ অহু মাগী কৈগন্দগী হেক্ তাখি ॥১৭॥ নিংথৌ! মহোদয় কৌব মুনি অসি কোক্ অহুদগী মুক্ত কহুনা থোইদোক্লা নুংঙাইখি। কোক অহুসু ঈশিং মনুংদা তাখিহুনা অহুম্ মপক্ উবক্লে ॥১৮॥ নিংথৌ! মহোদয় হায়বা মুনি অসি কোক্ অহুনা পীরম্বা অরাবা চৈনাদগী কোক্তনা; পাপপুম্বা লৈতনা, হকচাং পুম্বা পুমশেং শেংনা, থবক্ পুম্বা মহৈ য়াম্দুনা মাগী আশ্রমদা হল্লকখি ॥১৯॥ অহুদগী তপস্যা কল্লবা মুনি অসি অরাবা পুম্বদগী মুক্তি কংহুনা মহাক্না শেংলবা আশ্রমদা হল্লকনা লৈরম্বা মুনিশিংদা থোকখিবা থৌদোক অহু তম্খি ॥২০॥ ঈকায় খুম্নৈবা নিংথৌ! মা অসি তাবদা মুনিশিংনা শুক্রাচার্য্যগী আশ্রম অহুবু মাদুগী সুমিত্তগী কপাল মোচন হায়না মমিং থোনখি। (মাসিগী অর্থ জি "কোক্নাহোক্পা"— হায়বনি) ॥২১॥

স চাপি তীর্থপ্রবরং পুনর্গত্বা মহামুনিঃ। পীত্বা পয়ঃ সুবিপুলং সিদ্ধিমায়াত্তদা মুনিঃ ।২২।
তত্র দত্ত্বা বহূন্ দায়ান্ বিপ্রান্ সংপূজ্য মাধবঃ। জগাম বৃষ্ণিপ্রবরো রুষদ্গোরাশ্রমং তদা ।২৩।
যত্র তপ্তং তপো ঘোরমার্ষ্টিষেণেন ভারত। ব্রাহ্মণ্যং লব্ধবাংস্তত্র বিশ্বামিত্রো মহামুনিঃ ।২৪।
সর্ব্বকামসমৃদ্ধং বৈ তত্রাশ্রমপদং মহৎ। মুনিভির্ব্রাহ্মণৈশ্চৈব সেবিতং সর্ব্বদা বিভো। ।২৫।
ততো হলধরঃ শ্রীমান্ ব্রাহ্মণৈঃ পরিবারিতঃ। জগাম যত্র রাজেন্দ্র! রুষদ্গুস্তপ্তবান্ তপঃ ।২৬।
রুষদ্গুর্ব্রাহ্মণো বৃদ্ধস্তপোনিত্যশ্চ ভারত।। দেহত্যাগে কৃতমনা বিচিন্ত্য বহুধা তদা ।২৭।
ততঃ সর্বানুপাদায় তনয়ান্ বৈ মহাতপাঃ। রুষদ্গুরব্রবীত্তত্র নয়ধ্বং মাং পৃথূদকম্ ।২৮।
বিজ্ঞায়াতীতবয়সং রুষদ্গুং তে তপোধনাঃ। তং বৈ তীর্থমুপানিন্যুঃ সরস্বত্যাস্তপোধনম্ ।২৯।
স তৈঃ পুত্রৈস্তদা ধীমানানীতো বৈ সরস্বতীম্। পুণ্যাং তীর্থশতোপেতাং বিপ্রসঙ্ঘৈর্নিষেবিতাম্ ।৩০।
স তত্র বিধিনা রাজন্! আপ্লুত্য সুমহাতপাঃ। জ্ঞাত্বা তীর্থগুণাংশ্চৈব প্রাহেদমৃষিসত্তমঃ।
সুপ্রীতঃ পুরুষব্যাঘ্র! সর্ব্বান্ পুত্রানুপাসতঃ ।৩১।

---

মহর্ষি মহোদয়না অমুবকুহন্না তীর্থ অথোইবা কপাল মোচন কৌবা মফম অদুদা চৎখিদুনা তীর্থ অদুগী শেংলবা ঈশিংবু খুজোকথন্না থক্লগা সিদ্ধি ফংখি ॥২২॥ বৃষ্ণি বংশগী অথোইবা বলদেবনা কপাল মোচন হায়রিবা তীর্থ অদুদা চৎতুনা স্নান ধ্যাননচিংবা তৌরগা মফম অদুগী সাধুমহাত্মা ওইরব ব্রাহ্মণশিংদা মতৌকচানা লন্থূম্ সনাপুপা দানতৌরগা রুষদগু মুনিগী আশ্রমতায় লেঙখি ॥২৩ ভরতনন্দন! আর্ষ্টিষেণ মুনিনা অকিবকংনা তপস্যা তৌরবা মফম অদুদা বিশ্বামিত্র মহামুনিমসু ব্রহ্মর্ষিগী পদবী ফংখি ॥২৪॥ নিংথৌ! মফম অদুদা মথক মথা অয়াম্বা পীত্তবথূনবগী পোৎশক, ময়ামা থল্লবা আশ্রম অমনৈ। মুনিকয়া কয়ানা সংব্রাহ্মণ কয়া কয়ানা মফম অদুদা লৈ ॥২৫॥ নিংথৌ অথোইবা! অসিগী তুংদা ধর্মচেনবা থিনা শেৎকদবা কিজেৎনা লৈতেংলবা, ব্রাহ্মণশিংনা ঈকোয় কোয়শিন্দুনা হায়রিবা মমিংচৎলবা তির্থ অসিদ থূনায়াঙনা চৎখি। হায়রিবা তির্থ অসিদা রুষদগু মুনিনা তাইবং হকচাং থাদোক্লগা নোংগাখি ॥২৬॥ ভরতনন্দন! মতম কুইনা তপস্যাদা পুক্নীং চঙ্ঘবা, অহল ওইরবা রুষদগু হায়রিবা মুনিঅসি য়াম্না কুইনা বিচার তৌরুরগা তাইবং হকচাংসিসু থাদোক্লগে হায়না চপ য়ুংনানিঙথে ॥২৭॥ অদুগী তুংদা তপস্যা কল্লবা অহল ওইরবা রুষদগু কৌবা মুনিসিনা মচামশু পুম্নক কৌশিল্লগা "ঐবু নখোয়না ঈশিং মরাং কায়না লৈবা, তির্থ অমদা পুথুনা চৎলু"—অমুম্না হায়রকই ॥২৮॥ মহাতপস্বী রুষদগু গীমচাশিং অসিনা মপাগী চহি মতাং অয়ুবু পুক্নিগী অথোইবা শক্তি হায়বসি খঙলদুনা মপাবু সরস্বতী তীর্থ তাম পুথুনা চৎখি ॥২৯॥ মচাশিং অসিনা মহাজ্ঞানী মপা রুষদগুবু তীর্থ কয়ামা থিল্লবা সরস্বতী তুরেলগী মপাক্তা পুথনা চৎখি ॥৩০॥

নিপা অথোইবা মহারাজ! তপস্যা কল্লবা, ঋষি অথোইবা রুষদগু হায়বসিনা সরস্বতী

সরস্বত্যাস্তুরে তীরে যত্রাবেদাশ্বনন্তরম্। পৃথূদকে জপ্যপরো ন পুনর্ম্মরণং লভেৎ ॥৩২॥
তত্রাপ্লুত্য স ধর্ম্মাত্মা উপস্পৃশ্য হলায়ুধঃ : দত্বা চৈব বহূন্ দায়ান্ বিপ্রাণাং বিপ্রবৎসলঃ ॥৩৩॥
সসর্জ্জ যত্র ভগবাল্লোঁকাঁল্লোকপিতামহঃ। যত্রার্ষ্টিষেণঃ কৌরব্য! ব্রাহ্মণ্যং সংশিতব্রতঃ।
তপসা মহতা রাজন্! প্রাপ্তবানৃষিসত্তমঃ ॥৩৪॥
সিন্ধুদ্বীপশ্চ রাজর্ষির্দেবাপিশ্চ মহাতপাঃ। ব্রাহ্মণ্যং লব্ধবান যত্র বিশ্বামিত্রস্তথা মুনিঃ ॥৩৫॥
মহাতপস্বী ভগবানুগ্রতেজা মহাযশাঃ। তত্রাগমৎ বলবান্ বলভদ্রঃ প্রতাপবান্ ॥৩৬॥
(বিশেষকম্)

## জন্মেজয়উবাচ।

কথমার্ষ্টিষেণো ভগবান বিপুলং তপ্তবাংস্তপঃ। সিন্ধুদ্বীপঃ কথঞ্চাপি ব্রাহ্মণ্যং লব্ধবাংস্তদা ॥৩৭॥
দেবাপিশ্চ কথং ব্রহ্মন্! বিশ্বামিত্রশ্চ সত্তম! তন্মমাচক্ষ্ব ভগবন্! পরং কৌতূহলং হি মে ॥৩৮॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

পুরা কৃতযুগে রাজন্। আর্ষ্টিষেণো দ্বিজোত্তমঃ। বসন্ গুরুকুলে নিত্যং নিত্যমধ্যয়নে রতঃ ॥৩৯॥

---

তীর্থদা স্নান, তৌরগা, তীর্থগী গুণ মরাম্বু শক শোন্দুনা ধ্যান তৌরবা মতুংদা সেবা তৌদুনা লৈরিবা মচাশিংদা অস্নুমা হায়রকই:— ॥৩১॥ অদুগুম্বা মী মহাক্ অদুনা সরস্বতী অরাংথংবা তেংর্ব্বানগী তীর্থদা তাঁশং মচু'দা লুপ্তনা মাগী ইষ্টদেবগী মন্ত্রবু জপ তৌরবদি অদুগা জপ তৌনা তৌনা মপানগী হৃকচাং অসিবু থাদোকপা ওন্নবদি মহাক অদু সংসারদা অমুরক হন্না পোক্লরে অদুগা অমুক অশিংবগী থয়াওন্থ তাররে। ॥৩২॥ ব্রাহ্মণশু কিনা লুনা তৌবা, ধর্ম্ম চেন্নবা বলদেবনা তীর্থ অদুদা স্নান, ধ্যান, ধনদানমচিংবা তৌদুনা থম্মোয়দা থোইদোক্না লুংতাইবা কংজখি ॥৩৩॥ কৌরবনন্দন! ব্রহ্মানা মকম অদুদা কেন্তদনা লৈদুনা জগৎপু শেমখিবা, ঋষি অথোইবা আর্ষ্টিসেননা ব্রতনিয়ম কায়দনা মকম অদুদা অকনবা তপস্যা তৌখিবনা ব্রাহ্মণত্ব পদবী কখিবা রাজর্ষি সিন্ধুদ্বীপ, তপস্যা কল্লবা দেবাপি অদুগা মহাতপস্বী তেজ কল্লবা মিংচৎ চাউরবা মতীক্ মগুণ লৈরবা বিশ্বামিত্রনা অকনবা তপস্যাগী শক্তিনা ব্রাহ্মণত্ব পদবী কংখিবা, অদুগুম্বা তীর্থদা কল্লবা মতীক্ মগুণ চাউরবা বলদেবশু চৎখি ॥৩৪—৩৬॥ জনমেজয়না হায়ঃ— মতীক মগুণ চাউরবা অর্ষ্টিসেন মুনিনা মতৌ করম্না অকনবা তপস্যা তৌখিবগে ? অদুগা মতম অদুদা সিন্ধুদ্বীপ হায়রিবা মুনিশিনশু মতৌ করম্না ব্রাহ্মণত্ব পদবীবু কংখিবা ? ॥৩৭॥ মতীক মগুণ চাউরবা ব্রাহ্মণ! মুনিদেব! দেবপি অদুগা বিশ্বামিত্রনশু মতৌ করম্না ব্রাহ্মণমক ওইখিবা ? মসি পূরুমক মুনিনা ঐহোক্না তাক্কু। মমমদি মাস ঐ য়াম্না মুন্না তাজনীজরে ॥৩৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ! মমাইদা সত্যযুগত ক্ষত্রিয় অথোইবা অর্ষ্টিসেন হায়রবসি

তস্য রাজন্! গুরুকুলে বসতো নিত্যমেব হ। সমাপ্তিং নাগমদ্বিদ্যা নাপি বেদা বিশাংপতে! ॥৪০॥
স নির্বিণ্ণস্ততো রাজন্। তপস্তেপে মহাতপাঃ। ততো বৈ তপসা তেন প্রাপ্য বেদাননুত্তমান্ ॥৪১॥
স বিদ্বান্ বেদযুক্তশ্চ সিদ্ধশ্চাপ্যৃষিসত্তমঃ। তত্র তীর্থে বরান্ প্রাদাৎ ত্রীনেব সুমহাতপাঃ ॥৪২॥
অস্মিংস্তীর্থে মহানদ্যা অদ্যপ্রভৃতি মানবঃ। আপ্লুতো বাজিমেধস্য ফলং প্রাপ্স্যতি পুষ্কলম্ ॥৪৩॥
অদ্যপ্রভৃতি নৈবাত্র ভয়ং ব্যালাদ্ভবিষ্যতি। অপি চাল্পেন যত্নেন প্রাপ্স্যতি পুষ্কলম্ ॥৪৪॥
এবমুক্ত্বা মহাতেজা জগাম ত্রিদিবং মুনিঃ। এবং সিদ্ধঃ স ভগবানার্ষ্টিষেণঃ প্রতাপবান্ ॥৪৫॥
তস্মিন্নেব তদা তীর্থে সিন্ধুদ্বীপঃ প্রতাপবান্। দেবাপিশ্চ মহারাজ! ব্রাহ্মণ্যং প্রাপতুর্মহৎ ॥৪৬॥
তথা চ কৌশিকস্তাত! তপোনিত্যো জিতেন্দ্রিয়ঃ। তপসা বৈ সুতপ্তেন ব্রাহ্মণত্বমবাপ্তবান্ ॥৪৭॥
গাধির্নাম মহানাসীৎ ক্ষত্রিয়ঃ প্রথিতো ভুবি। তস্য পুত্রোঽভবদ্রাজন্। বিশ্বামিত্রঃ প্রতাপবান্ ॥৪৮॥
স রাজা কৌশিকস্তাত! মহাযোগ্যভবৎ কিল। স পুত্রমভিষিচ্যাথ বিশ্বামিত্রং মহাতপাঃ ॥৪৯॥
দেহন্যাসে মনশ্চক্রে তমূচুঃ প্রণতাঃ প্রজাঃ। ন গন্তব্যং মহাপ্রাজ্ঞ! ত্রাহি চাস্মান্ মহাভয়াৎ ॥৫০॥

---

মতম নৈথ থিবিক্তা গুরুকুলদা নৈহ্ননা রায়া থরাই রাওনা লাইথিক লাইথু তমহ্ননা নৈ ॥৩৯॥ নংখৌ। অষ্টিসেন হায়রিবসিনা মতম পুস্বদা গুরুগী মুখদা নৈহ্ননা কমা তম্রবস্থু বেদাঙ্গ ময়াম্ তস্বদো লোইবা জমহ্রে ॥৪০॥ মহারাজ! অহুথগীদি মুনি অসি রায় নীওবা কামহ্ননা। মণদা মুংওাইতবা অম পোকথিহ্ননা হ মদগী হেয়া কমা অমুক তপস্যা তৌবা হৌথি। অদুগী ফুংদা মহাত্মা তৌবা তপস্যাগী শক্তিতনা বেদ বেদাঙ্গ পুস্বা মপুংকানা তম্বা হৈবা লোইরে ॥৪১॥ ক্ষত্রিয় নিংখৌ অখোইবা অষ্টিসেন অসি মহাতপস্বী অম ওইখহ্ননা বেদ বেদাঙ্গ বেদাবিদ্যা পুস্বা তথহ্ননা নৈনথিহ্ননা সিদ্ধি কংথি। অহদগীদি রাজর্ষি অসিনা মী পুম্নমক্কী কাম্নবগীদমক্ বর অহুম পীথি—॥৪২॥ “ ওসি কৌবা মুমিত্তগী কনাগুম্না মহানদি ওইরবী সরস্বতীদা পুক্লিং পেংনা দান স্নান তৌরবদি অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহৈগুম্বা মরাং কাম্ররবা মহৈ পোয়দনা কংগনি ” ॥৪৩॥ ওসি কৌবা মুমিত্তগী তীর্থ থা মিকপিংগী মকমদা শা কৈগী অকিব হংগোইবা অমতা নৈরোই। তীর্থ অসিগী মপান্দা গুমজবা থমদং তৌথিবা ধর্ম কর্ম্মহুগী মহৈদ রায়া হেয়া কংজনি ॥৪৪॥ এর অহুম অসি পীত্মগা অষ্টীসেন কৌবা মুনি অসি স্বর্গ কাথি। তপস্যাগী শক্তিনা মতাক্ মশুন মখোনানা অষ্টীসেন অসি স সারদা পোক্লম্বী মহৈ রানথি ॥৪৫॥ মহা-রাজ। মতম অসিদা সিন্ধু দ্বীপ হায়রিবা দেবা প হায়রিবা অনী অসিনু তপস্যাগী শক্তিনা ব্রাহ্মণ ওইবা জমথি ॥৪৬॥ নিংখৌ ইন্দ্রিয় খুত্রম্'জবা, মুমিংচুম্না তপস্যাদা পুক্লিং চঙলব বিশ্বামিত্রসু তপস্যাগী শক্তিতনা নমহ্ননা ব্রহ্মর্ষি ওইথি ॥৪৭॥ মহারাজ! মমাইঙদা জগৎ কাওরবা গাধি হায়ব। নিংখৌ অম নৈরম্মি। মিংচৎ চাউরবা, মতাক্ মশুণ মখোনা নৈরবা বিশ্বামিত্রহায়ব স মাগী মচানি ॥৪৮॥ ইবুংঙো নিংখৌ! কুশিকগী মচা গাধি হায়বসি মহাযোগীসি তপস্যা কম্রবা গাধি নিংখৌনামচা বিশ্বমিত্রদা নৈপাক শিন্নহ্ননা অভিষেক তৌবিয়ম্রগা ‘নাংগাম্রপে হায়না থম্রে। মতম অদুদা প্রজাশিংনা হায়থিঃ—শিংলবা নিংখৌ! মর্ত্য লোক থাদোক্ক্ন। লেঙথিশনু। ঐখোয়মু কত্রবা ডাকু হ্রমান্ চৌথিবশিংদগী ঙাকপি শেনবিহ্না অহুম্ নৈথিমু ॥৪৯–৫০॥ প্রজাশিংনা অম্রা

এবমুক্তঃ প্রত্যুবাচ ততো গাধিঃ প্রজাস্ততঃ । বিশ্ব ভগঃ তা গোপ্তা ভবিতা সুতো মম ॥৫১॥
ইত্যুক্ত্বা তু ততো গাধির্বিশ্বামিত্রং নিবেশ্য চ । জগাম ত্রিদিবং রাজন্ ! বিশ্বামিত্রোঽভবন্নৃপঃ ।
ন স শক্নোতি পৃথিবীং যত্নবানপি রক্ষিতুম্ ॥৫২॥
ততঃ শুশ্রাব রাজা স রাক্ষসেভ্যো মহাভয়ম্ । নির্যযৌ নগরাচ্চাপি চতুরঙ্গবলান্বিতঃ ॥৫৩॥
স গত্বা দূরমধ্বানং বশিষ্ঠাশ্রমমভ্যয়াৎ । তস্য তে সৈনিকা রাজন্ ! চক্রুস্তত্রানয়ান্ বহূন্ ॥৫৪॥
ততস্তু ভগবান্ বিপ্রো বশিষ্ঠাশ্রমমভ্যয়াৎ । দদৃশেঽথ ততঃ সর্ব্বং ভজ্যমানং মহাবনম্ ॥৫৫॥
তস্য ক্রুদ্ধো মহারাজ ! বশিষ্ঠো মুনিসত্তমঃ । সৃজস্ব শবরান্ ঘোরানিতি স্বাং গামুবাচ হ ॥৫৬॥
তথোক্তা সাসৃজদ্ধেনুঃ পুরুষান্ ঘোরদর্শনান্ । তে চ তদ্বলমাসাদ্য বভঞ্জুঃ সর্ব্বতোদিশম্ ॥৫৭॥
তদ্দৃষ্ট্বা বিদ্রুতং সৈন্যং বিশ্বামিত্রস্তু গাধিজঃ । তপঃ পরং মন্যমানস্তপস্যেব মনো দধে ॥৫৮॥
সোঽস্মিংস্তীর্থবরে রাজন্ ! সমস্ততাঃ সমাহিতঃ । নিয়মৈশ্চোপবাসৈশ্চ কর্ষয়ন্ দেহমাত্মনঃ ॥৫৯॥

হায়রক্লবদা গাধি নিংথৌনা অস্নুমা হায়রকই:— ঐগী ইচাসিনা প্রজা মরাস্নু কনগনি য়োক্নি ॥৫১॥ মহারাজ ! গাধিনা মতৌ অস্নুমা প্রজাশিংদা হায়রগা নিংথৌ থুক্তুম্নু মচা বিশ্বামিত্রদা শিন্নয়রগা নোংগাখি । বিশ্বমিত্রনা কনয়াম্নদি হোৎনৈ হায়রবু মপাঙ্ময়া লৈপাকপু ময়াতম্বা ঙাকপাদ ঙমখিদ্রে ॥৫২॥ থর লৈরগা নিংথৌ বিশ্বামিত্রনা কয়ি তাবগে হায়রবু মহাক্কী রাজ্যদা হিংচা রাইতম্বনা রাম্ন উপদ্রব অত্যাচার তৌরে অস্নুম হায়রনা তারে । অদুদগীদি শগোল শান্নু মথ তৌংবা লাম্নী অদুগা থোঙমী লাম্নীগী মপৈ মথল ময়িসিংগা লোয়ননা হিংচাবশিংদুবু নমহৎকে হায়রবগীদমক লালগী যত্র তৌরকই ॥৫৩॥ মহারাজ ! অদুদগীদি বিশ্বামিত্র অসি য়াম্না কুইনা লম্বী শাংনা চৎলকহুনা থত্তহৌদনা বশিষ্টগী আশ্রমদা থুংঙুরে । মকম অদুদা য়োবদা মাগী লাম্নীশিং অদুনা অদুগী বনমপুংদা য়াম্না অত্যাচার তৌক্ররে ॥৫৪॥ বশিষ্ঠ মুনিনা মাগী আশ্রমদা হল্লকপা মতমদামাগী তপোবন অদুগী হে লৈ পুম্বা নিংথৌ বিশ্বামিত্রগী লাম্নীশিংনা লৈথাই থুগাইবদু উরে ॥৫৫॥ মহারাজ ! অদুদগীদি বশিষ্ঠ অসি বিশ্বামিত্রগী মথক্ক থোইদোক্না শাউথদুনা মাগীশম্বী কমধেনুদা অস্নুমা হায়রকই:— "ঐবেম্মা ! অকিবগী মশক্ ওইরবা বনদা লৈব শিংগী লাম্নী তেজোল মপৈ অমতং হৌজিমক্ থোঁজিল্লু " ॥৫৬॥

বশিষ্ঠনা অস্নুমা য়াথং পীরক্লবদা কামধেনুনা থুদক্কা অকিব কংলবা লাম্নিমক্কী মপৈ অম পুথোকখি । লাম্নী মপৈ অদুনা চেনশিনবিদুনা নিংথৌ বিশ্বামিত্রগী লাম্নী মপৈ অদুবু পোইনা লৈথাইখি ॥৫৭॥ মাগী লাম্নী মথৈ কিদুনা চেমরে হ'য়বসি তাবদা মশামথন্ত ঐকায়ররদুনা অদুগা তপস্যাগী শক্তিনা থুাইদগী অহেনবা ওইরে হায়রবসি থনখিদুনা তপস্যা তৌনগে হায়না মপুক্কিংদা লেপথে ॥৫৮॥ নিংথৌ ! অদুগী তুংদা নিংথৌবিশ্বামিত্র অসি তীর্থ অমদা চৎখিদুনা ব্রতনিয়ম কায়দনা চৎহেন্নবতনা মশিল্লাং ওইদুনা কম্না তপস্যা তৌবা হৌরক্কে । ব্রততৌবতনা মশাগী নোংম নোংমগী কাংশিলহন্দুনা যোগ সাধন তৌবা হৌরকুনে ॥৫৯॥ বিশ্বামিত্রনা কমিতপদনা

জলাহারো বায়ুভক্ষ্যঃ পর্ণাহারশ্চ সোঽভবৎ। তথা স্থণ্ডিলশায়ী চ যে চান্যে নিয়মাঃ পৃথক্ ॥৬০॥
অসকৃত্তস্য দেবাস্তু ব্রতবিঘ্নং প্রচক্রিরে। ন চাস্য নিয়মাদ্‌বুদ্ধিরপযাতি কদাচন ॥৬১॥
ততঃ পরেণ যত্নেন তপ্ত্বা বহুবিধং তপঃ। তেজসা ভাস্করাকারো গাধিজঃ সমপদ্যত ॥৬২॥
তপসা তু তথা যুক্তং বিশ্বামিত্রং পিতামহঃ। অমন্যত মহাতেজা বরদো বরদস্তদা ॥৬৩॥
স তু বব্রে বরং রাজন্! স্যামহং ব্রাহ্মণস্থিতি। তথেতি চাব্রবীদ্ ব্রহ্মা সর্বলোকপিতামহঃ ॥৬৪॥
স লব্ধ্বা তপসোগ্রেণ ব্রাহ্মণত্বং মহাযশাঃ। বিচচার মহীং কৃৎস্নাং কৃতকামঃ সুরোপমঃ ॥৬৫॥
তস্মিংস্তীর্থবরে রামঃ প্রদায় বিবিধং বসু। পয়স্বিনীস্তথা ধেনূর্যানানি শয়নানি চ ॥৬৬॥
অথ বস্ত্রাণ্যলঙ্কারং ভক্ষ্যং পেয়ঞ্চ শোভনম্। অদদন্মুদিতো রাজন্! পূজয়িত্বা দ্বিজোত্তমান্ ॥৬৭॥
(যুগ্মকম্)
যযৌ রাজন্! ততো রামো বকস্যাশ্রমমন্তিকাৎ। যত্র তেপে তপস্তীব্রং দাল্‌ভ্যো বক ইতি শ্রুতঃ ॥৬৮॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
সপ্তত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

ঈশিং-ত থক্লুনা, কবিরুদ্বদন পুশিংত চাক্লনা কবিরুদ্বদনা উনাত শায়রুনা মতম্ লেনবা হৌরক্লে। কমুং কাপুং থাদোক্লুনা লৈমায়থক্লা লৈনিন্দা হিপ্পি অহুগা অসি নত্তবা তপস্যাগী অকিবগী মশক কংনা লুয়বা মওং কয়া নিংথৌসিনা নোংম নোংমগী লৌখৎখি ॥৬০॥ স্বর্গগী লাইশ্নায়া বিশ্বামিত্রগী তপস্যা অদুবু থুগাইগদবগী হয়া হয়া হোৎনখি। অদুবু বিশ্বামিত্রনা মানা হৌরিবা তপস্যাগী নিয়ম অদুদগী খোইদিং মথায় অমকাও লোংখিদে ॥৬১॥ অদুদগী মথং মথং কয় অময়ম্ তৌশিল্লকপা তপস্যা শক্তি অদুনা বিশ্বামিত্র অসি মশেক মঙাম্না মশাহ পুমনাং লাংডকলে ॥৬২॥ অদুদগী তেজ কল্লবা, বরপীনহৈবা ব্রহ্মানা বিশ্বামিত্রসবু থাজৈশেংবা তপস্বী মরি হায়না খনখিদুনা নোংম মাগী মমাঙদা দর্শন পীখি ॥৬৩॥ মহারাজ! মতম অদুদা বিশ্বামিত্রনা ব্রহ্মাদা "ঐ ব্রাহ্মণ ওইজগে" হায়না বর নিখি। ব্রহ্মানসু "করে, ব্রাহ্মণ ওইজরো" হায়না বিশ্বামিত্রদা বরপীখি ॥৬৪॥ মিংচৎ চাউরবা বিশ্বামিত্রনা মাগী তপস্যাগী শক্তিতনা ব্রহ্মগী মকমদগী বরকংখীদুনা, ব্রাহ্মণ ওনখিদুনা; নীঙবা থুংলদুনা মনীং মথাতয়া পৃথিবীগী মকম্ পুম্নমক্তা কোয়চৎ চৎখি ॥৬৫॥ মহারাজ অদুগী তুংদা কল্লবা বলদেবনা অখোইবা তীর্থ অদুদা ব্রাহ্মণশিংদা ভক্তি তৌদুনা মখোয়বু য়াম্না ইকায় খুম্না য়াম্না লুংঙাইনা লম্‌থুম্ মথল্ মথল, শঙ্গোম্ থুম্লিবী মচাচেনবী শম্বী, কমুং কাপুং ফিরোল মথল মথল অহুগা অচাথক মথল মথল দান তৌখি ॥৬৬—৬৭॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা বলরামনা অদুদগী খোইনা লাপ্তবা বকমুনিগী আশ্রমদা চৎখি। মফম অদুদা দাল্‌ভ্যমুনিগী মচা বকনা অকিবা কংনা তপস্যা তৌদুনা লৈরম্মি ॥৬৮॥

মফম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা লোককিশিংচামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মতুংদা বলদেব তীর্থযাত্রাগী মতাংদা সারস্বতোপাখ্যানগী কুন্থরাতরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(সারস্ব তীর্থগী রাস্নী মথং)

## অষ্টত্রিংশোঽধ্যায়ঃ।

### কুম্বানিপালগুবা অধ্যায়।

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

ব্রহ্মঘোষৈরবাকীর্ণং জগাম যদুনন্দনঃ। যত্র দাল্‌ভ্যো বকো রাজন্! আশ্রমস্থো মহাতপাঃ ।১।
জুহাব ধৃতরাষ্ট্রস্য রাষ্ট্রং বৈচিত্রবীর্য্যিণঃ। তপসা ঘোররূপেণ কর্ষয়ন্ দেহমাত্মনঃ।
ক্রোধেন মহতাবিষ্টো ধর্ম্মাত্মা বৈ প্রতাপবান্ ।২। (যুগ্মকম্)
পুরা হি নৈমিষীয়াণাং সত্রে দ্বাদশবার্ষিকে। বৃত্তে বিশ্বজিতোঽন্তে বৈ পাঞ্চাল ঋষয়োঽগমন্ ।৩।
তত্রেশ্বরমযাচন্ত দক্ষিণার্থং মনীষিণঃ। বলান্বিতান্ বৎ সতরান্নির্ব্যাধীনেকবিংশতিম্ ।৪।
তানব্রবীদ্বকো দাল্‌ভ্যো বিভজধ্বং পশূনিতি। পশূনেতানহং ত্যক্ত্বা ভিক্ষিষ্যে রাজসত্তমম্ ।৫।
এবমুক্ত্বা ততো রাজন্! ঋষীন্ সর্ব্বান্ প্রতাপবান্। জগাম ধৃতরাষ্ট্রস্য ভবনং ব্রাহ্মণোত্তমঃ ।৬।
স সমীপগতো ভূত্বা ধৃতরাষ্ট্রং জনেশ্বরম্। অযাচত পশূন্ দাল্‌ভ্যঃ স চৈনং রুষিতোঽব্রবীৎ ।৭।
যদৃচ্ছয়া মৃতান্ দৃষ্ট্বা গাস্তদা নৃপসত্তমঃ। এতান্ পশূন্ নয় ক্ষিপ্রং ব্রহ্মবন্ধো! যদীচ্ছসি ।৮।

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ ! বলদেবনা মতম পূম্বদা বেদ ধ্বনিতনা পূমনিন্ নিনবা বকমুনিগী আশ্রমদা চৎখি। মতম অসিদা তপস্যা কল্লবা, ধর্ম্ম চেল্লবা মতীক মঙণ চাউরবা দলভ্যগী মচা বক মুনি অসি অশাউবনা মশা পুম্বা ঈ কাদুনা অকিবা কংনা তপস্যা তৌরকপনা মশাহু কংশিলহনখিদুনা বিচিত্রবীর্য্যগী মচা ধৃতরাষ্ট্রগী রাজ্যবু মাঙ তাকহনগে হায়রদুনা হোম তৌদুনা লৈরম্মি ॥১-২॥ মমাঙৈদা নৈমিষারন্যদা লৈবা ঋষিশিংগী চহী ত্নরানিথোক চুপ্পা তৌবা যজ্ঞ অদুনা লোইশ্রবদা অদুগা বিশ্বজিৎ হাযবা যজ্ঞ অদুগী মতুংদা ঋষি অমাম্ব কিরোল দক্ষিণানচিংবা লৌরুগে হায়বগী দমক পাঞ্চাল দেশদা লাকখি ॥৩॥ লৈপাক অদুদা ঋষিশিংনা দক্ষিনাগীদমক পাঞ্চাল নিংথৌগী মকমদা মশানাদবী, মপাঙ্গল কল্লিবি শম্বি কুম্নাথোক পীয়ু হায়দুনা নিখি ॥৪॥ শাশিং কংলবদা দলভগী মচা বকমুনিনা মুনিশিং অতৈদা হায়রকই মুণি মরাম্না শাশিং অসে য়েন্নদুনা লৌখিযু। ঐদি শাশিং অসিদগী কন্নিমত্ত লেংদনা অতোপ্পা নিংথৌ অমদগী নিরুরগে ॥৫॥ মহারাজ ! মতীক মঙণ চাউরবা ব্রাহ্মণ অথোকবা বক না রাসি মুণিশিংদা হায়রগা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী কোম্নুং তাম চৎখি ॥৬॥ বক মুণিনা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্ত চৎখিদুনা শম্বী শাম্নাও নিরুবদ ধৃতরাষ্ট্রা নিংথৌসি রাম্না শাউনা হায়রকই ॥৭॥ লাইগী নোংদম-দগী শল থর শিরে হায়বদু উবদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্র বক মুনিদা থোওক উশিন্তনা হায়রকইঃ— "তোল্লবা ব্রাহ্মণ নিংনা শকপাম্নবদি অসিদগী অশিবা শলশিং অসে পুনা রাঙনা লৌখো" ॥৮॥ মাদু তাবদা

অথ বৈ প্রাশ্নিকাংস্তত্র পপ্রচ্ছ জনমেজয় ! । ততো বৈ প্রাশ্নিকাঃ প্রাহুঃ পশুবিপ্রকৃতস্ত্বয়া ।১৮।
মাংসেনাভিজুহোতীতি তব রাষ্ট্রং মুনির্বকঃ । তেন তে হূয়মানস্য রাষ্ট্রস্যাস্য ক্ষয়ো মহান্ ।১৯।

( বিশেষকম্ )

তস্যৈতত্তপনঃ কর্ম্ম যেন তে হ্যনয়ো মহান্ । অপাং কুঞ্জে সরস্বত্যাস্তং প্রসাদয় পার্থিব ! ।২০।
সরস্বতীং ততো গত্বা স রাজা বকমব্রবীৎ । নিপত্য শিরসা ভূমৌ প্রাঞ্জলির্ভরতর্ষভ ! ।
প্রসাদয়ে ত্বাং ভগবন্ ! অপরাধং ক্ষমস্ব মে ।২১।
মম দীনস্য লুব্ধস্য মৌর্খ্যেণ হতচেতসঃ । ত্বং গতির্ত্বঞ্চ মে নাথঃ কর্ত্তু মর্হসি ।২২।
তং তথা বিলপন্তন্তু শোকোপহতচেতসম্ । দৃষ্ট্বা তস্য কৃপা জজ্ঞে রাষ্ট্রং ব্যমোচয়ৎ ।২৩।
ঋষিঃ প্রসন্নস্তস্যাভূৎ সংরম্ভঞ্চ বিহায় সঃ । মোক্ষার্থং তস্য রাষ্ট্রস্য জুহাব পুনরাহুতিম্ ।২৪।
মোক্ষয়িত্বা ততো রাষ্ট্রং প্রতিগৃহ্য পশূন্ বহূন্ । হৃষ্টাত্মা নৈমিষারণ্যং জগাম পুনরেব চ ।২৫।
ধৃতরাষ্ট্রোঽপি ধর্ম্মাত্মা স্বস্থচেতা মহামনাঃ । স্বমেব নগরং রাজা প্রতিপেদে মহর্দ্ধিমৎ ।২৬।

---

বক মুণিগী যজ্ঞ তপস্যাগী মহৈনা নহাক্কী অমাঙবসি থোক্লবনি । নিংথৌ ! বক মুণি অসি হৌজিক সরস্বতী তুরেলগী মপান্দা কুঞ্জ থবদা লৈরি । নিংথৌ নহাক্না চত্লনা মহাকপু থেমজিল্লু, পেলহল্লু ॥২০॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা ! অহুদগী ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা সরস্বতী তুরেলগী মপান্দা চৎখিল্লুনা মকোক লৈপাক তানা মখুং লোম্নুনা খুৎমদুনা হায়খিঃ-ভগবান ! ননাইবু চানবিয়ু চরনদা চঙজরি । ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু ॥২১॥ মহর্ষি ! ননাইদী তোল্লবনী মহামুর্খনী অপাম্বনা চাউথোকপনা ঙাওরবনী অদুনা গতী লৈত্রবা ঐগী গতী ওইবীয়ু ননাইবু অমুক্ত কনবীয়ুগবা । ঐহোন্দা থৌজালগী মীৎ য়েংনা অমুক্ত য়েংবীয়ু ননাইগী ইরাল ঙাকপীয়ু ॥২২॥ নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা য়াম্ন ৱানা কপ্পহু উবদা বক মুণিসি নিংথৌবু নুংশিবিরকলে । ধৃতরাষ্ট্রবু অরাবদগী কোকপিখি ॥২৩॥ বক মুণিনা অশাউবা থাদোক্লুনা ধৃতরাষ্ট্রবু লৌবৎপিখি । অরা বয়দগী কোকনবা বক মুনিনা ধৃতরাষ্ট্রগীদমক অমুক হোম তৌবিখি ॥২৪॥ অদুগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রবু অরাবদগী কোকপিরম্লগা অদুগা শা শল য়াম্না লৌহুনা বক মুনি অসি অমুক হন্না নৈমিষারন্যদা চৎখি ॥২৫॥

অমসুং মদা পুকচেল চাউরবা ধর্ম্ম চেন্নবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রসু অমুক হন্না চাওথৎপা ইনাক্ কৈথাক খুনবা মশাকবা হায়বগু ওইহুনা মাগী কোনুংদা হল্লিনখি ॥২৬॥ মহারাজ ! মহাবুদ্ধি লৈবা বৃহস্পতিনা মকম্ অসোদা লৈহুনা অসুরশিংগী মাঙননবগী অদুগা লাইশিংগী মঙ্গল ওইননবগীদমক্ শাহুমতনা যজ্ঞদা হোম তৌখি । মাহুদা হৌংচাবা মরাম্ তুমখী । অম ওইবগী

তত্র তীর্থে মহারাজ ! বৃহস্পতিরুদারধীঃ । অসুরাণামভাবায় ভবায় চ দিবৌকসাম্ ।২৭।
মাংসৈরভিজুহাবেষ্টীমক্ষীয়ন্ত ততোঽসুরাঃ । দৈবতৈরপি সংভগ্না জিতকাশিভিরাহবে ।২৮।

( যুগ্মকম্ )

তত্রাপি বিধিবদ্দত্ত্বা ব্রাহ্মণেভ্যো মহাযশাঃ । বাজিনঃ কুঞ্জরাংশ্চৈব রথাংশ্চাশ্বতরীযুতান্ ।২৯।
রত্নানি চ মহার্হাণি ধনং ধান্যঞ্চ পুষ্কলম্ । যযৌ তীর্থং মহাবাহুর্যাযাতং পৃথিবীপতে ! ।৩০।

( যুগ্মকম্ )

যত্র যজ্ঞে যযাতেস্তু মহারাজ ! সরস্বতী । সর্পিঃ পয়শ্চ সুস্রাব নাহুষস্য মহাত্মনঃ ।৩১।
তত্রেষ্ট্বা পুরুষব্যাঘ্রো যযাতিঃ পৃথিবীপতিঃ । আক্রামদূর্দ্ধং মুদিতো লেভে লোকাংশ্চ পুষ্কলান্ ।৩২।
পুনস্তত্র চ রাজ্ঞস্তু যযাতের্যজতঃ প্রভো ! । ঔদার্য্যং পরমং দৃষ্ট্বা ভক্তিঞ্চাত্মনি শাশ্বতীম্ ।
দদৌ কামান্ ব্রাহ্মণেভ্যো যান্ যান্ যো মনসেচ্ছতি ।৩৩।
যো যত্র স্থিত এবেহ আহূতো যজ্ঞসংস্তরে । তস্য তস্য সরিচ্ছ্রেষ্ঠা গৃহাদিশয়নাদিকম্ ।
ষড্রসং ভোজনঞ্চৈব দানং নানাবিধং তথা ।৩৪।

---

মমায় পাক্রবা লাইরামসু অসুরাশিংবু লাঞ্জাওদা জয় তৌখি ॥২৭—২৮॥ মহারাজ ! মিংচৎ চাউরব; মপাম্বে'ম্ চাউর কল্লবা বলরামনা তীর্থ অমুদা স্নান ধ্যাননচিংবা তৌরগা শগোল শামু, শগোলগা কোম্রবা রথ কয়া; মমল য়াম্রবা পোচ্চে কৌ চেং সনা লুপা কয়া কয়া বিধি, নিয়ম কায়দনা দান তৌরগা যযাত তীর্থদা লেংখি ॥২৯—৩০॥ মহারাজ ! অমুঙস্বা তীর্থ অগুদা নহুষগী মচা যযাতিগী যজ্ঞদা সরস্বতী মশামক্না ঘী অমদি শঙ্গোমগী ঈচেল চেন্থহনখি ॥৩১॥ নিপা অথোইবা নিংথৌ যযাতিন হায়রিবা মকম অসিদ যজ্ঞ কায়দনা তৌহুনা, মপ্থাই দুংঙাইনা মথকলোম্‌দা হায়গৎখি অদুগা খুভম অথোইবা স্বর্গলোক য়োখি ॥৩২॥ নিংথৌ ! মকম অসিদা যজ্ঞ তৌবা যযাতিনা মাগী দান শক্তিনা অদুগা লেঙত্রবী ভক্তিবু মথোয়দা উৎলবা তুংদা ব্রাহ্মন খুদিংমক্না মানা মানা পেন্থ, নিংথৌ যযাতিনা হেক হেক পীথোকই ॥৩৩॥ চাউরবা যজ্ঞ অমুদা নিমন্ত্রণ কংহুনা কার্ক্লবা ব্রাহ্মণশিং অমুনা মানা মানা পাম্বা মকমদা লৈরুরবসু মথোয়না হৈক্ক হৈক্কবা মফমদা সরস্বতী মশামক্না মূর্ত্তি নাইনা চোংথোক্ত্না য়ুম কৈ মমল য়াম্রবা ফমুং কাম্নুং, কিয়োল হাউর হাউরবা অহাউ অথুম্ অসি নত্তবা অতৈ পোচ্চে পুম্বা দান তৌথোব্‌খি ॥৩৪॥ মতম অদুদা পৃথিবীগী মী পুম্নমক্না যযাতিগী দানতনা অথোইবা দাননি হায়হুনা নিংথৌ যযাতিবু হন্না হন্না থাগৎখি অদুগা আশীর্ব্বাদ হন্না হন্না পীখি ॥৩৫॥ মতম

তে যজমানা রাজেন্দ্র সম্প্রদানমনুত্তমম্। আজাবং জুহুবুঃ প্রীতা দক্ষিণৈর্বাণীঃ শুভা ॥৩৫॥
তত্র দেবাঃ সগন্ধর্বাঃ প্রীতা যজ্ঞস্য সম্পদা। বিস্মিতা মানুষাশ্চাসন্ দৃষ্ট্বা তাং বঃ যজ্ঞসম্পদম্ ॥৩৬॥
ততস্তালকেতুর্মহাধর্মকেতুর্মহাত্মা কৃতাত্মা মহাদাননিত্যঃ।
বশিষ্ঠাপবাহং মহাভীমবেগং ধৃতাত্মা জিতাত্মা সমভ্যাজগাম ॥৩৭॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
অষ্টত্রিংশোঽধ্যায়ঃ ।০।

---

অদুদা স্বর্গ লাইরাক যযাতিনা তৌরিবা যজ্ঞগী চাওখৎপা খোদোক অদুবু উবদা পেরখিঃ অদুগা মাগী যজ্ঞগী নীঙথিজবা মওং মতৌ উবদা ঙকখি ॥৩৬॥ অসিগী তুংদা, মহাধর্ম্ম চেন্নবা পুকচেল চাউরবা, শিক্ষা কংলব; মুমিংচুম্ন দানগী রাখস্ত খনবা তীর্থ চৎপদা পুক্লিং লুপপ্রবা, চেংকাশিনবা অমদি ইন্দ্রিয় খুদুম চনবা বলদেবনা, করু অকিব কংনা শাফু কম্নবা বশিষ্ঠ তীর্থদা চৎখি ॥৩৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মনুংদা সারস্বতোপাখ্যানগী কুন্থ্.ানিপালশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

সারস্বতী তীর্থগী রারি

## ঊনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ।

কুন্থ্া মাপলগুবা অধ্যায়

জনমেজয় উবাচ।

বশিষ্ঠস্যাপবাহোঽসৌ ভীমবেগঃ কথং নু সঃ। কিমর্থঞ্চ সরিচ্ছ্রেষ্ঠা তমৃষিং প্রত্যবাহয়ৎ ॥১॥
কথমস্যাভবদ্বৈরং কারণং কিঞ্চ তৎ প্রভো।। শংস পৃষ্টো মহাপ্রাজ্ঞ! ন হি তৃপ্যামি কথ্যতাম্ ॥২॥

---

জনমেজয়না হায়ঃ— সরস্বতীগী অকিবগী মশক্ ক লবা ঈচেন্না মতৌ করম্না বাশিষ্ঠবু পুদুনা চৎখ্রিবনো ? অদুগা করি মরমগীদমক ঈচৈ কল্লবী সবস্বতীনা মাগী ঈচেন্না বাশিষ্ঠবু চেঙ্ঙনা পুখ্রিবনো ? ॥১॥ শিংলবা হৈরবা ঋষি। বিশ্বামিত্রগা বশিষ্ঠগা করম হায়না য়েং- থিনখ্রিবনো ? মাদুগী মরমসু থাজেংশংবা করিনো ? ঐনা চংজরিবসে তাকপিয়ু। তাবগী পেনবা নৈতে মুনিদেব। ॥২॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— ভরতনন্দন নিংথৌ। বশিষ্ঠগা বিশা-

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

বিশ্বামিত্রস্য চৈবর্ষের্বশিষ্ঠস্য চ ভারত!। স্থাণং বৈরমভূদ্রাজন্। তপঃস্পর্দ্ধাকৃতং মহৎ ॥৩॥
আশ্রমো বৈ বশিষ্ঠস্য স্থাণুতীর্থেঽভবন্মহান্। পূর্ব্বতঃ পার্শ্বতস্তাসীদ্বিশ্বামিত্রস্য ধীমতঃ ॥৪॥
যত্র স্থাণুর্ম্মহারাজ! তপ্তবান্ সুমহত্তপঃ। যত্রাস্য কর্ম্ম তদ্ঘোরং প্রবদন্তি মনীষিণঃ ॥৫॥
যত্রেষ্ট্বা ভগবান্ স্থাণুঃ পূজয়িত্বা সরস্বতীম্। স্থাপয়ামাস তত্তীর্থং স্থাণুতীর্থমিতি প্রভো! ॥৬॥
তত্র তীর্থে সুরাঃ স্কন্দমভ্যষিঞ্চন্ নরাধিপ!। সৈনাপত্যেন মহতা সুরারিবিনিবর্হণম্ ॥৭॥

(বিশেষকম্)

তস্মিন্ সারস্বতে তীর্থে বিশ্বামিত্রো মহামুনিঃ। বশিষ্ঠশ্চালয়ামাস তপসোগ্রেণ তচ্ছৃণু ॥৮॥
বিশ্বামিত্রবশিষ্ঠৌ তাবহন্যহনি ভারত। স্পর্দ্ধাং তপঃকৃতাং তীব্রাং চক্রতুস্তৌ তপোধনৌ ॥৯॥
তত্রাপ্যধিকসন্তপ্তো বিশ্বামিত্রো মহামুনিঃ। দৃষ্ট্বা তেজো বশিষ্ঠস্য চিন্তামভিজগাম হ ॥১০॥
তস্য বুদ্ধিরিয়ং হ্যাসীদ্ধর্ম্মনিত্যস্য ভারত!। ;ইয়ং সরস্বতী তূর্ণং মৎসমীপং তপোধনম্ ॥১১॥

---

মিত্রগা য়েংথিনথিবগী মরমদি মথোয় অনীসি তপস্যা কনবা তান্নবদগী তপস্যাগী শক্তি হেন্ন লৈবা তান্নবদগীনি ॥৩॥ স্থাণু তীর্থদা বশিষ্ঠগী চাউরবা আশ্রম অম লৈ। আশ্রম অসিগী নোংপোক্‌থংবদা বিশ্বামিত্রগী আশ্রম লৈ ॥৪॥ মহারাজ। মহাদেবমক্না অহুগুম্বা আশ্রমদা লৈদুনা অকিব কংনা তপস্যা তৌখিবনা অহুগা অহুগুম্বা মকমন্নুমক্তদা জ্ঞানী পণ্ডিতশিংনা মহাদেবগী তপস্যাগী মরমদা মুখিংচুম্ন রায়ী রাতাই শানবা, অহুগা অমুক অহুগুম্বা মকমন্নুদা মহাদেবনা যজ্ঞদেব অমদি সরস্বতী তীর্থগী পূজা তৌদুনা শেমখিবা তীর্থ অদো স্থাণু তীর্থ হায়না জগত্তা মমিং চৎথরবনি। চাম্নয়িবা তীর্থ সিমক্তদা স্বর্গগী লাইরাম্না হিংচাব হাৎতম্বা স্বামী কার্ত্তিকপূ মথোয়গী সেনাপতি ওইনা অভিষেক তৌখ্রিবনি ॥৫-৭॥ মহারাজ! সরস্বতী নদীগী মপানগী অসিগুম্বা তীর্থ অসিদা মহামুনি বিশ্বামিত্রনা মুখিং খুদিং লেপপা নাইদনা অকিব কংনা তপস্যা তৌখি। মাগী তপস্যাগী শক্তিনা বশিষ্ঠ মুনিস্থ মাগী আশ্রমদা নমহনা পূরক্‌খি ॥৮॥ ভরতনন্দন। মহারাজ! বশিষ্ঠগা বিশ্বামিত্রগা অনীসি তপস্যা কনবগী বিষয়দা নংনা কদায়দা হেল্লি ঐনা কদায়দা রাংলি হায়দুনা তান্নরম্মি ॥৯॥ মতুংদা মহামুনি বিশ্বামিত্রনা বশিষ্ঠগী তেজ বীর্য্যবু উবদা মুতাইতহুনা কল্লকনা য়াম্না চিন্তা তৌখি ॥১০॥ ভরতনন্দন! অহুগী ভূংদা মতম লৈব খিবিক্তা ধর্ম্মবা পুক্নিং চতলবা বিশ্বামিত্রগী পুক্নিংদা অসিগুম্বা তৌ-ওমদবা মাথল অম পোকখ্রে করিনো হায়রবদা তপস্যাগী শক্তিনা বশিষ্ঠবু মাগী আশ্রম তান্না সরস্বতী তুরেলগী ইচেম্না পুহল্লক্লে—অসিনি। ব্রাহ্মন অথোইবা বশিষ্ঠনা মাগী আশ্রমদা লাক্লবদি মাবু হাৎকে তুপকে হায়রকাওবা ওমগনি অসিনি ॥১১—১২॥ অমুম্ হায়না পুক্নিংদা

আনয়িষ্যতি বেগেন বশিষ্ঠং জপতাং বরম্। ইহাগতং দ্বিজশ্রেষ্ঠং হনিষ্যামি ন সংশয়ঃ ॥১২॥

(যুগ্মকম্)

এবং নিশ্চিত্য ভগবান্ বিশ্বামিত্রো মহামুনিঃ। সস্মার সরিতাং শ্রেষ্ঠাং ক্রোধসংরক্তলোচনঃ ॥১৩॥

সা ধ্যাতা মুনিনা তেন ব্যাকুলত্বং জগাম হ। গত্বা চৈনং মহাবীর্যং মহাকোপঞ্চ ভাবিনী ॥১৪॥

তত এনং বেপমানা বিবর্ণা প্রাঞ্জলিস্তদা। উপতস্থে মুনিবরং বিশ্বামিত্রং সরস্বতী ॥১৫॥

হতবীরা যথা নারী সাভবদ্দুঃখিতা ভৃশম্। ব্রূহি কিং করবাণীতি প্রোবাচ মুনিসত্তমম্ ॥১৬॥

তামুবাচ মুনিঃ ক্রুদ্ধো বশিষ্ঠং শীঘ্রমানয়। যাবদেনং নিহন্ম্যদ্য তচ্ছ্রুত্বা ব্যথিতা নদী ॥১৭॥

সাঞ্জলিস্তু ততঃ কৃত্বা পুণ্ডরীকনিভেক্ষণা। প্রাকম্পত ভৃশং ভীতা বায়ুনেবাহতা লতা ॥১৮॥

তথারূপাস্তু তাং দৃষ্ট্বা মুনিরাহ মহানদীম্। অবিচারং বশিষ্ঠমানয়স্বান্তিকং মম ॥১৯॥

সা তস্য বচনং শ্রুত্বা জ্ঞাত্বা পাপং চিকীর্ষিতম্। বশিষ্ঠস্য প্রভাবঞ্চ জানন্ত্যপ্রতিমং ভুবি ॥২০॥

সাভিগম্য বশিষ্ঠং তমিমমর্থমচোদয়ৎ। যদুক্তা সরিতাং শ্রেষ্ঠা বিশ্বামিত্রেণ ধীমতা ॥২১॥

(যুগ্মকম্)

---

লেপখিদুনা মহামুনি বিশ্বামিত্র অসি শাউবনা মমীত্তা ঈ কাহুনা সরস্বতী তুরেলবু আবাহন মন্ত্রনা ধ্যান তৌখি ॥১৩॥ বিশ্বামিত্রনা কন্না ধ্যান তৌরকপদুদা সরস্বতী তুরেল অসি ঈথক হৌরকলে। কন্নবা শাউগন্নবা বিশ্বামিত্রগী মনাক্তা চত্তুনা বিশ্বামিত্রগী নাঙবা থংহনব; তাই হায়না খল্লকলে ॥১৪॥ অদুগী তুংদা সরস্বতী তুরেল অসি কিবনা নীক্লা নীক্ল, মথুৎ লোয় লোয়না মায়খোং লাংশিন্না, কুচু তাইকেৎ তাইনা মুনি অখোইবা বিশ্বামিত্রগী নাক্ত থংগরে ॥১৫॥ মরম অদুনা মপুরোয়বা লৈত্রব নুপীগী মতৌঙুম্না সরস্বতীনা য়াম্না কিনা ধানা বিশ্বামিত্রদা “ঐবু করি তৌজো চায়বগে ?” হায়না হংজরে ॥১৬॥ শাউরবা বিশ্বামিত্রনা সরস্বতী নদীদা হায়ঃ— বশিষ্ঠবু ঐগীসিদা পুরক্কবা য়াদে। ঐ মাবু হাৎকান। মাহু তাবদা সরস্বতীস ওস্থোকনা বারে ॥১৭॥ থম্বাল মীত্তা তাবী সরস্বতীনা কিবনা থক্ থক্ নীকহুনা মথুৎ লো-য়হুনা, পুংশিৎনা ফুরবী নোরবী উয়াগী মতৌঙুম্না নীক্পা হৌরকলে ॥১৮॥ সরস্বতী নদীনা অদুম্ তৌবহু উবদা বিশ্বামিত্রনা হায়রকই:— “নহাক্ অম অম খন্দনা বশিষ্ঠবু ঐগীসিদা পুরকউ” ॥১৯॥ বিশ্বামিত্রগী বাসি তাবদা বিশ্বামিত্রনা পাপকী থবক্ তৌগে খল্লে হায়বসি খঙলদুনা অমগা, বশিষ্ঠগী মতীক মগুন অদুগা তপস্যা শক্তিবুসু মুন্না খঙলদুনা, বশিষ্ঠগী অমগা চাংদম্নীডায় লৈতবী তপস্যা শক্তিবু নীঙশিংদুনা বশিষ্ঠগী মকমদা চৎখিদুনা বিশ্বামিত্রগী বাসি সরস্বতীনা তম্মুরে ॥২০—২১॥

উভয়োঃ শাপয়োর্ভীতা বেপমানা পুনঃ পুনঃ । চিন্তয়িত্বা মহাশাপমৃষিবিত্রাসিতা ভৃশম্ ।২২।
তাং কৃশাঞ্চ বিবর্ণাঞ্চ দৃষ্ট্বা চিন্তাসমন্বিতাম্ । উবাচ রাজন্ ! ধর্ম্মাত্মা বশিষ্ঠো দ্বিপদাং বরঃ ।২৩।
পাহ্যাত্মানং সরিচ্ছ্রেষ্ঠে ! বহ মাং শীঘ্রগামিনী । বিশ্বামিত্রঃ শপেদ্ধি ত্বাং মা কৃথাস্ত্বং বিচারণাম ।২৪
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা কৃপাশীলস্য সা সরিৎ । চিন্তয়ামাস কৌরব্য ! কিং কৃত্বা সুকৃতং ভবেৎ ।২৫।
তস্যাশ্চিন্তা সমুৎপন্না বশিষ্ঠো ময্যতীব হি । কৃতবান্ হি দয়াং নিত্যং তস্য কার্য্যং হিতং ময়া ।২৬।
অথ কূলে স্বকে রাজন্ ! জপন্তমৃষিসত্তমম্ । জুহ্বানং কৌশিকং প্রেক্ষ্য সরস্বত্যভ্যচিন্তয়ৎ ।২৭।
ইদমন্তরমিত্যেব ততঃ সা সরিতাং বরা । কূলাপহারমকরোৎ স্বেন বেগেন সা সরিৎ ।২৮।
তেন কূলাপহারেণ মৈত্রাবরুণিরৌহ্যত । উহ্যমানঃ স তুষ্টাব তদা রাজন্ ! সরস্বতীম্ ।২৯।
পিতামহস্য সরসঃ প্রবৃত্তাসি সরস্বতি ! । ব্যাপ্তঞ্চেদং জগৎ সর্ব্বং তবৈবাম্ভোভিরুত্তমৈঃ ।৩০।
ত্বমেবাকাশগা দেবি ! মেঘেষূৎ স্যজসে পয়ঃ । সর্ব্বাশ্চাপস্ত্বমেবেতি ত্বত্তোবয়মধীমহি ।।৩১।।
পুষ্টির্দ্যুতিস্তথা কীর্ত্তিঃ সিদ্ধির্বুদ্ধিরুমা তথা । ত্বমেব বাণী স্বাহা ত্বং তবায়ত্তমিদং জগৎ ।

---

অদুগী তুংদা সরস্বতী অসি মুনি অনীমক্কী শাপপু কিবদগী হন্না হন্না নীক্,না মুনিগী তমহিন্নবা শাপকি কংগদবা মহৈ অদু নীঙশিঙ,বদা ঈপা পাখৎপ্রে তৌকম্ থঙজে ॥২২॥ নিংথৌ ! ধর্ম্মচেন্নবা নিপারক্কগী অথোইবা বশিষ্ঠনা সরস্বতীদা য়াম্না সুংঙাইতনা চিন্তাতৌরনা মায়থোং লাংশিন্দুনা মন্নাং কংশিন্দুনা লৈবদু উবদা অস্মা হায়রকৈ ॥২৩॥ নদী অথোইবী ! নং নশাবু বন্নু ঐবু থুনায়াঙনা বিশ্বা মিত্রগী নাক্তপু । নত্রবদি বিশ্বামিত্রনা য়াম্না শাথিনা নঙোন্দা শাপতৌখিবা তারে । অদুনা নং ঐগীদ কায়মত্ত খনুরগনু ॥২৪॥ কৌরবনন্দন নিংথৌ ! বশিষ্ঠগী য়াসি তাবদা সরস্বতীনা চিন্তা তৌরগা মতৌ করম্না মুনিগী মকমদা অফবা মঙ্গল ওইবা থবক ওইনা তৌবগাদগে হায়স খল্লবগে ॥২৫॥ মতম অদুদ সরস্বতীগী অসূম্না হায়বা বিচার তৌরকই বশিষ্ঠদ ঐহাক্না থৌজালাবরে । অদুনা মাগী মঙ্গল ওইননবা থবক্তসি ঐনা তৌব তাই ॥২৬॥ নিংথৌ ! অসিগী তুংদা ঋষি অথোইবা বিশ্বামিত্রনা মাগী মনাক্ত কমণ্ডনা হোম জপ য়াম্না তৌবদু উবদা সরস্বতীনা চিন্তাতৌরকই ॥২৭॥ " য়াম্না ফরে হন্দকসি য়াম্না মতাচারবা মতমনি " অদুগী তুংদা তুরেল অথোইবী সরস্বতীনা মাগী তোরবানবু নমথাখত্তুনা বশিষ্ঠবু তাউথহল্লকপা মতমদা বশিষ্ঠনা সরস্বতীগী স্তুতি তৌরকই ॥২৯॥ সরস্বতি কৌবি তুরেল ! নংদি ব্রহ্মাগী পুক্লিগী মশক ওইরবা পুক্লি মানস সরোবরদগী পোকপিনি । নংগী পুন্যগী মশক ওইরবা ইশিংনা জগৎশিন্দুংনা লৈরিবনি ।৩০॥ হে দেবি ! নহাক্তি নোংমদোঙ্গক পাইথৎখিনা লৈচনদা ইশিংদা লৈরিবনি । নংদি ইশিং পুম্নমক্কি মশক্কি । নং লৈবনা ঐনা হিংলিবনি হায়না খল্লি ॥৩১॥ নংতনা অপেনবা, মঙাল, মিংচৎ, বুদ্ধি জ্ঞান সিদ্ধি, উমা বাণি

স্বমেব সর্ব্বভূতেষু বসতীহ চতুর্বিধা ।৩২।
এবং সরস্বতী রাজন্ ! স্তূয়মানা মহর্ষিণা । বেগেনোবাহ তং বিপ্রং বিশ্বামিত্রাশ্রমং প্রতি ।
ন্যবেদয়ত্ত চাভীক্ষ্ণং বিশ্বামিত্রায় তং মুনিম্ ।৩৩।
তমানীতং সরস্বত্যা দৃষ্ট্বা কোপসমন্বিতঃ । অথান্বেষৎ প্রহরণং বশিষ্ঠান্তকরং তদা ।৩৪।
তন্তু ক্রুদ্ধমভিপ্রেক্ষ্য ব্রহ্মবধ্যাভয়ান্নদী । অপোবাহ বশিষ্ঠন্তু প্রাচীং দীশমতন্দ্রিতা ।
উভয়োঃ কুর্ব্বতী বাক্যং বঞ্চয়িত্বা তু গাধিজম্ ।৩৫।
ততোঽপবাহিতং দৃষ্ট্বা বশিষ্ঠমৃষিসত্তমম্ । অব্রবীদথ সংক্রুদ্ধো বিশ্বামিত্রো হ্যমর্ষণঃ ।৩৬।
যস্মান্মাং ত্বং সরিচ্ছ্রেষ্ঠে ! বঞ্চয়িত্বা পুনর্গতা । শোণিতং বহ কল্যাণি ! রাক্ষসানাঞ্চ সম্মতম্ ।৩৭।
ততঃ সরস্বতী শপ্তা বিশ্বামিত্রেণ ধীমতা । অবহচ্ছোণিতোন্মিশ্রং তোয়ং সং বৎসরং তদা ।৩৮।
অথর্ষয়শ্চ দেবাশ্চ গন্ধর্ব্বাপ্সরসস্তথা । সরস্বতীং তথা দৃষ্ট্বা বভূবুর্ভৃশদুঃখিতাঃ ।৩৯।
এবং বশিষ্ঠাপবাহো লোকে খ্যাতো জনাধিপ ! । আগচ্ছচ্চ পুনর্মার্গং স্বমেব সরিতাং বরা ।৪০।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রাং সারস্বতোপাখ্যানে
ঊনচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।০।

---

স্বাহা পুম্নমকসি ওইরিবনি । জগৎপুম্বসে নংগীনথা পোল্লিবনি । জিবপানবা পুম্নমক্তা নংতনা য়স, হৈমাং পি, অদুগা হক্কী ইশিং ওইবিবনি ॥৩২॥ নিংথৌ ! মহর্ষি বশিষ্ঠনা অসুম্না স্তুতি তৌরম্বদা সরস্বতীনা মাগী ঈচেল্লা ব্রাহ্মণ বাশিষ্ঠ অদুবু বিশ্বামিত্রগী আশ্রম তাল্লা পুদুনা চৎখি । বশিষ্ঠনা হায়খিবা বাদো হন্ন হন্না বিশ্বামিত্রদা তমখি খঙহনখি ॥৩৩॥ সরস্বতী তুরেলনা বশিষ্ঠবু মাগী আশ্রমদা পুরকপদু উবদা বিশ্বমিত্রনা শাউমনখিদুনা খুদক্ত বশিষ্ঠগী মথ্‌ৎহাই তৌবায়াবা খুৎলায় অম অসুম্ থিরকলে ॥৩৪॥ মতম অদুদা বিশ্বামিত্রনা শাওনা লৈরম্বদু উবদা, ব্রহ্মা হত্যাগী পাপ কিবদগী য়াম্ন চেককপিন্না বশিষ্ঠবু নোংপোক্ পাংনা পুখি । মাসিদা বিশ্বামিত্র অমাদ বশিষ্ঠ অনীগী য়াথংবু সরস্বতী তুরেন্না ভাকপা হায়বদু অদুম মওইপ্রে । অদুগা বিশ্বামিত্রবুসু নমথাক তৌবা থোকপ্রে ॥৩৫॥ অসিগী তুংদা সরস্বতীনা বশিষ্ঠবু পুথোকখিবদু উবদা শাউগল্লবা বিশ্বামিত্রনা য়াম্ন শাউনা অসুম্না হায়রকই:- ॥৩৬॥ মঙ্গলগী মশক ওইবী তুরেল অথোইবী ! নহাক্না এবু নমথাক্ তৌরবনিনা, নং হিংচা য় ইতম্বগী ঈ হোন্দুনা চৎপা ওইয় ॥৩৭॥ বিশ্বামিত্রনা অসুম্না শাপ তৌখিবা মুমিত্তুদগী সরস্বতী তুরেল অসি চহী অমচুপ্না ঈগা পুমতোং তোংনরবা ঈচেলগা লোয়ননা চেনখি ॥৩৮॥ সরস্বতী নদীগী ওইরিব দশা অসি উবদা লাইরাম্ যক্ষরক্ষগন্ধর্ব্ব অপসরা নচিংবা নোংমদোম্বকি লাইয়াম্না থোইদোক্ন য়াখি ॥৩৯॥ মহারাজ ! হায়দ্রিবা তীর্থ অসি জগৎ অসিগী মনুংদা "বশিষ্ঠাপবাহ" হায়না মমিং চৎলিবনি । অদুদগী তুরেল অথোইবি সরস্বতি অসি অমুক হন্না মাগী লৈকমদা চৎখি চেস্থাখ ॥৪০॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মনুংদা বলদেবতীর্থযাত্রাগী মতাংদা সারস্বতোপাখ্যান কৌবা কুন্থ্রাম্নাপল শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(সারস্বততীর্থ'গী বারী)

## চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

নিষ্কৃতিবা অধ্যায়ঃ।

——:•:——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

সা শপ্তা তেন ক্রুদ্ধেন বিশ্বামিত্রেণ ধীমতা। তস্মিংস্তীর্থবরে শুভ্রে শোণিতং সমুপাবহৎ ॥১॥
অথাজগ্মুস্ততো রাজন্! রাক্ষসাস্তত্র ভারত।। তত্র তে শোণিতং সর্ব্বে পিবন্তঃ সুখমাসতে ॥২॥
তৃপ্তাশ্চ সুভৃশং তেন সুখিতা বিগতজ্বরাঃ। নৃত্যন্তশ্চ হসন্তশ্চ যথা স্বর্গজিতস্তথা ॥৩॥
কস্যচিত্ত্বথ কালস্য ঋষয়ঃ সুতপোধনাঃ। তীর্থযাত্রাং সমাজগ্মুঃ সরস্বত্যাং মহীপতে! ॥৪॥
তেষু সর্ব্বেষু তীর্থেষু আপ্লুত্য মুনিপুঙ্গবাঃ। প্রাপ্য প্রীতিং পরাঞ্চাপি তপোলুব্ধা বিশারদাঃ ॥৫॥
প্রযযুর্হি ততো রাজন্! যেন তীর্থমসৃগ্বহম্। অথাগম্য মহাভাগাস্তত্তীর্থং দারুণং তদা ॥৬॥
দৃষ্ট্বা তোয়ং সরস্বত্যাঃ শোণিতেন পরিপ্লুতম্। পীয়মানঞ্চ রক্ষোভির্বহুভির্নৃপসত্তম! ॥৭॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহাজ্ঞানী বিশ্বামিত্রনা য়াম্না শাউনা শাপ তৌরবদা সরস্বতীনদী অসি তৌরুনবা লংলবা ঈশিং ইচেনবু পুথরক্লগা "বাশিষ্ঠপবাহ" গী অহুরাইদগী ঈগী ঈচেলমক্তা পুথবা হৌখ ॥১॥ ভরতনন্দন! নিংথৌ! হায়রিবা তুরেলগী মপাক্নরাইদা হিংচাবাশিংনা লাক্লাক্লুনা ঈ থক্নৈ, অদুগা তোর্ব্বান্দুদা মখোয়না মতমবু খুংঙাইনা লেল্লি ॥২॥ অদুগী তুংদা ঈ থক্পদা পেনখ্রুনা, অরাবা নীঙাইবা লৈতনা স্বর্গগী লাইরাম মকপু জয় তৌগদবগী কাক্কাক নোকপা জগোঈ শাশাদুনা চোংবা হৌখি ॥৩॥ মহারাজ! মতৌ অসুম্না মতম খরা লেনখ্রবতুংদা, ঋষিময়ামনা তীর্থ কোয়বগী মওংদা সরস্বতী তুরেলগী মপান্দা লাকখি ॥৪॥ নিংথৌ অখোইবা! তপস্যাদা পুক্নিং চঙলবা, শাস্ত্রগুপ্তা হৈরবা; নিয়মব্রতকল্লবা; মুনি অখোইবশিংদুনা তীর্থ অদুদা স্নান তৌদুনা, অদুগা য়াম্না পেনখ্রদুনা সরস্বতীনা ঈগী ঈচেল পুখিবা লমদম তীর্থ দুরাইদা অমুক লাকই। মুনিশিং অদুনা ভমথিরবা তীর্থ অদুদা লাকদুনা, অদুগা ঈগী ঈচেল অদুবু হিংচাবশিংনা থকপদু উবদা, কল্লবা বোঁদোক অদুদগী সরস্বতী তুরেলবু কনগে হায়না খন্দুনা য়াম্না কন্না হোৎনখি ॥৫-৮॥ কল্লবা তপস্যাগী নিয়ম ভাঙলিবা মহাত্মা অদিরমা মুনি-

তান্ দৃষ্ট্বা রাক্ষসান্ রাজন্। মুনয়ঃ সংশিতব্রতাঃ। পরিত্রাণে সরস্বত্যাঃ পরং যত্নং প্রচক্রিরে ॥৮॥

(কলাপকম্)

তে তু সর্ব্বে মহাভাগাঃ সমাগম্য মহাব্রতাঃ। আহূয় সরিতাং শ্রেষ্ঠামিদং বচনমব্রুবন্ ॥৯॥

কারণং ব্রূহি কল্যাণি! কিমর্থং তে হ্রদো হ্যয়ম্। এবমাকুলতাং যাতঃ শ্রুত্বা পাস্যামহে বয়ম্ ॥১০॥

ততঃ সা সর্ব্বমাচষ্ট যথাবৃত্তং প্রবেপতী। দুঃখিতামথ তাং দৃষ্ট্বা উচুস্তে বৈ তপোধনাঃ ॥১১॥

কারণং শ্রুতমস্মাভিঃ শাপশ্চৈব শ্রুতোঽনঘে। করিষ্যামো বয়ং যত্নং সর্ব্ব এব তপোধনাঃ ॥১২॥

এবমুক্ত্বা সরিচ্ছ্রেষ্ঠামূচুস্তেঽথ পরস্পরম্। বিমোচয়ামহে সর্ব্বে শাপাদেতাং সরস্বতীম্ ॥১৩॥

তে সর্ব্বে ব্রাহ্মণা রাজন্! তপোভির্নিয়মৈস্তথা। উপবাসৈশ্চ বিবিধৈর্যমৈঃ কষ্টব্রতৈস্তথা ॥১৪॥

আরাধ্য পশুভর্ত্তারং মহাদেবং জগৎপতিম্। অমোক্ষয়স্তাং দেবীং সরিচ্ছ্রেষ্ঠাং সরস্বতীম্ ॥১৫॥

(যুগ্মকম্)

তেষাং তু সা প্রভাবেণ প্রকৃতিস্থা সরস্বতী। প্রসন্নসলিলা জজ্ঞে যথাপূর্ব্বং তথৈব হ।

বিমুক্তা চ সরিচ্ছ্রেষ্ঠা বিবভৌ সা যথা পুরা ॥১৬॥

দৃষ্ট্বা তোয়ং সরস্বত্যা মুনিভিস্তৈস্তথাকৃতম্। তানেব শরণং জগ্মূ রাক্ষসাঃ ক্ষুধিতাস্তদা ॥১৭॥

---

শিংহুনা সরস্বতীবু কৌহনা অসুম্না হায়রকই:— ॥৯॥ হে মঙ্গলগী মশক ওইবী নদী! নংগী তোয়রৈ অসিমা ঈ চাক্ত ভাইরিবসি কারণীনো? মরম অদু খঙলগা ঐখোয় মকম অসিদা বাস তৌগে ॥১০॥

মাদু তাবদা সরস্বতী নদীনা থোকখিবা থৌদোক পুম্বা নীক্না নীক্না তাক্লম্মি। সরস্বতীগী অবাবদু উবদা সুংগাইত্রবা তপস্বীশিংনা অসুম্না হায়রকই ॥১১॥ হে পাপ চেন্দ্রবি! ভুরেল অথোইবি। মরম পুম্বা খঙলে, নঙোন্দা পিখিবা সাপসু তারে। হৌজিক্তি নংগী অরাবসি কোক্লনবা ঐখোয়না য়াম্না কন্না হোৎনগনি ॥১২॥ মুনিশিং অদুনা ভুরেল অথোইবী সরস্বতিদা অসুম্না হায়রগা মথোয় মশেল অমগমগা অসুম্না তাঙনরকই:— ঐখোয় ভুরেল অথোইবী সরস্বতিবু বিশ্বামিত্রগী তমখিরবা শাপ অসিদগী কোক্লনবা হোৎনাসি ॥১৩॥ মহারাজ! মুনিশিং অসিনা তপস্যা, শাস্ত্রগী নিয়ম, ইন্দ্রিয় থুত্তম্ চনবা উপবাস ব্রত মথক মথল অদুগী ব্রহ্মচার্য্যগী শক্তিনা জগৎকি মপু মহাদেববু অরাধনা তৌজবগী মতৈনা ভুরেল অথোইবী সরস্বতীবু বিশ্বমিত্রগী শাপতগী কোকহনখি ॥১৪—১৫॥ মুনিশিংদুগী তপস্যাগী শক্তিনা অথোইবি সরস্বতী কৌবি তীর্থসি হান্নগী মতৌগুম্না ইশিং অরুবা চেম্হনখি। সরস্বতি কৌবি ভুরেলসি বিশ্বামিত্রগী শাপতগী কোক্লনা হান্নগী মতৌগুম্না থোইনা অমুক নিঙথিজখি ॥১৬॥ মুনিশংগী তপস্যাগী শক্তিদগী সরস্বতি ভুরেল অসি হান্নগী মতৌগুম্থে হায়বসি উবদা ঈ পম্বা হিংচাবশিংনা ঈথো লাংহনা মুনিশিংদুগী আশ্রয়দা চঙজখি ॥১৭॥ ঈথোলাংলবা হিংচাবশিং অদুনা খুৎ লোয়হনা থৌজাল হৈয়বা মুনিশিং

বদ্ধাঞ্জলিঃ ততো রাজন্! রাক্ষসাঃ ক্ষুধয়ার্দ্দিতাঃ। উচুস্তান্ বৈ মুনীন্ সর্ব্বান্ কৃপাযুক্তান্ পুনঃ পুনঃ ।১৮।
বয়ং হি ক্ষুধিতাশ্চৈব ধর্ম্মাদ্ধীনাশ্চ শাশ্বতাৎ। ন চ নঃ কামকারোঽয়ং যদ্বয়ং পাপকারিণঃ ।১৯।
যুষ্মাকঞ্চাপ্রসাদেন দুষ্কৃতেন চ কর্ম্মণা। যৎ পাপং বর্দ্ধতেঽস্মাকং ততঃ স্মো ব্রহ্মরাক্ষসাঃ ।।২০।।
যোষিতাঞ্চৈব পাপেন যোনিদোষকৃতেন চ। এবং হি বৈশ্যশূদ্রাণাং ক্ষত্রিয়াণাং তথৈব চ।
যে ব্রাহ্মণান্ প্রদ্বিষন্তি তে ভবন্তীহ রাক্ষসাঃ ।।২১।।
আচার্য্যমৃত্বিজঞ্চৈব গুরুং বৃদ্ধজনং তথা। প্রাণিনো যেঽবমন্যন্তে তে ভবন্তীহ রাক্ষসাঃ ।২২।
তৎ কুরুধ্বমিহাস্মাকং তারণং দ্বিজসত্তমাঃ! শক্তাঃ ভবন্তঃ সর্ব্বেষাং লোকানামপি তারণে ।।২৩।।
তেষান্তু মুনয়ঃ শ্রুত্বা তুষ্টুবুস্তাং মহানদীম্। মোক্ষার্থং রক্ষসাং তেষামূচুঃ প্রয়তমানসাঃ ।।২৪।।
ক্ষুতং কীটাবপন্নঞ্চ যচ্চোচ্ছিষ্টাশিতং ভবেৎ। সকেশমবধূতঞ্চ রুদিতোপহতঞ্চ যৎ।
শ্বভিঃ সংস্পৃষ্টমন্নঞ্চ ভাগোঽসৌ রক্ষসামিহ ।।২৫।।

---

অদুদা অদুম্না হায়জখিঃ— ॥১৮॥ মুনিশিং পুম্নমক্! ঐখোয়দি য়াম্না ইখৌলাংলবনি। অদুগা সনাতন ধর্ম্মগী লিক্লম কায়না চৎলবা ওাক্লি। ঐখোয়না তৌম্নিবা পাপকি থবক অসে ঐখোয়না তৌনিংদনা তৌবা অমত নত্তে ॥১৯॥ নখোয়না পেনখিদবদগী, কুমিৎ চুম্ন কত্রবা থবকত তৌদুনা কৈখিংদগী ঐখোয়গী বৃদ্ধিসে পাপকি থবক্তদা মায় ওনশিনখ্রে। অদুমক্তনা ঐখোয় ব্রহ্মরাক্ষসমক্তা ওইখ্রে ॥২০॥

নুপবা, ওক্তবা লমচৎ চৎপদগী কুপিশিংনা অদুগা ব্রাহ্মণবু হিংসা তৌবা ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমদি শুদ্রশিংনা—জগৎ অসিদা হিংচা য়াইতম্বা ওইনা পোক্ৰ ॥২১॥ আচার্য্য, গুরু, ওঝা, অংগ্নমনবু থৌওই উশিন্তবা মখোয়সু জগৎ অসিদা ব্রহ্মরাক্ষস ওইনা পোক্লৈ ॥২২॥ অদুনা কনোইবা ব্রাহ্মণশা! ঐখোয়বু অমুক্ত কনহিয়ু। মহমদি মুনি নখোয়দি তপস্যাগী শক্তিনা মরোল অদুম্বু উদ্ধার তৌবা ঙম্বিরিবনি ॥২৩॥ পূকচেল শুপ্পবা থম্মোয় কাঞ্জিনবা ওমলবা মুনিশিং অদুনা হিংচাবশিংগী রাত্ত ভাবদা মখোয়গী অরাবা কোক্লনবগীদমক্তা সরস্বতী নদিগী স্তুতি তৌবা হৌরকই:— ॥২৪॥ অমাঙব, পোৎ শম্নরুবদগী দেংস নৈয়বা তিল কাঙ হম্নিংনচিংবা তোংলবা মিগী লুখাক ওইরবা, শম্ য়াওবা, কৰিঙম্বা জিব অমনা নেৎখায় নৈথায়প্ৰবা, মথক্ত পিগী মরিক্ তাপ্ৰবা, কইনা শোকপ্ৰবা— অসিগুম্বা চাক্ অমদি অচাথক্ অদো হিংচাবা ভূতপ্রেতশিংগী তমপ্ৰবা শরুক্কি হন্দোকখিগদবনি ॥২৫॥ মরম অদুনা অশিংবা মিনা য়াম্ন চ্যেকশিন্না পরিক্ষা তৌরগা চাবা মাদবা পোৎ মখৈ লোইনা হন্দোকখিগদবনি মথক্তা হায়রিবা দোষ লৈবা চাক্

তস্মাজ্জ্ঞাত্বা সদা বিদ্বানেতান্ যত্নাদ্বিবর্জয়েৎ। রাক্ষসান্নমসৌ ভুঙ্‌ক্তে যো ভুঙ্‌ক্তে হ্যন্নমীদৃশম্ ॥২৬॥
শোধয়িত্বা ততস্তীর্থমৃষয়স্তে তপোধনাঃ। মোক্ষার্থং রাক্ষসানাঞ্চ নদীং তাং প্রত্যচোদয়ন্ ॥২৭॥
মহর্ষীণাং মতং জ্ঞাত্বা ততঃ সা সরিতাং বরা। অরুণামানয়ামাস স্বাং তনুং পুরুষর্ষভ ॥২৮॥
তস্যাং তে রাক্ষসাঃ স্নাত্বা তনুস্ত্যক্ত্বা দিবং গতাঃ। অরুণায়াং মহারাজ ! ব্রহ্মবধ্যাপহা হি সা ॥২৯॥
এতমর্থমভিজ্ঞায় দেবরাজঃ শতক্রতুঃ। তস্মিংস্তীর্থবরে স্নাত্বা বিমুক্তঃ পাপ্মনা কিল ॥৩০॥

## জন্মেজয় উবাচ।

কিমর্থং ভগবান্ শক্রো ব্রহ্মবধ্যামবাপ্তবান্। কথমস্মিংশ্চ তীর্থে বৈ আপ্লুত্যাকল্মষোঽভবৎ ॥৩১॥

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

শৃণুষ্বৈতদুপাখ্যানং যথাবৃত্তং জনেশ্বর !। যথা বিভেদ সময়ং নমুচের্বাসবঃ পুরা ॥৩২॥
নমুচির্বাসবাদ্ভীতঃ সূর্য্যরশ্মিং সমাবিশৎ। তেনেন্দ্রঃ সখ্যমকরোৎ সময়ঞ্চেদমব্রবীৎ ॥৩৩॥
নচার্দ্রেণ ন শুষ্কেণ ন রাত্রৌ নাপি বাহনি। বধিষ্যাম্যসুর শ্রেষ্ঠ। সখে ! সত্যেন তে শপে ॥৩৪॥
এবং সময়ং কৃত্বা দৃষ্ট্বা নীহারমীশ্বরঃ। চিচ্ছেদাস্য শিরো রাজন্ ! অপাং ফেনেন বাসবঃ ॥৩৫॥

---

শীং অসিবু হেক মচাবদি চাম্বিবা মহাক অদোঃ হিংচাবগী চীঙ্গাক চারবনি ॥২৬॥ অদুগী তুংদা তপস্বী ঋষিশিং অদুনা তীর্থ অদুদা অমুক ঈগী ঈচেল শকহনখিদুনা হিংচাবাশিং অদুবু থাদোক্পিখিনবা সরস্বতী নদীদা য়াথং পীখ্রে। নিপা অথোইবা ! অদুগী তুংদা সরস্বতীনা মহর্ষিশিং অদুগী য়াথংবু য়ায়ঃ মুয়া খঙ্গদুগা মশাগী মূর্ত্তি নাইবী অরুনাবু কোইনা পুরকই ॥২৮॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা ব্রহ্ম রাক্ষসশিং অদুনা অরুনাদা স্নান তৌরগা মপানগী হকচাং থাদোক্লমদুনা স্বর্গ কাখি। মরমদি অরুনা তীর্থদা স্নান তৌরবা মীদি ব্রহ্মহত্যামক তৌরুরবসু ব্রহ্মহত্যাগী পাপতগী নাম্লোকপা ওইগি ॥২৯॥ বিষয় অসিবু খঙলবা ইন্দ্রমকসু মর্ত্ত্যলোককী অরুনা তীর্থদা স্নান তৌরগা পাপ পূম্বদগী কোকখি ॥৩০॥ জনমেজয়না হায়ঃ— মুনিদেব ! ভগবা ন ইন্দ্রনা করিগীদমক খঙনা খঙনা ব্রহ্মহত্যাগী থবক্তা পুক্লিং চঙ্‌রিবনো ? অদুগা মতো করম্না অরুনাদা স্নান তৌরগা মাগী পাপ পুম্বা কোকক্সিবনো ? ॥৩১॥ বৈশম্পায়ননা হায় তাও মহারাজ ! বারি অসে নিংথৌ নহাক্না পুক্লিং অনী লোওদনা তাবিয়ু। মমাঙেদা ইন্দ্র অসি নমুচি হায়বদুগী মকাদা শকখিবা য়াশক অম থুগ ইখি ॥৩২॥ নমুচি হায়রিবসি ইন্দ্রবু কিবদগী কুমিংকী মশেক মঙাল মরক্তা চংদুনা লোংখি। মতুংদা নমুচিগা সন্ধি তৌদুনা ইন্দ্র অসি অসুম হায়না য়াশকখি ॥৩৩॥ মরুপ ! অসুর অথোইবা ! ঐ নঙোন্দা য়াশক্লি, মাহুদি অহিংদা নুংথিল্লা করিগুম্বা মতমদা অচোংশা নম্লগা অকংবা খুৎলায়না নংবু হাৎলোই,

তচ্ছিরো নমুচেশ্ছিন্নং পৃষ্ঠতঃ শক্রমন্বগাৎ । হে মিত্রহন্ ! পাপেতি ব্রুবাণং শক্রমন্তিকাৎ ।৩৬।

এবং স শিরসা তেন চোদ্যমানঃ পুনঃ পুনঃ । পিতামহায় সন্তপ্ত এতমর্থং ন্যবেদয়ৎ ।৩৭।

তমব্রবীল্লোকগুরুররুণায়াং যথাবিধি । ইষ্ট্বোপস্পৃশ দেবেন্দ্র ! তীর্থে পাপভয়াপহে ।৩৮।

ইত্যুক্তঃ স সরস্বত্যাঃ কুঞ্জে বৈ জনমেজয় ! । ইষ্ট্বা যথাবদ্বলভিদরুণায়ামুপাস্পৃশৎ ।৩৯।

স মুক্তঃ পাপ্মনা তেন ব্রহ্মবধ্যাকৃতেন চ । জগাম সংহৃষ্টমনাস্ত্রিদিবং ত্রিদিবেশ্বরঃ ।৪০।

শিরস্তচ্চাপি নমুচেস্তত্রৈবাপ্লুত্য ভারত ! । লোকান্ কামদুঘান্ প্রাপ্ত অক্ষয়ান্ রাজসত্তম ! ।৪১।

তত্রাপ্যুপস্পৃশ্য বলো মহাত্মা দত্ত্বা চ দানানি পৃথগ্‌বিধানি ।
অবাপ্য ধর্ম্মং পরমার্য্যকর্ম্মা জগাম সোমস্য মহৎ সুতীর্থম্ ।৪২।
যত্রাযজদ্রাজসূয়েন সোমঃ সাক্ষাৎ পুরা বিধিবৎ পার্থিবেন্দ্র ! ।
অত্রির্ধীমান্ বিপ্রমুখ্যো বভূব হোতা যস্মিন্ ক্রতুমুখ্যে মহাত্মা ।৪৩।

---

সত্যনা সাক্ষি ওইসনু ॥৩৪॥ মহারাজ ! ইন্দ্রনা অসুরা রাশক্রপা করিগুম্বা মতম্ অমদা উন লৈচিন মরক্তা লোৎপ্রবা নমুচিবু ঈশিংথক্তা কাবা কোক্লোম্না নমুচিগী মতক্ কক্‌খি ॥৩৫॥ অদুদগী অককপা কোক্ অদুনা “ হে ! মরুপ হাৎপা ! মিত্রদ্রোহি ! মহাপাপী ! ” অসুম হায়না লাউর লাউরদুনা ইন্দ্রগী মতুংদা চোং চোংদুনা কোইন্ ইরবকৈ ॥৩৬॥ মতৌ অসুম্না নমুচি অসুরগী মকোক অদুদা ইন্দ্রনা চৈর চৈরদুনা মতু ইরবক্লসিনা ইন্দ্র হু ডাইরদুনা তোয়িবা থৌদোক অসি ব্রহ্মাদা খঙহনখি ॥৩৭॥ মতম্ অদুদা ব্রহ্মানা ইন্দ্রদা হায়খি । দেবরাজ ! পাপপুম্বা কোক্লনবগী মথক্ ওইবা অরুণাদা দান যজ্ঞ পুম্ব নিয়ম বিধি কারদনা স্নান তৌরু ॥৩৮॥ নিংথৌ জনমেজয় ! ব্রহ্মানা অসুম্না হায়বা পীরক্লবদা দেবরাজ ইন্দ্রনা সরস্বতী তুরেল মপানগী কুঞ্জ অমদা বিধি করদনা যজ্ঞ তৌরগা অরুণাদা স্নান তৌখি ॥৩৯॥ অদুদগী লাইরামগী নিংথৌ ইন্দ্র অসি ব্রহ্মহত্যাগী পাপকা মায়রবা মিত্রহত্যা ( মরুপ হাৎপা ) গী পাপকগী নাম্থোক্লনা স্বর্গদা হনখি ॥৪০॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! নমুচিগী মকোক অদুসু অরুণাদা স্নান তৌরগা অমাঙ অতা লৈত্রবা নীডবা পুম্বা পীডবা স্বর্গলোকতা কাখি ॥৪১॥ মহাত্মা ওইরবা, অকব থবক্ত তৌরবা বলরামসু অরুণা তীর্থদা স্নান তৌরগা মথল মথলগী দান যজ্ঞনচিংবা তৌরম্লগা চন্দ্রগী মহাতীর্থদা চৎখি ॥৪২॥ নিংথৌ অথোইবা ! মমাঙৈদা চন্দ্রদেব মশামক্তা হায়খিবা তীর্থ অসিদা বিধি কারদনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌখি । অদুগা যজ্ঞ অদুদা ব্রাহ্মণ অথোইবা অত্রিনা হোতা ( হোমতৌ পায়বা ) ওইখি ॥৪৩॥ যজ্ঞ অদুনা লোইরবদা দেবতাশিংগা লোয়ননা দৈত্যদানব অমদি হিংচাবশিংগা লোয়ননা তাযক কৌবা

যস্মাদ্বেষ্টুং সুমহদ্দানবানাং দৈতেয়ানাং রাক্ষসানাঞ্চ দেবৈঃ ।
যস্মিন্ যুদ্ধং তারকাখ্যং সুভীমং যত্র স্কন্দস্তারকং বৈ জঘান ॥৪৪॥
সৈনাপত্যং লব্ধবান্ দেবতানাং মহাসেনো যত্র দৈত্যান্তকর্ত্তা ।
সাক্ষাচ্চাপি ন্যবসৎ কার্ত্তিকেয়ঃ সদা কুমারো যত্র স প্লক্ষরাজঃ ॥৪৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৪০॥ *

——*——

অকিবগী মশক কংলবা লাঙ্গাও অম খোকখি । লাল অদুদা লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিকনা তারকাসুরবু হাৎখি ॥৪৪॥ অদুগুম্বা লান্দা দৈত্যদানব পুম্বা হাৎথ্রবা, কন্নবা কার্ত্তিকনা দেবতাশিংগী সেনাপতিগী পদবী ফংখি । অদুগা তীর্থ অদুদা মপামকা লৈখি । হৌজিক ফাওবা তীর্থ অদুদা রাং চাউরবা খোংনাং বট পাম্বী অম হৌরি ॥৪৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা [শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মপুংদা সারস্বতোপাখ্যানগী], নিফুবা অধ্যায় লোইরে

# শ্রীমহাভারতম্.

(সারস্বত তীর্থগী রাবী মথং)

## একচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।

### নিফুমাথোইশুবা অধ্যায় ।

জনমেজয় উবাচ ।

সরস্বত্যাঃ প্রভাবোঽয়মুক্তস্তে দ্বিজসত্তম ।। কুমারস্যাভিষেকন্তু ব্রহ্মন্ ব্যাখ্যাতুমর্হসি ।১।
যস্মিন্ কালে চ দেশে চ যথা চ বদতাং বর । যৈশ্চাভিষিক্তো ভগবান্ বিধিনা যেন চ প্রভুঃ ।২।
স্কন্দো যথা চ দৈত্যানামকরোৎ কদনং মহৎ । তথা মে সর্ব্বমাচক্ষ্ব পরং কৌতুহলং হি মে ।৩।

(মুখ্য কম)

জনমেজয়না হায়ঃ—ব্রাহ্মণ অখোইবা ! সরস্বতী তুরেলগী মহমাবু অদুগা তুরেল অসিগী মপান্দা তাবা তীর্থশিংগী মতৌকমঙ্গল লোইনা লাখিরে । হৌজিক কার্ত্তিকপু সেনাপতি ওইনা অভিষেক তৌখিবগী রাবী অদু লাখিরো ॥১॥ রা ঙাংবা রারোলাবশিংগী মপুংদা অখোইবা ব্রাহ্মণ ! করম মতমদা করম্বমকমদা বিধিনিয়ম অমদি যদুনা, মতৌকমঙ্গল চাউরবা কার্ত্তিকপু লাইরোমা সেনাপতি হাপখিবা, কন্বিকরম্বা লাই হিংচাবশিংগী লাঙ্গাও খোকখিবা অসিসুম্বকসি মুনিদেবনা মচা খায়না লৌবিয়ু । মরমদি ঐ তাবগী পেনবা কো'বা লৈরক্তে ॥২-৩॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ-

## বৈশম্পায়ন উবাচ।

কুরুবংশস্য সভূশ্‌কৌতূহলমিদং তব। হর্ষমুৎ পাদয়ত্যেব বচো মে জনমোজয়। ।৪।
হন্ত তে কথয়িষ্যামি শৃণ্বানস্য জনাধিপ!। অভিষেকং কুমারস্য প্রভাবঞ্চ মহাত্মনঃ ।৫।
তেজো মাহেশ্বরং স্কন্নমগ্নৌ প্রপতিতং পুরা। তৎ সর্ব্বভক্ষো ভগবানাশকদ্দগ্ধ্‌মক্ষয়ম্ ।৬।
তেন সীদতি তেজস্বী দীপ্তিমান্ হব্যবাহনঃ। ন চৈনং ধারয়ামাস ব্রহ্মণে উক্তবান্ প্রভুঃ ।৭।
স গঙ্গামুপসঙ্গম্য নিয়োগাদ্‌ব্রহ্মণঃ প্রভুঃ। গর্ভমাহিতবান্ দিব্যং ভাস্করোপমতেজসম্ ।৮।
অথ গঙ্গাপি তং গর্ভমসহন্তী বিধারণে। উৎসসর্জ্জ গিরৌ রম্যে হিমবত্যমরার্চ্চিতে ।৯।
স তত্র ববৃধে লোকানাবৃত্য জ্বলনাত্মজঃ। দদৃশুর্জ্বলনাকারং তং গর্ভমথ কৃত্তিকাঃ ।১০।
শরস্তম্বে মহাত্মানমনলাত্মজমীশ্বরম্। মমায়মিতি তাঃ সর্ব্বাঃ পুত্রার্থিন্যোঽভিচক্রমুঃ ।১১।
তাসাং বিদিত্বা ভাবং তং মাতৄণাং ভগবান্ প্রভুঃ। প্রস্নুতানাং পয়ঃ ষড়্‌ভির্বদনৈরপিবত্তদা ।১২।

---

জনমেজয় মহারাজ। মতৌবচায়, হায়বিরিবত্ত। মহারাজগী য়ায় তানীভবা অম্ পোক্লবসি কুরুবংশগী নবুধৌশিংমক্তগী য়ারীনি। অদুনা তানীঙকম থোকই। ঐনা লীথোরক্লিবশিনা মহারাজগী থম্মোয়দা থোইদোক্লা নুংঙাইবা অম পীরিনি হায়না থঞ্জ মহারাজ। ॥৪॥ মহারাজনা পুক্লীং চঙনা তাবিয়ি। অদুগা ঐন্দু য়াম্না নুংঙাইনা মহারাজগী মকমদা স্বামী কার্ত্তিককী অভিষেককী রাজী অক্তিলীগে ॥৫॥ মমাংদা মহাদেবগী হকচাংদগী থঙতৌদনা বীর্য্যমরক্ অম মৈজুংদা তাখি ভগবান অগ্নিদেবাস জগত্ত লৌয়বা পোৎপুম্মক্তি চাকথোকপা ওয়্নগা মহাদেবগী হকচাংদগী থোক্‌খিবা ঈ মরক্ অসিবুদি চাকথোকপা ঙমদ্রে ॥৬॥ মশেক্ মতাম্না থল্লবা তেজ কল্লবা অদুগা শক্তি পুম্নক্লা হিল্লবা অগ্নিদেবন বীর্য্যতত্ত্ব চাকথোকপাদ লায়রতুনা পূবা কাওবা ঙম্মকত্রে। অদুদগীদি অগ্নিদেবসি ব্রহ্মাগী নাক তাম্ন চৎখি ॥৭॥ অদুদগী ব্রহ্মানা তাক্লকপা য়াথং অমদি পাউতাকী মতুং ইন্না অগ্নিদেবনা গঙ্গা তারচৎলগা নুমিৎকী মতৌঙম্না লংলবা তেজপিণ্ড অদু গঙ্গা ঈশিংনুংদ তাথখি ॥৮॥ অদুদগীদি গঙ্গাসু মহাদেবগী বীর্য্য অদুবু পূবা ঙম্মকত্রে। দেবতাপুম্বগী হিন্নবম্ শামকম ওইরবা হিমালয় চিঙবক্তা গঙ্গানা তেজপিণ্ড অদুবু লংখৎখি ॥৯॥ মৈদগী পোক্লকপা বীর্য্য অদুন মশাগী তেজনা জগৎপুম্বদি শিন্দুংনা কুপত্রে। অদুগী তুংদা লাইরেম্বি বৃত্তিকা তরুম্ন কলবা বীর্য্য অদুবু মুম্ন য়েংদুনা লৌথ ॥১০॥ অদুদগীদি মচাপাম্নবি বৃত্তিকা লাইরেম্ব তরুক্ অদুন শাক্ত তেজ কল্লবা অগ্নিদেবগী মচা অদুবু উবদা মথোয় খুদিংমক্লা "মাসি ঐগী ঈচান" হায়না লাউর লাউরদুনা অঙাং অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লকই ॥১১॥ মথোয় তরুকুমক্কি মশাদগী অমৃত থোয়াং শিন্দুরকই। মতিক্ মগুণ চাউরবা, তেজ কল্লবা অঙাং অদুনা বৃত্তিকাশিংনা থম্মোয়দা পামজরিবা পোশক্ত. থঙবিরদুনা তরুক্ পুথোকদুনা শিন্দুম্নক্লবা অমৃত অদু মবুক পেন্ন থকখি ॥১২॥ অঙাংদুগী তৌবা ওমবা শক্তিদু উবদা লাইরেম্বাকী

তং প্রভাবং সমালক্ষ্য তস্য বালস্য কৃত্তিকাঃ। পরং বিস্ময়মাপন্না দেব্যো দিব্যবপুর্দ্ধরাঃ ॥১৩॥
যত্রোৎসৃষ্টঃ স ভগবান্ গঙ্গায়াং গিরিমূর্দ্ধনি। স শৈলঃ কাঞ্চনঃ সর্ব্বঃ সংবৃত্তো কুরুনন্দন। ॥১৪॥
বর্দ্ধতা চৈব গর্ভেণ পৃথিবী তেন রঞ্জিতা। অতশ্চ সর্ব্বে সংবৃত্তা গিরয়ঃ কাঞ্চনাকরাঃ ॥১৫॥
কুমারঃ স্তমহাবীর্য্যঃ কার্ত্তিকেয় ইতি স্মৃতঃ। গাঙ্গেয়ঃ পূর্ব্বমভবন্মহাযোগবলান্বিতঃ ॥১৬॥
শমেন তপসা চৈব বীর্য্যেণ চ সমন্বিতঃ। ববৃধেঽতীব রাজেন্দ্র। চন্দ্রবৎ প্রিয়দর্শনঃ ॥১৭॥
স তস্মিন্ কাঞ্চনে দিব্যে শরস্তম্বে শ্রিয়া বৃতঃ। স্তূয়মানঃ সদা শেতে গন্ধর্ব্বৈর্মুনিভিস্তথা ॥১৮॥
তথৈনমন্বনৃত্যন্ত দেবকন্যাঃ সহস্রশঃ। দিব্যবাদিত্রনৃত্যজ্ঞাঃ স্তুবন্ত্যশ্চারুদর্শনাঃ ॥১৯॥
অন্বাস্তে চ নদী দেবং গঙ্গা বৈ সরিতাং বরা। দধার পৃথিবী চৈনং বিভ্রতী রূপমুত্তমম্ ॥২০॥
জাতকর্ম্মাদিকাস্তস্য ক্রিয়াশ্চক্রে বৃহস্পতিঃ। বেদশ্চৈনং চতুর্মূর্ত্তিরুপতস্থে কৃতাঞ্জলিঃ ॥২১॥
ধনুর্ব্বেদশ্চতুষ্পাদঃ শস্ত্রগ্রামঃ সসংগ্রহঃ। তত্রৈনং সমুপাতিষ্ঠৎ সাক্ষাদ্বাণী চ কেবলা ॥২২॥

---

শাওংসা'দা কজরবি কৃত্তিকা হরুক্ অদু য়াম্না অঙকপা কংখি ॥১৩॥ কৌরবনন্দন। মহারাজ! কৃত্তিকা হরুক অসিনা চিঙথক্তা মহিকমঙণ চাউরবা কার্ত্তিকপু গঙ্গা মকমদা শিন্নরম্লি তেঙ অদুনা মংক্তা হেক তাবদা চীঙদোল অদু সনামক্তগী মশক্ ওইনা নিঙথিজখি ॥১৪॥ কার্ত্তিক অসি নোংমনোংমগী অহুম্হুম চাউশিল্লক্লুনা চিংলংদম অদুগী লৈতেং অমগী মশক ওইখি। অদুদগী চিঙমপুম্ অদুমা সনা থোককম থোংমক্তনাপিক থনখি ॥১৫॥ থোইদোক্ হেন্দোক্না সল্লবা অচাং অসিগী ইহান হানবা মিংনা গাঙ্গেয় কৌই অদুগী তুংদা মিং অমনা কার্ত্তিকেয় অমম হায়না কৌই ॥১৬॥ নিংথৌ অথোইবা। তপথবাঙণনা তিল্লবা, তপস্যা অমদি হকচাংগী পাঙল্লা হল্লবা অদুগা থাগী মতৌঙম্না ঈংনা ফজরবা কার্ত্তিক অসি নোংম নোংমগী কজবা অমদি চাউবা হেনগৎলকলে ॥১৭॥ থোইদোক্না নিঙথিজরবা কার্ত্তিক অসি নিঙথিজরবা চিক্লবা শরবনদা শিঙনাংগী বনদা অহুম্ শাম্নহুনা লৈ। মতম অদুদা মুনিশিং অমদি গন্ধর্ব্বশিংনা অঙাং অদুগী মনাক্ত লাক্লুনা মাগী স্তুতি তৌরে লৈশি লৈথোরে ॥১৮॥ মশককজরবি লাইরে পাক্কি অগোঁই শাবিশিংনা অদুগা পুং ঈশে অগোঁই হৈরবি লাইরেবাক্কি কন্যাশিং লিশিং কিশিংনা কার্ত্তিককি মাঙদা জগোই শারে স্তুতিগান তৌরে ॥১৯॥ তুরেল অথোইবি গঙ্গানা কার্ত্তিকেয়গী মনাক্তা চেম্বরে, অদুগা পৃথিবিনা নিঙথিজবা মশক্ পুদুনা কার্ত্তিকপু মতম্বাক্ত পুখি ॥২০॥

বৃহস্পতিনা কার্ত্তিকেয়গী জাতকর্ম্মগী সংস্কার পুম্নমক বিধি কায়দন তৌখি। বেদ অমদি যজ্ঞ পুম্নমক্তা মূর্ত্তি নায়না চোংথোক্লুনা মথৎলোয় লোয়নন কার্ত্তিকেয়গী স্তুতি অমদি উপাসনা তৌখি ॥২১॥ পাদমরিনা তিল্লবা ধনুর্ব্বেদ, মন্ত্রগা লোয়ননা খুৎলায় পুম্বা, অদুগা সরস্বতীনা মূর্ত্তিনাইনা কার্ত্তিকেয়গী মনাক্ত থংখি ॥২২॥ কার্ত্তিকেয়না কয় উখিবগে হায়বদা দেব দেব

স দদর্শ মহাবীর্য্যো দেবদেবমুমাপতিম্ । শৈলপুত্র্যা সহাসীনং ভূতসংঘশতৈর্বৃতম্ ॥২৩॥
নিকায়া ভূতসংঘানাং পরমাদ্ভুতদর্শনাঃ । বিকৃতা বিকৃতাকারা বিকৃতাভরণধ্বজাঃ ॥২৪॥
ব্যাঘ্রসিংহর্ক্ষবদনা বিড়ালমকরাননাঃ ।
বৃষদংশমুখাশ্চান্যে গজোষ্ট্রবদনাস্তথা । উলূকবদনাঃ কেচিদ্গৃধ্রগোমায়ুদর্শনাঃ ॥২৫॥
৫০.১০ ক্রৌঞ্চ পারাবতনিভৈর্বদনৈ রাঙ্কবৈরপি ।
শ্বাবিচ্ছল্যকগোধানামজৈড়কগবাং তথা । সদৃশানি বপূংষ্যন্যে তত্র তত্র ব্যধারয়ন্ ॥২৬॥
কেচিচ্ছৈলাম্বুদপ্রখ্যাশ্চক্রোদ্যতগদায়ুধাঃ । কেচিদঞ্জনপুঞ্জাভাঃ কেচিচ্ছ্বেতাচলপ্রভাঃ ॥২৭॥
সপ্ত মাতৃগণাশ্চৈব সমাজগ্মু বিশাং পতে । ।
সাধ্যা বিশ্বেঽথ মরুতো বসবঃ পিতরস্তথা । রুদ্রাদিত্যাস্তথা সিদ্ধা ভুজগা দানবাঃ খগাঃ ॥২৮॥
ব্রহ্মা স্বয়ম্ভু র্ভগবান্ সপুত্রঃ সহ বিষ্ণুনা । শক্রস্তথাভ্যয়াদ্দ্রষ্টুং কুমারবরমচ্যুতম্ ॥২৯॥

---

মহাদেবনা পার্ব্বতীগা লোয়ননা ফাম্বোইছনা লৈরি। অকোয়বদা মহাকপু ভূতপ্রেতনচিংব মহাদেবগী খোঙলোয় পুম্বনা মীকোয় কোশিন্না লৈরি ॥২৩॥ হায়বিবা ভূতপ্রেতশিংসিগী মশক অসি য়েংবদা য়ায় অকিবগী মশক্লি, মশকমতো কিজেং কিয়োয়চিংবা খুমাইপ। মায়দে, য়েংবদা অঙকপা অকিবা পোকই ॥২৪॥ কনা কনাগুম্বা ভূতশিংগী মচীন ময়ায়দু কৈশা মঙং মানবা য়াওই, নোংশাগী শওমগী মাখোং পানবা য়াওই কনা কনাগুম্বশিংগী মায়থোংনা খোংগী হোংদোংগী মমায় মানবা য়াওই। লমহোংদোংগী মমায় পানবা য়াওই। অদুগা কনা কনাগুম্বা ভূতকী মমায়না শাগী উটকী মমায়গা মকোক্না মাইয়ে। কনা কনাগুম্বা ভূতকী মঙং মতো অদু লাওজাগী লমুহুইগী মশক মানবা য়াও—ই ॥২৫॥ কনা কনাগুম্বা ভূতকি মথায়দু উয়োকি মথায় মাল্লি, কমাগুম্বগীনা খুমুগী মমায়, কনাগুম্বগীমা শজিগী মমায় মাল্লি। কনা কনাগুম্বা ভূতকি মশাদু শবোগী, লমহুইগী, হামেংগী, য়াওগী শলগী মশা (হকচাং) মাল্লি ॥২৬॥ কনা কনাগুম্বা ভূতনা চিংঅমদি নোংগী মতোঙম্না মুব য়াওই, শংবা য়াও—ই। কনানা চক্র পায়, কনানা গদা পায়। কনানা হামুকমুক মুই, কনা কনাগুম্ব। ভূতনা কৈলাসগী মতোঙম্না ঙৌযোক ঙৌই য়াংচাওই ॥২৭॥ মহারাজ। স্বামী কর্ত্তিকন' লৈরিবা মফমদুদা, মাতা তরেৎ হায়বদি ব্রাহ্মি বৈষ্ণবী, মাহেশ্বরী, বারাহী, নারসিংহী কৌমারী ঐন্দ্রী — তরেৎঅসি, সাধ্যশিং, বিশ্বেদেবশিং, মরুদশিং (নুংশিৎ নিরূপাপশ) বসুশিং (বসুনিপাল) পিতৃলোক ময়াম, রুদ্রমযাম্ (রুদ্রতরা-মাখোই), আদিত্য ময়াম (আদিত্য তরানিথোই) সিদ্ধ সাধ্যশিং, লিলমযাম, দানবযেৎ, উচেক্ অাং—অাং পূয়মক্ অসিলাকই ॥২৮॥ মাপী মাপী মচানশূশিংগা লোয়ননা দক্ষ ময়াম,

নারদ প্রমুখাশ্চাপি দেবগন্ধর্ব্বসত্তমাঃ । দেবর্ষয়শ্চ সিদ্ধাশ্চ বৃহস্পতিপুরোগমাঃ ।৩০।
পিতরো জগতঃ শ্রেষ্ঠা দেবানামপি দেবতাঃ । তেঽপি তত্র সমাজগ্মুর্যামা ধামাশ্চ সর্ব্বশঃ ।৩১।

(যুগ্মকম্)

স তু বালোঽপি বলবান্ মহাযোগবলান্বিতঃ । অভ্যাজগাম দেবেশং শূলহস্তং পিনাকিনম্ ।৩২।
তমাব্রজন্তমালক্ষ্য শিবস্যাসীন্মনোগতম্ । যুগপচ্ছৈল পুত্র্যাশ্চ গঙ্গায়াঃ পাবকস্য চ ।৩৩।
কং নু পূর্ব্বময়ং বালো গৌরবাদভ্যুপৈষ্যতি । অপি মামিতি সর্ব্বেষাং তেষামাসীন্মনোগতম্ ।৩৪।
তেষামেতমভিপ্রায়ং চতুর্ণামুপলক্ষ্য সঃ । যুগপদ্‌যোগমাস্থায় সসর্জ্জ বিবিধাস্তনূঃ ।৩৫।
ততোঽভবচ্চতুর্মূর্ত্তিঃ ক্ষণেন ভগবান্ প্রভুঃ । তস্য শাখো বিশাখশ্চ নৈগমেয়শ্চ পৃষ্ঠতঃ ।৩৬।
এবং কৃত্বা স্বমাত্মানং চতুর্দ্ধা ভগবান্ প্রভুঃ । যতো রুদ্রস্ততঃ স্কন্দঃ জগামাদ্ভুতদর্শনঃ ।৩৭।
বিশাখস্তু যযৌ দেবীং ততো গিরিবরাত্মজাম্। শাখো যযৌ স ভগবান্ দিব্যমূর্ত্তির্বিভাবসুম্ ।
নৈগমেয়োঽগমদ্গঙ্গাং কুমারঃ পাবকপ্রভঃ ।৩৮।

---

মতৌক মগুনচাউরবা স্বয়ম্ভু, ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমদি ইন্দ্র — পুম্নমক্ অসি স্বামী কার্ত্তিককী দর্শন তৌগে হায়বগী দমক্ মকম্ অহুদা লাকখি ॥২৯॥ নারদনচিংবা দেবর্ষি ময়াম, দেবতা পুম্বা অথোইবা গন্ধর্ব্বশিং, সিদ্ধ সাধ্য ময়াম, জগৎকী মপুংদ কাওয় কাওয়বা, যাম ধামনচিংবা— দেবতাশিংনা মকম্ অমুদা কার্ত্তিকপু য়েংবা লাকখি ॥৩০—৩১॥ অমাং ওইরবসু যোগশক্তিনা তিল্লবা, মপাঙ্গল থোইনা কল্লবা; কার্ত্তিক অসি ত্রিশূল পায়খিবা মহাদেবগী নাক্ত প্র প্রপ চত্তশিল্লকই ॥৩২॥ মহাক্না চত্তশিল্লকপন্থু উবদা মহাদেব, গঙ্গা, পার্ব্বতী,, অমদি অগ্নিদেব মখোয়সিগী পুক্নীংদা য়াম্ন কুপ্না নৈনয়কই ॥৩৩॥ "অঙাং অসি ঐখোয় মায়গী মপুংদা কনাগীনাক্ত চত্তশিল্লকবা ? ঐত্তোন্দ্রবু ওইরগরা ?" অসুম্ হায়না মখোয় মরিমক চপ মায়না খনখ ॥৩৪॥ মখোয় মরিনা চপমায়না খল্লিবহু খঙলগনা যোগশক্তিনা মরম্ ওইহনা কার্ত্তিকনা মশামখক্তু মরিথোক্না হায়বদি মূর্ত্তিমরি থোক্না শেমদোকখ ॥৩৫॥ অগী তুংদা মতৌকমগুন চাউরবা কার্ত্তিকনা মূর্ত্ত মরি তোঙাল তোঙাল পুত্রবদা শাখ বিশাখ, নৈগমেয় মখোয়শিংসিনা মূর্ত্তিমরি পুরিবা স্বমি কার্ত্তিককি মতুং ইন্নখ ॥৩৬॥

মতিক মগুণ চাউরবা কার্ত্তিকনা মতৌ অসুম্না মূর্ত্তি মরি শেমদুনা স্কন্দগী মূর্ত্তি লৌহুনা মহাদেবনা লৈরিবদোমদা মপাচুম্না চত্তশিল্লকই ॥৩৭॥ বিশাখ মূর্ত্তি লৌহুনা পার্ব্বতিয়োমদা, মতিক মগুণ লৈরবা কল্লবা মূর্ত্তি পুরবা শাখনা অগ্নিদেবয়োমদা অহুগা নৈগমেয়গী মূর্ত্তিনা গঙ্গায়োমদা চত্তশিল্লকই ॥৩৮॥ লংলবা মশেক মঙাম্না পুনথক্ থল্লবা, মশক মতৌ চপ মায়রবা

সার্ব্বে ভাস্বরদেহাস্তে চত্বারঃ সমরূপিণঃ । তান্ সমভ্যাযুবব্যা প্রাস্তদভু তমিবাভবৎ ॥৩৯॥
হাহাকারো মহানাসীদ্দেবদানবরক্ষসাম্ । তদ্দৃষ্ট্বা মহদাশ্চর্য্যমদ্ভুতং লোমহর্ষণম্ ॥৪০॥
ততো রুদ্রশ্চ দেবী চ পাবকশ্চ পিতামহম্ । গঙ্গয়া স সহিতাঃ সর্ব্বে প্রণিপেতুর্জগৎপতিম্ ॥৪১॥
প্রণিপত্য ততস্তে তু বিধিবদ্রাজপুঙ্গব । । ইদমূচুর্বচো রাজন্ । কার্ত্তিকেয়প্রিয়েপ্সয়া ॥৪২॥
অস্য বালস্য ভগবান্ । আধিপত্যং যথেপ্সিতম্ । অস্মৎপ্রিয়ার্থং দেবেশ । সদৃশং দাতুমর্হসি ॥৪৩॥
ততঃ স ভগবান্ ধীমান্ সর্ব্বলোকপিতামহঃ । মনসা চিন্তয়ামাস কিময়ং লভতামিতি ॥৪৪॥
ঐশ্বর্য্যাণি হি সর্ব্বাণি দেবগন্ধর্ব্বরক্ষসাম্ । ভূতযক্ষবিহঙ্গানাং পন্নগানাঞ্চ সর্ব্বশঃ ॥৪৫॥
পূর্বমেবাদিদেশাসৌ নিকায়েষু মহাত্মনাম্ । সমর্থঞ্চ তমৈশ্বর্য্যে মহামতিরমন্যত ॥৪৬॥ (যুগ্মকম্)
ততো মুহূর্ত্তং স ধ্যাত্বা দেবনাং শ্রেয়সি স্থিতঃ সৈনাপত্যং দদৌ তস্মৈ সর্বভূতেষু ভারত । ॥৪৭॥
সর্বদেবনিকায়ানাং যে রাজানঃ পরিশ্রুতাঃ তান্ সর্বান্ ব্যাদিদেশাস্মৈ সর্বভূতপিতামহঃ ॥৪৮॥
ততঃ কুমারমাদায় দেবা ব্রহ্মপুরোগমাঃ । অভিষেকার্থমাজগ্মুঃ শৈলেন্দ্রং সহিতাস্ততঃ ॥৪৯॥
পুণ্যাং হৈমবতীং দেবীং সরিচ্ছ্রেষ্ঠাং সরস্বতীম্ । সমন্তপঞ্চকে যা বৈ ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুতা ॥৫০॥

---

অঙাং মথি অদুনা নিঙতায়বা লৈতনা মখোয় মরিগী নাক্ত তোঙাল তোঙাম চত্তশিল্লকই । মখোয়দা অঙকপা অম ওইনা থোকখি ॥৩৯॥ মমাঙৈদা থক্ থোকখিত্রিবা ভুজু'ব পোকপা অঙকপা থৌদোক অসিবু উবদা দেব গন্ধর্ব্ব যক্ষ রক্ষশিংনা হাহাকার লাউনখি ॥৪০॥ অসিগী তুংদা, মহাদেব পার্ব্বতি অদুগা অগ্নিদেব অদুম অসিনা গঙ্গাগা লোয়নননা চৎখিদুনা জগৎপতি ব্রহ্মাগী মকমদ নোল্লুক্লা খুৎহল্লকই ॥৪১॥ নিংথৌ অথোইবা । লাইশিং অসিনা চৎখিদুনা স্বামি কার্ত্তিককি পেন্নবা থবক পাংথোকপিগদবা ত্থমুম হায়রাই ॥৪২॥ ভগবান ! হে দেবেশ্বর ! ঐখোয়গী পেন্নবগী থবক্ পাঙথোকপিগে খনবিয়বদি কার্ত্তিক কৌবা অঙাং অসিগীস্থ মহাক্লা পাম্বা পোশক অমগী মকোক ওইবা পিনবিয়ু ॥৪৩॥ মহাজ্ঞানি ওইরবা ব্রহ্মানা জগত লৈখিবা অচেত্তু পুম্বগী কাঙলুপ তং খুদিংগী লুচিংবা ওইনা দেবতা, গন্ধর্ব্ব, রাক্ষস যক্ষ রক্ষ ভুতপ্রেত কিল্, উচেক অসিনচিংবগী লুচি অমমম্ হাপথ্রবনি । অদুনা হৌজিক লুচিংবা লৈত্রিবা করম্বা বিষয়গী মকোক ওইনা কার্ত্তিক কৌবা অঙাং অসীবু হাপাসগে ? করম্বা বিষয়গী লুচিংবা ওইবদা মতীক চায়হায়না খনাংবগে ? ॥৪৪ - ৪৬॥ ভরতনন্দন । অদুগী তুংদা লাইয়ামগী মঙ্গল ওইননবগী থবক্তা পুক্নিং চঙলবা ব্রহ্মানা ওহাক্তং বিচার তৌরগা কার্ত্তিকপু লাইয়ামগী সেনাপতি হাপখ্রে ॥৪৭॥ লাইয়ামগী মপুংদ বিষয় বিষয়দুগী নিংথৌনি হায়না খঙপ্রবশিং অদুব লান্দদি কার্ত্তিকশা য়ানংগী মথা পোনগদবনি হায়না ব্রহ্মানা লাইয়ামদা লাউথোকখি ॥৪৮॥ অদুদগী ব্রহ্মা নাচিংবা লাইশিংনা কার্ত্তিককা লোয়নননা চৎখিদুনা কার্ত্তিকপু সেনাপতিগী পদবীদা অভিষেক তৌননবা হিমালয় চৎখি ॥৪৯॥ অদুগী তুংদা মখোয়না হিমালয়দগী পোকপা

তত্র তীরে সরস্বত্যাঃ পুণ্যে সর্বগুণান্বিতে। নিবেদুর্দেবগন্ধর্বাঃ সর্বে সম্পূর্ণমানসাঃ ॥৫১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
একচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

শেংলবী, মতীক্ মগুণ চাউরবা তুরেল অথোইবী সরস্বতীগী মপান্দা থৃংখি। সরস্বতী হায়বিসি সমন্তপঞ্চকদা মযোল অহুমদা কাওরবি তীর্থ অম ওইপ্রবনি ॥৫০॥ গুণ পুন্নমক্না তিন্নবী শেংলবী সরস্বতীগী মপান্দা নিঙবা থৃংলবা লাইরামশিং অমুগা গন্ধর্ব্বশিংনা মতম খর লৈখি ॥৫১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংব সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মথুংদা সারস্বতোপাখ্যানগী মিফূমাথোইগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

(সারস্বতোপাখ্যানগী রাগী মথং)

## *দ্বিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ।*

### নিফুনিথোইগুবা অধ্যায়

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

ততোঽভিষেকসম্ভারান্ সর্বান্ সংভৃত্য শাস্ত্রতঃ। বৃহস্পতিঃ সমিদ্ধেঽগ্নৌ জুহাবাগ্নিং যথাবিধি ॥১॥
ততো হিমবতা দত্তে মণিপ্রবরশোভিতে। দিব্যরত্নাচিতে পুণ্যে নিষণ্ণং পরমাসনে ॥২॥
সর্বমঙ্গলসম্ভারৈর্বিধিমন্ত্রপুরস্কৃতম্। আভিষেচনিকং দ্রব্যং গৃহীত্বা দেবতাগণাঃ ॥৩॥
ইন্দ্রবিষ্ণূ মহাবীর্যৌ সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ তথা। ধাতা চৈব বিধাতা চ তথা চৈবানিলানলৌ ॥৪॥

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—অসিগী তুংদা বৃহস্পতিনা শাস্ত্রগী বিধি মতুংইন্না অভিষেকতা চঙগদবা মপাক্ মথৈপুরক্ক, না বিধি কায়দনা অগ্নিস্থাপন তৌখি। মৈরকংনা চাক্লবা যজ্ঞগী মৈতুদা হোম তৌবা হৌরে ॥১॥ মহারাজ! হিমালয়না পীবা মনিমুক্তারত্ননা থাল্লবা নীঙথিজরবা আসনথক্তা কার্ত্তিকনা কমথপ্রবদা বল্লবা ইন্দ্র, বিষ্ণু, সূর্য্য, চন্দ্র, ধাতা, বিধাতা, বায়ু, অগ্নি, পুষ্য, ভগ, অর্য্যমা, অংশ, বিবস্বান, মিত্র. বরুণগা লোয়নবা রুদ্রতরামাথোই, বসুনিপার, আদিত্য তরানিথোই, আশ্বিণী কুমার অনী, বিশ্বেদেবতাশিং, মরুদনিকুমাপল, সাধ্যময়াম, পিতৃলোকাশিং, গন্ধর্ব্বময়াম্, অপ্সরাংপৈ, যক্ষশিং হিংচাবা পুন্নমক, লিল ময়ার মশীং লাইমদবা দেবর্ষিশিং মরু মরু ওইব ব্রাহ্মর্ষিশিং; বালখিল্য মুংশিংত চাবা মুংশা তথবৃপা মুনিশিং ভৃগু

পূষ্ণা ভগেনার্য্যম্ণা চ অংশেন চ বিবস্বতা। রুদ্রশ্চ সহিতো ধীমান্ মিত্রেণ বরুণেন চ ॥৫॥
রুদ্রৈর্বসুভিরাদিত্যৈরশ্বিভ্যাঞ্চ বৃতঃ প্রভুঃ। বিশ্বেদেবৈর্মরুদ্ভিশ্চ সাধ্যৈশ্চ পিতৃভিঃ সহ ॥৬॥
গন্ধর্ব্বৈরপ্সরোভিশ্চ যক্ষরাক্ষসপন্নগৈঃ। দেবর্ষিভিরসংখ্যেয়ৈস্তথা ব্রহ্মর্ষিভির্বরৈঃ ॥৭॥
বৈখানসৈর্বালখিল্যৈর্বায়্বাহারৈর্মরীচিপৈঃ। ভৃগুভিশ্চাঙ্গিরোভিশ্চ যতিভিশ্চ মহাত্মভিঃ ॥৮॥
সর্ব্বৈর্বিদ্যাধরৈঃ পুণ্যৈর্যোগসিদ্ধৈস্তথা বৃতঃ। পিতামহঃ পুলস্ত্যশ্চ পুলহশ্চ মহাতপাঃ ॥৯॥
অঙ্গিরাঃ কশ্যপোঽত্রিশ্চ মরীচির্ভৃগুরেব চ। ক্রতুর্হরঃ প্রচেতাশ্চ মনুর্দক্ষস্তথৈব চ ॥১০॥
ঋতবশ্চ গ্রহাশ্চৈব জ্যোতীংষি চ বিশাংপতে। মূর্ত্তিমত্যশ্চ সরিতো বেদাশ্চৈব সনাতনাঃ ॥১১॥
সমুদ্রাশ্চ হ্রদাশ্চৈব তীর্থানি বিবিধানি চ। পৃথিবী দ্যৌর্দিশশ্চৈব পাদপাশ্চ জনাধিপ ! ॥১২॥
অদিতির্দেবমাতা চ হ্রীঃ শ্রীঃ স্বাহা সরস্বতী। উমা শচী সিনীবালী তথা চানুমতিঃ কুহূঃ ॥১৩॥
রাকা চ ভুষণা চৈব পত্ন্যশ্চান্যা দিবৌকসাম্। হিমবাংশ্চৈব বিন্ধ্যশ্চ মেরুশ্চানেকশৃঙ্গবান্ ॥১৪॥
ঐরাবতঃ সানুচরঃ কলাঃ কাষ্ঠাস্তথৈব চ। মাসার্দ্ধমাসা ঋতবস্তথা রাত্র্যহনী নৃপ ! ॥১৫॥
উচ্চৈঃশ্রবা হয়শ্রেষ্ঠো নাগরাজশ্চ বাসুকিঃ। অরুণো গরুড়শ্চৈব বৃক্ষাশ্চৌষধিভিঃ সহ ॥১৬॥
ধর্ম্মশ্চ ভগবান্ দেবঃ সমাজগ্মুর্হি সঙ্গতাঃ। কালো যমশ্চ মৃত্যুশ্চ যমস্যানুচরাশ্চ যে ॥১৭॥
বহুলত্বাচ্চ নোক্তা যে বিবিধা দেবতগণাঃ। তে কুমারাভিষেকার্থং সমাজগ্মুস্ততস্ততঃ ॥১৮॥ (কুলকম্)

---

অমদি অঙ্গরাগী বংশদা পোকপা মুনাশিং, মহাত্মা ওইবা ব্রহ্মচারীশিং, বিদ্যাধর, সিদ্ধসাধ্যশিংনা কোয়াশল্লবা ব্রহ্মা, পুলস্ত্য, পুলহ, তপস্যাকল্লবা অঙ্গিরা, কশ্যপ, অত্রি, মরীচি ভৃগু, ক্রতু হর, প্রচেতা অমুদক্ষ ঋতুতরুক, গ্রহময়াম্, নক্ষত্রশিং, মূর্ত্তিনাইনা লাক্লবী ভুরেল ময়াম্, মশকনাইনা লাক্লবা বেদমখি, সমুদ্রঈরমতয়েং, পাৎময়াম, তীর্থ মখল মখল পৃথিবী, স্বর্গ, মায় গৈতরা, উপাম্বী ময়াম, দেবতা পুম্বগী মমা অদিতি, লজ্জা, লক্ষ্মী, স্বাহা, সরস্বতী উমা শচী সিনীবালী, অনুমতি, কুহু পূর্ণিমা, ভুষণা, লাইগী লোয়নবীশিং, হিমালয়, বিন্ধ্য, চাওদোল্ য়াম লোঙলবা সুমেরু, খোঙলোয়শিংগী লোয়নয়বা ঐরাবত, কলা কাষ্টা, থা তরানিথোইতংথাই (পক্ষ অম), ঋতুতরুক্, রাত্রি, দিন, শগোল অশোইবা উচ্চৈঃশ্রবা, লিললিংবো বাসুকি, অরুণ গরুড়, উরী রাম য়েৎলবা উজাও মপৈ, ভগবান ধর্ম্মদেব, কাল, যম, মৃত্যু যময়াজগী খোঙলোমশিং অহুগা অসিনত্তবা লাইয়াম্শিংদো ঐ শীংখায়য়োই মখোয় অসিনা মানাওমজবা হৈহৈ অহুগা মঙ্গল ওরনবা মঙ্গলগী সামগ্রী ময়াম পুরক্লুনা কার্ত্তিককী অভিষেক য়াওগদবগী লাকৃলি। মহারাজ ! মতম অসিদা স্বর্গগী লাইশিংনা অভিষেককী অমদি মঙ্গলগী পোচ্চৈ মচাকৃশিং অদু মখুৎনা পায় পায়গ্রনা ভাইহুনা লৈমি ॥১৯॥ মহারাজ ! লাইশিং অদুনা য়ামা ভরাউনা, মঙ্গলগী পোচ্চে মখল মখলা থল্লবা সনাগী চফু থম থমা হাপ্লবা সরস্বতীগী ঈশিংনা, কিজোল মখল মখলা লৈতেংলবা হিংচায়াইতখশিংগী মকমদদি অকিবগী মশক ওইরবা স্বামী কার্ত্তিকপু দেবসেনাপাতগী

অগৃহ্ণংস্তে তদা রাজন্! সর্ব এব দিবৌকসঃ। আভিষেচনিকং ভাণ্ডং মঙ্গলানি চ সর্ব্বশঃ ।১৯।
দিব্যসম্ভারসংযুক্তৈঃ কলশৈঃ কাঞ্চনৈস্তথা। সারস্বতীভিঃ পুণ্যাভির্দিব্যাভিরলঙ্কৃতম্ ।২০।
অভ্যষিঞ্চন্ কুমারং বৈ সংপ্রহৃষ্টা দিবৌকসঃ। সৈনাপত্যে মহাত্মানমসুরাণাং ভয়ঙ্করম্ ।২১।
(যুগ্মকম্)

পুরা যথা মহারাজ! বরুণং বৈ জলেশ্বরম্। তথাভ্যষিঞ্চদ্ভগবান্ ব্রহ্মা লোকপিতামহঃ।
কশ্যপশ্চ মহাতেজা যে চান্যে লোককীর্ত্তিতাঃ ।২২।

তস্মৈ ব্রহ্মা দদৌ প্রীতো বলিনো বাতরংহসঃ। কামবীর্য্যধরান্ সিদ্ধান্ মহাপারিষদান্ প্রভুঃ ।২৩।
নন্দিসেনং লোহিতাক্ষং ঘণ্টাকর্ণঞ্চ সম্মতম্। চতুর্থমস্যানুচরং খ্যাতং কুমুদমালিনম্ ।২৪।
(যুগ্মকম্)

ততঃ স্থাণুর্মহাবেগং মহাপারিষদং প্রভুঃ। মায়াশতধরং কামং কামবীর্য্যবলান্বিতম্।
দদৌ স্কন্দায় রাজেন্দ্র! সুরারিবিনিবর্হণম্ ।২৫।

স হি দেবাসুরে যুদ্ধে দৈত্যানাং ভীমকর্ম্মণাম্। জঘান দোর্ভ্যাং সংক্রুদ্ধঃ প্রযুতানি চতুর্দ্দশ ।২৬।
তথা দেবা দদুস্তস্মৈ সেনাং নৈর্ঋতসঙ্কুলাম্। দেবশত্রুক্ষয়করীমজয্যাং বিষ্ণুরূপিণীম্ ।২৭।
জয়শব্দং তথা চক্রুর্দেবাঃ সর্বে সবাসবাঃ। গন্ধর্ব্বা যক্ষরক্ষাংসি মুনয়ঃ পিতরস্তথা ।২৮।
ততঃ প্রাদাদনুচরৌ যমঃ কালোপমাবুভৌ। উন্মাথঞ্চ প্রমাথঞ্চ মহাবীর্য্যৌ মহাদ্যুতী ।২৯।

---

পদবী আসনমথক্তা অভিষেক তৌখ্রে ॥২০-২১॥ মহারাজ! অহৌগী তুংদা লোকপুম্বগী পিতামহ ওইরবা ব্রহ্মা কশ্যপপ্রজাপতি, জগৎকা ওইরবা ঋষিশিংনা মমাংতদা বরুণবু ঈশিং পুম্বমক্কী নিংথৌ ওইনা অভিষেক তৌখিবগুম্না লাইরাম্না কার্ত্তিকপু লাইরাম্ লাম্মী পুম্বমক্কী সেনাপতি ওইনা অভিষেক তৌখি ॥২২॥ অহৌগী তুংদা মতীক মগুণ চউরবা ব্রহ্মানা খোইদোক্না পেনপ্রহনা কার্ত্তিকক্কী খোংগুলোয় ওইননবা কল্লবা, নুংশিংকি মতৌগুম্না থাকু কল্লবা, নিংতকপ মতু ইন্না শক্তি পুথঙ্ব যোগসিদ্ধ ওইরবা লাইরামবু অহুমা নন্দিসেন, লোহিতাক্ষ ঘণ্টাকর্ণ কাওরবা মিপাই পুম্বমক্কা নুংশিরবা কুমুদমালিবু দান তৌখি ॥২৫॥ কার্ত্তিকনা অশাউবগা লোয়ননা দেবসেনা ময়ামগা লোয়ননা মপ খোম পাংগলগা লাইহংচাবগী লঙ্গোৎ অকবগী মশক ওইরবা খবক্তৌরবা দৈত্য নিযুত তরামারবু হাংখি ॥২৬॥ নতো অশুম্না লাইরাম্না কার্ত্তিককি মকমদা য়েক্লবহাংওম্বা, হিংচাবনা থল্লবা, বিষ্ণুগী মশক ওইরবা, অমনা ঙম্ফত্রবা লাম্মি তেঙ্গোল মপে অম দান তৌখি ॥২৭॥ অহৌগী তুংদা ইন্দ্রগা লোয়নরবা লাইরাম্, গন্ধর্ব্বশিং যক্ষমপে, রাক্ষস ময়াম্ মুনিশিং অহুগা পিতৃলোকশিংনা কার্ত্তিকক্কী জয়ধ্বনি তৌখি ॥২৮॥ অহৌগী তুংদা যমরাজনা মশামক্কা মান্না কল্লবা তেজবীর্য্য লৈরবা প্রমাথ উন্মাথ কৌবা অনীবু কার্ত্তিকক্কী খোংগুলোয় ওইনা দান তৌখি ॥২৯॥ সুত্রাজ ভাস্বর কৌবা সূর্য্যদেবগী খোংগুলোয় অনীদে। মাহুবু সূর্য্যদেবনা

সুভ্রাজো ভাস্বরশ্চৈব যৌ তৌ সূর্য্যানুযায়িনৌ। তৌ সূর্য্যঃ কার্ত্তিকেয়ায় দদৌ প্রীতঃ প্রতাপবান্‌ ।৩০।

কৈলাসশৃঙ্গসঙ্কাশৌ শ্বেতমাল্যানুলেপনৌ। সোমোঽপ্যনুচরৌ প্রাদান্মণিং সুমণিমেব চ ।৩১।

জ্বালাজিহ্বং তথা জ্যোতিরাত্মজায় হুতাশনঃ। দদাবনুচরৌ শূরৌ পরসৈন্যপ্রমাথিনৌ ।৩২।

পরিঘঞ্চ বটঞ্চৈব ভীমঞ্চ সুমহাবলম্‌। দহতিং দহনঞ্চৈব প্রচণ্ডৌ বীর্য্যসম্মতৌ।
অংশোঽপ্যনুচরান্‌ পঞ্চ দদৌ স্কন্দায় ধীমতে ।৩৩।

উৎক্রোশং পঙ্কজঞ্চৈব বজ্রদণ্ডধরাবুভৌ। দদাবনলপুত্রায় বাসবঃ পরবীরহা।
তৌ হি শত্রূন্মহেন্দ্রস্য জঘ্নতুঃ সমরে বহূন্‌ ।৩৪

চক্রঞ্চ বিক্রমঞ্চৈব সংক্রমঞ্চ মহাবলম্‌। স্কন্দায় ত্রীননুচরান্‌ দদৌ বিষ্ণুর্ম্মহাযশাঃ ।৩৫।

বর্দ্ধনং নন্দনঞ্চৈব সর্ব্ববিদ্যাবিশারদৌ। স্কন্দায় দদতুঃ প্রীতাবশ্বিনৌ ভরতর্ষভ ! ।৩৬।

কুন্দঞ্চ কুসুমঞ্চৈব কুমুদঞ্চ মহাযশাঃ। ডম্বরাড়ম্বরৌ চৈব দদৌ ধাতা মহাত্মনে ।৩৭।

চক্রানুচক্রৌ বলিনৌ মেষচক্রৌ বলোৎকটৌ। দদৌ ত্বষ্টা মহামায়ৌ স্কন্দায়ানুচরাবুভৌ ।৩৮।

সুব্রতং সত্যসন্ধঞ্চ দদৌ মিত্রো মহাত্মনে।

---

কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৩০॥ চন্দ্রদেবনস্তু কৈলাসগী মতৌঙম্‌ তৌরবা, তৌরোক তৌরবা লৈপরেংশিবা অহৌবা মকূপ হৈরবা মনি সুমনি কৌবা লাই অনীবু কার্ত্তিকত দান তৌখি ॥৩১॥ অগ্নিদেবনা মচা কার্ত্তিকতা কল্লবা য়েক্কবাগুম্বা জ্বালাজিহ্ব, জ্যোতি কৌবা অনুচর অনী পীখি ॥৩২॥ অংশদেবনস্তু থোইনা কল্লবা পরিঘ, বট. ভীম অদুগা য়াম্না শাউগল্লবা দহতি দহন মঙা অসিবু কার্ত্তিকতা মাগী খোঙচোয় ওইনবা দান তৌখি ॥৩৩॥ য়েক্কবাগুম্বা কল্লবা ইন্দ্রনা বজ্র পায়বা উৎক্রোশ দণ্ড পায়বা পঙ্কজ অনীসিবু কার্ত্তিকতা মাগী খোঙচোয় ওইনবা দান তৌখি। মখোয় অনিসি মমাইদা ইন্দ্রমকি য়েরবা য়াম্ন হাৎপ্রবনি ॥৩৪॥

মতিক মগুণ মিংচৎ চাউরবা বিষ্ণুনা কার্ত্তিকতা থোইদোক্না কল্লবা চক্র, বিক্রম অদুগা সংক্রমন কৌবা খোঙচোয় অহুম পিখি ॥৩৫॥ ভরতশাগেগী অখোইবা ! অশ্বিনিকুমার অনিনা পেনপ্রদুনা বিদ্যা পুম্বা হৈরবা বর্দ্ধণ কৌবগা নন্দন কৌবগা অনী অসি খোঙচোয় ওইনবা কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৩৬॥ মিংচৎ চাউরবা ধাতানা মহাত্মা ওইরবা কার্ত্তিকতা কুন্দ, কুসুম কুমুদ ডম্বর অদুগা আড়ম্বর কৌবা লাইমঙা খোঙচোয় ওইনবা কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৩৭॥ ত্বষ্টা প্রজাপতিনা কার্ত্তিকতা কল্লবা মন্নায় কারবা নোংগুম্বা চক্র পায়বা, মায়া হৈরবা চক্র অনুচক্র কৌবা অনি অসি মাগী খোঙচোয় ওইনবা দান তৌখি ॥৩৮॥ মতিক মগুণ চাউরবা মিত্রদেবনা কার্ত্তিক তপস্বি ওইরবা, মশক মতৌ শাবান কঞ্জরবা থৌ পিনহৈবা, মরোল্‌ অহুমদা

কুমারায় মহাত্মানৌ দত্তাবিন্দ্রাত্মজৌ প্রভুঃ। সুদর্শনীয়ৌ বরদৌ ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুতৌ ॥৩৯॥
সুব্রতঞ্চ মহাত্মানং শুভকর্ম্মাণমেব চ। কার্ত্তিকেয়ায় সংপ্রাদাদ্বিধাতা লোকবিশ্রুতৌ ॥৪০॥
পাণিতকং কালিকঞ্চ মহামায়াবিনাবুভৌ। পূষা চ পার্ষদৌ প্রাদাৎ কার্ত্তিকেয়ায় ভারত ! ॥৪১॥
বলঞ্চাতিবলঞ্চৈব মহাবক্ত্রৌ মহাবলৌ। প্রদদৌ কার্ত্তিকেয়ায় বায়ুর্ভরতসত্তম। ॥৪২॥
ঘসঞ্চাতিঘসঞ্চৈব তিমিবক্ত্রৌ মহাবলৌ। প্রদদৌ কার্ত্তিকেয়ায় বরুণঃ সত্যসঙ্গরঃ ॥৪৩॥
সুবর্চসং মহাত্মানং তথৈবা প্যতিবর্চসম্। হিমবান্ প্রদদৌ রাজন্ ! হুতাশনসুতায় বৈ ॥৪৪॥
কাঞ্চনঞ্চ মহাত্মানং মেঘমালিনমেব চ। দদাবনুচরৌ মেরুরগ্নিপুত্রায় ভারত। ॥৪৫॥
স্থিরঞ্চাতিস্থিরঞ্চৈব মেরুরেবাপরৌ দদৌ। মহাত্মনেঽগ্নিপুত্রায় মহাবলপরাক্রমৌ ॥৪৬॥
উচ্ছ্রিতঞ্চাগ্নিশৃঙ্গঞ্চ মহাপাষাণযোধিনৌ। প্রদদাবগ্নিপুত্রায় বিন্ধ্যঃ পারিষদাবুভৌ ॥৪৭॥
সংগ্রহং বিগ্রহঞ্চৈব সমুদ্রোঽপি গদাধরৌ। প্রদদাবগ্নি পুত্রায় মহাপারিষদাবুভৌ ॥৪৮॥
উন্মাদং পুষ্পদন্তঞ্চ শঙ্কুকর্ণং তথৈব চ। প্রদদাবগ্নি পুত্রায় পার্ব্বতী শুভদর্শনা ॥৪৯॥

---

কাওয়বা সুব্রত কৌবগা সত্যসন্ধ কৌবগা অনি অসি খোঙলোয় ওইনবা দান তৌখি ॥৩৯॥ বিধাতানা জগতা কাওয়বা সুব্রত সুকর্ম্ম কৌবা অনীবু অনুচর ওইনবা কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৪০॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! দেবতা অখোইবা পূষানা মায়া হৈয়বা পানিতক কালিক কৌবা মাগী অনুচর অনীসি কার্ত্তিককী অনুচর ওইনবা পীখোকখি ॥৪১॥ ভরতশাগেগী অখোইবা ! বায়ু দেবতানা মমায় পাক্লবা খোইনা কল্লবা বল অতিবল কৌবা অনীবু অনুচর ওইনবা স্বামী কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৪২॥ চাকক চেৎপা বরুণ দেবতানা তিমির ওগী মায়খোং পানবা খোইদোক্লা কল্লবা ঘসগা অতিঘসগা অনীবু কার্ত্তিকতা পীখোকখি ॥৪৩॥ মহারাজ ! হিমালয়না অগ্নিদেবগী মচা ওইনা পোকপা কার্ত্তিকতা সুবর্চ্চাগা অতিবর্চ্চাগা অনী অসি কার্ত্তিকতা খোঙলোয় ওইনবা দান তৌখি ॥৪৪॥ ভরতনন্দন ! সুমেরু কৌবা চীঙজাওনা মহাত্মা ওইরবা কাঞ্চনগা মেঘমালীগা অনীবু খোঙলোয় ওইননবা কার্ত্তিকতা দান তৌখোকখি ॥৪৫॥ সুমেরুনা অমুকসু খোইনা হেন্না কল্লবা স্থির অতিস্থির কৌবা অনীবু কার্ত্তিকতা মাগী খোঙলোয় ওইননবা দান তৌখি ॥৪৬॥ বিন্ধ্যপর্ব্বতনা নুপাক নুংঙমতনা খুৎলায় ওইদুনা শোন্নবা, কল্লোরবা উচ্ছ্রিত অগ্নিশৃঙ্গ কৌবা অনীবু কার্ত্তিকতা মাগী খোঙলোয় ওইননবা দান তৌখি ॥৪৭॥ সমুদ্রনা গদা পায়বা বিগ্রহ অমদি সংগ্রহ কৌবা অনীবু কার্ত্তিকী অনুচর ওইননবা পীখোকখি ॥৪৮॥ নি-ংথিরবি পার্ব্বতিনা অগ্নিগী মচা কার্ত্তিকতা উন্মাদ, পুষ্পদন্ত, শঙ্কুকর্ণ কৌবা অনুচর অহুম কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৪৯॥ নিংথৌ অখোইবা ! নাগরাজ বাসুকিনা অগ্নিনন্দন কার্ত্তিকতা জয়

জয়ং মহাজয়ঞ্চৈব নাগৌ জ্বলনসূনবে । প্রদদৌ পুরুষব্যাঘ্র ! বাসুকিঃ পন্নগেশ্বরঃ ॥৫০॥
এবং সাধ্যাশ্চ রুদ্রাশ্চ বসবঃ পিতরস্তথা । সাগরাঃ সরিতশ্চৈব গিরয়শ্চ মহাবলাঃ ।৫১।
দদুঃ সেনাগণাধ্যক্ষান্ শূলপট্টিশধারিণঃ । দিব্যপ্রহরণোপেতান্ নানাবেশবিভূষিতান্ ।৫২।
( যুগ্মকম্ )

ততঃ শক্রাস্ত্রমদদদ্ভগবান্ পাকশাসনঃ । গুহায় রাজশার্দ্দূল ! বিনাশায় সুরদ্বিষাম্ ।৫৩।
মহাস্বনাং মহাঘণ্টাং দ্যোতমানাং সিতপ্রভাম্ । তরুণাদিত্যবর্ণাঞ্চ ভরতর্ষভ ! ।৫৪।
দদৌ পশুপতিস্তস্মৈ সর্বভূতমহাচমূম্ । উগ্রাং নানাপ্রহরণাং তপোবীর্য্যবলান্বিতাম্ ।৫৫।
অজেয়াং স্বগণৈর্যুক্তাং নাম্না সেনাং ধনঞ্জয়াম্
রুদ্রতুল্যবলৈর্গুপ্তাং যোধানাময়ুতৈস্ত্রিভিঃ । ন সা বিজানাতি রণাৎ কদাচিদ্বিনিবর্ত্তিতুম্ ।৫৬।
( বিশেষকম্ )

বিষ্ণুর্দদৌ বৈজয়ন্তীং মালাং বলবিবর্দ্ধিনীম্ । উমা দদৌ বিরজসী সূর্য্যসন্নিভে ।৫৭।

---

মহাজয় কৌবা কল্লবা লিল অনীবু খোঙলোয় ওইননবা কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৫০॥ মতৌ অনুম্না সিদ্ধ সাধ্যশিং, রুদ্র, মরাম্না বসুশিং পিতৃলোকশিং সমুদ্র মরাম্না অচুপা তুরেল পুম্বা চিং চাউরবা কল্লবা চিংজাও মরাম্না থাঙ, তা, ত্রিশূল পায়বা লালগী কিজোল মথল মথল শেৎপা, স্বর্গগী খুৎলায় মশিংগুনা পায়রবা লান্মিশিংবু কার্ত্তিকতা দান তৌখি ॥৫১—৫২॥ নিংথৌ অখোইবা ! অচুগী তুংদা ভগবান ইন্দ্রনা অসুর মরাম্বু হাৎননবগীদমক্তা শক্তি কৌবা খুৎলায় অম স্বামি কার্ত্তিকতা পিখি ॥৫৩॥ ভরতশাগেগী অখোইবা ! মহাদেবনা কার্ত্তিকতা রাম্না কবরবা মোইবুং অমগা, অনৌবা নুমিৎকুম তাংতাঙনরবা কিরাল অমগা ধনঞ্জয়া কৌবা লান্মি তেজোল মপৈ অমগা দান তৌখি । মোইবুং অসি অকিব কংনা হোই । থাগী মপেক্কুম ঊরং লংনা তৌরকৈ । কার্ত্তিকতা পিরিবা লান্মি মপৈ অসি জগৎকি মনুংদা খ্বাইদগী কল্লবা লান্মি তেজোলনি হায়না মমিং চৎলবনি । লান্মিশিং অসিগী অমমমদা তপস্যাগী শক্তি, হকচাংগী পাঙ্গোম পাজল অচুপা অমনা পাক্ কংকল্লবা গুণমক্তনা তিল্লিবনি । অতুপা অমমম্না রুদ্র মহাদেবগা মান্ননা কল্লবা লান্মি লিশিং কুহ্রানা স্বামি কার্ত্তিকপু অহিং পুংখিদ্বা তাকশেন্নুনা থমখি । মখোয় অসি লালকমদগী নিঙহন্নদুনা চেনবা হায়বদু খঙল্লিবা তাক্তনি ॥৫৪—৫৬॥ বিষ্ণুনা কার্ত্তিকতা থম্মোয় হকচাং পাজল হেনৎহনবি বৈজয়ন্তি কৌবি মালা অম দান তৌখি পার্ব্বতিনা খোইদোক্না শেংলবা নুরবা নুমিৎকি মপেক্কুম্না তঙাপ তঙেংনা লংলবা কয়রবা ফি অনী দান তৌখি ॥৫৭॥ গঙ্গানা কার্ত্তিকতা নুরবা ঈশিংনা থল্লবা কমণ্ডলু অম, বৃন্দ'তিনা চৈত অম, গরুড়না মাম্না নুংশিনা মাগী নুংশিরবা মচৈ মচু ঊরং লংলবা ময়ূর মাচৌ অম

গঙ্গা কমণ্ডলুং দিব্যমমৃতোদ্ভবমুত্তমম্ ।
দদৌ প্রীত্যা কুমারায় দণ্ডঞ্চৈব বৃহস্পতিঃ । গরুড়ো দয়িতং পুত্রং ময়ূরং চিত্রবর্হিণম্ ॥৫৮॥
অরুণস্তাম্রচূড়ঞ্চ প্রদদৌ চরণায়ুধম্ । নাগন্তু বরুণো রাজা বলবীর্য্যসমন্বিতম্ ॥৫৯॥
কৃষ্ণাজিনং ততো ব্রহ্মা ব্রহ্মণ্যায় দদৌ প্রভুঃ । সমরেষু জয়ঞ্চৈব প্রদদৌ লোকভাবনঃ ॥৬০॥
সৈনাপত্যমনুপ্রাপ্য স্কন্দো দেবগণস্য হ । শুশুভে জ্বলিতোঽর্চ্চিষ্মান্ দ্বিতীয় ইব পাবকঃ ॥৬১॥
ততঃ পারিষদৈশ্চৈব মাতৃভিশ্চ সমন্বিতঃ । যযৌ দৈত্যবিনাশায় হ্লাদয়ন্ সুরপুঙ্গবান্ ॥৬২॥
সা সেনা নৈর্ঋতী ভীমা সঘণ্টোচ্ছ্রিতকেতনা । সভেরীশঙ্খমুরজা সায়ুধা সপতাকিনী ।
শারদী দ্যৌরিবাভাতি জ্যোতির্ভিরিব শোভিতা ॥৬৩॥
ততো দেবনিকায়াস্তে নানাভূতগণাস্তথা । বাদয়ামাসুরব্যগ্রা ভেরীঃ শঙ্খাংশ্চ পুষ্কলান্ ॥৬৪॥
পটহান্ ঝর্ঝরাংশ্চৈব ক্রকচান্ গোবিষাণিকান্ । আড়ম্বরান্ গোমুখাংশ্চ ডিণ্ডিমাংশ্চ মহাস্বনান্ ॥৬৫॥
(যুগ্মকম্)
তুষ্টুবুস্তে কুমারন্তু সর্ব্বে দেবাঃ সবাসবাঃ । জগুশ্চ দেবগন্ধর্ব্বা নন্বতুশ্চাপ্সরোগণাঃ ॥৬৬॥

---

দান তৌখি ॥৫৮॥ গরুড়গী ময়াম্বা অরুণনা কার্ত্তিকতা মখোঙনা থুংলায় ওইবা য়েম্বা অম দান তৌখি । ঈশিংগী নিংথৌ বরুণনা কর্ত্তিকতা মপাঙ্গল য়াম্না কল্লবা রাং চাউরবা শামু অম পীখ ॥৫৯॥ মতীক মঙ্গল চাউরবা জগৎপু শেম্ব ব্রহ্মানা বেদবু রক্ষা তৌগদৌরিবা কার্ত্তিকতা কৃষ্ণসার কোবা শজীগী মউন অমগা অমুগা লাল খুদিংদা জয় ওইবা হায়বা বর অমুগা অনিসি পীখিখি ॥৬০॥ কার্ত্তিকনা লাইয়াম পুম্বগী লাইরৈবাকী সেনাপতিগী পদবি ফংলবা তুংদা কার্ত্তিক অসি মৈরি ফংনা চাক্লবা অনিশুবা মৈগী মতোঙ্গনা খোইদোক্লা নিঙথিজখ্রে ॥৬১॥

অমুগী তুংদা কার্ত্তিক অসি লাইয়াম খোঙমি লাম্মি পুম্নমক্কি মপুক্সিংদা নুংঙাইবা পোক্হন্দুনা খোঙলোয়শিংগা অমুগা কাত্তকা কোৎ মমাশিংগা লোয়ননা দৈত্যদানব ময়াম হাৎনবগে হায়দুনা যাত্রা তৌখোয়কই ॥৬২॥ মতম আসদা হিংচাবগী মতোঙ্গনা অকিবগী মশক ফংলবা লাম্মি মপৈ আস, হাইগৎনয়াক্লবা ফিরাল, পুংশেল যন্ত্র, পেরে শঙ্গানচিংবা ময়াম অসিনা, অমুগা থবানমিচাক্না পুমথল থল্লবা শরৎ ঋতুগী নোংমদোন মকোয়গী মতোঙ্গনা খোইদোক্লা নিঙথিজ-খি ॥৬৩॥ অমুগী তুংদা, লাইয়াম্না অমুগা ভূত প্রেতশিংনা খোঙকম লেঙদনা অকিব লেংঙনা পুংশেলনচিংবা যন্ত্র মখল মখল, খোইবুং পুংজাও, ঝাল, শিঙ্গা, গোমুখ কোবা যন্ত্র পুম্নমক্ অসি খোংবা হৌরকলে ॥৬৪—৬৫॥ মতম অমুদা ইন্দ্রগা লোয়ননবা লাইয়াম্না অনন্ত ওইনা স্বামি কার্ত্তিককি স্তুতিগান তৌব হৌরকই । গন্ধর্ব্বশিংনা ঈশৈ শকই, অপ্সরাশিংনা জগোই শাই ॥৬৬॥ মতম অমুদা খোইদোক্লা পেল্লবা কার্ত্তিকনা দেবতাশিংদা পুক্নিং থৌগৎপা ওইবা বরমু অমুম্ হায়না পীখিঃ—লাইয়াম্মু হাৎকে হায়না থল্লিবা হোৎনরিবশিং অমুম্ ঐনা শোয়দনা যাওহনগনি

ততঃ প্রীতো মহাসেনস্ত্রিদশেভ্যো বরং দদৌ । শত্রূন্ হন্তাস্মি সমরে যে বো বধচিকীর্ষবঃ ।৬৭।
প্রতিগৃহ্য বরং দেবাস্তস্মাদ্বিবুধসত্তমাৎ । প্রীতাত্মানো মহাত্মানো মেনিরে নিহতান্ রিপূন্ ।৬৮।
সর্ব্বেষাং ভূতসঙ্ঘানাং হর্ষান্নাদঃ সমুত্থিতঃ । অপূরয়ত লোকাংস্ত্রীন্ বরে দত্তে মহাত্মনা ।৬৯।
স নির্যযৌ মহাসেনো মহত্যা সেনয়া বৃতঃ । বধায় যুধি দৈত্যানাং রক্ষার্থঞ্চ দিবৌকসাম্ ।৭০।
ব্যবসায়ো জয়ো ধর্ম্মঃ সিদ্ধির্লক্ষ্মীর্ধৃতিঃ স্মৃতিঃ । মহাসেনস্য সৈন্যানামগ্রে জগ্মুর্নরাধিপ ! ।৭১।
স তয়া ভীময়া দেবঃ শূলমুদ্গরহস্তয়া । জ্বলিতালাতধারিণ্যা চিত্রাভরণবর্ম্ময়া ।৭২।
গদামুষলনারাচশক্তিতোমরহস্তয়া । দৃপ্তসিংহনিনাদিন্যা বিনদ্য প্রযযৌ গুহঃ ।৭৩।
( যুগ্মকম্)
তং দৃষ্ট্বা সর্ব্বদৈতেয়া রাক্ষসা দানবাস্তথা । ব্যদ্রবন্ত দিশঃ সর্ব্বা ভয়োদ্বিগ্নাঃ সমন্ততঃ ।৭৪।
অভ্যদ্রবন্ত দেবাস্তান্ বিবিধায়ুধপাণয়ঃ । দৃষ্ট্বা চ স ততঃ ক্রুদ্ধঃ স্কন্দস্তেজোবলান্বিতঃ ।৭৫।

---

॥৬৭॥ কার্ত্তিককি অসিঙনা বর অসি তাবদা খোইদোক্না সুংঙাইষবা লাইশিংনা মখোয়গী য়েক্কবা ওইরিবা দৈত্যদানব হিংচাবশিং অসি লোইন শিরেদনা হায়না থম্মি ॥৬৮॥ মতৌ অসুম্না মহ.ত্ম্ ওইরবা কার্ত্তিকনা বরদান তৌরবদা মকম অদুদা লৈবা জিব পানবা পুম্নমক্না অমত ওইনা লাউখোরক্পা হরাউ সুংঙাইবগী খোঞ্জেল্না মরোল অহুম অসি পুমনিন নিনথি ॥৬৯॥ অদুগী তুংদ কার্ত্তিক অসি পাকচাউরবা লান্মি মপৈনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা লাঙ্গাও লালকমদা দৈত্যদানবশিংবু হাংদলগা লাইরাংসু কনগে হায়বগীদমক লালকম তম্না থোরকলে ॥৭০॥ মহা-রাজ ! মতম্ অদুদা শ্রাইগী মাঙদা উদ্যম, জয়, ধর্ম্ম সিদ্ধি, লক্ষ্মী, ধৃতি স্মৃতি মখোয়সিনা কার্ত্তিককি মাঙদা চৎলি ॥৭১॥ গদা, য়োচ্ছুক, মুংগুক্, নারাচ, তানচিংবা থুৎলায় পায়বা, মথল মথা য়াম্বা লালগী কিজোম্না লৈতেংলবা, মরায় কায়বা নোংশাগুম্না চাউরবা ভংলবা লাম্নিশিং অহুগা লোয়নবা সিংহনাদ লাউ লাউরদুনা স্বামি কার্ত্তিকনা লালকম তাম্ন লাকলি ॥৭২–৭৩॥ মহাক্কি মশক্ উবদদা দৈত্যদানব অদুগা হিংচাবশিংনা কিবনা থক্ থক্ নিঙ্ক্না চেন্নবা হৌই ॥৭৪॥ অদুগী তুংদা থুংলোয় মথল মথল পায়রবা লাইরায় মখোয়গী মতুংদা প্রপ্রপ তাই । মাদু উবদা তেজনা অমদি পাঙ্গ্না ফিরবা কার্ত্তিকনা য়াম্না অশাউথগা লোয়ননা অকিবগী মশক্ ওইরবা থোরবা তা মথল মথল হিংচাবশিংলোমদা লংশিন্নকই । মতম্ অসিদা কার্ত্তিক অসি থী হৈজিন্নবা হৈম্বিগী মতোঙনা মশেক্ মতাম্ন থোইনা থোইনা লংবা হেক্তিন্নবই ॥৭৫–৭৬॥ মহারাজ ! হায়নীঙাক লৈতনা কন্নবা কার্ত্তিকনা তা মথল মথল লংশিন্নকবদা লৈমায়থক্তা তাশিং অদুনা অমম্ম্না শাংল শাংলবা শঙাইশেল অমমম্ঙনা

শক্ত্যস্ত্রং ভগবান্ ভীমং পুনঃ পুনরবাসৃজৎ । অদহচ্চাম্বনস্তেজো হবিবেদ্ধ ইবানলঃ ।৭৬।

( যুগ্মকম্ )

অভ্যস্যমানে শক্ত্যস্ত্রে স্কন্দেনামিততেজসা । উল্কাজাল মহারাজ ! পপাত বসুধাতলে ।৭৭।

সংহ্রাদয়ন্তশ্চ তথা নির্ঘাতাশ্চাপতন্ ক্ষিতৌ । যথান্তকালসময়ে সুঘোরাঃ স্যুস্তথা নৃপ । ।৭৮।

ক্ষিপ্তা হ্যেকা যদা শক্তিঃ সুঘোরানলসূনুনা । ততঃ কোট্যো বিনিষ্পেতুঃ শক্তীনাং ভরতর্ষভ ।৭৯।

ততঃ প্রীতো মহাসেনো জঘান ভগবান্ প্রভুঃ । দৈত্যেন্দ্রং তারকং নাম মহাবলপরাক্রমম্ ।

বৃতং দৈত্যাযুতৈর্বীরৈর্বলিভির্দশভির্নৃপ । ।৮০।

মহিষঞ্চাষ্টভিঃ পদ্মৈর্বৃতং সংখ্যে নিজঘ্নিবান্ । ত্রিপাদঞ্চাযুতশতৈর্জঘান দশভির্বৃতম্ ।।৮১।।

হ্রদোদরং নিখর্বৈশ্চ বৃতং দশভিরীশ্বরঃ । জঘানানুচরৈঃ সার্দ্ধং বিবিধায়ুধপাণিভিঃ ।৮২।।

তত্রাকুর্ব্বন্ত বিপুলং নাদং বধ্যৎসু শত্রুষু । কুমারানুচরা রাজন্ । পূরয়ন্তো দিশো দশ ।

নমৃতুশ্চ ববল্গুশ্চ জহসুশ্চ মুদান্বিতাঃ ।৮৩

শক্ত্যস্ত্রস্য তু রাজেন্দ্র । ততোঽর্চ্চিভিঃ সমন্ততঃ । দগ্ধাঃ সহস্রশো দৈত্যা নাদৈঃ স্কন্দস্য চাপরে ।৮৪।

চপ চপ য়াংথনা তাখি ।।৭৭।। মহারাজ ! প্রলয়গী মতমদা তৌংগুম্না মতম অহৃদা যক্স নোংখাং মপৈ মপৈন মরি মরি লৈমায়থক্তা তারকই ।।৭৮।। ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ কার্ত্তিকনা ভয়ঙ্কর কাংথোকখিবা শক্তি অমম্বা কোটী কোটীথোক' হিংচাব লাম্মি তেঙ্গোল মরক্তা তাখি ।।৭৯।। মহারাজ ! অদুগী তুংদা মতিক্ মগুণ চাউরবা কার্ত্তিকনা য়াম্মা নুংঙাইনা ঈরায় লায়না বক্লবা দৈত্যদানব হিংচাবশিংনা কোয়শিল্লবা মপাজল মথৌনা লৈরবা, অকিবগী মশক ওইরবা তারকাসুরবু হাৎখি ।।৮০।।

অদুগা বক্লবা স্বামী কার্ত্তিকনা হিংচাবা কয়া কয়ানা কোয়শিল্লবা মহিষাসুর অদুগা ত্রিপাদাসুরবুসু হাৎখি ।।৮১।। মহারাজ ! ঈশ্বরগী শক্তীনা তিল্লবা কার্ত্তিকনা মথল মথা অয় য়া খুলায় পায়বা খোংলোয় লাম্মিশিংনা কোয়শিল্লবা হ্রদদেব কৌবা হিংচাববুসু হাৎখি ।। ৮২ ।। মহারাজ ! কার্ত্তিকনা মতৌ অসুম্না য়েক্লবশিংবু হাচিল্লক্রংদা মাগী লায়গী খোঙমিল লিম্মি ময়াম্না য়াম্না হয়াওনা লাও খোঙখি চোংকল্লি কাক কাক নোকখি ।। ৮৩ ।। নিংথৌ অথোয়বা অদুগী তুংদা স্বামি কার্ত্তিকগী তাগী মচিল্লগী থোরকপা মৈ য়িনা দৈত্যদানব লিশিং লিশিংবু চাকথেকপা হৌরকলে । কার্ত্তিক মথগী সিংহনাদ মখোয়া দৈত্য কয়া কয়া য়াম্বহনা তুথখি কয়া কয়াসু মথক্তাই থাখি ।।৮৪।। মাচল্লা মৈরি কয়া হৌরকপা ময়ামগী মৈনা দৈত্য কয়াকয়াবু চাকথেকহল্লা মরাল অহুমগী অকিবা কংলবা থৌদোক অসি থোকহনখি । অদুগা লায়ামশিংগী

ত্রৈলোক্যং ত্রাসিতং সর্বং জৃম্ভমাণাভিরেব চ । দগ্ধা মহার্চ্চির্ভিঃ সেনাদৈত্যাহিতাঃ পরে ।৮৫।
পতাকয়াবধুতাশ্চ হতাঃ কেচিৎ সুরদ্বিষঃ । কেচিদ্ঘণ্টারবত্রস্তা নিপেতুর্বসুধাতলে ।
কেচিৎ প্রহরণৈশ্ছিন্না বিনিপেতুর্গতায়ুষঃ ।৮৬।
এবং সুরদ্বিষোঽনেকান্ বলবানাততায়িনঃ । জঘান সমরে বীরঃ কার্ত্তিকেয়ো মহাবলঃ ।৮৭।
বাণো নামাথ দৈতেয়ো বলেঃ পুত্রো মহাবলঃ । ক্রৌঞ্চপর্বতমাশ্রিত্য দেবসঙ্ঘানবাধত ।৮৮।
তমভ্যয়ান্মহাসেনঃ সুরশত্রুমুদারধীঃ । স কার্ত্তিকেয়স্য ভয়াৎ ক্রৌঞ্চং শরণমীয়িবান্ ।৮৯।
ততঃ ক্রৌঞ্চং মহামন্যুঃ ক্রৌঞ্চনাদনিনাদিতম্ । শক্ত্যা বিভেদ ভগবান্ কার্ত্তিকেয়োঽগ্নিদত্তয়া ।।৯০।।
স শালস্কন্ধশবলং ত্রস্তবানরবারণম্ । প্রোড্ডীনোদ্ভ্রান্তবিহগং বিনিষ্পতিতপন্নগম্ ।।৯১।।
গোলাঙ্গুলর্ক্ষসঙ্ঘৈশ্চ দ্রবদ্ভিরনুনাদিতম্ । কুরঙ্গগতনির্ঘোষনিনাদিতবনান্তরম্ ।৯২।
বিনিষ্পতদ্ভিঃ শরভৈঃ সিংহৈশ্চ সহসা দ্রুতৈঃ ।
শোচ্যামপি দশাং প্রাপ্তো ররাজৈব স পর্ব্বতঃ ।৯৩। (বিশেষকম্)

---

খোল্লাউতনা দৈত্য কয়া কয়া মিকুপ্তা মথরাই থানখি ॥ ৮৫ ॥ হিংচাবা কয়াদি কীরক চৈখোরক্লা ফুবথিনবতদা মথরায় থায় । হিংচাব কয়াকয়ানা শন্নিকী মখোল তাবদা কিবনা থকথক নীক্কনা মক্ক লুকথদুনা কমথখি । হিংচাবা কয়াকয়ানা মখোং মথুৎ মচোই মচোই তাদুনা লৈমায়থক্তা তাখি ॥ ৮৬ ॥ মতৌ অসুম্না থমোয়গী অমদি হকচাংগী মহা শক্তিনা তিন্নবা খামী কার্ত্তিকনা খুদায় পায়বা হিংচাবা লাম্মী কয়া কুয়াবু হাৎখ্রে ॥ ৮৭ ॥ অসিগী তুংদা বলিগী মচানিপা মহাওইনা কন্নবা বাননা ক্রৌঞ্চপর্ব্বততা লৈশিন্দুনা লায়াম লান্মীশিংবু ছায়ক্কর শানা ওৎপা হৌরক্লে ॥ ৮৮ ॥ মতম অসিদা কন্নবা শিংলবা কার্ত্তিকনা লায়ামগী মহারেন্নবা বান তম্না চেঙ্গিনখি বাননা কিমনপ্রদুনা ক্রৌঞ্চপর্ব্বতকী লোকনুং অমদা লোত্তুনা থাতখি ॥ ৮৯ ॥ অসিগী তুংদা মতিক মঙন চাওরবা কার্ত্তিকনা য়াম্না শাওখিদুবা অগ্নিদেবনা পিরকপা তা অদুনা উয়োক মপৈ মপৈগী মখোয়া পুমনিন নিন্নবা ক্রৌঞ্চ কোবা চীংজাওদুবু খিনগাইখি ॥ ৯০ ॥ ক্রৌঞ্চ চীঙজাওনা খিনগাইদুনা কেৎ কেৎ হায়দুনা খাতলকপা মতমদা চীংগুপাখি চাওর চাওরবা-শিংগী মশা মথেংশিংনা হায়দুয়া খাঙবদুমক ওঙ্হোক্লা নীঙখিরে । চীংনুং মাঙুংদা লৈরবা য়োংশিং শামুশিংনা কিদুনা কাতু কারল চেরে । উচেক য়ায়া পুম্বা ইপাপাখৎনা খোঙখি । চাওরচাওরবা শাংল শাংলবা লিনশিংনা মাগী মাগী মথুক্কগী চেঙ্গোয়কই । য়োংমুশিং শওমশিংনা অকিং অকায় ওইনা খোংল খোংলতুনা চেনখি । শঙ্গি শত্তাইগী অকপ অয়াওবী মখোঙনা চীংনুং অহু খোঙ্হাং রৈনা পুমনিন নিনখি । শত্তংশিংনা মপৈ মপৈ চেঙ্গোক্লকই, নোংশাশিংনা মাগী মাগী মকোক্ষগী চেঙ্গোয়কই । অরাবা থুদোংথিবগী মতম হৌবদু কাওবা ক্রৌঞ্চ কোবা চিংজাও অসি মশাগী মহৌশাগী কজবদুমক্তনা ঐকন কজদুনা লৈরি ॥ ৯১—৯৩ ॥ ক্রৌঞ্চপর্ব্বত মতোন্থা লৈরিবা বিদ্যা ধরশিং অমদি কিন্নরশিংনা কার্ত্তিকী তা ময়ায়া নোংমদোনথকগী পারথবকপা থক্তি মরামগী

বিদ্যাধরা সমুৎপেতুস্তস্য শৃঙ্গনিবাসিনঃ। কিন্নরাশ্চ সমুদ্বিগ্নাঃ শক্তিপাতরবোদ্ধতাঃ ।৯৪।
ততো দৈত্যা বিনিষ্পেতুঃ শতশোঽথ সহস্রশঃ। প্রদীপ্তাৎ পর্ব্বতশ্রেষ্ঠাদ্বিচিত্রাভরণস্রজঃ।
তান্নিজঘ্নুরতিক্রম্য কুমারানুচরা মৃধে ।৯৫।
স চৈব ভগবান্ ক্রুদ্ধো দৈত্যেন্দ্রস্য সুতং তদা। সহানুজং জঘানাশু বৃত্রং দেবপতির্যথা ।৯৬।
বিভেদ শক্ত্যা ক্রৌঞ্চঞ্চ পাবকিঃ পরবীরহা। বহুধা চৈকধা চৈব কৃত্বাত্মানং মহাবলঃ ।৯৭।
শক্তিঃ ক্ষিপ্তা রণে তস্য পাণিমেতি পুনঃ পুনঃ। এবং প্রভাবো ভগবাংস্ততো ভূয়শ্চ পাবকিঃ ।৯৮।
শৌর্য্যাদ্দ্বিগুণযোগেন তেজসা যশসা শ্রিয়া। ক্রৌঞ্চস্তেন বিনির্ভিন্নো দৈত্যাশ্চ শতশো হতাঃ ।৯৯।
(যুগ্মকম্)
ততঃ স ভগবান্ দেবো নিহত্য বিবুধদ্বিষঃ। সভাজ্যমানো বিবুধৈঃ পরং হর্ষমবাপ হ ।১০০।
ভিন্নে ক্রৌঞ্চে গিরিবরে চণ্ডপুত্রে চ পাতিতে। ততো দুন্দুভয়ো রাজন্। নেদুঃ শঙ্খাশ্চ ভারত।।১০১।
মুমুচুর্দেবযোষাশ্চ পুষ্পবর্ষমনুত্তমম্। যোগীনামীশ্বরং দেবং শতশোঽথ সহস্রশঃ ।১০২।

মখোয়া খাওবা লৈবা ভস্মকত্রদুনা নোংমদোঙ্কক্তা মায়া তৌদুনা পায়খৎখি ॥ ৯৪ ॥ অদুগী তুংদা মখল মখা অয়াম্ব: মওং মচুগী খিজেৎনা লৈত্তেংলবা অদুগা মালা পরেং পরেং শিয়বা দৈত্য কয়া কয়ানা ক্রেৌঞ্চ চিংজাওদুদগী চেম্থোরকলে। অদুদগী কার্ত্তিককী লান্মিশিংনা মখোয় মখোয়গী মপাদগী হেন্দোরক্তুনা মাঙলোমদা থৎ থৎতুনা হাৎলকলে ॥ ৯৫ ॥ মমাতৈদা ইন্দ্রনা বৃত্রাসুর হাৎখিবদুগুম্, মতিক মগুণ চাউরবা কার্ত্তিকনা অসাউবগা লোয়ননা মাগী খোঙলোয়গা লোয়ননা তারকাসুরগী মচাবু নৈখি মথ্‌াই লৌখি ॥৯৭॥ অদুগী তুংদা খোইনা কল্লবা রেঙ্গবা নৈহৎতম্বা কার্ত্তিকনা মশামকপু বহুরূপী ওইনা মশক নওং তোঙাল তোঙালবগী শায়োন্দা চোংথোরক্‌না তত্তনা ক্রেৌঞ্চ চিংজাওবু উংসন্ন শানা থুগাইখ্রে ॥ ৯৭ কার্ত্তিকনা লাল্লাও অদুদা তা মখল মখল লংশিন্নকই। অদুগা লংথোকৃখিবা তা মশিং অমত্তমক রাস্তনা কার্ত্তিককী মখুত্তা অমুমুক হনজিলকই। ভগবান কার্ত্তিককী অসিগুম্বা শক্তি ওংক্তা লৈরে। অদুগী তুংদা পাঙ্গল থৌনা বিদ্যা তেজবীজ' অমদি অকনব অমগী মশাদা লৈগদোবা খুদমগুণনা তিন্নবা কার্ত্তিকন, ক্রেৌঞ্চ পর্ব্বতপু শিংওপ শানা খিনগাই হনগাইরগা মদুদা লৈরম্বা চেনখোকনরকপা দৈত্য চাম চামবু তান্না তান্না হাৎখি ॥ ৯৮—৯৯ ॥ ভগবান কার্ত্তিকনা মতৌ অসুমনা অসুরাশিংবু হাৎলবদা স্বর্গগী দেবতাশিংনা দেবসেনানায়ক কার্ত্তিকি নৈশি লৈথোনখি লাইখুংদিংমক হয়াও তয়ামখি ॥ ১০০ ॥

ভরতনন্দন i নিংথৌ। চিং অথোয়বা ক্রেৌঞ্চবু খিনগাইখ্রবা অদুগা তারকাসুরবু হাৎখ্রবদা নোংমদোঙ্কক্তা লায়ামগী পুংজাওগী অদুগা মোইবুংগী মখোয়া পূমনিন নিন্নখি ॥ ১০১ ॥ লাইরৈপাক্কি লায়রেমবি চাম চাম লিশিং লিশিংনা যোগগী অথোইবা কার্ত্তিকৃকি মথক্তা লৈ খুজোক খুজোক চাইখখি ॥ ১০২ ॥ শেংলবা দুংশিংনা লাইরৈবাক্কি পুংশিবা মনম পূদুনা লিঙ্কি লিঙ্কি

দিব্যং গন্ধমুপাদায় ববৌ পুণ্যশ্চ মারুতঃ । গন্ধর্ব্বাস্তুষ্টুবুশ্চৈনং যজ্বানশ্চ মহর্ষয়ঃ ।১০৩।

কেচিদেনং ব্যবস্যন্তি পিতামহসুতং প্রভুম্ । সনৎকুমারং সর্ব্বেষাং ব্রহ্মযোনিং তমগ্রজম্ ।১০৪।

কেচিন্মহেশ্বরং সুতং কেচিৎ পুত্রং বিভাবসোঃ । উমায়াঃ কৃত্তিকানাঞ্চ গঙ্গায়াশ্চ বদন্ত্যত ।১০৫।

একধা চ দ্বিধা চৈব চতুর্দ্ধা চ মহাবলম্ । যোগিনামীশ্বরং দেবং শতশোঽথ সহস্রশঃ ।১০৬।

( যুগ্মকম্ )

এতত্তে কথিতং রাজন্ ! কার্ত্তিকেয়াভিষেচনম্ । শৃণু চৈব সরস্বত্যাস্তীর্থবর্য্যস্য পুণ্যতাম্ ।১০৭।

বভূব তীর্থপ্রবরং হতেষু সুরশত্রুষু । কুমারেণ মহারাজ ! ত্রিপিষ্টপমিবাপরম্ ।১০৮।

ঐশ্বর্য্যাণি চ তত্রস্থো দদাবীশঃ পৃথক্ পৃথক্ । তদা নৈর্ঋতমুখ্যেভ্যস্ত্রৈলোক্যং পাবকাত্মজঃ ।১০৯।

এবং স ভগবাংস্তস্মিংস্তীর্থে দৈত্যকুলান্তকঃ । অভিষিক্তো মহারাজ ! দেবসেনাপতিঃ সুরৈঃ ।১১০।

তৈজসং নাম তত্তীর্থং যত্র পূর্ব্বমপাংপতিঃ । অভিষিক্তঃ সুরগণৈর্বরুণো ভরতর্ষভ ! ।১১১।

তস্মিংস্তীর্থবরে স্নাত্বা স্কন্দঞ্চাভ্যর্চ্চ্য লাঙ্গলী । ব্রাহ্মণেভ্যো দদৌ রুক্মং বাসাংস্যাভরণানি চ ।১১২।।

---

ফিবশি। গন্ধর্ব্বশিংনা অমুগা যাজ্ঞিক মহার্ষিশিংনা কার্ত্তিককি স্তুতিগন তৌখি ॥ ১০৩ ॥ কয় খরখি — কার্ত্তিক হায়বসে ব্রহ্মামাক মচানি তপস্যাগী শক্তিদগী পোকপনি। মরূচিনচিংবগীশু মখুনি। মতিক মগুন চথরবা সন্যকুমারমক্তি ॥ ১০৪ ॥ খরনা অতুমনা শোয়খি — মহাক্তি শিব মহাদেবগী মচানি খরনা হায়ঃ— অগ্নিদেবগী মচানি। অমুগা খরনা পার্ব্বতিগী মচা খরনা কৃত্তিকাশিংগী মচা অমুগা খরনা গঙ্গাগী মচানি হায়নখি অউবা চাম চামনা ফিশিং জিশিংনা কর্ত্তিকপু একমূর্ত্তিনি, দ্বিমূর্ত্তিনি, চতুমূর্ত্তিনি, বহুমূর্ত্তিনি হায়না শোয়খি খরখি ॥১০৫-১০৬॥ মহারাজ। ঐনা মহারাজদা কার্ত্তিককী অভিষেককী মরমদা ফিরবনি। অমুগা হৌজিক্তি তীর্থ অথেইব সরস্বতীগী মতিকমগুণ অমদি পূন্য চেনবগী মরমদা তাবিয়ো ॥১০৭॥ মহারাজ! কার্ত্তিবনা অসুর পুম্বু হাৎলপদা, কার্ত্তিককী অভিষেককী মকম অদো অনীশুবা স্বর্গগী মতো ওমখ্রে। ॥১০৮॥ যোগগী শক্তিনা তিন্নব কর্ত্তিকনা মকম অদুদা লাকনা চাওথৈ মৈরম্মচংবা মায়গৈগী মাথ্যগৈঙাকপা লাইশিংদ তোয়াল তোঙাম্না মরোল অহুমগী মপুওইবা অমদি সম্পত্তি পুম্ব দান তৌবখ ॥১০৯॥ মহারাজ। মতৌঅসুম্না দেবতাশিংনা সরস্বতীগী মপান্দা লাকনা মতিক মগুন চাউরবা দৈত্যশাগৈবু মাঙহনবা কার্ত্তিকপু দেবসেনাপতিগী পদবীদা অভিষেক তৌখিদে। ॥১১০॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা। মমাঙৈদা দেবতাশিংনা অমুগুমবা মকমদা বরুণবু জলাধিপতি ওইন অভিষেক তৌখিবা মকমদো তৈজস তীর্থ হায়না কাওখিদে। ॥১১॥ বলরাম্না তীর্থ অদুদা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা সনাসুপা কিয়োল দান তৌখি ॥১১২॥ মেরুবা ওবা,

উষিত্বা রজনীং তত্র যাদবঃ পরবীরহা।　　পূজ্য তীর্থবরং তচ্চ স্পৃষ্ট্বা তোয়ঞ্চ লাঙ্গলী।
হৃষ্টঃ শ্রীভবনাশ্চৈব জগাম যাদবোত্তমঃ ॥১১৩॥
এতত্তে সর্ব্বমাখ্যাতং যন্মাং ত্বং পরিপৃচ্ছসি।　　যথাভিষিক্তো ভগবান্ স্কন্দো দেবৈঃ সমাগতৈঃ ॥১১৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
দ্বিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥*

——*——

যদু বংশগী অপোইবা বলদেবনা অমুগুম্বা তীর্থ অমুদা অহিং অম য়ায়রেক্লগা, তীর্থ অথোইবমুগী ঈশিংদা স্নানধ্যাননচিংবা তৌরগা য়ামনা হুয়াউনা লৈখি ॥১১৩॥ মহারাজ! মহারাজনা ঐহোক্না হংবিখিবা অমুগা দেবতাশিংনা লাবক্তুনা কার্ত্তিকপু সেনাপতি থোয়িহনা অভিষেক তৌখিবা অদু পুমনমক মহারাজগী নকমদা মথং শীংনা ফীজয়খনি ॥১১৪॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলাশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মমুংদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতাংদা সারস্বতোপাখ্যানগী নিফু নিথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

(সারস্বত তীর্থগী য়ারী মথং)

## ত্রিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ।

### নিফুহুমদোইশুবা অধ্যায়।

জনমেজয় উবাচ।

অত্যদ্ভুতমিদং ব্রহ্মন্! শ্রুতবানস্মি তত্ত্বতঃ।　　অভিষেকং কুমারস্য বিস্তারেণ যথাবিধি ।১।
যচ্ছ্রুত্বা পূতমাত্মানং বিজানামি তপোধন ।।　　প্রহৃষ্টানি চ রোমাণি প্রসন্নঞ্চ মনো মম ।২।
অভিষেকং কুমারস্য দৈত্যানাঞ্চ বধং তথা।　　শ্রুত্বা মে পরমা প্রীতিভূর্য়ঃ কৌতুহলং হি মে ।৩।

জনমেজয়না হায়ঃ— ব্রাহ্মণ! ঐনা ব্রাহ্মণগী নকমদগী য়ায় অশুকপগী মশক্ ওইরবা কার্ত্তিককী অভিষেককী মরমদা ময়াং কায়না তাবা ফংজরে ॥১॥ তপোধন! য়ারীশিং তাজ-রগা ঈশা ইংত্তবা শেংকবনি পুন্য চেন্নবনি খল্লরে। পুক্কিং তুকুংবা পোক্নে। পুক্কিং অসি ঈপেন পোক্লরে ॥২॥ কার্ত্তিককী অভিষেক অমদি দৈত্য মরাম হাৎখিবগী য়ারী তাবসীদা পুক্কিংদা পেন্নবা কুংঙাইবা অমসু পোক্লে। অতুনা অতৈ মথংসু য়ায় তাজনীঙলে ॥৩॥ সাধু অথোইবা!

অপাং পতিঃ কথং হ্যস্মিন্নভিষিক্তঃ পুরা সুরৈঃ । তন্মে ব্রূহি মহাপ্রাজ্ঞ ! কুশলো হ্যসি সত্তম ! ॥৪॥

বৈশম্পায়ন উবাচ ।

শৃণু রাজন্ ! ইদং চিত্রং পূর্ব্বকল্পে যথাতথম্ । আদৌ কৃতযুগে রাজন্ ! বর্ত্তমানে যথাবিধি ।
বরুণং দেবতাঃ সর্ব্বাঃ সমেত্যেদমথাব্রুবন্ ॥৫॥
যথাস্মান্ সুররাট্ শক্রো ভয়েভ্যঃ পাতি সর্ব্বদা । তথা ত্বমপি সর্ব্বাসাং সরিতাং বৈ পতির্ভব ॥৬॥
বাসশ্চ তে সদা দেব ! সাগরে মকরালয়ে । সমুদ্রোঽয়ং তব বশে ভবিষ্যতি নদীপতিঃ ॥৭॥
সোমেন সার্দ্ধঞ্চ তব হানিবৃদ্ধী ভবিষ্যতঃ । এবমস্ত্বিতি তান্ দেবান্ বরুণো বাক্যমব্রবীৎ ॥৮॥
সমাগম্য ততঃ সর্ব্বে বরুণং সাগরালয়ম্ । অপাংপতিং প্রচক্রুর্হি বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা ॥৯॥
অভিষিচ্য ততো দেবা বরুণং যাদসাং পতিম্ । জগ্মুঃ স্বান্যেব স্থানানি পূজয়িত্বা জলেশ্বরম্ ॥১০॥
অভিষিক্তস্ততো দেবৈর্ব্বরুণোঽপি মহাযশাঃ । সরিতঃ সাগরাংশ্চৈব নদাংশ্চাপি সরাংসি চ ।
পালয়ামাস বিধিনা যথা দেবান্ শতক্রতুঃ ॥১১॥
ততস্তত্রাপ্যুপস্পৃশ্য দত্ত্বা চ বিবিধং বসু । অগ্নিতীর্থং মহাপ্রাজ্ঞো জগামাথ প্রলম্বহা ।
নষ্টো ন দৃশ্যতে যত্র শমীগর্ভে হুতাশনঃ ॥১২॥

---

মহাজ্ঞানী ! মমাঙৈদা দেবতাশিংনা তীর্থ অসিদা মতৌকয়ম্না বরুনদা জলাধিপতি ওইনা অভিষেক তৌখিবগে ? মহু অমুক্তা লিখিয়ু। মরমদি ব্রাহ্মণদি য়াম্নাবা ওহোকনা হৈনব্রে ॥৪॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ ! মমাঙৈদা থোকখিবা ক্লাকিশিংকো তাবিয়ো। মহারাজ ! মমাঙৈদা বিধি কায়দনা সত্যযুগ হায়বা যুগ অহনা অমুম্ চথক্লবদা লাইয়াম্না নোংমা বরুণদা লাক্লুনা অমুম্না হায়রৈঃ— ॥৫॥ "দেবরাজ ইন্দ্রনা ঐখোয়বু ঙাকৃপিশেনবিবা অসিগুম্না হে বরুণ ! নহাক্ষু ঈশিং পুম্ববু ঙাকৃপিশেনবিয়ু" ॥৬॥

হে দেব ! হে বরুণ ! নহাক্কী লৈকম্ষু ঈপাক্তনি । ঈশিংগী নিংথৌ ঈপাক্ষু নহাক্কী নখাপোম্ম লৈগনি ॥৭॥ নোংমদোক্কী থাগা লোয়ননা মহাক্কী হেনগৎপা হন্থবা ওইগনি । "করে মাহুমক ওইসনু" হায়না বরুণনা লাইয়ামদা খুম্মি ॥৮॥ অদুগী তুংদা দেবতা পুম্বা তিয়দুনা শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম কায়দনা বরুণবু ঈশিংদা লৈবা জলাধিপতি ওইনা অভিষেক তৌখি ॥৯॥ অদুগী তুংদা দেবতাশিংনা জলজন্তু খিবিক্কী মপু ওইনা বরুণবু অভিষেক তৌয়গা য়াম্না ঈকায়খুম্মনা ব্যবহার তৌয়ম্মগা মাগী মাগী লৈকমদা হন্নখি ॥১০॥ অদুগী তুংদা অভিষেক তৌয়বা, মিংচৎ চাউরবা বরুণষু ইন্দ্রনা লাইয়াম্বু ঙাকৃপষুগুম্না সমুদ্র, তুরেল পুখ্রী লাংথোংনচিংবা ঈশিং তুংকম পুম্বা নিয়ম কায়দনা ঙাকপা হৌখি ॥১১॥ অদুগী তুংদা মহাজ্ঞানী বলরামনা তীর্থ অদুদা স্নাননচিংবা তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা শেন্থুম য়াম্না দান তৌবম্বগা অগ্নি তীর্থ তাম্র লেঙখি । তীর্থ অসিদা অগ্নিদেবনা শমীলতা মমকা লোত্লুনা লৈরখি ॥১২॥ খারকী ম...

লোকালোকবিনাশে চ প্রাদুর্ভূতে তদানঘ। উপতস্থুঃ সুরা যত্র সর্বলোকপিতামহম্ ॥১৩॥
অগ্নিঃ প্রনষ্টো ভগবান্ কারণঞ্চ ন বিদ্মহে। সর্বভূতক্ষয়ো মা ভূৎ সম্পাদয় বিভোঽনলম্ ॥১৪॥

জনমেজয় উবাচ

কিমর্থং ভগবানগ্নিঃ প্রনষ্টো লোকভাবনঃ। বিজ্ঞাতশ্চ কথং দেবৈস্তন্মমাচক্ষ্ব তত্ত্বতঃ ॥১৫॥

বৈশম্পায়ন উবাচ

ভৃগোঃ শাপাদ্ভৃশং ভীতো জাতবেদাঃ প্রতাপবান্। শমীগর্ভমথাসাদ্য ননাশ ভগবাংস্ততঃ ॥১৬॥
প্রনষ্টে তু তদা বহ্নৌ দেবাঃ সর্বে সবাসবাঃ। অন্বেষন্ত তদা নষ্টং জ্বলনং ভৃশদুঃখিতাঃ ॥১৭॥
ততোঽগ্নিতীর্থমাসাদ্য শমীগর্ভস্থমেব হি। দদৃশুর্জ্বলনং তত্র বসমানং যথাবিধি ॥১৮॥
দেবাঃ সর্ব্বে নরব্যাঘ্র! বৃহস্পতিপুরোগমাঃ। জ্বলনং তং সমাসাদ্য প্রীতাঽভূবন্ সবাসবাঃ ॥১৯॥
পুনর্যথাগতং জগ্মুঃ সর্বভক্ষ্যশ্চ সোঽভবৎ। ভৃগোঃ শাপান্মহীপাল! যদুক্তং ব্রহ্মবাদিনা ॥২০॥
তত্রাপ্যাপ্লুত্য মতিমান্ ব্রহ্মযোনিং জগাম হ। সসর্জ ভগবান্ যত্র সর্ব্বলোকপিতামহঃ ॥২১॥
তত্রাপ্লুত্য ততো ব্রহ্মা সহ দেবৈঃ প্রভুঃ পুরা। সসর্জ তীর্থানি তথা দেবতানাং যথাবিধি ॥২২॥

---

য়াওজবা নিংথৌ। অগ্নিনা লোত্তুনা লৈপ্রবদা কনানস্থ য়েংননবগী উননবগী শক্তি অসি কংথিজবদা লাইয়াম্না ব্রহ্মাগী নাক্ তায় চৎখি ॥১৩॥ লাইয়াম্না ব্রহ্মাদা অসুম্না হায়রুইঃ—প্রভু! পিতামহ! ভগবান অগ্নিদেবদি মশক্ উথিজ্রে লোৎখ্রে। অহুনা জগৎ পুম্বসি মাঙবা তারে। মরম অহনা অগ্নিবু কদায়দগীনো পুথোকপিয়ু ॥১৪॥ জনমেজয়না হায়ঃ—মহর্ষি! জগৎকী মঙ্গলগী মশক্ ওইরবা অগ্নিদেবনা লোৎখ্রিবসিমক্তি করিগীনো? ॥১৫॥ মাসি তশেং তশেংনা অমুক্ত লাখিয়ু ॥১৫॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—মহারাজ! জনমেজয়! মতৌক্ মগুণ চাউরবা, প্রতাপ কল্লবা অগ্নিদেবসি ভৃগু মুনিবু কিবদগী শমীলতাগী মপুংদা লোত্তুনা লৈখি ॥১৬॥ অগ্নিসিনা মশক্ উথিজ্রবদা ইন্দ্রগা লোয়নননা লাইয়াম্না য়াম্না রানা থুংঙাইতনা মৈ কোৎবা লাই মাবু কোয়থি থিয়রুই ॥১৭॥ দেবতাশিংনা অগ্নি তীর্থ হায়রিবসিদা লাক্তুনা শমীলতাগী মপুংদা থম্পুনা লৈবা অগ্নিবু উয়ে ॥১৮॥ নিপা অথোইবা! নিংথৌ! ইন্দ্রগা লোয়নননা লাইয়াম্না বৃহস্পতিনা মাঙথাবদুনা অগ্নিবু লৈশি লৈথোম্না পেলহনখি ॥১৯॥ মহারাজ অদুদগী লাইয়াম্ পুম্বা মাগী মাগী লৈকমদা হল্লখি। অমরোমদা বেদ হৈবা ভৃগুনা হায়দোকখিবা শাপ অদুগী মতুং ইন্না অগ্নিদেবসু মাহুগী সুমিত্তা সর্ব্বভুগ (সর্ব্বভোজী—থোথোৎপা চাবা) চাবা হায়বদু ওইখি ॥২০॥ জ্ঞান লৈরবা অগ্নিদেবসু তীর্থ অদুদা স্নান তৌরগা ব্রহ্মাগী নাক্ তায় চৎখি। লোক পুম্বগী পিতামহ ওইরবা ব্রহ্মানা মকম অদুদা তীর্থ অম লিংখৎখি ॥২১॥ অদুগী তুংদা মতিক মগুণ চাউরবা ব্রহ্মানা মকম অদুদা স্নান তৌরগা লাইয়ামশিংগা লোয়নননা মথোয়গী মতাং বিধি কায়দনা তীর্থ য়াম্না লিংখৎখি ॥২২॥ মহারাজ! বলদেবনা হায়রিবা তীর্থ অসিদা স্নান তৌরগা লৈথুম মথম মথম ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌরম্মগা কৌবের তীর্থ তায় চৎখি। হায়রিবা তীর্থসিদা কুবেরনা তপস্যা কম্না তৌদুনা ধন পুম্নমক্কি নিংথৌ ওইরা

তত্র স্নাত্বা চ দত্ত্বা চ বসূনি বিবিধানি চ। কৌবেরং প্রযযৌ তীর্থং যত্র তপ্ত্বা মহত্তপঃ।
ধনাধিপত্যং সংপ্রাপ্তো রাজন্! ঐলবিলঃ প্রভুঃ ॥২৩॥

তত্রস্থমেব তং রাজন্! ধনানি নিধয়স্তথা। উপতস্থুর্নরশ্রেষ্ঠ! তত্তীর্থং লাঙ্গলী ততঃ ॥২৪॥
গত্বা স্নাত্বা চ বিধিবদ্ব্রাহ্মণেভ্যো ধনং দদৌ। দদৃশে তত্র তৎ স্থানং কৌবেরে কাননোত্তমে ॥২৫॥
(যুগ্মকম্)

পুরা যত্র তপস্তপ্তং বিপুলং সুমহাত্মনা। যক্ষরাজ্ঞা কুবেরেণ বরা লব্ধাশ্চ পুষ্কলাঃ ॥২৬॥
ধনাধিপত্যং সখ্যঞ্চ রুদ্রেণামিততেজসা। সুরত্বং লোকপালত্বং পুত্রঞ্চ নলকুবরম্ ॥২৭॥
যত্র লেভে মহাবাহো! ধনাধিপতিরঞ্জসা। অভিষিক্তশ্চ তত্রৈব সমাগম্য মরুদ্গণৈঃ ॥২৮॥
বাহনঞ্চাস্য তদ্দত্তং হংসযুক্তং মনোজবম্। বিমানং পুষ্পকং দিব্যং নৈঋতৈশ্বর্য্যমেব চ ॥২৯॥
( বিশেষকম্ )

তত্র প্লুত্য বলো রাজন্! দত্ত্বা দায়াংশ্চ পুষ্কলান্। জগাম ত্বরিতো রামস্তীর্থং শ্বেতানুলেপনঃ ॥৩০॥
নিষেবিতং সর্ব্বসত্ত্বৈর্নাম্না বদরপাচনম্। নানর্ত্তুকফলোপেতং সদাপুষ্পফলং শুভম্ ॥৩১॥
(যুগ্মকম্)

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
ত্রিচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

কংখি ॥২৩॥ নিপা অথোইবা নিংথৌ! কুবেরনা মফমসিদা লৈরিক্লদা লম্বুম হি য়াই পুম্নমক্কা মুর্ত্তি নাইনা কুবেরগী নাক্ত লাকখি। হায়রিবা মফম তির্থ অসিদা বলদেবনা বিধি কায়দনা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা লম্বুম য়াম্না দান তৌরম্মগা মাতুদগী চৎপ্রগা নিঙথিরবা বনগী মপুংদা কুবেরগী স্থান অদু উব কংখি ॥২৪—২৫॥ মমাংক্লদা অদুগুম্বা মফমদা মহাত্মা ওইরবা যক্ষরাজ কুবেরনা য়াম্না কন্না তপস্যা তৌদুনা তপস্যাদুগী শক্তিনা লম্বুম্ য়াম্না কংখি। ॥২৬॥ কল্লবা জনমেজয় নিংথৌ! ধনাধিপতি ওইরব কুবেরনা মফম অদুদা লৈনা লৈনা ধনপুম্বগী মপু ওইবা, তেজ বল্লব রুদ্রগী মরূপ ওইবা অদুগা দেবত্ব, লোকপালত্ব অমদি নলকুবর কৌবা মচা অসি পুম্বগী মথং মথং কংখি। লাইরায়্না মফম অদুদা লাক্কনা যক্ষরাজ কুবেরবু লল পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইননবগী অভিষেক তৌরগা পুক্নিংগী মতোঙ্গ্না রাঙলবা কাঙ্গী মুর্ত্তি য়াওরবা পুষ্পক কৌবা বিমানবু মগী তোংননবা বাহন অম ওইনা দান তৌখি। অদুগা মহাকপু যক্ষরক্ষ পুম্নমক্কী মথক্তা নিংথৌগী পদবী দান তৌখি ॥২৭—২৯॥ মহারাজ! অঙৌবা চন্দননচিংবা তৈরবা কল্লবা বলরামনা হায়রিবা তীর্থ অসিদা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মনশিংদা ধনদান তৌরগা জীবপানবা পুম্নমক্কী শুংঙাইকম ওইবা ঋতু পুম্নমক্কী মহে মরোং চুম্লবা, ঋতু মতম চাবা চাদবা মতম পুম্বদা মহে মরোংনা চুম্লব বদরপাচন হায়বা মজলগী মশক্ ওইরবা তীর্থ অদুদা লেঙথি ॥৩০—৩১॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মতমদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতাংদা সারস্বতোপাখ্যানগী নিফুমদোইগুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

## চতুশ্চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ।

— —:•:— —

( সারস্বততীর্থগী মারী মথং )

নিফুমরিশুবা অধ্যায় ।

— —:✻:— —

### বৈশম্পায়ন উবাচ ।

ততস্তীর্থবরং রামো যযৌ বদরপাচনম্ । তপস্বিসিদ্ধচরিতং যত্র কন্যা ধৃতব্রতা ॥১॥
ভরদ্বাজস্য দুহিতা রূপেণাপ্রতিমা ভুবি । শ্রুবাবতী নাম বিভো ! কুমারী ব্রহ্মচারিণী ॥২॥
( যুগ্মকম্ )
তপশ্চচার সাত্যুগ্রং নিয়মৈর্বহুভির্বৃতা । ভর্তা মে দেবরাজঃ স্যাদিতি নিশ্চিত্য ভামিনী ॥৩॥
সমাস্তস্যা ব্যতিক্রান্তা বহ্ব্যঃ কুরুকুলোদ্বহ ! । চরন্ত্যা নিয়মাংস্তাংস্তান্ স্ত্রীভিস্তীব্রান্ ॥৪॥
তস্যাস্তু তেন বৃত্তেন তপসা চ বিশাংপতে ! । ভক্ত্যা চ ভগবান্ প্রীতঃ পরয়া পাকশাসনঃ ॥৫॥
আজগামাশ্রমং তস্যাস্ত্রিদশাধিপতিঃ প্রভুঃ । আস্থায় রূপং বিপ্রর্ষের্বশিষ্ঠস্য মহাত্মনঃ ॥৬॥
সা তং দৃষ্ট্বোগ্রতপসং বশিষ্ঠং তপতাং বরম্ । আচারৈর্মুনিভির্দিষ্টৈঃ পূজয়ামাস ভারত ! ॥৭॥

---

বৈশম্প্যায়ননা হায়ঃ— নিংথৌ জনমেজয় ! অসিগী তুংদা বলদেবনা তপস্বী অদুগা সিদ্ধ সাধ্য পুম্বনা সেবা পুজা তৌহুনা লৈরিবা বদরপাচন কৌবা তীর্থ অথোইবদুদা চৎখি । হায়রিবা তীর্থ অসিদা মমাইদা হীরম পুম্বদা চাংদম্নীগুম্বায় লৈতবী, উপাসনা ব্রতনিয়মদা পুক্নিং চঙবি ব্রহ্মচারীনি ওইবি, ভরদ্বাজগী মচানুপী শ্রুবাবতী হায়বীদু লৈরম্মি ॥১—২॥ ইন্দ্রদা পুক্নিং চঙবি শ্রুবাবতী হায়বিনিনা দেবরাজ ইন্দ্রনা ঐগী ঈপুরোয়বা ওইসনু হায়বসি বম্না আশা তৌদুনা ব্রত-নিয়ম মথল মথা অয়াম্বা পালন তৌদুনা অকিবা কংনা তপস্যা তৌখি ॥৩॥ কুরুশাগেগী অথোইবা নিংথৌ ! সুপীমচা অমনা তৌংদা রারগদবা অরুবা তপস্যাবু তৌদুনা শ্রুবাবতীনা চহি মতম কুইনা কেনখি ॥৪॥ নিংথৌ ! সুলিমচা অসিগী অকনবা তপস্যা অমদি মতোম্না লৈরিবা ভক্তিদুবু উবদা ইন্দ্রনা থোইদোক্না পেনখিখি ॥৫॥ অদুগী তুংদা নোংমা ইন্দ্র অসি মহাত্মা ব্রহ্মর্ষি বশিষ্ঠগী মশক্ শারদুনা শ্রুবাবতিগী আশ্রমদা লাক্লে ভরতঃজম । শ্রুবাবতিনা অকিব কংনা তপস্যা তৌবা তপস্বিগী মঙুংদা অথোইবা বশিষ্ঠবু উবদা মুনিগী মকমদা তৌনবা, হৌনবা সেবা পুজা অমদি অতিথি সংকার পুম্বা তৌই ॥৭॥ অদুগী তুংদা রাইহে থোনকম বতরবি নিয়ম বিধি পুম্বা মুম্না থঙলবি পূণ্য চেম্লবি শ্রুবাবতিনা অদুম্না হায়ঃ— ভগবান ! প্রভু ! মুনি অথোইবা ! ননাইদা তাকপিগদবা

উবাচ নিয়মজ্ঞা চ কল্যাণী সা প্রিয়ংবদা । ভগবন্ ! মুনিশার্দ্দূল কিমাজ্ঞাপয়সি প্রভো ! ॥৮॥
সর্ব্বস্বেন যথাশক্তি তব দাস্যামি সুব্রত ! । শক্রভক্ত্যা চ তে পাণিং ন দাস্যামি কথঞ্চন ॥৯॥
ব্রতৈশ্চ নিয়মৈশ্চৈব তপসা চ তপোধন ! । শক্রস্তোষয়িতব্যো বৈ ময়া ত্রিভুবনেশ্বরঃ ॥১০॥
পঞ্চ চৈতানি শুভগে ! বদরাণি শুভব্রতে ! । পচেত্যুক্ত্বা তু ভগবান্ জগাম বলসূদনঃ ।
ইত্যুক্তো ভগবান্ দেবঃ স্ময়ন্নিব নিরীক্ষ্য তাম্ । উবাচ নিয়মং জ্ঞাত্বা সান্ত্বয়ন্নিব ভারত ! ॥১১॥
উগ্রং তপশ্চরসি বৈ বিদিতা মেঽসি সুব্রতে ! । যদর্থময়মারম্ভস্তব কল্যাণি ! হৃদ্গতঃ ॥১২॥
তচ্চ সর্ব্বং যথাভূতং ভবিষ্যতি বরাননে ! । তপসা লভ্যতে সর্ব্বং সর্ব্বং তপসি তিষ্ঠতি ॥১৩॥
( যুগ্মকম্ )
যানি স্থানানি দিব্যানি বিবুধানাং শুভাননে ! । তপসা তানি প্রাপ্যাণি তপোমূলং মহৎ সুখম্ ॥১৪॥
ইহ কৃত্বা তপো ঘোরং দেহং সংন্যস্য মানবাঃ । দেবত্বং যান্তি কল্যাণি ! শৃণু চেদং বচো মম ॥১৫॥
পঞ্চ চৈতানি শুভগে ! বদরাণি শুভব্রতে ! । পচেত্যুক্ত্বা তু ভগবান জগাম বলসূদনঃ ।
আমন্ত্র্য তান্তু কল্যাণীং ততো জপ্যং জজাপ সঃ ॥১৬॥
অবিদূরে ততস্তস্মাদাশ্রমাত্তীর্থমুত্তমম্ । ইন্দ্রতীর্থেতি বিখ্যাতং ত্রিষু লোকেষু মানদ ! ॥১৭॥

---

কয়ি য়াথং নৈবগে ? ॥৮॥ হে তপোধন ! তপস্বি ! ঐনা কচ্চবা ওম্বা মথৈ মুনিদা কচ্চগে তাকপিয় । অদুগা ঐগী থরাই হকচাংসিতদি ইন্দ্রদা কংখ কৃচপ্রবনা মসিদি কচ্চবা ঙম্মোই ॥৯॥ হে তপস্বী ! ব্রত নিয়ম অমদি তপস্যাতনা মরোল অহুম্‌গী নিংথৌ ইন্দ্রবু পেলহঞ্জগনি ॥১০॥

ভরতনন্দন ! নিংথৌ ! শ্রুবাবতীনা অস্তুমা হায়রক্লবদা ভগবান ইন্দ্রনা মাগী তপস্যাগী নিয়ম ব্রতনচিংবদু মুম্মা খঙলহুনা মোমোন নোক্লুনা অস্তুমা হায়রকই । ॥১॥ ব্রতকনবী ! ঐ নংবু খঙিঙ । নং তপস্যা য়াম্ম কম্মা তৌহ্রি । মঙ্গলগী মশক ওইবী ! অহানবদা, ময়ম অহ্নৈদমক্ত থবক অসি নংনা তৌবা হৌগ্রিবদো মাদু লোইনা কংগনি, নীঙবা খুংগনি । তাইবং মীনা তপস্যাগী পাম্বৈনা পুম্নমক ফংবা ঙম্মি । অকবা থবক পুম্বা তপস্যাগী মথক্ত নক্ষুনা লৈরবনি ॥১২-১৩॥ নীঙথিজবী ! দেবলোকত লৈরিবা অক অকবা শুভমশিং অদো তপস্যাগী পাম্বৈকনা ফংবা ঙম্মনি । তপস্যাগী মহৈদি যু ওাইনবগী মশক ওাক ওইবনি ॥১৪॥ হে কল্যানি ! মঙ্গলগী মশক ওইবী ! ইহলোক অসিদা তাইবং মীনা তপস্যা কম্মা তৌনা তৌনা মপানগী হকচাং অসি থাদোকপা ওয়বদি দেবত্ব ফংবা ঙম্মনি হায়বদি স্বর্গগী লাইমক ওইবিবা ওম্মনি । নং ঐনা হায়রিবসিম্মগা তাও ॥১৫॥ লায়বক কবি— ! তপস্যা কনবি ! নং ঐনা পীরিবা বদরীফল মঙা অসি থোংঙ, " অসি হায়রগা ভগবান ইন্দ্র অসি শ্রুবাবতীদগী বিদায় লোহুনা মকম অহুদগী চৎখ । অদুগী ফুংদা মহাক্না ইষ্টমন্ত্রবু জপ তৌখি ॥১৬॥ নিংথৌ ! আশ্রমমুদগী থোইনা লাপনা ইন্দ্রতীর্থ হায়বা মরোল অহমদা কাওরবা তীর্থ অম লৈ॥১৭॥ মতিক মগুণ চাউরবা দেবরাজ ইন্দ্রনা শ্রুবাবতীগী পরীক্ষা তৌগে হায়বগীদবক থোংবা য়াবোইদৌবা

তস্যা জিজ্ঞাসনার্থং স ভগবান্ পাকশাসনঃ । বদরাণামপচনং চকার বিবুধাধিপঃ ॥১৮॥
ততঃ প্রক্রান্তা সা রাজন্ ! বাগ্যতা বিগতক্লমা । তৎপরা শুচিসংবীতা পাবকে সমধিশ্রয়ৎ ॥১৯॥
অপচদ্রাজশার্দ্দূল । বদরাণি মহাব্রতা । তস্যাঃ পচন্ত্যাঃ সুমহান্ কালোঽগাৎ পুরুষর্ষভ ! ।
ন চ স্ম তান্যপচ্যন্ত দিনঞ্চ ক্ষয়মভ্যগাৎ ॥২০॥
হুতাশনেন দগ্ধশ্চ তস্যাঃ কাষ্ঠস্য সঞ্চয়ঃ । অকাষ্ঠমগ্নিং সা দৃষ্ট্বা স্বশরীরমথাদহৎ ॥২১॥
পাদৌ প্রক্ষিপ্য সা পূর্ব্বং পাবকে চারুদর্শনা । দগ্ধৌ দগ্ধৌ পুনঃ পাদাবুপাবর্ত্তয়ত নঘা ॥২২॥
চরণৌ দহ্যমানৌ চ নাচিন্তয়দনিন্দিতা । কুর্ব্বাণা দুষ্করং কর্ম্ম মহর্ষিপ্রিয়কাম্যয়া ॥২৩॥
ন বৈমনস্যং তস্যাস্তু মুখভেদোঽথবাভবৎ । শরীরমগ্নিনাদীপ্য জলমধ্যে যথা স্থিতা ॥২৪॥
তচ্চাস্যা বচনং নিত্যমবর্ত্তত হৃদি ভারত ! । সর্ব্বথা বদরাণ্যেব পক্তব্যানীতি কন্যকা ॥২৫॥
সা তন্মনসি কৃত্বা বৈ মহর্ষের্ব্বচনং শুভা । অপচদ্বদরাণ্যেব ন চাপচ্যন্ত ভারত ! ॥২৬॥
(কুলকম্)

---

কংশিল্লবা বদরীফল মশা অমু শ্রুবাবতীদা পীরম্মনি । ॥১৮॥ মহারাজ ! অসিগী তুংদা শ্রুবাবতীনা কি অশেংবা হোংদোক্না তপস্যাগী মৈশানা মশাপুম্বা কাইৎলবম্মু, তুমিন্ন রামচেৎ অম ভাওদনা, অরাবা করিমত লৈতনা বদরীফল মশা অদু পাত্র অমদা হাপলগা মৈথক্তা থাংগৎতুনা থোংবা হৌরকই ॥১৯॥ নিংথৌ অথোইবা ব্রতকল্লবী শ্রুবাবতীনা পোরোই মশা অমু অমুম কুইনা মৈথক্তা লোল্লি । মতুংদা মাগী মতম য়াম্না হৌখ্রে । অদুবু উহৈশিং অমু করিমতা থোৎপা পেৎপা নাইদ্রে তুংমৎ অদুমক্ল লেনখিগদৌরে ॥২০॥
শ্রুবাবতীগী শীং ময়াম অমু উহৈশিং ফুৎপদা লোইনা থাদোকখ্রে । মতুংদা থানীডভাই লৈরকত্রহুনা শ্রুবাবতীনা মশাগী খোঙ শুং অদুবু শীং ওইনা য়াঙাশনবা হৌরকলে ॥২১॥ মশক মতৌ শীঙথিজরবী পাপকী শরুক য়াওত্রবী শ্রুবাবতীনা অহানবদা মখোঙ অনি মৈনুংদা থিংজিল্লি । মৈনা খোঙ অনীদু মৈনা থোরক্লা কয়া চাকপা হৌরকই ॥২২॥ নিন্দা তৌননীডভাত্ন লৈত্রবী শ্রুবাবতীনা মখোং অনীবু মৈ চাক্‌থেকুলকপহুদা মশাদা খোইদোক্লা অরাবা চৈনা অমাদ পোক্‌পগী অনাবা কাওবা লৈতে । মহর্ষি বশিষ্ঠগী মনীং থুংননবা অসিগুম্বা তৌওমদবা থবক অসিবু নীওডায়বা লৈতনা তৌরমকলি ॥২৩॥ তৌখিবা নীঙখিবা থবক্তগী হনবা লৈতে । মৈচাক্‌ থাঙবগী মমীৎ মমাঙ্গদা শুগৎপগী অরা অনা থাঙবগী খুদম করিমত লৈতে । মতুংদা মৈনুংদা মশা থাজল্লকাওবদা, ঈশিং মনুংদা লৈবগুম কয়িদত য়াবিদনা লৈ । ॥২৪॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! মহর্ষি বশিষ্ঠগী য়াথং পাউজাক্‌ অমুত শ্রুবাবতীগী থম্মোয়দা মরেক্‌লানা য়েক্‌না লৈরি । মাগী য়াথং হায়বদু বদরী ফলশিং অসে মুমনবা ফুংথিগনি হায়বা অসিতনি । ভরতনন্দন ! মহারাজ ! মরম অদুনা মজলগী মশক ওইরবী শ্রুবাবতীনা বশিষ্ঠনা হায়রমহুত নীঙশিংদুনা লৈ । উহৈশিং অদুব ফুংপদি থক্‌ লেপ্ত লৈতে । অদুবু উহৈশিংদো হায়দগী মপোপ ঈকায় কায়দনহুম্মক্‌ লৈরে ॥২৫-২৬॥ অমমোমদা অগ্নিদেবহ

তস্যাস্তু চরণৌ বহ্নির্দদাহ ভগবান্ স্বয়ম্ । ন চ তস্যা মনোদুঃখং স্বল্পমপ্যভবত্তদা ॥২৭॥
অথ তৎ কর্ম দৃষ্ট্বাস্যাঃ প্রীতস্ত্রিভুবনেশ্বরঃ । ততঃ সন্দর্শয়ামাস কন্যায়ৈ রূপমাত্মনঃ ॥২৮॥
উবাচ চ সুরশ্রেষ্ঠস্তাং কন্যাং সুদৃঢ়ব্রতাম্ । প্রীতোঽস্মি তে শুভে ! ভক্ত্যা তপসা নিয়মেন চ ॥২৯॥
তস্মাদ্ যোঽভিমতঃ কামঃ স তে সম্পৎস্যতে শুভে ! । দেহং ত্যক্ত্বা মহাভাগে ! ত্রিদিবে ময়ি বৎস্যসি ॥৩০॥
ইদঞ্চ তে তীর্থবরং স্থিরং লোকে ভবিষ্যতি । সর্ব্বপাপাপহং সুভ্রু ! নাম্না বদরপাচনম্ ।
বিখ্যাতং ত্রিষু লোকেষু ব্রহ্মর্ষিভিরভিষ্টুতম্ ॥৩১॥
অস্মিন্ খলু মহাভগে ! শুভে ! তীর্থবরেঽনঘে ! । ত্যক্ত্বা সপ্তর্ষয়ো জগ্মুর্হিমবন্তমরুন্ধতীম্ ॥৩২॥
ততস্তে বৈ মহাভাগা গত্বা তত্র সুসংশিতাঃ । বৃত্ত্যর্থং ফলমূলানি সমাহর্ত্তুং যযুঃ কিল ॥৩৩॥
তেষাং বৃত্ত্যর্থিনাং তত্র বসতাং হিমবদ্বনে । অনাবৃষ্টিরনুপ্রাপ্তা তদা দ্বাদশবার্ষিকী ॥৩৪॥
তে কৃত্বা চাশ্রমং তত্র ন্যবসন্ত তপস্বিনঃ । অরুন্ধত্যপি কল্যাণী তপোনিত্যাভবত্তদা ॥৩৫॥
অরুন্ধতীং ততো দৃষ্ট্বা তীব্রং নিয়মমাস্থিতাম্ । অথাগমত্রিনয়নঃ সুপ্রীতো বরদস্তথা ॥৩৬॥

---

সুপীমচাদুগী খোঙ অমীত্থবু পুমচাক্ চাক্খেৎলকলি । মাদুদসু শ্রুবাবতীনা রাবিবা লৈতে ॥২৭॥ মাদু উবদা ইন্দ্র অসি খোইদোক্না পেনখ্রে অহুদগী মশামক মূর্ত্তি নাইনা শ্রুবাবতীগী মাঙদা চোংথোরকলে ॥২৮॥ অহুগী তুংদা ব্রতকল্লবী, মরীলৈরবী শ্রুবাবতীদা ইন্দ্রনা অস্মু হায়রকই:—

মঙলগী মশক ওইরবী ! নিঙথিজবী ! তপস্যা অমদি ভক্তি অসি উবদা ঐ অঙকপগা লোয়ননা পেল্লে ॥২৯॥ অদুনা হে কল্যানি ! পুন্য চেম্মবী সতী ! হৌজিক্তি নংনা নীঙজরিবদো পুংলগনি । মর্ত্ত্যলোককী হকচাং অসি থাদোক্লগা নং ঐগা লোয়ননা স্বর্গদা লৈরগদবনি ॥৩০॥ পিশুম তাব কজবী ! নংনা তপস্যা তৌরিবা মফমসে হয়েং ভুংকাওবা অচৌবা মমিং চৎলবা তীর্থ অম ওইনা লৈহৌরগদবনি । মাসিদা স্নান ধ্যান তৌরবশিংগী পাপত্তো মীকুপ্ত মাঙলগদবনি তীর্থ অসিগী মমিং " বদরপাচন " হায়না কাওব্রগদবনি অহুগা তীর্থ অসিবু ব্রহ্মর্ষিশিংনা য়াম্না প্রশংসা তৌহৌরগদবনি ॥৩১॥ লাইবককবি ! মঙলগী মশক্ ওইবী ! পাপ চেঙ্গবী । সপ্তর্ষিনা মমাঙদা অরুন্ধতীবু মফম অসিদ থনম্লগা হিমালয়দা চৎ'প্রবনি ॥৩২॥ অদুদগী ব্রত চেৎলবা মহাত্মা ওইরবা মহর্ষিশিংদুনা হিমালয়দা চৎথিদুনা চাননবা উঠে রাহে থিবা 'কায়চৎ চৎথি ॥৩৩॥ চাননবা থিবা ঋষিশিংসিনা চৎপ্রমদা অদুগা হিমালয়গী বনদা লৈখোকপ্রবদা চহি তরানিথোই চুপ্না নোং তাথিদে ॥৩৪॥ তপস্বীশিং অদুনা মফম অদুদা আশ্রম শা শাদুনা লৈনখি । অসোমদা অরুন্ধতীসু অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈহৌর ॥৩৫॥ অদুগী তুংদা অরুন্ধতীনা অকনবা তপস্যা তৌদুনা লৈবদু উবদা বর পীনহৈবা মহাদেবনা খোইদোক্না পেনপ্রদুনা মফম অদুদা লাকখি ॥৩৬॥ অাঙ্গলগী মশকু লৌদুনা লাক্লবা মহাদেবনা অরুন্ধতীগী নাক্ত লাক্তুনা অস্মু হায়রকই:— " কল্যানি ! মঙলগী মশক্

ইত্যুক্তা ভগবান্ দেবঃ সহস্রাক্ষঃ প্রতাপবান্ । শ্রুবাবতীং ততঃ পুণ্যাং জগাম ত্রিদিবং পুনঃ ।৫৭।
গতে বজ্রধরে রাজন্! তত্র বর্ষং পপাত হ । পুষ্পাণাং ভরতশ্রেষ্ঠ ! দিব্যানাং পুণ্যগন্ধিনাম্ ।৫৮।
দেবদুন্দুভয়শ্চাপি নেদুস্তত্র মহাস্বনাঃ । মারুতশ্চ ববৌ পুণ্যঃ পুণ্যগন্ধো বিশাংপতে ! ।৫৯।
উৎসৃজ্য তু শুভা দেহং জগামেন্দ্রস্য ভার্য্যতাম্ । তপসোগ্রেণ তং লব্ধ্বা তেন রেমে সহাচ্যুতা ।৬০।

## জনমেজয় উবাচ ।

কা তস্যা ভগবন্মাতা ক সংবৃদ্ধা চ শোভনা । শ্রোতুমিচ্ছাম্যহং বিপ্র । পরং কৌতূহলং হি মে ।৬১।

## বৈশম্পায়ন উবাচ ।

ভরদ্বাজস্য বিপ্রর্ষেঃ স্কন্নং রেতো মহাত্মনঃ । দৃষ্ট্বাপ্সরসমায়ান্তীং ঘৃতাচীং পৃথুলোচনাম্ ।৬২।
স তু জগ্রাহ তদ্রেতঃ করেণ জপতাং বরঃ । তদাপতৎ পর্ণপুটে তত্র সা সম্ভবৎ সুতা ।৬৩।
তস্যাস্তু জাতকর্ম্মাদি কৃত্বা সর্ব্বং তপোধনঃ । নাম চাস্যাঃ স কৃতবান্ ভরদ্বাজো মহামুনিঃ ।৬৪।
শ্রুবাবতীতি ধর্ম্মাত্মা দেবর্ষিগণসংসদি । স্বে চ তামাশ্রমে ন্যস্য জগাম হিমবদ্বনম্ ।৬৫।

(যুগ্মকম্)

---

স্বর্গদা লেঙখৎখি ॥৫৭॥ ভরতশাগেগী অখোইবা ! ইন্দ্রনা চৎপ্রবা তুদা মকম অহদা নোং-দোম্বক্লগী মনম মুংশিয়বা লৈগী নোং চুখি ॥৫৮॥ নিংথৌ । মথোল হোয়বা ল্যাইরৈবাক্কী পুশেল রৈখি খোংখ । মনম্ মুংশিয়বা মুংশিংবনা শির শির শীংখি ॥৫৯॥ মঙ্গল নৈরবা মঙ্গলগী মশক্ ওইরবি শ্রুবাবতিনা হকচাং থাদোক্লয়গা, অকিবগী মশক ওইরবা তপস্যাগী শক্তিনা ইন্দ্রগী ভার্য্যা লোয়নবি ওইদুনা লাইরৈবাক্তা মুংভাইনা লৈখি ॥৬০॥ জনমেজয়না হায়ঃ— মতিক মঙ্গল চাউরবা ব্রাহ্মণ । নিঙথজবি শ্রুবাবতি হায়বিদুগী মমাদি কনানো ? মহাক কনানা কদায়দা য়োক্লনা চাউখি ? মাসি ঐ তানিঙঙ । মরমদি ঐ তাব হৌরুয়-দুনা মথং মথং য়াম্না তাজনিঙলে ॥৬১॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— নিংথৌ । জনমেজয় । করি-গুম্বা মতম অমদা, নোংমা, মিত্তা কজবি ঘৃতাচি কৌবি অপসয়ানা লাকপা উবদা ব্রহ্মর্ষি ওইরবা মহাত্মা ভরদ্বাজগী বীর্য্য থয়দং হকচাংদগী মপান্থোকাখ ॥৬২॥ তারক্লিবা, মশক নাইবা কাম অদুবু ঋষিসিনা মখুৎনা য়ারগা ওকপদা উনা অমগী মবক্তা তাখ । উনা অদু-দগী কন্যা অম পোকখি ॥৬৩॥ তপস্যা কল্লবা, মহাত্মা ওইরব', মহামুনি ভরদ্বাজনা কন্যা অদুগী জাত কর্ম্মচিংবা সংস্কার পুম্বা তৌরগা মহর্ষিশিংগী মায়দা কন্যাদুগী মমিং শ্রুবাবতী হায়না নাম কয়ণ তৌখি । মতুংদা ভরদ্বাজনা কন্যা অদুবু মাগী আশ্রমদা থমদুনা চাউনবা য়োকখি । মহাকপু আশ্রমদা থনম্বগা হিমালয়গী করিগুম্বা বন অমদা চংখি । ॥৬৪—৬৫॥

তত্রাপ্যুপস্পৃশ্য মহানুভাবো বসূনি দত্বা চ মহাদ্বিজেভ্যঃ।
জগাম তীর্থং সুসমাহিতাত্মা শক্রস্য বৃষ্ণিপ্রবরস্তদানীম্ ।৬৬।
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
চতুশ্চত্বারিংশোঽধ্যায় ।০। *

মতৌক্ মঙুপ চাউরবা, ধর্ম্ম তানবদা, পুক্নিং চঙলবা, কল্লবা, বৃষ্ণিবংশগী বলরামনা হায়রিবা বদর পাচন কৌবা তীর্থ অসিদা স্নান ধ্যান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা ধনদান তৌরম্মগা ইন্দ্র তীর্থ তাম লেঙথি ॥৬৬॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মনুংদা সারস্বতো পাখ্যানগী নিকূহরিশুবা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

(সরস্বতী তীর্থগী রারী মথং)

## পঞ্চচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ।

নিফুমঙাশুবা অধ্যায়

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ইন্দ্রতীর্থং ততো গত্বা যদূনাং প্রবরো বলী। বিপ্রেভ্যো ধনরত্নানি দদৌ স্নাত্বা যথাবিধি ।১।
তত্র হ্যমররাজোঽসাবীজে ক্রতুশতেন চ। বৃহস্পতেশ্চ দেবেশঃ প্রদদৌ বিপুলং ধনম্ ।২।
নিরর্গলান্ সজারুথান্ সর্ব্বান্ বিবিধদক্ষিণান্। আজহার ক্রতুংস্তত্র যথোক্তান্ বেদপারগৈঃ ।৩।

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ। অদুগী তুংদা যদুবংশগী অখোইবা কল্লবা বলদেবনা ইন্দ্র তীর্থদা চংখিদুনা বিধি কায়দনা স্নান ধ্যানচিংবা তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা ধনরত্ন মরাম দান তৌখি ॥১॥ দেবরাজ ইন্দ্রনা মফম অসিদা যজ্ঞ চামরক্ হল্লা তৌখি। মহাক্কা পুরোহিত ওইরিবা বৃহস্পতিদা মাগী অরৈবা লল মখৈ দক্ষিনা ওইনা কংখি ॥২॥ দেবরাজ ইন্দ্রনা পোৎ মখল মথা অরাম্বু শরুক অহুম অহুম্ হেন্না দান তৌদুনা বেদ হৈর খঙলবা ব্রাহ্মণশিং অদুগা লোয়ননা যজ্ঞ মরাম্ অদুবু নিঙথিনা পাঙথোকখি ॥৩॥ ভরতশাগৈগী অখোইবা! মহারাজ! তেজ বীর্য্য কল্লবা ইন্দ্রনা মফম অসিদা যজ্ঞ চামরক তৌখি হায়রগীদমক ইন্দ্রবু

তান্ ক্রতুন্ ভরতশ্রেষ্ঠ । শতকৃত্বো মহাদ্যুতিঃ । পূরয়ামাস বিধিবত্ততঃ খ্যাতঃ শতক্রতুঃ ।৪।
তস্য নাম্না চ তত্তীর্থং শিবং পুণ্যং সনাতনম্ । ইন্দ্রতীর্থমিতি খ্যাতং সর্ব্বপাপপ্রমোচনম্ ।৫।
উপস্পৃশ্য চ তত্রাপি বিধিবন্মুষলায়ুধঃ । ব্রাহ্মণান্ পূজয়িত্বা চ সদাচ্ছাদনভোজনৈঃ ।
শুভং তীর্থবরং তস্মাদ্রামতীর্থং জগাম হ ।৬।
যত্র রামো মহাভাগো ভার্গবঃ সুমহাতপাঃ । অসকৃৎ পৃথিবীং জিত্বা হতক্ষত্রিয়পুঙ্গবাম্ ।৭।
উপাধ্যায়ং পুরস্কৃত্য কশ্যপং মুনিসত্তমম্ । অযজদ্বাজপেয়েন সোঽশ্বমেধশতেন চ ।
প্রদদৌ দক্ষিণার্থেব পৃথিবীং বৈ সসাগরাম্ ।৮। (যুগ্মকম্)
রামো দত্ত্বা ধনং তত্র দ্বিজেভ্যো জনমেজয় ! । উপস্পৃশ্য যথান্যায়ং পূজয়িত্বা তথা দ্বিজান্ ।৯।
দত্ত্বা চ দানং বিবিধং নানারত্নসমন্বিতম্ । সগোহস্তিকদাসীকং সাজাবি গতবান্ বনম্ ।১০।
(যুগ্মকম্)
পুণ্যে তীর্থবরে তত্র দেবব্রহ্মর্ষিসেবিতে । মুনীংশ্চৈবাভিবাদ্যাথ যমুনাতীর্থমাগমৎ ।১১।
যত্রানয়ামাস তদা রাজসূয়ং মহীপতে ! । পুত্রোঽদিতের্মহাভাগো বরুণো বৈ সিতপ্রভঃ ।১২।
তত্র নির্জিত্য সংগ্রামে মানুষান্ দৈবতাংস্তথা । গন্ধর্ব্বান্ রাক্ষসাংশ্চৈব বরুণঃ পৃথিবীপতে ! ।
বরং ক্রতুং সমাজহ্রে বরুণঃ পরবীরহা ।১৩।

---

" শতক্রতু " হায়না জগত্তা খত্তমখি ॥৪॥ মকম অদু হৌজিক কাওবা ইন্দ্র তীর্থ হায়না জগত্তা কাওরি । হায়রিবা তীর্থ অসে পাপ পুম্বা কোক্লবগী মশক্তি । পুন্যগী মশক্তি, মঙল পীনহৈবনি ॥৫॥ বলরামনা তীর্থ অসিদা স্নান তৌরগা ঝর ঝরবা ফিরোল লম্ভ্রম মরাম্ ব্রাহ্মণশিংদা দান তৌরম্লগা রাম তীর্থ তাম্ব কেণ্ডখি ।৬॥ হায়রিবা রাম তীর্থ অসিদা মহাতপ মহাত্মা, ভৃগুবংশগী পরশুরামনা ক্ষত্রিয়শিংবু মাঙহন্দুনা পৃথিবীবু মরা মরা জয় তৌদুনা, মুনি অখোইবা কশ্যপপু গুরু আচার্য্য ওইনা থমদুনা বাজপেয় অশ্বমেধ যজ্ঞ কয়া কয়া তৌখি । অদুগা কশ্যপ প্রজাপতিদা সমুদ্রনা কোয়রবা পাক্ চাউরবা লমবু দক্ষিনা ওইনা দান তৌখি ॥৭—৮॥ মহারাজ ! জনমেজয় ! বলদেবনা রাম তীর্থ হায়রিবসিদা চৎতুনা ব্রাহ্মণশিংদা লম্ভ্রম মরাম্ দান তৌরদুনা অতুদগী হেন্দুনা, শল, শগোল, হামেং রাও, মীনায় ভুপী কয়া কয়া দান তৌরম্লগা তীর্থদা স্নান তৌরগা বনগী লম্বিদা অদুম চৎখি ।৯—১০॥

লায়াম্না অমদি ব্রহ্মর্ষিশিংনা সেবা পূজা তৌরিবা শেংলবা রামতির্থদা বলদেবনা লৈরম্বা মুনি ঋষিশিংনা নোম্লকনা ব্যবহার তৌরম্লগা যমুনাতীর্থ তাম্না চৎখি ॥১১॥ মহারাজ ! মমাংলৈদা অদিতিগী মচা কুচু তৌরবা মহাত্মা ওইরবা বরুননা অমুগুম্বা মফমদা রাজসূয় তৌখি ॥১২॥ মহারাজ ! য়েক্লব হাংগুম্বা বরুননা লাইহিংচাবা গন্ধর্ব্ব তাইবংমীশিংবু জয় তৌদুনা রাজসূয় যজ্ঞ তৌখি ।১৩। যজ্ঞ অদুনা হেক লোয়রবদা মযোল অহুমদা অকিবগী মশক ওইরবা লায়

তস্মিন্ ক্রতুবরে বৃত্তে সংগ্রামঃ সমজায়ত। দেবানাং দানবানাঞ্চ ত্রৈলোক্যস্য ভয়াবহঃ ॥১৪॥
রাজসূয়ে ক্রতুশ্রেষ্ঠে নিবৃত্তে জনমেজয়!। আরেভে সুমহাঘোরঃ সংগ্রামঃ ক্ষত্রিয়ান্ প্রতি ॥১৫॥
তত্রাপি লাঙ্গলী দেব! বীধীনতার্চ্চা পূজয়া। ইতরেভ্যোঽপদানম্বিভৎ কামদো বিভুঃ ॥১৬॥
বনমালী ততো হৃষ্টঃ স্তূয়মানো মহর্ষিভিঃ। তস্মাদাদিত্যতীর্থঞ্চ জগাম কমলেক্ষণঃ ॥১৭॥
যত্রেষ্ট্বা ভগবান্ জ্যোতির্ভাস্করো রাজসত্তম!। জ্যোতিষামাধিপত্যঞ্চ প্রভাবঞ্চাপাপন্নত ॥১৮॥
তস্যা নদ্যাস্তু তীরে বৈ সর্ব্বে দেবাঃ সবাসবাঃ। বিশ্বেদেবাঃ সমরুতো গন্ধর্ব্বাপ্সরসশ্চ হ ॥১৯॥
দ্বৈপায়নঃ শুকশ্চৈব কৃষ্ণশ্চ মধুসূদনঃ। যক্ষাশ্চ রাক্ষসাশ্চৈব পিশাচাশ্চ বিশাংপতে। ॥২০॥
এতে চান্যে চ বহবো যোগসিদ্ধাঃ সহস্রশঃ। তস্মিংস্তীর্থে সরস্বত্যাঃ শিবে পুণ্যে পরন্তপ। ॥২১॥
(বিশেষকম্)

তত্র হত্বা পুরা বিষ্ণুরসুরৌ মধুকৈটভৌ। আপ্লুত্য ভরতশ্রেষ্ঠ! তীর্থপ্রবরে উত্তমে ॥২২॥
দ্বৈপায়নশ্চ ধর্ম্মাত্মা তত্রৈবাপ্লুত্য ভারত!। সংপ্রাপ্য পরমং যোগং সিদ্ধিঞ্চ পরমাং গতঃ ॥২৩॥
(যুগ্মকম্)

অসিতো দেবলশ্চৈব তস্মিন্নেব মহাতপাঃ পরমং যোগমাস্থায় ঋষির্যোগমবাপ্তবান ॥২৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
পঞ্চচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

হিংচাবগী লাক্লাও থোকখি ॥ ১৪ ॥ নিংথৌ জনমেজয় যজ্ঞ অথোয়বা রাজসূয় হায়বসিবু পাং-থোকপা তায়বদি ক্ষেত্রয়শিংগী লাক্লাও অমদি শোয়দনা মথোক্লখি ॥১৫॥ মহারাজ! তিথ অসিদা অনিবশিংগী নীংঙবত পীওয়া মতিক মঙন চাওয়বা বলরামা বিধিনিয়ম কায়দনা ঋষিশিংবু পেলহল্লুনা অতোপ অতোপপা নিয়বশিংদা অপায় অপাম্বা লম্লুম দান তৌখি ॥ ১৬ ॥ মহার্ষিশিংনা বলদেববু নৈশি নৈথোম্বা থাগৎখি। অদুগী তুংদা মকম অদুদগী বলদেবনা আদিত্যতীর্থদা চৎখি ॥১৭॥ নিংথৌ অথোয়বা। মথাস্তগী থশক ওইরবা সূর্য্যভগবাম্না মকম অদুদ যজ্ঞ তৌহুনা গ্রহতায়া পূম্বকী নিংথৌ ওইবা ফংখি ॥ ১৮ ॥ মেরুবশিংবু রাহনবা মিপাইহনবা ওয়া ইন্দ্রগা লোইননা দেবতা পুম্নমক বায়ুপা লোয়ননা বিশ্বদেব পুম্নমক্কা গন্ধর্ব অপ্সরা বেদব্যাস শুক নয়মন যক্ষশিং হিংচায় মরাম পিশাচশিং মথোয়শিং অমিনা অদুগা যোগসিদ্ধ ওইরবা মহাপুরুষ করা করানা যমুনাগী মপান্দা অদুগা শেংলবা মঙলগীথশক ওইরবা সরস্বতীগী মপন্দা অদুগা ঈশিংদা স্নান ধ্যান দাননচিংবা কয়া তৌনরবনি ॥ ১৯—২১॥ ভরতনন্দন। মহারাজ মমংঙৈদা বিষ্ণুনা মধু কৈটভ অনীবু হাৎলগা অদুগা বেদব্যাসনসু তীর্থ অথোয়বসিদা স্নান তৌরগা যোগসাধনচিংবা তৌহনা অথোয়বা পুক্তম অমদি সিদ্ধি ফংখিবনি ॥ ২২—২৩ ॥ মহাতপস্যা কয়গা অসিতদেবলসু মসিনা হায়রিব তীর্থসিমক্তদা স্নান তৌরগা সিদ্ধপুরুষ ওইখিবনী ॥ ২৪ ॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা রোম্বা সংহিতাগী শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা বলদেবতীর্থযাত্রাগী সারস্বতোপাখ্যানগী নিকুমরুকপা অধ্যায় লোইরে।

# শ্রীমহাভারতম্

সারস্বত তীর্থগী ৱারী মথং

## ষট্‌চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

নিফুতরুকশুবা অধ্যায়ঃ।

—:-০-:—

### বৈশম্পায়ন উবাচ

তস্মিন্নেব তু ধর্মাত্মা বসতি স্ম তপোধনঃ। গার্হস্থ্যং ধর্মমাস্থায় অসিতো দেবলঃ পুরা ॥১॥

ধর্মনিত্যঃ শুচির্দান্তো ন্যস্তদণ্ডো মহাতপাঃ। কর্মণা মনসা বাচা সমঃ সর্বেষু জন্তুষু ॥২॥

অক্রোধনো মহারাজ। তুল্যনিন্দাত্মসংস্তুতঃ। প্রিয়াপ্রিয়ে তুল্যবৃত্তির্যমবৎ সমদর্শনঃ ॥৩॥

কাঞ্চনে লোষ্ট্রভাবে চ সমদর্শী মহাতপাঃ। দেবানপূজয়ন্ নিত্যমতিথীংশ্চ দ্বিজৈঃ সহ।

ব্রহ্মচর্যরতো নিত্যং সদা ধর্মপরায়ণঃ ॥৪॥

ততোঽভ্যেত্য মহারাজ। যোগমাস্থায় ভিক্ষুকঃ। জৈগীষব্যো মুনির্ধীমাংস্তস্মিংস্তীর্থে সমাহিতঃ ॥৫॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ—মহারাজ। জনমেজয়! মমাংতৈদা ধর্মচেল্লবা, তপস্যা তৌবত্তনা মশিঙ্গাং ওইরবা অসিতদেবলনা গৃহস্থধর্মদা চঙজনা অদিত্যভাৰতদা লৈবা হৌখি ॥ ১ ॥ মহাক্লা মতম অয়াম্বদা ধর্মগী মরম ওইবা অমুষ্ঠনত মতেৱম্মী। ইন্দ্রিয়পুম্বা মাগী খুদুম মথাদা থম্মি। কনাগী মকমদস্থ শাস্তিদণ্ডিনাচংবা পীবা তৌদে। অকনবা তপস্যাত তৌজনা লৈ। হকচাং পূম্নিংনা রাহৈনা জিবপানবা পুম্নমক্তা অচৌ অপিক্ থাম্নদনা চপ মান্ননা থিংমেং অমতদা ব্যবহার তৌই ॥ ২ ॥ মহারাজ! মতম্ অঙ্গদা মাগী থম্মোয়দা অশাউবগী মকম লৈয়মদে, মিনা থাগৎপা নিন্দা তৌবা অনিমক মাঙোন্দা চপমান্ননা অদুম থেংকই। চায়বা চায়দবা মী পুম্নমক্তা চপ মান্ননা ব্যবহার তৌই। যমরাজগী মতৌঙুম্না জীবপানবা পুম্নমক্তা চপ মান্ননা মীচং মীথাই নায়দনা চৎলি ॥ ৩ ॥ মহাক অসি সনাগা লৈতুমগবু অমতওইনা অদুম মউই। মতম পুম্বদা অকনবা তপস্যা তৌবত্তনা মশিঙ্গং ওই। ব্রাহ্মণশিংগা লোয়ননা দেবতাশিংগী অমদি অতিথিশিংদা বিধি কায়দনা সেবা পূজা তৌই। মহাক অসি মতম পুম্বদা ব্রহ্মচারি ওই ধর্মগী থবক্তদা পূম্নিং চঙদুনা লৈ ॥৪॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা নোংমা ভিক্ষু ওইরবা অদুগা মহাজ্ঞানিস্থ ওইরবা জৈগীষব্য মুনিনা আশ্রমদুদা লাক্তুনা যোগসাধন তৌজনা সমাধি অবস্থাদা লৈখি ॥ ৫ ॥ মহারাজ! তেজ কল্লবা, তপস্যা কল্লবা মহামুনি জৈগীষব্য হায়বসি দেবলগী

দেবলস্যাশ্রমে রাজন্ ! প্রবসন্ স মহাদ্যুতিঃ যোগনিত্যো মহারাজ । সিদ্ধিং প্রাপ্তো মহাতপাঃ ।৬।

তং তত্র বসমানন্তু জৈগীষব্যং মহামুনিম্ । দেবলো দর্শয়ন্নেব নৈবাযুঙ্ক্ত ধর্মতঃ ।৭।

এবং তয়োর্মহারাজ ! দীর্ঘকালোঽভ্যগাৎ পুরা । জৈগীষব্যং মুনিবরং ন দদর্শাথ দেবলঃ ।৮।

আহারকালে মতিমান্ পরিব্রাড়্ জনমেজয় ! । উপাতিষ্ঠত ধর্মজ্ঞো ভৈক্ষ্যকালে স দেবলম্ ।৯।

স দৃষ্ট্বা ভিক্ষুরূপেণ প্রাপ্তং তত্র মহামুনিম্ । গৌরবং পরমং চক্রে প্রীতিঞ্চ বিপুলাং তথা ।১০।

দেবলস্তু যথাশক্তি পূজয়ামাস ভারত ! । ঋষিদৃষ্টেন বিধিনা সমা বহ্বীঃ সমাহিতঃ ।১১।

কদাচিত্তস্য নৃপতে ! দেবলস্য মহাত্মনঃ । চিন্তা সুমহতী জাতা মুনিং দৃষ্ট্বা মহাদ্যুতিম্ ।১২।

সমাস্তু সমতিক্রান্তা বহ্ব্যঃ পূজয়তো মম । ন চায়মলসো ভিক্ষুরভ্যভাষত কিঞ্চন ।১৩।

এবং বিগণয়ন্নেব স জগাম মহোদধিম্ । অন্তরীক্ষচরঃ শ্রীমান্ কলসং গৃহ্য দেবলঃ ।১৪।

গচ্ছন্নেব স ধর্মাত্মা সমুদ্রং সরিতাং পতিম্ । জৈগীষব্যং ততোঽপশ্যদ্গতং প্রাগেব ভারত ! ।।১৫।।

---

আশ্রমদা লৈদুনা মতমপুম্বদা যোগাভ্যাস তৌদুনা সিদ্ধি ফংখি ॥৬॥ মহা মুনি জৈগীষব্য হায়বসিনা আশ্রম অদুদা লৈরকপসিদা অসিত দেবল হায়বসিনসু ফংডমহ্নবা মাগী সৎসঙ্গদু ফংহদা মাবু খাদোক্নিংদ্রে ।৭॥ মহারাজ ! অসুম্না মতম কুইনা লৈরকলবদা নোংমদি জৈগীষব্য হায়বা মুনি উবা ফংখিদ্রে ॥৮॥ নিংথৌ জনমেজয় ! বুদ্ধিমান ওইরবা ধর্মগী তত্ত্ব খঙলবা লমকোয়বা ভিক্ষু জৈগীষব্য মুনিনা, উহৈ রাহৈ পুদুনা আশ্রমদা হজিন্নরকপগী মতমদা, চারমদাই মতমদা দেবল মুনিগী নাক্তা থংঙ্গ্নে ॥৯॥ ভিক্ষু ওইরবা জৈগীষব্যনা হল্লকপদু উবদা দেবল মুনি অসি খোইদোকনা মুংঙাইবা অমদি লেমজবা কোংদোকখি ॥১০॥ ভরতনন্দন ! দেবল মুনিনা থম্মোয় হকচাং অমত ওইনা চহি মতম য়াম্না কুইনা ঋষি অদুবু য়োক্ত্না থম্বগী বিধিনিয়ম ব্যবহার কায়দনা মহাকপু সম্মান তৌদুনা থম্মি ॥ ১১ ॥ নোংমদি মহাতেজ কুম্নবা জৈগীষব্যবু অসুম য়েংদুনা দেবলগী পুকনিংদা অকনবা চিন্তা অমা পোক্খ্রে ॥ ১২ ॥ ঐনা মাবু চেৎনা লুনা থম্মি। চহি মতমসু য়াম্না হৌখ্রে। অদুবু তম্নবা ভিক্ষুক জৈগীষব্য হায়বসিনা ঐতোম্বা নোংমত্তা অহুনি অদানি হায়বা অমত ঙাঙ্ক্ক্রি ॥ ১৩ ॥ তপস্যাতনা লৈতেং ওইরবা, তপস্বীশিংগী লৈতেংসু ওইরবা দেবলনা অসুম্না চিন্তা তৌনা তৌনা অকাশগী লম্বিদা চফু অম পায়দুনা সমুদ্র তাম্না চৎখি ॥১৪॥ ভরতনন্দন ! ধর্ম চেন্নবা দেবলনা সমুদ্রযোমদা অসুম চৎখিবদা করি উবগে হায়রবু আশ্রমদা লৈহৌবা জৈগীষব্য মুনি অসি মহাক্না হান্নগুম সমুদ্র মপান্দা লৈরমলে ॥ ১৫ ॥ মাবু উবদা মতিক মঙন চাওরবা দেবলমুনি অসি য়াম্না ঙকখীদুনা অসুম্না চিন্তা তৌরকই:— " ভিক্ষু জৈগীষব্য হায়বসিনা মতৌ করম্না সমুদ্রমপান অসিদা

ততঃ সবিস্ময়চিন্তাং জগামাথাসিতঃ প্রভুঃ। কথং ভিক্ষুরয়ং প্রাপ্তঃ সমুদ্রে স্নাত এব চ ॥১৬॥
ইত্যেবং চিন্তয়ামাস মহর্ষিরসিতস্তদা। স্নাত্বা সমুদ্রে বিধিবৎ শুচির্জপ্যং জজাপ হ ॥১৭॥
কৃতজপ্যাহ্নিকঃ শ্রীমানাশ্রমঞ্চ জগাম হ। কলসং জলপূর্ণং বৈ গৃহীত্বা জনমেজয়! ॥১৮॥
ততঃ স প্রবিশন্নেব স্বমাশ্রমপদং মুনিঃ। আসীনমাশ্রমে তত্র জৈগীষব্যমপশ্যত ॥১৯॥
ন ব্যাহরতি চৈবৈনং জৈগীষব্যঃ কথঞ্চন। কাষ্ঠভূতাশ্রমপদে বসতি স্ম মহাতপাঃ ॥২০॥
তং দৃষ্ট্বা চ প্লুতং তোয়ে সাগরে সাগরোপমম্। প্রবিষ্টমাশ্রমঞ্চাপি পূর্ব্বমেব দদর্শ সঃ ॥২১॥
অসিতো দেবলো রাজন্। চিন্তয়ামাস বুদ্ধিমান্। দৃষ্ট্বা প্রভাবং তপসো জৈগীষব্যস্য যোগজম্ ।২২।
চিন্তয়ামাস রাজেন্দ্র! তদা স মুনিসত্তমঃ। ময়া দৃষ্টঃ সমুদ্রে চ আশ্রমে চ কথং ত্বয়ম্ ।২৩।
এবং বিগণয়ন্নেব স মুনির্মন্ত্রপারগঃ। উৎপপাতাশ্রমাত্তস্মাদন্তরীক্ষং বিশাংপতে!।
জিজ্ঞাসার্থং তদা ভিক্ষোর্জৈগীষব্যস্য দেবলঃ ।২৪।
সোঽন্তরীক্ষচরান্ সিদ্ধান্ সমপশ্যৎ সমাহিতান্। জৈগীষব্যঞ্চ তৈঃ সিদ্ধৈঃ পূজ্যমানমপশ্যত ।২৫।
ততোঽসিতঃ সুসংরব্ধো ব্যবসায়ী দৃঢ়ব্রতঃ। অপশ্যদ্বৈ দিবং যান্তং জৈগীষব্যং স দেবলঃ ।২৬।

---

শ্রীতোন্দগী হায়া য়োরমত্তুবা স্নায়চিংবা লোয়দনা লৈরমলিবনো। ॥১৬॥ মহর্ষি দেবলনা অসুয়া চিন্তা তৌর তৌরগুনা বিধি কায়দনা সমুদ্রদা স্নান তৌরগা ইষ্ঠদেবগী মন্ত্রবু জপ তৌহুনা লৈখি ॥১৭॥ জনমেজয় মহারাজ। তপস্বী ওইবগী গুনতনা লৈতেং ওইরবা দেবলনা শোনগদব মন্ত্র-নচিংবা লোয়হনা নোংমগী তৌগদবা অহ্নিকক্রিয়া পুম্বা লোইহনা ঈশিং পীকথম্না হাপ্লবা চফু অহু পুডুনা আশ্রমদা হল্লকই ॥১৮॥ দেবল মুনিনা আশ্রমদা য়োরকপদা জৈগীষব্য অসি মানা হায়া আশ্রমদা কমতুনা লৈরম্বহু উরে ॥১৯॥ মতম অদুদা জৈগীষব্য অসি দেবলদা রামচেত অমত ওাওদে। উতুপ ভাওয়া ভুমিয়া কমতুনা লৈ ॥২০॥ সমুদ্রগী মতৌওয়া তপথরবা মতিক মগুন লৈরবা জৈগীষব্য হায়বা মুনি অসিনা মানা হায়া সমুদ্রদাস্নান তৌরগা আশ্রমদা মাঙজোননা থংওমবহু দেবলনা উরে ॥২১॥ নিংথৌ! দেবলনা তপস্যাগী শক্তিনা জৈগীষব্যনা তৌরিবহু উবদা চিন্তা তৌরকই ॥২২॥ নিংথৌ অথোয়বা। মুনি অথোয়বা দেবলনা অসুম হায়না চিন্তা তৌরকই সমুদ্র ময়াদা লৈরম্লোবা মানা মতৌ কয়া আশ্রমদা ঐনা য়েৌথিবৈদা মানা হায়া য়োরমালবনো ॥২৩॥ মহারাজ মন্ত্র যন্ত্র হৈরবা দেবলনা অসুমনা চিন্তা তৌরগা জৈগীষব্যগী যোগসাধন অমদি তপস্যাগী শক্তিবু পরিক্ষা তৌগে হায়রগীদমক আশ্রম অদুদগী নোংমদোম্বক্তা পাইখংখি ॥২৪॥ দেবলনা মতম অদুদা করি উবগে হায়রবু আকাশদা সিদ্ধ সাধ্যশীংনা সমাধি তৌহুনা খোংজ্রয় চনচম্ভুনা লৈ। মখনা জৈগীষ্যগী সেবা পূজা তৌহুনা লৈরি ॥২৫॥ থংইগা মায়দনা মথোনা লৈরবা অকন অকনবা নিয়মব্রতকরবা দেবলগী জৈগীষব্যনা নোংমনোম্বক্তা চৎহুনা লৈবহু উখি ॥২৬॥ দেবলনা অমুক করি উবগে হায়রবু জৈগীষব্য অসি স্বর্গলোকতগী

সর্ব্বমেধঞ্চ হ্যপ্রাপং তথা সৌত্রামণিঞ্চ যে । তেষাং লোকেষ্বপশ্যচ্চ জৈগীষব্যং স দেবলঃ ॥৩৬॥
দ্বাদশাহৈশ্চ সত্রৈর্যে যজন্তে বিবিধৈর্নৃপ ।। তেষাং লোকেষ্বপশ্যচ্চ জৈগীষব্যং স দেবলঃ ॥৩৭॥
মিত্রাবরুণয়োর্লোকে চাদিত্যানাং তথৈব চ । সলোকতামনুপ্রাপ্তমপশ্যত ততোঽসিতঃ ॥৩৮॥
রুদ্রাণাঞ্চ বসূনাঞ্চ স্থানং যচ্চ বৃহস্পতেঃ । তানি সর্ব্বাণ্যতীতানি সমপশ্যত্ততোঽসিতঃ ॥৩৯॥
আরুহ্য চ গবাং লোকং প্রয়াতো ব্রহ্মসত্রিণাম । লোকানপশ্যদ্গচ্ছন্তং জৈগীষব্যং ততোঽসিতঃ ॥৪০॥
ত্রীন্ লোকানপরান্ বিপ্রমুৎপতন্তং স্বতেজসা । পতিব্রতানাং লোকাংশ্চ ব্রজন্তং সোঽন্বপশ্যত ॥৪১॥
ততো মুনিবরং ভূয়ো জৈগীষব্যমথাসিতঃ । নান্বপশ্যত যোগস্থমন্তর্হিতমরিন্দম ! ॥৪২॥
সোঽচিন্তয়ন্মহাভাগো জৈগীষব্যস্য দেবলঃ । প্রভাবং সুব্রতত্বঞ্চ সিদ্ধিং যোগস্য চাতুলাম্ ॥৪৩॥
অসিতোঽপৃচ্ছত তদা সিদ্ধান্ লোকেষু সত্তমান্ । প্রয়তঃ প্রাঞ্জলির্ভূত্বা ধীরস্তান্ ব্রহ্মসত্রিণঃ ॥৪৪॥
জৈগীষব্যং ন পশ্যামি তং শংসত মহৌজসম্ । এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং পরং কৌতূহলং হি মে ॥৪৫॥

---

মৌনখিবা লোক অদুদা জৈগীষব্যনা চৎখিরোখিবদু দেবল ঋষিনা তশেংনা উখি ॥৩৬॥ নিংথৌ ! মুমিৎতরানিথোইনি চুপ্প তৌবগী দ্বাদশাহলাগী যজ্ঞ মতোমমোক তৌবশিংনা মৌনখিবা লোক অদুদা জৈগীষব্যনা চৎখিবদু দেবলনা উখি ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা জৈগীষব্যনা মিত্রলোক, বরুণলোক অদুগা সূর্য্যলোক তাগা মথং মথং কাখিবদু দেবলঋষিনা লায়না উবা ফংগে । অদুগী তুংদা রুদ্র-শিংগী, বসুদেবতাশিংগী বৃহস্পতিগী লৈবরিবা লোকশিংসিদ অদুদা জৈগীষব্যনা চৎখিবদু দেবলনা উখি ॥৩৮॥ অদুগী তুংদা রুদ্রশিংমা, বসুশিংগা অদুগা বৃহস্পতিনা লৈরিবা লোকশিং অদুদা জৈগীষব্যনা মথং মথং লাপ্লোকাখিবদু দেবলঋষিনা উখি ॥৩৯॥ অদুগী অমুক দেবলঋষিনা কবি উখবগে হায়বদু জৈগীষব্য হায়বসি গোলোক লাপ্লোকখিদুনা ব্রাহ্মণযাজ্ঞিকশিংগী লোক অদুদা কাখৎখি ॥৪০॥ মতুং অদুদা দেবল ঋষিনা উখি:— জৈগীষব্য হায়বা সিদ্ধপুরুষ অসি লোক অদুগা মথং মথং লাপ্লোকখিদুনা মতুংদা পতিব্রতাগী লোকতা থুংখি ॥৪১॥ মেরুবা তথা নিংথৌ ! অদুগী তুংদা জৈগীষব্যনা মাগী যোগ শক্তি উৎপদ্ তৌখিরে, মহাকপু মরেক্ লাবা উখিদ্রে। জৈগীষব্যসি মপক্ পুম্নু উখিদ মাক খাখিদুনা দেবলনা অমুক্ মাবু উখিদ্রে ॥৪২॥ মতম অদুদা মহাত্মা দেবল ঋষিনা থন্নকই:— মহামুনি জৈগীষব্যগী তপস্যাগী প্রভাব, ব্রতনিয়ম অদুগা যোগসিদ্ধি অসিদি অমগা চাংদমীক্তবা লৈতে ॥৪৩॥ অদুদগী দেবলনা মথুং লোয়দুনা অংবোইবা লোকতা চৎলিবা যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিং অদুদা অসুম্না হংখি ॥৪৪॥ সিদ্ধপুরুষ পুম্নমক। ঐ না অমত । হংজগে জৈগীষব্য মুনিবু উবা ফংখিদ্রে । মহাত্মা অমুক তাকপিয়ু মহাতেজ লৈবা জৈগীষব্য হায়বগী মরমদা মুম্না অমুক তাকপিয়ু। মাগী মরমদা ঐ মুম্না অমুক খঙনীঙ্ই । মরমথি ঐগী [illegible]. অমদি মাগী মরমদা খঙবীয়বা অম তঙনা পোকপ্রে ॥৪৫॥

### সিদ্ধা ঊচুঃ ।

শৃণু দেবল ! বৃত্তান্তং শংসতাং নো দৃঢ়ব্রত ! । জৈগীষব্যঃ স বৈ লোকং শাশ্বতং ব্রহ্মণো গতঃ ॥৪৬॥

### বৈশম্পায়ন উবাচ ।

স শ্রুত্বা বচনং তেষাং সিদ্ধানাং ব্রহ্মসত্রিণাম্ । অসিতো দেবলস্তূর্ণমুৎপপাত পপাত চ ॥৪৭॥

ততঃ সিদ্ধাস্তমূচুর্হি দেবলং পুনরেব হ । ন দেবল ! গতিস্তত্র তব গন্তুং তপোধন ! ।

ব্রহ্মণঃ সদনং বিপ্র ! জৈগীষব্যো যদাপ্তবান্ ॥৪৮॥

### বৈশম্পায়ন উবাচ

তেষাং তদ্বচনং শ্রুত্বা সিদ্ধানাং দেবলঃ পুনঃ । আনুপূর্ব্ব্যেণ লোকাংস্তান্ সর্ব্বানবততার হ ॥৪৯॥

স্বমাশ্রমপদং পুণ্যমাজগাম পতঙ্গবৎ । প্রবিশন্নেব চাপশ্যজ্জৈগীষব্যং স দেবলঃ ॥৫০॥

ততো বুদ্ধ্যা ব্যগণয়দ্দেবলো ধর্ম্মযুক্তয়া । দৃষ্ট্বা প্রভাবং তপসো জৈগীষব্যস্য যোগজম্ ॥৫১॥

ততোঽব্রবীন্মহাত্মানং জৈগীষব্যং স দেবলঃ । বিনয়াবনতো রাজন্ ! উপসর্প্য মহামুনিম্ ।

মোক্ষধর্ম্মং সমাস্থাতুমিচ্ছেয়ং ভগবন্ ! অহম্ ॥৫২॥

তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা উপদেশং চকার সঃ । বিধিঞ্চ যোগস্য পরং কার্য্যাকার্য্যঞ্চ শাস্ত্রতঃ ॥৫৩॥

---

মাহু তাবদা সিদ্ধ পুরুষশিং অহুনা দেবলদা হায়রকই:— ব্রত কন্নবা দেবল ! ঐখোয় কাঙ্গোশনা হায়গে মুন্না তাও । নংনা ইন্নরক্লিবা জৈগীষব্য হায়বা মুনি অদুদি লেওরবা শুৎম ব্রহ্মলোক হংহুদ চৌগ্রে । অদুনা মাবু অমুক উবরোই ॥৪৬॥ বৈশম্পায়ননা হায় মহারাজ ! জনমেজয় ! সিদ্ধ পুরুষশিংগী ৱাহ তারদা দেবল অসি ৱান্না থুনা ৱাঙনা মথক-লোমদা যোগ শক্তিনা চাইগৎলকই, অদুবু হায়গী মকম অদুদা অমুক তারকলে ॥৪৭॥ অদুগী তুংদা সিদ্ধ পুরুষশিং অহুনা দেবলদা হায়রকই:— ব্রাহ্মণ ! দেবল ! জৈগীষব্যনা য়োঙ্গিবা ব্রহ্মলোক অদুদা নহাক য়োবা ঙমখিরোই । মাহু কাওবা য়োননবগী নহাক্কী তপস্যা শক্তি লৈতে ॥৪৮॥ বৈশম্পায়ননা হায়:— দেবলনা সিদ্ধ পুরুষশিংগী ৱাহ তাবদা কাথৎলক্লিবা লোক ময়াম্ অদুদগী মথং মথং কুমৎরকই ॥৪৯॥ অদুগী তুংদা উচেক্না কদায় কদায় কাওবা পাইকরগা মহুমদা হঙ্গিল্লকপগুম দেবল অসি মাগী আশ্রমদা থগুহোদনা থুগুরে । আশ্রম মহুংদা চংখিবা জৈগীষব্যবু দেবলনা উরে ॥৫০॥ মতম অদুদা দেবলনা জৈগীষব্যগী তপস্যা অমদি যোগগী প্রভাবকী মরমদা মুন্না খল্লবা নৈনবা হোৌরকই:— ॥৫১॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা দেবলনা খুৎ লোম্নরহুনা জৈগীষব্যদা অস্নুম্না হংজকই:— মহামুনি ! ভগবান ! ঐ নহাক্কী নকমদা মোক্ষ ধর্ম্মগী মরমদা ৱান্না মুন্না তমজনীঙঙি ॥৫২॥ জৈগীষব্যনা দেবলগী ৱাহ তাবদা অখোইবা যোগগী মরমদা অদুগা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না তৌগদবা তৌরোইদৌবগী মরমদা উপদেশ পীরকই ॥৫৩॥ দেবল অসি সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌনিঙলে হায়বসি খঙলহুনা জৈগীষব্যনা

সন্ন্যাসকৃতবুদ্ধিং তং ততো দৃষ্ট্বা মহাতপাঃ । সর্বাশ্চাস্য ক্রিয়াশ্চক্রে বিধিদৃষ্টেন কর্ম্মণা ॥৫৪॥
সন্ন্যাসকৃতবুদ্ধিং তং ভূতানি পিতৃভিঃ সহ । ততো দৃষ্ট্বা প্ররুরুদুঃ কোঽস্মান্ সংবিভজিষ্যতি ॥৫৫॥
দেবলস্য বচঃ শ্রুত্বা ভূতানাং করুণং তথা । দিশো দশ ব্যাহরতাং মোক্ষং ত্যক্তুং মনো দধে ॥৫৬॥
ততস্তু ফলমূলানি পবিত্রাণি চ ভারত ! । পুষ্পাণ্যোষধয়শ্চৈব রোরূয়ন্তে সহস্রশঃ ॥৫৭॥
পুনর্নো দেবলঃ ক্ষুদ্রো নূনং ছেৎস্যতি দুর্ম্মতিঃ । অভয়ং সর্ব্বভূতেভ্যো যো দত্ত্বা নাববুধ্যতে ॥৫৮॥
ততো ভূয়ো ব্যগণয়ৎ স্ববুদ্ধ্যা মুনিসত্তমঃ । মোক্ষে গার্হস্থ্যধর্ম্মে বা কিন্নু শ্রেয়স্করং ভবেৎ ॥৫৯॥
ইতি নিশ্চিত্য মনসা দেবলো রাজসত্তম ! । ত্যক্ত্বা গার্হস্থ্যধর্ম্মং স মোক্ষধর্ম্মমরোচয়ৎ ॥৬০॥
এবমাদীনি সঞ্চিন্ত্য দেবলো নিশ্চয়াত্ততঃ । প্রাপ্তবান্ পরমাং সিদ্ধিং পরং যোগঞ্চ ভারত । ॥৬১॥
ততো দেবাঃ সমাগম্য বৃহস্পতিপুরোগমাঃ । জৈগীষব্যং তপশ্চাস্য প্রশংসন্তি তপস্বিনঃ ॥৬২॥
অথাব্রবীদৃষিবরো দেবান্ বৈ নারদস্তথা । জৈগীষব্যে তপো নাস্তি বিস্মাপয়তি যোঽসিতম্ ॥৬৩॥

---

শাস্ত্রগী বিধি কায়দনা চৎকদবা সন্ন্যাস ধর্ম্মগী মতমদা উপদেশ পীরকই অদুগা দেবলনা সন্ন্যাস মার্গদা চৎনমবগী থবক পুম্নমক তাক্লকই ॥৫৪॥ অদুগী তুংদা দেবলনা সন্ন্যাস ধর্ম্মবু লৌগদৌরে হায়বসি খঙবদা আশ্রমদা লৈরিবা জীব পানবা পুম্নমক কপ্পকলে । হৌজিক ঐখোয়দা ঐগী ঐগী শরুক য়েনখিদুনা কনানা অন্নদান তৌদুনা পীজখিগদৌরিনি হায়না আশ্রমদা লৈরিবা পুম্নমক্না হীক্লা হীক্লা কপ্পকই ॥৫৫॥ আশ্রমদা লৈরিবা তাইবং মী জীবজন্তু পুম্নমক্না অসুম্না মায়কৈ তরা ওন্দুনা কপ্প লাউনরক্লবদা দেবলনা মখোয়গী ভাব অদু যুম্না খঙলদুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম চৎননবগী ইচ্ছাবু অমুক থাদোকখি ॥৫৬॥ ভরতনন্দন ! অদুগী তুংদা অমুক অমরোমদা হৈপাল লৈপাল উগী বাগী পুম্নমক্না অদুগা অচম্বত জীব লিশিং লিশিংনা য়াম্না মুংশি মুংতোম্নন কপ্পকলে ॥৫৭॥ জীব পানবা পুম্নমক্না নীঙঙায়দনা কিদনা লৈননবগী অভয়দান তৌরম্মগা মাহুবুস দেবল হায়বসিনা হৌজিক কম্মিমত নীঙশিংজে । পুকচেল পীক্লবা দেবল হায়বসিনা ঐখোয়গী জীবিকাবুসু মানা ককথৎকদৌরে । অসুম হায়না শা উচেক কাওবনা লাউনখি ॥৫৮॥ মতম অসিদা মুনি অখোইবা দেবলনা মপুক্লিংদা অসুমসুম্ খল্লকই—ঃ সন্ন্যাস ধর্ম্মগা, গৃহস্থ ধর্ম্মগা অনীসিগী মনুংদা ঐঙোন্দা খর হেন্না মঙ্গল ওইগদবসি করম্বনো ? ॥৫৯॥ নিংথৌ অখোইবা ! দেবলনা অসুম্না কুইনা বিচার তৌরুরবা তুংদা সন্ন্যাস ধর্ম্মনা হেনবা তাই হায়না লেপল্লনা গৃহস্থ ধর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস আশ্রমদা চঙঙগে হায়না পুক্নিং চপ য়াংনা লেপখ্রে ॥৬০॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! দেবলনা মতৌ অসুম্ য়াম্না যুম্না কুইনা বিচার তৌরগা মশামা চৎকদবা মার্গবু লেপল্লনা পরমসিদ্ধি ফংবগী অমদি যোগ শক্তিগী মহৈগী মশক্ ওইরবা মুক্তি ( অয়ান খুভম ) বু ফংখি ॥৬১॥ অদুগী তুংদা তপস্বীশিংনা অমদি দেবতাশিংনা বৃহস্পতিনা মাঙথানা লাক্লুনা জৈগীষব্যগী মগুণবু অদুগা মাগী তপস্যাগী শক্তিবু হন্না হন্না থাগৎলে ॥৬২॥ অদুগী তুংদা ঋষি অখোইবা নারদনা হায়খিঃ— জৈগীষব্যগী তপস্যাগী শক্তিসিগী মগুণ কম্মিমত লৈতে । মরমদি মহাত্মা মশাগী তৌব ওয়া উত্নুনা দেবলবু ঙকহনখি ঙক্লংখি ॥৬৩॥ জ

ততোঽন্তেবাসিনং দৃষ্ট্বা প্রত্যুচুস্তে বিস্মিতোঽভবৎ । বৈষ্ণবিক্রমং শংসন্তো জৈগীষব্যং মহামুনিম্ ॥৬৪॥

নাতঃ পরতরং কিঞ্চিন্নাস্তি প্রভাবতঃ । তেজসস্তপসশ্চাপি যোগস্য চ মহাত্মনঃ ॥৬৫॥

এবং প্রভাবো ধর্ম্মাত্মা জৈগীষব্যস্তথাসিতঃ । তয়োরিদং স্থানবরং তীর্থঞ্চৈব মহাত্মনোঃ ॥৬৬॥

তত্রাপ্যুপস্পৃশ্য ততো মহাত্মা দত্ত্বা চ বিত্তং হলভৃদ্দ্বিজেভ্যঃ ।

অবাপ্য ধর্ম্মং পরমার্য্যকর্ম্মা জগাম সোমস্য মহৎ সুতীর্থম্ ॥৬৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি

গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে

ষট্চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

---

মায়কনা অহুমা হায়রক্লবদা মহর্ষি জৈগীষব্যবু থাগৎলিবা দেবতাশিংনা নারদদা অশুমা হায়খি ঃ— দেবর্ষি ! অশুমা থক্ হায়বিরোইদৌবনি ॥৬৪॥ মহাত্মা ওইরবা জৈগীষব্যগী প্রভাব, তেজ অমদি যোগ শক্তি অসিগুম্বদি কনাগীসু ওইথিদ্রে ॥৬৫॥ মহাত্মা ওইরবা জৈগীষব্য দেবলগী অসিগুম্বা মতৌক মওং অসি লৈখি । মখোয় অনীগী মকম অমদি আশ্রম অদো য়াম পুন্য চেন্নবা তীর্থ স্থান অমনি ॥৬৬॥ অদুগী তুংদা মহাত্মা ওইরবা শকন থবক তৌবতদা পুক্নিং চঙলবা বলদেববু দেবল জৈগীষব্যগী আশ্রম তীর্থদা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা ধন দান তৌরম্লগা সোম তীর্থ তাম্না চৎখি ॥৬৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা পোংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধকী মনুংদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতাংদা সারস্বতোপাখ্যানগী নিকুতরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

— —:০০:— —

# শ্রীমহাভারতম্

(সারস্বত তীর্থগী বারী মথং)

## সপ্তচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ।

নিফুতরেংশুবা অধ্যায়।

——:•✻•:——

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

যত্রেজিবানুড়ুপতী রাজসুয়েন ভারত।। তস্মিংস্তীর্থে মহানাসীৎ সংগ্রামস্তারকাময়ঃ ॥১॥

তত্রাপ্যুপস্পৃশ্য বলো দত্ত্বা দানানি চাত্মবান্। সারস্বতস্য ধর্ম্মাত্মা মুনেস্তীর্থং জগাম হ ॥২॥

তত্র দ্বাদশবার্ষিক্যামনাবৃষ্ট্যাং দ্বিজোত্তমান্। বেদানধ্যাপয়ামাস পুরা সারস্বতো মুনিঃ ॥৩॥

### জনমেজয় উবাচ।

কথং দ্বাদশবার্ষিক্যামনাবৃষ্ট্যাং তপোধন।। ঋষীনধ্যাপয়ামাস পুরা সারস্বতো মুনিঃ ॥৪॥

### বৈশম্পায়ন উবাচ।

আসীৎ পূর্ব্বং মহারাজ ! মুনির্ধীমান্ মহাতপাঃ। দধীচিরিতি বিখ্যাতো ব্রহ্মচারী জিতেন্দ্রিয়ঃ ॥৫॥

তস্যাতিতপসঃ শক্রো বিভেতি সততং বিভো।। ন স লোভয়িতুং শক্যঃ ফলৈর্বহুবিধৈরপি ॥৬॥

---

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— ভরতনন্দন। চন্দ্রদেবনা রাজসুয় যজ্ঞ তৌদুনা অহৌবা ধর্ম্মদুগী অনুষ্ঠান তৌখিবা সোমতীর্থ অদুদা তারকাসুরগা লাইরাগা লাঙ্গাও অম খেনখি ।১॥ তীর্থ ভ্রমণ তৌবদা পুক্কিং চঙলবা বলদেবনা হায়রিবা তীর্থ অদুদা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা পদ্মম্ যাম দান তৌরম্মগা সরস্বত মুনিগী আশ্রমদা লেংবি ॥২॥ মমাংঙৈদা হায়রিবা তীর্থ অসিদা চহী তরানিথোইচুপ নোং তাখিদবা মতম অদুদা সারস্বত মুনি আসি ব্রাহ্মণশিংদা বেদ তম্বিহুবা লৈরম্মি ॥৩॥ জনমেজয় নিংথৌনা হংজিঃ— হে তপোধন। মহর্ষি। মতম্ অহক কুইনা অনা বৃষ্টি ওইরিঙৈদা স্বারস্বত মুনিনা মাগী ব্রাহ্মণ শিষ্যশিংদা করিগীদমক বেদ তম্বিহুনা লৈখোকলিবনো ? ॥৪॥ বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ। মমাংঙৈদা য়াম্না জ্ঞানী ওইবা, তপস্যা কয়বা, ব্রহ্মচারী ওইবা, ইন্দ্রিয় থুংনা চনবা দধিচি হায়বা জগত খ্যাতরবা মুনি অম লৈরম্মি ॥৫॥ মহারাজ। ইন্দ্রনা মতম পুম্বদা দধিচিনা তৌরিবা তপস্যা অসিদা য়াম চিংনবে, কিবে। ধনসম্পত্তি কয়া উত্পা মিংহৌহল্লুনা হোৎনরবু কয়িমত্ত কায়রে। মাগী তপস্যাদগী থুরেনামক্তা লেত্তক হায়বা মাদ্রে ॥৬॥ অদুগী তুংদা ইন্দ্রনা দধিচিবু মিংহৌহনগে হায়দুনা নীঙখিবা শেংলবা কাবোম শেংলবী,

প্রলোভনার্থং তস্যাথ প্রাহিণোৎ পাকশাসনঃ । দিব্যামপ্সরসং পুণ্যাং দর্শনীয়ামলম্বুষাম্ ॥৭॥
তস্য তর্পয়তো দেবান্ সরস্বত্যাং মহাত্মনঃ । সমীপতো মহারাজ ! সোপাতিষ্ঠত ভামিনী ॥৮॥
তাং দিব্যবপুষং দৃষ্ট্বা তস্যর্ষের্ভাবিতাত্মনঃ । রেতঃ স্কন্নং সরস্বত্যাং তৎ সা জগ্রাহ নিম্নগা ॥৯॥
কুক্ষৌ চাপ্যদধদ্ধৃষ্টা তদ্রেতঃ পুরুষর্ষভ ! । সা দধার চ তং গর্ভং পুত্রহেতোর্মহানদী ॥১০॥
সুষুবে চাপি সময়ে পুত্রং সা সরিতাং বরা । জগাম পুত্রমাদায় তমৃষিং প্রতি চ প্রভো ! ॥১১॥
ঋষিসংসদি তং দৃষ্ট্বা সা নদী মুনিসত্তমম্ । ততঃ প্রোবাচ রাজেন্দ্র ! দদতী পুত্রমস্য তম্ ॥১২॥
ব্রহ্মর্ষে ! তব পুত্রোঽয়ং ত্বদ্ভক্ত্যা ধারিতো ময়া দৃষ্ট্বা তেঽপ্সরসং রেতো যৎ স্কন্নং প্রাগলম্বুষাম্ ॥১৩॥
তৎ কুক্ষিণা বৈ ব্রহ্মর্ষে ! ত্বদ্ভক্ত্যা ধৃতবত্যহম্ । ন বিনাশমিদং গচ্ছেত্ত্বত্তেজ ইতি নিশ্চয়াৎ ॥১৪॥
( যুগ্মকম্ )
প্রতিগৃহ্ণীষ পুত্রং স্বং ময়া দত্তমনিন্দিতম্ ইত্যুক্তঃ প্রতিজগ্রাহ প্রীতিঞ্চাবাপ পুষ্কলাম্ ॥১৫॥

---

লৈতেং পূম্বনা তিন্নবী সর্গদা লৈবী অলম্বুষা কৌবী অপ্সরা দধিচিগী নাক্ত থারকই ॥৭॥ মহারাজা নোংমা, মহাত্ম দধীচিনা সরস্বতী তুরেলদা দেবতাশিংগী পিতৃলোকশিংগী তর্পণ তৌরিঙৈদা, অলম্বুষা হায়বী অপ্সরাসিংনা চঙশিন্নক্তুনা অপাম্বুংশিগী থুদমশাথেক্না দধিচি মাঙদা লেপ্লরে ॥৮॥ শাওংশদা কাজবি অলম্বুষ্যবু উবদা দধিচি মুনিগী থম্মোইদা, কামগী ইপোম হৌখরে। খঙহৌদনা মুনিগী হকচাংগুংদগী বীর্য্যগী মরিক তারকই অদুবু সরস্বতী তুরেল্না ইরৈথুংনা য়াহুনা লৌই ॥৯॥ নিপা অথোইবা মহারাজ জনমেজয়! মহানদী সরস্বতী কৌবীনা দধিচি মুনিগী ঐ অদুবু পূকস্পু দা পূখি ॥১০॥ মহারাজ! তুরেল অথোইবী সরস্বতীনা গর্ভদা ইহু পুরগা মচা অমা কংজখি। মচা অদু পুন্থনা মুনিগী নাক্তা চত্তুকই ॥১১॥ নিংথৌ অথোইবা! সরস্বতী কৌবী তুরেলনা মুনিগী সভা ময়ামদা মুনি অথোইবা দধিচিবু উবদা অতাং অদু মুনিদা পীরগা অস্নুমা হায়রকই :— ॥১২॥ ব্রহ্মর্ষি! ঐবা ব্রহ্মর্ষিগী নচা অসিবু য়াম্ন চেকশিন্না, ভক্তিগা লোয়ননা ঈবুক্তা পুরকলিবনি। ব্রহ্মর্ষি! অপসরা অলম্বুষ্যবু উক্লবদগী ব্রহ্মর্ষিগী নশাদগী তাথিবা বীর্য্য অদো থক অরেম্বদা মাঙবা য়াদবনা ঐনা কৌশিন্দুনা ঈদুক্ত পুই। নহাক্কুম্বগী বীর্য্যদি অমেম্বদা থক মাঙবা য়ারোই হায়বসি খন্দুনা ঐনা য়াম্না থাজনা জীব অসি য়োকপনি ॥১৩-১৪॥ অত্তাংসিবু ঐ ব্রহ্মর্ষিদা কংকে লাকপনি হরাউ হরাউ লৌশিনবিয়ু সরস্বতিনদিনা অস্নুমা হায়রকলবদা দধিচিনা মচাদুবু য়াম্না হরাউনা লৌশিনখি ॥১৫॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা! ব্রাহ্মণ অথোইবা দধিচি মুনিনা মচাহুবু দুংশিবদগী বৃইমা কোম্দুনা চুপ্পি নাচি, মকোক্তা মানবিহ্নুনা

অসৃক্‌স্রাবাভিদ্রুতং বুদ্ধ্বা ক্রোধিণী দ্বিজোত্তমঃ। পশ্যন্ তত্র চিরং কালং তদা ভরতসত্তম ! ॥১৬॥
সরস্বত্যৈ বরং প্রাদাৎ প্রীয়মাণো মহামুনিঃ। বিশ্বেদেবাঃ সপিতরো গন্ধর্ব্বাপ্সরসাং গণাঃ।
তৃপ্তিং যাস্যন্তি সুভগে ! তর্প্যমাণাস্তবাম্ভসা ॥১৭॥
ইত্যুক্ত্বা স তু তুষ্টাব বচোভির্বৈ মহানদীম্। প্রীতঃ পরমহৃষ্টাত্মা যথাবৎ শৃণু পার্থিব ! ॥১৮॥
প্রসৃতাসি মহাভাগে ! সরসো ব্রহ্মণঃ পুরা। জানন্তি ত্বাং সরিচ্ছ্রেষ্ঠে ! মুনয়ঃ সংশিতব্রতাঃ ॥১৯॥
মম প্রিয়করী চাপি সততং প্রিয়দর্শনে !। তস্মাৎ সারস্বতঃ পুত্রো মহাংস্তে বরবর্ণিনি ! ॥২০॥
তবৈব নাম্না প্রথিতঃ পুত্রস্তে লোকভাবনঃ। সারস্বত ইতি খ্যাতো ভবিষ্যতি মহাতপাঃ ॥২১॥
এষ দ্বাদশবার্ষিক্যামনাবৃষ্ট্যাং দ্বিজোত্তমান্। সারস্বতো মহাভাগে ! বেদানধ্যাপয়িষ্যতি ॥২২॥
পুণ্যাভ্যশ্চ সরিদ্ভ্যস্ত্বং সদা পুণ্যতমা শুভে !। ভবিষ্যসি মহাভাগে ! মৎপ্রসাদাৎ সরস্বতি ! ॥২৩॥
এবং সা সংস্তুতা তেন বরং লব্ধা মহানদী। পুত্রমাদায় মুদিতা জগাম ভরতর্ষভ ! ॥২৪॥
এতস্মিন্নেব কালে তু বিরোধে দেবদানবৈঃ। শক্রঃ প্রহরণান্বেষী লোকাংস্ত্রীন্ বিচচার হ ॥২৫॥

---

মনম নমাম ॥১৬॥ মহর্ষি দধিচিনা পেনমনশ্রহুনা সরস্বতিদা অসুমা হায়রকই :— লাইবককবী নহাক্তি ঈশিংদা স্নান তৌরগা পিতৃমাতৃতর্পণ তৌরব মমহাক অহুদি মতোম্দা থোইদোক্না দেবলোক-পিতৃলোক, গন্ধর্ব্বলোক অহুগা অপ্সরাশিংনা পেনবা ওইসগু ॥১৭॥ মহারাজ ! মাহে অমনীসি হায়রগা দধিচি মুনিঅসি থোইদোক্না পেনখি হবাউখিহুনা মাহৈনা মহানদী সরস্বতীগী স্তুতি তৌখি। মহু মহারাজ ! পুক্নিং চঙনা তাবিয়ু ॥১৮॥ লাইবককবী ! তুরেল অথোইবী ! নংদি মমাতৈদা ব্রাহ্মগী মানস সরোবরদগী হায়বদি পুক্নিংগী মশক ওইরবা পুন্নিদগী পোকখিবীনি ব্রতকনবা তপস্বীশিংনা নহাকপু খ্বাইদগী অশেংবি, অথোইবিনি হায় ॥১৯॥ য়েংবদা ককবি ! নংদি মতম পুমনা ঐগী কননবত তৌবী ওইহুনা লৈগনি। অহুনা নচা অসিগী মমিংদি নংগী নমিং লৌহুনা স্বারস্বত হায়না থোজবনি ॥২০॥ লাইবককবী ! জগৎকী মঙলগী মশক ওইরবা নচা অসিগীমিংদি সারস্বত হায়না জগতা কাওহৌরগদবনি। মতমগী মতুং ইন্না অঙাং অসিতুংদা মহাতপস্বী অম ওইনা কাওহৌ-গনি ॥২১॥ লাইবককবী ! পূকচেলকজবী ! সারস্বত অসিনা কাল অমদা চহীতরানিথোই চুপ্পা নোং চুদ্রবদা ব্রাহ্মণশিষ্যশিংবু বেদ তম্বিগনি ॥২২॥ মঙলগী মশক ওইরবী ! লাইবককবী ! সরস্বতি নং অসে ঐগী বরদগী জগত্ত লৈরিবী শেংলবী তুরেল পুম্নমক্কী খ্বাইদগী হেন্না শেংলবি তুরেল অম ওইগনি ॥২৩॥ ভরতনাইগী অথোইবা নিংথৌ ! দধিচি মুনিনা অসুম হায়না থাগৎপিক্রবদা মহানদি সরস্বতি অসি বরগী মায়া ফংতাইনা মচা অহু পুহুনা মকম অহুদগী চৎখি ॥২৪॥
মতম অসিদা দৈত্যদানবশিংগা লাইরামগা য়াম্না থীনা য়েংখিনবা মতাং অম থোকখি। মতম অহুদা ইন্দ্রনা দৈত্যদানব মরামসি তমনবা খুৎলায় অম থিব মরোল অহুমদা কোয়চৎ চৎখি ॥২৫॥ অহুঙবা খুৎলায় অমতনা দৈত্যশিংবু হাৎপা য়াবা খুৎলায় অসি মরোল অহুমদা

ন চোপলেভে ভগবান্ শক্রঃ প্রহরণং তদা । যৈর্ব্বে তেষাং ভবেদ্যোগ্যং বধায় বিবুধদ্বিষাম্ ॥২৬॥
ততোঽব্রবীৎ সুরান্ শক্রো ন মে শক্যা মহাসুরাঃ । ঋতেঽস্থিভির্দধীচস্য নিহন্তুং ত্রিদশদ্বিষঃ ॥২৭॥
তস্মাদ্গত্বা ঋষিশ্রেষ্ঠো যাচ্যতাং সুরসত্তমাঃ । দধীচাস্থীনি দেহীতি তৈর্বধিষ্যামহে রিপূন্ ॥২৮॥
স চ তৈর্যাচিতোঽস্থীনি যত্নাদৃষিবরস্তদা । প্রাণত্যাগং কুরুশ্রেষ্ঠ ! চকারৈবাবিচারয়ন্ ॥২৯॥
স লোকানক্ষয়ান্ প্রাপ্তো দেবপ্রিয়করস্তদা । তস্যাস্থিভিরথো শক্রঃ সংপ্রহৃষ্টমনাস্তদা ॥৩০॥
কারয়ামাস দিব্যানি নানাপ্রহরণান্যুত । বজ্রাণি চক্রাণি গদা গুরূন্ দণ্ডাংশ্চ পুষ্কলান্ ॥৩১॥

( যুগ্মকম্ )

স হি তীব্রেণ তপসা সংভৃতঃ পরমর্ষিণা । প্রজাপতিসুতেনাথ ভৃগুণা লোকভাবনঃ ॥৩২॥
অতিকায়ঃ স তেজস্বী লোকসারো বিনির্ম্মিতঃ । জজ্ঞে শৈলগুরুঃ প্রাংশুর্মহিম্না প্রথিতঃ প্রভুঃ ॥৩৩॥
নিত্যমুদ্বিজতে চাস্য তেজসঃ পাকশাসনঃ । তেন বজ্রেণ ভগবান্ মন্ত্রযুক্তেন ভারত ! ॥৩৪॥
বিচুক্রোশ বিসৃষ্টেন ক্রোধতেজোভবেন চ । দৈত্যদানববীরাণাং জঘান নবতীর্নব ॥৩৫॥

---

অপুম থিরকপদা ফংদ্রে ॥২৬॥ অদুগী তুংদা ইন্দ্রনা লাইরামদা হায়খিঃ— " লাইরামশ ! দধিচি মুনিগী শরুনা শাথা খুৎলায় নত্তনা ঐনা দৈত্যদানবশিংসিবু থক্ হাৎপা ঙম্মরোই " ॥২৭॥ অদুনা লাইরাম অরোইবশা ! নখোয় মরাক্তা চৎখিদুনা দধিচি মুনিদা অসুমা হায়বিরু:— " হে মহামুনি ! দধিচি ! নহাক্কী হকচাংদগী শরুশিংসে ঐখোয়দা পিনবিয়ো । মাদুত্তনা খুৎলায় ওইদুনা ঐখোয় রেরুবশিংবু হাৎকে ॥২৮॥ কৌরব অখোইবা, মহারাজ ! ইন্দ্রনা হায়বদুগী মতুংইন্না লাইরামা দধিচিগী নাক্ত চত্নবা হায়জরুবদা কবিমত্ত নিঙতারবা তোদনা দধিচিনা খুদক্তা থবাই থাখি ॥২৯॥ লাইরামগী কননবত তোরবা দধিচিনা অমাঙ অতা লৈত্রবা স্বর্গবু ফংখি । অদুগী ইন্দ্রনা পুংতাইখিদুনা দধিচি মুনিগী শরুশং অদুনা বজ্র চক্র-গদানচিংবা কয় করবা খুৎলায় শাখি ॥৩০—৩১॥ ব্রহ্মাগী মচা মহর্ষি ভৃগুনা কল্লবা তপস্যাগী মঙৈনা দধিচিবু অথৎকী উপকারগীদমক মরুবপীরুমক্তা পোকখিবনি ॥৩২॥ দধিচি হায়বসি চাউগী মতোঙমা য়াম লুম্মি, মাং চাউ-ই লেম্মি । য়াম্না তেজ লৈবা, মীওইরুগী মপুংদা য়াম্না ফনবা, মতীক্ মগুণ চাউবা, মহাত্মা অমওইনা কাওখিবনি ॥৩৩॥ ভগবান ইন্দ্রনা দধিচিগী তপস্যাদা অমদি মহাকী তেজদা মতম পূম্বদা চিংনহুনতারু লৈখিবনি । মসিগি, প্রথম ওইরুবা অমম্ব ওইরুবা মতুংদা ইন্দ্রনা হিংচাবশিংবু শিংনহুনা কোথোক্লুনা, মন্ত্রনা শেংদোক্লবা তেজ ,কুপ্পরা, দধিচি মুনিগী শরুনা শাবা বজ্র অদুনা কল্লবা হিংচাবা চানিপাল হাৎলা অমুক্তদা হাৎখি ॥৩৪—৩৫॥ মহারাজ অদুগী মতম য়াম্না কুইনা হোৎনবগী তুংদা চহি অরানিথোই চুপা অকিব ফংনানোং তারিব্রে ॥৩৬॥ নিংথৌ ! চহিতরানিথোই চুপা অনাবৃষ্টি ওইরবদুদা মহর্ষিশিংনা হিংনবগীদমক্তা ,তাথক্, ইন্দ্রিয়-

অথ কালে ব্যতিক্রান্তে মহত্যতিভয়ঙ্করী । অনাবৃষ্টিরনুপ্রাপ্তা রাজন্ ! দ্বাদশবার্ষিকী ।৩৬।
তস্যাং দ্বাদশবার্ষিক্যামনাবৃষ্ট্যাং মহর্ষয়ঃ । বৃত্ত্যর্থং প্রাদ্রবন্ রাজন্ ! ক্ষুধার্ত্তাঃ সর্ব্বতো দিশঃ ।৩৭।
দিগ্‌ভ্যস্তান্ প্রদ্রুতান্ দৃষ্ট্বা মুনিঃ সারস্বতস্তদা । গমনায় মতিঞ্চক্রে তং প্রোবাচ সরস্বতী ।৩৮।
ন গন্তব্যমিতঃ পুত্র ! তবাহারমহং সদা । দাস্যামি মৎস্যপ্রবরানুষ্যতামিতি ভারত ! ।৩৯।
ইত্যুক্তস্তর্পয়ামাস স পিতৄন্ দেবতাস্তথা । আহারমকরোন্নিত্যং প্রাণান্ বেদাংশ্চ ধারয়ন্ ।৪০।
অথ তস্যামনাবৃষ্ট্যামতীতায়াং মহর্ষয়ঃ । অন্যোন্যং পরিপপ্রচ্ছুঃ পুনঃ স্বাধ্যায়কারণাৎ ।৪১।
তেষাং ক্ষুধাপরীতানাং নষ্টা বেদা বিধাবতাম্ । সর্ব্বেষামেব রাজেন্দ্র ! ন কশ্চিৎ প্রতিভানবান্ ।৪২।
অথ কশ্চিদৃষিস্তেষাং সারস্বতমুপেয়িবান্ । কুর্ব্বাণং সংযতাত্মানং স্বাধ্যায়মৃষিসত্তমম্ ।৪৩।
স গত্বাচষ্ট তেভ্যশ্চ সারস্বতমতিপ্রভম্ । স্বাধ্যায়মমরপ্রখ্যং কুর্ব্বাণং বিজনে বনে ।৪৪।
ততঃ সর্ব্বে সমাজগ্মুস্তত্র রাজন্ ! মহর্ষয়ঃ । সারস্বতং মুনিশ্রেষ্ঠমিদমূচুঃ সমাগতাঃ ।৪৫।

---

চিংবা খিঙ্গনা অমদগী অমদা কোয়চেল চেম্লকই ॥৩৭॥ মতম অসদা মুনশিংনা কোয়চেল চেম্লকপড় উবদা সারস্বত মুনিনা মহাকসু মকম অদুদগী চৎথাকপগে হায়না খল্লে । মতম অদুদা সরস্বতিনা মঙোন্দা হায়খিঃ—॥৩৮॥ " ঈচাগী ঈচুঙো ! নং অসিদগী খক্ চৎখিগনু ঐনা নংগী চাননবা হাওরবা কয়বা ঙা পীগনি । নং মাদু মতম খয়দং চাদুনা লৈয়ু । " ভরতনন্দন ! মহারাজ ! সরস্বতী নদীনা মচা সারস্বতদা অসুম্না হায়খি ॥৩৯॥ সরস্বতীনা অসুম্না হায়রবদা সারস্বত মুনিন দেবতাশিংগী পিতৃলোকশিংগী তর্পণ তৌবা হৌরকই । মখাইগা বেদগা অনিবু পুননবগীদমক্তা মহাত্মা সরস্বতীনা পীবা ঙা অদু চাদুনা হিংদুনা লৈ ॥৪০॥ অদুগী তুংদা অনাবৃষ্টি ( নোং তাদবা ) অদুনা হৌরবদা, মহর্ষিশিংনা তমখ্রবা বেদ অদুবু অমুক নীংশিংননবগীদমক নৈনবা ওইনা অমগমগ হংনরকই ॥৪১॥ নিংথৌ অথাইবা ! মহর্ষিশিংনা নোং তাদদুনা চানীঙঙায় লৈতদুনা অরাম খোয়াংদা কোয়চেল চেম্লকখিদুনা মখোয়না তমখিবা বেদ পাঠ অমদি বেদ জ্ঞান পুম্বা পুম্নমক মাংহল্লে. পুমকাও কাউরে । কনানম্বু মাদু নীংশিংদ্রে ॥৪২॥ অদুগী তুংদা মখোয়গী মরুদা ঋষি অমনা পুক্নিং চঙনা বেদ পাঠ তৌরিবা, বেদ জ্ঞান নৈনদুনা লৈরিবা সারস্বত মুনিগী মকমদা চৎখি ॥৪৩॥ বনগী চাক্লবা মকম অমদা পুক্নিং চঙনা বেদ পাঠ তৌদুনা লৈরিবা সরস্বতী মনাক চৎখিদুনা অদুগা মাংদগী অমুক হন্দকনা মহাত্মা তৌরোরিবা বেদ পাঠগী হিরম পুখ্রা ঋষিশিংগী মকমদা তম্বুরে ॥৪৪॥ নিংথৌ অথোইবা ! অদুগী তুংদা ঋষি অথোইবশিংদুনা সারস্বত মুনিগী মকমদা চৎখিদুনা অসুম্না হায়রকই:— ॥৪৫॥ " মহর্ষি ! ঐখোয়বু শিষ্য ওইহন্দুনা বেদ তম্বিয়ু । " অদুগী তুংদা সারস্বত মুনিনা মখোয়দা অসুম্না হায়রকই:— " করে, মহাম্ পুম্নমক বিধি কারণনা

অস্মাণধ্যাপয়স্বেতি তানুবাচ ততো মুনিঃ । শিষ্যত্বমুপগচ্ছধ্বং বিধিবদ্ধি মমেত্যুত ।৪৬।
তমাব্রুবন্ মুনিগণা বালস্ত্বমসি পুত্রক ! । স তানাহ ন মে ধর্মো নশ্যেদিতি পুনর্মুনীন্ ।৪৭।
যো হ্যধর্মেণ বৈ ব্রুয়াদ্গৃহ্ণীয়াদ্যাপ্যধর্মতঃ । হীয়েতাং তাবুভৌ ক্ষিপ্রং স্যাতাং বা বৈরিণাবুভৌ ।৪৮।
ন হায়নৈর্ন পলিতৈর্ন বিত্তেন ন বন্ধুভিঃ । ঋষয়শ্চক্রিরে ধর্ম্মং যোঽনূচানঃ স নো মহান্ ।৪৯।
এতচ্ছ্রুত্বা বচস্তস্য মুনয়স্তে বিধানতঃ । তস্মাদ্বেদাননুপ্রাপ্য পুনর্ধর্ম্মং প্রচক্রিরে ।৫০।
ষষ্টিমুনিসহস্রাণি শিষ্যত্বং প্রতিপেদিরে । সারস্বতস্য বিপ্রর্ষের্বেদস্বাধ্যায়কারণাৎ ।৫১।
মুষ্টিং মুষ্টিং ততঃ সর্ব্বে দর্ভাণাং তে হ্যপাহরন্ । তস্যাসনার্থং বিপ্রর্ষের্বালস্যাপি বশে স্থিতাঃ ।৫২।
তত্রাপি দত্ত্বা বসু রৌহিণেয়ো মহাবলঃ মহাবলঃ কেশবপূর্ব্বজোঽথ ।
জগাম তীর্থং মুদিতঃ ক্রমেণ তং বৃদ্ধকন্যাশ্রমমেব বীরঃ ।৫৩।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
সপ্তচত্বারিংশোঽধ্যায় ॥ ০ ॥ *

---

ঐগী শিষ্য ওইবিয়ো ” ॥৪৬॥ অদুদা মুনিশিংনা অস্মুয়া হায়রকই:– “ ঈবুঙো । মহাক্তি অঙাংনি । করম্না নঙোন্দা শিষ্য ওইসিগে ? মাহু তাবদা সারস্বত মুনিনা অস্মুয়া মুনিশিংদা হায়রকই:— “ শিষ্য ওইরবদি অধ্যাপক ওইদুনা তম্বিবগী করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত লৈত্রে । ধর্ম্ম পুম্বা মাঙবা তারে ” ॥৪৭॥ গুরুশিষ্যগী ধর্ম্ম নিয়ম য়াওদনা যেদবু তম্বিবা অমদি তম্বিবা অনীমক্ তা মহা অমাঙবা অম ওই । অমগমগা কাল অমদা য়েক্কবা ওইরে ॥৪৮॥ চহি অহল, নহা ওইবা, কন্থুম, খুকল পাক্কলবা অসিনচিংবসি গুরু ওইবগী বিষয়দা থোইনা মখি লৈনহন্দে । চহি মতাংদা হন্দ্রবস্থ থম হেন্না শাস্ত্রজ্ঞ ওইবা মহাক্ অদুবু গুরু ওইনা লৌবদা করিগু থমমীওঙায় লৈতে । কারবা লৈত্তে ॥৪৯॥ মুনিশিং অদুনা সারস্বত মুনিগী য়াম্ন তাবদা বিধি কায়দনা মহাকী শিষ্য ওইবদু য়ারদুনা, মাগী মকমদা বেদ তম্না তম্না ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্বা তৌবা হৌরে ॥৫০॥ মুনি লিশিং হুম্ফুনা যেদবু নিওখিনা তমগে হায়বগীদমক ব্রহ্মর্ষি সারস্বতকী শিষ্য ওইখি ॥৫১॥ মুনিশিং অদুনা অঙাং ওইরিবা সারস্বত মুনিগী মখাপোম্ন লৈদুনা মখোয় অমময়া ফমনবগীদমক কুশা খুদাপ অময়ম্ হেক হেক পুরকই ॥৫২॥ কৃষ্ণগী ময়াম্বা বলদেবনা সারস্বত তীর্থ কায়রিবদুদা স্নান তৌরগা ব্রাহ্মণশিংদা লন্থুম য়াম্না দান তৌরম্লগা বৃদ্ধাকণ্যাশ্রম হায়বা তীর্থ অদু তাম্ন চৎখি ॥৫৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মতাংদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতুংদা সারস্বতোপাখ্যানগী নিফুত্তরেৎতুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

( সারস্বততীর্থগী মায়ী মথং )

## অষ্টচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ।

নিফুনিপালশুবা অধ্যায়।

— —ঃ※ঃ— —

জনমেজয় উবাচ।

কথং কুমারী ভগবন্ । তপোযুক্তা হ্যভূৎ পুরা । কিমর্থঞ্চ তপস্তেপে কো বাস্যা নিয়মোঽভবৎ ।১।

সুদুষ্করমিদং ব্রহ্মণ্ । ত্বত্তঃ শ্রুতমনুত্তমম্ । আখ্যাহি তত্ত্বমখিলং যথা তপসি সা স্থিতা ॥২॥

বৈশম্পায়ন উবাচ।

ঋষিরাসীন্মহাবীর্য কুণিগর্গো মহাযশাঃ। স তপ্ত বিপুলং রাজন্। তপো বৈ তপসাং বরঃ।

মনসাথ সুতাং সুভ্রূং সমুৎপাদিতবান্ বিভুঃ ॥৩॥

তাঞ্চ দৃষ্ট্বা মুনিঃ প্রীতঃ কুণিগর্গো মহাযশাঃ। জগাম ত্রিদিবং রাজন্ সন্ত্যজ্যেহ কলেবরম্ ।৪।

সুভ্রূঃ সা হ্যথ কল্যাণী পুণ্ডরীকনিভেক্ষণা। মহতা তপসোগ্রেণ কৃত্বাশ্রমমনিন্দিতা ।৫।

---

জনমেজয়না হায়ঃ— মতিক মগুন চাওরবা মহর্ষি! হায়রিবা ঋষিকন্যাশিনা মতৌ করম্না তপস্বিনী ওইখিবগে? অদুগা মহাক্না তপস্বিনী ওইখিবসিনা করিগীনো? অদুগা মাগী তপস্যাগী নিয়মনা মতৌ করম্না তৌখিবা ।১। ব্রাহ্মন নহাক্কী মকমদগী অকিবা কংলবা তপস্যা মতৌগী বারি য়াম্না তাজরে। অদুনা হৌজিক্কি ঋষি কন্যাসিনা তৌখিবা তপস্যাগী মরমদা মুনিনা অমুক্তা লীবিয়ু ।২। বৈশম্পায়ননা হায় — নিংথৌ তেজ য়াম্না কল্লবা মিংচৎ চাউরবা কুনিগর্গ কৌবা ঋষি অমা লৈরম্মি তপস্বী অথোয়বা মতিক মগুন চাওরবা কুনিগর্গ হায়বসিনা য়াম্না কম্না তপস্যা তৌরনা শুভ্র কৌবী কন্যা অম মপুক্কিংদগী শেমহনা পুথোকখি ।৩। নিংথৌ, মতমগী অচুংবা কন্যা অসিবা চহি মতাং ফানা চাওরবা মতমদুদা য়াম্না নুংঙাইনা ভাইবং হকচাং থাদোকতুনা কুনিগর্গ হায়বা ঋষি অসি নোংগাখি ।৪। নিংথৌ! অদুগী তুংদা নিংদা ত্তোননীঙ্ঙায় লৈতনা কঙবি থম্বাল মীতা তাবি শুভ্র কৌবি কন্যা অসিনা আশ্রম অম শেমহনা অকিব কংনা তপস্যা তৌহনা ব্রতনিয়ম পুথা তৌ তৌহনা দেবতাশিংগী অমসুং পিতৃলোককী সেবা পূজাদা শুকিং চঙবা লৈ। মহাত্মা কনা তপস্যা তৌবা তৌনা চহি মরুব কুইনা আশ্রমদা মতম লেনখি ॥৫—৬॥ মপানা মতিক্

উপবাসৈঃ পূজয়ন্তী পিতৄন্ দেবাংশ্চ সা পুরা । তস্যাস্তু তপসোগ্রেণ মহান্ কালোঽত্যগান্নৃপ ! ।৬।

( যুগ্মকম্ )

সা পিত্রা দীয়মানাপি তত্র নৈচ্ছদনিন্দিতা । আত্মনঃ সদৃশং সা তু ভর্ত্তারং নাম্বপশ্যত ।৭।

ততঃ সা তপসোগ্রেণ পীড়য়িত্বাত্মনস্তনুম্ । পিতৃদেবার্চ্চনরতা বভূব বিজনে বনে ।৮।

আত্মানং মন্যমানাপি কৃতকৃত্যাং শ্রমান্বিতা । বার্দ্ধক্যেন চ রাজেন্দ্র ! তপসা চৈব কর্ষিতা ।৯।

সা নাশকদ্ যদা গন্তুং পদাৎ পদমপি স্বয়ম্ । চকার গমনে বুদ্ধিং পরলোকায় বৈ তদা ।১০।

( যুগ্মকম্ )

মোক্তুকামান্তু তাং দৃষ্ট্বা শরীরং নারদোঽব্রবীৎ । অসংস্কৃতায়াঃ কন্যায়াঃ কুতো লোকাস্তবানঘে ! ।১১।

এবন্তু শ্রুতমস্মাভির্দেবলোকে মহাব্রতে ! । তপঃ পরমকং প্রাপ্তং ন তু লোকাস্ত্বয়া জিতাঃ ।১২।

তন্নারদবচঃ শ্রুত্বা সাব্রবীদৃষিসংসদি । তপসোঽর্দ্ধং প্রযচ্ছামি পাণিগ্রাহস্য সত্তম ! ।১৩।

ইত্যুক্তে চাস্যা জগ্রাহ পাণিং গালবসম্ভবঃ । ঋষিঃ প্রাক্শৃঙ্গবান্ নাম সময়ং চেমমব্রবীৎ ।১৪।

---

চাবা বম অমদা মাবু পিথোক্নবা কন্যাদানগী মতৌ কংগে হায়রবা নীংথৌনম্ব কন্যাসিনা থক য়াখিদে। মরমদি মাগীদমক মতিক চাবা বর অমত্তু মপুরোইবা ওইনা থরবা। মীশক অমত্ত ফংতা উখিদে ॥৭॥ অদুগী তুংদা সুভ্রুনা অকিবগী মশক ফংনা তপস্যা তৌদুনা মশা মথন্তগী হকচাং কায়াৎ পুম্বদা অরাবা পিদুনা চিক্লবা বনগী মনুংদা দেবতাশিংগী পিতৃলোকশিংগী পূজা তর্পননচিংবা তৌদুনা লৈ ॥৮॥ নিংথৌ অথোইবা! অসিগী তুংদা সুভ্রুনা মশাবু তপস্যাগী গুণনা মতৌ য়াম্লবা মপোক্ল হায়না থম্দুনা অসুদন্থম হেন্থৌরকপা তপস্যাগী মহৈনা মশা মথন্তবু অরাবা শাওদুনা চপ শিপ কশিনদুনা মথুদা খোঙ্গপ নাম কাওব কানবা ঙমখিরকল্লে। অদুদগীদি থরাই থারমদুনা পরলোকতা চৎপগে হায়না থক্লকল ॥১০॥ মহাক্না থরাই থারগে হায়না চপ য়ুংনা থনখ্রে। মতম অদুদা নারদনা লাক্লুনা অসুম্না হায়রৈঃ— পাপকী শক্তক য়াওদ্রবি বিবাহ তৌদ্রবি লুপিনা করম্না স্বর্গ ফংগনি ॥১১॥ ব্রত কল্লবি! ঐখোয়না স্বর্গগী বিষয়দা অসুম হায়না তায়ঃ— লুপিদুনা য়াম্না কন্না তপস্যা তৌদুনম্ব স্বর্গ ফংবদি থম য়াই। নহাক্না তৌরিবা তপস্যাসে অকিবগী মশকনি চুম্মি অদুবু ওইরবদা বিবাহ তৌদ্রিবনিনা স্বর্গবু নংনা মতম কুইনা নখা পোলহন্দুনা থম্বদি য়ারোই ॥১২॥ নারদগী ৱাসি তাবদা সুভ্রুনা ঋষিশিংগী সভাদা নোংম চৎদুনা হায়রকই:— সাধু অথোয়বশা! ঋষিশিংগী মনুংদা কনাগুম্বনা ঐগী বিবাহ তৌরবদি ঐনা য়াহোন্বা ঐনা তৌরক্লিবা তপস্যা অসিগী মতৌ তথাই অম পিগনি ॥১৩॥ সুভ্রুনা অসুম্না হায়রক্লদা গালবতগী মচা প্রাকশৃঙ্গবান হায়বদুনা সুভ্রুবু মাগী লোয়নবি ওইহন্নিংবগী ইচ্ছা অমা কোংদো-কপি অদুগা অসুম্না হায়রকই ॥১৪॥ নীথিওদ্রবি! ঐ নহাক্না লোয়ননা অহিং অমতং নিংগম

সময়েন তবাদ্যাহং পাণিং প্রক্ষ্যামি শোভনে !। যদ্যেকরাত্রং বস্তব্যং ত্বয়া সহ ময়েতি বৈ।
তথেতি সা প্রতিশ্রুত্য তস্মৈ পাণিং দদৌ তদা ।১৫।
যথাদৃষ্টেন বিধিনা হুত্বা চাগ্নিং বিধানতঃ। চক্রে চ পাণিগ্রহণং তস্যোদ্বাহঞ্চ গালবিঃ ।১৬।
সা রাত্রাবভবদ্রাজন্ তরুণী বরবর্ণিনী। দিব্যাভরণবস্ত্রা চ দিব্যস্রগন্ধলেপনা ।১৭।
তাং দৃষ্ট্বা গালবিঃ প্রীতো দীপয়ন্তীমিব শ্রিয়া। উবাস ক্ষপামেকাং প্রভাতে সাব্রবীচ্চ তম্ ।১৮।
যস্ত্বয়া সময়ো বিপ্র। কৃতো মে তপতাংবর।। তেনোষিতাস্মি ভদ্রং তে স্বস্তি তেঽস্তু ব্রজাম্যহম্ ।১৯।
সানুজ্ঞাতাব্রবীদ্ভূয়ো যোঽস্মিংস্তীর্থে সমাহিতঃ। বৎস্যতে রজনামেকাং তর্পয়িত্বা দিবৌকসঃ ।২০।
চত্বারিংশতমষ্টৌ চ দ্বৌ চাষ্টৌ সম্যগাচরেৎ। যো ব্রহ্মচর্য্যং বর্ষাণি ফলং তস্য লভেত সঃ ।২১।
(যুগ্মকম্)
এবমুক্ত্বা ততঃ সাধ্বী দেহং ত্যক্ত্বা দিবং গতা। ঋষিরপ্যভবদ্দীনস্তস্যা রূপং বিচিন্তয়ন্ ।২২।
সময়েন তপোঽর্দ্ধঞ্চ কৃচ্ছ্রাৎ প্রতিগৃহ্যাভবান্। সাধয়িত্বা তদাত্মানং তস্যাঃ স গতিমাপ্তবান্।
দুঃখিতো ভরতশ্রেষ্ঠ ! তস্যা রূপবলাৎকৃতঃ ।২৩।

---

কাইদনা লৈমিন্নরবদি ঐ নংগা বিবাহ তৌগে। মাহু তাবদা সুভ্রুনা করে হায়না য়াহুনা গালবাক মচাচগী মখুদাং পায়খি ॥১৫॥ অদুগী তুংদা শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম কায়দনা হোম তৌহুনা বিধি কায়দনা সুভ্রূগী বিবাহ কর্ম্ম লোইশ্লে ॥১৬॥ নিংথৌ। সুভ্রুনা সু.হাংবগী অহিংদুদা মাগী তপস্যাগী শক্তিনা নিংজখিবা লৈক কোল, সনা লুপা অমদি তঙগা তয়েনা কজবা কৌজোল অমদি চন্দোনচিংবা মশাবু যুবতী মশোক ফারক্লবি নিঙথিজরবি লুপি মচা অম ওইহনখ্রে ॥১৭॥ সুভ্রুনা মশা মথন্তগী মশেক মঙায়া মায়পৈ পুথা পুমঙাল ঙানহনবদু উবদা পেল্লহনা গালবগী মচা গালবি হায়দুগা অহিং অম লৈমিন্নখি। অয়ুক্তা সুভ্রুনা গালবদা অসুম্না হায়রকই ॥১৮॥ তপস্বি অথোয়বা। ব্রাহ্মন! নংনা ঐগী মরমদা তৌখবা নিয়ম অদুগী মতুংইন্না অহিং অম নংগা লৈমিন্নরে। অহুনা ঐ হৌজিক চংলে নহাক্তা মঙ্গল ওইসনু। নহাক অমুক তপস্যা তৌহৌরো ॥১৯॥ গালবিনা য়াৎবদা সুভ্রুনা অমুক হায়রকই:- অদুগুম্বা মি মহাক্না তীর্থ অসিদা দেবতর্পননচিংবা তৌহুনা অহিং অম লৈরবা অদু ওইরবদি মহাক অহ চাহি নিকুনিপান নত্রগ চহী অম চুপ্প ব্রহ্মচর্য্য ব্রত ঙাকপগী মহৈ মহ কবা ওইসনু ॥২০—২১॥ য়াহৈ অসি হায়রগা সুভ্রু অদু মপানগী দেহসি থাদোকপসহনা স্বর্গ কাখি। গালবিসু মহাকপু নিঙশিংহুনা যহুনা লৈহেই ॥২২॥ ভরতশাগৈগী অথোয়বা মহারাজ। গালবিনা হায়নখিবা মতুং ইন্না সুভ্রুনা তৌরবা তপস্যাগী মহৈগী তঙখায় অম কফোউ অহুনগী মহাকসু সুভ্রূগী মপক মতো মঙন অহরু কাউবা ওমদহনা মহাক্তি মপকুনা থাংহৈরবা হকচাং থাদোক্লমলগা সুভ্রুগী মতুং ইন্নখি ॥২৩॥

এতত্তে বৃদ্ধকন্যায়া ব্যাখ্যাতং চরিতং মহৎ। তথৈব ব্রহ্মচর্য্যঞ্চ স্বর্গস্য চ গতিঃ শুভা ।২৪।

তত্রস্থশ্চাপি শুশ্রাব হতং শল্যং হলায়ুধঃ। তত্রাপি দত্বা দানানি দ্বিজাতিভ্যঃ পরন্তপ।।

শুশোচ শল্যং সংগ্রামে নিহতং পাণ্ডবৈস্তদা ।২৫।

সমন্তপঞ্চকদ্বারাত্ততো নিষ্ক্রম্য মাধবঃ। পপ্রচ্ছর্ষিগণান্ রামঃ কুরুক্ষেত্রস্য যৎ ফলম্ ।২৬।

তে পৃষ্টা যদুসিংহেন কুরুক্ষেত্রফলং বিভো।। সমাচখ্যুর্মহাত্মানস্তস্মৈ সর্ব্বং যথাতথম্ ।২৭।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি

গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে

অষ্টচত্বারিংশোঽধ্যায় ।০। *

---

মহারাজ। ঐনা মহারাজগী নকমদা বৃদ্ধকন্যাগী চরিত্র, ব্রহ্মচার্য্য অমদি স্বর্গ কাখিবগী ফামী অসি লীয়বনি ॥২৪॥ মেরুবু মাহনবা মিপাইচনবা ওমা নিংবো। হাম্বিবা তীর্থ-সিংক্রুক বলদেবনা, লাগকমদা শল্য থরাই থাগ্রে হায়বা পাউ অসি তায়। তীর্থ অসিদা বলদেবনা স্নানধ্যানচিংবা লোয়রগা ব্রাহ্মণশিংদা দানুমচিংবা য়ামা দান তৌরবা তুংদা পাণ্ডবশিংনা হাৎপিবা শল্যগী মরমদা য়াম্ন দুওইচনা চিন্তা তৌখি ॥২৫॥ অহুগী তুংদা মধুবংশগী বলরামনা তীর্থ অদুদগী সমন্তপঞ্চক তীর্থ তাবা লম্বীয়োমদা লাক্কুনা ঋষিশিংগী মকমদা কুরুক্ষেত্রগী লাম্লাওগী ফলাফলগী মরমদা হংখি ॥২৬॥ মহারাজ। যদুবংশগী অথোইবা বলরামনা ঋষিশিংগী মকমদা কুরুক্ষেত্রগী লালগী মরমদা হংজক্লবদা মহাত্মাশিং অদুনা বলদেবগী মকমদা কৌরব পাণ্ডবকী লাম্লাওগী মরমদা লীয়কই ॥২৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধগা বলদেব তীর্থ যাত্রা গী মতুংদা সারস্বতোপাখ্যানগী নিফুনিপালগুবা অধ্যায় লোইরে

# শ্রীমহাভারতম্

সারস্বতগী মারী মথং

## ঊনপঞ্চশততমোঽধ্যায়ঃ

নিষ্ক্রমাপলপ্লবা অধ্যায়ঃ।

—— :•: ——

### ঋষিয় ঊচুঃ

প্রজাপতেরুত্তরবেদিরুচ্যতে সনাতনী রাম! সমন্তপঞ্চকম্।
সমীজিরে যত্র পুরা দিবৌকসো বরেণ সত্রেণ মহাবরপ্রদাঃ ॥১॥
পুরা চ রাজর্ষিবরেণ ধীমতা বহূনি বর্ষাণ্যমিতেনতেজসা।
প্রকৃষ্টমেতৎ কুরুণা মহাত্মনা ততঃ কুরুক্ষেত্রমিতীহ পপ্রথে ॥২॥

### রাম উবাচ

কিমর্থং কুরুণা কৃষ্টং ক্ষেত্রমেতন্মহাত্মনা।
এতদিচ্ছাম্যহং শ্রোতুং কথ্যমানং তপোধনা! ॥৩॥

### ঋষয় ঊচুঃ

পুরা কিল কুরুং রাম! কর্ষন্তং সততোত্থিতম্।
অভ্যেত্য শক্রস্ত্রিদিবাৎ পর্য্যপৃচ্ছত কারণম্ ॥৪॥

---

ঋষিশিংনা হায়ঃ— রাম! বর পীনহৈবা অথোইবা দেবতাশিংনা মমাঙেদা যজ্ঞ তৌথি হায়বা মকম অদু হৌজিকী সমন্তপঞ্চক হায়রিবা তীর্থসিমক্তি তিথ' অসিবু ব্রহ্মা মশামকী যজ্ঞগী কেংতত্রবা মুৎপা য়ংত্রবা উত্তরবেদি কৌই হায়নৈ ॥১॥ মমাঙেগীদা রাজর্ষি অথোইবা মহাজ্ঞানী অমদি মহাত্মা ওইরবা কুরুনা মশাগী অমগা মায়ত্রবা শক্তিগী গুণনা ক্ষেত্র অসিবু চহি মতম কুইনা থোইবিথি অচনা মকম অসিবু কুরুক্ষেত্র হায়না জগত্তা কাওপ্রবনি ॥২॥ বলদেবনা হায়ঃ— তপস্বী পুংমক! মহত্মা ওইরবা রাজর্ষি কুরুনা করিগীদমক্তা মকম অসিবু থোইথোকখিবনো? মাহ ঋষি মচায় অদুক্তা তিহিয় তাজগে ॥৩॥ ঋষিশিংনা হায়ঃ— বলরাম! মমাঙেদা কুরু কোযা নিংথৌনা মকম অসিবু অইন কনবগা লোয়ননা, মপাজল লৈব মথৈ থোইজিনবা হৌংকুমদা ইন্দ্রনা স্বর্গদগী লাকুনা কুরু নিংথৌদা মরম পুছকু অদু হংলকৈ :— ॥৪॥ ইন্দ্রনা হায়ঃ— নিংথৌ! কবিনো তৌরিবসে, রাজর্ষি, করি রাথল্গীনো নিংথৌ নশামক্তা জাজল পাইদুনা থোইথরিবসে অদুক করা থরাই রাওনা তৌরিবা থবক অসিগী

## ইন্দ্র উবাচ

কিমিদং বর্ত্ততে রাজন্? প্রযত্নেন পরেণ চ।
রাজর্ষে! কিমভিপ্রেতং যেনেয়ং কৃষ্যতে ক্ষিতিঃ ॥৫॥

## কুরুরুবাচ।

ইহ যে পুরুষাঃ ক্ষেত্রে মরিষ্যন্তি শতক্রতো। তে গমিষ্যন্তি সুকৃতান্ লোকান পাপবিবর্জিতান্ ॥৬॥
অবহস্য ততঃ শক্রো জগাম ত্রিদিবং প্রভুঃ। রাজর্ষিরপ্যনির্বিণ্ণঃ কর্ষত্যেব বসুন্ধরাম্ ॥৭॥
আগম্যাগম্য চৈবৈনং ভূয়ো ভূয়োঽবহস্য চ শতক্রতুরনির্বিণ্ণং পৃষ্ট্বা পৃষ্ট্বা জগাম হ ॥৮॥
যদা তু তপসোগ্রেণ চকর্ষ বসুধাং নৃপঃ। ততঃ শক্রোঽব্রবীদ্দেবান্ রাজর্ষের্যচ্চিকীর্ষিতম্ ॥৯॥
এতচ্ছ্রুত্বাব্রুবন্ দেবাঃ সহস্রাক্ষমিদং বচঃ। বরেণ চ্ছন্দ্যতাং শক্র। রাজর্ষির্যদি শক্যতে ॥১০॥
যদি হ্যত্র প্রমীতা বৈ স্বর্গং গচ্ছন্তি মানবাঃ। অস্মাননিষ্ট্বা ক্রতুভির্ভাগো নো ন ভবিষ্যতি ॥১১॥
আগম্য চ ততঃ শক্রস্তদা রাজর্ষিমব্রবীৎ। অলং খেদেন ভবতঃ ক্রিয়তাং বচনং মম ॥১২॥

---

মথর করিনো ? ॥৫॥ কুরুনা হায় হে দেবরাজ। অসুগুর মিশিং অহনা মকম অসিদা লাক্লনা মথাই থারবদি মখোয় অহু পুন্যগী মপক ওইরবা স্বর্গদা শোয়দনা কাগনি ॥৬॥ মাত্র তাবদা ইন্দ্র অসি কুরুদা করেম্না নোক্নরগা স্বর্গদা চৎখি। অসোমদা কুকসু ইন্দ্রনা নোক্নরহৌদা করিমতা ইকায়রিদনা, সু ৬াইজবা তনবা তৌদনা হায়রম্ লম্ অহু খোইহনা অহুমক্ লৈহৌই ॥৭॥ অদুগী তুংদা ইন্দ্রসু হন্না হন্না লাক্ লাক্লনা নোক্নবৈ। অদুগা ঈকায়বা অতনবা পুন্না থাদোক্লনা হায়দগী হেন্না কন্না সংস্পাৎ খোইহনা লৈরিবা কুরুদা যরম্ হ ম্ম্ হংঙম্মগা নোক নোক্লনা স্বর্গদা হেক্ হেক্ চৎখি ॥৮॥ অদুগী তুংদা কুরুনা অকিব কংনা তপস্যা তৌদুনা খোইবা হৌরক্লবদা রাজর্ষি কুরুগী পন্থোয়রদা লৈরিবা রাথল অমদি উদ্দেশ অহু লাইয়ামদা ইন্দ্রনা হায়রকই ॥৯॥ ইন্দ্রগী বা তাবদা লাইরায়া অস্রা হায়রকই:— দেবরাজ। ওন্নিরবদি অপাম্ব বর পীদুনা রাজর্ষি অদুবু মহাক্না তৌরিবা থবক্ লম্বদগী লোক্হল্ল ॥১০॥ মর্ত্ত্যলোককী তাইবং মীনা যজনা ঐখোয় লাইরামগী পোন্নবা তৌরক্লবদি অদুগা মকম অসিদা থন্নাই থাবতনা স্বর্গ হেক্ হেক্ কারবদি দেবতা ঐখোয়গী যজ্ঞগী শরুক ক,কম লৈরোই ॥১১॥ অদুগী তুংদা দেবরাজ ইন্দ্রনা লাক্লনা রাজর্ষি কুরুদা অস্মু হায়রৈ:— মহারাজ। অহুক ময়া নোমহুনা রাবগী কয় খোইদোক্পা কারবা লৈতে। ঐনা হায়জ রিবসে লৈখা তাহনবিগনু ॥১২॥ মহাজ্ঞানী ওইরবা, বুদ্ধি লৈরবা নিংথৌ। অহানবদা ব্রত নিয়ম যজ্ঞরচিংবা তৌরব তুংদা ইষ্টদেবগী মূর্ত্তি নীতশিংদুনা মকম-অসিদা-মথাই থারবা অস্রগা মকম অসিদা শোক্লবা ধর্ম যুদ্ধদা মথাই থাওরবা মখোয় লম্বদি, অদুগা তাইবংগী লানবা জীব পানবা জনাগুম্ কদ্রিগুমবা তীর্থ অসিদা দেহ থাদোক্লবদি মখোয়হুই শোয়দনা স্বর্গ কাবা ওইগনু। [illegible]

মানবা যে নিরাহারা দেহং ত্যক্ষ্যন্ত্যতন্দ্রিতাঃ। যুধি বা নিহতাঃ সম্যগপি তির্য্যগতা নৃপ! ॥১৩॥
তে স্বর্গভাজো রাজেন্দ্র! ভবিষ্যন্তি মহামতে।। তথাস্ত্বিতি ততো রাজা কুরুঃ শক্রমুবাচ হ ॥১৪॥

(যুগ্মকম্)

ততস্তমভ্যনুজ্ঞাপ্য প্রহৃষ্টেনান্তরাত্মনা। জগাম ত্রিদিবং ভূয়ঃ ক্ষিপ্রং বলনিসূদনঃ ॥১৫॥
এবমেতদ্ যদুশ্রেষ্ঠ! কৃষ্টং রাজর্ষিণা পুরা। শক্রেণ চাভ্যনুজ্ঞাতং পুণ্যং প্রাণান্ বিমুঞ্চতাম্ ॥১৬॥
ব্রহ্মাদ্যৈশ্চ সুরশ্রেষ্ঠৈঃ পুণ্যৈ রাজর্ষিভিস্তথা। নাতঃ পরতরং পুণ্যং ভূমেঃ স্থানং ভবিষ্যতি ॥১৭॥
ইহ তপ্স্যন্তি যে কেচিত্তপঃ পরমকং নরাঃ। দেহত্যাগেন তে সর্ব্বে যাস্যন্তি ব্রহ্মণঃ ক্ষয়ম্ ॥১৮॥
যে পুনঃ পুণ্যভাজো বৈ দানং দাস্যন্তি মানবাঃ। তেষাং সহস্রগুণিতং ভবিষ্যত্যচিরেণ বৈ ॥১৯॥
যে চেহ নিত্যং মনুজা নিবৎস্যন্তি শুভৈষিণঃ। যমস্য বিষয়ং তে তু ন দ্রক্ষ্যন্তি কদাচন ॥২০॥
যক্ষ্যন্তি যে চ ক্রতুভির্মহদ্ভির্মনুজেশ্বরাঃ। তেষাং ত্রিপিষ্টপে বাসো যাবদ্ভূর্ধারয়িষ্যতি ॥২১॥
অপি চাত্র স্বয়ং শক্রো জগৌ গাথাং সুরাধিপঃ। কুরুক্ষেত্রে নিবদ্ধাং বৈ তাং শৃণুষ্ব হলায়ুধ! ॥২২॥
পাংশবোঽপি কুরুক্ষেত্রে বায়ুনা সমুদীরিতাঃ। অপি দুষ্কৃতকর্ম্মাণং নয়ন্তি পরমাং গতিম্ ॥২৩॥

---

মাহমক্ ওইরসনু " হ য়না কুরুনা ইন্দ্রদা হায়রি ॥১৩—১৪॥ অ'সি হায়রগা ইন্দ্র অসি কুরুদগী বিদায় লৌতনা স্বর্গদা চৎখি ॥১৫॥ যদু শাগেগী অথোইবা বলদেব! মমাঙেদা মরম অসিগীদমক নিংথৌ কুরুনা মকম অসিবু থোইদোকখি অদুগা ইন্দ্র মশামক্তু অরাংবা শুভম কংনিংবা শিংগী মকমদা ক্ষেত্র অ'সি মহাপুন্যগী মশক্তি হায়না য়াথবনি ॥১৬॥ ব্রহ্মানাচিংবা লাইরাবনা অদুগা পুন্য চেল্লবা রাজর্ষিশিংনা অসুম্না হায়থবনি মাথুদি পৃথিবীগী মপুংদা মকম অসিদগী হেনবা পুন্য চেল্লবা মকম অতৈ অমা লৈত্রে ॥১৭॥ অদুগুম্ব মী নহাক অহনা কুরুক্ষেত্র হায়বা তির্থ অসিদা তপস্যা কম্না তৌরনা দেহসি থাদোকপা ওম্রাদি মহাক অহ ব্রহ্মলোক থোরদনা কংবা ওম্মি ॥১৮॥ পুন্য কজেগে হায়রুনা মকম আসদা দান থক্তিং তৌজবা মী মহাক অদুগী মতৈদি মহাক্না তৌখিবা দান অদুগী শরুক লিশিং অম হন্না ইহলোক পরলোক অনীমক্তা কংগনি ॥১৯॥ অকবা অপেংবা রাথম্না তির্থ অসিদা মতম চুপ্পা বাস তৌরুনা লৈরবদি মহাক অত যমপুর অমুক উগদবা লৈত্রে ॥২০॥ মকম অসিদা মহা যজ্ঞ তৌরবা নিংথৌ অমদি মচাশিং অদুদি পৃথিবিসিনা লৈরিবমতৈ স্বর্গদা লৈগনি ॥২১॥ রাম! দেবরাজ ইন্দ্রমক্না কুরুক্ষেত্রশিদা শকাথবা শৈরেং অহ তাবিয়ু ॥২২॥ কুরুক্ষেত্র কোবা লমদমসিদগী মুংশিংনা পৃথিবা উফুন মরিক অমত্তনসু পাপিমকপু অথোইবা শুভম কংহনবা ওম্মি ॥২৩॥ অথোইবা লাই কয়ানা, ব্রাহ্মণ কয়া কয়ানা অদুগা অথোইবা অচৌবা নিংথৌ

স্বর্গতা ব্রাহ্মণসত্তমাশ্চ তথা নৃপাস্তা নরদেবমুখ্যাঃ ।
ইষ্ট্বা মহার্হৈঃ ক্রতুভির্বিসিংহাঃ সন্ত্যজ্য দেহান্ সুগতিং প্রপন্নাঃ ।২৪।
তারন্তকারন্তকয়োর্যদন্তরং রামহ্রদানাঞ্চ মচক্রুকস্য
এতৎ কুরুক্ষেত্রসমন্তপঞ্চকং প্রজাপতেরুত্তরবেদিরুচ্যতে ।২৫।
শিবং মহৎ পুণ্যমিদং দিবৌকসাং সুসম্মতং সর্বগুণৈঃ সমন্বিতম্ ।
অতশ্চ সর্ব্বেঽত্র নৃপা হতা রণে যাস্যন্তি পুণ্যাং গতিমক্ষয়াং সদা ।২৬।
ইত্যুবাচ স্বয়ং শক্রঃ কুরুক্ষেত্রমহোদয়ম্ । তচ্চানুমোদিতং সর্ব্বং ব্রহ্মবিষ্ণুমহেশ্বরৈঃ ।২৭।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থ যাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
উনপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥ ০ ॥

---

কয়া কয়ানা কুরুক্ষেত্র হায়বা তিথ' অসিদা বিধি কায়দনা যজ্ঞ তৌহুনা, পূনশিনা লোইয়বদা পঞ্চভূত দেহসি থাদোক্লগা লাইরৈবাক্তা অথোই অথোইবা গতি ( খুভম ) বু ফংনখি ॥২৪॥ তারন্তুক, অরুন্তুবা, রামহ্রদ অহুগা মচক্রুগী ময়ায়গী লম মখোয় অসিবু কুরুক্ষেত্রগী সমন্ত পঞ্চক কৌই হায়না হায়নৈ । মুনিশিংনা মসিবু ব্রহ্মামকী উত্তরবেদিনি হায়নৈ ॥২৫॥ মকম অসে, মঙ্গলগী মশক ওইবা, পুন্য চেন্নবা, লাইয়ামগী পামজবা, গুণ পুমমক্তা তিল্লবা তীর্থনি অদুনা ক্ষত্রিয় নিংথৌ মচাশিংনা ধর্ম্ম যুদ্ধগী মশক্ লোয়বা যজ্ঞদা মথৌই থা থাহুনা মতম পুম্বদা অমাঙ অতা লৈত্রবা স্বর্গবু ফংবা ওমগনি ॥২৬॥ দেবরাজ ইন্দ্রমক্তা কুরুক্ষেত্রগী মগুণ শকখি । মহাক্তা শকখিবা শৈরেং শৈশক অদুবু ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরনা থাখি থাগৎখি ॥২৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোক লিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতুংদা সারস্বতোপাখ্যানগী নিকুমাপলগুবা অধ্যায় লোইরে ।

---

# শ্রীমহাভারতম্

(সরস্বতী গী ... বারী মথং)

## পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ।

য়াখৈশুবা অধ্যায়

——:*:——

বৈশম্পায়ন উবাচ।

কুরুক্ষেত্রং ততো দৃষ্ট্বা দত্ত্বা দায়াংশ্চ সাত্বতঃ। আশ্রমং সুমহদ্দিব্যমগমজ্জনমেজয়॥১॥
মধুকাম্রবণোপেতং প্লক্ষন্যগ্রোধসঙ্কুলম্। চিরবিল্বযুতং পুণ্যং পনসার্জ্জুনসঙ্কুলম্॥২॥
(যুগ্মকম্)
তং দৃষ্ট্বা যদুশ্রেষ্ঠঃ প্রবরং পুণ্যলক্ষণম্। পপ্রচ্ছ তানৃষীন্ সর্ব্বান্ কস্যাশ্রমবরস্ত্বয়ম্॥৩॥
তে তু সর্ব্বে মহাত্মান উচু রাজন্! হলায়ুধম্। শৃণু বিস্তরশো রাম! যস্যায়ং পূর্ব্ব আশ্রমঃ॥৪॥
অত্র বিষ্ণুঃ পুরা দেবস্তপ্তবাংস্তপ উত্তমম্। অত্রাস্য বিধিবদ্যজ্ঞাঃ সর্ব্বে বৃত্তাঃ সনাতনাঃ॥৫॥
অত্রৈব ব্রাহ্মণী সিদ্ধা কৌমারব্রহ্মচারিণী। যোগযুক্তা দিবং যাতা তপঃসিদ্ধা তপস্বিনী॥৬॥
বভুব শ্রীমতী রাম! শাণ্ডিল্যস্য মহাত্মনঃ। সুতা ধৃতব্রতা সাধ্বী নিয়তা ব্রহ্মচারিণী॥৭॥

---

বৈশম্পায়নন হায়ঃ— জনমেজয় মহারাজ! অসিগী তুংদা বলদেবনা কুরুক্ষেত্রগী দর্শন তৌরগা মকম অদুদা দানধর্ম্ম কয়া তৌরম্লগা চৈক্লবা পাক চাউরবা, পুক্লিং হুনবগী মশক ওইরবা আশ্রম অমদা লেঙখি। হায়রিবা বনগী আশ্রম অসিদা মধুক্রম কৌবা উপাম্বী, হৈনৌ, বৈখোং বট পাম্বী, খোংনাং পাম্বী, হরিংগাক পাম্বী, দেবদারুনচিংব রাং চাওরবা উ পাম্বী কয় কয়ান লম্না কৌরম্ম॥১ ২॥ যদুবংশগী বলদেবনা লেংদনা অথোইবা আশ্রম অদুগী মফমদা লৈরিবা ঋষিশিংগী মফমদা হংখি "ঋষিপুম্নমক! পাকচাউরবা আশ্রম অসিদি কনাগীনে? ॥৩॥ মহরাজ! বলদেবন অম্মা হংলবদা ঋষিশিং অদুনা হায়খিঃ— রাম! আশ্রম অসি মমাংদ' কনাগী ওইরম্লগে হায়বগী মুম্না তাবিয়ু॥৪॥ মফম অসিদা মমাংদা ভগবান নারায়ননা অকনবা তপস্যা তৌখি। অমগা ভগবান নারায়নমক্তী মথিক চাওরবা মরৈ পীওম্বা যজ্ঞ কয়া কয়াম্ল মতোল লোমপ্রবনি॥৫॥ অত্যামচাম্লিনক ওইরিদ্রেদগী, ইন্দ্রিয় খুম্মচনবী' তপস্যাকনবী, যোগাভ্যাসদা পুক্লিং চঙবী ব্রাহ্মণ কন্যা অমনা তপস্যাগী পাৎপেনা সিদ্ধি ফংখি॥৬॥ রাম! মফাক অসি মহাত্মা শাণ্ডিল্যগী মচানুপীনি; খোইদোক্লা মশককনবী, মনুকচেল লৈম্না ব্রতদা পুক্লিং চঙখি, লমচৎ ব্যাবহার কনবি, ব্রহ্মচারিণি কন্যা অমনি॥৭॥ দেবতাশিং অমদি ব্রাহ্মণশিংনা সম্মান তৌরবি, লাইবক ফরবি শাণ্ডিল্যগী

জটামণ্ডলসংবীতঃ স্বর্ণচীরো মহাতপাঃ। হেমদণ্ডধরো রাজন্। কমণ্ডলুধরস্তথা ॥১৭॥
কচ্ছপীং সুখশব্দাং তাং গৃহ্য বীণাং মনোরমাম্। নৃত্তে গীতে চ কুশলো দেবব্রাহ্মণপূজিতঃ ॥১৮॥
প্রকর্তা কলহানাঞ্চ নিত্যঞ্চ কলহপ্রিয়ঃ। তং দেশমগমদ্ যত্র শ্রীমান্ রামো ব্যবস্থিতঃ ॥১৯॥

(বিশেষকম্)

প্রত্যুত্থায় তু তং সম্যক্ পূজয়িত্বা যতব্রতম্। দেবর্ষিং পর্য্যপৃচ্ছৎ স যথাবৃত্তং কুরূন্ প্রতি ॥২০॥
ততোঽস্যাকথয়দ্রাজন্। নারদঃ সর্ব্বধর্ম্মবিৎ। সর্ব্বমেতদ্ যথাবৃত্তমতীব কুরুসংক্ষয়ম্ ॥২১॥
ততোঽব্রবীদ্ রৌহিণেয়ো নারদং দীনয়া গিরা। কিমবস্থন্তু তৎক্ষত্রং যে চ তত্রাভবন্ নৃপাঃ ॥২২॥
শ্রুতমেতন্ময়া পূর্ব্বং সর্ব্বমেব তপোধন।। বিস্তরশ্রবণে জাতং কৌতূহলমতীব মে ॥২৩॥

## নারদ উবাচ

পূর্ব্বমেব হতো ভীষ্মো দ্রোণঃ সিন্ধুপতিস্তথা। হতো বৈকর্ত্তনঃ কর্ণঃ পুত্রাশ্চাস্য মহারথাঃ ॥২৪॥
ভূরিশ্রবা রৌহিণেয়। মদ্ররাজশ্চ বীর্য্যবান্। এতে চান্যে চ বহবস্তত্র তত্র মহাবলাঃ ॥২৫॥

---

কচ্ছপী হায়বা কোৎবী বীনা অদু নাকন্দা য়েপ্তুনা, অদুগা সনামচু মদবা খাঁনোম শেত্নবা সনামানবা চৈগু অদুগা কজায়বা কমণ্ডলু অমসু পাম্মদুনা মকম অদুদা লাকই। জটাগী শম-জোইতনা নকপ লেংবান পুম কুপাখ মতো অদুম। মহাতপস্বী খৈৎশ শগেংগী লোইনা হেম-দণ্ডলবা, দেবতাশিং অমদ ব্রাহ্মণাশংনা পূজা তৌনবা, অমসুং খৎনা চৈনহনবদা য়াম্ম পামজবা দেবর্ষিনারদ অসি শ্রীমান বলদেবনা কমদুনা লৈরিবা মকম অদুদা থংলে ॥১৭-১৯॥ মতম অদুদা বল-রামনা ফুকু হৌগত্লনা লোৎচুকনা খুরমমগা, ইন্দ্রিয়খুদুম চদগা নারদগী মকদা কুরু পাণ্ডব শংগী লালগী মরমদা হংলকই ॥২০॥ মহারাজ! অদুগী তুংদা ধর্ম্ম পুম্নমক খঙলবা, নারদনা বলদেবগী মকমদা কুরু পাণ্ডবপক্ষ অনীমক্কী লম্মা কম্না করানা মুৎশ্রবা অদুগুম্না লালগী মরমদা মখ, শীংনা তারকই ॥২১॥ বলরামনা অরাব মুংতাইতবা খোঞ্জেংদা নারদদা অসুম্না হংখিঃ — মুনিদেব! হৌজিক অসিমক্কদা কুরুক্ষেত্রগী করি অবস্থা ওইরিবগে? মকম অদুদা লিম্লিবা লাক খবা নিংথৌ লাম্মীশিং অদুগী করি দশা ওইরবগে? ॥২২॥ তপস্বী! মুনিদেব! চাউরাকপা মরম খরদি অহানবদা খর তাজরে। হৌজিক অমুক খর শন্নোক্না তাজনীংলে ॥২৩॥ নরদনা হায়ঃ — অহানবদা ভীষ্ম, দ্রোণ, জয়দ্রথ, বৈকর্ত্তণ কর্ণ অদুগা মাগী কজবা মচাশিং মহারথী পুম থুংলে ॥২৪॥ রোহিনীনন্দন বলরাম! ভূরিশ্রবা কজবা শল্য অসি নত্তবা কয়োরবা মহারথী কম্না করানা অদুগ লাম্মা শাওহনজবা কজবা লাম্মী কম্না করানা দুর্য্যোধননা অম ওইগনি হায়বগী আশাদা এনাই থাবদ থাবদুনা পরলোকতা চৎনখ্রে ॥২৫-২৬॥ কজবা রাম! হৌজিক কাওবা শিজিবা মখোইগী মমিং হায়গে তাও। হৌজিক

ততঃ প্রীতমনা রামঃ শ্রুত্বা তীর্থফলং মহৎ　　বিপ্রাণাং সন্নিধৌ শ্লোকমগায়দিদমচ্যুতঃ ॥৩৬॥

(যুগ্মকম্)

সরস্বতীবাসসমা কুতো রতিঃ সরস্বতীবাসসমাঃ কুতো গুণাঃ।
সরস্বতীং প্রাপ্য দিবং গতা জনাঃ সদা স্মরিষ্যন্তি নদীং সরস্বতীম্ ॥৩৭॥
সরস্বতী সর্বনদীষু পুণ্যা সরস্বতী লোকসুখাবহা সদা।
সরস্বতীং প্রাপ্য জনাঃ সুদুষ্কৃতং সদা ন শোচন্তি পরত্র চেহ চ ॥৩৮॥

ততো মুহুর্মুহুঃ প্রীত্যা প্রেক্ষমাণঃ সরস্বতীম্　　হয়ৈর্যুক্তং রথং শুভ্রমাতিষ্ঠত পরন্তপঃ ॥৩৯॥
স শীঘ্রগামিনা তেন রথেন যদুপুঙ্গবঃ।　　দিদৃক্ষুরভিসম্প্রাপ্তঃ শিষ্যযুদ্ধমুপস্থিতম্ ॥৪০॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে বলদেবতীর্থযাত্রায়াং সারস্বতোপাখ্যানে
পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

---

সরস্বতী তুরেলগী মপান্ন লৈষগী নুংঙাইব, নুপ নুংঙাইবা
মকন্থু কৈদা লৈগনি? সরস্বতীতুরেল মপান্না
হকচাং নুংঙাইবা নুপ নুংঙাইবা কৈদা লৈগবা।
সরস্বতী তীর্থগী শেংলবা, ঈশিংদা স্নান দান তৌহনা
স্বর্গ কাপ্লকাওবদা মখোয়হনা
লৈথি মর্ত্ত্যগী সরস্বতীবু কাউতমদনা ॥৩৭॥
সরস্বতী কোবী তুরেলনা খ্বাইমক্তগী পুন্যচেনবীনি।
সরস্বতীতনা নুংঙাইবা তাইবং মীদা পীবিরি।
সরস্বতি তির্থদ লুপ্লুরবা মাগী দর্শন ফংঙরবা
মখোয়না ইহলোক পরলোক অনিমক্তা
তৌরুবা পাপ কর্ম্মগী মহৈদা অকিবা চিংনবা করিস্থ তৌদে ॥৩৮॥

অদুগী তুংদা য়েন্নবঙ্গা কল্পবা বলদেবনা মায় মুংশিনা অমদি উত্তিগা কোইনা সরস্বত
তুরেলবু হল্লা হল্লা পেল্লনা য়েংহনা, মাঙলবা শগোল্লাচিংবা তৌরবা রথ মথক্তা কাখৎখি ॥৩৯॥
অদুদগীদি যদুবংশগী অখোইবা কল্পবা বলদেবনা শিষ্য অনীনা গদাযুদ্ধ তৌনগদৌরিবা লালকম
অদু তাপ্লা চৎখিহনা খুনা মাহেমা মকমদুদা থুংঙরে ॥৪০॥

মকম অসিদা শ্রী মহাভারতকী শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা
গদাযুদ্ধগী বলদেব তীর্থ যাত্রাগী মতাংদা সারস্বতোপাখ্যানগী মাথৈগী অধ্যায় লোইরে

ততো ভীমো মহাকায়াং গদাং গৃহ্যাথ বর্ম্মভৃৎ। বিগ্রহ্রপং মহারাজ! সদৃশং হি গরুত্মতঃ ॥১৭॥
অববদ্ধশিরস্ত্রাণঃ সংখ্যে কাঞ্চনবর্ম্মভৃৎ। ররাজ রাজন্! পুত্রস্তে কাঞ্চনঃ শৈলরাড়িব।
সৃক্কণী সংলিহন্ রাজন্! ক্রোধরক্তেক্ষণঃ শ্বসন্ ॥১৮॥
ততো দুর্য্যোধনো রাজা গদামাদায় বীর্য্যবান্। ভীমসেনমভিপ্রেক্ষ্য গজো গজমিবাহ্বয়ৎ ॥১৯॥
অদ্রিসারময়ীং ভীমস্তথৈবাদায় বীর্য্যবান্। আহ্বয়ামাস নৃপতিং সিংহঃ সিংহং যথা বনে ॥২০॥
তাবুদ্যতগদাপাণী দুর্য্যোধনবৃকোদরৌ। সংযুগে প্রচকাশেতে গিরী সশিখরাবিব ॥২১॥
তাবুভৌ সমভিক্রুদ্ধাবুভৌ ভীমপরাক্রমৌ। উভৌ শিষ্যৌ গদাযুদ্ধে রৌহিণেয়স্য ধীমতো ॥২২॥
উভৌ সদৃশকর্ম্মাণৌ যমবাসবয়োরিব। তথা সদৃশকর্ম্মাণৌ বরুণস্য মহাবলৌ ॥২৩॥
বাসুদেবস্য রামস্য তথা বৈশ্রবণস্য চ। সদৃশৌ তৌ মহারাজ! মধুকৈটভয়োর্যুধি ॥২৪॥
উভৌ সদৃশকর্ম্মাণৌ তথা সুন্দোপসুন্দয়োঃ। রামরাবণয়োশ্চৈব বালিসুগ্রীবয়োস্তথা ॥২৫॥
তথৈব কালস্য সমৌ মৃত্যোশ্চৈব পরন্তপৌ হস্তোত্তমভিধাবন্তৌ মত্তাবিব মহাদ্বিপৌ।
বাসিতাসঙ্গমে দৃপ্তৌ শরদীব মদোৎকটৌ ॥২৬॥

---

গুর্ত্তি পুখি ॥১৭॥ মহারাজ! অসোমদগী সনাহৎলবা লালফুরিৎ শিৎলবা মকোক্ত লুহুপা লৈতেংবা দুর্য্যোধন অসি সুমেরু চীঙজাওগী মতোওমা থোইদোকপা নীঙথিজে। শাউবনা মমীত্তা ঐ কাহুনা চুংশা শোর মপী ফুইনা হোন্দুনা মথা ক্রক্ ক্রক মমীৎ চপ যুংখৎতুনা ভীমদা য়েংহুনা লৈ ॥১৮॥ অদুগী তুংদা কল্লবা নিংথৌ দুর্য্যোধননা মাগী গদাবু খুহুম চেৎনা পায়হুনা ভীমদা চাগদগুম্ য়েংবা য়েংনা শামু অমনা মমাল্লবা শামু অমগা য়াথিন্নসি হায়না কৌথোকপা শীংনবগুম দুর্য্যোধননা ভীম কৌথোকই ॥১৯॥ মতৌ অদুগুম্ ভীমসেননসু, মাগী য়োংতনা পুমহৈ ওইনা শাপ্পবা গদা অত্ত থাংগত্তুনা, নোংশা অমনা অমদা চীক্লসি লাও হায়না কৌথোকপগুম্ দুর্য্যোধনবু কৌথোরকই ॥২০॥ মতম অসিদা ভীম দুর্য্যোধন অনী অসি মাগী মাগী গদা থাজৎনরক্তুনা লালকয অদুদা চীঙদোল য়াংলবা চীঙজাও অনীনা চীন্নোক্লনা লৈবদুগুম্ মুখামুখি ওইনা লেপ্লম্রে ॥২১॥ মথোয় অনীমক শাউবনা মৈ হোৎনে অকিবকংনা কল্লবা অনীসিমক গদাগী যুদ্ধদদি ওঝা নাইনা বলদেবগী মকমদা শিষ্য ওইমিন্নবনি ॥২২॥ মথোয় অনীমক যমদানব অমদি ইন্দ্রগী মতোওম্ অঙক অঙকপা থবক তৌগনবা ঙাক্লি। বরুণদেবতাগী মতৌওম্ থোইনা কল্লবা অমদি অকিবা থবক্ত তৌগনবা ঙাক্লি ॥২৩॥ মহারাজ! ভীম দুর্য্যোধন হায়রিবা অনীসি গদাযুদ্ধদদি কৃষ্ণ, বলরাম, কুবের মধু, কৈটভগা পাংথক্লি ॥২৪॥ মথোয় অনীমক সুন্দ-উপসুন্দ, রাম রাবন, বালি সুগ্রীবগী মতো-ওম্ থবক পাঙথোকপা ঙম্ ঙাক্লি ॥২৫॥ ভীম দুর্য্যোধন অনীমক কালগী মতোওমনি, যমরাজগী মতোওম্ য়েরূথবু মিপাইহনবা ঙম্বা মীনি। ময়াম কারবা, মচুম ভাববা শামু অনীনা য়াথিন্নগদবগী হোচিন্নবগুম চেনশিন্নে। মথোয় অনীমক শরৎকালগী, ঋতু লাক্লবী শামু অমোম্ অমবু য়ুম্নবদা ময়াম কানবদুগুম্ ময়াম কাম্নরকই ॥২৬॥ য়েরূথবু নৈহৎপগুম্ ভীম দুর্য্যোধন

ততো ক্রোধবিষং দীপ্তং বমন্তাবুরগাবিব। অন্যোন্যমভিসংরব্ধৌ প্রেক্ষমাণাবরিন্দমৌ ॥২৭॥
ততো ভরতশার্দ্দূলৌ বিক্রমেণ সমন্বিতৌ। সিংহাবিব দুরাধর্ষৌ গদাযুদ্ধে পরন্তপৌ ॥২৮॥
মত্তাবিব জিগীষন্তৌ মাতঙ্গৌ ভরতর্ষভ। নখদংষ্ট্রায়ুধৌ বীরৌ ব্যাঘ্রাবিব দুরুৎসহৌ ২ ॥
প্রজাসংহরণে ক্ষুব্ধৌ সমুদ্রাবিব দুস্তরৌ। লোহিতাঙ্গাবিব ক্রুদ্ধৌ প্রতপন্তৌ মহারথৌ ॥৩০॥
পূর্ব্বপশ্চিমজৌ মেঘৌ বায়ুনা ক্ষুভিতৌ যথা। গর্জমানং সুবিষমং ক্ষরন্তৌ প্রাবৃষীব হি ॥৩১॥
রশ্মিযুক্তৌ মহাত্মানৌ দীপ্তিমন্তৌ মহাবলৌ। দদৃশাতে কুরুশ্রেষ্ঠৌ কালসূর্য্যাবিবোদিতৌ ॥৩২॥
ব্যাঘ্রাবিব সুসংরব্ধৌ গর্জন্তাবিব তোয়দৌ। জহৃষাতে মহাবাহু সিংহৌ কেশরিণাবিব ॥৩৩॥
গজাবিব সুসংরব্ধৌ জ্বলিতাবিব পাবকৌ। দদৃশাতে মহাত্মানৌ সশৃঙ্গাবিব পর্ব্বতৌ ॥৩৪॥

---

অনীসি, চিংজা অনীনা হু কাম্‌শিন্নরকপগুম্ অশাওবনা মমীৎ ঐ কানরক্‌না মুংশাশোন্ন মপী অহু অমগমগ কাম্‌শিন্নরকই । অমগমগ মমীৎ কুপ্পনা চাগদবগুম্ মীৎকম হোংদনা মমীৎ চোইদনা য়েংনরকই । মশা মশাবু পূক্নিং থোগৎনরকই ॥২৭॥ মখোয় অনীমক ভরতবংশগী অথোইবনি । মতীক মগুণ মখোনা লৈনবা ওাক্নি । মখোয় অনীমক লাম্বা, বিশেষ ওইনা গদাযুদ্ধদা লাকগুম্ কাভমদব ওাক্নি । ॥২৮॥ ভরতশাগৈগী অথোইবা মহারাজ । মখোয় অনীমক ময়ায় কায়বা শামু অনীগুম্না অমনা অমবু অয় তৌগনি হায়না চপ মানা নীওনথে । খুজীনগা ময়াগনা খুৎলায় ওইবা কৈজাওগুম্বা, অমনা পাক হোক্চিনবা ভম্মোইদোবা মীশক অনীনি ॥২৯॥ মখোয় অনীমক অকাওবা মহারথীমক্তনি । মখোয় অনীমক প্রলয়গী মতমদা ঈশক ইশোম্ হোৎবা ঈপাক অনিনি । শাউরবা মঙ্গলগ্রহ অনীগুম্না অমনা অমদা অমঙ্গল মায়থিবা অমদি খুদোংথীবা পীনগদৌরিবনি ॥৩০॥ মখোয় অনীমক মুংশিংনা হুমজিন্নরকপা অকিবকংনা ভংনরকপা চুথগদবগী নোংপোক নোংচুপলোম্‌দগী ওকৃশিন্নরকপা নোং মতুম্ অনীগুম্না অউবশিংনা উনথি ॥৩১॥ মপুকচেল চাউরবা, তমথিনা কন্নবা, কৌরবশাগৈগী লুচিংবা অথোইবা ওইনম্নিবা ভীম দুর্য্যোধন অনিসি প্রলয়গী মতমদা থোকদবা মশেক মত্তাম্না থল্লবা মুমৎ অনীগী মতৌগুম্লে ॥৩২॥ মপাম্বোম্ চাউর কন্নবা ভীম দুর্য্যোধন অনীসি কা-হেন্ন শাউরবা কৈ অনিগী মতৌগুম, ভংলিবা নোং অনীগী মরুমদা, মশেংনা থল্লবা নোংশা অনীগী মতৌ-গুম্না মপূক্নিং চপ মান্নবা মুংভাইনরকই ॥৩৩॥ মহাত্মা ওইরব ভীম দুর্য্যোধন অনিসি শাওরবা শামু অনিগুম্, মৈথি কংনা চাকশবা মৈজাও অনিগী মতৌগুম্লে মচি লোংবা চিঙজাও অনিগী মতৌগুম্লে ॥৩৪॥ শাউবনা মচিন্নান থক্ থক্ নীক্লবা, অপগমগ চাগদবগুম্ মিৎ কুপ্পনা য়েংনরবা, মপূকচেল চাউবা ( মিনা লাকচবা য়াদবা ), নিপা অথোইবা ভীম দুর্য্যোধন

ঘোরাং প্রেক্ষমাণৌ তৌ নিরীক্ষন্তৌ পরস্পরম্ । তৌ সমেতৌ মহাত্মানৌ গদাহস্তৌ নরোত্তমৌ ॥৩৫॥
উভৌ পরমসংহৃষ্টাবুভৌ পরমসম্মতৌ । সদশ্বাবিব হেষন্তৌ বৃংহন্তাবিব কুঞ্জরৌ ॥৩৬॥
বৃষভাবিব গর্জ্জন্তৌ দুর্য্যোধনবৃকোদরৌ । দৈত্যাবিব বলোন্মত্তৌ রেজতুস্তৌ নরোত্তমৌ ॥৩৭॥
ততো দুর্য্যোধনো রাজন্নিদমাহ যুধিষ্ঠিরম্ । ভ্রাতৃভিঃ সহিতঞ্চৈব কৃষ্ণেন চ মহাত্মনা ॥৩৮॥
রামেণামিতবীর্য্যেণ বাক্যং শৌটীর্য্যসম্মতম্ । কৈকেয়ৈঃ সৃঞ্জয়ৈর্দৃপ্তং পাঞ্চালৈশ্চ মহাত্মভিঃ ॥৩৯॥
ইদং ব্যবস্থিতং যুদ্ধং মম ভীমস্য চোভয়োঃ । উপোপবিষ্টাঃ পশ্যধ্বং সহৈভির্নৃপপুঙ্গবৈঃ ।
শ্রুত্বা দুর্য্যোধনবচঃ প্রত্যপদ্যন্ত তত্তথা ॥৪০॥
ততঃ সমুপবিষ্টং তৎ সুমহদ্রাজমণ্ডলম্ । বিরাজমানং দদৃশে দিবীবাদিত্যমণ্ডলম্ ॥৪১॥
তেষাং মধ্যে মহাবাহুঃ শ্রীমান্ কেশবপূর্ব্বজঃ । উপবিষ্টো মহারাজ ! পূজ্যমানঃ সমন্ততঃ ॥৪২॥
শুশুভে রাজমধ্যস্থো নীলবাসাঃ সিতপ্রভঃ । নক্ষত্রৈরিব সম্পূর্ণো বৃতো নিশি নিশাকরঃ ॥৪৩॥
(যুগ্মকম্)

---

অনিসি মাগী মাগী গদাগী থুহম পায়দুনা কায়গৎনদুনা মুথামুথি ওইনা চত্তশিন্নরকপে ॥৩৫॥ মতম অসিদা খেক্না খেক্না থোংবা শগোল অনিগী মতোপ্তম্, থোংদুনা হোক্তিন্নবা মরাম কারবা শামু অনিগী মতোপ্তম ভীম দুর্য্যোধন অনিসি মপুক্কিং তুংশাইনা কন্নিমত্ত কিথ মিপাইনা তোঁদনা চপ্, চপ্, লেপ্তুনা চিংতুনা লৈনথি ॥৩৬॥ অদুগী তুংদা ভীম দুর্য্যোধন অনিসি শন্নাবঃ অনিগী মতোপ্তম্ সুনাকনা যেংদুনা শংথৎনদুনা লৈরম্মথি । দৈত্য অনিগী মতোপ্তা অমাম কাদুনা শিথ কিদনা লৈনথি ॥৩৭॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা দুর্য্যোধননা মহাত্মা ওইরবা কৃষ্ণদা অমদি মনাও শিংপা লৈমিন্নরিবা যুধিষ্ঠিরদা অসুম হায়রকই ॥৩৮॥ হায়নিঙাই লৈতনা কল্লবা রামনা পাঞ্চালশিংদা কেকয়শিংদা, অমুগা সৃঞ্জয় পূমনক্কা তাক্লিবা যুধিষ্ঠিরগী মকমদা য়াম্না পুকচেল চাউনা তাকপিয়ে ॥৩৯॥ অদুনা ময়াম পুম্নমক মকম চানা চানা চনিংতানা কপথবিদুনা ভীমগা ঐগা অনিগী গদাযুদ্ধ সিদ্ধেং তাবিয়ু । " দুর্য্যোধননা হায়বা মকুংইন্না ময়াম্ পুম্না তুমিন তুমিন কমথনখি ॥৪০॥ অকোয়বদা কমথনরিবা নিংথৌ লাম্ননৌ অদু নোংমদোন্থক্ক কোয়না থোকপা থুমিৎকি মশেকম থোইনা নিংথিজখি ॥৪১॥ মহারাজ ! নিংথিজবা মুত্তিনা মাগী ওইবা কুচু তৌরোক তৌরবা, অপংবা ফিজোল থোল্লবা, মপামোম্ চাউরবা, কল্লবা বলরাম অসি নিংথৌ লাম্নি অকনবশিংগী মরক্তা থমদুনা থুমিদাংগী শংলবা অতিয়া মকোয়দা থবানমিচাক্ শিংনা কোয়শিল্লবা থাগী মতোপ্তুম থোইদোক্না নিংথিজখি ॥৪২–৪৩॥ মহারাজ ! অতোম্প অমনা লাক্ক থীরবা, ভীমসেন দুর্য্যোধন অনি অসি গদা হাইগৎনদুনা অকনব মাইকৈনা শাগৎনদুনা

তৌ তথা তু মহারাজ ! গদাহস্তৌ সুদুঃসহৌ । অন্যোন্যং বাগ্‌ভিরুগ্রাভিস্তক্ষমাণৌ ব্যবস্থিতৌ ॥৪৪॥
অপ্রিয়াণি ততোঽন্যোন্যমুক্ত্বা তৌ কুরুসত্তমৌ । উদাক্ষন্তৌ স্থিতৌ বরৌ বৃত্রশক্রৌ যথাহবে ॥৪৫॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে একপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

—— * ——

গদাযুদ্ধগী নিয়ম কায়দনা লেপ্লম্লে ॥৪৪॥ অদুগী তুংদা কৌরব অথোইবা, নিপা অকনবা, ভীমহ দুর্য্যোধন অনিসি অমগমগ হেক ভাবদা অশাউবা পোক্লনিত্তায় ওইবা রাহৈ অমনি হায়নরণা ইন্দ্র বৃত্রাসুর অনিনা লালকখদা লেপ্লবগুম্ অমগমগ অকোম্বা য়েংনদুনা ভহাক্ লৈনৈ ॥৪৫॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্য পর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মাঙোমাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে ।

# শ্রীমহাভারতম্

গদাযুদ্ধ হৌবা মতাং

## দ্বিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ।

য়াঙোণীথোইশুবা অধ্যায়

### বৈশম্পায়ন উবাচ

ততো বাগ্‌যুদ্ধমত্যবদ্ভুলং জনমেজয় ! । যত্র দুঃখান্বিতো রাজা ধৃতরাষ্ট্রোঽব্রবীদিদম্ ॥১॥
ধিগস্তু খলু মানুষ্যং যস্য নিষ্ঠেয়মীদৃশী । একাদশচমূভর্ত্তা যত্র পুত্রো মমানঘ ! ॥২॥
আজ্ঞাপ্য সর্ব্বান্ নৃপতীন্ ভুক্ত্বা চেমাং বসুন্ধরাম্ গদামাদায় বেগবান্ পদাতিঃ প্রস্থিতো রণে॥৩॥

(যুগ্মকম্)

বৈশম্পায়ননা হায়ঃ— মহারাজ ! জনমেজয় ! অদুগা তুংদা ভীম দুর্য্যোধন অনিগী রাহৈগী লাল হায় হৌরে । বিষয় অসিদা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা য়াম্না দুখাইতনা সঞ্জয়দা অসুম্না হায়রকই ॥১॥ পাপকী শরুক য়াওরবা সঞ্জয় ! অসিগুম্বা পোক্লাইবু ফংলিবা মি মহাক অদুগী পুনশিনু অমদি মহাকমু মি অমনি হায়না পোক্লিবগুবু ঐনা চায়রক থিকাই তৌরি, চায়রক নিন্দা তৌরি । অক্ষৌহিনি তরামাথোইগী মপু ওইরম্বা, নিংথৌ কয়া কয়াগী মথক্ত য়াথং তাউথকুনা লেইবুংনা পায়রম্বা ঐগী ইচানিপা দুর্য্যোধননা পাক চাউরবা লম অসিগী নিংথৌ ওইদুনা লৈরগা অদি মথক্ত কনাসু কনাসু লৈরদগুম্ মথোঙনা লালকম তায় চংলি ॥২-৩॥

ত্বং হি জগতো নাথো হ্যনাথ ইব মে সুতঃ। গদামুদ্যম্য যো যাতি কিমন্যদ্ভাগধেয়তঃ ॥৪॥
অহো দুঃখং মহৎ প্রাপ্তং পুত্রেণ মম সঞ্জয়! এবমুক্ত্বা সুদুঃখার্ত্তো বিররাম জনাধিপঃ ॥৫॥

সঞ্জয় উবাচ

স মেঘনিনদো হর্ষান্নিব গোবৃষঃ। আজুহাব তদা পার্থং যুদ্ধায় যুধি বীর্য্যবান্ ॥৬॥
ভীমমাহ্বয়মানেতু কুরুরাজে মহাত্মনি। প্রাদুরাসন্ সুঘোরাণি রূপাণি বিবিধান্যুত ॥৭॥
ববুর্বাতাঃ সনির্ঘাতাঃ পাংশুবর্ষং পপাত চ। বভূবুশ্চ দিশঃ সর্ব্বাস্তিমিরেণ সমাবৃতাঃ ॥৮॥
মহাস্বনাঃ সনির্ঘাতাস্তুমুলা লোমহর্ষণাঃ। পেতুস্তথোল্কাঃ শতশঃ স্ফোটয়ন্ত্যো নভস্তলাৎ ॥৯॥
রাহুশ্চাগ্রসদাদিত্যমপর্ব্বণি বিশাংপতে! চকম্পে চ মহাকম্পং পৃথিবী সবনদ্রুমা ॥১০॥
রুক্ষাশ্চ বাতাঃ প্রববুর্নীচৈঃ শর্করবর্ষিণঃ। গিরীণাং শিখরাণ্যেব ন্যপতন্ত মহাতলে ॥১১॥
মৃগা বহুবিধাকারাঃ সংপতন্তি দিশো দশ। দীপ্তাঃ শিবাশ্চাপ্যনদন্ ঘোররূপাঃ সুদারুণাঃ ॥১২॥
নির্ঘাতাশ্চ মহাঘোরা বভূবুর্লোমহর্ষণাঃ। দীপ্তায়াং দিশি রাজেন্দ্র। মৃগাশ্চাশুভবেদিনঃ ॥১৩॥

---

ইচামিপা অকনবা, পৃথিবীগী মপু দুর্য্যোধননা কনাসু লৈজদ্রবা অমগুম্না গদা লেংখোং মাহুনা খোংগনা লাজদ রাওদনা মথন্তা মখোঙনা চৎলি। অসিদগী হেন্না লাইবক থীবা তমখিরবা বিষয় অতোপ্পা অম সংসারসিদা লৈরমখিগদ্রা? ॥৪॥ "ওস্বোকৃপনি। আঃ! সঞ্জয়! ঐগী ইচাদো ওস্বোক্লা রাররিনিদকো।" ধৃতরাষ্ট্রনা অসুম্না ওহাক অরাবা কোওদোক্লমগা তুমিন লৈখ্রে ॥৫॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! অহুদগীদি নোং খোংবগী মতে'ওম নুমবা খোঙ্গেম্না কল্লবা দুর্য্যোধননা মাম্না সুংঙাইনা করিমত অকায়বা লৈতনা শল্লাবগী মতোগুম্না ভংতনা শোক্লসি লাও হায়না ভীমদা শীংনরকট ॥৬॥ কল্লবা দুর্য্যোধননা শীংনরক্লবদা অকিবগী মশক ওইরবা তমখিরবা কত্রবা খুদম্মক্তা থোকখি ॥৭॥ নুংশিৎ ইপোম অমনা থেংজিল্লক্লনা ফুজিল্লকপা নুংশিং ইপোম অমনা পাইশিল্লকপগুম্ অকনবা নুংশিৎ থঙহোদনা শীৎখি। উফুল পুংকৃপমক্তগী নোং চুথখি। মায়পৈ পুম্বা থঙহোদনা মম্শিল্লকই ॥৮॥ মখোল মাক্লবা তাবদা তুজুংবা পোক্লবা শঙাইশেল চাম চামনা নোংমদোক্লগী তাযক্লনা পৃথি লৈমায়থক অসিবু খিনপাইররি ॥৯॥ নিংথৌ! ধাহুনা অমাবস্যাগী অয়েম্না লৈতবা পূংকমদা পাইশিল্লক্লনা নুমিৎপু প্রাস তৌরে। মনগী হৈপাল লৈপালুগা লোয়নবা পৃথিবী অসি থক থক নীকখি পৃত্তৌথক্ত লৈবা কনাগী পোচ্চৈ অচচ্চর পুম্বা কেৎ কেৎ হাইনা নীকখি ॥১০॥ চেক্লপ নুংকৃপ ভাক্ত হুমজিল্লকপা নুংশিৎনা মথায়োমদা হুমথয়কলি। মাংল মাংলবা চীঙগী মতোনশিং অহু কিল্হুনা ওস্তরকলি ॥১১॥ মশক মচু তোঙাল তোঙালবা শজিশিংনা কদায় কদায়দগীনো খোরক্লনা কোয়চৎ চৎলরি মমায় ঈয়ঃ লংবা অকিবগী মশক ওইরবা লমহুইশিংনা অকিবকনো অরাক অথংননা খোংলরি ॥১২॥ মহারাজ! থোইদোক্লা অকিবগী মশক কংলবা নুংশিৎ ইপোম্ কুজিল্লকলবদা অমঙ্গলগী মশক ওইরবা শা ভানা ঈশম ভাঙলবা মায়গৈযোমদা চেনশিন্নরি ॥১৩॥ নিংথৌ! মায়গৈ পুম্বদা পুশ্রি লাংখোংগী ঈশিং পুম্বা ঈরায় শোংনা কায়থৎলকলি। কনাগী

উদপানগতাশ্চাপো ব্যবর্দ্ধন্ত সমন্ততঃ। অপস্রোতা মহানাদাঃ ক্রন্দন্তে স্ম তদা নৃপ। ॥১৪॥
এবমাদীনি দৃষ্ট্বাথ নিমিত্তানি বৃকোদরঃ। উবাচ ভ্রাতরং জ্যেষ্ঠং ধর্ম্মরাজং যুধিষ্ঠিরম্ ॥১৫॥
নৈষ শক্তো রণে জেতুং মন্দাত্মা মাং সুযোধনঃ। অদ্য ক্রোধং বিমোক্ষ্যামি নিগূঢ়ং হৃদয়ে চিরম্ ॥১৬॥
সুযোধনে কৌরবেন্দ্রে খাণ্ডবে পাবকো যথা। শল্যমদ্যোদ্ধরিষ্যামি তব পাণ্ডব। হৃচ্ছয়ম্ ॥১৭॥
নিহত্য গদয়া পাপমিমং কুরুকুলাধমম্। অদ্য কীর্ত্তিময়ীং মালাং প্রতিমোক্ষ্যাম্যহং ত্বয়ি ॥১৮॥
হত্বেমং পাপকর্ম্মাণং গদয়া রণমূর্দ্ধনি। অদ্যাস্য শতধা দেহং ভিনদ্মি গদয়ানয়া।
নায়ং প্রবেষ্টা নগরং পুনর্বারণসাহ্বয়ম্ ॥১৯॥
সর্পোৎসর্গস্য শয়নে বিষদানস্য ভোজনে। প্রমাণকোট্যাং পাতস্য দাহস্য জতুবেশ্মনি ॥২০॥
সভায়ামবহাসস্য সর্বস্বহরণস্য চ। বর্ষমজ্ঞাতবাসস্য বনবাসস্য চানঘ। ॥২১॥
অদ্যান্তমেষাং দুঃখানাং গন্তাহং ভারতর্ষভ। একাহ্না বিনিহত্যমং ভবিষ্যাম্যাত্মনোঽনৃণঃ ॥২২॥
(বিশেষকম্)

---

মখোয়: হায়কম খঙদনা নাকোং মেনশিন্নরুনা খাঙনবগী মশক ওইবা হৌরকপা খোঙ্জেলমক্তা মায়গৈ পুখ্রদগী লাউশিন্নকপা ভারি ॥১৪॥ কত্রবা থুদমশিং অসি উবদা ভীমসেননা মরাঙ্‌খুং অহল যুধিষ্ঠিরদা অস্ময়া হায়রকই:— ॥১৫॥ রাজ্ঞুং। মবুদ্ধি থেল্লবা কত্রবা দুর্য্যোধন অসে গদাযুদ্ধ অসিদা ঐবু জয় তোবা খক ঙম্মরোই। অদুগা চহি মতম কুইনা থম্মোয়দা ওমহনা লোয় থম্মকপা ঐগী অশাউবশিংদো ঙাস লোইনা লালকম অসিদা কুদোকচরগনি ॥ ৬॥ পাণ্ডবনন্দন। রাজ্ঞুং নিংথৌ। খাণ্ডববনদা হৌথিবা মৈদুঙগুম্বা, দুর্য্যোধননা ওৎপদা রাজ্ঞুংগী থম্মোয়দা ময়ুংহুনা লৈরিবা অশাউবগী তাথোল অহ ঙসি ঐনা ছত্তোকচরগনি ॥১৭॥ ঐগী গদা অসিনা ঙসি পাপী দুর্য্যোধনগী মথ্‌ংাইট কৌরগা রাজ্ঞুং ভবশুদা মি চৎকী মনি পরেং হুকচপে ॥১৮॥ ঙসি ঐনা গদা অসিনা পাপী দুর্যোধনগী মথ্‌ংাইট লোয়গা মাগী মশা অসিবু মচেৎ চাম চাম থোক্না শেত্তৎকে। কত্রবা পাপী অসে ঙসিদগী হস্তিনাপুরদা হঙ্গিল্লরোইদবনি ॥১৯॥ পাপকী শরুক রাওজবা! ভরতবংশগী অহেনবা, রাজ্ঞুং মহারাজ! ঐগী কম্‌দা লিল লংশিনখিবা, ঐগী চাননবা পোত্তা হু হাপখিবা, প্রমাণ কোটি কোবা লমদা ঐবু ভম্মিহৈদা ঊশিংদা থাদখিবা, চাগী য়ুমদা ঐখোয়বু মৈ থাগে তোখিবা, চৌবর সভা ময়ায়দা ঐখোয়দা কয়েন্না নোকখিবা, ঐখোয়গী লম্‌হূম পুম্বা মীনমুক্তনা লৌখিবা; চহি তরানিথোই বন চৎহনখিবা, চহি অম মীগী মীনায় শাহুনা লোৎহনখিবা,— অসিনচিংবা থৌদোক কয়ানা ঐখোয়দা অরাবা পীখিবা নিপাসে ঙসিগী নুমিত্তা মথ্‌ংাইট লোয়গা অরাবাশিংদু মীকুপ্তা মাঙহনদুনা ইন্দুংগী চকখা চনাওনা তোল্লিবা লমমদো শিংজরগে ॥২০—২২॥ ভরতশ্রেষ্ঠগী অথোইবা

তং মহাত্মা মহাত্মানং গদাযুদ্ধমমা পাণ্ডবঃ। অভিদুদ্রাব বেগেন ধার্ত্তরাষ্ট্রং বৃকোদরঃ ॥৩৩॥
বৃংহন্তি কুঞ্জরাস্তত্র হয়া হেষন্তি চাসকৃৎ। শস্ত্রাণি চাপ্যদীপ্যন্ত পাণ্ডবানাং জয়ৈষিণাম্ ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে গদাযুদ্ধারম্ভে দ্বিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

কুজিল্লকই ॥৪৪॥ মতম অসিদা, শামু মরাম্না খোংলকই, শগোলশিংমা থেক্লা থেক্লা খোংলকই।
জয়ওইপে তাম্লিবা পাণ্ডবশিংগী থুৎলাগশিং অদু ঈরং ঈরং লংঙকই ॥৪৫॥

মতম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা লংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা গদাযুদ্ধারম্ভগী য়াম্ভৈমাথোইশুবা অধ্যায় লোইরে।

— —:০০:— —

# শ্রীমহাভারতম্.

গদাগী লাল

## ত্রিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ।

য়াথৈহুমদোইশুবা অধ্যায়।

— —:*:— —

ততো দুর্য্যোধনো দৃষ্ট্বা ভীমসেনং তথাগতম্। প্রত্যুদ্যযাবদীনাত্মা বেগেন মহতা নদন্ ।১।
সমাপেততুরন্যোন্যং শৃঙ্গিণৌ গোবৃষাবিব। মহানির্ঘাতঘোষশ্চ প্রহারাণামজায়ত ।২।
অভবচ্চ তয়োর্যুদ্ধং তুমুলং লোমহর্ষণম্। জিগীষতো র্যুধান্যোন্যমিন্দ্রপ্রহ্লাদয়োরিব ।৩।

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! ভীমসেননা কুজিল্লকপদু উবদা দুর্য্যোধণন্দু কপ্পিমত্তা কিবিদনা ংক্ষনা ভীমলোমদা হোৎচিল্লি ॥১॥ অদুগী তুংদা মচি শাংনা থৌনা পান্নবা শঙ্গাও অনীগী মতৌ ওম্না অনী অসি চকৃথেংনরকলে। অনিগী গদানা অমগমগা থেংনবা খস্তোক্লবগী মখোম্না বজ্রভাব ওম হৌখি ॥২॥ মমাঙৈদা অমনা অমবু জয় তৌগে হায়মা খল্লবা ইন্দ্রগা প্রহ্লাদগা অনীগী থোকখিবা লাঞ্জাওচ্ছমনা অমনা অমবু ওমগে হাৎকে তান্নবা ভিম দুর্য্যোধণ অনিগী তমখিনা তুক্ষংবা পোন্দলবা গদাযুদ্ধ অদু চথরকলে ॥৩॥ মতমদুদা মশা ঈহং নাইহং শানরবা, মপাক্ষ

রুধিরোক্ষিতসর্ব্বাঙ্গৌ গদাহস্তৌ মনস্বিনৌ। দদৃশাতে মহাত্মানৌ পুষ্পিতাবিব কিংশুকৌ ॥৪॥
তথা তস্মিন্মহাযুদ্ধে বর্ত্তমানে সুদারুণে। খদ্যোতসংঘৈরিব খং দর্শনীয়ং ব্যরোচত ॥৫॥
তথা তস্মিন্ বর্ত্তমানে সঙ্কুলে তুমুলে ভূশম্। উভাবপি পরিশ্রান্তৌ যুধ্যমানাবরিন্দমৌ ॥৬॥
তৌ মুহূর্ত্তং সমাশ্বস্য পুনরেব পরন্তপৌ। সংপ্রহারয়তাং চিত্রং সংপ্রগৃহ্য গদে শুভে ॥৭॥
তৌ তু দৃষ্ট্বা মহাবীর্য্যৌ সমাশ্বস্তৌ নরর্ষভৌ। বলিনৌ বারণৌ যদ্বদ্বাশিতার্থে মদোৎকটৌ ॥৮॥
সমানবীর্য্যৌ সংপ্রেক্ষ্য প্রগৃহীতগদাবুভৌ। বিস্ময়ং পরমং জগ্মুর্দেবগন্ধর্ব্বমানবাঃ ॥৯॥ (যুগ্মকম্)
প্রগৃহীতগদৌ দৃষ্ট্বা দুর্য্যোধনবৃকোদরৌ। সংশয়ঃ সর্ব্বভূতানাং বিজয়ে সমপদ্যত ॥১০॥
সমাগম্য ততো ভূয়ো ভ্রাতরৌ বলিনাং বরৌ। অন্যোন্যস্যান্তরং প্রেপ্সু প্রচক্রাতেঽন্তরং প্রতি ॥১১॥
যমদণ্ডোপমাং গুর্ব্বীমিন্দ্রাশনিমিবোদ্যতাম্। দদৃশুঃ প্রেক্ষকা রাজন্! রৌদ্রীং বিশসনং গদাম্ ॥১২॥
আবিধ্যতো গদাং তস্য ভীমসেনস্য সংযুগে। শব্দঃ সুতুমুলো ঘোরো মুহূর্ত্তং সমপদ্যত ॥১৩॥
আবিধ্যন্তমরিং প্রেক্ষ্য ধার্ত্তরাষ্ট্রোঽথ পাণ্ডবম্। গদামতুলবেগাং তাং বিস্মিতঃ সংবভূব হ ॥১৪॥

---

হেন্নদনা কল্লব, মখুৎ মখুত্তা গদা পায়নরবা থাবিকিবদবা ভিম দুর্য্যোধন অনিসি ভাওলবা মপান্না থল্লবা কুয়াউ পাম্বা অনীগুম থোইদোক্লম্লম নাওখিবৈ ॥৪॥ ওহ্নোকনা তমখিনা শাখিরবা গদাযুদ্ধহনা অন্থুমন্থুম কন্না চৎথরকলবদা গদা অনী থেংনবদগী পোকপা মৈমিক মপৈ মপৈনা ওওল পাইবগুম নোং মদোন অসি মিংনা ঈথক থকহন্না পুমভাল পুমভাল ভালহনখি ॥৫॥ অকিবগী মশক কংনা শাথীরবা গদা যুদ্ধহনা অন্থুমন্থুম কলশিল্লকল্লবদা তেক্লবা লম্ব ভিম দুর্য্যোধন অনিসি চপ মান্নবা চোকথরকলে ॥৬॥ য়েক্লববু মিপাইবা পোকহনবা ওস্বা ভিম দুর্য্যোধন অনিসি ওহাক্তং পেংপনরগা কজরবা কল্লবা চাউখাং-লবা গদা অনিহু প'য়থৎনহুনা অমুক স্থুজিল্লবা তেঁরকলে ॥৭॥ মশাদা থাতু লাক্লবি শামু অমোম অমবু মুম্মবদগী মরায় কায়বা মচুম তায়বা শামু অনিনা য়াখিল্লবদা কল্লবা নিপা অথোইবা ভিম দুর্য্যোধন অনিবু উবদা অতুপা মথোয়নিনা থা গৎনরকপা গদাহু উবদা নোংমদোম্বক্লা কুইম্ম য়েংলিবা লাই-য়াম অমদি গন্ধর্ব্বশিংনা অতুপা নৈমায়থক্তা কুইম্ম য়েংলিবশিংনা থোইদোক্লা ওকনখি ॥৮ ৯॥ গদা পায়বা ভিম দুর্য্যোধনবু উবদা মথোয় অনীগী মন্নুংদা কনানা শুমৃগদগে হায়বহু অউবশিংগী থম্মোয়দা কয়িমত্ত কেপ্রবা ওমখিদে, চিংনবা অখিবা পোকনখি ॥১০॥ অতুগী ভুংদা খ্বাইদগী কল্লবা, ভিম দুর্য্যোধন মচিন মনাও অনিসি অমনা অমগী অহোব অকোম্বত্ত মুম্না চোকশিন্না থিননয়েংনরকই ॥১১॥ মহারাজ! মতম অসিদা অউবশিংদুনা যমদণ্ডগুম্বা অদুগা ইন্দ্রগী বজ্রগুম্বা চাউরবা শাংলবা ভীমগী অকিবগী মশক ওইরবা গদা অদুবু কনাগুম্ব অমবু হিংসা তৌগদবগী মন্না কাথোকতুনা লৈবগুম উখি ॥১২॥ ভীমনা মাগী গদা থহু উক্রক্ল লৈরকপা মতমদা ওহাক্তং অকিবগী মশক কংলবা শবদ অম থোকখি ॥১৩॥ য়েক্লবা ভীমসেননা চাংদম্নীত্তায় লৈতব' শাক্লুনা মহাক্লী ওইবা গদাবু আলাত্তচক্রগী মতো ওয়া উক্রক্ল লৈরকপহু উবদা দুর্য্যোধনগী থম্মোয়দা অত্তকপা অকিবা পোকখে ॥১৪॥ ভরতনন্দন মহারাজ! বল্লবা ভীমসেননা গদাযুদ্ধগী বিধিগী মতুংইন্না তোওাল তোওানবা থোওকম অমদি

এবং তদভবদ্যুদ্ধং ঘোররূপমসংবৃতম্। পরিবৃত্তেঽহনি ক্রূরং বৃত্রবাসবয়োরিব ॥২৪॥
গদাহস্তৌ ততস্তৌ তু মণ্ডলাবস্থিতৌ বলী। দক্ষিণং মণ্ডলং রাজন্! ধার্ত্তরাষ্ট্রোঽভ্যবর্ত্তত।
সব্যন্তু মণ্ডলং তত্র ভীমসেনোঽভ্যবর্ত্তত ॥২৫॥
তথা তু চরতস্তস্য ভীমস্য রণমূর্দ্ধনি। দুর্য্যোধনো মহারাজ! পার্শ্বদেশেঽভ্যতাড়য়ৎ ॥২৬॥
আহতস্তু তদা ভীমঃ পুত্রেণ তব মারিষ!। আবিধ্যত গদাং গুর্ব্বীং প্রহারং তমচিন্তয়ন্ ॥২৭॥
ইন্দ্রাশনিসমাং ঘোরাং যমদণ্ডমিবোদ্যতাম্। দদৃশুস্তে মহারাজ! ভীমসেনস্য তাং গদাম্ ॥২৮॥
আবিধ্যন্তং গদাং দৃষ্ট্বা ভীমসেনং তবাত্মজঃ। সমুদ্যম্য গদাং ঘোরাং প্রত্যবিধ্যৎ পরন্তপঃ ॥২৯॥
গদামারুতবেগেন তব পুত্রস্য ভারত!। শব্দ আসীৎ সুতুমুলস্তেজশ্চ সমজায়ত ॥৩০॥
স চরন্ বিবিধান্ মার্গান্ মণ্ডলানি চ ভাগশঃ। সমশোভত তেজস্বী ভূয়ো ভীমাৎ সুযোধনঃ ॥৩১॥
আবিদ্ধা সর্ব্ববেগেন ভীমেন মহতী গদা। সধূমং সার্চ্চিষং সাগ্নিং মুমোচাগ্রা মহাস্বনা ॥৩২॥
আধূতাং ভীমসেনেন গদাং দৃষ্ট্বা সুযোধনঃ। অদ্রিসারময়ীং গুর্ব্বীমাবিধ্য বহ্বশোভত ॥৩৩॥

---

অসি তমাথনা অপনবা লেতনা আকন ফংনা চথার ॥২৪॥ মহারাজ! অসিগী তুংদা মখোয় অনীনা মাগী মাগী গদাবু খুৎম চেৎনা পায়নদুনা ভুংথমাওথ কোইরে লৈনার। কল্লবা দুর্য্যোধননা য়েৎ থংননা অদুগা ভীমনা ওয়ওয়ননা কোয়না কোয়না লৈনার ॥২৫॥ মহারাজ! ভীমনা অদুমা চৎলকপা মতমদা দুর্য্যোধননা গদা অদু ভীমগী নাকথংদা কয়া কপকই ॥২৬॥ ঈকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা নংবো। দুর্য্যোধননা অদুম ফুনকপা মতমদা ভীমনা মাঙদা খোইনা য়েংবিক্রদনা মাগী চাউরবা গদা অদু অমুক লৈবা হোৎকলে ॥২৭॥ ইন্দ্রগী বজ্রগুম্বা, যমরাজগী দণ্ডগুম্বা গদা অদুবু ভীমনা থাংগৎলকপদু অউবাশিংনা ময়েক শানা উনখি ॥২৮॥ মহারাজ! ভীমনা গদাবু কয়া কয়া লৈরে হায়বদু উবদা নচাপুত্রো অকনবা দুর্য্যোধননা মাগী চাউরবা গদা অদুনা ভীমসেনগী গদাদা থয়া থাজিল্ল ॥২৯॥ ভরতনন্দন! নুংশিৎনা ক্লাজল্লকপগুম্বা দুর্য্যোধনগী গদানা থাবদা ভীমগী চাউরবা গদা অসি হৌনা মখোল থোকখি। মাশং লাকতমদবা মেরকমক্তা গদাদুগী মশাদগী শাইথোক্কই ॥৩০॥ তেজ লৈরবা দুর্য্যোধননা লালকম অদুগী মকম পুম্বদা চৎলকপা থোঙচৎ থাংলকপা থোঙবাং কোয়না কোয়না চৎলকপা মতমদা ভীমদগীসু কল্লবা দুর্য্যোধননা হেনগৎরে ॥৩১॥ ভীমনা কয়া লৈরকপা চাউ থাংলবা, কল্লবা, লুম্নবা, মখোল থোক্লবা গদাদুনা মতোন্দগী মেখু মেরিপা লোয়ননা মৈ কং কং হোৎকই ॥৩২॥ ভীমসেননা গদা অদুবু কয় লৈরকপদু উবদা দুর্য্যোধনসু মাগী চাউরবা গদা অদু উরুরুক লৈরকই। মতম অসিদা দুর্য্যোধন অসি থোইদোক্লবু নিঙথিজে ॥৩৩॥ কল্লবা দুর্য্যোধনগী গদাগী শউয়া পুশিল্লকপা নুংশিৎকি ইপোমদুবু অদুগা নুংশিৎকি

গদাবাক্তবেগং হি দৃষ্ট্বা তস্য মহাত্মনঃ । ভয়ং বিবেশ পাণ্ডূংস্তু সর্ব্বানেব সসোমকান্ ॥৩৪॥
দৃষ্ট্বা ব্যবস্থিতং ভীমং তব পুত্রো মহাবলঃ । চরংশ্চিত্রতরান্ মার্গান্ কৌন্তেয়মভিদুদ্রুবে ॥৩৫॥
তস্য ভীমো মহাবেগাং জাম্বুনদপরিষ্কৃতাম্ । অতিক্রুদ্ধস্য ক্রুদ্ধস্তু তাড়য়ামাস তাং গদাম্ ॥৩৬॥
সবিস্ফুলিঙ্গো নির্হ্রাদস্তয়োস্তত্রাভিঘাতজঃ । প্রাদুরাসীন্মহারাজ ! সৃষ্টয়োর্বজ্রয়োরিব ॥৩৭॥
বেগবত্যা তয়া তত্র ভীমসেনেন মুক্তয়া । নিপতন্ত্যা মহারাজ ! পৃথিবী সমকম্পত ॥৩৮॥
তাং নামৃষ্যত কৌরব্যো গদাং প্রতিহতাং রণে । মত্তো দ্বিপ ইব ক্রুদ্ধঃ প্রতিকুঞ্জরদর্শনাৎ ॥৩৯॥
স সব্যং মণ্ডলং রাজন্ ! উদ্ভ্রাম্য কৃতনিশ্চয়ঃ । আজঘ্নে মূর্দ্ধনি কৌন্তেয়ং গদয়া ভীমবেগয়া ॥৪০॥
তয়া ত্বভিহতো ভীমঃ পুত্রেণ তব পাণ্ডবঃ । নাকম্পত মহারাজ ! তদদ্ভুতমিবাভবৎ ॥৪১॥
আশ্চর্য্যঞ্চাপি তদ্রাজন্ ! সর্ব্বসৈন্যান্যপূজয়ন্ । যদ্গদাভিহতো ভীমো নাকম্পত পদাৎ পদম্ ॥৪২॥
ততো গুরুতরাং দীপ্তাং গদাং হেমপরিষ্কৃতাম্ । দুর্য্যোধনায় ব্যসৃজৎ ভীমো ভীমপরাক্রমঃ ॥৪৩॥

---

শাকু অদুবু উবদা সোমক অমদি পাণ্ডবশিংগী থম্মোয়দা অকিব পোকখি ॥৩৪॥ মহারাজ ! মহারাজগী নচাঈবুঙো অকনবা দুর্য্যোধননা ভীমনা লেপ্তদনা লৈবদু উবদা প্রপ্রপ চোংশিল্লকই ॥৩৫॥ মতম অদুদা শাউরবা ভীমসেননা মাগী গদানা শাউরবা দুর্য্যোধনগী শাফু কল্লবা, সনরূপ কিনা য়েৎলবা গদাদুগী মথক্তা কয়া যুথরকই ॥৩৬॥ মহারাজ ! মতম অমতদা লংশিনমিল্লরকপা হন্না অনিগী তন্না থেংনবগী পোকপা মুংশিংকি কুনবগী মখোলগুম্না মখোল থোক্লরবা গদা অনিদুগী মশাদগী শব্দ অমদি মৈরিক মপৈ মপৈ পাইথোরকই ॥৩৭॥ মহারাজ ! ভিমসেননা লংথোরকপদা গদা অদুনা শাফু কয়া লৈমায়থক্তা তারকপা মতম অদুদা পৃথ্বী লৈমায় অসি থক্ থক্ নিকই ॥৩৮॥ মতম অদুদা দুর্যোধন অসি মাগী গদাবু য়েথদুনা লৈমায়থক্তা তাহনখিবদু উবদা য়েংদুনা খাণ্ডদুনা লৈব ওমখিদ্রে । ময়ায় কায়বা শামুনা মমাংবা শামু অমবু উরগা শাউবা ময়ায় কাবদুগুম্না দুর্যোধন অসি থংশাউ শাউরকই ॥৩৯॥ মহারাজ ! অদুগী তুংদা দুর্যোধন অসি ভিমসেনবু মহাৎলগে হায়না মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা খনখিদুনা মাগী ওয়ওয়নবা উরুরুক লৈরগা অকিব কংলবা শাফুগা লোয়নননা গদা অদুনা ভিমগী কোক্ক কয়া কুথরকই ॥৪০॥

মহারাজ ! মহারাজগী নচাঈবুঙোনা মতৌ অস্মুয়া কয় কয়দি থাট হায়রবু ভিমসেন অসি খোণ্ডকম নামত লেণ্ডদে । মাদুমক্ অঙকপা অম ওইনা থোকখি ॥৪১॥ নিংথৌ ! কন' থিনা কোক্ক পাল্লবন্থকাওবা খোণ্ডকম নামন্ত লেন্ত'খিদবা ভিমবু উবদা ময়ায়া অঙকপগা লোয়ননা থাগৎনখি ॥৪২॥ অদুগী তুংদা অকিবগী মশক্ কংনা কল্লবা ভিমনা সনরূপ কিনা য়েৎলবা ঈয়ং লংলবা গদা অম্র দুর্যোধনগী মথক্তা লংশিল্লকই ॥৪৩॥ মতম অদুদা কল্লবা

তং প্রহারমসংভ্রান্তো লাঘবেন মহাবলঃ । মোঘং দুর্য্যোধনশ্চক্রে তত্রাভূদ্বিস্ময়ো মহান্ ॥৪৪॥
সা তু মোঘা গদা রাজন্ ! পতন্তী ভীমচোদিতা । চালয়ামাস পৃথিবীং মহানির্ঘাতনিস্বনা ॥৪৫॥
আস্থায় কৌশিকান্মার্গানুৎপতন্ স পুনঃ পুনঃ । গদানিপাতং প্রজ্ঞায় ভীমসেনঞ্চ বঞ্চিতম্, ॥৪৬॥
বঞ্চয়িত্বা তথা ভীমং গদয়া কুরুসত্তমঃ । তাড়য়ামাস সংক্রুদ্ধো বক্ষোদেশে মহাবলঃ ॥৪৭॥
(যুগ্মকম্)

গদয়া নিহতো ভীমো মুহ্যমানো মহারণে । নাভ্যমন্যত কর্ত্তব্যং পুত্রেণাভ্যাহতস্তব ॥৪৮॥
তস্মিংস্তথা বর্ত্তমানে রাজন্ ! সোমকপাণ্ডবাঃ । ভৃশোপহতসঙ্কল্পা ন হৃষ্টমনসোঽভবন্ ॥৪৯॥
স তু তেন প্রহারেণ মাতঙ্গ ইব রোষিতঃ । হস্তিবদ্ধস্তিসঙ্কাশমভিদুদ্রাব তে সুতম্, ॥৫০॥
ততস্তু তরসা ভীমো গদয়া তনয়ং তব । অভিদুদ্রাব বেগেন সিংহো বনগজং যথা ॥৫১॥
উপসৃত্য তু রাজানং গদামোক্ষবিশারদঃ । আবিধ্যত গদাং রাজন্ ! সমুদ্দিশ্য সুতং তব ॥৫২॥
অতাড়য়দ্ভীমসেনঃ পার্শ্বে দুর্য্যোধনং তদা । স বিহ্বলঃ প্রহারেণ জানুভ্যামগমন্মহীম্, ॥৫৩॥

---

দুর্যোধন অসি করিমত্ত চিঙ্ঙায়বা কৈতনা থ,না য়াঙনা চোংথোক্ত,না ভিমন ক,থরক্পত্তবু অয়েঙ্বদা তাহনখি । মাচু উবদা অউঙশিংগী পুক্কিংদা অঙকপা পোক্লখি ॥৪৪॥ মহারাজ ! ভীমসেননা লংঙকপা, অথাক অরউ তাবগী খোঙ্গেন্ঙুম্না মখোল থোক্লবা গদা অদুনা লৈমায়-থক্তা তাবদা লালকম পুম্বম্ থক থক নীকই ॥৪৫॥ অদুগী তুংদা পোইদোক্না, কল্লবা, কৌরব শাগৈগী অথোইবা দুর্যোধননা চোইদোক্না শাউংদুনা অদুগা ভীমবু মাগী নমথাক্না ঙম্লে হায়-নসি খঙ্দুনা, অদুগা অমুক্তং গদানা কুথরকখিনি হায়না থন্দুনা মকুগী খোঙচৎ শাগেন্না হায়বদি চঙ চঙ্লা চোংথৎ চোংথ থেংদুনা মাগী গদা অদুনা ভীমগী থবাক্ত কয় থায়কই ॥৪৬—৪৭॥ মহারাজ ! মহাযুদ্ধগী মচাইবুঙো দুর্যোধননা ক,বদুদা ভীমসেন অসি য়াম্বঙুম্না ঙহাক লৈ । গদ যুদ্ধ অদুদা করি তৌগদগে হায়বশু মহুম অদুদা কেপ্পবা ঙমখিদ্রে । ॥৪৮॥ মহারাজ ! ভীমসেননা অদুঙুম্না অমম্বা ফোঙ্গৎদুদা পাণ্ডবশিং অমদি সোমকশিং অসি, থোইদোক্ নীঙবা কায়খ্রে, মাহথোং লোইনা লাংশিন্নখি ॥৪৯॥ দুর্যোধনগী চৈক, অদুনা লাকহুম্ কাওমদবা শামুহম্না ভীমগী অশাউবগী মৈহুম কয়া হেৎহনখি । অদুদগী শামুঙুম্না ভীমসেন অসি মমাম্নবা শামু অম তম্না ফুজিনখিবঙুম্না দুর্যোধনলোমদা প্রপ প্রপ চেলশিন্নকই ॥৫০॥ অদুগী তুংদা নোংশাবা শামু কমশায়োমদা চেনশিনবঙুম্না ভীমনা মাগী গদা অদু থুম্ব চেৎনা পায়দুনা দুর্যোধনলোমদা ফুজিন্নকই ॥৫১॥ মহারাজ ! গদা লংশিনবদা হৈবা ভীমসেননা মনাক কাওবা চঙশিন্নক্ত,না দুর্যোধনবু শংল্লিক শংনা য়েংনা য়েংনা গদা অদু উরুরক্না লৈয়কই ॥৫২॥ অদুদগী ভীমনা মাগী গদা অদুনা দুর্যোধনগী নাথংদা কয়া থাত্তিনখি । গদাগুনা পানবদা দুর্যোধন অসি মখুকত্ত অনী শৌয়না খুরু খুদক কুপ্না লৈমায়থক্তা উপথুননা ফেক তুই ॥৫৩॥ 'নিংথৌ !

স পার্থিবো নিত্যমমর্ষিতস্তদা মহারথঃ শিক্ষিতবৎ পরিভ্রমন্ ।
অতাড়য়ৎ পাণ্ডবমগ্রতঃ স্থিতং স বিহ্বলাঙ্গো জগতীমুপাস্পৃশৎ ॥৬৩॥
স সিংহনাদং বিননাদ কৌরবো নিপাত্য ভূমৌ যুধি ভীমযোজসা ।
বিভেদ চৈবাশনিতুল্যতেজসা গদানিপাতেন শরীরবক্ষণম্ ॥৬৪॥
ততোঽন্তরীক্ষে নিনদো মহানভূদ্দিবৌকসামপ্সরসাঞ্চ নেদুষাম্ ।
পপাত চোচ্চৈরমরপ্রবেরিতং বিচিত্রপুষ্পোৎকরবর্ষমুত্তমম্ ॥৬৫॥
ততঃ পরানাবিশদুত্তমং ভয়ং সমীক্ষ্য ভূমৌ পতিতং নরোত্তমম্ ।
অহীয়মানঞ্চ বলেন কৌরবং নিশাম্য ভেদং সুদৃঢ়স্য বর্ম্মণঃ ॥৬৬॥
ততো মুহূর্ত্তাদুপলভ্য চেতনাং প্রমৃজ্য বক্ত্রং রুধিরার্দ্রমাত্মনঃ ।
ধৃতিং সমালম্ব্য বিবৃত্তলোচনো বলেন সংস্তভ্য বৃকোদরঃ স্থিতঃ ॥৬৭॥
ততো যমৌ যমসদৃশৌ পরাক্রমে সপার্ষতঃ শিনিতনয়শ্চ বীর্য্যবান্ ।
সমাহ্বয়ন্নহমহমিত্যভিত্বরংস্তবাত্মজং সমভিযযুর্বধৈষিণঃ ॥৬৮॥
নিবর্ত্ত্য তান্ পুনরপি পাণ্ডবো বলী তবাত্মজং স্বয়মভিপত্য কালবৎ ।
চচার চাপ্যপগতখেদবেপথুঃ সুরেশ্বরো নমুচিমিবোত্তমং রণে ॥৬৯॥
ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে ত্রিপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৫৩॥ *

— — * — —

ধণ অসি ওঝানাইনা তম্মুরবা অমত্তম্ম কোয়রৈ লৈনা চৎলকই । হোঙ্কিলক্লনা ভীমদা কয়া থাম্মকই । ভীমস্থ মকোক শাওদুনা লৈমায়থক্তা তুই ॥৬৩॥ দুর্য্যোধননা মত্তো অদুম ভীমবু লৈমায়থক্তা তুহল্লগা সিংহনাদ লাওরকই অদুদগী বজ্রগ মান্নবা গদা অদুনা থাদুনা ভীমগী লাক্লুম্বিৎ অদু থদৎখি ॥৬৪॥ অতুগী তুংদা নোংমদোন থক্তা দেবতাশিংনা অদুগা অপ্সরাশিংনা য়াম্ম হৌনা লাউনখি । নোংমদোম্বক্তগী মনম মুংশরবা লৈগী নোং চুথরকই ॥৬৫॥ অদুদগী বিশা অথোইবা ভীমসেননা তুখিবা অদুগা দুর্য্যোধননা ঈকল কয়া লৈ, অদুগা ভীমগী লাল ফুম্বিৎ লোইনা তৎখিবা খিমগাইখিবদু উবদা পাণ্ডবশিং আসগী পুক্নিংদা অকিবা চিংনবা পোকখে ॥৬৬॥ অদুম তোম্বৈদা ভীম গ্যান তারক্লনা মশাদগী মমীৎ মথায়দগী তাম্মকলিবা ঈ অদু তৈথোকখুনা চনীত তানা য়াথলতোনা মমীৎ অময়োমদা চাইদোক্লনা লৈ ॥৬৭॥ মহারাজ ! অদুদগী তুংদা যমরাজগী মত্তোম্মা কয়বা নকুল সহদেব অমদি সাত্যকি, ধৃষ্টদ্যুম্ননা দুর্য্যোধনলোমদা তনশি লুনা " লাউ । নংবু হাৎকদবদি ঐনি ঐনি „ হায়দুনা দুর্য্যোধন তম্মা ফুজিন্নরকই ॥৬৭॥ অতঃপরী কয়বা ভীমসেননা মথোম্ম পুম্বৈ থামদুনা খিংদুনা থমলগা, চোকথবা নীকপা পুম্বা কোকখিদুনা যমরাজগী মত্তোম্মা দুর্য্যোধন লোমদা চত্তশিনখিন্না । মমাইদ ইন্দ্রনা নমুচি কৌবা দৈত্যলোমদা চত্তশিনবাদুগুম্মা ভীমনা দুর্য্যোধন তম্মা চত্তশিনাল ॥৬৯॥

ঋকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকালশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিত্যাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মাঙৈহৈমদোইতবা অধ্যায় লোইরে ।

# মহাভারতম্

( দুর্য্যোধনগী খুকউ থ়ুদেকপা মতাং )

## চতুঃপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

য়াখৈমরিশুবা অধ্যায়ঃ।

——:•:——

### সঞ্জয় উবাচ

সমুদীর্ণং ততো দৃষ্ট্বা সংগ্রামং কুরুমুখ্যয়োঃ। অথাব্রবীদর্জ্জুনস্তু বাসুদেবং যশস্বিনম্ ।১।

অনয়োর্বীরয়োর্যুদ্ধে কো জ্যায়ান্ ভবতো মতঃ। কস্য বা কো গুণো ভূয়ানেতদ্বদ জনার্দ্দন! ।২

### বাসুদেব উবাচ

উপদেশোঽনয়োস্তুল্যো ভীমস্তু বলবত্তরঃ। কৃতী যত্নপরস্ত্বেষ ধার্ত্তরাষ্ট্রো বৃকোদরাৎ ।।৩।।

ভীমসেনস্তু ধর্ম্মেণ যুধ্যমানো ন জেষ্যতি। অন্যায়েন তু যুধ্যন্ বৈ হন্যাদেব সুযোধনম্ ।।৪।।

মায়য়া নির্জ্জিতা দেবৈরসুরা ইতি নঃ শ্রুতম্। বিরোচনস্তু শক্রেণ মায়য়া নির্জ্জিতঃ স বৈ ।।৫।।

মায়য়া চাক্ষিপত্তেজো বৃত্রস্য বলসূদনঃ। তস্মান্মায়াময়ং ভীম আতিষ্ঠতু পরাক্রমম্ ।।৬।।

প্রতিজ্ঞাতস্তু ভীমেন দ্যূতকালে ধনঞ্জয়! । ঊরূ ভেৎস্যামি তে সংখ্যে গদয়েতি সুযোধন! ।।৭।।

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! কৌরব অখোইবা কল্লবা ভীম দুর্য্যোধন অনীগী গদাগী লা- লগিনা অসুমসুম কয় চথরকপসি উবদা অর্জ্জুননা মিংচৎ চাউরবা কৃষ্ণদা অসুম হায়রকই:- ॥১॥ জনার্দ্দন! শোয়রিবা অনীসিগী মখুংদা কনানা হেল্লি? অনীসিগী মরক্তা কনানা করম্বা গুণনা হেল্লিবা য়াৎলিবা, মদু অমুক্তা হায়রু ॥২॥ কৃষ্ণনা হায়ঃ— ওঝাগী পাউত্তাক লৌবদা অনীমক চপ মাপ্লে। অদুবু কনবদা ভীমনা হেল্লি। অদুগা গদাগী লালহৈবদা চেকশিনবদদি ভীমদগী দুর্য্যোধননা হেল্লি ॥৩॥ অদুনা গদাযুদ্ধগী বিধি কায়দনা শোক্লবা লান্দদি ভীমনা দুর্য্যোধনবু পাকত্তব য়ায়রোই অদুগা বিধিনিয়ম কাইরপ তৌনা শোক্লরবদি ভীমনা দুর্য্যোধনবু হাৎপা ঙমগনি ॥৪॥ ঐখোয়না অসুম্না হায়নবা তায়ঃ— লাইশিংনা বিধি কায়না খোনহুনা দৈত্যদানবশিংবু অয় তৌখি, ইন্দ্রমক্সু অয়ানবা নিয়মনা বিরোচন কৌবা দৈত্যবু মারবীবা পীখি ॥৫॥ ইন্দ্রনা কূট- নীতিনা বৃত্রাসুরগী তেজবু মাঙহন্‌খিবনি। অদুনা অর্জ্জুন! নহাক্না ভীমসু অদুগুম্না কূটনীতি অদুবু গদাগী লাল অসিদা পীজিনরসু ॥৬॥ অর্জ্জুন! চৌবরসভাদা মমাঙদা ভীমসেননা-"দুর্য্যোধন! নংগী নখুবুউ অনীদু ঐগী গদাসিনা থ়ুদেকে।" — অসুম হায়না কয়রু য়াশকৃখিবনি। ॥৭॥

সোহয়ং প্রতিজ্ঞাং তাঞ্চাপি পালয়ন্নরিকর্ষণঃ । মায়াবিনঞ্চ রাজানং মায়য়ৈব নিকৃন্ততু ॥৮॥
যদ্যেব বলমাস্থায় প্রজ্ঞায়েন হরিষ্যতি । বিষমস্থস্ততো রাজা ভবিষ্যতি যুধিষ্ঠিরঃ ॥৯॥
পুনরেব তু বক্ষ্যামি পাণ্ডবেয় ! নিবোধ মে । ধর্ম্মরাজাপরাধেন ভয়ং নঃ পুনরাগতম্ ॥১০॥
কৃত্বা হি সুমহৎ কর্ম্ম হত্বা ভীষ্মমুখান্ কুরূন্ । জয়ঃ প্রাপ্তো যশশ্চাগ্র্যং বৈরঞ্চ প্রতিযাতিতম্ ॥১১॥
তদেবং বিজয়ঃ প্রাপ্তঃ পুনঃ সংশয়িতঃ কৃতঃ । অবুদ্ধিরেষা মহতী ধর্ম্মরাজস্য পাণ্ডব ! ॥১২॥
যদেকবিজয়ে যুদ্ধং পণিতং ঘোরমীদৃশম্ । সুযোধনঃ কৃতী বীর একায়নগতস্তথা ॥১৩॥
অপি চোশনসা গীতঃ শ্রূয়তেঽয়ং পুরাতনঃ । শ্লোকস্তত্ত্বার্থসহিতস্তন্মে নিগদতঃ শৃণু ॥১৪॥
পুনরাবর্ত্তমানানাং ভগ্নানাং জীবিতৈষিণাম্ । ভেতব্যমরিশেষাণামেকায়নগতা হি তে ॥১৫॥
সহসোৎপতিতানাঞ্চ নিরাশানাঞ্চ জীবিতে । ন শক্যমগ্রতঃ স্থাতুং শক্রেণাপি ধনঞ্জয় ॥১৬॥

অছুনা যেরুবা হাৎণুবা ভীমসেননা মাগী রাশক্ খ্যুজেয়সনু। ছলনা ওইরবনু যদনা ওইরবনু বধিকায়নবু ওইরবনু দুর্যোধণবু হাৎলসনু !॥৮॥ ভীমনা নিয়ম বিধি কায়দনা অদুম মশোক্লবদি নয়াদুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরদি অরাবদা অদুম তাখিবা তায়ে ॥৯॥ পাণ্ডুনন্দন ! অর্জ্জুন ! ঐ হায়গে তাও ! ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরগী মরাম্না ঐখোয় অমুক অরাবদা তাব তায়ে ॥১০॥

অরুবা থবক কয়া কয়াপাঙথোক্ত্না ভীষ্মনচিংবা অকনবা কৌরবলাম্নাশিংবু হাৎল-কাওবদা অকবা মিংচৎতি অদুম্ মকংগ্রবনি । যেরুবা ওইরুবদগী লমন খুদা কায়বদুগু অদুম্ ওইরবনি ॥১১॥ অছুনা, পাণ্ডুনন্দন ! অর্জ্জুন ! জয় ওইবা, লাণ্ডবা হয়বদু ঐখোয়গী খুদাক্ত তারবনি, অদুবু অসিগুম্ব অবস্থা অসি য়োরক্লবদা ধর্ম্মরাজনা খুদাক্ত তারবা জয় অদুবু অমুক নীগুজিং মাগুজিংনবা চিংনব য়াবগী কীভমদা তাহল্লে । মাসি ধর্ম্মরাজ রাজাংগী বুদ্ধি থেনবদগীনি ॥১২॥ মরমদিঃ— " দুর্যোধন ! ঐখোয় মঙাসিগী মনুংদা অমবু নংনা চুম্নবদি নংনা জয় ওইরবনি হায়না লো "— অদুম হায়না য়ায়া বুদ্ধি লৈতবগী মওংদা ধর্ম্মরাজনা দুর্যোধনদা হায়দোকপ্রে ॥১৩॥ অদুগা অর্জ্জুন ! ঐখোয়না অসিমন্থ তায়ঃ— মমাংদা শুক্রাচার্য্য মশামক্না শৈয়েং শ্লোক অসিবুস্থ প্রচার হৌখি হায়নৈ । মাদু ঐ হায়গে তাও ॥১৪॥

" হাৎখিবদগী লেমহৌবা, হিংবা পাম্লিবা মায়থীয়বশিংনা
অমুক্তা মমায় লৈশিল্লক্ত্না, লালকম্দা চোংথোক্লকলবদি
মখোয়বু কিকম্ চিংনকম্ থোকই, শিব কিজ্রবনি মখোয়দি
অছুনা মখোয়গা লোক্লবদি, হংমুদগী হেন্ন হেৎকশিংগদবনি " ॥১৫॥

অর্জ্জুণ ! হায়রিবসিগী — ভাবতি হিংগনি হায়বগী আশা থাদোক্ত্না অমুক ফুজিল্লক্লবদি ইন্দ্রমসন্থ মখোয়বু পাক ভমদে ॥১৬॥ দুর্য্যোধনগী লাম্নীপুম্বা হাৎখ্রেদো । মশামকন্থ মায়খিব কংদুনা চেন্থ্ লোৎলুয়বনি । বৈশম্পায়নদা ঊশিং মসুংদা চগুদুনা মৈরবাক অমুক কংগনি

দুর্যোধনমিমং তথাং হতসৈন্যং মদং গতম্ । পরাজিতং বনপ্রেপ্সুং নিরাশং রাজ্যলম্ভনে ॥১৭॥
কোঽপীহ সংযুগে প্রাজ্ঞঃ পুনর্দ্বন্দ্বে সমাহ্বয়েৎ । অপি বো নির্জিতং রাজ্যং ন হরেত সুযোধনঃ ॥১৮॥
(যুগ্মকম্)

যস্ত্রয়োদশবর্ষাণি গদয়া কৃতনিশ্চয়ঃ । চরত্যূর্দ্ধঞ্চ তির্য্যক্ চ ভীমসেনজিঘাংসয়া ॥১৯॥
এনঞ্চেন্ন মহাবাহুরন্যায়েন হনিষ্যতি । এষ বঃ কৌরবো রাজা ধার্ত্তরাষ্ট্রো ভবিষ্যতি ॥২০॥
( যুগ্মকম্)

ধনঞ্জয়স্তু শ্রুত্বৈতৎ কেশবস্য মহাত্মনঃ । প্রেক্ষতো ভীমসেনস্য সব্যমূরুমতাড়য়ৎ ॥২১॥
গৃহ্য সংজ্ঞাং ততো ভীমো গদয়া ব্যচরদ্রণে । মণ্ডলানি বিচিত্রাণি যমকানীতরাণি চ ॥২২॥
দক্ষিণং মণ্ডলং সব্যং গোমূত্রকমথাপি চ । ব্যচরৎ পাণ্ডবো রাজন্ ! অরিং সম্মোহয়ন্নিব ॥২৩॥
তথৈব তব পুত্রোঽপি গদামার্গবিশারদঃ । ব্যচরল্লঘু চিত্রঞ্চ ভীমসেনজিঘাংসয়া ॥২৪॥
আধুন্বন্তৌ গদে ঘোরে চন্দনাগুরুরূষিতে । বৈরস্যান্তং পরীপ্সন্তৌ রণে ক্রুদ্ধাবিবান্তকৌ ॥২৫॥

---

হায়বগী আশাপূবা থাদোক্ন্না বনদা চৎপ্রগে হায়না চপ যু না মপূক্কি দা লেপ্ল,রবা দুর্য্যোধননি অসিগুম্বা অবস্থাসিদা দুর্য্যোধননা মাগী মাঙখিবা লৈপাকপু লোননবা অমুক হোৎনরোই হায়না থাজহনা কনবা অশিংবা মীনা মাওম্বা মীসিবু অমুক খোক্স লাউ হায়না কৌগদবা শীংনগদগে ? ॥১৭—১৮॥ " ভীমগা অমুক্কংদি গদাযুদ্ধবা থেংনবথিনি হায়না থঙজহনা দুর্য্যোধননা ঐখোয়না বন চৎলিহৈ ০হিঙরানিথোইসিগী মথুদা গদাগী লালবু ঊরাইহনা অভ্যাস তৌহনা লৈরবনি । মহনা ভীমনা অন্যায় ওইরবসু বিধি কায় কায়দবা মেদনা মাবু মহাক্রবদি দুর্য্যোধন হায়বা অসিনা অমুক নখোয়ব,াহগী কোক লেত্ন্না পানগদৌরবনি ॥১৯—২০॥ সঞ্জয়না হায়ঃ—মহারাজ ! অর্জ্জুননা মহাত্মা ওইবা কৃষ্ণগী য়াসি তাবদা ভীমসেন হাইবেৎ মেংথোরকপগী মপাচানা লোয় অর্জ্জুননা মগী ওয়থংবা থুকউবু মথুক্তা কয়া ফুই ॥২১॥ অদুগী তুংদা ভীমসেন অসি জ্ঞান তারক্ন্না মাগী গদা অমুক থুদুংচেৎনা পায়হনা অমুকসু কোয়রৈ লৈনা অমুকসু অতোপ্পা মণ্ডলগী শাজৎ শাথেক থোঙথাংদা ঈকোয় কোয়না লালকম অঠনা চৎপা হৌরকলে ॥২২॥ মহারাজ ! ভীমসেননা দুর্য্যোধনবু তুমত্ন্ন অমুকসু মেৎলোয়দা অমুকসু ওয়থোয়দা অমুকসু গোমূত্রগী মুত্রাদা হায়বদি ওহাক ওহাক পোথাবা মালহন্দুনা থংলেপ থংলেপ লেপ্পগা অমুকসু হেক হেক মথোঙ থা হনা কোয়রৈ লৈনা চৎপা হৌরকই ॥২৩॥ মহারাজ ! গদাগী খোঙচত্তা হৈশিংলবা দুর্য্যোধনসু ভীমবু হাৎলগে হায়না চপ যু না থন-বিদ্রনা ভীমনা চৎলিবা খোজাপ খোঙথাংহুগী মকুংইনা মপা চানা চানা চৎপা হৌরকই ॥২৪॥ অচৌবা ফিসা তৌবা সাহিং চাবা উচেক অনীবা শক্রব যুদ্ধবগীদমক মচীনপা মগীনপা, মথাপা

অন্যোন্যং তৌ জিঘাংসন্তৌ প্রবীরৌ পুরুষর্ষভৌ । যুযুধাতে গরুত্মন্তৌ যথা নাগামিষৈষিণৌ ।২৬।
( যুগ্মকম্ )

মণ্ডলানি বিচিত্রাণি চরতোর্নৃপ ভীময়োঃ । গদাসম্পাতজাস্তত্র প্রজজ্ঞুঃ পাবকার্চিষঃ ।২৭।
সমং প্রহরতোস্তত্র শূরয়োর্বলিনোর্ম্মৃধে । ক্ষুব্ধয়োর্বায়ুনা রাজন্ । দ্বয়োরিব সমুদ্রয়োঃ ।২৮।
( যুগ্মকম্ )

তয়োঃ প্রহরতোস্তুল্যং মত্তকুঞ্জরয়োরিব । গদানির্ঘাতসংহ্রাদঃ প্রহারাৎ সমজায়ত ।২৯।
তস্মিংস্তদা সম্প্রহারে দারুণে সঙ্কুলে ভৃশম্ । উভাবপি পরিশ্রান্তৌ যুধ্যমানাবরিন্দমৌ ।৩০।
তৌ মুহূর্ত্তং সমাশ্বস্য পুনরেব পরন্তপৌ । অভ্যহারয়তাং ক্রুদ্ধৌ প্রগৃহ্য মহতীং গদাম্ ।৩১।
তয়োঃ সমভবদ্যুদ্ধং ঘোররূপমসংবৃতম্ । গদানিপাতৈ রাজেন্দ্র ! তক্ষতোর্বৈ পরস্পরম্ ।৩২।
সমরে প্রদ্রুতৌ তৌ তু বৃষভাক্ষৌ তরস্বিনৌ । অন্যোন্যং জঘ্নতুর্বীরৌ পঙ্কস্থৌ মহিষাবিব ।৩৩।

---

মশাগা মখোঙগা মখোঙগা কাওনা খানরকপহৌওয়া ভীম দুর্য্যোধন অনিসিন্ত মতম কুইনদগী থম্নরকপা শক্তা অহুবু লোশিন্নহনা অমনা অমবু মথৎাই লোরগে হায়না চপ মান্নবা খন্নবিহনা চন্দন অমদি অগুরু চন্দন তৈহনা মনম মুংশিনবা গদা অনীহ হাইগৎনহনা শাউরবা মমরাঙ অনীগী মতৌওয়া অমগমগ থিরফুনর ক্লি ॥২৫—২৬॥ মহারাজ ! ভীম দুর্য্যোধন অনীসি মু শিংনা ইপোম্ ঈথক্ হোৎন্নবা সমুদ্র ঈপাক্ অনীগী মতৌওয়া লালকম্ অহৌদা কোয়রৈ লৈনা চৎনহনা মাগী মাগী গদাহনা থাবা, ভাকথোকপা, কম্মোকপা হৌরব পুম্বদা অমনা অমদগী থাৎনা হেন্নদনা ফুনরকপদা গদা অনিহুদগী মৈরাক মপৈ মপৈ চোংখোক কাপথোক্লরকলে ॥২৭—২৮॥ কল্লবা শাম্ন লমশানীনা রাখিন্নরকপা মতৌওম অমগমগ থানরকপদা গদা অনিহুগী খোংনবগী অকিবগী মশক ওইরবা শব্দহনা মায়গৈ পুম্ব পুমনিন নিনখি ॥২৯॥ অসুম্ন অনিসি কন্না খেনরক্লবদা য়েক্লবা ওম্বা অকনবা ভীম দুর্য্যোধন অনিসি চপ মান্নবা রামিন্নরক্লে, চপ মান্নবা চোক্থন-খকলে ॥৩০॥ য়েক্লববু অরাবা পীওম্বা অকনবা অনিসি ওহাঙং পোথানরগা মাগী মাগী চাউশাংলবা গদাদু খুৎমচেৎনা পান্নখৎনহনা অমুক কন্না খেনরকুই ॥৩১॥ নিংথৌ অখোইবা ! মখোয় অনিনা কন্না ফুনরকপসিদা মখোয়নীগী গদাগী লাল অনিমক্না অকিবা ওমখিবগী শক্লোল অম পুক্লে ॥৩২॥ শন্নাবা কাওগী মতৌওম্ মরুম্ কারবা, মথাৎ কোয়রাওনরবা, কল্লবা ভীম দুর্য্যোধন অনিসি শাক্ খোঙথাং কন্না কন্না চৎনরক্লনা লৈথোম্লদা লৈওম্বা অচৌবা ইরোই অনীনা থাইনবওম্না শোক্লবা হোৎরকলে ॥৩৩॥ অসুম ফুনরকপসিদা অহৌগা ফুন কৎনবা মখোয় অনীমক্কী মশাঙ্ হৈকমক্লনা পুমখাম্ থাম্নমে, ঙহং নাইহং শান্নমক্লে । হিমালয় চীঙদোম্বা হোৎবা ওাওলবা মপান্ন লাংলবা কুমাউ পাম্বী অনীওম্ ভীম দুর্য্যোধন অনিসি য়েংবদা অকিব

যক্ষাণাং রাক্ষসানাঞ্চ পিশাচানাং তথৈব চ । অন্তরীক্ষে মহানাদঃ শ্রূয়তে ভরতর্ষভ ! ॥৫২॥
তেন শব্দেন ঘোরেণ মৃগাণামথ পক্ষিণাম্ । জজ্ঞে ঘোরতরঃ শব্দো বহূনাং সর্ব্বতো দিশম্ ॥৫৩॥
যে তত্র বাজিনঃ শেষা গজাশ্চ মনুজৈঃ সহ । মুমুচুস্তে মহানাদং তব পুত্রে নিপাতিতে ॥৫৪॥
ভেরীশঙ্খমৃদঙ্গানামভবচ্চ স্বনো মহান্ । অন্তর্ভূমিগতৈশ্চৈব তব পুত্রে নিপাতিতে ॥৫৫॥
বহুপাদৈর্বহুভুজৈঃ কবন্ধৈর্ঘোরদর্শনৈঃ । নৃত্যদ্ভির্ভয়দৈর্ব্যাপ্তা দিশস্তত্রাভবন্ নৃপ ! ॥৫৬॥
(যুগ্মকম্)
ধ্বজবন্তোঽস্ত্রবন্তশ্চ শস্ত্রবন্তস্তথৈব চ । প্রাকম্পন্ত ততো রাজন্ ! তব পুত্রে নিপাতিতে ॥৫৭॥
হ্রদাঃ কূপাশ্চ রুধিরমুদ্বেমুর্নৃপসত্তম ! । নদ্যশ্চ সুমহাবেগাঃ প্রতিস্রোতোবহা ভবন্ ॥৫৮॥
পুংলিঙ্গা ইব নার্য্যস্তু স্ত্রীলিঙ্গাঃ পুরুষাভবন্ । দুর্য্যোধনে তদা রাজন্ ! পতিতে তনয়ে তব ॥৫৯॥
দৃষ্ট্বা তানদ্ভুতোৎপাতান্ পাঞ্চালাঃ পাণ্ডবৈঃ সহ । আবিগ্নমনসঃ সর্ব্বে বভূবুর্ভরতর্ষভ ! ॥৬০॥
যযুর্দেবা যথাকামং গন্ধর্ব্বাপ্সরসস্তথা । কথয়ন্তোঽদ্ভুতং যুদ্ধং সুতয়োস্তব ভারত ! ॥৬১॥
তথৈব সিদ্ধা রাজেন্দ্র ! তথা বাতিকচারণাঃ । নরসিংহৌ প্রশংসন্তো বিপ্রজগ্মুর্যথাগতম্ ॥৬২॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে দুর্য্যোধনোরুভঙ্গে চতুঃপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

— — :*: — —

নোংমদোম্বক্কী অকিবগী মশক ওইরবা খোল্লাউ অহু ভাবদা মায়গৈ পুম্বদগী শা উচেক মখল মখলগী ভমথিরবা খোল্লাউশু পূমনিন নিম্না ভান্নবি ॥৫৩॥ মহারাজ ! মচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা ভুপ্রবদা লালকম অহদা লৈহৌ লেমহৌরিবা শগোল শামু খোঙমী লাম্বি পুমমকশু য়ান্না হৌনা খোংনা লাউনাখ ॥৫৪॥ নিংথৌ ! নচাইবুঙো দুর্য্যোধননা ভুপ্রবদা পুংশেল মন্ত্রশিংগী মখোয় পুমনিন নিরে । মখোঙ য়াম্না লোঙবা, মথুৎ য়াম্না পানবা অকিবগী মশক কংলবা কোক য়াওদবা হকচাংমক্তনা চোং চোংহুনা অগোই শানা শানা মায়গৈ পুম্বদগী চঙশিল্লক্লা মায়গৈ পুম্বা মখোয়ভনা পুম্নথন থনগ্রে ॥৫৭॥ নিংথৌ অহৈবাইবা ! পাৎ কোম পুম্বা ঈগী ঈফুৎ পেরে কাপখোরকই । তুরেল পুম্বা ঈচেল হংগৎনা শাক্ কয়া চেলকই ॥৫৮॥ মহারাজ ! মহারাজগী নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা ভুপ্রবসিদা নিপাশিংনা নুপিগী মশক লৌহুনা হৌগৎলকই, নুপিশিংনসু নিপাগী হকচাং কায়াৎ পুহনা ফুথবি ॥৫৯॥ ভরতপাগৈগী অখোইবা পাণ্ডবশিংনা অমুগা পাঞ্চালশিংনা অঙকপা থৌদোক অসু উবদা পুমণক্ ঙকখি অমুগা চিংনবি ॥৬০॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! দেবতাশিংনা, গন্ধর্ব্বশিংনা, অমুগা অপ্সরাশিংনা নচাঈবুঙো ভীম দুর্য্যোধন অনিগী গদাযুদ্ধ অদুগী মরমদা নৈন নৈনহুনা য়াম্বি শা শাহুনা মাগী মাগী মকমদা হল্লখি ॥৬১॥ নিংথৌ ! সিদ্ধ সাধ্যশিংসু অমুগা পুংশিংকী ভাবদা শাদোং ওইবা চারণশিংনা নিপা অখোইবা ভীম দুর্য্যোধন অনিগী গদাযুদ্ধমু থাগৎ থাগৎনা মাগী মাগী মকমদা চৎনখি ॥৬২॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা লোকশিংশিং চাযনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা গদাযুদ্ধদা দুর্য্যোধনোরুভঙ্গগী য়াঙ্খৈমরিগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# মহাভারতম্

( যুধিষ্ঠীরবিলাপ )

## পঞ্চপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ।

### য়াঙৈখমঙাশুবা অধ্যায়

— —:■:— —

সঞ্জয় উবাচ ।

তং পাতিতং ততো দৃষ্ট্বা মহাশালমিবোদ্গতম্ । প্রহৃষ্টমনসঃ সর্ব্বে দদৃশুস্তত্র পাণ্ডবাঃ ॥১॥
তং মত্তমিব মাতঙ্গং সিংহেন বিনিপাতিতম্ । দদৃশুর্হৃষ্টরোমাণঃ সর্ব্বে তে চাপি সোমকাঃ ॥২॥
ততো দুর্য্যোধনং হত্বা ভীমসেনঃ প্রতাপবান্ । পতিতং কৌরবেন্দ্রং তমুপাগম্যেদমব্রবীৎ ॥৩॥
গৌর্গৌরিতি পুরা মন্দ ! দ্রৌপদীমেকবাসসম্ । যৎ সভায়াং হসন্নস্মাংস্তদা বদসি দুর্ম্মতে ! ।
তস্যাবহাসস্য ফলমদ্য ত্বং সমবাপ্নুহি ॥৪॥
এবমুক্ত্বা স বামেন পদা মৌলিমুপাস্পৃশৎ । শিরশ্চ রাজসিংহস্য পাদেন সমলোড়য়ৎ ॥৫॥
তত্রৈব ক্রোধসংরক্তো ভীমঃ পরবলার্দ্দনঃ । পুনরেবাব্রবীদ্বাক্যং যত্তচ্ছৃণু নরাধিপ ! ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ ! অসিগী তুংদা য়াংচাউরবা, চাংঙপাম্বীনা মরুমরা য়াওনা লৈথারবক্ত তুঠনা লৈবত্নুগুম্ব, দুর্যোধননা তুঠনা লৈবত্নু উবদা পাণ্ডবশিংনা য়াম্না হরাউ নুংঙাইনা মঙোন্দা কুম্মৈঙুম্ য়েংহুনা লৈ ॥১॥ সোমক লান্মি পুম্নমকসু য়াম্না তুজুং হরাউনা, নোংশানা লাকৃবু-রম্নবা ময়াম কারবা শামু অমগুম্না তুহুনা লৈবা দুর্যোধণদা হন্না হন্না য়েংহুনা লৈখি ॥২॥ অহুদগী মতিক মঙণ চাউরবা কল্লবা ভিমসেননা দুর্যোধণগী মখুড অমবু থ.দেক্লগা তুহুনা লৈরবা কৌরব অথোইবা দুর্যোধণদা অম্নুমা হায়রকই:— ॥৩॥ মূর্খ ! পূক:চেল কল্লবা ! পাপী ! চোবরু সভাদা কিজোল অমত্তমক শেংলিবি দ্রৌপদিবু করেম্বনা নোক্লরগা ঐঙোন্দা নহাক্না "শল ! শল !" হায়না কৌহুনা করেম্বখিবা লণ্ডনখিবদো, মাত্রগী মহৈ অহু ঙসি, পাপী ! নংনা চাও ॥৪॥ য়া অসি হায়রগা ভিমসেননা ওয়শংবা খোঙনা দুর্যোধণগী ময়ায়বক্ত শোকখি। খোঙ অহুনা দুর্যোধণ মকোক্ অহ্বু হক্সংহন্দা য়াম্না নোংম্মি ॥৫॥ মহারজ ! অশাউবনা মমিত্তা ঈ কারবা, য়েক্লবা মায়থীবা পীঙবা ভিমসেননা য়া থরম্নু মথং মথং হায়খি । মাহু, মহারাজম্নু তাবিয়ু ॥৬॥ ঐখোয়বু শল ! শল ! হায়হুনা লণ্ডনহুনা করেম্বনা জগোই শাখিবা মুখশিং অহুবু ঐখোয়মু ঙসি অমুক্

যেঽস্মান্ পুরা প্রনৃত্যন্তি পুনা গৌরিতি । তান্ বয়ং প্রতিনৃত্যামঃ পুনর্গৌরিতি গৌরিতি ॥৭॥
নাস্মাকং নিকৃতির্বহ্নির্নাক্ষদ্যূতং ন বঞ্চনা । স্ববাহুবলমাশ্রিত্য প্রবাধামো বয়ং রিপুন্ ॥৮॥

সোঽবাপ্য বৈরস্য পরস্য পারং বৃকোদরঃ প্রাহ শনৈঃ প্রহস্য ।
যুধিষ্ঠিরং কেশবসৃঞ্জয়াংশ্চ ধনঞ্জয়ং মাদ্রবতীসুতৌ চ ॥৯॥
রজস্বলাং দ্রৌপদীমানয়ন্ যে যে চাপ্যকুর্বন্ত সদস্যবস্ত্রাম্ ।
তান্ পশ্যধ্বং পাণ্ডবৈর্ধার্তরাষ্ট্রান্ রণে হতাংস্তপসা যাজ্ঞসেন্যাঃ ॥১০॥
যে নঃ পুরা ষণ্ডতিলানবোচন ক্রূরা রাজ্ঞো ধার্তরাষ্ট্রস্য পুত্রাঃ ।
তে নো হতাঃ সগণাঃ সানুবন্ধাঃ কামং স্বর্গং নরকং বা পতামঃ ॥১১॥
পুনশ্চ রাজ্ঞঃ পতিতস্য ভূমৌ স তাং গদাং স্কন্ধগতাং প্রগৃহ্য ।
বামেন পাদেন শিরঃ প্রমৃদ্য দুর্যোধনং নৈকৃতিকেত্যবোচৎ ॥১২॥
হৃষ্টেন রাজন্ ! কুরুসত্তমস্য ক্ষুদ্রাত্মনা ভীমসেনেন পাদম্ ।
দৃষ্ট্বা কৃতং মূর্দ্ধনি নাভ্যনন্দন্ ধর্ম্মাত্মানঃ সোমকানাং প্রবর্হাঃ ॥১৩॥

---

শল শল ছট—ছট হায়রুনা অগোষ্ঠ শাখি ॥৭॥ নমথাক্ লৌনম্‌গী বুদ্ধি ঐখোয়দা লৈতে, দান ধর্ম্ম থোইনা তৌজাফ্রি, মীনম্বা চৌবন জুরারগী বিদ্যাসু লৈতে। অহুবু পাম্বোমগী পাঙ্গুনা য়েক্সবা পুম মকপু ওসি কাওবা ওমহুনা লাকৃলি ।৮॥ ভীমসেননা অকিবগী মশক কংকবা, তমখিনবাহু য়েক্সবহু ওম-হুনা মোমোন নোকহুনা যুধিষ্ঠির, কৃষ্ণ, অর্জ্জুন, নকুল সহদেবদা অসুমা হায়রকই:— ॥৯॥

ভুমিৎ থা মশক উবা রাজ্রিবী, কীজোল অমত ওয়রিবী
সভি দ্রৌপদি কৌবিবু, মায়গৈন কিজেৎহনগে হোৎনবা
ধৃতরাষ্ট্রগী মচা মন্নামদো, সতিগী তপস্যা শক্তিনা
পাণ্ডবশিংগী মখুত্তা মায়থীবা' মথ্যাইথাজবা কংজেদো ॥১০॥

ঐখোয়দা লপুংখক হায়না হন্না কৌখিবা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংদো, মখোয়গী শাগৈনাতৈ, খোরুমী কান্নীগা লোয়ননা ঐখোয়গী খুত্তা লোইনা মথ্যাই থাজখে। হৌজিক্তি শাগৈনাতৈ হাৎলুবগী বিধাতাগী নিয়ম মতুংইন্না স্বর্গ কাপ্রবসু কয়ে, নরকতা তারবসু য়ায়া কয়ে। বিধাতানা পীনীবা মহৈ পীরসনু ॥১১॥ অদুগী তুংদা ভীমসেননা গদা অহুবু লেংখোংনাহুনা, ওয়থংবা মখোঙপাক্কা কৌরব অখোইবা দুর্যোধনগী মকোক অহুবু নৈরগা হে! মরৈমরা চাউবা। হায়না হন্না হন্না কৈখি ॥১২॥ পুকচেলথারবা রায়া ভীমনা তুংঙাইবিহুনা কৌরব অখোইবা দুর্যোধনগী মকোকতা খোঙপাক্কা কাওখি। ভীমগী অসিগুম্বা থবক অসিবুদি সোমকলাগী অখোইবশিংনা থোইনা থাগৎনখিদে ॥১৩॥ মহারাজ! ভীমসেননা মহারাজগী নচাইবুতোবু শাখিনা হোকহন্দুনা মশাবু থাগৎচদুনা, মপাম্বোম

আয়নো ধনরাশেষ নহব্যাসনমীদৃশম্। প্রাপ্তবানসি যদ্রোজাজ্ঞানাত্তাত ভারত। ।২৪।

ঘাতয়িত্বা বয়স্যাংশ্চ ভ্রাতৄংস্তথৈব পিতৄংস্তথা। পুত্রান্ পৌত্রাংস্তথা চান্যাংস্ততোহসি নিধনং গতঃ ।।২৫।।

ত্বামধরাধাদস্মাভির্ব্বিতরন্তে মহারথাঃ। তিষ্ঠন্তু ভ্রাতরশ্চান্যে দিষ্ট্যা বত্তে হতা ভবন্ ।২৬।

শাপ্যানুশোচনীয়স্তে শ্রেয়ো মৃত্যুস্তবানঘ। বয়মেবাধুনা শোচ্যাঃ সর্ব্বাবস্থাসু কৌরব।।

কৃপণং বর্ত্তয়িষ্যামস্তৈর্হীনা বন্ধুভিঃ প্রিয়ৈঃ ।২৭।

ভ্রাতৄণাঞ্চৈব পুত্রাণাং নপ্তৄণাং শোকবিহ্বলঃ। কথং দ্রক্ষ্যামি বিধবা বধূঃ শোকপরিপ্লুতাঃ ।।২৮।

ত্বমেকঃ প্রস্থিতো রাজন্ স্বর্গে তে নিলয়ো ধ্রুবঃ। বয়ং নারকিসংজ্ঞা বৈ দুঃখং প্রাপ্স্যাম দারুণম্ ।।২৯।।

স্নুষাশ্চ প্রস্নুষাশ্চৈব ধৃতরাষ্ট্রস্য বিহ্বলাঃ। গর্হয়িষ্যন্তি নো নূনং বিধবাঃ শোককর্শিতাঃ ।৩০।

---

ভরতশাগে মীখোইবা। কৃষ্ণী অঙকরাবগে।

ময়ায়কাবা নাপল চাউবা, অপাম্বা মিহোৎপী মথাপোম্বা

নহাকন তৌথ্রে তমখিয়বমক্তা, পোইপোইদা অয়াব নংশিবসে

নহাক্না তৌজবা কর্ম্মশিংদুগী; মহৈওইনা কংজবতনি ।২৪।

মরুপ মপাং নচৌননাও, শাগৈনাক্তে নচানশু

নংনা লোইনা শিহনপ্তগা, মশাম্‌ হৌজিক মাঙলেদো ।২৫।

নিংথৌ! নংগী নয়াম্না, ঐখোয়স্‌ শাগৈনাক্তবু

ননাওশিং নচানশুশিংবু, হাৎলেদো তৌদব য়াদবনা।

অহুনা থল্লি যুধিষ্ঠির ঐনা, বিধাতানা তমখিব হায়বশিপা

মরূনি কর্ম্মনা লালওমদে। অহুনা রাগপু নিংথৌরেল। ।২৬।

কৌরবনন্দন দুর্য্যোধন! নশাগীথোইনা রাগপু।

শিম্নিবা নংগী মশিসে, অগৎনা থাগৎনীঙতাইনি।

রাম্নিবদি লৈহৌম্নিবা ঈখোয়নি ঐখোয়স্‌ মরুপ মপিক্তা য়াওদনা

কপ্লিহৌনবা শাগৈ লৈহৌদনা, পুনসিসে লেনপদৌরি য়ামায়ানা ।২৭।

ঈচাঈশু ঈচৌয়াওশিংগী, লোয়নবী লুখ্রানহাশিংদুনা

কপ্পলাউনবগী ময়ক্তা, মখোয়বু য়েংদুনা কপ্পা

পুনসি লেনশিগে থঃম্লদো; রাহৌম্নিবদি ঐখোয়নি ।২৮।

নিংথৌ! নহাক্তি নথক্ত চৎখিদুন', স্বর্গদা পুঙাইনা লৈরনি।

ঐখোয়দি মর্ত্ত্যলোকসিদা লৈদুন, অরাবত শক্ক ওইহৌদোরি ।২৯।

ঈপালনিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী, মচামশুগী মমৌশিং

লুখ্রাবীশিংদুনা ঐখোয়দা, মথুংয়াম্লুনা চৈপনি

পুনসি চুম্না নিন্দা তৌগনি ; মাসিদগী হেন্না কনি য়াগনি ।৩০।

এবমুক্ত্বা সুদুঃখার্ত্তো নিশশ্বাস স পার্থিবঃ। বিললাপ চিরঞ্চাপি ধর্ম্মপুত্রো যুধিষ্ঠিরঃ ॥৩১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে যুধিষ্ঠিরবিলাপে পঞ্চপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ *

——:*:——

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! মতৌ অসুম্না ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠীরনা য়ায়॥রানা য়ায়া কুইনা কপ ভুনা তেংথা নাওইনা নৈশি ॥৩১॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভরতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধদা যুধিষ্ঠির বিলাপকী য়াঙ্খৈমঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

বলদেবমু খাম্জিন্‌বগীমতাং

## ষট্‌পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ।

য়াঙ্খৈতরুকশুবা অধ্যায়

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অধর্ম্মেণ হতং দৃষ্ট্বা রাজানং মাধবোত্তমঃ। কিমব্রবীত্তদা সূত! বলদেবো মহাবলঃ ॥১॥

গদাযুদ্ধবিশেষজ্ঞো গদাযুদ্ধবিশারদঃ। কৃতবান্ রৌহিণেয়ো যত্তন্মমাচক্ষ্ব সঞ্জয়! ॥২॥

সঞ্জয় উবাচ

উর্ব্বোরভিহতং দৃষ্ট্বা ভীমসেনেন তে সুতম্। রামঃ প্রহরতাং শ্রেষ্ঠশ্চুক্রোধ বলবদ্বলী ॥৩॥

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ— সঞ্জয়! ভীমনা গদাযুদ্ধকী নিয়ম কায়না দুর্য্যোধনবু তুহনখিবলিদা মধুবংশগী অখোইবা কল্লবা বলদেবনা করি তৌখি? ॥১॥ সঞ্জয়! গদাযুদ্ধ হৈরবা অহুপা গদাযুদ্ধ অহুদা ভীম দুর্য্যোধন অনীগী অহেনবা অরাংপা, অচুম চুমদা মুন্না খঙলবা বলদেবনা তৌখিব খবক্ পুম্বা ঐঙোন্দা তম্মু ॥২॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! ভীমনা নচাঈবুত্তো দুর্য্যোধনগী খুকউদা গদানা ফুখবা থাখিববু উবদা অকনবা পুন্নমকী অখোইবা বলদেবসি শাউবনা নৈ—হৌখ্রে ॥৩॥ অহুদগী বলদেবনা মপাম্বোম্ অনী থাজংকুনা নিংখৌ লাম্নীশিং অদুগী মরক্তগী কুক কৌপংলক্‌না য়ায় থম্মোয় শোক্ল সুংঙাইতবগী অকিম কংনা তমখিরবা রাহৈনা

ততো বধ্যে নরেন্দ্রাণামূর্দ্ধবাহুর্হলায়ুধঃ। কুর্ব্বন্নার্ত্তস্বরং ঘোরং ধিগ্ ধিগ্ ভীমেত্যুবাচ হ ॥৪॥

অহো ধিগ্ যদধো নাভেঃ প্রহৃতং ধর্ম্মবিগ্রহে। নৈতদ্দৃষ্টং গদাযুদ্ধে কৃতবান্ যদ্বৃকোদরঃ ॥৫॥

অধো নাভ্যা ন হন্তব্যমিতি শাস্ত্রস্য নিশ্চয়ঃ। অয়ং ত্বশাস্ত্রবিন্মূঢ়ঃ স্বচ্ছন্দাৎ সংপ্রবর্ত্ততে ॥৬॥

তস্য তত্তদ্ব্রুবাণস্য রোষঃ সমভবন্মহান্। ততো লাঙ্গলমুদ্যম্য ভীমমভ্যদ্রবদ্বলী ॥৭॥

তস্যোর্দ্ধবাহোঃ সদৃশং রূপমাসীন্মহাত্মনঃ। বহুধাতুবিচিত্রস্য শ্বেতস্যেব মহাগিরেঃ ॥৮॥

তমুৎপতন্তং জগ্রাহ কেশবো বিনয়ানতঃ। বাহুভ্যাং পীনবৃত্তাভ্যাং প্রযত্নাদ্বলবদ্বলী ॥৯॥

সিতাসিতৌ যদুবরৌ শুশুভাতেঽধিকং তদা। নভোগতৌ যথা রাজন্! চন্দ্রসূর্য্যৌ দিনক্ষয়ে ॥১০

উবাচ চৈনং সংরব্ধং শময়ন্নিব কেশবঃ। আত্মবৃদ্ধির্মিত্রবৃদ্ধির্মিত্রমিত্রোদয়স্তথা।
বিপরীতং দ্বিষৎস্বেতৎ ষড়্বিধা বৃদ্ধিরাত্মনঃ ॥১১॥

---

ইস। ভীম। নংসিদি তোনখেদা। ফুকচৎখ্রেদা। অস্মুম্না তায়খি ॥৫॥ হৈ। ভীম। ধর্ম্ম যুদ্ধদা অদুগা গদাযুদ্ধদা নংনা খোয়দৌগী মথাদা হুকচাং কায়াম্তা কম্বিগী গদানা ফুরি ? ভীম। নংনা গদাযুদ্ধদা ওসি তৌখিবসিদি গদাযুদ্ধগী নিয়মদা অদুগা যুদ্ধ শাস্ত্রদা সমাজদসু করিগুম্বা মকম মতমদা খেংনখিবা উথিবা য়াওদে হৈ। ॥৫॥ যুদ্ধশাস্ত্রদা গদাযুদ্ধগী নিয়মদা খোয়দো মথাদা লৈবা হুকচাংগী করিগুম্ব শরুক্তা থাবা য়াদে হায়বা নিয়ম অম লৈবনি। অদুবু যুদ্ধ শাস্ত্র হৈতবা, মুর্খ ভীমনা ওসি গদ যুদ্ধদি হৈতনা মানা খোকপত তৌখ্রে ॥৬॥ অস্মুম হায়না হায়না বলদেবগী অশাউবগী মৈ অদু মৈরিকংনা অম্মুম্মুম্ চাকখৎলকলে। অদুদগী হলরাম অসি মাগী লাঙ্গল অদু থাংগৎলক্লুমা ভীম তম্না প্রপ্রপ চেলশিন্নকই ॥৭॥ বল্লবা, মহাত্মা ওইরবা বলরামনা মপাম্বোম্ অনী রাংনা হাইগৎলক্লবদা মহাক্কী মুর্ত্তি অতু ধাতু মথল মথম্না তিল্লবা কৈলাস চীঙজাওগী মুর্ত্তিগা অম্না ওইখ্রে ॥৮॥ ভীমবু আক্রমণ তৌগে হায়না বলরামনা ফুক হৌগৎলকপদা, কল্লবা কৃষ্ণনা য়াম্না নোল্লক্না তাংথক্ নাইদনা পুম্নবা পাম্বোম্ অনীনা বলদেববু বম্না কোন্থিল্লুনা থাম্মি ॥৯॥ নিংথৌ। সুমিদাংবাইগী মতমদা নোংমদোম্বক্তা খোবপা সুমিং থা অনীনা মশেক্তা মশেক য়েংনফুনা লৈবফুঙম্না যদুবংশগী অখোইবা তৌরবা মুরবা রাম কৃষ্ণ অনীনা তাতকম অদুদা থোইদোকনা নিঙথিজখি ॥১০॥

অদুদগী, কৃষ্ণনা ময়াম্বা [থোইনা শাউরবা শাউগল্লবা বলদেবদা অতোপ্পা থেম্বজিনবা হাইদনা অস্মুম্না হায়রকই:—

মশাগী চাওখৎপা, মরূপকী চাওখৎপা
মরূপকী মরূপকী চাওখৎপা,
য়েক্লবনা মুথৎকপা, য়েক্লবগী মরূপা মুথৎকপা
য়েক্লবগী মরূপকী মরূপা মাওথৎকপা।
তরুক্ অসে মশাগী চাওখৎপনি।
রাজনীতিগী থিরমনি যাম্বুং। ॥১১॥

## বাসুদেব উবাচ ।

ধর্ম্মরাজ ! কিমর্থং ত্বমধর্ম্মমনুমন্যসে । হতবন্ধোর্হতামাত্যস্য পতিতস্য বিচেতসঃ ॥৩০॥
দুর্য্যোধনস্য ভীমেন মৃদ্যমানং শিরঃ পদা । উপপ্রেক্ষসি কস্মাত্ত্বং ধর্ম্মজ্ঞঃ সন্নরাধিপ ! ॥৩১॥

( যুগ্মকম্ )

## যুধিষ্ঠির উবাচ

ন মমৈতৎ প্রিয়ং কৃষ্ণ ! যদ্রাজানং বৃকোদরঃ । পদা মূর্দ্ধন্যস্পৃশৎ ক্রোধান্ন চ হৃষ্যে কুলক্ষয়ে ।৩২।
নিকৃত্যা নিকৃতা নিত্যং ধৃতরাষ্ট্রসুতৈর্বয়ম্ । বহূনি পরুষাণ্যুক্ত্বা বনং প্রস্থাপিতা স্ম হ ॥৩৩॥
ভীমসেনস্য তদ্দুঃখমতীব হৃদি বর্ত্ততে । ইতি সঞ্চিন্ত্য বার্ষ্ণেয় ! ময়ৈতৎ সমুপেক্ষিতম্ ।৩৪।
তস্মাদ্ধত্বাঽকৃতপ্রজ্ঞং লুব্ধং কামবশানুগম্ । লভতাং পাণ্ডবঃ কামং ধর্ম্মেঽধর্ম্মেঽপি বা কৃতে ।৩৫।

## সঞ্জয় উবাচ ।

ইত্যুক্তবতি কৌন্তেয়ে ধর্ম্মরাজে যুধিষ্ঠিরে । বাসুদেবো মহাবাহুর্যুধিষ্ঠিরমভাষত ।
কামমস্ত্বেতদিতি বৈ কৃচ্ছ্রাদ্যদুকুলোদ্বহঃ ।৩৬।

---

করিগীনো ? ॥৩০—৩১॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ— কৃষ্ণ ! যাদব ! ভীমনা নিংথৌ দুর্য্যোধনগী মকোক্তা খোঙনা শোক্উবসে ঐ য়ানিংদে । মানা তৌখ্রিবা থবক্ অসি ঐনা পাম্বা খোঙ্গে শাগে অমবু মথাক্ থমদনা লোইনা মুংঙনবসিদা ঐ নুঙাইনা, পেন্দুনা লৈবা শমদে ॥৩২॥ ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা নমথাক্ লোনম্ তৌদুনা নু মৎচুম্না ঐখোয়গী ঈকমদা অত্যাচার তৌখি । অথীবা বাহৈনা ঐখোয়বু বন চৎহনখি ॥৩৩॥ কৃষ্ণ ভীমগী থম্মোয়দা শাখিনা শাউবগী মৈ অম মৈরি খোক্তনা মতম কুইনা চাক্তুনা লৈরবনিকে। হায়বসি খল্লুবদা ঐনা মানা তৌরিবা থবক্ অসিদা খোইদোক্তা তুকা থিক্লদবনি ॥৩৪॥ অদুনা, কৃষ্ণ ! ভীমসেন অসি মানা তৌক্লিবা কর্ম্ম অসিগীদমক ধর্ম্মদা থঙদে, অধর্ম্মদা থঙদে, স্বর্গদা থঙদে, নরকত থঙদে, মান্ থোকপা অমদা লৈপ্রসনু । ওঝা নাইনা তমদবা জ্ঞাননা জ্ঞানী ওইবা, মীগী মরল পাম্বা, মপাঙল য়াওদনা নিংথৌ ওইবগী মুঙাইবা পাম্বা দুর্য্যোধনবু হাৎদুনা ভীম মহাক্ নীঙবদি থৎজপ্রসনু ॥৩৫॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ ! কুন্তিনন্দ ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা অস্তুমা হায়রবদা মপাঙল কল্লবা, যদুবংশগী অথোইবা কৃষ্ণনা য়াম নুংঙাইতনা যুধিষ্ঠিরদা " করে মাদুমকম্ ওইরসনু " অস্তুমা হায়খি ॥৩৬॥ অসি হায়রগা ভীমসেনবু নুংঙাইহনবা ওইনা য়াম্না নুংশিনা ভীমনা তৌখিবা থবক্ অদু করিম্ কায়বা লৈতে হায়না য়াগ্রে ॥৩৭॥ অকনবা

ইত্যুক্তা বাসুদেবোঽপি বায়ুপুত্রপ্রিয়েপ্সয়া । অন্বমোদত তৎ সর্ব্বং যদ্ভীমেন কৃতং যুধি ॥৩৭॥
অর্জ্জুনোঽপি মহাবাহুরপ্রীতেনান্তরাত্মনা । নোবাচ কিঞ্চিদ্বচনং ভ্রাতরং সাধ্বসাধু বা ॥৩৮॥
ভীমসেনোঽপি হত্বাজৌ তব পুত্রমমর্ষণঃ । অভিবাদ্যাগ্রতঃ স্থিত্বা সংহৃষ্টঃ স কৃতাঞ্জলিঃ ॥৩৯॥
প্রোবাচ সুমহাতেজা ধর্ম্মরাজং যুধিষ্ঠিরম্ । হর্ষাদুৎফুল্লনয়নো জিতকাশী বিশাংপতে ! ॥৪০॥

( যুগ্মকম্ )

তবাদ্য পৃথিবী রাজন্ ! ক্ষেমা নিহতকণ্টকা । তাং প্রশাধি মহারাজ । স্বধর্ম্মমনুপালয় ॥৪১॥
যস্য কর্ত্তাস্য বৈরস্য নিকৃত্যা নিকৃতিপ্রিয়. । সোঽয়ং বৈ নিহতঃ শেতে পৃথিব্যাং পৃথিবীপতে ॥৪২॥
দুঃশাসনপ্রভৃতয়ঃ সর্ব্বে তে চোগ্রবাদিনঃ । রাধেয়ঃ শকুনিশ্চাপি নিহতাস্তব শত্রবঃ ॥৪৩॥
সেয়ং রত্নসমাকীর্ণা মহী সবনপর্ব্বতা । উপাবৃত্তা মহারাজ ! ত্বামস্য নিহতদ্বিষম্ ॥৪৪॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

গতো বৈরস্য নিধনং হতো রাজা সুযোধনঃ । কৃষ্ণস্য মতমাস্থায় বিজিতেয়ং বসুন্ধরা ॥৪৫॥

---

অর্জ্জুনসু ভীমনা তৌখিবা থবক অদু কৈন্সু হায়দে, কত্তেসু হায়দে, ভীমদা কবিঙস্বা মাগী মচেৎ অমত্ত ঙাঙবা তৌখিদ্রে ॥৩৮॥ মহারাজ ! অশাউবনা মাগী স্বভাব ওইবা, লালঙম্বনা মমাই পাক্লা, কল্লবা ভীমসেনসু মচাঈসুচো দুর্য্যোধনবু মথুবাক্তা তুহল্লগা, য়াম্না হরাউনা, মমীৎ মনা ঈরাও লাওনা পাঙদুনা মখুৎ লেপ্পুনা, যুধিষ্ঠিরগী মাঙদা চপ লেপ্লগা অসুম্না হায়রকই ॥৩৯-৪০॥ মহারাজ ! য়াম্বু নিংথৌ ! ঙসিদগী য়াম্বুং মহারাজগী রাজ্য অসে মঙলগী মশক ওইরে, য়েরুব থিংখৎ লৈত্রে । অদুনা য়াম্বুং ধর্ম্মরাজ ! জগৎ অসে শাসন তৌবিয়ো, ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্ম নীঙথিনা ঙাকপিদু ॥৪১॥ য়াম্বুং নিংথৌ ! নম্থাক লৌনম পাম্বা, দুর্য্যোধন হায়বসে মাগী পুনশিদা নম্থাক লৌনম কয়াগী থবক তৌরম্লগ, ঐখোয়দা পুনশিচুম্না য়েক্নবা হৌরম্লগা নম্থাকী লান্দবু ওইরগসু লৈমাম্লথক্তা পুনশিগী অমুক হৌগৎপা য়াদনবা অরোইবা য়াহীপ তানথ্রেদো ॥৪২॥ মরমচৎ মরাইহে থারবা, দুঃশাসননচিংবা য়াম্বুং য়েক্নবা পুম্বা অদুগা কর্ণ শকুনিসু মথাই থাথ্রেদে ॥৪৩॥ মহারাজ ! হৌজিক্কি য়াম্বুং নিংথৌগী য়েক্নবা পুম্বা লোইনা হাৎখ্রে । অদুনা হৌজিক্কি চাঙমান তুরেল, বন উপবন কয়া কয়ানা থল্লবী পৃথিবী অসে য়াম্বুংগী খুত্তা তারেদো ॥৪৪॥ যুধিষ্ঠিরনা হায়ঃ—ঈবুঙো ! নহাক্না য়েক্নবা থিবিকপু তুমহল্লে ! নিংথৌ দুর্য্যোধনসু তুখ্রে । অদুনা ঐখোয়না কৃষ্ণনা পাম্বা মত মতুংইন্না পৃথিবী অসিবু মাই তৌরবনি ॥৪৫॥ লাবুঙম্ কাহমদবা ভীমসেন ! লাইবক ফবনা ঈথাগী মকমদা অমদি নংগী

দিষ্ট্যা গণ্ডর্ব্বাপ্নুথাং মাতুঃ কোপস্য চোভয়োঃ । দিষ্ট্যা জয়সি দুর্দ্ধর্ষ ! দিষ্ট্যা শত্রুর্নিপাতিতঃ ।৫৩।

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি গদাযুদ্ধে বলদেবসাত্ত্বনায়াং ষট্পঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ।০। *

— —:০০:— —

অশাউবা অমদি হাশকপী মকমদা তোনবা নমন্ পুম্বা কোকলো । লাইবক কবনা অম ওইরে লাইবক কবনা য়েক্লবু হাৎপা ওয়ে ॥৫৩॥

২কর্ম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধকী মতাংদা বলদেবসাত্ত্বনাগী মাখোল্তরুকত্তবা অধ্যায় লোইরে ॥

# শ্রীমহাভারতম্

## সপ্তপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ।

## [কৃষ্ণগা পাণ্ডবশিংগা]

(ওাওনবা মতাং)

মাখোল্তরেংশুবা অধ্যায় ।

— —:*:— —

ধৃতরাষ্ট্র উবাচ ।

হতং দুর্য্যোধনং দৃষ্ট্বা ভীমসেনেন সংযুগে । পাণ্ডবাঃ সৃঞ্জয়াশ্চৈব কিমকুর্ব্বত সঞ্জয় ! ।১।

সঞ্জয় উবাচ

হতং দুর্য্যোধনং দৃষ্ট্বা ভীমসেনেন সংযুগে । সিংহেনেব মহারাজ ! মত্তং বনগজং যথা ।২।

প্রহৃষ্টমনসস্তত্র কৃষ্ণেন সহ পাণ্ডবাঃ । পাঞ্চালাঃ সৃঞ্জয়াশ্চৈব নিহতে কুরুনন্দনে ।৩।

ধৃতরাষ্ট্রনা হায়ঃ— সঞ্জয় ! ভীমসেননা দুর্য্যোধনবু তুহনখিবাস উবদা পাণ্ডবশিং অমদি সৃঞ্জয়শিংনা করি করি তৌখি ॥১॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ ! নোংশানা শামুবু হাৎখিবগুম্ ভীমনা দুর্য্যোধনবু হাৎরে হায়বসি উবদা কৃষ্ণগা লোয়ননা পাণ্ডবশিং, পাঞ্চালশিং অমুগা সৃঞ্জয়শিং পুম্নমক্ থাম্ম নুংঙাইনা মখি ময়োল ইনখি হাইগৎনবক্তনা চোং চোংদুনা অগোই শানা শানা সিংহনাদ লাউনখি । লালকম্ অত্ত মত্তম অদুদা নুংঙাইজনা মরাম কাড়ুনা পাণ্ডব লাম্বীশিংনা চৌং কঙ্বগী খোংবা মনিনবু থাওবা চম্খিয়ে ॥২-৪॥ অমাম্বনা লৌরি থৌজিন,

বধার্থং পাণ্ডুপুত্রস্য যাচিতাং শক্তিমেব চ । ঘটোৎকচে ব্যংসয়তা কস্ত্বত্তঃ পাপকৃত্তমঃ ॥৩৩॥
ছিন্নহস্তঃ প্রায়গতস্তথা ভূরিশ্রবা বলী । ত্বয়া নিসৃষ্টেন হতঃ শৈনেয়েন মহাত্মনা ॥৩৪॥
কুর্ব্বাণশ্চোত্তমং কর্ম্ম কর্ণঃ পার্থজিগীষয়া । ব্যংসনেনাশ্বসেনস্য পন্নগেন্দ্রসুতস্য বৈ ॥৩৫॥
পুনশ্চ পতিতে চক্রে ব্যসনার্ত্তঃ পরাজিতঃ । পাতিতঃ সমরে কর্ণশ্চক্রব্যগ্রোঽগ্রণীর্নৃণাম্ ॥৩৬॥
যদি মাঞ্চাপি কর্ণঞ্চ ভীষ্মদ্রোণৌ চ সংযুগে । ঋজুনা প্রতিযুধ্যেথা ন তে স্যাদ্বিজয়ো ধ্রুবম্ ॥৩৭॥
ত্বয়া পুনরনার্য্যেণ জিহ্মমার্গেণ পার্থিবাঃ । স্বধর্ম্মমনুতিষ্ঠন্তো বয়ঞ্চান্যে চ ঘাতিতাঃ ॥৩৮॥

বাসুদেব উবাচ ।

হতস্ত্বমসি গান্ধারে সভ্রাতৃসুতবান্ধবঃ । সগণঃ সসুহৃচ্চৈব পাপমার্গমনুষ্ঠিতঃ ॥৩৯॥
তবৈব দুষ্কৃতৈর্বীরৌ ভীষ্মদ্রোণৌ নিপাতিতৌ । কর্ণশ্চ নিহতঃ সংখ্যে তব শীলানুবর্ত্তকঃ ॥৪০॥
যাচ্যমানো ময়া মূঢ় পিত্র্যমংশং ন দিৎসসি । পাণ্ডবেভ্যঃ স্বরাজ্যাংশং লোভাচ্ছকুনিনিশ্চয়াৎ ॥৪১॥

---

হাৎননবগীদমক ইন্দ্রগী মকমদগী তা অম লৌখি। নহাক্কী শক্তিনা কন'না তা অদুবু ঘটোৎকচগী মথক্তা শীজিন্নদুনা অমেম্বদা তাহনখি। কৃষ্ণ নত্তোন্দগী মহা পাপি ওইববু সংসারদা কনা অম লৈরমগদগে? ॥৩৩॥ কল্লবা ভূরিশ্রাবানা সাত্যকিবু হাৎকদবগী হোৎনখি। চৈরক অমত্তা নহাক্কী ভূরিশ্রবাগী ম্যেৎথংবা পাম্বমবু নাহোন্দা অর্জুন থাজিন্দুনা ককথহনখি। ভূরিশ্রাবনা থুংবাইতহনা খুংলায় থাদোক্লুনা তুম্না ধ্যান তৌদুনা লৈরিবদা সাত্যকি থাজিন্দুনা ভূরিশ্রাবাবু হাৎহনখি ॥৩৪॥

মহাবীর কর্ণনা অর্জ্জুনবু হাৎকদবগী ন্যায়বিধি কায়দনা ধর্ম্ম যুদ্ধগী নিয়মদ লাল শোকখি কল্লবা, ধর্ম্ম কায়দনা লাম্বেংনবা কর্ণনা তক্ষক লিলগী মচা অশ্বসেননা তেলগী মশক লৌদুনা লাক্ল কাওবদা মশাগী ইচ্ছাং য়েংবা, তৌনবগী মতম পামজবা কর্ণনা অশ্বসেনবু তাক্লোক্খি। কয়া য়াম্না ধর্ম্ম কায়দনা লাল শোক্লম্বা কর্ণনো, থল্ল ॥৩৫॥ মাগী রথগী চাকানা লৈপুং পুথগ্রবদা কর্ণ অসি অরাবা দশাদা তাদুনা লৈখি। রথদগী কুমথদুনা চাকাবু ফুককৎকে তৌজরিবদা কর্ণবু অর্জ্জুননা হাৎহনখি ॥৩৬॥ কৃষ্ণ। নিয়ম চুম্না পরিংদা ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ অদুগা ঐগা খেংনরম্বদবু নখোয়না লাল অসি ওমলমগদ্রা? ॥৩৭॥ কৃষ্ণ! নংদি য়াম্না করবা মীনি। মাগী মাগী ধর্ম্ম কায়দনা লাম্বেংনরবা অকনবা নিংথৌ লাপ্পীশিংবু নহাক্কা কূটনীতি শীজিন্নদুনা লোইনা মাঙহনখি ॥৩৮॥ কৃষ্ণনা হায়ঃ— গন্ধারীগী মচা! অংদি পোক্পগী পাপ কর্ম্ম তৌদুনা লাক্লিবনি। অদুনা নশানা তৌখিবা পাপ কর্ম্মশিং অদুগী মহেনা নচানশু থাগৈ নাতে মন্ত্রিশিংগা লোয়নবা নং শিজবনি ॥৩৯॥ পাপী নংগী সজদগী ময়াম লৈত্রবা ভীষ্ম, দ্রোণ অমদি কর্ণনা নংগী বুদ্ধিদা তোংদুনা শিজখিবনি ॥৪০॥ কত্রবা লক্তনবা! কৃষ্ণ ঐনা হায়জরকাওবদা নংনা মহালোভী অম ওইখিবনা, লাল অম ওইননবগী মতমবু শকুনিগুননি হায়না খনজখিদুনা পাণ্ডবশিংদা মখোয়গী পিতৃসত্তগী অংশ ওইবা নংগী রাজ্যবু পীনিংখিদে ॥৪১॥ মথা তানিংঙাই লৈতনা কত্রবা! ময়াম লৈত্রবা ভীষ্মদা নংনা

বিষং চ ভীমসেনায় দত্তং সর্ব্বে চ পাণ্ডবাঃ। প্রদীপিতা জতুগৃহে মাত্রা সহ সুদুর্ম্মতে ! ॥৪২॥
সভায়াং যাজ্ঞসেনী চ কৃষ্টা দ্যূতে রজস্বলা। তদৈব তাবদ্দুষ্টাত্মন্ ! বধ্যস্ত্বং নিরপত্রপঃ ॥৪৩॥
অনক্ষজ্ঞং ধর্ম্মজ্ঞং সৌবলেনাক্ষবেদিনা। নিকৃত্যা যৎ পরাজৈষীস্তস্মাদসি হতো রণে ॥৪৪॥
জয়দ্রথেন পাপেন যৎ কৃষ্ণা ক্লেশিতা বনে। যাতেষু মৃগয়াঞ্চৈব তৃণবিন্দোরথাশ্রমম্ ॥৪৫॥
অভিমন্যুশ্চ যদ্বাল একো বহুভিরাহবে। ত্বদ্দোষৈর্নিহতঃ পাপ ! তস্মাদসি হতো রণে ॥৪৬॥
কুর্ব্বাণং কর্ম্ম সমরে পাণ্ডবানর্থকাঙ্ক্ষিণম্। যচ্ছিখণ্ড্যবধীদ্ভীষ্মং মিত্রার্থে ন ব্যতিক্রমঃ ॥৪৭॥
স্বধর্ম্মং পৃষ্ঠতঃ কৃত্বা আচার্য্যস্ত্বৎপ্রিয়েপ্সয়া। পার্ষতেন হতঃ সংখ্যে বর্ত্তমানোহসতাং পথি ॥৪৮॥
প্রতিজ্ঞামাত্মনঃ সত্যাং চিকীর্ষন্ সমরে রিপুম্। হতবান্ সাত্যতো বিদ্বান্ সৌমদত্তিং মহারথম্ ॥৪৯॥
অর্জ্জুনঃ সমরে রাজন্ ! যুধ্যমানঃ কদাচন। নিন্দিতং পুরুষব্যাঘ্রঃ করোতি ন কথঞ্চন ॥৫০॥
লব্ধাপি বহুধা ছিদ্রং বীরবৃত্তমনুস্মরন্। নিজঘান রণে কর্ণং নৈবং যোদ্ধঃ সুদুর্ম্মতে ! ॥৫১॥

---

হু পীজাব । কুন্তীদেবীগা লোয়ননা মচা মঙাবু নংনা চাগী মুমদা লৈহন্দুনা মৈ থাদুনা হাৎকে তৌখি ॥৪২॥ হৈ ! কক্কবা ! চৌথর সভাদা মুমৎ থা মশক য়েংবা য়াজ্ঞিবী সতী দ্রৌপদী অরাবা ঙকায়বা পীখি । মতম্ অদুদমু নংসি হাৎপ অদুম মরাম্বনি ॥৪৩॥ পুকচেল পীরবা । নমথাকক চৌথরদা অদুক য়ায়া হৈজনবা যুধিষ্ঠিরবু নংনা শকুনিদা লৌনমগী মীনম্বগী চৌথর মরু হলহন্দুনা মায়থীবা পীখি । অদুগী মহৈনা নংনা হৌজিক থরো থরো ওন্দুনা শিজবতনি ॥৪৪॥ পাণ্ডবশিংদা বনদা মৃগয়া চৎকে হায়দুনা তৃণবিন্দুগী আশ্রমদা চৎখ্রিঙৈদা নংগী মরুপ পাপী জয়দ্রথদুনা দ্রৌপদীবু থনলগী দুহনা পুগে হায়দুনা সতীদুবু মহাক্কা করাদ অরাবা পীখি । মাদুগী মহৈনা মীশি অসি ফংজবতনি ॥৪৫॥ হৈ ! পাপী ! নংগী কুমন্ত্রনাদগী নখোয় মরাম চঙদুনা অঙাং ওইরিবা অভিমন্যুবু হাৎখি । মাদুগী মহৈনা অসিগুম্বা মীশি অসি নংনা ফংজবতনি হৈ ! ॥৪৬॥ লৈনবা মরী অমত্ত ওইরবসু পাণ্ডবশিংবু মুংশিনদুনা পাপী নংগী মীচঙ চঙদুনা ভীষ্মদুনা পাণ্ডবশিংসিগী মাঙননবা থবক্তা মকোক্ থোংনা য়াওখি অদুনা শিখণ্ডীনা মহোন্দা মৃত্যুদণ্ড পীখিবনি থগুড্ । মাসিদা ধর্ম্মগী বিরুদ্ধ ওইবা থবক অমত্ত য়াওখিদে ॥৪৭॥ দ্রোণ হায়বদুনা নংগী পেন্নবা অদুগা নহোন্দগী মন মথেল লৌন-বগীদমক্তা মশাগী ধর্ম্ম থাদোক্তুনা সজ্জন নত্তবশিংনা চৎকদবা লম্বিদা চৎখি । অদুনা মাদুগী দণ্ড পীবা ওইনা ধৃষ্টদ্যুম্ননা মাবু হাৎখিবনি ॥৪৮॥ শিংলবা সাত্যকিনা মাগী রাণকপু ভারুবগী-দমক্তা মাগী মহাওইনা য়েরবা ভূরিশ্রবাবু হাৎখিবনি ॥৪৯॥ কক্কবা নিংথৌ ! লিপা অথোইবা অর্জ্জুনদি কদায়ুম্বা মতমদা মীনা নিন্দা তৌনগদবা থবক অমত্ত তৌখিবা লৈত্রি ॥৫০॥ অমম অদুন' লালগী মতমদা কর্ণগী মশাদা অহোবা, অকায়বা কীবম তাউবা কয়া কয়া উখিনমু মুবিধাশিং অদু লৈবা লৈনা কর্ণবু হাত্তদুনা অর্জ্জুননা অকনব ধর্ম্মগী মর্য্যাদা মুয়া থম্মুবা

যচ্চ ভীষ্মশ্চ কর্ণশ্চ দ্রোণো দ্রৌণায়নিস্তথা। বিরাটনগরে তস্য স্বাপ্নংস্তেন জীবিতাঃ ॥৫২॥
যান্তকার্য্যাণি চাস্মাকং কৃতানীতি প্রভাষসে। বৈগুণ্যেন তবাত্যর্থং সর্ব্বং হি তদনুষ্ঠিতম্ ॥৫৩॥
বৃহস্পতেরুশনসো নোপদেশঃ শ্রুতস্ত্বয়া। বৃদ্ধা নোপাসিতাশ্চৈব হিতং বাক্যং ন তে শ্রুতম্ ॥৫৪॥
লোভেনাতিবলেন ত্বং তৃষ্ণয়া চ বশীকৃতঃ। কৃতবানস্যকার্য্যাণি বিপাকস্তস্য ভুজ্যতাম্ ॥৫৫॥

দুর্যোধন উবাচ

অধীতং বিধিবদ্দত্তং ভূঃ প্রশাস্তা সসাগরা। মূর্দ্ধনি স্থিতমমিত্রাণাং কো নু স্বন্ততরো ময়া ॥৫৬॥
যদিষ্টং ক্ষত্রবন্ধূনাং স্বধর্ম্মমনুপশ্যতাম্। তদিদং নিধনং প্রাপ্তং কো নু স্বন্ততরো ময়া ॥৫৭॥
দেবার্হা মানুষা ভোগাঃ প্রাপ্তা অসুলভা নৃপৈঃ। ঐশ্বর্য্যঞ্চোত্তমং প্রাপ্তং কো নু স্বন্ততরো ময়া ॥৫৮॥
সসুহৃৎ সানুবন্ধশ্চৈব স্বর্গং গন্তাহমচ্যুত। যূয়ং বিহতসঙ্কল্পাঃ শোচন্তো বর্ত্তয়িষ্যথ ॥৫৯॥

সঞ্জয় উবাচ

অস্য বাক্যস্য নিধনে কুরুরাজস্য ধীমতঃ। অপতৎ সুমহদ্বর্ষং পুষ্পাণাং পুণ্যগন্ধিনাম্ ॥৬০॥

---

নিঙশিংহুনা কর্ণবু হাৎথবান। অহুনা, কন্নবা। নং অচুমকনা অমুক হায়ে লাকনু ॥৫১॥ নং, ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণ অদুগা অশ্বত্থামা হায়বা নথোয় মসে বিরাট নগরদা লোক্নুনা লৈবা অর্জ্জুনগী কৃপাদা অমুক কুইনা হিংখনা লৈরকপনি। শক খোঙ লাকপগী মতাং অদু নিঙ-শিংচঙ ॥৫২॥ ঐনা তৌখবা কনবা থবক্তি হায়খিবশিংদো পাপী নংনা ঐবু তৌহনবা ভান্নি ॥৫৩॥ নংদি বৃহস্পতি অমদি শুক্রগী পাউতাকপু তান্দ্রি, অহল্লমনগী মনাকপু কমন্দ্রি, নোং-কাদোক কম্মুববু মথোয়গী পাউতাক মন্নদো নংনা নবাদা হাপতে ॥৫৪॥ লৈপাক পাম্বা শক্তি য়াম্ন লৌনিংবা, মকোক্ ওইনিংবগী মথাপোনাখবনা নত্তবা কর্ম্ম কয়া নংনা তৌখ্রে। মাচুগী মহৈহু নহাক হৌজক্ ফংভু ॥৫৫॥ দুর্য্যোধননা হায়ঃ— ঐদি বিধি কায়দনা বেদ শাস্ত্র পুম্বা তমহুনা যজ্ঞ দান য়াম্না তৌহুনা সমুদ্রনা থাজবাৎ ওইনা কোয়রিবা পাক্ৎাউরবা লমদম অসিবু মতম কুইনা শাসন তৌহুনা লাক্লবনি। যেরবা কয়া করাগী মকোক্ত নেত্নুবা পাল্লরবনি। অহুনা কৃষ্ণ! ঐগা মান্নবা জগৎ অসিদা কনা অম লৈ? ॥৫৭॥ লাই শিংভনা ফংবদ মভৌক চাবা, মর্ত্ত্যলোকক্তি নিংবে শিংনদি ফংমদবা রাজভোগপু ঐনা মর্ত্ত্যলোক অসিদা চাবা ফংলে। ঐশ্বর্য্য সম্পত্তি করাগী মপু ওইয়ে। অহুনা ঐগা মান্নবা কনা অম লৈরি ॥৫৮॥ কৃষ্ণ! ঐদ মরূপ মপাংশিংচুগা ঈনাওশিংচুগা লোয়নননা স্বর্গদা চুংভাইনা লৈক্লবনি। অদুগ নথোয়দি নীত্তবা পুম্বা কায়গনা, বাহুনত্তা নপুনশি লেপহৌরগদবনি ॥৫৯॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— শিংলবা দুর্য্যোধননা য়াহৈ থবসি হায়বমগা তুমিন লৈখি। নোংমদোনথক্তগী মাপী মথক্তা লৈগী নোং চুখি ॥৬০॥ গন্ধর্ব্বশিংনা পূ শেন্নচিংবা যন্ত্র মরাম রৈখি খোংখি।

তে হি সর্ব্বে মহাত্মানশ্চত্বারোঽতিরথা ভুবি। ন শক্যা ধর্ম্মতো হন্তুং লোকপালৈরপি স্বয়ম্‌ ॥৭০॥
তথৈবায়ং গদাপাণির্ধার্ত্তরাষ্ট্রো গতক্লমঃ। ন শক্যো ধর্ম্মতো হন্তুং কালেনাপীহ দণ্ডিনা ॥৭১॥
ন চ বো হৃদি কর্ত্তব্যং যদয়ং ঘাতিতো রিপুঃ। মিথ্যা বধ্যাস্তথোপায়ৈর্ব্বহবঃ শত্রবোঽধিকাঃ ॥৭২॥
পূর্ব্বৈরনুগতো মার্গো দেবৈরসুরঘাতিভিঃ। সদ্ভিশ্চানুগতঃ পন্থাঃ স সর্ব্বৈরনুগম্যতে ॥৭৩॥
কৃতকৃত্যাঃ সায়াহ্নে নিবাসং রোচয়ামহে। সাশ্বনাগরথাঃ সর্ব্বে বিশ্রামামো নরাধিপাঃ ॥৭৪॥
বাসুদেববচঃ শ্রুত্বা তদানীং পাণ্ডবৈঃ সহ। পাঞ্চালা ভৃশসংহৃষ্টা বিনেদুঃ সিংহসঙ্ঘবৎ ॥৭৫॥
ততঃ প্রাধ্মাপয়ন্‌ শঙ্খান্‌ পাঞ্চজন্যঞ্চ মাধবঃ। হৃষ্টা দুর্য্যোধনং দৃষ্ট্বা নিহতং পুরুষর্ষভ। ॥৭৬॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে কৃষ্ণপাণ্ডবসংবাদে সপ্তপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

— — * — —

লাইশিংমকন্সু লান্দা মখোয়বু হাৎপা ঙম্মোইদোবনি ॥৭০॥ মতৌ অদুগুম্না মখুত্তা দণ্ডপায়বা যমরাজ মশামক্তসু গদাধারি, অরাবা থক্তদব, দুর্য্যোধনবু অচুম্বা লান্দা হাৎপ ঙম্মোইদোবনি ॥৭১॥ অদুগা কুটনীতিনা য়েক্লবা ময়াম্সু হাৎহনবিশ্র হায়ন নত্তবা রাখন্দসু নখোয়না থুংজাইতবা ভোগদু য়েক্লবগী পক্কনা কা হেয়া মকনগ্রবদি অমনবু ওইরবসু অমন ওইরবসু, কুটনিতি থক্তদে অম থক্তদে কারগুম্বাউপায় অমনা য়েক্লবশিংবু হাৎকদবনি হায়বসিসু রাজনিতিগী মশুংদা যুদ্ধনীতি অমনি ॥৭২॥ দৈত্যদানব কয়া কয়া হাৎখিবা দেবতাশিংমক্তসু নিতি অসি চৎখিবনি। মমাঙৈদগী সজ্জন ওইব অকনবশিংনসু নীতি অসি পায়খৎখিবনি। মী অয়াম্বা নীতি অসিগী লম্বিদা চৎনরিবমক্তনি ॥৭৩॥ হৌজিক্ত ঐখোয় থবক মতৈ য়াম্লে। সায়ংকাল য়োয়ে, বিশ্রাম ওহাক তোকম খোকই। লাম্নি বিংখোশিং শগোল, শামুনচিংবা বাহনশিং অসিসু ওহাক্‌ পোথ্রাক্সনু ॥৭৪॥ কৃষ্ণগী বাস তাবদা পাঞ্চাল শিংজু খোইদোক্লা থুংজাইখি। পাণ্ডবশিংগা লোয়ননা সিংহনাদ লাউখি ॥৭৫॥ মহারাজ! মতৌ অদুম্না পাঞ্চালশিংনা দুর্য্যোধন ভুখিবসি উবদা য়াম্ন হরাউ খত্তুনা মাগী মাগী মোইবুং খোংগৎনখি। কৃষ্ণসু পাঞ্চজন্য মোইবুং পায়খৎতুনা খোংগৎখি ॥৭৬॥

মখম অসিদা শ্রীমহাভারতদ শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদ যুদ্ধদ কৃষ্ণপাণ্ডবসংবাদগী য়াঙৈখরেৎপুবা অধ্যায় লোইরে।

— — — :(*): — — —

# মহাভারতম্

( কুরুনা হস্তিনাপুরদা হল্লিনবা )

## অষ্টপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ

য়াথৈনিপালশুবা অধ্যায়ঃ ।

—:•:—

### সঞ্জয় উবাচ

ততস্তে প্রযযুঃ সর্ব্বে নিবাসায় মহীক্ষিতঃ । শঙ্খান্ প্রধ্মাপয়ন্তো বৈ হৃষ্টাঃ পরিঘবাহবঃ ॥১॥
পাণ্ডবান্ গচ্ছতশ্চাপি শিবিরাণি বিশাংপতে । । মহেষ্বাসোঽন্বগাৎ পশ্চাৎ যুযুৎসুঃ সাত্যকিস্তথা ॥২॥
ধৃষ্টদ্যুম্নঃ শিখণ্ডী চ দ্রৌপদেয়াশ্চ সর্ব্বশঃ । সর্ব্বে চান্যে মহেষ্বাসাঃ প্রযযুঃ শিবিরাণ্যুত ॥৩॥
ততস্তে প্রাবিশন্ পার্থা হতত্বিট্কং হতেশ্বরম্ । দুর্য্যোধনস্য শিবিরং রঙ্গবদ্বিসৃতে জনে ॥৪॥
গতোৎসবং পুরমিব হৃতনাগমিব হ্রদম্ । স্ত্রীবর্ষবরভূয়িষ্ঠং বৃদ্ধামাত্যৈরধিষ্ঠিতম্ ॥৫॥

(যুগ্মকম্)

তত্রৈতান্ পর্য্যুপাতিষ্ঠন্ দুর্য্যোধনপুরঃসরাঃ । কৃতাঞ্জলিপুটা রাজন্ । কাষায়মলিনাম্বরাঃ ॥৬॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ । অসিগী তুংদা মপান্থোম্ অমমম্বা থোঙ্চুক থোঙ্চুকমুক চাউবা লাম্বী নিংথৌশিং অদুনা য়াম্না নুংঙাইবিদুনা থোইবুং খোংসৎ খোংসৎতুনা মাগী মাগী লাহৃংদা চৎনখি ॥১॥ মহারাজ । পাণ্ডবশিংনা মাগী মাগী লাহৃংদা চৎনবক্তৃবদা সাত্যকিসা যুযুৎসুগা অনীসি থংচিগী তুংদা চৎখি ॥২॥ ধৃষ্টদ্যুম্ন, শিখণ্ডী, দ্রৌপদীগী মচাশিং অমগা অতোপ অতোপ্পা মহারথীশিংসু মাগী মাগী লাহৃংদা চৎনখি ॥৩॥ অদুগী তুংদা পাণ্ডবশিংনা দুর্য্যোধনগী লাহৃংদা চঙখি মতম অদুদা লাহৃংঙুগী মপাদা কনিঙস্বা কনবা অমত য়াওদ্রবদে । লাহৃংগী মপুম্ন শিখে অদুগা অকল ওইরবা মন্ত্রী খর তুংথিম কমদুনা লৈরম্মি অদুনা, লমুং অচু, মতম অচম ভাবকশিংনা হৃনখ্রবদা অদুগা লীপানা লোইখ্রবদা লীপা শঙনা ওইহৌবা মঙ', কুইথৈ কিখোং তৌখিদ্রবা মগম অমগী মওং, অদুগা লিল্ লৈত্রবা মপুল অমদি পাংকী মওং ওইখে । মকম অদুদা লৈরবশিং অচু মরাধনা খুংপি নহা ওাকা নপুংসকশিং ওইনা তৌই ॥৪—৫॥ মহারাজ । অদুগী তুংদা থোৎলবা, গেরুয়া কীখোল শেৎলবা, দুর্য্যোধনগী মবাঙদা হেক হেক লাকপা মীশিং খরদুনা মখুৎ লোমদুনা পাণ্ডবশিংগী মবাঙদা লেপ্লুরে ॥৬॥ অদুগী

শিবিরং সমনুপ্রাপ্য কুরুরাজস্য পাণ্ডবাঃ । অবতেরুর্মহারাজ ! রথেভ্যো রথসত্তমাঃ ।৭।
ততো গাণ্ডীবধন্বানমভ্যভাষত কেশবঃ । স্থিতঃ প্রিয়হিতে নিত্যমতীব ভরতর্ষভ । ।৮।
অবরোপয় গাণ্ডীবমক্ষয্যৌ চ মহেষুধী । অথাহমবরোক্ষ্যামি পশ্চাদ্ভরতসত্তম । ।৯।
স্বয়ঞ্চৈবাবরোহ ত্বমেতৎ শ্রেয়স্তবানঘ ! । তচ্চাকরোত্তথা বীরঃ পাণ্ডুপুত্রো ধনঞ্জয়ঃ ।১০।
অথ পশ্চাত্ততঃ কৃষ্ণো রশ্মীনুৎসৃজ্য বাজিনাম্ । অবারোহত মেধাবী রথাদ্গাণ্ডীবধন্বনঃ ।১১।
অথাবতীর্ণে ভূতানামীশ্বরে সুমহাত্মনি । কপিরন্তর্দধে দিব্যো ধ্বজো গাণ্ডীবধন্বনঃ ।১২।
স দগ্ধো দ্রোণকর্ণাভ্যাং দিব্যৈরস্ত্রৈর্মহারথঃ । অনাদীপ্তাগ্নিনা হ্যাশু প্রজজ্বাল মহীপতে ! ।১৩।
সোপাসঙ্গঃ সরশ্মিশ্চ সাশ্বঃ সযুগবন্ধুরঃ । ভস্মীভূতোঽপতদ্ভূমৌ রথো গাণ্ডীবধন্বনঃ। ১৪।
তং তথা ভস্মভূতন্তু দৃষ্ট্বা পাণ্ডুসুতাঃ প্রভো ! । অভবন্ বিস্মিতা রাজন্ ! অর্জ্জুনশ্চেদমব্রবীৎ ।১৫।
কৃতাঞ্জলিঃ সপ্রণয়ং প্রণিপত্যাভিবাদ্য চ । গোবিন্দ ! কস্মাদ্ভগবন্ ! রথো দগ্ধোঽয়মগ্নিনা ।১৬।

(মুখ্যকল্প)

---

রথী অথোইবা পাণ্ডবশিংনা দুর্য্যোধনগী লাঙ্গ. ময়া য়োম্বা কান্দা মাগী মাগী রথদগী কুমখৈ ॥৭॥ ভরতশ্রেষ্ঠগী অথোইবা ! অদুগী তুংদা মতম পুম্বদা পাণ্ডবশিংগী কান্নবা থন্নবা অমদি তৌরবা কৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা অসুমা হায়রকই ॥৮॥ ভরতশ্রেষ্ঠগী অথোইবা ! অর্জ্জুন ! নংমু রথদগী কুমথরগা গাণ্ডীব লৈঙ্কংগা অথাও অতা লৈতবা তেম্বোং অনীমুগা লোথোকই অদুদগী ঐমু রথদগী কুমথগে ॥৯॥ পাপকী শরুক য়াওদ্রবা অর্জ্জুন ! নংমু রথদগী কুমখো, নংগী মঙ্গল ওইগনি । কৃষ্ণনা হায়বা মতুং ইন্না অর্জ্জুননা থবক পুম্বা কায়দনা তৌখি ॥১০॥ অদুগী তুংদা শিংলবা কৃষ্ণনা শগোল চুপ্পী পায়রম্বমু থাদোক্লগা রথদগী কুমখি । ॥১১॥ জগৎকী মপু, থাউদগী হেন্না মহাত্মা ওইরবা কৃষ্ণনা রথদগী লেংথবদা অর্জ্জুনগী কিয়াল মথক্তা লৈরম্বা য়োংগী মূর্ত্তি অদুমু থংহৌদনা থমাং মাংখোকখি ॥১২॥ মহারাজ ! দ্রোণ কর্ণ অনীগী খুৎলায়শিংনা মপাঙ্গা কোংদোক্লা থৈরি থোক্লা চাকপা ঙমদবুনা অর্জ্জুনগী রথদা মুং মুংহুনা নমশিল্লুনা লৈরম্বমু কৃষ্ণনা রথদগী হেক কুমথরবদা থৈরিথোক্লা ভুংভুং চাকুংলকলে ॥১৩॥ মতম অদুদা অর্জ্জুনগী রথ অদু তেম্বোং চুপ্পী, শগোল, মথাঙগী অচৌবা কৈরিবা উশিং অদুগা লোয়ননা খুৎলায়দগী হৌরকপা *মৈহুনা রায়বদা মীকুপ্তা উৎ ওইনা লৈথারথক্লা তাখি ॥১৪॥ মহারাজ ! রথ অদুনা খুদক্তা উৎ ওইনা পৈহুনা লৈবমু উবদা পাণ্ডব পুম্বা পুমকক তঙ্কখি মতম অদুদা য়াম্না নোঙ্গক্লা মখুৎ লোয়মুনা অর্জ্জুননা কৃষ্ণদা হায়খিঃ— ভগবন ! গোবিন্দ রথ অসি করিগীদমক্তা মৈনা চাকথেকখিবনো ? ॥১৫—১৬॥ কৃষ্ণনা হায়ঃ— য়েক্নবা তথা অর্জ্জুন ! রথ অসে হায়দগী মহু কয় কয়বা খুৎলায় কয়া কয়াগী তেম্বনা খুদক্তা মৈনা

কিমেতন্মহদাশ্চর্য্যমভবদ্‌যদুনন্দন । । তন্মে ব্রূহি মহাবাহো । শ্রোতব্যং যদি মন্যসে ॥১৭॥

## বাসুদেব উবাচ

অস্ত্রৈর্বহুবিধৈর্দ্দগ্ধঃ পূর্ব্বমেবায়মর্জ্জুন । । মদধিষ্ঠিতত্বৎ সমরে ন বিশীর্ণঃ পরন্তপ ! ॥১৮॥

ইদানীন্তু বিশীর্ণোঽয়ং দগ্ধো ব্রহ্মাস্ত্রতেজসা । ময়া বিমুক্তঃ কৌন্তেয় । ত্বয্যাপ্ত কৃতকর্ম্মণি ॥১৯॥

## সঞ্জয় উবাচ ।

ঈষদুৎস্ময়মানশ্চ ভগবান্ কেশবোঽরিহা । পরিষজ্য চ রাজানং যুধিষ্ঠিরমভাষত ॥২০॥

দিষ্ট্যা জয়সি কৌন্তেয় । দিষ্ট্যা তে শত্রবো জিতাঃ । দিষ্ট্যা গাণ্ডীবধন্বা চ ভীমসেনশ্চ পাণ্ডবঃ ।

ত্বঞ্চাপি কুশলী রাজন্ । মাদ্রীপুত্রৌ চ পাণ্ডবৌ ॥২১॥

মুক্তা বীরক্ষয়াদস্মৎ সংগ্রামান্নিহতদ্বিষঃ । ক্ষিপ্রমুত্তরকালানি কুরু কার্য্যাণি ভারত । ॥২২॥

উপযাতমুপপ্লব্যং সহ গাণ্ডীবধন্বনা । আনীয় মধুপর্কং মাং যৎ পুরা ত্বমবোচথাঃ ॥২৩॥

---

চকপ য়ানা অহুম মরৈরম্লবনি । অদুমু নহাক্পনথৈ এনা .ভাংহুনা লৈবহুদ । মৈনা চাকপা য়ায়বা ভস্মমদবনি ॥১৮॥ কুন্তীনন্দন । হৌজিক্তি নথো পাঙপোক্লবনিদা অহুনা এনস্‌ থা-দোক্লবনিনা মমাঙৈদা য়েক্লবশিংনা থাজিনখিবা ব্রহ্মাস্ত্র প. অহুগী .ভরনা থুদক মথ অসি উৎ ওইখ্রবনি ॥১৯॥ সঞ্জয়না হায়ঃ— অহুগী ভুংদা কৃষ্ণনা নোমোন নোক্ত্না নিংথৌ যুধিষ্ঠিরদা কোক্লগা অস্মু হায়রকই ॥২০॥ কুন্তীনন্দন ! ধর্ম্মরাজ ! লাইবক ফবনা মহারাজনা জয় ওইরেদো, লাইবক ফবনা য়েক্লব পুম্নমকপু মঙহনাবরেদো । অকনবা নিংথৌ লাম্মী কয়া কয়া শিনখ্রবদা মহারাজনে ভীম অর্জ্জুন নকুল সহদেবনে অসি অনায়েক লৈতনা মঙ্গল ওইনা লৈবিহৌরেদে ॥২১॥ ভরতনন্দন । অকনবা কয়া কয়া তুমখ্রে, মহারাজগী য়েক্লবশিংস্ লোইনা হাৎখ্রে । অদুগা মহারাজদি হকচাংদা করিমত্ত শোকপনবা লৈতনা লৈবিহৌরি । অহুনা হৌজিক্তি মতুংগী তোগদবা থবক পুম্না থুনা পায়থৎপিয়ো ॥২২॥ অহুতৈ এনা বিরাট নগরগী থুনয়া অমদা অর্জ্জুনগা লোয়ননা লৈরিঙৈদা মহারাজনা খোইহৌ থব পুরকতুনা এঙোন্দা অস্মু হায়রিবিঃ— " কৃষ্ণ । এগী ঈনাও অর্জ্জুনসে ঙনহাক্তই ভ্রাতানি অদুগা সথানি । অদুগা অকনবা ! নহাক্না মহাকপু অরাবা পুদোংথীবা পুম্বদগী ঙাকউ " অস্মু হায়বিথিব মতমদা " মাদু এ শোরদনা তৌজগনি " হায়না এনস্ হায়জখি । অহুনা মহারাজ ! অর্জ্জুনবু এনা ভশিমথৈ অরাবা থুদোংথীবদগী কঞ্জরক্লি । অদুগা মহাক্ লাম্মা ভম্বা মায় পাকপা হায়বরু ওইরে ॥২৩—২৫॥ নিংথৌ অথোইবা ! কন্নবা, থাজৈশেংবা মথোনা মপাঙ্গল

রজতং জাতরূপঞ্চ মণীনথ চ মৌক্তিকান্ । ভূষণাণ্যথ মুখ্যানি কম্বলান্যজিনানি চ ॥৩৩॥
দাসীদাসমসংখ্যেয়ং রাজ্যোপকরণানি চ । তে প্রাপ্য ধনমক্ষয্যং ত্বদীয়ং ভরতর্ষভ ! ।
উদক্রোশন্ মহাভাগা নরেন্দ্র ! বিজিতারয়ঃ ॥৩৪॥

(যুগ্মকম্)

তে তু বীরাঃ সমাশ্বস্য বাহনান্যবমুচ্য চ । অতিষ্ঠন্ত মুহুঃ সর্ব্বে পাণ্ডবাঃ সাত্যকিস্তথা ॥৩৫॥
অথাব্রবীন্মহারাজ ! বাসুদেবো মহাযশাঃ । অস্মাভির্মঙ্গলার্থায় বস্তব্যং শিবিরাদ্বহিঃ ॥৩৬॥
তথেত্যুক্তা হি তে সর্ব্বে পাণ্ডবাঃ সাত্যকিস্তথা । বাসুদেবেন সহিতা মঙ্গলার্থং বহির্যযুঃ ॥৩৭॥
তে সমাসাদ্য সরিতং পুণ্যামোঘবতীং নৃপ ! । ন্যবসন্নথ তাং রাত্রিং পাণ্ডবা হতশত্রবঃ ॥৩৮॥
ততঃ সংপ্রেষয়ামাসুর্যাদবং নাগসাহ্বয়ম্ । স চ প্রায়াজ্জবেনাশু বাসুদেবঃ প্রতাপবান্ ।
দারুকং রথমারোপ্য যেন বাম্বিকাসুতঃ ॥৩৯॥
ঊচুঃ সংপ্রযান্তং তং শৈব্যসুগ্রীববাহনম্ । প্রত্যাশ্বাসয় গান্ধারীং হতপুত্রাং তপস্বিনীম্ ॥৪০॥
স প্রায়াৎ পাণ্ডবৈরুক্তস্তৎ পুরং সাত্বতাং বরঃ । আসসাদ ততঃ ক্ষিপ্রং গান্ধারীং নিহতাত্মজাম্ ॥৪১॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে কৃষ্ণস্য হস্তিনাপুরগমনে অষ্টপঞ্চাশত্তমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥

——:※:——

---

নুংঙাইথিদ্রনা খোক্লেপ হোনা নোকখি। চরাউ তয়াম্না চোংকখি ॥৩৩-৩৪॥ অকনবা পাণ্ডবাশিং অমুনা অদুগা সাত্যকিনা শগোল শামু দোলাইনচিংবা বাহনশিং অতূবু থাদোকতুনা লানশংশিং অদুদা পোত্থাদুনা মতম খরদং লৈখি ॥৩৫॥ মহারাজ। অদুগী তুংদা মিংচৎ চাউরবা কৃষ্ণনা অমুম্না হায়রকই:— মঙ্গলগীদমক্তা লাঙ্গুং অসিদগী মপান থোকখিদুনা ঙসি দ অহাণ্ডবা অচৌকপা মফম অমুদা লায়রেকনুবা তাই ॥৩৬॥ "করে মাথমক তৌরসি" হায়না য়ানরদুনা পাণ্ডব মহা অহ অদুগা সাত্যকি কৃষ্ণসু মঙ্গল ওইননবগীদমক্তা লানশংগী ম'থদা অমুম চৎনখি ॥৩৭॥ মহারাজ অমুগী তুংদা রেক্রবণ্ডব পাণ্ডবশিংনা কুরুক্ষেত্রগী মনুংদা ওঘবতী হায়না কৌবী তুরেল তীর্থ অমুগী মপান্দা কিগী মাওপ (তম্বুর) থন্দুনা অহিং অমুমা লেম্নবা পোত্থখি ॥৩৮॥ অদুগী তুংদা পাণ্ডব শিংনা শ্রীকৃষ্ণবু হস্তিনাপুরয়োমদা থাখি। মতীক মওপ চাউরবা কৃষ্ণসু দারুক সারথি রথদা হাপকৎতুন হস্তিনাপুরয়োমদা খোঙপানখি; অমুগা ধৃতরাষ্ট্রনা লৈরিবা মফম অমু তায়া চৎকে হায়না থরে ॥৩৯॥ কৃষ্ণনা শৈব্য সুগ্রীব কোৌ শগোল অনীদ্রনচিংবা রথদা কাথৎলগা থৌগে তৌরকপা মতমসিদা পাণ্ডবশিংনা অমুম্না হায়রখি:— কৃষ্ণ ।* নহাক্না ঈহান হানবদা, মচামপু লোইনা হাৎপিরবী, থম্মোয় শোক্না য়াররবী গান্ধারীগী নাক তায় চৎলগা থাবু থম নীঙথিনা থেমজিনবিয়ুকো ॥৪০॥ পাণ্ডবশিংনা অমুম্না হ য়রক্লবদা সাত্বতবংশগী অথোইবা কৃষ্ণনা হস্তিনাপুরদা চৎখিদুনা মচা লোইনা হাৎপিরবী গান্ধারীগী মনাক য়োথি ॥৪১॥

মফম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্র।ক'লশিং চাথনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মনুংদা " কৃষ্ণস্য হস্তিনাপুরগমন " মাথৈ'নৈপালগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

# মহাভারতম্

( ধৃতরাষ্ট্রগান্ধারী থেমজিনবা মতাং )

## ঊনষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ।

য়াথৈমাপলগুবা অধ্যায়

— —:*:— —

জনমেজয় উবাচ ।

কিমর্থং দ্বিজশার্দ্দূল ! ধর্ম্মরাজো যুধিষ্ঠিরঃ । গান্ধার্য্যাঃ প্রেষয়ামাস বাসুদেবং পরন্তপম্ ।১।

যদা পূর্ব্বং গতঃ কৃষ্ণঃ শমার্থং কৌরবান্ প্রতি । ন চ তং লব্ধবান্ কামং ততো যুদ্ধমভূদিদম্ ।২।

নিহতেষু চ যোধেষু হতে দুর্য্যোধনে তদা । পৃথিব্যাং পাণ্ডবেয়স্য নিঃসপত্নে কৃতে যুধি ।৩।

বিদ্রুতে শিবিরে শূন্যে প্রাপ্তে যশসি চোত্তমে । কিন্নু তৎ কারণং ব্রহ্মন্ ! যেন কৃষ্ণো গতঃ পুনঃ ।৪।

( যুগ্মকম্ )

ন চৈতৎ কারণং ব্রহ্মন্ ! অল্পং বৈ প্রতিভাতি মে । যত্রাগমদমেয়াত্মা স্বয়মেব জনার্দ্দনঃ ।৫।

তত্ত্বতো বৈ সমাচক্ষ, সর্ব্বমধ্বর্য্যুসত্তম ! । যচ্চাত্র কারণং ব্রহ্মন্ । কার্য্যস্যাস্য বিনিশ্চয়ে ।৬।

---

জনমেজয়না হায়ঃ— ব্রাহ্মণ অথোইবা । করিগীদমক্তা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্ঠিরনা গান্ধারীগী মকমদা য়েক্লবনু অরাবা পীওবা কৃষ্ণবু থাদ্রিবনো ? ॥১॥ মমাঙৈদা কৃষ্ণ অসি পক্ষ অনীমক্তপু থেমজিন্নবা সন্ধি তৌহন্নবা হস্তিনাপুর তাম চৎলুরবনি । মাহুদা কৃষ্ণমক্তা নিঙবা পুংওকৃতে মাহুদগী লানুঙও অসি থোকখিবনি ॥২॥ ব্রাহ্মণ । মহর্ষি ! কৌরব পক্ষগী লান্মীপুম্বা হাৎখ্রে দুর্য্যোধনসু তুখ্রে যুধিষ্ঠিরগী য়েক্লবা অমত পৃথিবীদা লৈত্রে । য়েক্লবশিংগী লালশং মপুংদা চণ্ডনা হয়াউ সুংগাইবগা লোয়ননা অচোবা মিংচং কংলে । হৌজিক অমুক কৃষ্ণনা হস্তিনা-পুর চৎখিবসিনা করিগী ? ॥৩—৪॥ ব্রাহ্মণ । ঐনা অসুম্ খনবদা ঈচম চবা মরম অমগীদি ভৌরম্মুরোই । মরমদি মাগী খঙবপু মুমা খঙননীঙঙাম লৈত্রবা তুং মাং লোইনা উরবা কৃষ্ণমক্তা চৎলি ॥৫॥ যজুর্ব্বেদ হৈবগী মপুংদা অথোইবা ! ব্রাহ্মণ । করম্বা মীওবা অমত্তং পাণ্ডখোকউগে হায়বগীদমক কৃষ্ণনা হস্তিনাপুরদা চৎখিবনো, মসিগী মরমদি শেংনা অমুক তাকিবিয় ॥৬॥ বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়ঃ— ভরতশাগৈগী অথোইবা, মহারাজ জনমেজয় ! হংলিবসে মায় চুপি, হংবমক্ লাউ । অহনা মাসিগী মরম অসি ঐ শেংনা অমুক তাগে, পুরাং চঙনা

বৈশম্পায়ন উবাচ।

অনুযুক্তোহয়মস্থপ্রশ্নো যন্মাং পৃচ্ছসি পার্থিব!। তত্তেহহং সংপ্রবক্ষ্যামি যথাবদ্‌ভরতর্ষভ! ।৭।
হতং দুর্য্যোধনং দৃষ্ট্বা ভীমসেনেন সংযুগে। ব্যুৎক্রম্য সময়ং রাজন্! ধার্ত্তরাষ্ট্রং মহাবলম্ ।৮।
অন্যায়েন হতং দৃষ্ট্বা গদাযুদ্ধেন ভারত!। যুধিষ্ঠিরং মহারাজ! মহদ্ভয়মথাবিশৎ ।৯।
চিন্তয়ানং মহাভাগাং গান্ধারীং তপসান্বিতাম্। ঘোরেণ তপসা যুক্তাং ত্রৈলোক্যমপি সা দহেৎ ।১০।
(বিশেষকম্)
তস্য চিন্তয়মানস্য বুদ্ধিঃ সমভবত্তদা। গান্ধার্য্যাঃ ক্রোধদীপ্তায়াঃ পূর্ব্বং প্রশমনং ভবেৎ ।১১।
সা হি পুত্রবধং শ্রুত্বা কৃতমস্মাভিরীদৃশম্। মানসেনাগ্নিনা ক্রুদ্ধা ভস্মসান্নঃ করিষ্যতি ।১২।
কথং দুঃখমিদং তীব্রং গান্ধারী সংপ্রশক্ষ্যতি। শ্রুত্বা বিনিহতং পুত্রং ছলেনাজিহ্মযোধিনম্ ।১৩।
এবং বিচিন্ত্য বহুধা ভয়শোকসমন্বিতঃ। বাসুদেবমিদং বাক্যং ধর্ম্মরাজোহভ্যভাষত ।১৪।
তব প্রসাদাদ্‌গোবিন্দ! রাজ্যং নিহতকণ্টকম্। অপ্রাপ্যং মনসাপীদং প্রাপ্তমস্মাভিরচ্যুত! ।১৫।
প্রত্যক্ষং মে মহাবাহো! সংগ্রামে লোমহর্ষণে। বিমর্দ্দঃ সুমহান্ প্রাপ্তস্ত্বয়া যাদবনন্দন! ।১৬।

---

ভাবিয় ॥৭॥ ভরতনন্দন! নিংথৌ! ভীমসেননা গদাযুদ্ধগী নিয়ম কায়না গদাগী লান্দা খুত্তক্ষুগী মচা কল্লবা দুর্য্যোধনবু তুহনখ্রেদো অদুগা গান্ধারী হায়বীসি পূকচেল চাউরবী, তপস্যা কল্লবী, মহাসতী ওইরবী, গুণী অমনি। মহাকী শাপনা ময়োল অহুম খুদক্তা চাকখেৎপা ওহনি। মহাকপু যুধিষ্ঠিরনা যাম্ন কি ॥৮—১০॥ অমম হায়না যাম্ন কিনা কিনা চিন্তা তৌনা তৌনা যুধিষ্ঠিরগী পুক্লিংদা অসিগুম্বা বাখল অম লাক্লে, মাহুদি ঈহান হানবদা গান্ধারীগী থম্মোয়দা চাক্লিবা অশাওবগী মৈ অসি হায় মুথৎকনু থোকই ॥১১॥ ঐখোয়না যাম্ন লাম্না মচ দুর্য্যোধনবু হ'ৎখ্রে হায়বসি তাবদা গান্ধারীনা মৈমিখোক্লা শাউবিদুনা ঐখোয়বু মীকুপ্তা উৎ ওইহনবা ওন্নি ॥১২॥ মচা দুর্য্যোধনদি গদাগী লাম্নুদা নিয়ম কৰিমত্ত কায়দনা শোরুখি। অদুবু ঐখোয়না নমথাক তৌদুনা মচাবু তুহনখ্রে হায়বসি তাবদা মাগী থম্মোয়দা হৌরিবা অয়াবা দুঃখাউত্তবদুবু করম হায়না থাওহনা লৈগদগে ॥১৩॥ অসি পুম্নক অসি মুম্না খল্লগা যুধিষ্ঠিরনা কৃষ্ণদা অসুম্না হায়রকই:— ॥১৪॥ গোবিন্দ! অচ্যুত! পুক্লিংমক্তগী লাম্বা কাংগুম্রবা, কেকুবা তিংথং কৈরবা লৈপাকপু নংগী কৃপাদগী ঐখোয়না ফংলে ॥১৫॥ অকনবা! যাদবনন্দন! ঐখোয়গী লৌরি উংখোল তাম্রবা মুম্বগী লাম্লাও অসিদা মহাকপু অয়াবা খুদোংথীবা নংবা য়াওরক্লে ॥১৬॥ অকনবা বৃষ্ণিনন্দন! মহাক্না মমাৈত্তৈদা যুগ অমদা হিংচাবাশিংবু হাৎননবগীদমক্তা দেবাসুরগী লান্দা লাউশিংগী মখোং পাংথিদুনা হিংচাব মথৈবু হাৎথি। অদুগুম্না লাল অসিদসু মহাক্না ঐখোয়দা মখোং পাংথিরে। মহাক্না অর্জুনগী সারথী শাজিয়দুনা লালকমদা নথন্না ঐখোয়গী অশোয় অভাব পুম্বু কৃপাশিনখুম্না

তত্র মে গমনং প্রাপ্তং রোচতে তব মাধব ! । গান্ধার্য্যাঃ ক্রোধদীপ্তায়াঃ প্রশমার্থমরিন্দম ! ॥২৬॥
ত্বং হি কর্ত্তা বিকর্ত্তা চ লোকানাং প্রভবাপ্যয়ঃ । হেতুকারণসংযুক্তৈর্বাক্যৈঃ কালসমীরিতৈঃ ॥২৭॥
ক্ষিপ্রমেব মহাপ্রাজ্ঞ ! গান্ধারীং শময়িষ্যসি । পিতামহশ্চ ভগবান্ কৃষ্ণস্তত্র ভবিষ্যতি ॥২৮॥
(যুগ্মকম্)

সর্ব্বথা তে মহাবাহো ! গান্ধার্য্যাঃ ক্রোধনাশনম্ । কর্ত্তব্যং সাত্বতাং শ্রেষ্ঠ ! পাণ্ডবানাং হিতার্থিনা ॥২৯॥
ধর্ম্মরাজস্য বচনং শ্রুত্বা যদুকুলোদ্বহঃ । আমন্ত্র্য দারুকং প্রাহ রথঃ সজ্জো বিধীয়তাম্ ॥৩০॥
কেশবস্য বচঃ শ্রুত্বা ত্বরমাণোঽথ দারুকঃ । ন্যবেদয়দ্রথং সজ্জং কেশবায় মহাত্মনে ॥৩১॥
তং রথং যাদবশ্রেষ্ঠঃ সমারুহ্য পরন্তপঃ । জগাম হাস্তিনপুরং ত্বরিতঃ কেশবো বিভুঃ ॥৩২॥
ততঃ প্রায়ান্মহারাজ ! মাধবো ভগবান্ রথী । নাগসাহ্বয়মাসাদ্য প্রবিবেশ চ বীর্য্যবান্ ॥৩৩॥
প্রবিশ্য নগরীং বীরো রথঘোষেণ নাদয়ন্ । বিদিতো ধৃতরাষ্ট্রস্য সোঽবতীর্য্য রথোত্তমাৎ ॥৩৪॥
অভ্যগচ্ছদদীনাত্মা ধৃতরাষ্ট্রনিবেশনম্ । পূর্ব্বঞ্চাভিগতং তত্র সোঽপশ্যদৃষিসত্তমম্ ॥৩৫॥
(যুগ্মকম্)

---

থোকই । মাসি ঐগী মতনি কৰি হায়বগে ॥২৬॥ অশিংবা । নহাক্তি মিপূমমক্নী প্রকৃতি মহো-শাগী ওইরকপা স্বাভাবনু অহুগা বিকৃতি থুদক্কা ওইরকপা স্বভাব অনিমকপূ শেমথোক শাদো কপা ওমলিবনি । জগৎপুম্বমু শেমলিব। থুগাইরিবা নহাক্নি । অদুনা যুক্তিযুক্ত ওইবা ৱাহৈনা গান্ধারীবু অমুক্তা নেমথহল্লু মতম অদুদা মকম অদুদ। ঐখোয় খ্‌াইগী পিতামহ ভগবান ব্যাসমু থুংগমবা য়াই ॥২৭—২৮॥

অকনবা ! সাত্বতবংশগী অথোইবা ! নংনা পাণ্ডব ঐখোয়গী কননমক্ত শীনবিরিবনিনা গান্ধারীগী অশাওবগী মৈসিমমু নহাক্না মুথৎপিকম থোকই ॥২৯॥ যদুশাপেগী লুচিংবা শ্রীকৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরগী ৱাসি তাবদা সারথি দারুকমু কৌশিল্লগা হৌজিকমক্ রথ শেম্‌থাউ হায়না ৱাথং পীখি ॥৩০॥ দারুক সারথিনা কৃষ্ণগী ৱাথং তাইরনা য়াম্না থুংনৈশ খ্‌না রথ শেমশাক্লবগা— " রথ শেম্বা লোইরবে " হায়না কৃষ্ণদা হংগৎলি ॥৩১॥ যদুবংশগী অথোইবা, শত্রু পূমমক্কা তিম্নবা, য়েক্নবা মাওহনবা কৃষ্ণনা রথ অদুদা কাখত্‌না হস্তিনাপুররোমদা যাত্রা তৌরকই ॥৩২॥ মহারাজ ! রথ মথক্ক তোংলিবা কৃষ্ণনা অমুথমুম থৌজিল্লক্‌না হস্তিনা নগরদা খ্‌ংরে ॥৩৩॥ কন্নবা, মতীকমঙ্গল চাউরবা অর্জ্জুননা রথগী মথোক্তনা মায়নৈ পুম্ব পুম্নীন নিকহল্লহনা হস্তিনা নগর মনুং হেক য়োৎদা রথদগী কুমথৈ । হেক কুমথবগা নীঙতায়দনা ধৃতরাষ্ট্রগী শঙ্গারপুংদা প্রপ্রশ চণ্ডশিনখি । বেদব্যাসনা হাম্না মকম অদুদা লৈরম্নহ কৃষ্ণনা উই । মীং থাক্তৈশেংনা ঊন্নবমু রথগী খোঙ্গেলহ ভাবদা কৃষ্ণ লাক্লে হায়বসি ধৃতরাষ্ট্রনা হেক খঙ্ই ॥৩৪—৩৫॥ চণ্ড-শিনখিন্না কৃষ্ণনা মথং মনাও কায়দনা বেদব্যাসবু অহগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রদা অহুগী মতুংদা গান্ধারীদা চরণ শোক্লা নোমুক্লা থুমখি ॥৩৬॥ মিংথৌ অথোইবা ! অহুকগীদি যদুবংশগী

পাদৌ প্রপীড্য কৃষ্ণস্য রাজ্ঞশ্চাপি জনার্দ্দনঃ । অভ্যবাদয়দব্যগ্রো গান্ধারীঞ্চাপি কেশবঃ ॥৩৬॥
ততস্তু যাদবশ্রেষ্ঠো ধৃতরাষ্ট্রমধোক্ষজঃ । পাণিনালম্ব্য রাজেন্দ্র ! সুস্বরং প্ররুরোদ হ ॥৩৭॥
স মুহূর্ত্তাদিবোৎসৃজ্য বাষ্পং শোকসমুদ্ভবম্ । প্রক্ষাল্য বারিণা নেত্রে আচম্য চ যথাবিধি ।
উবাচ প্রশ্রিতং বাক্যং ধৃতরাষ্ট্রমরিন্দমঃ ॥৩৮॥
ন তেঽস্ত্যবিদিতং কিঞ্চিদ্ভূতভব্যস্য ভারত ! । কালস্য চ যথাবৃত্তং তত্তে সুবিদিতং প্রভো ! ॥৩৯॥
যদিদং পাণ্ডবৈঃ সর্ব্বৈস্তব চিত্ত হুরোধিভিঃ । কথং কুলক্ষয়ো ন স্যাত্তথা ক্ষত্রস্য ভারত ! ॥৪০॥
ভ্রাতৃভিঃ সময়ং কৃত্বা ক্ষান্তবান্ ধর্ম্মবৎসলঃ । দ্যূতচ্ছলজিতৈঃ শুদ্ধৈর্ব্বনবাসোঽভ্যুপাগতঃ ॥৪১॥
অজ্ঞাতবাসচর্য্যা চ নানাবেশসমাবৃতৈঃ । অন্যে চ বহবঃ ক্লেশাস্ত্বশক্তৈরিব নিত্যদা ॥৪২॥
ময়া চ স্বয়মাগম্য যুদ্ধকাল উপস্থিতে । সর্ব্বলোকস্য সান্নিধ্যে গ্রামাংস্ত্বং পঞ্চ যাচিতঃ ॥৪৩॥
ত্বয়া কালোপসৃষ্টেন লোভতো নাপবর্জ্জিতাঃ । তবাপরাধান্নৃপতে ! সর্ব্বং ক্ষত্রং গতম্ ॥৪৪॥

---

অথোইবা কৃষ্ণনা ধৃতরাষ্ট্রগী খুদাং পায়দুনা খোজেলখোক্লা য়া য়া লাউনা কপ্পকলে ॥৩৭॥ অদুগী তুংদা য়েক্লব নৈহৎতনা কৃষ্ণনা অরাব পুংতাইত্তবদগী তারকপা পীগী মচি অদুবু কাজিনা থিংদুনা, তৈথোক্তুনা, অদুগা ঈশিং অশেংবনা মীৎ অনিদু চামথোক্লগা অদুগী তুংদা আচমণ-নচিংবা তৌরগা খর কোইরপ্পা ধৃতরাষ্ট্রদা অশুম্বা হায়রকই:— ভরতনন্দন ! মহারাজ ! হৌজিক্ ওইরিবা অমদি হৌরবা লোইরব থোদোক বিবিক অসি মহারাজনা খঙদবা তাদবা অমত্তমক্ য়াওজে । লান্দা থোকখিবা ঘটনাশিং অসি মহারাজনা খঙবিরবা তাবিরবা ওাক্কনি । শাগে সিগী মুত্তনবা, অকনব ক্ষত্রিয়শিং অসিগী মাঙদনবা মহারাজগী রাথলগী মতুংইন্না পাণ্ডুনিংথৌশ্শ মচাশিংসিনা খরাই হকচাং অমত ওইনা কন্না হোৎনখিবনি ॥৪০॥ ধর্ম্মবু লুনা কিনা তৌজবা যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিংগা লোয়ননা মত্তম ওাইদুনা অরাবা কন্না কন্না থাওদুনা রানা মতম লেনখি মশাদা দোষ কয়িমত্তা নৈত্রবা পঞ্চপাণ্ডবশিংনা চৌবরদা শকুনিগী নম্থাক্ লোনমদা মায়থিবা ফংদুনা চহী মত্তম কুইনা বনবাস তৌরুয়ে ॥৪১॥ মথোয়না তোঙাল তোঙানবা অয়োনবা ফিজেৎ শেত্তুনা বিরাট নগরদা চহী অম চুপ্পা লোন্না খুপ্পা নৈখি । করিমত তৌবা ঙমদবা, শোন্নবা মীওয়া অরাবা মখল মখল কন্না থাওদুনা নৈখি ॥৪২॥ অদুদগী লাল তৌনগদৌরে হায়রগু উরদুনা এইনা সত্তদা মীথ্রাইগী মাঙদা পাণ্ডবশিংগীদমক ঐ ঈশামক্লা খুঙ্গং মঙাদং দুর্য্যোধনদা নিজে ॥৪৩॥ মাদু মহারাজ নশামক্লা পীবিখিদে । অদুনা, মহারাজ ! মত্তম কৌব লাইদুনা ঈজিল্লকপগা, অপাঙ মিহৌবা হায়বদুগী লাংদ খুদিবগ: মহারাজনা মাদু পা-থোকপগী মত অমকাওবা কাত্তথোক্পিখিদে । মরম অদুনা মহারাজ ! মহারাজগী দোষ অমদি অপরাধমক্তনা কারণ ওইদুনা অদুক য়াম্ব ভারতকী অকল অথৌ ময়াম্ অচ কুমখিবনি ॥৪৪॥

শৃণু সুত ! যতো ধর্ম্মস্ততো জয়: । তদিদং সমনুপ্রাপ্তং তব বাক্যং নৃপাত্মজে ! ।৬১।
এবং বিদিত্বা কল্যাণি । মা স্ম শোকে মন: কৃথা: । পাণ্ডবানাং বিনাশায় মা তে বুদ্ধি: কদাচন ।৬২।
শক্তা চাসি মহাভাগে ! পৃথিবীং সচরাচরাম । চক্ষুষা ক্রোধদীপ্তেন নির্দ্দগ্ধুং তপসো বলাৎ ।৬৩।
বাসুদেববচ: শ্রুত্বা গান্ধারী বাক্যমব্রবীৎ । এবমেতন্মহাবাহো ! যথা বদসি কেশব ! ।৬৪।
আধিভির্দহ্যমানায়া মতি: সঞ্চালিতা মম । সা মে ব্যবস্থিতা শ্রুত্বা তব বাক্যং জনার্দ্দন ! ।৬৫।
রাজ্ঞস্ত্বন্ধস্য বৃদ্ধস্য হতপুত্রস্য কেশব ! । ত্বং গতি: সহিতৈর্বীরৈ: পাণ্ডবৈর্দ্বিপদাংবর ! ।৬৬।
এতাবদুক্ত্বা বচনং মুখং প্রচ্ছাদ্য বাসসা । পুত্রশোকাভিসন্তপ্তা গান্ধারী প্ররুরোদ হ ।৬৭।
তত এনাং মহাবাহু: কেশব: শোককর্শিতাম্ । হেতুকারণসংযুক্তৈর্বাক্যৈরাশ্বাসয়ৎ প্রভু: ।৬৮।
সমাশ্বাস্য চ গান্ধারীং ধৃতরাষ্ট্রঞ্চ মাধব: । দ্রৌণিসঙ্কল্পিতং ভাবমববুধ্যত কেশব: ।৬৯।
ততস্ত্বরিত উত্থায় পাদৌ মূর্দ্ধনা প্রণম্য চ । দ্বৈপায়নস্য রাজেন্দ্র ! তত: কৌরবমব্রবীৎ ।৭০।

মুম্না তাও। "ধর্ম্ম লৈব মকমদা জয় লৈবানি"। সুবলরাজনন্দিনী। দুর্য্যোধনদা তাকপিখিবদো থাঙ্গে শেংনা হৌজক্তি থবক্তা উরেদো ॥৬১॥ মঙ্গলগী মশক ওইরবি। থোক্লিব্রবা ঘটনা পূম্বদু নিংশিংবিগুনা থোম্বনা রাবিকনু। পাণ্ডবশিংগী মকমদা মাগুন তারবগী বুদ্ধি অত্র থাদোকপিনু ॥৬২॥ পূকচেল চাওবী। লাইবক ফবি। নহাক্তি নহাকি অকিবগী মশক কংলবা তপস্যাগী শক্তিনা অচৎ চত্ত চাওমান তুরেম্না থল্লবী পৃথ্বী পুম্বসিবু অদুগা অশাওবগী মৈনা ময়োল অহন্নু মকুপ্তা চকথেকপা ওম্বিরিবনি ॥৬৩॥ কৃষ্ণগী রাসি তাবদা গান্ধারিনা হায় :— অকনবা কৃষ্ণ! নহক্না চায়ারবদো অচুম্বমক্তি ॥৬৪॥ জনার্দ্দন পুক্লিংদা অমদি থম্মোয়দা শোকখিবা পুংগত্তবনা ঐগী বুদ্ধিসে পূমচায় চায়থিক্লনা ঐগী অশাওবসিবু ঈশা ইথত্তনা কাজিনবা ওন্মমজ্জবনি। অদুবু নহাক্কী রাহৈসি তাবদা পুমলেং লেপ্তরবী ঐগী বুদ্ধিসে হৌজিক্তি তুমিন্না লেংথৎপা তৌদনা ঈত্থখ্রে ॥৬৫॥ তাইবং মীগী মথুংদা থাইদগী অথোয়বা কেশব। পাণ্ডবশিংগা অমত্তা ওইনা লৈরিবা নহাক্কনা হৌজিক্তি মীৎ তাঙলবা অহল ওইরবা মচা মত্ত লোয়না হাৎপিব্রবা নিংথৌসিগী অমত ওইবা চঙজকম হায়বদু ওইরেদো ॥৬৬॥ রাহৈ থরদং হায়রগা গান্ধারি অসি মমায়দু ফিনা কুপশিন্নগা থোক্লেপ থোকনা কেংথানাওইনা কপলক্লে ॥৬৭॥ মতম অদুদা শক্তি পুম্নমকনা তিন্নবা শিংলবা কন্নবা দ্বারকাপতি শ্রীকৃষ্ণনা প্রমাণ চানবা যুক্তিযুক্ত ওইবা তাবদা থমলবা মেংলবা রাহৈনা গান্ধারিবু থেমজিনথি ॥৬৮॥ কৃষ্ণনা ধৃতরাষ্ট্র গান্ধারি অনিবু থেমজিন্নবা তুং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অশ্বত্থামানা মপুক্লিংদা তৌগে থজিবা থবক অদু অকুপ্পা বিচারনা লোয়না খংখি ॥৬৯॥
লিংথো অথোইবা, মহারাজ! অসিগী তুংদা কৃষ্ণনা থনা রাওনা হৌদৎলুনা থেদব্য মবু থোঙ শোক্তা থুম্মগা ধৃতরাষ্ট্রবু মেংছনা অহুম্না হায়রকই:—

আপৃচ্ছে ত্বাং কুরুশ্রেষ্ঠ ! মা চ শোকে মনঃ কৃথাঃ। দ্রৌণেঃ পাপোঽস্ত্যভিপ্রায়স্তেনাস্মি সহসোত্থিতঃ ॥৭১॥
পাণ্ডবানাং বধে রাত্রৌ বুদ্ধিস্তেন প্রবর্তিতা। এতচ্ছ্রুত্বা তু বচনং গান্ধার্য্যা সহিতোঽব্রবীৎ ॥৭২॥
ধৃতরাষ্ট্রো মহাবাহুঃ কেশবং কেশিসূদনম্। শীঘ্রং গচ্ছ মহাবাহো ! পাণ্ডবান্ পরিপালয় ॥৭৩॥

(যুগ্মকম্)

ভূয়স্ত্বয়া সমেষ্যামি ক্ষিপ্রমেব জনার্দ্দন ! । প্রায়াত্ততস্তু ত্বরিতো দারুকেণ সহাচ্যুতঃ ॥৭৪॥
বাসুদেবে গতে রাজন্ ! ধৃতরাষ্ট্রং জনেশ্বরম্। আশ্বাসয়দমেয়াত্মা ব্যাসো লোকনমস্কৃতঃ ॥৭৫॥
বাসুদেবোঽপি ধর্ম্মাত্মা কৃতকৃত্যো জগাম হ। শিবিরং হাস্তিনপুরাদ্দিদৃক্ষুঃ পাণ্ডবান্ নৃপ ! ॥৭৬॥
আগম্য শিবিরং রাত্রৌ সোঽভ্যগচ্ছত পাণ্ডবান্। তচ্চ তেভ্যঃ সমাখ্যায় সহিতস্তৈঃ সমাহিতঃ ॥৭৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং শল্যপর্ব্বণি
গদাযুদ্ধে ধৃতরাষ্ট্রগান্ধারীপ্রবোধনে উনষষ্টিতমোঽধ্যায়ঃ ॥০॥ *

সমাপ্তঞ্চেদং শল্যপর্ব্ব ॥০॥

---

মহারাজ। ঐদ হস্তুবগে, বিদায় পীবিয়ু। অমুক্ খোইনা বাবিরগদু অসুধ খোকউ হায়রহনা বিধনা তম্‌ম্রবান। অশ্বত্থামানা হৌজিক্ পাপকী থবক্ অমতং তৌগে থনৃম্রে। অহুনা ঐনা থ্ৰনায়াওনা চৎকদবগী হৌগচ্চবান ॥৭১॥ "অশ্বত্থামানা অহিংদা পঙ্গপাণ্ডবপু ত্থাম্মৈদা হাৎকদবগী খোরাং অমতোম্রে।" ব্যাস তাবদা ধৃতরাষ্ট্র গান্ধারী অনীমক্তা কোশহিংচাবদু হাৎওম্বা কৃষ্ণদা অসুম্মা হায়বকৃহঃ— এঃ। অহু দ অকনবা। জনার্দ্দন! চৎলু, চৎলু। পাণ্ডবশিংবু থ্ৰনায়াওনা কয়নবা তৌক ॥৭২-৭৩॥ "জনার্দ্দন! কেশব। নহাকা অমুক্ থ্ৰনায়াওবা উন্নবাসিকে।" বিদায় কলবা তুংদা কৃষ্ণসি থ্ৰনায়াওনা মকমঅহুদগী সারথিদারুকক্তা লোয়ননা প্রপ্রপ চৎখি ॥৭৪॥ মহারাজ। কৃষ্ণনা চৎশ্রগাতুংসিদা অসোমদা হায়নিংওাই লৈতবা স্বভাবনা মহাকীওহবা, জগৎপুম্বনা খুরমরিবা বেদব্যাসনা নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রবু নীওথিবা রাহৈনা থেমজিলহৌই ॥৭৫॥ মহারাজ। আসোম্‌দা কৃষ্ণসু থবকমহৈ রাম্মুনা পাণ্ডবশিংগা উনরূগে হায়রুনা হাস্তিনানগরদগী তুরেলগী! মপান্দা লৈরিবা লালশং অদু তায়া প্রপ্রপ চৎখি ॥৭৬॥ কৃষ্ণনা অহিং অহুমক্তদা হমক্‌না, তুরেল মপান্দা শারিবা লালশং অহুদা হেক্ য়োখিবা পাণ্ডবশিংগী নাক চত্তাগম্মুনা গান্ধারীগী অশাউবা নেমথখিবগী পাউ অহু তম্মবা তুংদা, মতুংদা লৌথগদবা থবকী পায়া অত থমহনা অহিং অহমা লেনখি ॥৭৭॥

মকম্ অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা শল্যপর্ব্বদা গদাযুদ্ধগী মতাংদা "ধৃতরাষ্ট্রগান্ধারী প্রবোধন" কৌবা য়াথ্‌মাপলগুবা অধ্যায় লোইরে।

**শল্যপর্ব্ব লোইরে**

সৌপ্তিক পর্ব্বদা

# মঙ্গল নিজবা

অপাম্ব অশাওব মিহৌবগী
তাইবং লাঙ্গুং নুংসিদা
মঙবু তাইবংনি খন্দুনা
অমনা অমবু হাংনরি শিনরি।
হাংলিব মাস্তু মঙদনি, শিরিব মাস্তু মঙদনি,
অনীমক্ মংদ, চঙসিন্মিন্নরি।
তুমচুনা লৈরম্ব ফীবম্ তাউনা
ময়াম্ব থুদক্ত হোদোক্ হোদোক্তনা
অশ্বথামাবু হাংহন্থি নহাক্না
তাইবং মপোক্কী লীলাসে
"সৌপ্তিক পর্ব্ব" তুম্বগী মতাংনি।
সিগুম্ব নংগী লীলা মতাংবু
ইজরি ঈরোন্দা অরান' ঙাকপিয়ু।

——:·:——

---

✻ কাশীরামনচিংবা অতৈ ভারতলেখকশিংগী সৌপ্তিক পর্ব্বগী মতুং ইনবা মঙ্গল নিজবা অমস্তু মথংদা হাপচে।

সৌপ্তিক পর্ব্বদা

# মঙ্গল নিজবা

তাইবংদা তৌরিব থবকপু,
মঙদ তৌবনি থঙহল্লনা,
মঙবু তাইবংগুম উহনবা
তাইবং—মঙ ’ নীমক্তা
জীববু থাদত্তনা শাম্নহৈবা
তাইবং লাঞ্জাও লুচিংবা
চঙজৈ কৃষ্ণগী চরণদা ॥১॥
মশানা তৌরিব থবক্ত,বুদি
তুম্লিঙৈদা মঙদ তৌবনি থঙদবা
পঙলবা অশ্বত্থামা কৌবনা
তুমদবা পাণ্ডব মঙাগী
তুমলিব মচা মঙাবু
তুম্লিবা পাণ্ডব মঙানি
থল্লুনা মঙক ককহনবা
তাইবং লীলা ফঙ্গাক্তা
মায়াগী লীলা শাম্ন পাক্তা
ঈবুঙো নংঙোন্দ চঙজরি
সৌপ্তিকপর্ব্ব—তুকগী মতাং
ইজরি ঈরোন্দা অরানবা ঙাকপিয়ু ॥২॥

——:•••:——

ॐ

# শ্রীমহাভারতম্

## সৌপ্তিক পর্ব্ব

( তুম্মিডৈদা হাংবা )

## প্রথমোঽধ্যায়ঃ

অহানবা অধ্যায়

( দুর্য্যোধনগী বিলাপ )

---:*:---

নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্ ।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥ *

---

* পর্ব্বগী মঙ্গলাচরণগী মতুংইন্না হনবা অর্থগী ব্যাখ্যা :— মায়াগী তরঙদা হায়বদি মায়াগী ঈশিংদা শায়কম্ ওইদুনা লৈরিবা ব্রহ্ম নারায়ণবু, অদুগা মাগী মশাদা য়াওবা হৈতদুনা—ওমদদুনা মায়াগী দেহলুংসিদা তুমদুনা জ্ঞান তাদনা লৈরিবা, মহাক্না তৌরিবা খবক পুম্নমক মশামক্তু তুম্মিডৈদা হায়বদি জ্ঞান তাদ্রিডৈদা তৌরিবনি হায়বসিমক খঙজদনা, তু য়িবনি মীকপ থোকলিবনি হায়বা লায় থবথিদুনা তুম্ তুমদবা অবস্থা পুম্নদা চপ মান্ননা লৈবা ব্রহ্ম মাগী অংশ ওইবা নরবুসু হায়বদি জীবাত্মাবুসু খুরুম্জদুনা হায়বদি শক্তি শক্তিমান অনীবু খুরুমজদুনা, তুম্নগী অবস্থাদা লৈদুনা শায়রিবা জীব ( নর ) গা, মতম পুম্নদা জাগৃতাবস্থা লৈরিবা ব্রহ্ম ( নারায়ণ ) গা অনীবু খুরুমজরম্না, তুম্ তুমদবা অবস্থা অসিদা লৈরিবা জীব ব্রহ্মগী মশক্ ওইরবা নরনারায়ণ অনীগী গুণবু শকচবদা য়েথায়বা লৈতনা মতোল্লোয়বা সরস্বতীবু ব্যাসবুসু খুরুমজরবা তুংদা সংসারগী বিষয়গী লাঞ্জাওসি জয় ওইনবগী মশক ওইরবা জয় কৌবা মহাভারতপু শক্ শোনগদবনি ( শক শোঙ্গনি ) অথয়। ভাবতিঃ— তুম্মিডৈদা পাণ্ডব মচাবু হাৎকে থোমাংবা অশ্বত্থামানা মান। তৌরিবা তমথিরবা কর্ম্ম অসিমক মশামক্তু তুম্মিডৈদা হায়বদি জ্ঞান তাদ্রিডৈদ। তৌরি-বনিকো। হায়বসি হুম্মানা। খলহৌদবনা পঞ্চপাণ্ডবপুদি হাত্তদুনা পঞ্চপাণ্ডবকী মচা মচাবু হাৎখি পাণ্ডব মচাগী মচাশিংদুবু পাণ্ডব মচামক্তি হায়না শেরায়না উথিদুনা তুম্মিডৈদা মতক কক্তুনা হাৎখি। মাসিগী মতাংসি নরনারায়ন অনীবু অদুগা সরস্বতী ব্যাসবুসু খুরুমজদুনা জয় কৌবা মহাভারতপু শক শোঙগদবনি। অসিগুম্বা লৌলা অসি নরনারায়ণ অনীনা হায়বদি প্রকৃতি পুরুষ অনীনা হায়বদি জীব ব্রহ্ম অনীনা মীকুপ খুদিংগী শায়রি।

ইষ্টং ভৃত্যা ভৃতাঃ সম্যগ্‌ভূঃ প্রশাস্তা সসাগরা। মূর্দ্ধ্নি স্থিতমমিত্রাণাং জীবতামেব সঞ্জয়। ॥১৮॥
দত্তা দায়া যথাশক্তি মিত্রাণাঞ্চ প্রিয়ং কৃতম্‌। অমিত্রা বাধিতাঃ সর্ব্বে কো নু স্বন্ততরো ময়া ।১৯।
যাতানি পররাষ্ট্রাণি নৃপা ভুক্তাশ্চ দাসবৎ। প্রিয়েভ্যঃ প্রকৃতং সাধু কো নু স্বন্ততরো ময়া ।২০।
মানিতা বান্ধবাঃ সর্ব্বে বশ্যঃ সংপুজিতো জনঃ। ত্রিতয়ং সেবিতং সর্ব্বং কো নু স্বন্ততরো ময়া ।২১।
আজ্ঞপ্তং নৃপমুখ্যেষু মানঃ প্রাপ্তঃ সুদুর্ল্লভঃ। আজানেয়ৈস্তথা যাতং কো নু স্বন্ততরো ময়া ।২২।
অধীতং বিধিবদ্দত্তং প্রাপ্তমায়ুর্নিরাময়ম্‌। স্বধর্ম্মেণ জিতা লোকাঃ কো নু স্বন্ততরো ময়া ।২৩।
দিষ্ট্যা নাহং জিতঃ সংখ্যে পরান্‌ প্রেষ্যবদাশ্রিতঃ। দিষ্ট্যা মে বিপুলা লক্ষ্মীর্মৃতে ত্বন্যং গতা বিভো ।২৪।
যদিষ্টং ক্ষত্রবন্ধূনাং স্বধর্ম্মমনুতিষ্ঠতাম। নিধনং তন্ময়া প্রাপ্তং কো নু স্বন্ততরো ময়া ।২৫।

---

শাসন তৌরে। হিংহুনা লৈরিবা য়েক্লবা করাগী মকোক্তা নেংহুবা পারে ॥১৮॥ ঐগী লৈজবা শক্তিনা দান দক্ষিনা করা তৌরে মরূপশিংগী পেম্নবা থবক করা করা তৌরে। য়েক্লবা পুম্বু মমহৎলে। হীরম পুম্বদা ঐগা মান্নবা কনা লৈ ? ॥১৯॥ য়েকনবগী লমদা করাম্বক লাম্বারে য়েক্লবশিংবু কাহুনা মীনায়গুম শীজিন্নরে। মরূপ মপাংশিংদা নীংথিবা ব্যবহার করা তৌরে। ঐগা মান্নবা কনা লৈবগে ? ॥২০॥ মরূপ মপাংশিংদা মতিক চানা সম্মান তৌরে। ঐগী ঈথা পোন্নবশিংদসু মতিক চানা চানা সম্মান তৌরে। নিয়ম কায়দনা ধর্ম্ম অর্থ অমদি কামবু ভোগ তৌরে। অদুনা হীরম পুম্বদা ঐগা মান্নবদি কনা লৈ ? ॥২১॥ অকনবা নিংথৌ করা করাগী মথক মাথং তাউথরবা ঐনি। মী অমনা পাক কংডবরবা মীকাই খুমম করা করা কংখ্রে। অমনা কংডমদ্রবা কয় করবা শগোল শামু করা করাগী মথক্তা তোংহুনা খুহুম চত্লবা য়েক্লবশিংগী লৈপাক্তা করাম্বক হয়া কে'ম্নরে। অদুনা ঐগা হিরম পুম্বদা চাংদমনপদবা কনা লৈ ॥২২॥ বিধি কায়দনা ধর্ম্ম শাস্ত্র করা তমলে। অমা অমেক য়াওদনা পুন্নসি লেরে ক্ষত্রিয় ধর্ম্মগী মতুং ইন্না য়েক্লবশিংবু ওমলে। অদুনা ঐগা মান্নবা কনা লৈ ॥২৩॥ লাইবক কবনা, কনাগী মপাউগোল্লা মীনায়গুম্‌ লৈরকত্রি। মীনা ওমথিহুনা লাজকমদগী মায় ওন্থনা থক্‌ চেজ্রকত্রি। লাইবক কবনা, ঐনা শিরবা তুংতদা ঐগী পান্থচাউরবী মাজলক্ষ্মী অমে অতোপ্পগী মখুৎতা চৎখিগদৌরি ; ঐনা হিংলিঙৈ মতম্‌দদি থক্‌ চৎলোই, চৎহল্লোই ॥২৪॥ মশাগী ধর্ম্ম কায়দনা চৎপা অকনবা মরূপ ক্ষত্রিয়শিংনা পামজবা, অদুগুম্বা অশি অদো ঐনা ফংলে। অদুনা ঐগা মান্নবা কনা লৈ ? ॥২৫॥ লাইবক্‌ কবনা, মীচম্‌ অমগুম্বা লাজকমদগী মায় ওন্থনা থক্‌ চেজকত্রি, য়েক্লবগী মথাক্‌ পোল্লকত্রি। ধর্ম্মগী মিরুদ্ধ অহৈবা বুদ্ধিনা কনাগী

স্নুষাভিঃ প্রস্নুষাভিশ্চ বৃদ্ধো রাজা পিতা মম। গান্ধারীসহিতশ্চৈব কাং গতিং প্রতিপৎস্যতে ॥৩৬॥
নূনং লক্ষ্মণমাতাপি হতপুত্রা হতেশ্বরা। বিনাশং যাস্যতি ক্ষিপ্রং কল্যাণী পৃথুলোচনা ॥৩৭॥
যদি জানাতি চার্ব্বাকঃ পরিব্রাড্ বাগ্‌বিশারদঃ। করিষ্যতি মহাভাগো ধ্রুবং সোঽপচিতিং মম ॥৩৮॥
সমন্তপঞ্চকে পুণ্যে ত্রিষু লোকেষু বিশ্রুতে। অহং নিধনমাসাদ্য লোকান্ প্রাপ্স্যামি শাশ্বতান্ ॥৩৯॥
ততো জনসহস্রাণি বাষ্পপূর্ণানি মারিষ। প্রলাপং নৃপতেঃ শ্রুত্বা ব্যদ্রবন্ত দিশো দশ ॥৪০॥
সসাগরবনা ঘোরা পৃথিবী সচরাচরা। চচালাথ সনির্হ্রাদা দিশশ্চৈবাবিলাভবন্ ॥৪১॥
তে দ্রোণপুত্রমাসাদ্য যথাবৃত্তং ন্যবেদয়ন্। ব্যবহারং গদাযুদ্ধে পার্থিবস্য চ পাতনম্ ॥৪২॥
তদাখ্যায় ততঃ সর্ব্বে দ্রোণপুত্রস্য ভারত!। ধ্যাত্বা চ সুচিরং কালং জগ্মুরার্ত্তা যথাগতম্ ॥৪৩॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং সৌপ্তিক পর্ব্বণি সুপ্তবধে দুর্য্যোধনবিলাপে প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥১॥ *

——:*:——

॥৩৭॥ ঐগী মরুপ, লম্বোইব, রাজাংহৈবা, মহাত্মা ওইরবা পাণ্ডিত চার্ব্বাকনা ধর্ম্মকায়রবা মীহাৎনা ঐনা শিখিবগী পাউ অসি তাবখোক্লবদি শেংরদনা মানা পাণ্ডবশিংগী মথক্তা লমন শুম্লখিনি ॥৩৮॥ মরোল অহুম্‌দা কাওরব, শেংলবা সমন্তপঞ্চক কোৌবা তীর্থসিদা থরাই থাজবা কংলবনিনা ঐদি শোয়দনা, লেপ্তব্রবা স্বর্গধামবু কংলুরগনি ॥৩৯॥ মহারাজ! নচাইবুংগোগী অসিগুম্বা মপুক্লিং যুংশিনা তেংথা নাওইনা কপ্পা খোঞ্জেলসি তাবদা মী লিশিং লিশিংনা মমাঙ্তগী মপি শিন্থ শিন্থনা মায়গৈ পুম্বদগী চেনশিন্নরকতুনা দুর্য্যোধনগী অকোয়বদা লেপ্লরে ॥৪০॥ অসিগী তুংদা চীঙমান তুরেল সমুদ্রনচিংবা অচক্তম জীব পুম্বনা তিল্লবী পৃথিবীনা অকিবগী মশকপুক্তনা থক থক নাকখি। তমখিরবা অমাকপা খোঞ্জেল মায়গৈপুম্বদা তাম্লখি। মায়গৈতম্বাসি মশেল মরাংতি, ঈমক্ মকশিনখি ॥৪১॥ দুর্য্যোধনবু ভীমনা অরানবা গদাযুদ্ধদা মায়থীবা পীখে, তুহনখে হায়বা পাউ অসি, মীয়াম্না চেন্দুনা অশ্বত্থামাগী মকমদা থ নায়াঙনা তম্লুরে ॥৪২॥ ভরতনন্দন! মহারাজ! মীয়ামশু অশ্বত্থামাগী মকমদা পাউ তম্লমগা মাগী মাগী ময়ুমদা তুমিন তুমিন হল্লখি ॥৪৩॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং, চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা সৌপ্তিক পর্ব্বদা সুপ্তবধগী মতুংদা দুর্য্যোধনবিলাপকী অহানবা অধ্যায় লোইরে।

——:(০):——

# মহাভারতম্

( অশ্বত্থামাবু সেনাপতি হাপ্পগী মতাং )

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।

অনীশুবা অধ্যায়

— —:*:— —

সঞ্জয় উবাচ ।

সাত্বিকানাং সকাশাত্তু শ্রুত্বা দুর্য্যোধনং হতম্ । হতশিষ্টাস্ততো রাজন্ ! কৌরবাণাং মহারথাঃ ।১।

বিনির্ভিন্নাঃ শিতৈর্বাণৈর্গদাতোমরশক্তিভিঃ । অশ্বত্থামা কৃপশ্চৈব কৃতবর্ম্মা চ সাত্বতঃ ।২।

ত্বরিতা জবনৈরশ্বৈরায়োধনমুপাগমন্ । তত্রাপশ্যন্মহাত্মানং ধার্ত্তরাষ্ট্রং নিপাতিতম্ ।৩।

প্রভগ্নং বায়ুবেগেন মহাশালং যথা বনে । ভূমৌ বিচেষ্টমানং তং রুধিরেণ সমুক্ষিতম্ ।।৪।।

মহাগজমিবারণ্যে ব্যাধেন বিনিপাতিতম্ । বিবর্ত্তমানং বহুশো রুধিরৌঘপরিপ্লুতম্ ।৫।।

যদৃচ্ছয়া নিপতিতং চক্রমাদিত্যগোচরম্ । মহাবাতসমুত্থেন সংশুষ্কমিব সাগরম্ ।।৬।।

পূর্ণচন্দ্রমিব ব্যোম্নি তুষারাবৃতমণ্ডলম্ । রেণুধ্বস্তং দীর্ঘভুজং মাতঙ্গসমবিক্রমম্ ।।৭।।

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ ! অদুগী তুংদা, খোয়খোয়বা তেল, গদা য়োচ্ছক্, তুংগুক্, থাঙ তানচিংবা খুংলায়না থাবপানবগী মশাহু ঈহোহোগায়রবা খুরক হাগুদনা চৈকম লৈরবা, কৌরব পক্ষগী মহারথী অম ওইনা লৈরিবা, হাৎখিবাশিখিবগী লেমহৌবা কৃপাচার্য্য, অশ্বত্থমা, অমুগা কৃতবর্ম্মা মখোয়সিনা মীশিং অদুগী মচীন্দগী দুর্য্যোধনতুরে হায়বা পাউসি তাবদা য়াওলবা শগো য়চিংবা রথ অমমমুদতোংহনা লালকম অদু তায় থ,না য়াওনা লাকৃখি । মকম্ অদুদা মখোয়না করি উবিবগে হায়রবু:—

উমংচুংদা কয়বা তুংশিংদা, কুবদা মরুমথায়াওনবু
লৈমায়থক্ত তুয়বা, বাংচাউরবা চীংগ পাম্বীগুম্বা
শাদাঙ্গবনা তুহল্লবা, বাংচাউরবা শামুলমুশাগুম্বা
লাইগী নোংদমুনা নোংমদোঙ্কগী তায়কপা তুমিৎ মকোয়গুম্বা
অনগী তুংশিংনা কংশিনখিবা, লৈকংলাগুম্বা সমুদ্রগুম্বা
লৈচিমথানা কুপশ্রবা, থাগী নীংথিবমকোয়গুম্বা

বৃতং ভূতগণৈর্ঘোরৈঃ ক্রব্যাদৈশ্চ সমন্ততঃ। যথা ধনং লিপ্সমানৈর্ভৃত্যৈর্নৃপতিসত্তমম্ ॥৮॥
ভ্রুকুটীকৃতবক্ত্রান্তং ক্রোধাদুদ্বৃত্তচক্ষুষম্। সামর্ষং তং নরব্যাঘ্রং নিপতিতং যথা ॥৯॥
(কুলকম্)

তে তং দৃষ্ট্বা মহেষ্বাসা ভূতলে পতিতং নৃপম্। মোহমভ্যাগমন্ সর্ব্বে কৃপপ্রভৃতয়ো রথাঃ ॥১০॥
অবতীর্য্য রথেভ্যশ্চ প্রাদ্রবন্ রাজসন্নিধৌ। দুর্য্যোধনঞ্চ সংপ্রেক্ষ্য সর্ব্বে ভূমাবুপাবিশন্ ॥১১॥
ততো দ্রৌণির্মহারাজ বাষ্পপূর্ণেক্ষণঃ শ্বসন্। উবাচ ভরতশ্রেষ্ঠং সর্ব্বলোকেশ্বরেশ্বরম্ ॥১২॥
ন নূনং বিদ্যতে সত্যং মানুষে কিঞ্চিদেব হি। যত্র ত্বং পুরুষব্যাঘ্র! শেষে পাংশুষু রূষিতঃ ॥১৩॥
ভূত্বা হি নৃপতিঃ পূর্ব্বং সমাজ্ঞাপ্য চ মেদিনীম্। কথমেকোঽদ্য রাজেন্দ্র! তিষ্ঠসে নির্জ্জনে বনে ॥১৪॥
দুঃশাসনং ন পশ্যামি নাপি কর্ণং মহারথম্। নাপি তান্ সুহৃদঃ সর্ব্বান্ কিমিদং পুরুষর্ষভ! ॥১৫॥

---

মমাল্লব কৈজাওমনা লাকৃৎপমলব কৈজাওশ্রবা
কৈজাওশুম থোরবা, শামুশুম কল্লবা অকনবা
তাঙ্গনা লৈরম্মি লৈমায়থক, দুর্য্যোধন নিপা অথোইবা।

মতম অদুদা দুর্য্যোধন অসি, মশাগী ঈনা পুম্নপ লুপ্নি। চৈনা খাওবা ওমদনা থরো মাল্লো ওন্দুনা লৈম্মি। য়েৎলোম্ ওয়রোম হলৎ হন্দা মাওল্লি। নগ্নবা ঈগী লোয়ননা উফুম্না মশাগী পুমতোং তোংলি। কমজাও কানীওবা, মনা মথেল লম্নুম পাম্বা, চাংবোল হৈগা মাসাম্না মিংথোবু কোয়শিন্দুনা লৈবশুম্ শাহিং চাবা শা উচেক্কা দুর্য্যোধনবু য়ায় থোয়াংবা কোয়শিন্দুনা লৈরম্মি। য়াম্ন কন্ন শাউরবগী, লাংশিন্নবা মায়থোংদা শূক্রবা পীগুম্না থোইরপ তোনা লৈরম্মি। মীৎনু অনীগু মথকলোমদা ওনথংলি। ফুনবগী চৈনা অদুগা পুংওাইজবা অশাউবগী মৈশা অনীবু খাওবা ওম্‌দনা লৈরম্মি ॥১—৯॥ কৃপাচার্য্যানচিংবা মহারথীশিং অসি দুর্য্যোধননা লৈমায়থক্কা, মতমদ ওাইদুনা লৈরবা অনাবশুম্ ওন্দুনা লৈরবদু উবদুদা চপ মান্ননা পাথংখি, জ্ঞান তাখিদে ॥১০॥ অদুগী তুংদা, মথোয় পুম্নমক মাগী মাগী রথদগী চোংথদুনা দুর্য্যোধনগী অকোয়বদা তুম্মিন তুম্মিন কমথনখি ॥১১॥ মহারাজ! অদুদগী, অশ্বত্থামা অসি মপি ত্রাং ত্রাং চেন্দুনা, মুংশাংশোয় মপি হোন্দুনা ভরতবংশগী অথোইবা নিংথৌ পুম্নমক্কী নিংথৌ দুর্য্যোধনদা অম্নম্না হায়রকই ॥১২॥ নিপা অথোইবা। নিংথৌরেল। মর্ত্ত্যলোক অসিদা কয়িশুম্না অমত কূইনা লৈগদবা নত্তে। মশক ওন্দনা লৈগদবা পোৎশক অমত অগত লৈতে। প্রমান হায়বদু নহাক্‌না নিংথৌনা হৌজিক উফুম্না ঈরাও ৱাউনা লৈমায়থক্কা ওন্দুনা লৈরি ॥১৩॥

কয়িগীমো নিংথৌ অথোইবা। অচৌবা নিংথৌ ওইদুনা
পৃথ্বীগী নিংথৌ পুবদা, য়াথং তাউথরব নহাক্কা
ওসি নথক্ত অচৌকপসিদা, উমংশুম্ শূক্রবা লালকমদা
কনাম্নু কনাম্নু য়াওদনা, চেম্নিবা লৈমায়থকসিদা? ॥১৪॥

নিপা অথোইবা! দুঃশাসন, মহারথী কর্ণ, অদুগা অকল ওথৌ মরুপ মপাংশিংমু অমত্তা উথিদে কয়িনো তৌরিবসিদে। ॥১৫॥ বিধাতাগী পতিন্নু, তাইবংমীগী অবস্থাবু মীকুপ অমগী মতুংদা

দুঃখং নূনং কৃতান্তস্য গতিং জ্ঞাতুং কথঞ্চন । লোকানাঞ্চ ভবান্ যত্র শেতে পাংশুষু রূষিতঃ ॥১৬॥
এষ মুর্দ্ধাভিষিক্তানামগ্রে গত্বা পরন্তপঃ । স তৃণং গ্রসতে পাংশুং পশ্য কালবিপর্য্যয়ম্ ॥১৭॥
ক্ব তে তদমলং ছত্রং ব্যজনং ক্ব চ পার্থিব ! । সা চ তে মহতী সেনা ক্ব গতা পার্থিবোত্তম ! ॥১৮॥
দুর্বিজ্ঞেয়া গতির্নূনং কার্য্যাণাং কারণান্তরে । যদ্বৈ লোকগুরুর্ভূত্বা ভবানেতাং দশাং গতঃ ॥১৯॥
অধ্রুবা সর্ব্বমর্ত্ত্যেষু ধ্রুবং শ্রীরুপলক্ষ্যতে । ভবতো ব্যসনং দৃষ্ট্বা শক্রবিস্পর্দ্ধিনো ভৃশম্ ॥২০॥
তস্য তদ্বচনং শ্রুত্বা দুঃখিতস্য বিশেষতঃ । উবাচ রাজন্ ! পুত্রস্তে প্রাপ্তকালমিদং বচঃ ॥২১॥
বিমৃজ্য নেত্রে পাণিভ্যাং শোকজং বাষ্পমুৎসৃজন্ । কৃপাদীন স তদা বীরান্ সর্ব্বানেব নরাধিপঃ ॥২২॥
( যুগ্মকম্ )

---

করি ওইরকদগে খঙঙমদে । মাদুগী প্রমাণ হায়বদু— নিংথৌ নহাক্ হৌনা; ওসি লৈমায়থকসিদা উফুল রাইফুম ঈতৈ তৈ, নথন্ত ওহোইদুনা লৈরিদো ॥১৬॥ নিংথৌশিং লুচিংবা ওইদুনা, খ্বাইদগী মাঙ থাদুনা রেক্সবশিংবু নৈহৎলম্বা নিংথৌ নহাক্ ওসিদি উফুলথক ওন্দুনা য়ায়ুংদা উফুল চিংশিল্লি অঙকপনি, য়েংঙু, মতমগী খোঙতৈ ॥১৭॥

অত্তোবা ছত্রনা কদায়দা
কাঙ্গাই চামরনা কদোমদা
মনাই নশম কদায়দ লৈরবা
পাক্ চাউরবা লাম্মী মপৈনা
চৎখ্রবা লৈরবা কদোম্দা । ॥১৮॥

তোঙাল তোঙানবা কারণনা মথং মথং লাক্লবদি কার্য্য ( থবক ) সু তোঙাল তোঙাল মওং লৌরকই । মাসি কয়িননো, কনাস্থ খঙলোই । কারণশিংদুগী অবস্থা খঙঙমদনা থবক পুম্বগী অবস্থাস্থ খঙঙমদে । মাদুগী খুদম হায়বদু খ্বাই অথোইবা ওইরম্বা নংনা খ্বাইদগী তোপ্নবা অবস্থাদা তায়রে ॥১৯॥ নিংথৌ নহাক্না মতম অমদা, ইন্দ্রমক্তা শীংনরম্বনি । অদুবু হৌজিক্কি মতমদা ওইরিবা অবস্থাসিবু উবদা, লৈরিবা সম্পত্তি পুম্বসে মিকুপ অমগীদমক্তা লৈরিবনি হায়বসি যুম খঙলে ॥২০॥ মহারাজ ! অশ্বত্থামাগী রাসি তাবদা নঙাইবুত্তো দুর্য্যোধননা মথুৎনা তপ্প তপ্পা মিৎলুদগী তারকপা পিবু তৈথোক্লগা, কৃপাচার্য্যনচিংবা অকনবশিংগী মকথদা মতম অহুদা তোগদবা থবকপূ তপ্প তপ্পা য়াহৈ মতেক মতেক হায়বকই:– ॥২১-২২॥ মতমগী খোঙতৈনা মীকুপ খুদিংগী হোংবনা, উরিবা অচচ্চত পুম্বা ওহাক ওহাক উৎলগা মশক হেক হেক উথিদে । খুবক্তা মাঙথি, কায়থি তোইথি । মাসে বিধাতানা লেপথবা

ঈদৃশো মর্ত্যধর্ম্মোঽয়ং ধাত্রা নির্দ্দিষ্ট উচ্যতে। বিনাশঃ সর্ব্বভূতানাং কালপর্য্যায়কারিতঃ ॥২৩॥
সোঽয়ং মাং সমনুপ্রাপ্তঃ প্রত্যক্ষং ভবতাং হি যঃ। পৃথিবীং পালয়িত্বাহমেতাং নিষ্ঠামুপাগতঃ ॥২৪॥
দিষ্ট্যা নাহং পরাবৃত্তো যুদ্ধে কস্যাঞ্চিদাপদি। দিষ্ট্যাহং নিহতঃ পাপৈশ্ছলেনৈব বিশেষতঃ ॥২৫॥
উৎসাহশ্চ কৃতো নিত্যং ময়া দিষ্ট্যা যুযুৎসতা দিষ্ট্যা চাস্মি হতো যুদ্ধে নিহতজ্ঞাতিবান্ধবঃ ॥২৬॥
দিষ্ট্যা চ বোঽহং পশ্যামি মুক্তানস্মাজ্জনক্ষয়াৎ। স্বস্তিযুক্তাংশ্চ কল্যাংশ্চ তন্মে প্রিয়মনুত্তমম্ ॥২৭॥
মা ভবন্তোঽনুতপ্যন্তাং সৌহৃদান্নিধনেন মে। যদি বেদাঃ প্রমাণং বো জিতা লোকা ময়াক্ষয়াঃ ॥২৮॥
মন্যমানঃ প্রভাবঞ্চ কৃষ্ণস্যামিততেজসঃ। তেন ন চ্যাবিতশ্চাহং ক্ষত্রধর্ম্মাৎ স্বনুষ্ঠিতাৎ ॥২৯॥
স ময়া সমনুপ্রাপ্তো নাস্মি শোচ্যঃ কথঞ্চন। কৃতং ভবদ্ভিঃ সদৃশমনুরূপমিবাত্মনঃ।
যতিতং বিজয়ে নিত্যং দৈবন্তু দুরতিক্রমম্ ॥৩০॥
এতাবদুক্ত্বা বচনং বাষ্পব্যাকুললোচনঃ। তূষ্ণীং বভুব রাজেন্দ্র! রুজাসৌ বিহ্বলো ভৃশম্ ॥৩১॥

---

অগত্তা লৈবা অচঞ্চত্ত জীব পুম্বগী লেঙত্রবা ধর্ম্মনি ॥২৩॥ ঐনা হৌজিক লৈরিবা অবস্থাসে ময়ামা ময়েক লানা উবিরে। মতম কুইনা লৈপাক ঙ ক্লয়গা পোলোইদ লৈপাক্কা ওল্লরে ॥২৪॥ লাইবক কবনা, ঐগী পূনশিদা অরাবা খুদোংথীবা মকম মতম অয়াম্বদা মায় ওন্দুনা মায়থীবা কংজয়কত্রি। অদুবু লাইবক অদু অমুক থীথিহনা, নমঙ য় ঐবুত্তহনখ্রে ॥২৫॥ লাইবক কবনা, ঐহাক্ল লালকম্ খুদিংদা কিব লৈত্তনা পুক্লিং থৌগৎনা লাম্বেংনজয়কই। অসিদগী হেন্না অমুক লাইবক কবনা শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং লোইনা হাৎখ্রব মতুংদা ঐনা ঈশোন কোম্না তুয়রে ॥২৬॥ লাইবক কবনা ঐহাক্লা, থম লৈহৌবিবা অকনবা মরুপ নখোয়বু তেক্ত কায়দনা উবা কংজরে, ঐগী থরাই থারমদাই মতমসিদা। মসিমক ঐগী থোইনা হয়াউ নুংঙাইজকম্নি ॥২৭॥ নখোয়না ঐবু নুংশিবিরবদি, ঐনা থরাই থাবসিদা, থোইনা য়াবা নুংঙাইতবা তৌবিন্দু। ময়মদি বেদগী বাক্যনা অচুম্বমক্তা ওইরবদি, তাইবং হুকচাংসি থাদোক্লয়গা ঐদি অমাঙ অতা লৈত্রবা স্বর্গ কংঙ্‌, য়গদবনি ॥২৮॥ হায়নীঙঙায় লৈত্রবা তেজনা মহাক্কী ওইবা কৃষ্ণগী মতীক মঙ্গলবু ঐ লোইনা খঙিঙ। অদুবু মহাকম কম্ব ঐবু ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মদগী খুবৈ নামকাওবা চথোক্‌হনবা ঙমদে ॥২৯॥ ঐনা ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মবু চপ চানা ঙাকলি। অদুনা অকনবা নখোয় কনা অমতনা ঐগীদমক য়াকম থোক্কে। অদুগা অকনবা নখোয়স্থ নহাক্কী নহাক্কী নখোবু মতিক চপ চপ চানা তৌবিয়ে। ঐ খঙিঙ মকম মতম পুম্বদা জয় ওইননবা ময়ায়া কয়া হোৎনবিবে। অদুবু বিধিগী নিয়মনা শেমথিবা হানবনা অদুগা নিয়মদুবু ককথৎপা য়াদবনা জয়গী মহুত্ত পরাজয় কংলে ॥৩০॥ নিংথৌ! নচাঈবুঙো দুর্য্যোধননা য়াইহে খরসি হায়বম্নগা চৈনা থাঙবা ঙমদগুনা মপি ত্রং ত্রং চেয় তুমিন লৈখ্রে ॥৩১॥ দুর্য্যোধনগী

তথা তু দৃষ্ট্বা রাজানং বাষ্পশোকসমন্বিতম্। দ্রৌণিঃ ক্রোধেন জজ্বাল যথা বহ্নির্জগৎক্ষয়ে ॥৩২॥

স তু ক্রোধসমাবিষ্টঃ পাণৌ পাণিং প্রপীড্য হ। বাষ্পবিহ্বলয়া বাচা রাজানমিদমব্রবীৎ ॥৩৩॥

পিতা মে নিহতঃ ক্ষুদ্রৈঃ সুনৃশংসেন কর্ম্মণা। ন তথা তেন তপ্যামি যথা রাজন্! ত্বয়াদ্য বৈ ॥৩৪॥

শৃণু চেদং বচো মহ্যং সত্যেন বদতঃ প্রভো!। ইষ্টাপূর্ত্তেন দানেন ধর্ম্মেণ সুকৃতেন চ ॥৩৫॥

অদ্যাহং সর্ব্বপাঞ্চালান্ বাসুদেবস্য পশ্যতঃ। সর্ব্বোপায়ৈর্হি নেষ্যামি প্রেতরাজনিবেশনম্।

অনুজ্ঞাং তু মহারাজ! ভবান্মে দাতুমর্হতি ॥৩৬॥ (যুগ্মকম্)

ইতি শ্রুত্বা তু বচনং দ্রোণপুত্রস্য কৌরবঃ। মনসঃ প্রীতিজননং কৃপং বচনমব্রবীৎ।

আচার্য্য! শীঘ্রং কলসং জলপূর্ণং সমানয় ॥৩৭॥

স তদ্বচনমাজ্ঞায় রাজ্ঞো ব্রাহ্মণসত্তমঃ। কলসং পূর্ণমাদায় রাজ্ঞোঽন্তিকমুপাগমৎ ॥৩৮॥

তমব্রবীন্মহারাজ! পুত্রস্তব বিশাংপতে!। মমাজ্ঞয়া দ্বিজশ্রেষ্ঠ! দ্রোণপুত্রোঽভিষিচ্যতাম্।

সৈনাপত্যেন ভদ্রং তে মম চেদিচ্ছসি প্রিয়ম্ ॥৩৯॥

---

ওইরিবা অবস্থাসি উবদা অশ্বত্থামা অসি প্রলয়গী মৈগী মত্তোঙ্গম অশাউবগী মৈনা মশা পুম্বা চাকৎেকককই ॥৩২॥ অশ্বত্থামানা অশ উবগা কোপ্তনা খুৎ অমি প্রোক প্রোক থেক্লনা; শ্র শ্রু নোইদুনা শাউমনখিদুনা রাহৈ মচেৎ মচেৎনা দুর্য্যোধনদা অসুম্না হায়রকই ॥৩৩॥ নিংথৌ পাঞ্চালশিংনা নমথাক তৌদুনা, সুংশি হৈতনা ঐগী ইপাবুন্ন হ'ৎখি। অদুবু ঐ মাদুদা অদুক রাবা সুংত্তাইতবা তৌখিদে। ওসি ভীমনা মহারাজবু নমথাকি লান্দা কুহমখিবসি উৎদ, শাউনিংবা সুংত্তাইতবা অদুগ, ইপা হাৎখিবা মতমদা শাউনিংবা সুংত্তাইত্তবা তৌখিদে ॥৩৪॥ ঐথোয় খ্বাইগী মপু ওইরম্বা। যজ্ঞদান করা ঐনা তৌখিবা, মীগী উপকারগীদমক পুখ্রি কুহা করা তৌখিবা, অদুগা ধর্ম্ম কর্ম্মগী অনুষ্ঠান করা করা তৌজখিবা— পুন্নমক অদুগী মহৈ মিথুপ্ত মাঙবা ওইসনু— ঐ রাশক্লি। ওসিগী লান্দা ঐনা কৃষ্ণমকি মাৎদা পাঞ্চাল পুন্নমকপু হাৎকে মসিগীদমক নিংথৌ নানা ঐত্তোন্দা য়াথং পিবিরম্মু ॥৩৫—৩৬॥ কুরুরাজ দুর্য্যোধননা অশ্বত্থামাগী রাহৈসি তাবদা থোইদোক্লা পেনখিদুনা কৃপাচার্য্যদা অসুমা হায়খিঃ— আচার্য্য! থুনা য়াওনা ঈশিং থম্ন চাম্ন চকু অম পুবিরকউ ॥৩৭॥ ব্রাহ্মণ অথোয়বা কৃপাচার্য্যনা দুর্য্যোধনগী রাহ্ন তাবদা ঈশিংনা থম্না চাম্নবা চকু অম পুদক অদুদা দুর্য্যোধনগী নাক্ত পুশিল্লকই— ॥৩৮॥ মহারাজ! অদুদগী নচাইবুত্তো দুর্য্যোধননা কৃপাচার্য্যদা অসুম্না হায়রকইঃ— ব্রাহ্মণ অথোইবা, আচার্য্যদেব ঐবু নুংশিবিরবদি, ঐনা তৌকনজনিঙবা থবকপু তৌবিগে থক্লবদি, ঐনা হায়জরিবসিগী মতুংইন্না চৌজিমক অশ্বত্থামাবু সেনাপতি হাপ্পিদুনা অভিষেক তৌবিয়ু। মঙ্গল ওইবিয়ু ॥৩৯॥ বাহ্ন

রাজ্ঞো বধেন সন্তপ্তা মুহূর্ত্তং সমবস্থিতাঃ ।৫।

## ধৃতরাষ্ট্র উবাচ।

অশ্রদ্ধেয়মিদং কর্ম্ম কৃতং ভীমেন সঞ্জয় ! । যৎ স নাগাযুতপ্রাণঃ পুত্রো মম নিপাতিতঃ ।৬।
অবধ্যঃ সর্ব্বভূতানাং বজ্রসংহননো যুবা । পাণ্ডবৈঃ সমরে পুত্রো নিহতো মম সঞ্জয় ! ।৭।
ন দিষ্টমভ্যতিক্রান্তুং শক্যং গাবল্গণে ! নরৈঃ । যৎ সমেত্য রণে পার্থৈঃ পুত্রো মম নিপাতিতঃ ।৮।
অদ্রিসারময়ং নূনং হৃদয়ং মম সঞ্জয় ! । হতং পুত্রশতং শ্রুত্বা যন্ন দীর্ণং সহস্রধা ।৯।
কথং হি বৃদ্ধমিথুনং হতপুত্রং ভবিষ্যতি । ন হ্যহং পাণ্ডবেয়স্য বিষয়ে বস্তুমুৎসহে ।১০।
কথং রাজ্ঞঃ পিতা ভূত্বা স্বয়ং রাজা চ সঞ্জয় ! । প্রেষ্যভূতঃ প্রবর্ত্তেয়ং পাণ্ডবেয়স্য শাসনাৎ ।১১।
আজ্ঞাপ্য পৃথিবীং সর্ব্বাং স্থিত্বা মূর্দ্ধনি সঞ্জয় ! । কথমস্য ভবিষ্যামি প্রেষ্যভূতো দুরন্তকৃৎ ।১২।
কথং ভীমস্য বাক্যানি শ্রোতুং শক্ষ্যামি সঞ্জয় ! । যেন পুত্রশতং পূর্ণমেকেন নিহতং মম ।১৩।

---

থবক্তৈ লৈখিয়ে। দুর্য্যোধন হাৎখিবগী দুংত্তাইতবনা করম্না লমন থুমসিগে হায়রনা তুমিন তুমিন নাপ্প চীপ্পা রাতানদুনা ওহাক্তং লেপ্তুনা লৈনখি ॥৫॥ মায়ৌতাম্লিবা ধৃতরাষ্ট্রনা সঞ্জয়দা হায়ঃ— সঞ্জয়! ভীমনা ঈচা অকনবা দুর্য্যোধনবু তুহনখ্রে হায়বসি ঐ থাজখ্রি। মরমদি ঈচা দুর্য্যোধন হায়বদুদি শামুলিশিং তরাগী পাঙ্গল কম্লবনি। অদুওম্ব মবাকপু তুহনখ্রে হায়বসি ঐ থাজখ্রি ॥৬॥ সঞ্জয়! দুর্য্যোধনগী মশাঙ্গাদ বজ্রগী মতৌওম্না য়াম্ল কনবা উইবনি। মরাম্ল কারবা পাথং অদুদি কনাওম্বা জীব অমত্তনা হাৎপা য়াদনা লৈরিবনি। অদুবু পাণ্ডবশিংনা করম্না মাবু তুহনখিবনো? ॥৭॥ সঞ্জয়! তাইবং মীনা খোথোৎপা ঙম্লবদা, মরাম্লবক্তা তমথীবা হায়বসিমতবুদি কখোক্পা লাখোকপা মওম্লে। থুদম্ ওইনা হায়রবদা অদুক্ কনবা ঈচা দুর্য্যোধনবু পাণ্ডবশিংনা হাৎখিবসিনি ॥৮॥ সঞ্জয়! ঐগী থম্মোয়সে লুংনা শাবনি। মরমদি অমতম্ব নত্তনা ঈচা চামবু হাৎখ্রে হায়বসি তাবদা থম্মোয়সে মচেৎ লিশিং লিশিং থোক্পা কায়খিদ্রে ॥৯॥ ঈচা ঈপু লোইনা হাৎপিখ্রবা অহল ওইরবা ঐখোয় অনীগী হৌজিক করি অবস্থা ওইরগনি? ঐদি যুধিষ্ঠীরগী লৈপাক্তা তাংদুনা লৈবা ঙম্মোই ॥১০॥

সঞ্জয়! ঐ ইশামক্ নিংথৌনি, নিংথৌগীম্বু মপানি। অদিওম্বা ঐনা যুধিষ্ঠিরগী মশাইগোম্ব মীনায়ওম্ কমম লৈগনি? ॥১১॥ সঞ্জয়! পৃথিবী পুম্বদা য়াথং পীরম্লবা, নিংথৌ পুম্লমক্কী মকোক্তা লেন্তুনা পাম্লবা ঐনা মত্তৌ করম্না হৌজিক যুধিষ্ঠিরগী মীনায়ওম লৈগনি? ॥১২॥ কখোক্পনিদা সঞ্জয়! ভীম মথম্বনা ঐগী ইচা চামবু হাৎখিবা। ঐনা হৌজিক ভীমগী লৈপাক্ত লৈদুনা ভীমগী মবা মখোল তাদুনা করম্না লৈগনি ॥১৩॥ সঞ্জয়! ঐগী ইচা দুর্য্যো-

ন লেভে স তু নিদ্রাং বৈ দহ্যমানো হি মন্যুনা । বীক্ষাঞ্চক্রে মহাবাহুস্তদ্বনং ঘোরদর্শনম্ ॥৩৩॥

বীক্ষমাণো বনোদ্দেশং নানাসত্ত্বৈর্নিষেবিতম্ । অপশ্যত মহাবাহুর্ন্যগ্রোধং বায়সৈর্যুতম্ ॥৩৪॥

তত্র কাকসহস্রাণি তাং নিশাং পর্য্যণাময়ন্ । সুখং স্বপন্তি কৌরব্য ! পৃথক্ পৃথগুপাশ্রয়াঃ ॥৩৫॥

সুপ্তেষু তেষু কাকেষু বিস্রব্ধেষু সমন্ততঃ । সোঽপশ্যৎ সহসায়ান্তমুলূকং ঘোরদর্শনম্ ॥৩৬॥

মহাস্বনং মহাকায়ং হর্য্যক্ষং বভ্রুপিঙ্গলম্ । সুদীর্ঘঘোণানখরং সুপর্ণমিব বেগিতম্ ॥৩৭॥

(যুগ্মকম্)

সোঽথ শব্দং মৃদুং কৃত্বা লীয়মান ইবাণ্ডজঃ । ন্যগ্রোধস্য ততঃ শাখাং প্রার্থয়ামাস ভারত ! ॥৩৮॥

সন্নিপত্য তু শাখায়াং ন্যগ্রোধস্য বিহঙ্গমঃ । সুপ্তান্ জঘান সুবহূন্ বায়সান্ বায়সান্তকঃ ॥৩৯॥

কেষাঞ্চিদচ্ছিনৎ পক্ষান্ শিরাংসি চ চকর্ত্ত হ । চরণাংশ্চৈব কেষাঞ্চিদ্বভঞ্জ চরণায়ুধঃ ।

ক্ষণেনাহন্তা বলবান্ যেঽস্য দৃষ্টিপথে স্থিতাঃ ॥৪০॥

---

মীকুপ অমত্ত কাওবা তুম্বা য়াখিদ্রে ॥৩২॥ কল্লগা অশ্বত্থামাসি অশাউবা সুংঙাইতবগী মৈনা মশাপুম্বা পুমচাক চাকথিদ্রনা অহিংচুম্বা তুম্ব ঊয়ায়াদনা লৈ। মায়গৈ মরি চিংন চিংননা ওন্থনা বনগী অকিবগী মশক ওইরবা দৃশ্য অহ্ন অমুম য়েংহনা লৈ ॥৩৩॥ অহুদগী কল্লবা অশ্বত্থামানা জীবজন্তু কয়াকয়ানা থম্ন লৈরবা বন অহু অমুম্ কোয়না য়েংলক্পদা কাক্ মরায়া পূনকোয় কোয়শিল্লবা বট পাম্বী অহুদা মুম্বা য়েংশিল্লকৃই ॥৩৪॥ কৌরবনন্দন ! মহারাজ ! কাক্লিশিং লিশিংনা বট পাম্বী অহুদা অহিং হেক হেক লেকই। অহুগা পাম্বদুগী তোঙাল তোঙানবা মশা মশেংদা তোং তোংহনা সুংঙাইনা হেক হেক তুম্মি ॥৩৫॥ অশ্বত্থামানা অমুম য়েংশিল্লকপদা কম্নি উবগে হায়ববু নীঙঙায়বা লৈতনা কাক মরামহনা তুমগ্রবদা গরুড়গুম্বা অকিবগী মশক কংলবা, শাকু কল্লবা মকু অম মকম অহুদা হেক পাইম্নকই। মখোঙ্গ্রেস য়ায়া হোই, য়াকই। মশাহ্ন য়ায়া চাউই, মমীৎ অনীহ্ন য়োংমানবা মচুনি। মশাহুস্ অমূবগা য়োংমানবমচুগা অনী পূম্নি। মনাতোলগা মখুজিনগা য়ায় তুশ্মি শাংতি ॥৩৬-৩৭॥ ভরতনন্দন ! মহারাজ ! অহুদগী মকু অসি উনা মরক অহুদা লোৎ লোত্তুনা ম’খাল অহু তপ্প তপ্প, নেম নেমা থোকহন্দনা থোংবঙমহ তোই। মকু অসি বট পাম্বী অহুগী মশা মশাদা পাইথগদবগী হেক হেক তোই। ॥৩৮॥ অহুদগী ক্বাক হাৎপা তমখিরবা মকু অসি বট পাম্বী অহুগী মশাদা তপ্প তপ্প পাইথরক্‌না তোংলগা তুমহনা লৈম্বিবা ক্বাকশিং অহু তুহৎ ত্‌হন্‌না হেক হেক হাৎলি ॥৩৯॥ কল্লবা মকু অহনা মহাক্কা হেকউবা ক্বাকথৈবু খরগীনা মশা কোয়দৎলি, খরগীনা মতুকপু চীক্‌না খদংলিককখংলি। অহুগা খর-গীনা মখোঙ কোয়দৎলি ॥৪০॥

ভবতোত্ত যদি প্রজ্ঞা ন মোহাদপনীয়তে। ব্যসনেঽশ্মিন্নকার্য্যে বয়ঃ শ্রেয়স্তুষ্ট্যচাত্তাম্, ॥৩৭॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং সৌপ্তিক-

পর্ব্বণি দ্রৌণিমন্ত্রণায়াং তৃতীয়োঽধ্যায় ॥৩॥ *

অকনবা নথোয় অনীগী বুদ্ধিনা চোইদনা, চনীঙতানা হৌজিক কাওবা লৈরবদি মথা ভানিংঙাই লৈতনা খুদোংথীরবা মতম্‌সিদা অনীগীমতদা হৌজিক কম্বি তৌবম থোকপগে মাহু হায়দোক পিরকউ ॥৩৭॥

মকম অসিদা শ্রীমহাভারতদা শ্লোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা সৌপ্তিক পর্ব্বদা সুপ্তবধগী মনুংদা দ্রৌণিমন্ত্রনাগী অহুম্‌শুবা অধ্যায় লোইরে।

— —:(০):— —

# শ্রীমহাভারতম্.

(অশ্বত্থামাগা কৃপাচার্য্যগা ঙাঙনবা মতাং)

## চতুর্থোঽধ্যায়।

মরিশুবা অধ্যায়।

———:·:———

### কৃপ উবাচ

শ্রুতং তে বচনং সর্ব্বং যদ্‌যদুক্তং ত্বয়া বিভো। মমাপি তু বচঃ কিঞ্চিচ্ছৃণুষ্বাদ্য মহাভুজ। ॥১॥

আবদ্ধা মানুষাঃ সর্ব্বে নির্বদ্ধাঃ কর্ম্মণোর্দ্বয়োঃ। দৈবে পুরুষকারে চ পরং তাভ্যাং ন বিদ্যতে ॥২॥

ন হি দৈবেন সিধ্যন্তি কার্য্যাণ্যেকেন সত্তম। ন চাপি কর্ম্মণৈকেন দ্বাভ্যাং সিদ্ধিস্তু যোগতঃ ॥৩॥

---

কৃপাচার্য্যনা হায়ঃ—অকনব। নংনা হায়রিবা খা পুম্বদো ঐ মুম্না তারে। ঐগীসু খর হায়গে মঙ্গ তাও ॥১॥ তাইবংমী পুম্নমক মাগী মাগী লায়রকা ভমলিবা অক কত্ত খনিবা মপুন্‌সি চুম্না চৎলিবা ডাকি। থবক মহে মানবসু মাওই, মান্দবসু মাওই। অদুগা নিপা থোক্না থবক তৌবা চায়বদুগা মরায়বক্ত ভবা হায়বদুগা অনিসিনা পুম্নপ পুম্নবতদা থবক পুম্বঃ সিদ্ধ ওইরিবনি মরমদি অনি অসি পুনখ নত্তনা থবক অমত্তা পাংথোকপা হায়বসে ওইথোকবনি অনিসি নত্তবা কার্য্যসিদ্ধ ওইনবা অতোপ্পা উপায় অমত্ত লৈতে ॥২॥ অশিংবগী মনুংদা অথোরবা, লাইবক্তা ভবা ভারুম থবক পাংদে, লায়বক্তা ভশকত্রবদা নিপা থোক্না হোৎনবা। পুরুষকার ভাজদু থবক পাংদে। ॥৩॥ মরমদি ঙগত্তা লৈরিবা অক কত্ত থবক পূম্বা দৈব লাইনা ভবাগা

অনেনতু মমাদ্যাপি ব্যসনোপতাপিতা। বুদ্ধিশ্চিন্তয়তঃ কিঞ্চিৎ স্বং শ্রেয়ো নাববুধ্যতে ॥২৯॥
মুহ্যতা তু মনুষ্যেণ প্রষ্টব্যাঃ সুহৃদো জনাঃ। তত্রাস্য বুদ্ধিবিনয়স্তত্র শ্রেয়শ্চ পশ্যতি ॥৩০॥
ততোঽস্য মূলং কার্য্যাণাং বুদ্ধ্যা নিশ্চিত্য বৈ বুধাঃ। তেঽত্র পৃষ্টা যথা ব্রূয়ুস্তৎ কর্ত্তব্যং তথা ভবেৎ ॥৩১॥
তে বয়ং ধৃতরাষ্ট্রঞ্চ গান্ধারীঞ্চ সমেত্য হ। উপপৃচ্ছামহে গত্বা বিদুরঞ্চ মহামতিম্ ॥৩২॥
তে পৃষ্টাস্তু বদেয়ুর্যৎ শ্রেয়ো নঃ সমনন্তরম্। তদস্মাভিঃ পুনঃ কার্য্যমিতি মে নৈষ্ঠিকী মতিঃ।
অনারম্ভাত্তু কার্য্যাণাং নার্থঃ সম্পদ্যতে ক্বচিৎ ॥৩৩॥
কৃতে পুরুষকারে চ যেষাং কার্য্যং ন সিধ্যতি। দৈবেনোপহতাস্তে তু নাত্র কার্য্যা বিচারণা ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমহাভারতে শতসাহস্র্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং সৌপ্তিক-
পর্ব্বণি সুপ্তবধে দ্রৌণিকৃপসংবাদে চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥৪॥

---

বুদ্ধিসু পুমচোই চোইত্রে । অদুনা কনা য়াম্না অ্যান তানা থবৈদি হায়ববু হৌজিক অসিদা কমম তৌরগা ঐগী মঙল ওইগদগে হায়বদু খত্তজ্রি ॥২৯॥ অরাবা থুদোংথৌবদা তাববা মতমদা মীওইবনা মাগী অককত থনবা মরুপকী য়া তাগদবনি । করি তৌকম থোক্পগে হায়বদু মথোয়দা মুয় হংগদবনি । মরুপকী কায়বা পাউতাক অদু হেক লৌবদা চাউনবগী অমদি অরাবদুদগী লাম্থোক্নবগী উপায় অম মশা মথন্তনা অদুম্ মমাক্চরে । অদুগা মশাগী মঙল ওইবদে। মশানা অদুম্ মউজরে ॥৩০॥ করি তৌগদগে. করি তৌকম থোকপগে হাঙ্বসিদুগী মরমদা চিংনম্বক্পা মতমদা পুকচেল শেংবা মরুপকী মকমদা হংজুনা তৌরিবা থবকতুগী পাওথোক্নবা উপায়বু লেপ্পদুনা থবক অদু মরুপশিংনা তাকপদুগী মতু'ংদা মাওইবনা তৌগদবনি ॥৩১॥ অদুনা লাউ, ঐখোয় পুম্নমা চৎসি । ধৃতরাষ্ট্র, গান্ধারী অদুগা মহাজ্ঞানী বিদুরগী মকমদা হৌজিকসিদা ঐখোয়না তৌগদৌবসি করিনো হায়বদু হংজসি ॥৩২॥ ঐখোয়না হংজবা মতমদা মখোয়না অসুম্ তৌ হায়না তাকপদুগী মতুংইন্না থবক তৌবনা ঐখোয়গী ঐখোনি থবক হায়বসি ঐতো মতৌজবুদি মহৈ কদায়দগী চাগদগে ॥৩৩॥ নিপা পোক্ত তৌকখ্না মহৈ ময়াজ্জবুদি লাইবক্তু তমকুবা " হায়বদুনা মরক থৎপবোয়ে হায়বসি খত্তগদৌবনি । মাদুদা করিগীনো হায়না অমুক খন্নরোইদৌবনি ॥৩৪॥

ম্রকথ প্রসিদ্ধ শ্রীমহাভারতদা শোকলিশিং চামনা শ্রীব্যাসনা লেংবা সংহিতাদা সৌপ্তিক পর্ব্বদা সুপ্তবধগী মতুংদা দ্রৌনিকৃপসংবাদগী মরিওবা অধ্যায় লোইরে ॥

— —:০০:— —

# মহাভারতম্

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ।

### মঙাশুবা অধ্যায়

সঞ্জয় উবাচ।

কৃপস্য বচনং শ্রুত্বা ধর্মার্থসহিতং শুভম্। অশ্বত্থামা মহারাজ! দুঃখশোকসমন্বিতঃ ॥১॥
দহ্যমানস্তু শোকেন প্রদীপ্তেনাগ্নিনা যথা। ক্রূরং মনস্ততঃ কৃত্বা তাবুভৌ প্রত্যভাষত ॥২॥

(যুগ্মকম্)

পুরুষে পুরুষে বুদ্ধির্যা যা ভবতি শোভনা। তুষ্যন্তি চ পৃথক্ সর্বে প্রজ্ঞয়া তে স্বয়া স্বয়া ॥৩॥
সর্বো হি মন্যতে লোক আত্মানং বুদ্ধিমত্তরম্। সর্বস্যাত্মা বহুমতঃ সর্বাত্মানং প্রশংসতি ॥৪॥
সর্বস্য হি স্বকা প্রজ্ঞা সাধুবাদে প্রতিষ্ঠিতা। পরবুদ্ধিঞ্চ নিন্দন্তি স্বাং প্রশংসন্তি চাসকৃৎ ॥৫॥

---

সঞ্জয়না হায়ঃ— মহারাজ! অরাব দুংগাইতবনা থম্মোয় পুবা য়াম্বা অশ্বত্থামানা কৃপাচার্য্যগী অচুম্বা মঙ্গলগী মশক ওইরবা, ধর্মার্থনা তিল্লবা য়াশিং অদু তাবদা মৈরি কংনা চাম্লকপা মৈশুম্না অমুক হেন্না অরাবা দুংগাইতবদুনা হেন্না চাক্‌থল্লবা অশ্বত্থামানা কৃপাচার্য্যগা কৃতবর্ম্মাগা অনীদা অশুম্না হায়রকই:— ॥১—২॥ তাইবং মী খুদিংমক মাগী মাগী য়াথল্লা অচুম্বনি হায়না লৌরি লৌরিবা বুদ্ধি অদুগী শুণতদা পেল্লদুনা লৌরিবনি ॥৩॥ মী খুদিংমক মশাবু অশিংবনি বুদ্ধিমাননি হায়না থম্মিবা ওাক্লি। মী খুদিংমক মশাবু খ.াইনা ঐকারথমকম্রি হায়না থম্মুনা চৎলিবা ওাক্লি। মসামক্তমু থাগচৈ, মসামু থাগৎহল্লিংজি ॥৪॥ তাইবং মী খুদিংমক মাগী মাগী বুদ্ধিবু অচুম্বনি হায়না থাগৎচম্রিবা ওাক্লি। অতোপ্পগী বুদ্ধিবু মানা য়ানিং-ঙবদি লাম্লি হায়নিংবা ওাক্তনি, নিন্দা কাও তৌনৈ। মশাগী বুদ্ধিবু হন্না হন্না থাগচৈ ॥৫॥ থবকী মওং অদুনা তোঙাম্লকপদুদগী তোঙাল তোঙানবা কারণশিং অদুনমু তোঙাল তোঙানবা মওদা লাক্লবদা থবক অদু ওয়নবা উপায় থিরকপসি মাগী মাগী জাতি জাতিদুগী ওইনা হায়বদি সমাজদুগী চৎনবী ওইনা বুদ্ধি জাৎ অমমম্ ওইনা পোক্লখি। অদুওম্বা মাম্লবা বুদ্ধি অদুগী মথক্তা কাওলুপ অমদি জাতি অদুগী মীশিংনা অমগমগ দুংখিনৈ, পেনৈ। অমগ অমগম্নু থাগৎনৈ, হয়াওনৈ। অদুওম্বা মীশিং অদুগী বুদ্ধি অদুনি মতম মতমগী মতুং ইন্না তোঙাল তোঙাম্ন মশক্ ওাক্লিবসি। অদুদগীদি মথোয় মশেল য়েংথিনরক্তই অরাবা তাবকই

অত্র যুধ্যন্তি পাঞ্চালা বিষক্তা জিতকাশিনঃ । বিমুক্তযুগ্যকবচা হর্ষেণ চ সমন্বিতাঃ ।
জয়ং মত্বাত্মনশ্চৈব শ্রান্তা ব্যায়ামকর্ষিতাঃ ।।২৫।।
তেষাং নিশি প্রসুপ্তানাং স্বস্থানাং শিবিরে স্বকে । অবস্কন্দং করিষ্যামি শিবিরস্যাদ্য দুষ্করম্ ।২৬।
তানবস্কন্দ্য শিবিরে প্রেতভূতান্ বিচেতসঃ । সূদয়িষ্যামি বিক্রম্য মঘবানিব দানবান্ ।২৭।
অদ্য তা সহিতান্ সর্ব্বান্ ধৃষ্টদ্যুম্নপুরোগমান । সূদয়িষ্যামি বিক্রম্য কক্ষং দীপ্ত ইবানলঃ ।
নিহত্য চৈব পাঞ্চালান্ শান্তিং লব্ধাস্মি সত্তম । ।২৮।
পাঞ্চালেষু চরিষ্যামি সূদয়ন্নদ্য সংযুগে । পিনাকপাণিঃ সংক্রুদ্ধঃ স্বয়ং রুদ্রঃ পশুষিব ।২৯।
অদ্যাহং সর্ব্বপাঞ্চালান্নিকৃত্য চ । অর্দ্দয়িষ্যামি সংহৃষ্টো রণে পাণ্ডুসুতাংস্তথা ।।৩০।।
অদ্যাহং সর্ব্বপাঞ্চালৈঃ কৃত্বা ভূমিং শরীরিণীম্ । প্রহৃত্যৈকৈকশস্তেষু ভবিষ্যাম্যনৃণঃ পিতুঃ ।।৩১।।
দুর্য্যোধনস্য কর্ণস্য ভীষ্মসৈন্ধবয়োরপি । গময়িষ্যামি পাঞ্চালান্ পদবীমদ্য দুর্গমাম্ ।।৩২।।
অদ্য পাঞ্চালরাজস্য ধৃষ্টদ্যুম্নস্য বৈ নিশি । নাচিরাৎ প্রমথিষ্যামি পশোরিব শিরোবলাৎ ।।৩৩।।

---

ওমলে হায়দুনা হায়জরিবা, মায়থোং মকা ল্যান্নব, ঐথোয়বু ওন্থনীওভায় লৈরে হায়না থাজ-জরিবা, মশাদা লালফুরিৎনচিংবা য়াওজ্রিবা, য়েক্লবযু ওয়ে হায়না কৌবম-তাউবা খুং-ভাইদুনা লৈরবা, রায়বা চোকথদুনা পোথাখিবা পাঞ্চালশিং অমদি পাণ্ডবশিং অসে ওসি লৈমায় থক্তা পুনাসাসমগীদমক চীপকনগে ॥২৫॥ পাঞ্চালশিং অসিনা ইমুং মুংভাইনা যাম্না মাগী লাইংদা তুমদুনা পোথাগথিনি । তাঙ্গাত্তদা ঐনা মথোয়বু হাৎকনি । অমুক কাম হায়গান, মথোয়গী লাইং ককাস্থ লোইনা সর্ব্বনাশ শাহনগে ॥২৬॥ ইন্দ্রনা মশাগী শক্তিনা দৈত্যদানব মরাম্থ নৈথাই থিবদুগুম্না ঐসু ওসি পাজল ফুদোক্তনা অ'ন য়াওদনা তাদুনা লৈরিবা পাঞ্চালশিংবু হাৎলগা শিরিবা মথোয়বু থোওপাক্লা কাও কাওদুনা ॥২৭॥ সাধু অথোইবা। মৈরি কনা চাক্লবা মৈনা কংলবা নাপী মপৈবু চাক্থেক্পহুগুম্না ঐনা ওসি ধৃষ্টদ্যুম্নচিংবা পাঞ্চালগী অকনবশিংবু চাকথেকনি পাঞ্চালশিংবু তুম্না হাৎলগা অদুদগী ঐনা শান্তি ফংগনি ॥২৮॥ পিনাক কৌবা লৌরুং পায়বা রুদ্রদেব মশামক্লা সংহার তৌরগা পশুশিংগী মরক্তা কোয়চৎ চৎপগুম্না ঐসু ওসিগী লান্দা সংহার তৌরগা অশিবা পাঞ্চালশিংগী মরক্তা মথক্ত নেৎনেতকুনা কোয়চৎ চৎকে ॥২৯॥ ওসি ঐ পাঞ্চালশিং অমদি পাণ্ডবশিংবু হাৎলগা লান অসি মথাক থম্মোই ॥৩০॥

ওসি ঐনা পাঞ্চাল লান্মিশিংবু অমমমত ওইনা হাৎলগা লালকমপুম্বা পাঞ্চাল লান্মীতনা কুপলগা ঈপাগী মকমদা তোনবা লমন কোকথগে ॥৩১॥ ওসি ঐনা পাঞ্চালশিংহু দুর্য্যোধন, কর্ণ, ভীষ্ম জয়দ্রথনা চৎখিবা শুক্লবা লম্বী অদোমদা চৎহনথগে ॥৩২॥ ওসি অহিং অসিদা ঐনা শা হাৎপদৌনা ধৃষ্টদ্যুম্ন অমগা পাঞ্চাল লান্মীশিংবু হাৎলগা নৈথাইগে ॥৩৩॥ ওসি ঐনা

তে বয়ং নিশি বিশ্রান্তা বিনিদ্রা বিগতজ্বরাঃ । প্রভাতায়াং রজন্যাং বৈ নিহনিষ্যাম পাণ্ডবান্ ।।৪৪।।
তব চাস্ত্রাণি দিব্যানি মম চৈব ন সংশয়ঃ । সাত্বতোঽপি মহেষ্বাসো নিত্যং যুদ্ধেষু কোবিদঃ ।।৪৫।।
তে বয়ং সহিতাস্তাত । সর্ব্বান্ শত্রূন্ সমাগতান্ । প্রসহ্য সমরে হত্বা প্রীতিং প্রাপ্স্যাম পুষ্কলাম্ ।
বিশ্রমস্ব মহাবাহো স্বপ চেমাং নিশাং সুখম্ ।।৪৬।।
অহঞ্চ কৃতবর্ম্মা চ ত্বাং প্রয়ান্তং নরোত্তমম্, অনুযাস্যাব সহিতৌ ধন্বিনৌ পরতাপনৌ ।
রথিনং ত্বরয়া যান্তং রথাবাস্থায় দংশিতৌ ।।৪৭।।
স গত্বা শিবিরং তেষাং নাম বিশ্রাব্য চাহবে । ততঃ কর্ত্তাসি শত্রূণাং যুধ্যতাং কদনং মহৎ ।।৪৮।।
কৃত্বা চ কদনং তেষাং প্রভাতে বিমলেঽহনি । বিহরস্ব যথা শক্রঃ সূদয়িত্বা মহাসুরান্ ।।৪৯।।
ত্বং হি শক্তো রণে জেতুং পাঞ্চালানাং বরূথিনীম্, । দৈত্যসেনামিব ক্রুদ্ধঃ সর্ব্বদানবসূদনঃ ।।৫০।
ময়া ত্বাং সহিতং সংখ্যে গুপ্তঞ্চ কৃতবর্ম্মণা । ন সহেত বিভুঃ সাক্ষাদ্বজ্রপাণিরপি স্বয়ম্ ।৫১।
ন চাহং সমরে তাত । কৃতবর্ম্মা ন চৈব হি । অনির্জিত্য রণে পাণ্ডূন্ ব্যপযাস্যাব কর্হিচিৎ ।৫২।
হত্বা চ সমরে ক্ষুদ্রান্ পাঞ্চালান্ পাণ্ডুভিঃ সহ । নিবর্ত্তিষ্যামহে সর্ব্বে হতা বা স্বর্গগা বয়ম্ ।৫৩।

---

[illegible] তানা য়েক্কবশিংবু হাৎলস ॥৪৪॥ ঐখোয় অনীদা লৈরিবা খুনারশিংসে থ্বাইদগী অথোইবনি অদুগা কৃতবর্ম্মা হায়রিবা নিপাসিংসু মপা লৈতনা লাম্দা হৈরবা, শিংলবা, কল্লবা মীশক অমনি ॥৪৫॥ অহনা ঈবুঙো ! ঐখোয় অহম্না পুল্লপা লাক্লংহনা য়েক্কবশিংবু তুম্ হাৎসি । অহনা অশ্বত্থামা নীঙথায়বা লৈতনা সুংজাইনা পোখাও, তুম্মো ॥৪৬॥ নিপা অথোইবা ! নংনা রথদা তোংখত্লনা লাম্দা থাক্লা তৌরকপা মতমদদা য়েক্কবা ওন্বা, শীরুং পায়বা ঐগা কৃতবর্ম্মাগা ঐখোয় অনীনা রথ অমমমদা তোংখত্লনা নংগী নকুং ইনগনি ॥৪৭॥ অদুদগী অকনবা মহাক য়েক্কবশিংগী লাঙ্গুং যয়াদা চঙশিন্নুনা নশাগী নমিং নথা লাউন তাহন্নুনা ঈকোং কোংবা লাম্দ য়েকনবশিংগী মায়োক য়াহনা মখোয়গী মথক্তা অকিবগী মশক কংলবা মহামারী অম থোকহল্লু ॥৪৮॥ মঙ্গাইঙদা দেবরাজ ইন্দ্রনা অসুরশিংবু নৈথাইহনা হয়াউ তয়াম্না চোং কম্নুনা নুংঙাইখিব ঙক্তনা মহাকনু য়েকনবশিংবু হয়েং হেক নোংঙানবদা তুম্ হাৎলগা হয়াউ তয়াম্ চোংকল্লু, নুংঙাইয়ু ॥৪৯॥ ঈবুঙো ! অকনবা ! ইন্দ্র মথক্তনা দৈত্যশিংবু হাৎপ ঙমখিবগুম্না নহাকনু পাঞ্চালশিংবু তুম্ হাৎপা ঙম্মিবনি ॥৫০॥ ঐগা কৃতবর্ম্মাগা অনি তিন্নহনা ঙাক শেন্নবদা মতিক মঙাল চাউরবা বজ্র পায়বা ইন্দ্রমকনসু নথাঙদা থাঙবা ঙম্মোইদৌবনি ॥৫১॥ ঈবুঙো ! কৃপা-চার্য্য কোৌবা ঐগা কৃতবর্ম্মাগা ঐখোয় অনিজি হয়েংগী জুমিত্তা পাণ্ডবশিংবু ঙমদনা মায় [illegible]রবাই ॥৫২॥ ঐখোয় তপ্পম্ তিন্নহনা পাণ্ডবশিংগা থেংনহনা, পাঞ্চালশিংবু হাৎলবতদা পুক্নিংদা অইঙবা কাদেগনি মরুপা খর্দা মহাশান্তি ফংলুরগনি ॥৫৩॥ পাপ থাওরবা, অকনবা ! হয়েং

# শ্রীমহাভারতম্

(অহিংদা অশ্বত্থামাগী পাণ্ডবশিংগী )

লাইংদা চত্থবা

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

তরুকশুবা অধ্যায় ।

——:✻:——

### কৃপ উবাচ ।

শুশ্রূষুরপি দুর্মেধাঃ পুরুষোঽনিয়তেন্দ্রিয়ঃ । নালং বেদয়িতুং কৃৎস্নৌ ধর্মার্থাবিতি মে মতিঃ ।১।
তথৈব তাবন্মেধাবী বিনয়ং যো ন শিক্ষতে । ন চ কিঞ্চন জানাতি সোঽপি ধর্মার্থনিশ্চয়ম্ ।২।
চিরং হ্যপি জড়ঃ শূরঃ পণ্ডিতং পর্য্যুপাস্য হ । ন স ধর্মান্ বিজানাতি দর্বী সূপরসানিব ।৩।
মুহূর্তমপি তং প্রাজ্ঞঃ পণ্ডিতং পর্য্যুপাস্য হ । ক্ষিপ্রং ধর্মান্ বিজানাতি জিহ্বা সূপরসানিব ।৪।
শুশ্রূষুস্ত্বেব মেধাবী পুরুষো নিয়তেন্দ্রিয়ঃ । জানীয়াদাগমান্ সর্ব্বান্ গ্রাহ্যঞ্চ ন বিরোধয়েৎ ।৫।
অনেয়স্ত্ববমানী যো দুরাত্মা পাপপুরুষঃ । দিষ্টমুৎসৃজ্য কল্যাণং করোতি বহু পাপকম্ ।৬।

কৃপাচার্য্যনা হায়ঃ— বুদ্ধিদা বিকাব অম লক্লবা অদুগা খন্নোয়বু কাজনবা ওমদবা মীনা খংগে হায়না তাম্নরবনু ধর্ম অমদি অর্থগী তত্ত্ব মুম্না খঙবা ওমদে। মসি ঐগী বাখল্লি ॥১॥ মবুদ্ধি কন্না য়াম্না কহুনম্নু গুরুজনশিংগী ওয়াশিংগী মকম্নদগী লোল্লকপা অমদি অপঙবা হায়বদুবু তমজিব মী কনানম্নু ধর্ম অমদি অর্থগী তত্ত্ব মুম্না খংবা ওমদে ॥২॥ হাওবু হওবা য়েন্দ্রাংদা অথুম অহাউবদা তত্তনা লুপকুনা ওাক লৈদি হায়বদু খাবৈনা থৈরোইনা হুরাইনচিংবা য়েন্দ্রাংগী মসবু কংবা খংবা ওমদে। মতৌ অসুম্না মবুদ্ধি লৈতবা মীদি কন য়াম্না কন্দুনম্নু, পণ্ডিৎশিংগী মকমদগী পাওতাক কন য়াম্না তাহুনম্নু ধর্মগী তত্ত্ব মুম্না খঙবা ওমদে ॥৩॥ লৈ কৌবা ইন্দ্রিয়গী পীক্লবা তুম্নবা মতোম্না মহাওবু মশক খঙবগুম্না মশাগী মবুদ্ধি লৈবা মিদি পাণ্ডতশিংগী মনাক্তা মীকুপ অমতং কন্দুবত্তদা ধর্মগী তত্ত্ব লায়না খংবা ওম্মি ॥৪॥ খন্নোয় কাজিনবা ওমলবা বুদ্ধি লৈবা মীনা খঙগে হায়নবু নীংবত্তদা শাস্ত্র পুম্নমক্কা লৈননম্নিবা তত্ত্ব খঙবা ওম্মি। মতম অতুদা মশাগী লনাইগী মত অম খন্নে য়দা কাওরক্লবনু লৈনগদৌরিবা বিষয়শুবুদি চু পাইবগুম পায়হুনা লৈ, খক্ খাদোক্কে ॥৫॥ অকবা লম্বিদা পুশিল্লকপা বায়পদবা, মতিক চাদ্রবা, খমোয় লিক্লবা পাপকি থবক হৈনবা পোকপ্রবা মী অতুম্না মকুপশিংগী পাওতাক্কা উৎলিবা মজলগী মশক ওইমবা বিষয় অমদি থবক অতুবু খাদোক্লনা পাপ মথল মথল তৌই ॥৬॥ পুকচেল শেংবা মরূপশিংনা সহায় লৈবা মীবু পাপকি থবকশ খাম্জিনগদে সী

